# য়ুরোপ্পাগী মপাউ

মেমচৌবী



## মনুংগী লমায়শিংদা ঃ


| | | |
|---|---|---|
| ১। | বামাং | |
| ২। | বাহৌ | ১৩ |
| ৩। | অহানবা সরুক ঃ আই লভ ইতালিয়া | ২১ |
| ৪। | অনিসুবা সরুক ঃ পিনোকিওগী লমদমদা | ১৪৭ |
| ৫। | বারোই ঃ ঐ অমুক হলক্লরোই | ২৪১ |

# রাম্নাং

নোংমা বোবী (দেবব্রত রোয়) না ঐঙোন্দা হায়রকখি--' ইতেমা, য়ুরোপ্তা পোইত্রি তুর অমগী কবি মমিং পীয়ু হায়রকপদা ঐনা ইতেমগী মিং পিরমলবনি'। অদুদগীদি থর লৈরগা, ১৯৯৯ দা Words from the Edge না চিথি অমা ইরকখি। মরোলদি সৈরেং খরা থাবিরকউ হায়বনি। ইংলিসতা হন্দোক্লবা সৈরেং খরা থাম্লবা মতুং থা খরা লৈরগা ইথা থাজদনা য়ুরোপকী পোইত্রি তুর অমদা য়াওরেনবা বার্তন য়ৌরকখি। ২০০০ গী অহনবদা পাংথোক্কনি হায়দুনা হোৎনরম্বা অদু খুদোং চাদবা খরদগী চৎহি অদুগী অথেঙবা, ওক্তোবর ১৩ দগী দিসেম্বর ১৫ ফাওবদা য়েংথোরকখি।

তুর অসি চৎত্রিঙৈদগী হৌনা। তুর অসিগী লমকোয় বাবী অমা ইগে হায়দুনা খনখি। ২০০০ অসি ঐগী পুন্সীদা খ্বায়দগী নুংঙাইবা (এপ্রিল ৯, হাওরৈমা শম্বুবী কোংবা) অমদি অৱাবা (জুন ১০)-হিংবা অমসুং সিবগী ফিভম মায়োক্নখিবা মতাং ওইখি। য়ুরোপকী তুর অদু ফিভম অদুদগী নাম্থোকবা তাঞ্জা অমা ওইনা ঐগী মাংদা থোরকখি। পুন্সীং অমদি হকচাংগী ফিভমদু সিনদুনা তংলবা খুদোংচাবা অদু লৌবা তাখি।

ঐখোয়গী তুর অদু ওক্তোবর ১৩, ২০০০ আস্ত্রিয়াগী কোনুং ভিয়েনাদগী হৌখি। ভিয়েনাদগী ব্রিকফ্লিদ অমদি গ্রাজদা রিদিং লোয়রগা ইতালি য়ৌখি। ঐখোয়গী তুর অদুদা খ্বায়দগী সাংনা প্রোগ্রাম চৎথখিবা অসি ইতালিদনি। ইতালিগী রোম, মিলন অমদি পিসা য়াওদনা অয়াম্বা মরুওইবা সহরসিং অবাং, খা অমদি ময়াইথংবা ইতালি থুংনা প্রোগ্রাম চৎথখি। সুইজলেন্দস্ জেনেভা নৎত্তনা মরু ওইবা সহর থুংনা চৎলকখি। জর্মনিদা হমবার্গ য়ৌনা বার্তন ফংলবস্ তুর অদু সাংমনবনা বার্তন লৌখিদে হায়ববু অয়াম্বা মরুওইবা অচৌবা সহরসিংদি চংলকখি। জর্মনিগী ঙমখৈদা লৈবা দ্রেসদেন সহরদা দিসেম্বরগী ১৫ দা অরোইবা রিদিং পাংথোক্লম্লগা আস্ত্রিয়াদা চংলক্লগা ভিয়েনাদগী ঐখোয় য়ুম য়ুমদা হন্নরকখি।

ঐখোয়গী রিদিংগী ফী, লৈফম, চাকম অমদি য়ুমদগী ভিয়েনা ফাওবগী হনগৎ-হন্দা চৎপগী প্লেন ভারা পুন্নমক ইন্দিজিনস পীপলসগীদমক য়ুরোপ সিন-থুংনা লৈরিবা এন, জি, ও, সিংনা পুথোকখি। ঐখোয়গী সৈরেংগী খোংচৎ য়াম্না মায় পাকখিবা

:খোংচৎ অমা ওইখি। ঐখোযগী প্রোগ্রাম লোযদ্রিঙৈদা- 'নাখোয কবম্বা মতমদা অমুক হলক্কদগে' হাযদুনা হংনবকখি।

যুবোপ্তা লৈবিঙৈদা নৈনা থৌওইদনা থমখ্রবা লমকোয বাবী ইবগী বাফমদু যুম যৌবগা ঐবু ওৎপা হৌবকখি। থা খবদি খুৎ থাবা ঙমখিদে। ঐঙোন্দা খ্বাইদগী খুদোংচাদবদি অতোপ্পা কলচবগী অতোপ্পা মীওইসিংদুগী রাবীদু অতোপ্পা কলচব অমদি মীওইসিংদা পাউ ৩ম্বা অসিনি। ঐনা পাউ ৩মগদৌবিনি অসি কনাদনো। সাহিত্যগী ভাবুক, কলাবু সুবিবা কলাকারদনি। বাফম অসি মাংদা থমলগা নিংসিঙ লমাযসিং যাক্কৎলগা মার্চ ৯, ২০০১ দগী ইবা হৌবগা মে ৫ ২০০১ দা লোযসিনখি। অদুগা চহি অসিগী আগস্ট থাদা প্রেসতা পিসিনখি।

ঐখোযদি ফজবা অমা নুংসিবা অমা নিনী হুমনি চঙনা সৈথাবিবা সাহিত্যগী র্দসান্দা ইহোং হো দনা নৈবিবনি। মসিবু ঐনা খঙলকপদি ১৯৯৫ দা ঐনা নোভেল অমা খুৎ থাকবদনি। ঐগী খুৎইদু যাম্না কেবী নুপীগুম যেংসিল যে সিল্লগা খুৎসেম ংল্লকপা মীগী ফোং ফোং সাবা ঈ তোংগা থেংনবা বাৎপদু থেংনবকনি। অনৌবা ৯৩মগা চান্নবা অনৌবা লোন, অনৌবা খুৎফোংদোক অমা থিনিংলকখি। বাফম অসি পিনবা অমা ওইনা থে নখি। ম তাং অসিদা ববি ব্যাস, হান্নগী চিফ ইদি ৩ব, মেকামিলন অমসু ওবিন্ট। লোংমেননা হাযখিবা অমা নিংসিঙলকই

Indian literature follows the Anglo Saxon tradition where language is most important, they are more into detailed descriptions and less into ideas European literature- Russian, German, Italian etc survived translations because their strength lay in their concepts

মসি ঌগী তোৎনবা অমখল্লী, অবোইবা নত্তে। ইতোমতা পাজবদা মতিক চাদবা ট্রান্সলেতব অমনা হন্দোকপা মাল্লকপা মতাং যাওবকই অদুগা ৩শেংনা বাইপেবেং খবদি হন্দোকপা নুংঙাযতবা, হন্দোক্লগা মযাই মাংখ্রগদ্রা চিংনমথ্বদগী (মদু তসে না হৈতবদগীনি) মৈতৈলোন্দা ইবা লাইবিক অসিদা ইংলিসকী রাইটে পবেং খবদি নমদুনা যাওখি।

লাইবিক অসি ঐগী দাযবিদা যুমফম ওইবা পোইত্রি তুব অদুগী ইতিহাস নত্তে। ঐগী নিংসিঙবগী লমাযদা মযেক খোক্লা লোমাহৌবা থৌদোকসিংনা মংোমংা মবি মবি চেঙ্খজবব পদু ঐনা চুম্নতগী কলম পাযদুনা খোৎচিনজবনি। অদুবু নি সিংবা পুন্নমক ইবসু ঙমখিদে, থৌদোক কযা, সত্তম কযা পাম্মু পাম্মু হন্দোকণম্বা তাখি।

লাইবিক অসি ইবকপদা ঐঙোন্দা থেংনখিবা অচৌবা সিংনবা অমদি— 'ঐনা কয়া যাম্না পুকচেল সেংনা ইবা ঙমগদগে' অসিনি। অদুবু ঐগী ইপানা ঐঙোন্দা অচা, ওইনি' ঙদগা পীখিবা মহৈ মাসংগী খুদোংচাবা ঐগীদমক লৌখিবা লাইবিক, চেফোং, ঐগী ইপুংশৈবদগী মংখিবা যাম্নগা নিংচম্না মদুনা ইসাবু খঙজদুনা, ইসাবু ইসানা মী অমা ওইনা ইকায় খুম্নবা ও হীরা হবা অদুগী অচৌবা চাংয়েংফম ওইবরে।

লাইবিক অসি, মপাবুংগী মচুং সিন্দুনা ঐনা কর্নাদা কদায়দা হাযদুনা যেং-সিনবীখিবা ইচা মচাগী মতেং যাওনামদ্রবদি ইবা ওঠোখোল্লমলোয়। অবোইবদা সেলগী মতেং পাংবাদুনা লাইবিক অসি থাদনা ফো দোকপা ঙমহনবগীদমক ইনাও ইবেম্মা দাঃ লাইবেনলাকপম ইবেমহলবু থাগৎপা ফোংদোকচরি।

---

# ৱাহৌ

ওক্তোবর ১, ২০০১ ইন্দীরা গান্ধী দোমেস্তিক এয়ারপোর্তা নুমিদাংৱাই পুং তরেৎ মখাই, পুমমম মমলে। থুংলবা মী অয়াম্বা ত্রোলি য়েংনৈ। ঐদি মীওকফমদা ঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংই। মফম অসিদা ইতোমতা নুমিদাংৱাইদা থুংলবদি মসিনা অহানবনি। দিল্লি ওইসনু, ঐ মীনৌনি অদুগা নুপীনি। লমদম অসি গান্ধী, বুধ অমদি ফুলন দেবীগী ময়ুমনি। অর্থ থোক্তবা মায়থোঙসিংগী মরক্তা, খ্বায়গী মাঙগী পরেংদা উরকই, ঐগী ইযা ইবুংঙো তোম্মী— বাজকুমাব নিংতম্বা। কয়া নুংসিখ্রে! খুৎ থাঙ্গৎতুনা মোমোন নোকলকই। মীনিন মরক অদুদা থম্মোয়দা ফাওরকই মহাক্না কৌবদু —'ইনেবেম্মা ঐ সিদা লৈজবে।'।

তোম্মীনা ঐগী খুৎতগী যুবোপ যাত্রাগীদমক যোমলকপা পোৎয়োমগী ত্রোলি অদু ওকখরে। মহাক উজবগী পুক্নীংলুম্বা অদু ফোংদোক্লুনা, মীরক অদু ফাওদুনা লাকপদা নাল্লবা সাইন বোর্দ মচা অমা উরকই। মদুদা হৌজিক্তা প্রেসতগী পুখোরকপগুম ইহন হন্না ময়েক লানা থারি -- Th Chanu Ibemhal. D/o Th Babu. খঙলে, চাউরবা ভারতকী ইউনিয়ন মিনিস্তর ওইরিবা ঐগী ইখুরা ইবুংঙোনা সিন্নখিবা মতুংইন্না মহাক্কী মচানুপানা থারকপনি। ঐনা মদু কয়া থাজদদুনা ঙসি অয়ুক হোবে হোবে তোম্মীদা তেলিফোন্দা ঐবু ওকপিরমনবা হায়জখি। সাইন বোর্দ অদু উবদা ঐগী হবাউরম্বা পুন্নমক মাংখবে।

ঙসিদগী নুমীৎ তরানিমুক্কী মমাংদা কাকানা তেলিফোন্দা হায়রকখি — 'ইবেম্মা করিগী ভবন্দা লৈরুগনি। ঐগী ক্বাতরদা লৈররো, নয়ুমনি'। ৱাফমদি অসিনি — ঐগী ভিসাগীদমক মণিপুর ভবন্দা নুমিৎ খরা লৈবা পামখি। পুন্নমক্না খঙই মদুদা কা অমা ফংবা ইরাই লাইদে। মদুগী সোইদবা উপায় থিরকপদা ঐগী মসক নাইবা অভিভাবক অমনা বাফম অদু (ঐগী হায়জবা তাবিদনা) ইউনিয়ন মিনিস্তরদা বারীগী ৱাপা অমা ওইনা হৌদোকলুই। মদুদগী থোকলকখিবা ফলনি। অমা ওইসনু অমা ওইসনু সক্তি পায়বা অচৌ-অসাংসিং অসি ঐনা য়াম্না হঙ্গোয়জৈ। পুন্সীদা মখোয় অমতগী

খোঙজিন্দা লেপচরুদ্রি। অদুবু কাকানা ঐবু থিরকখিদবদি নত্তে। মচানুপী অমা অবাম্বমদা ওংলি হাযবা মহাক মুন্না খঙখি। মদু কাওপ্পবা ৱাবিসিংগী মনুংদা অমনি। কাওখিবনা হেন্নসু ফবে। কাকানা হায়বিরকখি — 'ওক্তোবর ১ দা মহাকসু দিল্লিদা পাইগনি। পুন্না অদুম চৎমিন্নবগনি'। ঐনা যাম্না হঙোয়না নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা তেলিফোন্দা হংলুবদা পিযন অমনা পাযখৎলকখি অদুগা খঙহলকখি— 'ঙসি দিল্লি চৎকদবগী ফিভম লৈতে'। ঐনা য়াম্না হায়জরবা মতুংদা মিনিত খবা কান্নরগা কাকাগা ৱাবী সাবা ফংখি। পিয়নগী পাউ অদু অচুম্বা ওইবমলে। কাকানা তাকপিবকখি — 'বসন্তদা পুন্নমক সিন্নপ্পবনি। ঐদি ঙসি দিল্লিদা চৎলরোই'। ঐগী থাজবা পুম্বা মাংখ্রে। ঐগী অভিভাবুক অদুদা ঐনা ৱাকৎলি— 'কাকা লৈবগদি কদাযনো হাযবনি। ঐ মাগী ক্ল্যাতবদা লৈবা নুংঙাযগদৌবা মান্দে। তোম্মীগীদা লৈব্বনা ফগদ্রা। মণিপুব ভবনসু কা হাযহৌদ্রে। কমদৌনি'। পাউখুম লাকই— 'ইচেনা খবা চিকখোন নাওখোনবীবসু চুম্বনি'। মৈতে নুপীদি অভিভাবুকসিংগী যাকা যেংদুনা চৎপনা লেমজনফমনি। অদুবু ঐগী ৱাবেপতি ঐনা লৌজবা তাবনি। নোংমা তাঞ্জা অমদা ঐনা তোম্মীগী সেলুলব ফোন নম্বব লৌহৌই। নোতবুক অদু তনথি থিরে। যাওবম্মে। ঐগী ফোনদি STD পানদবনা খুদম্তা লৈবক মচিন তম্না পনপ পবপ খোক্লুনা ফোন তৌকবে।

ও। নুমিৎ অদুগী অযুক অদু কয়া ঙমখিদ্রবা। ঐবু চৎকদৌবিব্রা চৎলোযদৌবিব্রা? পুংদি মথং মথং তাসিলকলে। হৌজিকপু হিংবা নৎত্রগা সিবগী খেৎনবা কনিনো। ঐগী পুক্লিং অর্মাদি হকচাংগী ফিভম অসিদা তৌগদৌবা অসিগা কবিগুম্বা সিখিবা থোক্লবসু মদুনা ইংলগনি। মসি নত্তনা ঐগী নানথোকফম লম্বী লৈত্রে, ঐ চৎপা তার্বানি। মখোযগী চিনখ্রবা থবক মবক অদুদা ইনাও ইবুংঙো FFLT গী দাইরেক্তব অমদি অর্তিস্টসিংনা চে চাংগী থবক, যুবোপ্‌কা পাউ থাদোক থাজিন পুন্নমক ফৈগাক ফৈনা পাংবিখ্রবনি। মখোয লৈবমদ্রবদি ঐগী যুবোপকী যাত্রা ওইথোকত্রবা থবকনি।

সাইন বোঁদি পাযদুনা লেপলিবা নহা অদু ইমুং-মনুংগী থবক ইনথাং শিজিন্নবা থম্বা অর্মনি হাযবদু মানা সেৎলিবা ফি অদুনা তাকলি। ঐগী অভিভাবুকসিংবু ইকাযখুম্নবা উৎপা ওইনা ইসাগী পুক্লিংদা ফাওবিবা পুক্লিং লুমদনা অমদি তযাং-তসোযনবা অদু ফাজিন্দুনা তোম্মীবু বিদায পীদুনা নহা অদুগী কাবদা ঐগী পোৎ পুন্নমক হাপচিললে। মসিনা অওইবা ওইবা তাববদি ঐনা অঙাংসিং অদুদা ওৎসিনবসু থোকলবোই। মসিনা ফববদি ফবগনি। অদুবু এযাবপোর্ত লানথোকপদা মঙাযবি— হৈবোই হৈতবোই ঐনা হিন্দিদা ৱাবী সানবা হোৎনবিবা নহা অদুনা তপ্না তপ্না, মযেক সেংনা খঙহলকলে— 'ঐখোয়না চৎলিবা অসি কোথিদা নত্তে, মণিপুব ভবন্দনি। মন্ত্রিগী মচানুপা ঐগী ইপুৱা ইবুংঙোদু ইমুং পুদুনা হোংকোংদা কোযবা চৎখ্রে। মীনাই পুন্নমকসু

সুতি পীগ্রে। হৌজিক কোথিদা কনাসু লৈত্রে'। তোপ্পবা মীনাই অসিদি চুম্নদগী পীরকপা য়াথং অদু পাংথোকচবতনি। মাগা মরৈ য়েংনরুদুনা কৈদৌনগনি। ভবন্দা কা অমবু ফংলবদি মদুনবু হেম্লো ফত্রে। ভবন য়ৌবদা চিংনরম্বদু থোকলরে। কা অমফাও লৈরমদ্রে।

নহা অদুগা মণিপুর ভবন্দগী রিসিপসন রুমদা লৈরম্বা ময়াং ওফিসার অদুগা ঋা কন্না কন্না ঙাংনৈ। মহাক্না হায়রি— 'গোভর্নেন্টকী অতৌবা ওফিসার অমনা হায়রকপনি কা অমা খুদক্তা থৌরাং তৌগদবনি'। মখোয় অনি অওক-অথোং তৌন তৌনদুনা ঐগী পোৎ পুম্নমক লিফতা হাপচিনখ্রে। কা অমগী থোঙজিন্দা ঐগী পোৎ পুম্নমক থমলগা থোঙদা থিল্লুবদা মৈতে নুপী অমনা হাংদোককই। কা অদু ফমুং অহমনি। মনুং ইথং থংবা ফমুং অদু হাংলি। নুপী অদুনা মখোয়দা কবিনো খরা হায়খ্রগা ঐঙোন্দা তপ্না হায়বকই— 'ফমুং অসি ঐগী ইবুংগী ওইরগনি। মহাক হৌজিক্তা মদু হায়নবা চৎখিবনি'। ঐগা মাগা অসুম্না ঙাংনবিঙেদা মযাং নুপা অনিদু লৈবমদ্রে। ঐগী পোৎসিং অদু থোঙজিন্দা অদুম লৈহৌবি। ঐদি মখাদা কুমথবকলে। রিসিপসন কম অদুদা মখোয অনিদু লৈবমদ্রে। ঐনা সোফা অমদা চঙসিন্দুনা তুম্মীন্না ফম্মী, খল্লি হৌজিক তৌগদবসি কবিনো। তৌবিবা পুম্নমক অসি কুম্মৈ ওইনা যেংলি ঐগী মকপ অমনা। মহাক মশক নাইবা মহা অমগী মতিকচাবী ইকাযখুম্ননিঙাই ওইববী মচে ইবেম্মনি। মহাক মাগী ওফিসকী অতোপ্পা ওফিসাব অমগা মিতিং অমগী দিল্লিদা লাকপনি। মহাকসু লৈফমগী খুদোংচাদবা মাযোক্লদুনা বিসিপসন কম অদুদা যাম্না হৈনদনা ঙহাক লৈবা তাখি। মহাক্না যাম্না নুংঙাযতনা ঐঙোন্দা হায— 'ঙসিদি মওং অমা তৌদুনা কদাযদনো লৈবগনি। হযেংদগীদি ঐখোয five star hotel অমদা হোংজিনগনি'। পুংখাই অমগী মমাংদা এযাবপোর্তা ঐগা থেংনবা মতমদা মহাক্না ঐঙোন্দা হংলকখি- 'কদাযদা লৈগনি'। ঐনা ইচম চম্না খুমলম্মী— 'কাকাগীদা লৈগনি'। মহাক্কী লৈফম নংত্রগা মফমদি ঐ হংখিদে। ভাবককিদি যাম্না ফবে। লুবিবদি ঐ ইকাযনবা মতম ফংখিদবদুনি। খুদক অদুদা ঝাবেপ অমা যাম্না থুনা লৌবা তাখি। তাঙ্গা অদুদা মযাং নুপা অনিদু বিসিপসন কমগা থংনবা কা অমদগী থোকলকলে। ইপুরা ইবুংঙোনা থাবকপা নহা অদুনা ঝা অমতা ঙাংদ্রিঙৈদা ঐনা যাম্না পুনা হাযবে— 'নহাক চৎখ্রো যাবে, নঙগী দবকাব লৈত্রে'। মহাক ঝা মখা তাবমদনা দোসা কোকচববগুম তফিং তফিং থোঙজিন নক্লা থাবিবা কাব অদু তোংখৎতুনা থৌখ্রে। হাযনবা লৈ সগোল পুম্নমক মপুগী মীহুন লৌই। ঐনা তোম্মীগী নম্বব অদু খিদোক্লগা তেলিফোন তৌগে হাযদুনা চংসিনবদা বিসিপসনিস্ট অদুনা মবাল লৈববগুম যাম্না নুংঙাইতনা ঝাভাবগা লোযননা ঐঙোন্দা হিন্দিদা হায়বকই— 'মেদাম, ঝাবৌগনু, উপায় লৈতদুনা তৌবনি'।

ঐগী পোৎয়োম পুন্নমক ঙমবোই ঙমদবোই মথোন মরিসুবা অদুদগী চিংথরুরে। সোর সাংনা হোন্দোক্তুনা ফম্মী। ময়েক্কীদি ঐ ঙসি অহিং সোফা অসিদা কা অসিদা লেনবা তারবনি। হে দিল্লি মহানগরি! অথৌবা অকনবা চামা চামগী খোঙ্গুলনা নথক্তা মরোল মরোল ননলিবী। ঙক তেকথবমখৈ ৱাংলবা দলানসিং অমদি মীৎ থকলবা মৈঙানগী মরুমদা ফিজি ফিনা তাসিন্দুনা নঙনা মুনা মুনা য়েংলি। নসক ইসকসু মান্নদে, নরোন ইরোনসু তিন্নদে। হৌজিকপু করম তৌবা . . . 'ইনেবেম্মা ঐ য়ৌজরক্লে' তুংলোমদগী চঙলক্তুনা তোম্মী মাঙদা লেপলরে। ৱা মখা তারমদনা ঐগী পোৎয়োমসিংদু তাপ তাপ পায়দুনা মানা চঙলকপা লম্বী অদুদা থোকখরে। লেমহৌরিবা এয়ারবেকেতু পায়খৎতুনা ঐসু মাগী মতুং পরপ পরপ ইন্নে। লম্বীদা মানা গারী থৌনা থৌনা হায়রকই- 'ঐদি হান্নদগী হৌনা ইচিং চিংনরবনি'। পাউখুম লৈতে, তুম্মীন্না ফম্মী। মীকুপ অদুদা খংহৌদনা ঐ ইকায়জরকখি।

মথংগী নুমিৎ অদু গান্ধী জয়ন্তীনি। মমাংগী অহিং অদু পাউনম ওংবী দেবেসোরীগীদা চাক চারুরগা থেংনা পুং বারো মতুংদা তুমখি। নোংঙাল্লগা মখোয়না হৌগৎলকপদু অয়ুক্কী পুং ১১ দনি। সিতি লাইফক্কী মওং ঐ মখোয়গী মনাক্তগী তস্মা হৌখি। মহৌসাগী মহৌসা ঐদি ঐগী মতমদা হৌগৎলগা করিনো করিনো তৌনবা হোৎনববসু পুক্লিং লৈতাবা ঙর্মখিদে। হৌজিক তৌগদবসি কবিনো! অসুম্না খঞ্জানরিঙৈদা নুমিৎ অদুসু হৌখ্রে। নোংঙানবগা তোম্মী ফুক হৌগতুনা ব্রেকফাস্ট খবা হোবে হো‍ং, চারগা মাগী থবক মফমদা চৎখ্রে। মতৌ অদুগুম্না মচেম্সি ইবেম্মসু মাগী থবক মফমদা খোংসানখ্রে। ঐনা দিল্লিদা ঙন্না লাকপগী মরমদি র্দুগা পুজাগী সুতিসু লৈবননি। ইথন্তা ঐনা ফুক হৌগৎতুনা থবক পুন্নমক লোয়শিল্লবদি পুন্নমক ফরগদবনি। কনানা হাযরিবনো দিল্লি ঐখোযগী কোনুংনি। কোনুংদি কোনুংনি অদুবু ঐখোয়গী মফমদি কদায। হেন্না হায়জিনবা নত্তে, মখোয় থবক যান্না চিল্লি। মীরম অসিদা থবক তৌদুনা হিংনবা মথন মথন্তা হোৎনরিবনি. ভারতকী মপান্দা চৎপা মসিনা অহানবা নত্তে অদুবু ভিসা লৌবগী এক্সপরিয়েন্সতি লৈতে। মদুনা অয়াম্বা বা য়াম্নরিবনি। য়ুমজকৈসাদু তোম্মী খবা ঙন্না হলক্লগা ট্রেভেল এজেন্ট অমা উন্নরুবদা ঐখোয়গী তোঙানবা মায়থোং অসি য়েংলগা থবক অদু মানা হেন্না লুসিনহনবগী মওং অমা চৎথরক্লে। অদুমকপু মাগী পাউতাকতগী নোংঙানবদা উচিন-নাচিন্না হেলথ্ ইনসুরেন্সকী সার্তিফিকেততি লৌহৌরে। ইন্সুরেন্স ওফিসতা সোয় তৌগদবা ওফিসার অদু কয়া কুয়না ঙায়নখ্রে। মানা মতম চানা লাকপিরম্লবদি নুমিৎ অদু থবক ফনা য়াম্না লোয়সিলম্বা য়াবনি। ঐখোয়না আস্ত্রিযাগী এম্বেসি য়ৌবা মতমদা অয়ুক্কী পুং ১২ তাখ্রে, খোঙ লোনসিলমলে। য়ুমদা হলকপা তখি।

ইম্ফালগী এয়ারপোর্তা মীনিন অদুদা নর্ভস চৎলকখি। বেগতগী ঈশিং অমদি গুলি লৌথোক্তুনা চাসিল্লে। মীনিন মরক্তা চাউরকপী ঐনি! তাঞ্জা অদুদা ইনাও অমা চংলক্তুনা দিল্লিদা লৈবা ইনাও ইবুংঙোদা খবর অমতা পীবিরম্মু হায়দুনা শিন্নরমখি। খবরদু থিনবা চৎলুবদা ঐনা দিল্লিদা লাকপগী মরম মহাক্কী ইবেম্মা অমদি মচানুপী অপীকপী অদুনা খংহৌই। মহাক তশেংনদি ঐগী ইপামগী সাগৈগী ইবুংনি। ঝা অদুদি কনাসু নিংসিঙনদ্রে। মহাক তামোগী পোকমীন্নবদগী হেল্লবা মনাওনুপানি। মদুনি ঐখোয়গী মরিদি। মথংগী ইরাই নুমিৎতা ঐহাকপু আস্ট্রিয়াগী এম্বেসিদা থম্বীরল্লগা তোম্মী মাগী ওফিসতা চৎখিবা তাখি। মাগী উপায় লৈখিদে। অয়ুক্কী পুং তবামাথোই চপ চানা তারকপা, ঐগী থবক লোয়শিন্দুনা ইথন্তা তোম্মীগী লৈফম, হৌজিক ঐগী যুম ওইবিবা Gıeen Park R .1 দা হনবা মতম অদুদা ঐগী ইনাও ইবুংঙো, খংহৌদনা চংলক্তুনা লেপলরে। মহাক মথৌ য়ান্না চিনবা মীনি। অদুনা মদু মঙোন্দা হংলুদে অদুগা থাজবসু থমলুদে।

চহি ২৪ অরাম্বমদা ওংবদা নোংমতসু হংগৎনা য়েংলুদবা, ঐনা য়ান্না ব্যাভার তৌজবা ইবুংদুগী স্কুতর মনিংদা ফমদুনা ঐহাক হল্লকখি। অসুন্না নুংসিবিবা অসিনা হেন্না পুক্কীং নুংসিখ্রে। লম্বী লানথোক-লানসিন্দা ঙহাক ঙহাক লেপ্পা অদুদা ফুতপাথদা চৎলম্বা মযাং নুপা অমা ঐবু য়েংদুনা লেপ্পী। লোয়বা খম্বা নাইদনা মথন্তা পংতাদা তানল্লিবা পিদু ঐনা খোঞ্জেল থোকহন্দনা তপ্পা তপ্পা তৈথোকপদু মহাক ঙক্না য়েংই। মণিপুব ভবনগী ঐগী এক্সপেরিয়েন্স অদু তারগা মহাক্না সাওনিংবা ফাজিন্দুনা হায়রকই—

'মখোয়না লাকউ হাযদুনা হান্না বার্ত্তন তৌবকপনিনা ঝাফমদু কবিনো হাযদুনা যাম্মুংনা সেংদোকফম থোকপনি। ঐনা হায়করবদি খৎনবা হৌবা ওইনা থোক্লগনি। ঐ য়াম্নংদা হায়খিগে। কবিসু নুংঙায়তবা তৌরগনু'।

তাঞ্জা অদুদা অমতং তাংনা ফংজবী মচা ইবেম্মদু য়োং লমহেনবা অমনা চিকলে হায়দুনা তৌরম্মী। কয়া নুংঙায়খদ্রে। অঙাং অদুগী হিদাক কাপ্পা অমদি লায়েংবগী, মসাগী জর্নেলিস ওইবগী চিল্লবা মবক অদুদা আস্তিয়া অমদি সুইজলেন্দগী এম্বেসিদগী ঐবু লৌরবগী থৌদাং মহাক্না হংলুদনা লৌবীখি। চৎকদবা হয়েংতা ঙায়ববা ঐগী ইফি-ইরোনশিং হংলকখি। মচানুপী বোর্দিং স্কুলদা থিলমদাইগী মতৌগুম ঐগী ইফি-ইবোন য়েংবা লোইরগা দিল্লিগী ইনাকখুম্বশিংগী কৈথেন, সাউথ এক্সকী চাউরবা মসক নাইবা দুকান অমদা পুরদুনা ঐগী জেকেত অমা লৈবীখি। নুমিৎ অদু তশেংনা মাগী মচানুপী ওইখি। ঐ পোকপদগী চেন চিংখৎপা জেকেত ওইবো অমা ওইরো অমতা লিৎখিদ্রি। জেকেত অদু লিৎলো চারত্রা য়েংলসি হান্নবা মতাং অদুদা ইকায়

ইকায় লিৎশিন্দুনা য়েংবা তাখি। লিৎপবুদি লিৎসিল্লে হায়ববু ঐ নর্ভস চৎতুনা চেন পানসিনবা হৈখিদে। মহাক্কা মচানুপী অপংবী অদুগী চেন চিংখৎপিখি।

চৎথোক-চৎসিনগীদি ইবেম্মা পাউনম ওংবীনা ভান অমা তোম্মীদা পীদুনা য়াম্না নুংঙায়হনখি। ইবেম্মগী তুংইন্দুনা অল ইন্দিয়া মাওন্টেনিয়ারিং ফেদেরেসনগী ওফিসতা কোয়বা ওইনা চৎলুই। ব্রাংলপ তৌবা জগা অমদা দিল্লি সহরদগী খজিক্তুং লাপ্পা লৈবা জগা অমদনি। মহাক্কী চহি ১৫ গী মচানুপা অহল চীং কাবগী ত্রেনিং য়াওবি। মহাক লৌবা চৎপনি। লোয়রোই লোয়রোই অসুম ব্রাংখৎলকপদা ঐনা হায়কই— 'চীং অমা যৌরমাল্লে'। মচন নুপী চহি তরা ফাদ্রিবী, য়া সিনবগী ঙাংবা শকপা য়াম্না য়াওখৎলক্লিবী অদুনা হায়রকই—

'দিল্লিদা চীং লৈতে।'

মখোযগী চীং কাবা তমফম অদু সংসাদ অমনি। ঐখোয়গী লমদনদা লৈবা অদুদদি ঐ বয়াবক চৎপ্রে। অহিং লেকলগা লোক্তাক্তা নুমিৎ থোকপা ফাওবা যেংলুরে। চীং সৃকলৈ লৈতবা দিল্লিদা চীং অমা সেমদুনা তমফম অমা খম্বনি। ঐখোয়গীনা চীংদা চীংকাবা তঙ্গনি। মখোযগীনা খুৎসেমনা ফজহনর্বনি।

হল্লক্লগা অঙাং অনিনা নিঙাই তৌদুনা ঐখোয মেকদোনেলগীদা অচাপোৎ লাবা চংলুই। মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নবা চাফম অদু য়েংলগা ঐনা হায়রকই

'মসি মণিপুরদসু অমা হাংলবদি য়াম্না সিৎকনি'।

'য়ারোইদা, পেসা শায়বা লাক্কনি, অদুম মুৎতুনা তোক্কনি'। নুপামচা অদুনা হায়বকই।

ঐ খংপ্রেক খংই। পাউখুম পীনিঙায় লৈতে।

মখোয অনিগী নিঙায়দগী মেলা অমসু চৎলুই। চাউরবা ভারতকী খুৎসা হৈবগী লমদা মপানগী লৈবাকসিংগা খুৎসম্নদুনা নৌনা পুথোরক্লিবা ইমুংদা সিজিন্নবা পোৎলমশিং-- তি. ভি., রিফ্রিজিরেটর, ব্রাসিং মেচিন, মির্কো ওভন অসিনচিংবা। অসুম য়েংলগা নোকনিংলকই - পিক্লবা মণিপুর ভারতকী চাউরবা কৈথেন অমনি। অদুবু অসিগুম্বা পোৎসিং অসিগীদি নৎতে। অনৌবা, অতাংবা, ফজবা পোৎসিং অসি লৈবা ঙম্বা, ঐগী মণিপুবদা লৈতে। নপুম থিৎনা নোমলবসু নোংমা নোংমগী লাইরথরক্লীবী মণিপুর, কৈদৌঙৈনো নঙনা নমান্নবা মীরক তিল্লুগদবা।

চিল্লবা দিল্লিগী নুংদাংগী ময়ুম হন্নরকপগী মশিং লাকঙমদ্রবা কাব মরক অদুদা পাওনম ওংবী ইবেম্মনা মসাগী কার অদুদা ঐখোয়বু থিনবিরম্লগা মচা অনিগা হনমিন্নখি।

দিল্লিদা নুমিৎ তরানি লৈবগী খরচ তোম্মীগী মচেমসি নিংথিবী রাজকুমারীনা লোয়না পুবীখি। 'ইনেবেম্মা, ঐ পৈসা থোকলবনি; ঐনা ঙম্বা খরদং পাংজবনি' হায়দুনা মানা ঙমজবা মওংদা ঐবু নুংঙায়হন্নবা হোৎনবনি। ইম্ফালদগী অসিবগুম দিল্লিদা থুংলখি। চয়োল অমগী মতুংদা মানা নোক্রদুনা, 'ইনেবেম্মা মায়দু খরা পাকথোকচরে'। মখোয় মচিন-মপুৱানা ঐবু লুনা তৌবিবা অদুনা ঐসু খরা হনগৎখি। মহাক্না তৎতনা হায়খি—

'ইনেবেম্মা, মসিদি মী খুদিংমক্তা নোংমা নৎত্রগা নোংমা লোয়না থোক্লগদবনি, নতোমতা নত্তে'।

লমসাংদা মপাইবুংঙোনা রেসিদেন্সিয়েল স্কুল অমা লিংখৎপা মতমদা মাইল মঙাগী ইরোইসেম্বা চীংগোনগী চীক্লবা লম্বী অদুদা সাইকলনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলগা ঐসু ওজা ওইনা থবক পুবা যাওখি। মতমদু ইকুই কুইদনা চীংগোন অদুদা বেপ কেস অমা থোকখিবগী য়াম্না কিনবি। খবা লৈবগা ঐখোয়গী ওজা অতৈসু সাইকল তোংদুনা চৎপা হৌর্নখি। মতম অদুদা নিংথিবী পিসক পিক্লী। ইচন ইবেম্মগী মচা ইমৌ ওইরবসু ঐগী ছাত্রী ওইনা মাগা ঐগা খংনখি। ঙসিনা ঐনা মাগী সহায় লৌববে। নুংদাং খুদিংগী ওফিসতগী কুমলকলগা চাক চামীন্নবদা মানা ৱাবী লি -

'মখোযনা হংই, নিংথীবী নহাকপু বাজকুমারীরা'?

'ঐনা খুম্মী, নত্তে নত্তে, বাজকুমারী হায়রবসি ঐগী মিংনি, সুম কৌসিনবনি। ঐদি মীচমনি'। মখোয়না তৎতনা ঙাংনৈ-- 'নিংথিবীদা নিংথৌগী ইমুং মনুংগীত ওইবা মতৌ অমা যাওরি'।'. ঐখোযগী ওফিসকী অচৌ অচৌবা পার্তিদা ঐহাক ফনেক মপান নাইবা সেৎলগা মৈতৈ ফিহৈন্দা সনা খজিক্তং তরু তরু সিবগা কেরগা চৎলি। নোংমতা মখোযগা জগোগ সামিন্নদে, য়ু থকপা য়াওরুদে। চৎপা মতমদা ঐগী ইপুবা পুবগা চৎলি নৎত্রগা মখোযনা লৌরবা লাক্লগা মখোয়গা হনমীন্নরকই। ওফিসকী অব্বা অরাইবা ঐঙোন্দা সিন্নবা থবক পুন্নমক সিৎ নান্না লোয়সিল্লগা তৌখিবা ঙাক্তনি। ঐগী ইমানা ফি সেৎপা মতমদা দিসেন্ত ওইনা সেৎলু হায় অদুনা ঐদি ওফিস কাবা মতমদা ফুবিৎ খুদাং চোনবী ঙকসম কোয়বী অমা তৎতনা লিৎলি'।

'কনাগুম্বনা হংলকপা য়াওই- নখোয় নোর্থ-ইস্টতগী লাকপী নুপীশিং য়াম্না উবে। মখোয়দি . .। ঐনা খুম্মী মখোয়দু মৈতৈ নুপী ওইরমলোয়'।

'ঐদি ইপাগী মরিদা য়েংলবসু ইমাগী মৱিদা য়েংলবসু অকনবা য়ুমফমদগী হৌরকপনি। থবক খুদিংমক্তা মখোয়না ঐবু লাকচবা ঙমদে'।

ইথন্তা থম্মোয়দা চাউথোকচৈ— বাজকুমারী. ঐখোয়গী মজা ইবেম্মা, মাংখ্রবা নিংথৌ লৈবাক অমগী!

ওক্তোবর ১১, নুমিদাংৱাইরম পুং ৬ তারকপদা তোম্মীগা লোয়ননা পাউনম ওংবী ইবেম্মগী ভান অদুদা য়ুরোপ যাত্রাগীদমক এযাবপোর্ত তমখি।

অহানবা সরুক

# আই লভ ইতালিয়া!

## ক

'What do you think of us, Italians'?

'I love Italia'!

ঐনা খুৎ থাঙ্গৎতুনা থম্মোয অসে হাংদোকলদুনা লাউকই

ইন্দিয়ান কলচরগী সাহুমদণা। ঐখোয়গী সাহিত্য পুমসি সিকবে। নখোয়গী ইতালিয়ানদগী বিনাইসা লাক্লবদা ঐখোয়গী ইরোন অমুক হন্না ইদুনা ঐখোয়গী সাহিত্য অমুক হন্না হিংগৎখি।

পংচাউ চাউদবা হোল অদু পাগোক্লা লেপলিবা, ফমলিবা মখোয়গী নোংমাল্লবা মীৎয়েংসি দু ঐনা মীৎচানখি। মফম অদো মখোয়না নাপোলি হায়না খঙনবা মেদিটরেনিয়ান সিগী তোর্বান্দা বিসুভিয়স চীংদোনগা মানোক্লদুনা লেপলিবা লৈবা সহর নেপলসতনি।

ইতালিযাগা শকথেংনবা মসিনা অহানবা নত্তে। মদু অস্ট্রিয়াগা থংনবা অনাং লোংপোকথংবা ইতালিগী চালণ্ডা তাম্না লৈবা অপিকপা মফম ক্রিসাংকোদনি। অস্ট্রিয়াগী গ্রাজ সহরদা নুমিৎ হুমনি লৈবমলগা মফম অদু তাগ্না ঐখোয়গী ভান অদু থৌদোকখি। ড্রাইভরদি লিজানি। চহি অনিগী অপিকপা নুপীমচা অমগী মমা, চহি ৩১ গী মৌনতা লিজানা অলপসকী লোইবোইবা চীংলম্বীদা পুং নিপান থৌরখি। ঐনা মাগী মতেং পাংনিংখি। বোর্ব সিংতা ফাজিন্দুনা ফমহল্লিবা অপিনপা জোয়গী মনাও। যমদুনা লম্বী লমশাং অদু ঐন। মাবু সেম্নবগী থৌদাং লৌজখি। মদু নিংশিঙলুবদা অকিবনি। নুমিৎ অদু অদুমনা হৌহি হায়বন্য ঐনা জোসিগী মীচংদা মাগী মমা মপা অনিবু নুংসিখিদে। মদু মখোয়সু খঙখি। মখোয়না ঐবু চুম্মীদি হায়নিংখিদে

নোংপোক অমদি নোংচুপ ইরাই লাযনা হেক উনবা হৌনদমাক্লে। ঐনা অপিকপী জোযিদগী অচৌবা নংসিবা ফংখি। মদুনা লুববা তাংফম কয়াদগী ঐবু কনবিখি। ও! জোযি ঐগী অপিকপী নুংসিবী জোযি। নঙবু কৈদৌঙে ইথাদা অমুক কোনজবা ফংগনি। ঐখোয় অনিবু উবগা মমানা তৎতনা হায়খি– 'They are falling in love' ঐনা নেপলসতগী হলকপদা চযোল অমবোম উনকদ্রবগী তুংদা জোযিবু উদিনেদা রেস্টুরেন্ট অমদা অমুক হন্না উন্নববদা, জোযিগী অপিকপা পাম্বোমনা ঐবু কবক কবক কোনসিল্লগা মবান লৈত্রিবা নুংসিববা চহি অনি ফাবাৎত্রিবা মচিনবান মচা অদুনা ঐগী মায, মিৎ, চিশ্বান অফং অফংবা চুপখি। ঐগী থৱায সোকহনখি। মমানা চাক চাযমগী চৌত্রি মখক্তগী উক উক লৈদুনা কুম্মে অদো ফোতো নমখি।

আস্ত্রিযা লানথোল্লগা ইতালি হেক চংলকপা ঙমখৈদা থাউ হানফম অচৌবা অমা লেবম্মী। মসিগুম্বসি ইউবোপ সিন থুংনা লৈবাক্কী ঙমখৈদা লৈবম্মী। মদুদা থাউ হাং, পৈসা ওঙ্খোকলে তোইলেত চঙনকবে, কোফিনা কোফি বিযাবনা বিযাং মা।মান' 'গাবপ' থক্রবে। কুইনা পন্থনবদি নত্তে। মতমদু নুমিৎসু তাগদোবে। ঐখোযগী হৱাউ ইতালিযান ঙা বদি লিজা মথন্তনি। পুন্নমক লিজাগী থবকনি। আস্ত্রিযাদসু শমচৌহি ঙামন ঙা বা লিজা মথন্তনি। মীগী মতৌ যেংলগা নোকদবগী ফিভমদা লৈবা মাগী পাম্বা লান্নতো নোক্রিংলমাক্লে, ঐঙোন্দা মুকম মুকম তৌবদুনা হাযরকই– 'বা হব মোবগা লিজা ইতালিযান ঙাংবা হৌবক্লে যেংঙু'। ঐখোযনা ভান লৈবা মনি গা ফমফমদা মৈবি অমদি অপিবানা বাবী সান্নবকই– 'পোৎপু ওঙ্খে ন্না 'খ্রনে মখোযগীসি'। কান্নদি এসু ঙকখি ইতালিদদি পোৎ খুদিংমক লৈবা লিশিং লিশিংনা খুত্তিং ওইদুনা যোল্লি। ইউবোপতা পোৎ খ্বাইদগী হোংবদি ইতালিদনি। 'লগাদনা পোৎ পুন্নমক ইতালিদা লৈহৌবো' হাযদুনা লিজানা হাযনব পদাদি ইতালিগী খোংচৎ লোইবমদাইদনি।

মফম অদদগী পু, ৪ গুন্ধ। থেৌববা মতুংদা গাবী খামলে। মফমদু মৈ ঙান্দ অদুগা ইচিক চিকপগুম চৌই। ঐখোযগী থুংফম যৌবব্রা হাযবসু ঐ থোযনা খঙদে। মখোয লোম নমব মথং মথং কুমগখে। কনানো অমগা মখোযগা বা ঙাংনবা, অহানবা উনবগী নুংঙাযবা ফোংদোক্লবা বাতৈ অমদি মীনোক, লোযনা লোযননা ঐগী ইমিং পন্দুনা ঐবু হংবসু মথং মথং তাবকক্লে। জোযিদি চোকথবদুনা ইসি সিনা তুমলি। ঐসু মীৎফাওবা পাংনিংদ্রবা মতমনি। মমা ঙাযদুনা ঐ মাবু সংলি।

লাউনা হাংদোক্লবা ভানগী, থাঙবাদা লিজা লেপলবে, কনানো মীযাইদা খবা লৈসিল্লবা নুপা অমগা, সেংফাৎতবা লম্বাগী মঙান্দা সেংনা উবা ফংদে। লিজানা মাবু ঐঙোন্দা শক তাকই

‘মেমচৌবী, মহাক আওরোনি’।

‘আওরো হায়ব্রা মাওরো হাযব্রা’?

মখোয অনি খোঞ্জেল থোক্লা নোকলকই। ঐনা তৎতনা তাখি লিজানা মাওবো মাবা গী মরমদা ঙাংব্বা। মহাক খোংচৎ অসিগী ইতালিগী কো-ওর্দিনেতরনি। মহাক লাল্পকী ইতালিয়ান ত্রান্সলেতরনি অমদি ঐগীসু ত্রান্সলেতবনি। অদুবু মখোযনা আওবোগী মরমদা অমুক্তা পনখিবা লৈতে। ঐনা মাগী মমিং তাবদি মহাকপু উবা মীৎকুপ অসিদনি। ব্বা ঙাংদনা, মোমোন নোক্কুনা, খুৎ তিংথোক্কুনা লেপলবিবা, ঐনা অহানবা উখিবা অসিনি আওবো। মসিবু তশেংনা খঙলকপদি য়ুবোপকী খোংচৎ লোযববা মতমদনি।

তশেংনা মকুপ খবদি অহানবা উবা মীকু প্তা খঙই মকুপনি। মীওইবগী পুন্সিদা খায়দগী মমল যাম্বা পোৎতি মকুপনি। লাইনক ফবা খবতনা মকুপপু ফংজবনি। আংলোগা খুৎ সোক্লবগা, মখাদা কুমথববদা, লক্ষ্মীগী চাঁদায অদুদা তৃপী উপ্পা কাওবোই মাননা মপেপ বাংলপ তৌবা নুপা অমনা খুৎ সোক্লবে। মহাক অদুনি মাওবো। কুইববগী তুংদা উন্নবা মকুপ অবিবগুম মাঙ থাদুনা হবাও হনাও সিবি পবেং অমা কামিন্নবগা নৈগী কাগী খোঙজিন যৌনা থিনজিনবীবে। ঐডোন্দা হান্না বাবী সাবা হৌবকখিননা যা ঙাংনা আওবোনি। মহাক্লা সংস্কৃত মমিং অমা খোঙ্লোক ইসু সৃদনা খঙব্রা হাযদুনা হংলকই। ঐনা ঙকপদু উবগা মহাক্লা মদু যোগগী সংস্তান অমগী মমিংনি হাযদুনা নাকপগা লোযননা মহাক সংস্তান অদুগী প্রসিদেন্টনি হাযদুনা মশকসু তাকচবে। ঐনা নুংঙাযবদুনা মখা তাকই -

‘ও’ নহাক যোগ তৌবোইবে। ফবেনে। ঐসু যোগ প্রেকতিস তৌই। পুন্না তৌমীন্নবা যাবেনে। মী কযামুক প্রেকতিস তৌমিন্নে’।

ঐ ইথম্তা তৌই’।

অস। কবিনোনে ব্বা অসিবু, ঐ মখা তাকদ্রে। নুমিদাংদু পংথেং থেংদ্রি। অদুবু মখোয কুইনা পঙ্থবমদ্রে। চৎলমদাই যৌববদা মাওবো কাখৎলক্কুনা ঐগী ইনাক্তা লেপলবে–

‘কনাগুম্বা অমনা লানগী লালাউ লাউববদি কনাগুম্বা অমনা সোযদনা তাগনি’।

ঐ তুম্মীন্না ঙক্কুনা লেপত্না লৈহৌই। গুদ নাইত ফাওবা হাযহৌদে, ওল্লোকপনি। ঐগী ইংলিসকী সৈবেং ‘Untained Dragon’ দগী পবেং অমগী পাউখুমখি মহাক্লা পিবমখিবদু। লিজানা হাযখি - মাওবোনা ঐগী শৈবেংবু এপ্রিসিযেত যান্না তৌই।

চিগোংলৈদা যাকসিনবা, লৈবোং থোকপা মোনপাক ফিদক অমদি ফুত তরা হেলপ সিলিং যৌনবা বাংবা ওলিব গ্রীনগী উপু অমা ফক্লাং থুমনা থুংনা লৈরিবা কা অদু অহানবদা চঙবদা ঐ কযা হৈনখিদবনি। অযুক অদু থোঙনাউ হাংদোকউবদা উবে– অনৌবা নুমিৎকী অমেংবা সনা মসেক্লা চাযথোকলবা, লোয়বোইবা চীংদুম চীংদুমতনা ত্রাম্না তাম্না অসুম ৱাংখৎখ্রিবা চীংজাও নাপোম ’মদা ইংলবা চিক্লবা নিংথিবনা অযুক অমা। অসুম যেংসিল্লুবদা উবকই– বিইলো পাম্বী অমা লুকথদুনা সল্লাংনা লেমাযদা ওবো ওবো চোনথবদুনা কপলি। বিন প্লুপ জেকেত, স্লিকব সু, মফংবে পনপ পবপ হোংদুনা মখাদা কুমথবে। ঙবাং ইচিক চিকখিবা তবক তবকখিবা নাম্মিদা, [illegible] অযুক অদুদা মঙলৈবাক্লুম ঐবু ওকলদুনা থোঙজিন্দা লেপলম্মী। ঐগী মাঙদা [illegible] জাও অমা মসা মাবে সন্দোকলদুনা লেপলি। উ হৌদবা অহাং অহাংবা সবকশিং অদু ফক্লাংদা সুনা তেবঙম ইঙৌ ঙৌনা উই। ঐগী থোঙজিন্দা সাংনা নোংপোক নোংচুপ ওইনা লৈবিবা পংচাউ চাউদবা লম্বী অদুগী মখাদা লোক [illegible] লোইবোই লোইনোই ঙমথখ্রগা উমং বাম ওইনা লৈখ্রে। বাংলবা চীংদোন পবে, অদুগী মথক্তা লেচিল অঙৌবা চবুন চবুন পাযখৎলক্লিবা অদুনা মৈথু থাদ্রবা লবনা তস বা মতিযা অদু মযাই কাইখ্রি। হৌখিবা চযোল অনি ভিযেনা অমদি গ্রাজ সহরগী [illegible] দলান মবক্তা লোযবা খম্বা নাইদ্রবা নুঙ চল্লবা লম্বীশিংনা [illegible] লোন হানবা মখং লুদবদু, মীকুপ অসিদা নিংতমজরে।

ত্রিসাংকো যম্না পিকপা তিন স্টেসন অমনি। যুম পম্যাম যাম্না তাদে। মুম্লক যাওদুনা চংশিনবা লম্বাসিং অযাম্বনা পিকই। বানিগুম্বা কাব অমতং চি লাউনা চল্লি। [illegible] অচম্বা মাংইসিংনা লোনবা লুমসি। বসা ওইবমাম্লে। নুঙগী অপিকপা লম্পাকশি অমাদি নুঙ চল্লনা অপিকপা লম্বীসিং অসুম অসুম মথং মথ চংসিনখিবদা [illegible] সহবন চংলিবত্রমক। অহানবা [illegible] দলান অদুগী সুমাংদা থৌবি [illegible] মমাঙথোংডাইহাংই। ই অদুগী মমিংতগী ওইনা খাবিবা সংবন মনু দা ভবিনা অপিন পা ইক্সাং নানী অমদি [illegible] সুণী ইং খোলশিং তামহৌবনা ইয়ুমগী মনম অমদি মশক্লা নক্লা লক্লবকই। মফম অদু হাসুক্কী মতিক পিকই, কৈথেনফাও লৈতে। অমুক্কী পং মাপন তাদ্রিক্তুদা চানা থক্লবা পোৎ থন্না যাওবা ভান অমা লাকপদি উই। ঐখায়না লৈনিবা হোতেল অদুমখক্তনি ত্রিসাংকোদা লৈনিবা। লঞ্চ অমদি দিনবগী মতমদা মফম অদুদা লৈবিবা অযাম্বা ইমুংসিংগী মীনা পীক পীক থন্না লাক্তুনা চাবে। যুরোপিযানসিংগীদি মযাম পুন্না চামীন থবমান্নবা হাযবা অসি যাম্না মকওইবা সোসিয়েল ফংসন অমনি। অপিকপা যিসাংকো মবা কাযনা চা থক্তুনা ইংনা চিক্লা নে তানা পাঙ্গে। মাওংোনা হায়খি [illegible] মফমসিগী মীনা চাবা নত্তনা অতৈ অমত্তা তৌদে। ভিযেনাদগী চাবম থকলম খাদনা লাকপদু মফম অসি তৌনদা পুক থন্না চাজবা ফংখি।

হোতেল মপু অদু মসা চাউবা, থৌজাল হৈবা চিং লেম্বা মায়থোংনি। মহাক চাকথোংবগী তুগী অঙৌবা অমা উপলদুনা থোংবা থাকপা যাওদুনা লৈ। ময়ামদু ওকলিবী চাবা থকপা পান্নরিবী ইবেম্মদু য়াতোন উৎনা মোমোন নোক্তুনা লৈবী, ইমুং মনুংগী লৈখোন চেনবী অমদি মচিন-মখা য়াম্না নুংসিবা মীনি। মহাক্না ইংলিস অমতা খঙদে অদুগা ঐনা ইতালিয়ান অমতা খঙদে। নোংমা নিনিগী মনুংদা ঐখোয় অনি মকপ ওইরে। ঐনা চাকসংদা চুমদ্রিং চংলগা চানিংবা অমদি চাবা য়াবসিং খুদোম্বী থিনগনি। থাংবু ওইরো থুমবু ওইরো ঐগী চাকখুমগুম ঐনা চংদুনা কোরো কোবো ওৎপদু চংলক্তুনা ঐগী ইতেং পাংখি। কবিগুম্বদা মীটিৎনা ফাওবা যেংলক্তে। ঐখোয়না অচিং মবি তুমলগা ফ্রিসাংকো থাদোকপা মতমদা, হোতেল মপু অদু মাগী চাকথোংবগী অঙৌবা ফিজোল অদুগা থোঙজিন মযাদা থারিবা চৌক্রি অমদা লেমনা কমলদুনা ঐখোযদা বিদায পীনবা ঙাইদুনা ফমলমাখ। মীকুপতুদা খংলকখি- ঐখোয নহানমখৈ মঙাঙ্কা। থাতথীাসু ওইবম্মী। ঐবু নুনা তৌবীখিবী ইবেম্মদু লৈবমদে। অদুবু কদায়দগীনো থুনা হোবে হোবে চেষ্ণোবগুনা বিদায পীবৈ।' কবিগুম্বা যুরোপতা অমুক চলকপা খোকলবদি মফম 'অসিদা অমুক হঞ্জবক্কেকো' অসুম্না থম্মোয়দা সোনজনগা মখোযগী থৌজান মীৎযেংদগী নানখোরকখি।

ফ্রিসাংকো। ফ্রিসাংকো 'মফম অসিদগীসু হৌখি ঐখোযগী নুংঙায়নদবগী অবাবা য়াবী।

মাংদা লৈবম্বা লম্বীদুগী মতুংইন্ন' নোংচুপ পাংনা অসুম মথং মথং চংসিল্লগদা ইখং খংহৌদনা খুন লোযখ্রে অমদি লম্বী লোয়খ্রে। অতম ওংখায চলকপগী অকৈনবা উনানা কুপ্পলবা মীনা চৎপিদ্রনা লম্বা অমা চাংখাদা লোযবোহি লোযবোহি তাযথখ্রে। অদুগা চা লোন পবেং অমনা সাংনা থৎতুনা লেপলি। কোযনা যেংলুনদা অপিকপা অংগুবগী ইংখোল অমা-- য়েংসিল্লবদা থামৈদা পানবা হৈবোন চবোং খরা মুসিন মুন্না কংশিল্লক্লবা মনাসিংগী মবক্তা উবে। সং বনসু খাদে। ঐনা চংসিন্দুনা অমা অনি পং পৎ থৎতুনা য়ানুংদা হুকচিল্লগা চবোং খরা জোযিগীদমক হেকলে। ঐনা হোতেল যৌবদুনা চংখিবদা মাওবো য়ৌবকলম্মে। লান্স, লিজা অমদি জোযিগা ব্রেকফ্রাস্ট চাদুনা লৈরম্মী। ঐগী অংগুরদু উবদা হোতেলগী মী ওকলিবী থৌজাল হৈবীদুনা চামথোকখিগে হায়দুনা লৌখ্রে। চামথোক্লগা লিক্লিগী তেংগোৎ অমদা হাপলগা কবি করিনো খবসু ঙাংলদুনা পীববে। মাগী বাহৈসিংদু লিজানা হন্দোকই - ফ্রামরসিংনা তিন তাদনবা হিদাক চায়। চামদনা চাবা ফত্তে হায়বনি'।

'এ, ঐদি অনিবু চাথোকলবে।'

মাওবোনা নোক্লদুনা-

'নহাক্তী অংগুর হুরান্নুরিবোইরে!'

ঙরাংতা খংনবা মরুপনি। অদুন্না হায়রক্কনি থাজরুদে। মান্নি, তশেংনা হুরানবনি। ওম্মোকপনি, হুরানবগী ঝাদি সুখনবু খল্লুদে। অংগুর অদু খুজোক সানা হাপলগা খুনমৈদগী খুন্দোনসি তান্না পুদুনা লাকলিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুরোপকী অংগুরগী লবুর্কুসিং অমদি পোল্লাং পিক পিক থন্না হেকপগী মচুগী ফোতো কয়া লাইরিকতা উখি। মদু ওম্মোক্না কল্লকখি। অংগুর হেকপদু য়াম্না য়াওনিংখি। মদুনি । ঐনা খুমফম খংদদুনা খুমলুবা সাই--

'সংবনকা খাপোৎ নত্তে। ওম্মোক্না হেক হেকনিংলুরে'।

মাওরোনা অংগুর অমা লৌদুনা চারগা খুমলকই--

'ঐগীসু য়াম্না পালম্বনি। হৌজিক্তি লোয়খ্রেদো'।

চবোং অচৌবা অমদি ঐনা তোঙান্না থম্মী। মদু জোয়িগীনি। নৃমিৎ অদুগী নুংথিল চুপ্পা অমা জোয়ি মপান থোরক্তে। মমানা তম্মী--

'জোয়ি থবক য়াম্না চিল্লি। লাই য়াম্না কন্না য়েকই'। মমানা পেন্টিং মরি মঙা পুথোক্তুনা ঐঙোন্দা পোংনা য়েংহল্লি।

'মেমচৌবী, নঙগী অংগুরদু অমমম লৌ লৌদুনা চা চাদুনা মানা উরু উক লৈদুনা লুকথ লুকথদুনা লাই য়েকপদুদি ওম্মোক্না নোকনিংখ্রজাৎনি'।

মতম অদু জোয়ি অমদি ঐহাক্কী মরি হৌরকপদা ঙাইরি। ভিয়েনাদা ঐগী থোয়না দরকার লৈখিদে। লিজা থবক থোয়না চিন্দে। ভিয়েনাদগী ব্রিকফিল্দ, অদুদগী গ্রাজ। গ্রাজদগী ফ্রিসাংকো ফাওবগী সাংলবা লম্বীদা ঐগী দরকার চোংথোরকখি। সাংলবা লমসাং অদুদা জোয়িনা ঐগী মতেং লৌনিংদা লৌনিংদা লৌবা তাখি। অপিকপী অদুনা চোকথরদুনা মখুৎ অদু থাঙ্গৎতুনা মতোতা সেগ্রাক্তা তিকি হোৎচদুনা মতোমতা নোক্লবা হোৎনখি। মদু করিনো ঐ হৌজিকফাওবা খঙবা ঙমদ্রি। ফ্রিসাংকো য়ৌরবদা মমাগী মখুৎ সমদুনা দিনর চাবগী থোরকপা মতমদা ঐনা সিরি কাখৎলকপদা থেংনখি। অঙৌবদা লৈ মচা মচা কুপ্পা সাংপা তুম্বগী ফি সেৎতুনা লেপলিবী জোয়ি ঐগী এঞ্জল ওইনা উখি। তশেংনা জোয়ি ঐগী এঞ্জল ওইখি। ঐবু উবদা চপ লেপ্তুনা থাগৎপা মীৎয়েংনা ঐবু য়েংলকখি। ফ্রিসাংকো য়ৌরবদা ঐনা মাওরোগা উন্নবা কুমথবকপদা লিজানা মচানুপীগী মনাক্তা চঙখ্রগা তুমলিবী মচানুপীবু য়েংলুরগা মমাই লৈথোরক্তুনা ঐঙোন্দা হায়খি--

'মেমচৌবী, নঙনা ঙসি জোযিগীদমক তৌবিবিবা মসিগীদমক নুংঙাযবা অমদি থাগৎ-ৱাহৈ মতিক চানা ফোংদোক্নবা ৱাহৈ লৈত্রে'।

জোযিনা ঐবু তশেংনা মকপ ওইনা লৌসিনখিবদি ফ্রিসাংকো থাদোক্লগা সান দে পাবকো যৌববা মতমদনি। ঐগী কুচু, ঐগী ইসক অমদি ইসম, মতম চংখি, পাক হেক যাবা নত্তে। ঐনা জোযিগী সনা মচুগী মসম, লাইত ব্লুগী মমিৎ অমদি ময়েক সেংনা ঙৌববা কুচু যেংদুনা কুচু খেৎনবা মসেন ভাপ তান্নদুনা থোক্লিবা ৱাথোকসিংগী বাহন নৌনা থিকই।

অংগুব হুবানলুবা অযুক অদু চাবা ৱানবা লোযবগা ইক লুজবগা খুল তম্না অমুক চৎলে। কাংসি অমগা মতোন বাংনা থিনগৎপা উবকই। ইনক নক্লা চর্চ্চ সোযদনা লৈবমগনি। হুন্দী খবা চৎমীন্নখিবা অমুক হুনমীন্নখিবা থেংনবকই। ঙাস নোংমাইজিংনি। মখাযসিং অদু চর্চ্চ কাকপা ওইবম্বা যাই। খুন অদুগা মযাই ওইনা হাযগৎখিবা লম্বী মচা অমদা অসুম্ন ৱাংলগা চচ্চকী মমাং বাংসি মখোং চপ চানা তাক্লবে। চাউবা হোল অদুগী অবাং থংনদা থোঙ অচৌবা অমগী নামখক হাংদুনা লৈবম্মী। মনুংদা কনাসু লৈবমদে। ইচিক চিকই। ঐ খৃস্টীযান নত্তে মদুবু চচ্চগী অইংবা অচিবপা অসিদি গামজকই। ভিযেনাদসু ঐ চর্চ্চ থিখি। বেদ লাইত বিলদিং মমগী মনাক্ত ইনক নক্লা লৈবম্মী। থোঙদি হাংলমদে। পাং তিংবীববা মফি নিংথিনা থোংদ্রবা সম্লাং চোযববা, সোল্লবা পাববা খৃস্টকী মসাদগী সিন্থব্বিা ঈখেং যেংলগা ইতোমতা কপলুনবনি–

হে মীওইনা নঙসি ওষ্ঠোক্লা মীনুংসি যাওদেদা।

লাম্সনা ঙসি নুমিদাংবাইবমদা মাওবো অমুক লাক্কনি হাযখি। ঙম্মানা অপিবানা মেবি অমদি ঐহাক দিনব চাথোকলে।

ঐখোযনা দিনব চাবিঙৈদা মাওবো, আওবো মিসিজ আওবো, আওবোগী মচানুপা অতোনবা অমদি অতৈ নহা খবগা লোযননা থুংলবে। মী যমফম কাদা ঐখোয লোযনা ইকোশ কোযনা ফম্মীনববদা বাবী বাতায কপা সান্নববা তুংদা মাওবোগা লাম্সকা ঙাংনখি

'মেমচৌবীদগী অযাবা অমা লৌহৌবসি'।

ঐনা লাম্সতা যেংই। পাউখুম ওইনা লাম্সনা ঐগী ইনাক্লা চর্চসলক্কুন হাযবৈ

'ইচন ইবেম্মা, নহাক্কী লৈখিদ্রবা নপুরোইবগী মিংদা কৎথোকপা মীফম অমা মাওরোনা সিনগদৌবিবদুগী অযাবা নঙোন্দগী লৌগে হাযবনি। নহাক্কা য়াবীগনি হাযদুনা থাজৈ'।

অসুক য়াম্না ইকায়খুম্নবা অমদি নুংসিবীবা অসিগী থৌরাংদি তৌহৌদে। পাউখুম ওইনা হৌরুবা য়াওদনা পি সিন্থরক্লে । মায় অসি লৈখোক্লুনা হোয় মাই হায়রমদনা কা অদু থাদোক্লুনা চেলকলে। মিকুপ খরগী তুংদা লিজা তান্নরক্লে। ঐনা লিজাগী তম্পাক্তা লিজানা ঐগী নমগন্দা ঐখোয় অনি কপমীন্নরিঙৈদা লান্স করন্না কাখৎলক্লুনা ঐখোয়গী ইনাক য়ৌরকলম্বনো খংহৌদে। মহাক্না মখনাও সেংদোক্লুনা কপ্পা খাংলগা ঐবু থেমজিলকই–

'নঙগীদমক ঐখোয় লৈরি। নহাক ঐখোয়গী ইচননি'।

ঙহাক্কী তুংদা জোয়ি য়ৌরক্লে। লিজানা জোয়িবু ঐগী তমপাক্তা থাঙ্গৎলবদা জোয়িনা থরাথ রানা, মরোন সুদনা ঐবু কৌরকই–

'চুলী! চুলী।'

পি কংদনা ঐখোয় অহুম অমুক নোকলে। ঐখোয়না নোকপদু উরগা জোয়িসু নোকই। ঐখোয় অহুম জোয়িগা লোয়ননা ফমফম কা অদুদা অমুক চংখিবদা মখোয় তুমীন তুমীন লৈবম্মী। মিসিজ আওরোদি অতোপ্পা কা অমদা ফমখি। ঐবু চেক উবগা মাওবোনা ঐগী খুৎ চেজেৎ পায়সিন্দুনা নুংঙায়তনা হায়রকই-

'ঐনা নঙবু য়াম্না নুংঙায়হন্দ্রব্রা। ঐ সোয়খ্রমাল্লে'।

'কৈসু তৌদেদা। ঐখোয়বু য়াম্না ইকাযখুম্নবীরে। থাগৎচবি'।

মথংগী অয়ুক অদু ঐনা কোযবগী ফি সেৎত্নুনা কুমথরকপদা চুরুত মচৈ অমগা মেবি সৈরেং ইদুনা লৈরম্মী। মনাক্তা লৈপি এসত্রে অমদি তংখায় অমা য়াওবা বিযাব গ্লাস। ঙরাং নুংদাং মানা সের্থখিবা ফি, মেকঅপ, মসম করিমতা হোংদে। সুপ্নতগী নাইত গাউন অমতং মথক্তা কুপ্পী। ঐনা কৌরুই–

'গুদ মোরনিং, নহাক্তি অহিং তুমদনা সৈরেং ইদুনা লৈরবোইরে'।

ইকং কংনা খুমলকই–

'তুম্মী, ঙন্না হৌগৎপনি'।

ইবা মিকুপ অমা লেপলগা, ঐঙোন্দা অপান্ননা য়েংলগা মখা তারকই –

'মেমচৌবী, নহাক লুখ্রবীনি। নঙদি হৌজিক অমুবা সেৎত্নুনা অৱাবা ফোংদোক্লুনা লৈগদবনি'।

ঐদি মহৌসানা অমুবা সেৎকনলি। হৌজিকসু অদুমঙাই অমুবা সুত অনিদুম য়াওরিবনি। সুম থোকউ হায়দুনা অযুক অদু চা মচুদা য়াকসিনবা রাওথোকপগী জেকেত

অমদি খোংগ্রাউ অদুগা লৈ অরাওবগী সামতু ফুরিৎ অমদি মফলবনি ঐনা সেৎলিবদু। ৱা অসিদি নাখ্রেদা। অদুবু ঐনা ফাগী তৌদুনা খুমলুই—

'নঙনা হাযবিদু সোযবেনে। ঐগী কলচবদদি ঐ অমুবা সেৎকদবা নত্তে, সেফ্রোন সেৎকগদবনি'।

'সেফ্রোন কলবদু পামই। ঐ সোযদনা সেৎকনি। অদু অদা ঐ থোযনা মৱা লৌদে'।

'হোয হোয নহাক ইহৌখো, ঐ অস্ুৱাইফাও ৱাকিং চৎলুখিগে'।

উচিন-নাচিন্না ঐ নানখোবক্লে।

মেবি অলোইনদা সোম্বাবু ঐনা অহানবা উখিবদু ভিযেনাদা বেস্টুবেন্ত অমদগী থোবকপদনি। মহাক ঐখোযবু থিবা লাকপনি। মেবি ঐখোযগী প্রোগ্রাম হৌখ্রবা মতুং নুমিৎ হুমনি চোনথবগা থুংলখি। মযেক সেংনা ঙৌববা কুচু, নমগন যৌবা সনা মচুগী ফজববা মসম, নিংথিনা কেববা মাযথোং। মহাক সোম্বী কাংবুগী মনাংকী ফি সেৎতুনা লাকখি। ঐখোয মহাক্কা লোযননা ঐখোযগী হোতেলদা হলকমিন্নখি। মহাক্কী খোংথাং লাউই, লৈমাযদা সাফু পীদুনা মতিং লৈবা মঙন নাইবা খোংথাংনি। ঈসিং চাইবেম্মা * সেদনানা সমুদ্র ইনুংবুংদগী খংহৌদনা ফাওগৎলক্তুনা ঙমখৈ নাইদনা পাক্লবা উনগী লমদম লান্দুনা মালেম অসি ঙমলগে হাযদুনা খোংসাল্লকপগী খোংথাংনি। মহাক্কী নিংথিনা মুহল্লবা লাউবপ তৌবা পাসিংনা কোযসিল্লবা ব্রাউন মচুগী মীৎনহা অনি মীনুংসি যাওদে অদুগা ঙাংহল্লবা ফজববা নোইবপ তৌবা মচিনবান অনি ওম্বোক্লা ওক্তে। মদুবু মযাই হাপগিবদি ফজববা য়া পবেং অনি অদুনি।

নোংমা নিনি ফাওবা মেবিদগী পাউ ফংদবনা মহাক লাক্কনি হাযবা থাজনকদ্রে। মহাক্কী পুংযৈবদুদি মতম চানা থুংলখি। অহানবা থুংলবগী নোংঙানবদু মোজাফুবিৎ নিমায অমগা ইন্নব খোংগ্রাউ অসংবা অমগা থোবক্তুনা ব্রেকফাস্ট চাবখি। নুমিদাংবাই যৌবকপদা হোতেল মপু অদুনা মদুগীদমক ৱাকৎলকপা তাবে। মহাক্তি পুং কুম্মবি যুনম বা ৱা নমদুনা লৈ হাযনসু ঙাংনবকই। মথং নোংঙাবদা, হুমনি সুবগী অযুক অদু ঐনা ব্রেকফাস্ট চাবিঙৈদা চংসিলক্তুনা ঐঙোন্দা কৌবগা নমগন্দা মখুৎনা নানদুনা যাম্না হংগোযদবা মতৌ উৎলমলগা চংখি। ঐনা ঙক্তুনা লৈহৌই। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইবমদা মহাক মযুমদা চৎহনখ্রে হাযবা পাউ নোংঙানবগী ব্রেকফাস্ট চাবিঙৈদা লিজাদা তমদুনা তাখি। বাবী অসুম সান্নবদা নোংমা লিজানা হাযবকই— 'ঐখোযগীসু পংখৈ অমগী মনুংদা নংসিবা, মকপ মপাং ওইবগী মতৌ ফোংদোক্লবনি। পংতৌ তৌনবা নত্তে। মেবিগী পুংযৈবা অদুগী যাম্না হংগোযদবা মতৌ অদুদা ঐখোয খাংবা ঙমদে।'

* এম্বিমোশিংনা খ্বাযদগী হেম্না বি নবা, য়াম্না সাথিবা, সমুদ্রগী লৈখাদা মযুম ওইবী ঈসিং লাইবেম্বী।

মেরিনা হায়— মহাক মতম চানা পাউ পিখি। লাঙ্গ অমদি লিজানা হায়- পাউ ফংদে। মদু কনানা চুম্বনো খংদে। ঐখোয়না ভিয়েনাদা থুংলুবা নোংমা নিনি অদুদা (মেরি লাকত্রিঙৈ) লিজাগী সেলুলর ফোনদু য়াদ্রে হায়দুনা সেমলুবরা লৈরুব্বরা অমা তৌখি। মেরি লাক্লবসু মথংগী রিদিং অদু মহাক ভাবোক মরক্তা ফমহন্দুনা থমখি। থংনবা রিদিংদগী মহাক য়াওবা হৌখি। মহাক্কী পুং নিউজিলেন্দগী লাকপা ঐখোয়গী কবি অপিরানা তেলরনা য়ৈখি। পুকফবা অপিরানা করিনো অমতং হায়রুব্বদা হোয়দ হায়খ্রবনি। ভিয়েনাদা নোংমা মেরিনা ঐঙোন্দা হায়খি—

'মেমচৌবী, নহাক য়াম্না নুংঙায়-য়াইফবা ইমুংদগী থোরকপা মাল্লি। য়েংঙু মখোয়না নঙবু কয়াদ ইকায়খুম্ননা লোয়নরিবা'।

মেরি অসিবু ঙসি কৈদৌরবজাৎনো, খন্না ফ্রিসাংকোগী লম্বী মচাদুদা চৎনা চৎনা 'হয়েং অসি ভেনিসতা সোয়দনা চৎলবদি তি সার্ত অঙাংবা অমা লৈরক্কে অদুনা মেরিগী পাউখুম ওইরগে' হায়বা ৱারেপ অমা লৌখি। পুঙ্গীদা ফুরিৎ অঙাংবা অমত লিৎত্রি, হন্দক্তী লিৎপা তারেদনা।

ভেনিস অদো চৎলমদ্রবদি অদুক য়াম্বা ৱা অদো থোকলমলোয়। ঐগী ফ্রিসাংকোগী পুঙ্গী ৱারী, মী পুন্নমক্কীদি নত্তে। মখোয়গী ৱারী তোঙাল্লি। ভেনিস চৎকদবা নুমিৎকী অয়ুক ঙন্না হৌগৎতুনা ঐ লোয়সিল্লে। অয়ুক্কী পুং ৬ চপ চানা লাঙ্গনা 'মেমচৌবী' হায়না কৌরকপদু ঐ ফি সেৎপা লোয়রে। 'লাকএ' হায়না খুমলগা থোঙ হাংদোক্লবদা, 'লাকও' হায়রমলগা মহাক সিরি কুমথবা হৌখ্রে। মহাক মথন্ত লেপলম্বা অদুদা ঐনা ঙক্কুনা 'মেরিদি' হায়না হংলুবদা লাঙ্গকী মমায় লৈথোকখ্রে, হৈনিংদনা 'থেংলে' হায়রগা সুরু সুরু তৌরকই। ঐনা নিংজিং-মাংজিংন্না 'ঐ কৌগে' হায় রুব্বদা 'কৌরুরনু' হায়না খুল্লগা মহাক্তি মখা য়ৌখ্রে। লাঙ্গনা ঐখোয়গী বোসনি, করম্না মাগী বা হিক্তোক্কনি। মথক্কী অহানবা মথোন অদুদা মেরি, ঐ অমদি লাঙ্গকী ইমুং ইকোয় কোয়না মায়য়োক্লনা লৈমিন্নরিবনি। অপিরানানা মথক্কী অনিসুবা মথোন্দা। ঐনা মখা য়ৌরবদা লাঙ্গনা হায়রকই—

'মখোয় অনি (মেরি অমদি অপিরানা) ঙরাং অহিং পুং ২.৩০ দা তুম্বা চংখিবনি'।

লাঙ্গ, মেরি অমদি অপিরানা , য়ুগীদমক চপ চাবা লাম্বানি। ঐ করিসু খুমদে। হৌজিক্তি সোয়দ্রে, ঐ ইতোমতা ভেনিজিয়া চৎপা। নুংসাবুদি থিদে, অচৌবা সিতিদা গাইদ য়াওদনা ইতোমতা কোয়বা ঐ জেরুসলেমদগী তমলকই। তৌরিবসি করিনো খঙদবগী ৱানি। লিজানা ভান অদো থৌদুনা ঐখোয় অনি ত্রেন স্টেসন তমলকলে।

লাম্পতি ঐখোয়দা গুদ বাই হায়রগা হোতেলগী থোঙজিন্দা লৈহৌরে। লিজা ঐখোয় অনিদ ভান অদুদা থোরক্লে। পুং অমগী খোংচৎনি। ভান্না লোয়রোই লোয়রোই উরু উরু লৈদুনা অতমগী মচুনা থল্লবা উমং ৱামং ফাও ফাওদুনা পীক্লবা লম্বী অমদা কুমথরকখি। উ খরনা নাপু সারে, খরনা ঙাংসিলক্লে, অদুগা খরনা ইথৌ থৌওইদনা ইশং শংলদুনা লেপলি। মখোয়দি উমং নিংথিনা থম্মী। মসিনি য়ুরোপ। ঐখোয় অনিত করি করিনো ৱারী সাংথরদুনা য়ৌখিবা খংহৌদে। নুপীগী ৱারী হায়রেদনা। অদুবু লমসাংদু ৱাখল অমনদি ঐবু তৎতনা ওৎখি। ভেনিজিয়া য়াম্না চৎনিংবা মীদি তুমদুনা লৈহৌরে। ইতালিদা ঐগী পামজবদি মাইকেল এঞ্জালোগী * পিঅতা য়েংবনি। ফ্লোরেন্সকী খোংচৎতা মদু ফংবা য়াই হায়দুনা ঐনা থাজখি। অদুবু মাইকেলগী পিঅতা অদুদি বোমদনি হায়রে। রোমদা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম লৈতে। মাওরোনা হায়— 'মথং নঙনা লাকপদা রোমদা পুবীগনি অদুগা য়েংলসি'। আওরোনা নোকলদুনা খুমখি— 'উম, মাওরোগা চৎলদি সোযররোই। অতোপ্পা পিঅতা অমদা থুংলুবনি।'।

'অওইবগীরো' ঐনা ঙকতুনা হংখি।

পাউখুম ওইনা মাওরোনা নোকলকই। ঐখোয় লোয়না নোকখি।

মখোয়না তৌরিবসি কবিনো। কনানা চুমলিবনো খংদে অদুবু 'অরানবা অমদি যাওরে। ঐখোয়না ফ্রিসাংকোদা থুংলুবা অহানবা অহিং অদু হৌখ্রগা মথংগী নুমিদাংবাইদা লাম্পনা হাযখি 'ঐখোয ঙসি নুমিদাংবাই পুং ৬ তা মিতিং অমা তৌসি'। মদু অহানবা মিতিংনি। ঐ ঙকখি। পুং ৬ পু তাফাৎত্রিঙৈদা ঐদি হান্ননা জোয়িগা সান্নবোই কবিবোই ঙাযদুনা লৈববনি। মেবিগা অপিবানাগা চংলক্তুনা ফমলবগা মিতিং হৌবে। লাম্প অমদি লিজাদি হান্ননা ঐগা লৈববনি। হৌদোকপগী অচম্পা ৱা খরা ঙাংনবগা বাগী মযাঙ য়ৌরক্লে। লিজানা হায়খি—

'ঐখোযগী খোংচৎ অসিদা ঐনা ঙম্বা তৌবা যাবা পুন্নমক তৌরি। অদুবু ঐ কনামতগী মীনাই নত্তে। ঐ নহানি চুম্মী। অদুবু ঐবু ইকায়খুম্ননা লোয়নবীবা পাম্মী। . হোয় হৌখিবা থৌদোকসিং অদুদা ঐবু অপং তাহৌবা মানখিবা মতাংদি য়ামখ্রবা অমোৎপা ফি ময়াম অমা ঐনা লোন্দবিদা থানবা হোৎনবদুনি। লোয়রগা ময়ামদু পুরকপা মতমদা ঐ জ্ঞ্যান মাংখি— সিনা কনাগী অন্দরৱায়ারনো . . . মোজাফুবিৎনো ঐ খন্দোকফম খংখিদে'।

ঙক্তুনা তারমবদগী নুংসাবু থিবকলে। ঐবু কবিসু থোযদোকপা নাকাযদি ঙাংখি লাকখিদেকো! ঐদি ইকু লুজবদা নুমিৎ খুদিংগী ফি সুই। হোয লিজানা অনিরক

* সিববা খ্রাইস্টপু মতমপাক্তা পমদুনা লৈবা ভর্জিন মেবিগী সক্তম।

হংবদগী ঐগী সামতুফরিৎ অচৌবা অমদি পীখি। মদু ফৌফম লৈতবা অমদি থুনা কংহনবা পাম্বদগীনি। ঙহাক তারমলগা জোয়ি পমখৎতুনা ঐ হৌগৎলে। মেচিনগী চাউখৎপা যৌদ্রিবা ঐগুম্বা অমনা মখোযগী ৱা অসি খঙবা ঙমলবোই। নোংমা মেবিনা ঐঙোন্দা হায়খি—

'মেমচৌবী মহাক ট্রোপিক্সতগী লাকপনি'।

হোয়নে, ঐ ট্রোপিক্সকী জঙ্গলদগীনি। ঐখোয়গী লমদো চহি চুপ্পা সংদুনা অদুম লৈ। কালেন্দা নোং চুই অদুনা হেন্না সাহন্দে। নিংথমথাদা অইংবা নুংসিৎ সিৎতে, উন হৈথবক্তে, নোং চুদে। অদুনা নুংসাদা ময়াম ফম্মীন্নদুনা নুংঙাযনা ৱারী সান্নদুনা লেপ্লি। চাকনা হাউবিবা ।

অকোযবদা ফমলিবা মকপসিং তুম্মীনা তাখি।

ট্রেন স্টেসন যৌবদুনা লিজানা পার্কিংদা গাবী থমলুবগা তিকেতকী কুদা ঐগীদমক লেপ্লীকবে। ঐখোযনা থুংলুবদু মিনিত ১৫ গী মমাংনি। মী ঙাযনবগী মতমদি লৈবা নৎত্রে অদুবু পুক্নীংদা নিংকোক নিংকোক লাওবদদি মাংখিবা লৈত্রে। ট্রেন মিনিত ১০ থেংলে হাযদুনা লাওথোববখি। মখোযগী ট্রেন স্টেসন ওস্থোক্না নাম্লি। লিজা খুং হাযদুনালেপ্লহৌবে। মঙদা ফাওবা মঙলুদ্রিবা ভেনিজিয়া তন্না ইতোমতা ট্রেন অদুদা অসুম লাপথোবক্রে।

অঙাং ওইরিবঙৈ ইচেগী ইংলিসকী বেপিদ বিদব অমদগী সেক্সপিয়াবগী 'মার্চেন্ট ওফ ভেনিস' পাখি। লমকোযবা মাকো পোলোগী মযুম ভেনিসনি। সিমঙাইবে ঐগী ভেনিসকী জ্ঞান হাযববু। হোয, গোন্দালোগী ফোতো কযা অতৈ অতৈদা উখ্রে। যাম্না ফজবা তুবিস্ট সেন্টবনি হাযবা মী পুন্নমক্না খংনবা অদুতনি। মণিপুবগুম্বা লাইবথ্রবা লম অমদা পোকপা ঐগুম্বনা অসুম্না নোংমা ইতোমতা ভেনিজিযা তন্না চৎকনি হাযবা অসিবু কবম্না মঙ মঙলুগনি।

ট্রেন অদুনা মসা নানবগী মতিক স্টেসন খুদিংগী কাবক্লিবা মীসিং মসা নাম্লি, মসক ফজে। অবাং ইতালি ইনাক যাম্না খুনবা মফমনি। খানা নংই। কাবক্লিবা মীসিং মানা মানা থোকপা কাবক্লগা তুম্মীন তুম্মীন ফম্মী। ওই যেৎ থোযনা যেংনদে। অয়াম্বা থবক কাবা মাম্লি। সাংনো তোংবসু নত্তে। জেকসলেমদা বস তোংবদা ঐগী মাংদা মাযযোক্লনা ফম্মীনবী নুপী অমা কাউবা ঙমদে। চহিদি ঐগী লেংগা ওইবমগনি। মানা বে ব্রিক কেবগা যাম্না পোংনা ঐঙোন্দা হংবপ যেংবা মীংয অদুনি, নিংসিঙদুনা লৈহৌববা অসি। নোংমা নুমিদাংৱাই অমা লৈ যোনবা বুকান মমদা চৎলগা অসুম যেংলিঙৈদা লৈ যোনলম্বা পাখং অদুনা ঐঙোন্দা হংলৰ্কখি—

'Do you need housekeeping?'

ঋাহংদু ঐ ভাপ তাবা ঙমখিদে, খুমখি—

'No, I have my own housekeeper '

লম্বীদা অমদি পার্কতা ঐগা সক মান্নবী- মমিৎ, মসমমুবী, মীৎথুপ নাইবী অদুগা নাতোনসু হাযফেৎ অদুম যাওবী কযা থেংনখি। যুমদা হলকপগী তেল অভিবকী এবোদ্রোমদা তুম্মীন্না লুকথদুনা ফমলিঙৈ, তুং লোমদগী কনানো অমনা ঐগী কোতকী কোলবদা চিংলগা কবিনো অমা হংলকখি। মাগী মবোনদু ঐ খংদে। হন্না যেংথোক্লুবদা ঐগা সক মান্নবীনি। বাবী সান্নবদা খংলকই— মহাক থাইলেন্দগীনি। ঐসু থাইলেন্দগীবা হাযনা থাই মবোন্দা পুং কযা তাঞবগে হংবনি। মখা তান্না ঋাবী সান্নবদা খংলকই- ইজবেল অমদি থাইলেন্দ গোর্ভমেন্ত অনি য়ান্নবগী মতু,ইন্না থাইগী নুপী কযা মফম অসিদা হাউসকীপ্পব অমদি বেবি সিওব ওইনা থবক তৌদুনা লৈবি।

চাউববা ত্রেন স্টেসন অমদা থুংলবে। চাওবগী হাযবববদি চেন্নাইগী এেন স্টেসনদু মাল্লি। মমল যাম্লবা লৈতেং অমদি অকে অমৌগী পোৎতনা পিক থন্না থেন্দুনা যোলম্মী। পুংগী মতুংইন্না ঐগী লন্চ তাইমনি। অহানবা ঐনা তৌগদবদি চাক চাবনি। হাযনা হাযনা চাব ফংদ্রে। লাইবক চাং যেংবা ওইনা নুদলগা তোমেতো সোচকা অংগুব চবো, অমগা লৌবে। হাওবা হাওবা খংদে ভেজিতবিয়ানসিংগীসু মফম পুন্নমক্তা ফংই। যুবোপকী অযাম্বা চিঞ্জাক ঐহাক ইতালিদগী হৈখি। ইথন্তা ই,না ফমদুনা প্লেৎ অদুমা ঙম্নবা চাবে। চাক চাফমগী নাকনগী যক্লাং অদু মিংসেল ঙাক্তনি। চানা চানা উবে গোন্দালোগী হি মযাম, মী মযাম, খুনু মযাম।

মিংসেনগী থোঙ অদু হাংদোক্লুনা মপান্দা হেক যৌবদা সমুদ্রগী অইংবা নুংশিৎনা মাযদা হকচাংদা হুর্মাজিল্লক্লুনা ঐবু ওকলৈ। স্টেসন অদুগী মমাংদা সিবি পবেং অমা কুমথগ্রগা পাকলবা নুঙচনবা স্কোযাব অমা লৈবি। অদুগী মাংদা শংলবা অপিক অপিকপা ঈচেলদা মীনা থল্লবা হিনা মবি মবি চেম্থবি। মফমদু মীনা চিক্লা চাযনা ঙমদে। কয়া অমা স্টেসন্দগী লগেজগা লগেজগা কুমথবকই। সিবি পবেং অদুদা জুবা জুবা মতমপাক মতমপাকতা ঙাথনবদুনা ফম্মীনবদুনা কবি কবিনো পেকেত মচা মচাদগী চাম্মীন্নবি। কনানা স্বোযাব অদুদা লৈবিবা মশিং লাকঙমদ্রবা খুনুশিং অদুদা চান্নবা হুনবীবি। কনানা হি তোংগদবগী তিকেট ককফমদা ক্যা লেপনবি। মীনা থম্রবা হিসিংনা ঙম জম লাওনা হোনথখ্রি। ঈশিংনা বোৎসিন কোৎসিন্দুনা লৈবিবা মাপাং থল্লবা দন্নানগী অপিক অপিকপা ঈথৎসিং ঐদি খল্লুবদা মমই। মসিদা লৈবিবা মীসিং অসিবু অসিগুম্বা মীনিনখোন অসিদা কবন্নবু হিংলিবা। যেংখি যেংখিবদা

দলানগী দলান মক্তা। থোং নম্বোনবী মচা মচাসিংনা মফম অমগা অমগা সন্নহনবদু তোপতোপ্না ফজবা অমা লৈতবা নত্তে। অদুবু ঐদি য়েংফম খঙদে। সেন্দ্রাদগী য়েংথখিবদা উখিবা অপিক অপিকপা ফুমদিগী য়ুমশিং, অশংবা হৈকক মরক্তা হৈকক হেকপীশিংগী অপিক অপিকপা হিশিং, তাম্না য়েংখিবদা ফিবান চল্লবা অনেম্বা চীংদুম মচাসিংগা শম্নখ্রিবা অশংবা অতিয়া, নামিবা নুংশিৎনা মনিং তম্না কোয়না চেন্দুনা শান্নরিবা ও! ঐগী নুংশিবী লোক্তাক, নঙতনা মহেল্লি নঙতনা মফজে। মখোয়না হায় মল্লবা থায়নগী পংরাং ৰাংদবা ফুরা দলানতগী ভেনিজিয়া সমুদ্র ইনুংবুংদা তপ্না তপ্না লুপথরক্লি। মখোয়না ফন্না হোৎনদুনসু থিংবা ঙমদ্রে। ঐগী লোক্তাকসু অসুম কংসিলক্লি।

ঐনা ভেনিজিয়া থাদোক্নুনা প্রোদিনোনেগী অপিকপা ত্রেন স্টেসন অদুদা হেক য়ৌরকপগা স্টেসনগী থোঙ অদু হাংদোক্নুনা মাগী তুপীদগা মাওরো লেপলরে। ঐনা খোং থাংথবকপদা চঙসিলক্নুনা ওকলরে। খুদক্তা ঙাইঙমদনা হংই

'কমদৌই, ফজব্রা ভেনিজিয়া অদো'।

' উ অমতা হৌদে'।

মানা নোকলকপদুদা ঐসু নোকলে। লম্বীদা মাগী কার মনুংদা ঐনা হংই— অপিরানাগা মেরিগদু কমদৌখ্রে। করিসু হায়দ্রা?'

"মেরিদু ময়ুমদা হয়েং হনখ্রগনি। . . . মহাক হন্দোকলমলগা নহাক চৎখ্রে হেক খঙবদা, কাগী পোৎচৈ পুন্নমক কাওদুনা লংখায়দুনা কুম্মৈ তৌরে। হোতেল মপুদুনা ঐঙোন্দা তেলিফোন তৌরক্নুনা ঐসু চৎলুরে। চুরুত মথিসিংদু মুৎথৎতনা লৈমায়দা লোয়না থাদরে. মৈ চাক্কদরা হায়দুনা য়াম্না কিরেসু হায়রে। লাঙ্গসু সাওবনা লোয়রে . . .।

ঐনা চিংনরম্বদুমক থোক্লরে। মমফাৎত্রিঙৈদা ঐখোয় আওরোগী ময়ুমদা থুংলরে। মখোয় কুইরবা মরুপ ওইরমাল্লে। মহাক্কী চাকখুমসু মী ফমফম কাসু অমতনি। মী ফমফম কাদি অমতা নত্তে। অচৌবা কা অদুগী নাকন অমদা মীংসেলনা ফক্লাং ওইরগা মপান্দা অচৌবা অশংবা গমলাসিংনা নিংথিনা লৈতেংলবা মী ফমফমকা পংচাউ চাউদবা অমসু লৈরি। মদু বসন্ত লাকলগা ফম্বা ওম্থোক্লা নুংঙাইগনি। কা অদুদা মেরি চোকথনা তুম্মীন্না ফমদুনা লৈরম্মী। লোয়ননা নুংসুরুবা অপিরানা অমদি লাঙ্গ। ইমুংদা অনোক অমুবা উপকনবা লাঙ্গকী পুক্লীংদি অনোক মরুমদা লোৎখ্রে। লিজা অমদি জোথি, আওরোগী ইবেম্মা ইলিয়ানো, মচানুপা অতোনবা, কা অদু থল্লমলে।

আওরোনা ইতালিয়ান্দা করিনো অমা হংখি। মাওরোনা ইংলিসতা খুম্মী—

'মেমচৌবীনা ভেনিজিয়াদা উ অমত্তা হৌদে হায়'।

তেন্সন মবক অদুদা ময়াম অদু নোকলে। ঐনা মেবিগী মনাক্তা চংসিন্দুনা ফমলুবদা, মেবিনা হাযবকই–

'Lance fired me!'

অপিরানানা হাযবকই– 'ঐ মতম চানা হৌগৎপনি। বাথকমদা সো থমফম কাওথোকখিদুনা থিবিঙেদা লৈহৌবনি'।

মেবিনা চোকথববা মমিৎতু ঐঙোন্দা হনগৎনা যেংদুনা থবাই যান্না যাওনা ঙংলকই 'কমদৌই ভেনিসতু যান্না ফজব্রা'?

'ফজে। অদো, হলকপদবা কবিনো, খুদোংচাগদবা অমা যেংলগা অমুক চৎলুবসি। ঐসু নখোয অনি যাওদনা ইতোমত্তা চৎপা অদো কযা নুংঙাযখিদবে'।

ঙহাক্কী মতুংদা মেবিদু হৌগৎতুনা মনুংগী কা অদুদা চংলক্লুনা সোফা অসাংবা অদুদা চেপ্না হিপথখ্রে। মহাক্কী সনামচুগী সন্নাংনা মাযথোং তংখায অমা কুপসিলি। জোযি চংলক্লুনা মেবিগী মমাযদগী মসম অদো হাযদোক্লুনা মখজাইদা নানদুনা কোই-

'মেবি! মেবি!'

ঐনা নিংসিঙবদা জোযিনা মেবিগী মনাক্তা চঙবা অদু মদুনা অহানবনি। ঐখোযনা তুমীন তুমীন কুম্মৈদু যেংই।

কবম্বা সবক্তনো, মাওবোনা মাগী ইবেম্মা ক্লাউদিযসপুসু লৌকবে। মহাক ওঙ্গোক্লা থবক চিক্লি। জোযি মমা মচাদি আওবোগী যুমদা আওবোগী মচা নুপাগা লেহৌবে। ঐখোয লোযনা ভান্দা কাখৎতুনা অমুক চৎপা হৌবে। কদাযদা কৈদৌবা চৎপনো ঐ হংলুদে।

ভান অদুগী মযাইগী ফমফম অদুদা ঐগা ক্লাউদিযসকা ফম্মী। ঐনা ৱাবি হৌকই। মানা বোল সেমগম অমা পীবকই। ঐদি মহৌসানা মদু চাদে অদুবু ব্যাভাব ওইনা লৌবগা য়ানুংদা হুকচিল্লে। মানা ভেনিজিযা চৎলুবগী ৱাবী লিবকই–

'মতমদু ঐহাক ছাত্র ওইবি। ঐগী মকপ অমগা ঐখোয অনি অযুক যান্না ঙল্লিঙৈদা কোযবা থোকই। মীসু কযা থোবক্লদ্রি। অযুক্কী অপাবা নৌচিলনা কুপলপা ইচিব চিকপা ভেনিজিযা অদো অসুক্কী মতিক ফজে। মদুদি অশেংবা ভেনিজিযা'।
তুবিস্টসিংনা ইখং খংনদবা ইতালিগী যান্না ফজ ফজবা মফম যান্না লৈবি। নহাক্লা মথং লাক্লবদি মদুদা কোযকসি'।

ওন্থোকপনি! ঐনা ভেনিজিয়াগী ফজবা উবা ঙমদবা অদো কয়া ফজবা ওইদ্রে। ইলিয়ানোদি ঐগা ৱারী সান্নবা ইফং ফংখিদে। মহাকসু মাওরোগুম্না ইংলিস হৈতব্রা ৱা ইঙাং ঙাংদব্রা অমা ওইবসু য়াই।

পুং অনিগুম্বগী সাংলবা খোংচৎনি। ঐখোয়না চুরাচান্দপুর, মোইরাং, ককচিং নুমিৎ থা য়েংলগা চৎলি। মখোয়গীদি লন্চ নৎত্রগা দিনর চাফম রেস্টুরেন্ট হোং হোংদুনা লাপ্পা লাপ্পা অসুম্না ইরাই লাইনা চৎলি। ঐদি অয়ুক্কী পুং মঙাদগী হৌগৎলগা লাকখিবনি। অসি থোক্কনি খংদবনা ফিসু থাবা খরা ৱাৎলি। য়াম্নসু চোকথরে। ক্লাওদিয়সত্ ইংলিস খবা লৎলি ঐসু উচারন শেংদে। করিনো ইপন পনবা অমসু য়াওরি। ৱারীবুদি সাইহাযববু অদুনা ঐবু তেখৎহনবদি নত্রে। উচিন-নাচিন্না উরক ওইনা তৌবা ইচিক চিকপা মৈ ঙানফাৎতবা মফম অমদা ঐখোয়গী ভানদু খামলে। চংফমদা উ মরি মরি হৌবা অপিকপা খোংলম্বী অমা চংলগা অশংবা নাপীতনা থন্না হৌবা ইংখোল অমা য়ৌরে। ইনা কুপ্পা, য়ুমমাইদু খরা খেৎনরসু মৈতৈ য়ুমজাওগুম্বা অমা লৈবম্মী। থাজদবা ইংখোলদা ওইদবা মহৈ পাল্লম্মী হায়বদুনি। মদু অন্দ্রোদা লৈবা ওজা বহাদুরগী চফুগী ম্যুজিয়মদুগতা ঙায়রিঙৈগীদু মাল্লি। লাইথিগী সং অমা লৈবা অদুগুম হৌজিক্কী ইগী য়ুমজাওদুগী মমাংদসু খুৎ কয়া চংহন্দনা উকক ৱাককসিংনা সিরি নাইনা কাংথক হাদুনা সেম্বা ইনা কুপ্পা অকোয়বা ফমফম অমসু লৈরি। অসংবা লমপাক অদুগী চিদায়দা বলব মচা অমতং থাপ্লি য়াম্না ঙালহন্দে। লমপাক মচা অদুদা নুপামচা চহি ১০ গুম্বা অমগা পাখং অমগা ফুতবোল সান্নদুনা লৈরম্বদু ইঙক ঙকলুরে। নুমিদাংৱাইদু যাম্না ঙনবা নত্রে।

য়ুম অদো, য়েংসিনখিবদা অরংবা মৈঙান অমা উই। ওই য়েৎ য়েংলিঙৈদা ঐনা খ্বাইদগী তুং থংহৌরে। অঙকপনি মনুংদা তৌরমলিবদু। ৱারী ওইনা তামোনা লিবদা তাখি-- চীংম্মীসিংগী ইমুং য়ুময়াইদা মৈজাউ হৌদুনা থম্মী। চীংগী খুল খরা ঐসু চৎলুরে। মদু অয়াম্বানা অৱাং নোংপোকলোমদনি। মদুমক্তি ঐ অমুক্তা থেংনদ্রি। অদুগা মদু থেংনবে ঙসি, চাউখৎলবা ইনাক খুল্লবা অৱাংথংবা ইতালিগী মফম অসিদা। য়ুময়াইদুদা কাংগুম্না কাংখোং মচা মরি পানবা ময়ুং সাংলপ তাবা, য়োৎনা মথক হাবা কাংথক অমা লৈরম্মী। মদু লাইরিক ইনবা তেবল অমমুক ৱাংগনি। কাংথক অদুগী মনিংথংবা সরুক্তা দ্রৱারগুম্বা উপু অমা য়াওরি। মদু শীঙ হাফমনি। ঐখোয়না চঙখিবদা মৈ ঙরং ঙরং চাক্তুনা লৈরম্মী। মদু উবদা ঐ কয়াদা হৱাওরুরে। চাউখৎলবা ইউরোপতা অতমগী চপচাবা ফি সেৎলবসু, হিতরনা সাহলবা অৱাৎপা লৈত্রবা কাসিংদা লৈববসু ঐদি ঙাংসং ঙাংনা চাকপা য়ুমগী মৈফু অদুতবু নিংশিঙদুনা লৈ। ঐদি কনা কবি থোইদোকপগা খল্লুদনা মৈনাক্তুদা অদুম লেপত্তুনা লৈরে। নুপী অমা, কোন্না খংলকই।

মদু সুজানেনি। মানা ৱা ঙাংবা হৌরকই— 'মৈনাক্তা নকসিনগনু; খুদোংথিনিঙাইনি'। চুম্মী ঐগী জেকেত মৈরিক মৈরিকনা ইরাই লায়না হুৎখিনি। মৈনা ৱাইখ্রগা জুগোৎ চারোই। লম হেনবা অঙাংগুম ঐদি মৈনাক অদুবু থাদোকপা মঙমদ্রে। মহাক্না অনিরক অহুমলক হায়রকপদা ঐনা খুম্মী— 'ঐগী সামতু ফুরিৎ য়াওরক্রে'। জেকেত মনুংদা হকচাং নপসিনবা কতনগী খুদাংচোনবী অমা লিৎলি। সুজানেনা কদাইদগীনো ঙৌরুনবদা অশংবগা ঈশিংমচুগনা চাওনা লাংবা সামতু ফুরিৎ পুল ওভর অচৌবা অমা পুদুনা লাক্লে। ঐনা হরাও হবাও লৌরগা মদু লিৎসিল্লে। জেকেত অদু থোঙজিন্দা ময়ামগী ফি য়ানফম অদুদা য়ানসিলুবে। মদুনা ঐবু মৈনাক্তগী হেন্দোকহনবদি কদায়দগী ঙমগনি। হন্দক্তী চৌক্রি অমদুম লৌরুগা মৈনাক অদুদা থাদুনা নে তানা ফমলে। সুজেনসু করিসু হায়রক্রে।

মৈজাও অদু চুম্না মৈসা পীনবা ঙাক নত্তে। মৈথক্তা অমদি কাংথক অদুগী মচি অমদা মৈতান কোৎথোকলগা খরাই থমদুনা ঙানা পিক থন্না সন্দোক্লুনা য়াইরি। খরাই অদুদি ঐখোয়গী জালি অসি নত্তে। মখুৎ পানবা অপাবা অপাকপা য়োৎনি। থুম অমদি য়াইঙং তোৎলবা ঙা অদু ঐখোয়না তরাদা ঙা তাওবগুম ওলিব ওল পানা পানা হৈজিন্দুনা মৈথক্তা থম্বনি। পুন্সীদা অদুক য়াম্বা চান্নবা ঙা অদুম্না সেন্নগা থৌবাং তৌবা উখিদ্রি। করি ঙানো খুবাকমুক পাকপা কোয়দানবা ঙা মখল অমসু য়াওরি। কেঃ জিঃ অমদা অনিগুম্বা চনগদবা বৌ মৃগলগুম্বা ঙা খরসু য়াওরি। অদুগা ঐনা য়াম্না কল্লকপদি ঙাসেপ মপীমুক চাউবা ঙাতোন মানবা ঙা মচাসিং অদুনি। ঙা অমুনবসিং অদু য়েং য়েংদুনা লৌখৎলগা ট্রেসিংদা হাপচিনখি অদুগা অনৌ অনৌবা ঙা অমুক যাইরকই। মসি লেপ্পা নাইবা নত্তে। তেবল মথক্তা দবলকতি মকক্কী বাসকেত মচা মচা খরা খরা লন্না লন্না থমলিবদু নত্তনা অতৈ করিসু থোয়দোকপা চান্নবা লাংবা উদে। খংলে ঙসিগী দিনর অসি ঙা ঙাক্তা চাগদৌরি।

মৈতৈ য়ুমজাওগী মওংনি হায়বগী ৱানি। অদুক চাউবদি নত্তে। অৱাং সঙ্গোয়গুম্বনি। মৈফম অদুগী অকোয়বদা থোঙজিন ময়াদু খজিকতং হাংঙি। মদু য়াওনা তংখায় অমদি ইলেট্রিক্কী লৈরং, ৱাসিং বেসিন, ইঙ্গাং-নাপী, মরু-মরাং থমফম, রেফ্রিজেরেতর অমদি থক্লা চান্নবা, অমদি থোংনবা, থাক্লবা পাএ হাফম ওইনা ফক্লাং নপ্পা সাবা উপুসিং লৈখ্রে। ময়াইগী মৈফম অদুগী নাকন অমা কা অদুগী তংখাই অমদা ফক্লাং নপ্পা বেঞ্চ পরেং পরেং থারগা স্কুল দেক্স অনিমুকতং পাকপা তেবলনা পরেং সানা লৈখ্রে। মায়য়োক্লনা বেঞ্চ অমদি চৌক্রিসিং লৈরি। মসিনা চাফমনি। সুনু ঙৌনা তৈসিল্লবা ফক্লাংদা অঙনবা মতমগী মীওইবনা ঈসিং মপান নক্লা ইগী য়ুম মচা মচা সাদুনা ঙানু খুনু লোয়দুনা খুবান লৈপালকপগী মওং অচম্বা অরংবা মচু সিজিন্নদুনা ঐখোয়গী রিস্তোগী বোদিদা য়েকপা অদুগুম্বা মওংদা ইচম চম্না য়েকপা লাই পরেং

সানা য়েক্তুনা লৈরি। মদুদা লৈরমলিবা মীওইবসিংদু চহি ফাদ্রিবা অঙাং অপীকপদগী মীয়াই চন্নবা ফাওবনি। অয়াম্বনা মফি মরোল ওম্বোক্না চন্না শেৎলি। লৈবাক্তসু হেক্তা ঙেক ফমজিনবা য়ারবা অসুবাইফাও চৎথোকলুবসু য়ারবা ফিদাগুম্বনি। অয়াম্বা নুপা অমদি নুপী সম সাংনা খাকই। ঐখোয়না রোক সিংগর, ফুতবোল সান্নবা নুপাখক্তনা মসম সাংনা খাকপগুম খন্নে। য়ুরোপতা সম সাংনা খাকপা মীওইসিংগী তোঙানবা অর্থ, পুন্সী মওং অমা লৈরম্মী। এদিবারদোনা হায়খি— 'ঐখোয় ফ্রি মেনসিংনা সম সাংনা খাকই'। করিদগী কনাদগী ওইরিবা ফ্রিনো কদায়দগী নানথোক্লবা মীওই কাংবুনো হায়বদি হংলুদে।

মৈ মনাক অদুদা ঐগী ব্বাখলদি য়াম্না লাপ্না চৎখ্রে। মেরিগী চোকথরবা, অপিরানাগী সুকলবা, লান্সকী সাওরংনবা, ভেনিজিয়াগী চবাং-খোইরাংনবা, লোযনা লৈহৌরে। কয়া নুংশিত্ত্ববনো মীওইবা হায়বসি। মীওইবনা মাগী হৌরকফম কৈদৌঙৈদা কাওবা ঙমদে। মরী অমদি মওং অমা নৎত্রগা মওং অমদা থমনিংই। চাউখৎপগী পন্দোল লোমলবদা কদোমদগী ইহাং হাংবা অমা ফাওরক্তুনা মওং অমদা ঙসি মীওইবনা মাগী হৌরকফম থিররি। ফজবা সেৎপদা, অহাওবা চাবদা, নুংঙায়বা য়ুমদা চোকথরদুনা মখোয়না ঙসি মফম অসিদা অদুঙৈগী মাংখ্রবা মীওইবগী অচম্বা নুংশিবগী মরিক অমতং থক্লবা হোৎনরি। ইমা লাইরবী ইমালৈবাক নঙগী মচাসিংদি হৌজিকফাও পাৎয়া তময়াদা ওইরবসু হৈক্রকত ওইরবসু থমচেৎ লেমফুদা ওইববসু নোংম নোংমগী চরা নোংখন্নবা হোৎনরি।. . . কদোমদগী খুৎচাউ অমনা ঐগী মায় থুংনা সৎ নানসিল্লকই— 'ঐগী ইচন তোম্বী নুংশিবী' অসুম্না কৌরমলগা অমদা চঙদুনা মোমোন নোক্তুনা মীৎচিনফাও য়েংলক্তনা ফমখ্রে। খংলে অঙাওবা সমসাংবা মাওরোনি। ঐদি ইঙক ঙক্তুনা লৈহৌরে। ওম্বোকপনি খুৎ সোক্লবফাও ঐগী কলচর নত্তে ফনা য়াম্না হাযজবনি।

তেবলগী থৌরাং লোয়খ্রে। মী অয়াম্বা ফমনখ্রে। ঐবুসু লাকও লাকও কৌরক্লে। পুরা মৈতৈ য়ুমজাওনি। লেত্রিন তোঙান্না শাই। অদুদা মায় মীৎ তাফম য়াওদে। প্রীমিতিপ স্টাইলনি। মসিদি কান্নপোৎ নত্তে খন্দুনা ব্বাসিং বেসিন অদুদা কোন ফেংনবা সাবুন্না খুৎ হামদোকলে। ঐদি চাক লামবনা, ঙা মনম অদুগা লোয়রবনি। ঙসিদি কৈদৌরগবনো ঙা হায়রা পৈদুনা লৈরে চাক হায়রা ফংগদবা লৈত্রে। ইখুৎ অসিনা থনবা হেক্তা পেন্না চারগে অসিনি ঐনা খল্লিবা। মোরোক খজিকত ফংলবদি নুংঙায়নিদকো ইতোমতা খল্লি। ঐগী পুক্নীং খংবনরা করিনো খংদে, নুপা অমনা মোরোক পাম্বী মচা অমা ফুকলগা মরানে করিনে ব্বাসিং বেসিন অদুগী নাকন্দা থমলগা চৎখ্রে। মদুদা মোরোক য়াম্না পানবসু নত্তে অহুম মরিদনি। বস ফরেদা হায়দুনা ঐনা মোরোক

অনি পৎ পৎ থৎলে। কোরো কোরো ওৎতুনা থিবদা তিলহৌ অমা ফংলে। মদু চামথোকলগা মচেৎ খজিকতং লৌরে। মখোয়গী তিলহৌদি মনম য়াম্না কল্লি। কনাসু হিংনা চানদে। ঐগী প্লেৎতু লৌরগা থুম কোয়থি থিরগা থুম হাপলে তিলহৌ হাপলে। অদুদগী ঙা মচাদু ফনা য়াম্না অমা অমুক চৎলগা লৌরুরে। কনাগুম্বা অমনা থৌওইনা য়েংলবদি ইসক অসিগা ইসম অসিগা য়াম্না ঙকপরা নোকনিংবরা অমদি সোয়দ্রে। অদুদগী লাম্নকী মনাক্তা ঙেক ফমদুনা কনা করি হনগৎনা য়েংলুবা লৈতনা খুৎ অনি চঙদুনা ঙা মরু মন মন্দুনা মোরোক অতেকপদু থুম নমদুনা তিলহৌদুগা পাকথদুনা চারে। লাম্নলা মমাই লৈথোক্তুনা য়াম্না পেনজনা নুংশিনা মোমোন মোমোন নোকলকই। ঐ মদু উসিন্নদে। ঐ খঙই মহাকসু ঐগুম্না য়ুরোপিয়ান  নত্তে। য়ুরোপকী চাবগী চৎনবী ঐ খংই। অদুবু য়ুরোপকী চৎনবীনা মফরে হায়বদুদি অচুম্বা নত্তে। ঐ ঙসি ইখুৎনা চানিংই, চানবগী এতমোস্ফিয়ারসু লৈরে করিগী চারোই। ওম্থোক্নদি পেনখিদে চাক খরতা য়াওরদিকো। অমুক নুংঙায়রক্তে মসিগী ঙা মচাসি হাওখ্রেদকো ইচাসিংদসু পীজববদি কয়া নুংঙাইগদবা। অসুম্না খন খন্দুনা চারিঙৈ, পুক খরা খরসু থলকপা মতাং অদুদা ওম্থোকপা থৌদৌ অমা উবক্রে— ঐগা হেক মায়য়োক্নুনা ইলিয়ানো অমদি ক্লাওদিয়স ফমলম্মী। মরক্তা লৈরিবা ঈশিং বতল, য়ু বতলশিং অদুগী মরুমদা ঙকপনা লাওথোকলবা ফজরবা  ব্লু অমদি গ্রীনগী মমিৎ জুরা অনি! কদোমদগীনো আওবো ঐগী ইনাও ফমলবে--

‘ও! মেমচৌবী নহাক মোরোক অতেকপা পাম্বোইরে’।

মাগী প্লেতগী ঙা খবা ফোর্কনা কোৎথদুনা হাপ্পীরকই। য়ুরোপতদি মসি য়াম্না নুংসিবগী খুদমনি। লাম্নলা নোংমা ঐনা চাবা ঙমদদুনা থম্বা নোদল লোয়না কোৎথদুনা চাথোকখি। মদুনা ঐনা মাবু নক্না খনবসু ঙমহনখি। মখোয়গী অৱাৎ-অপা য়েংবা অমসু থুংলরে— যাম্না নুংসিনা ঙা খবা অমুক হাপকদবগী থৌবাং তৌবরে। থুনা চাবগী মতিক থুনা পুকসু থনদোকখ্রে। ইমিৎনা করাম্বগী ৱানি মহৌসানা ঐদি য়াম্না চাবা ইঙম ঙমজদে। ঐনা মহাও য়েংগে হায়দুনা রৌ মানবা ঙা অমা খুদোম্বী থিল্লি। মখোয় অয়াম্বনা ইংলিস খংদে। ঙাদু চাবসু ঙমদ্রে। পামু পামু হুন্দোকপদা মতাখ্রে। নোংচুপ লমগী মীওইসিং অসি নোম্বা মতমদা চপ চানা নোমলুরসু চাবা মতমদদি নে তানা য়ুগা লোয়ননা ৱারী সাংথরদুনা নুংঙাইনা ইংনা সাংথনা চানৈ। ঐদি য়ু থক্কদবসু লৈত্রে। ফুগ হৌগৎতুনা ঐগী হান্নগী মৈনাক্কী চৌক্রি অদুদা ফমলুরে। হায়না হায়না থোঙজিল ময়াগী খজিকতং হাংবা অদুদা মখোয় অমা অনি গীতর খোংবা ভাইওলিনসু লেনবা হৌনরক্রে, কনানো অমসু কাংগো দ্রুম অমা থাংদোক্তুনা থিনবা হৌরক্রে। মরক অদুদা সুজানে য়াওসিনখিদুনা অকনবা তান্দা খোং নাম লৈবাক্তা তান থা থাদুনা

ঈসৈ শক্লে। কদোমদগীনো মাওরোসু ঈসৈসু য়াওসিনগ্রে। মদু মখোয়গী ফোক সোং ওইরমাল্লে। মাওরো মখোল ফবা নত্তে — গোরো গোরো লাওবমখৈ অকনবা অচম্বা তান অদুদা শকপদু মতা অমা ওই। ভাবোকসিংদু তুম্মীন্না লৈবা নত্তে, খুবাক খুরিবনি নোকলিবনি। অপিরানা ঙসাইমখৈ চেক মোক লাওরমদে। তুম্মীন্না লৈবা ঙমদ্রমালে থোরক্লুনা গীতর খোংগৎলক্লে। ঈশৈ শক্কৎলক্লে। অপিরানাগী অশেংবা মশক্তি স্টেজদা থোকখ্রগনি। মাগী হান্নগী মশক অদু মাংখ্রগা অনৌবা সুরগী মশক অমা ওইনা চোংথোকপা অপিরানানি। অশেংবা কলাকারনি। মীকুপ অমতা পোত্থাদে। ঈশৈ ইগনি, সুব পানগনি, কবিতা ইগনি, লাই য়েক্কনি, একতিং তৌগনি। মেরিসু অৱা-অনা পুন্নমক কাওথোকলগা মোমোন নোক্লে। খঙই গ্লাস খরসু য়াওরমগনি মদু ওইহনবদা। সরক অদুদা মৈথক্তা খাংজাও অমা থাগৎতুনা চেসনত থুমোক মচা অমা হৈজিল্লরে। উতুপ খবসু হাপচিন্দুনা মৈজাও থাগৎলক্লে। ঐগী ইথৌদি শীং পান্নবা অমসু হাপকৎ লরে। কবিগুম্বা সোয়দুনা শীংদু ওঙ্করক্লগা সোক্কদবদি ঐদনি। কোনপাক অমদা ফি অচোৎপা অমা থারগা কারপ তৌবা ঙৌরবা চেসনত অদু হৈজিল্লরে। অদুগা ফি অদুনা যোমসিন্দুনা ঙহাক থমলগা কায়থোকলগা তেবলদা মথং মথং খরা খরা য়েনথোকখ্রে। অদুগা খাং অদুদা অতোপ্পা চেসনত থুমোক অমসু হৈথররে। মাওরোনা অখোকপা চেসনত মক অহুম মরি ঐঙোন্দা পীরকই। ঐনা খুবাক তিংথোক্লুনা ওকতুনা লৌরগা মুন্না য়েংলগা নাতোন্দা থাংগৎতুনা মনম নমদুনা যেংই। অদুদা লোযবে মানা নোকপদি। লাক্সসু নোকলে। ঐসু নোকলে। চারগা য়েংবদা ওঙ্খোক্লা ওইনম্মী। চেসনত হাযবসি চার্লোত বোঁনতেগী 'জেন আইয়র' দা থেংনবদুদগী হেন্না ঐ পোকপদগী উজদ্রি। ঐনা হায়ফেৎ লৈরগা য়েংবদা ইবেম্মা অনিদু ফজরবা ঙৌববা মখুৎ অনি অনিদুনা কারুম কারুম্বা চেসনত খোক খোকতুনা য়াম্না নুংঙাইনা ৱারী সা সাদুনা চামীন্নবা উই। সিমঙাইদনা।

হৈরাংলিঙে য়ুরাংলৈ হায়গদ্র- -নহা অমা চহি ৩০ মঙাই, মদুমকসু সুফাৎলমদবা য়াই। ঐগী ইনাক্তা ৱারী সারে। ইতালিয়ান্দা। ঐনা নোকত মনোকই, করিবু খুমলুগদৌরিবনো। অমসু অমসু পংঙাং ঙাংলম্মী থোয়নবু য়েংসিল্লুদে। মাগী থৱায় য়াম্না য়াওবা মতৌ অদুদা ঐ মাবু য়েংদবা ঙমদ্রে। মসম সাংই, মমিৎ লাওই— ৱাং চাউরদনা মসা মউ ওঙ্খোক্লা ফৈ। মৈনাক অদুদা ৱাসকোত অমতং কুদাম পান্দনা লিৎলি— মমাই অমদি অহাংবা মসা পুম্বা অঙাংবা মৈঙান অদুদা হুমাংদুনে ইঙাং ঙাংঙি ইরং লংই। মানা ঙাংমনলক্লবা অদুদা ইনক নক্লা লৈবা মাওরোগী মনাক্তা চংসিন্দুনা কৌরুই। অনোকতুগা লাক্স নোকফেৎ তৌই। মাওরো লাকলগা ৱাহৈ পরেংসিং মথং মনাও নাইনা হন্দোকপা হৌই —

'   নহাক্কা ইতালিযাদা লৈববদি নহাকপু ঐখোযনা য়োৎকী বেবেল মনুংদা থম্বগুম চেকসিন্না খুদোংথিবা অমতা থোকহন্দনা থমগনি। সিদদি কবিসু কিনিংঙাই লৈতে। নহাক ঐখোযগী ইচননি   ঐনা নহাকপু ইচিন ইনাও ওইবগী, মকুপ মপাং ওইবগী মিংদা নুংসিবা ফোংদোকবা ওইনা চুপচগে'।

ঐগী লাওথোবক্লবা ইমিৎ অনিসি উবদুনা, লাঙ্গনা মাযথোং সুব-সিন্দুনা মপী মপা ওইনা খুমলকই –

'মাদি মদু তৌবোই'।

'করিগী'?

ঐনা ৩প্পা মাবু নুংঙাযতবা পোকহন্দনবা হোৎনবদুনা ইচম চম্না খুম্মী— 'মদু ঐগী কলচব নত্তে। ফবে ঐখোয খুৎ সোর্ক্সি'।

মহাক অসুম ঐগী ইনাও। লেপ্পগা ঙাংবদু বাববকলদুনা লৈমাযদা ফমথবক্লে। চিনখ্রবা মৈনাব অদুদা ঐখোয অনি যম্মীন্নবে যাম্না চান্নবনা সুবা অমগুম। কবি কবিনো মানা লেপ্পা লৈতনা ঙাংই। ঐসু তাদা তাসিল্লি।

খোংবা শকপা যৈবা ঙহাক নেপলগা সৈবেং পাবা হৌনবক্লে। চহি মাঁযাযওম্বা ওইবমগদবা, মৈনাক্লুদা তি সাত অমনবা অমগা জিন অমনবা অমগা সেৎপা ঙা যাইবা, সীঙসেম্বা যাম্না কন্না হোৎনবম্বা, যেংবদা সীঙকা খাযবা মীসু মানবা নুপা অদু কদাযদগীনো অনোক অমা উপসিন্দুনা ইতালিযান্দা সৈবেং পাবা হৌবক্লে। সাংসু সাংদবা তেনসু তেন্দবা সেবেং অনি পাবে। মযাম ওর্মাসিন্দুনা খুবাক খুবে। লাঙ্গসু ইতালিযান ট্রান্সলেসন অমা পুথোবকলগা পাবে। অপিবানা মাগী গীতব পাযথৎলগা মানা খোংচৎ অসিদা ইবা মযেক, মসানা সুব পাঞ্জবা ঈশৈদু শক্লে

So drink now my friends

this life such a short road
there never enough time

and all your troubled days
and all your troubled ways
you'll see them pass by
you'll rise again
so drink now

ঈসৈ লোয়রবদা খুবাক অমদি থাগৎ ৱাহৈনা অপিরানাগী কোকথক্তা হৈথরবদা মেরিনা মখুৎ অনিনা অপিরানাগী খজায়দা পায়সিন্দুনা কলক পেন্না নুংসিনা চুপ্পীরে।ঐদি লাল্লতা হান্না করিমতা য়াওজররোই, য়ান্না চোকথরে হায়দোকখ্রবনি। ঐদি ভাবোক ওইনা মৈনাক অদুদগী ইহেন হেন্দোকচদ্রে। সুজানে ঈসৈ ঙহাক শকলুরগা ঐগী ইনাক্তা ফমদুনা ৱারী সাররে। ওম্ব্রোক্লা চম্মী অমদি চিকোন নাওকোল্লি নুপীদু।

চৎলসি থেংলে হায়রক্লে। গুদবাই হায়নবদা পুং চাতরেৎ চঙবা মখোয়গী হৌনবীনি। মদু ঙায়না ঙায়না মচা অপিকপা অমা মথাদা ইথা থাদোক্তুনা কোন্দুনা মোমোন নোক্তুনা ভাবোক ওইনা য়াওরিবী মৌনহাদু ফাওবা খংনরে। ৱারী ফনা য়ান্না সাংথনরে। তৌনরিবা পুন্নমক অদু করিসু থৌওইদনা লৈসাবী চহি১৭ কুম্বী অমা মশকসু ওম্ব্রোক্লা ফজে কোংগো দ্রম মথক অদুদা ফমজিন্দুনা মসাগী সক্তি পুন্নমক পুথোক্তুনা য়ৈরি। খোনবাং ওইনা পাখং অনি অমসু মাগী মমাংদা ফুঙ্গা নুঙদুম সানা থোঙজিন ময়াগী খরা হাংবা অদুদা ওনসিন্দুনা থাঙ ঈসিং চঙদবমখৈ য়ৈবি। অহিং অদু থেংজিলক্লে। অদুবু কনাসু থৌসানদে। মৈ অদুসু ইঙাং ঙাংনা চার্ক্লি। মীওইবনা মসাগী নুংদা সাথুপ্তুনা লোৎলিবা, মাবু সেম্বীরকপা লৈসেম্বা মপুগী খুনাম. লৈসেম সক্তী অসিবু য়াকাইহন্দুনা কলাগী ঙকলবা পোৎথোকসিং কবম্বা পুক্লীং অমদি ফিভমদা সেম্বগে? মসিরা যুগ কয়া লিসাং সিৎনা য়ুরোপকী নুংদা সাথুপ্তুনা লোৎলিবা, লোয়বা খম্বা নাইদনা লিপুন অমগী মথংদা লিপুন পুম্বা থদৎতুনা চৎলিবা অনৌ অনৌবা কলাগী খোংচৎ' লিপুন অম গী মথংদা লিপুন লোয়বা নাইদ্রবা লিপুন কয়া সেমজদুনা মদুগী মনুংদা পুক্লীং হকচাং পুন্নমক ফাজিনজদুনা মুক্তিগী লম্বী থিরিবা নোংপোকলমগী নিঙোল ঐনা পুন্নমক অসিগী ৱাহনথোক করম্না খঙবা ঙমগনি।

ঐখোয়গী কাংবু অদু মথং মথং থোরক্তুনা ঐখোয়গী ভান পার্কিং তম্নরক্লে। পুংখোল অদুসু অসুম অসুম তামহৌরে।

## খ

ওক্তোবরগী তাং ২৭ দা ফ্রিসাংকোদা অরোইবা অহিং হৌখ্রে। অবোইবা অয়ুক্তুসু তপ্না তপ্না লোয়সিলকদৌরে। ঙসিদি য়াহৌ ইওন ঙনদ্রে। পোৎ-চৈ লোয়সিনবা লোয়রগা মখাদা কুমথরকপদা ইচিক চিকপা অমা ফাওরকই। কনাসু উদে। অসুম থোকখিবদা লম্বীদা অপিরানা থেংনরে। পাউ খরদি ঐসু খঙফম থোকই, হংলুবা মতমদা মহাক্লা সম্না খুমলকই —

'ঙসি অয়ুক অঙনবদা মেরি এরোদ্রোমদা চৎখ্রে।. . . ঐ ঙরাং অহিং তুমদে মেরিগী মনাক্তা অমুক চৎলি লাঙ্গকী মনাক্তা অমুক চৎলি। তায়সিন্নবা য়াদ্রে'।

'মখোয়না তৌরিবা অসিবু করিনো'?

'ঐসু মুন্না খংদে। মেরিনা হায়, লাঙ্গনা মাবু কোয়য়েং য়েংসিল্লি। লাঙ্গ স্পাইনি . . .।

অপিরানা সাংনা ঙাংনিংদবদু উবে। সাওনিংবা লোৎলিবা মাগী মায়থোং অদু ঐসু হৈনদ্রে। মহাক্কা মায়কৈ অমবোমদা চৎখ্রে ঐনা মায়কৈ অমবোমদা লাক্রে। মহাক্কা ঐঙোন্দা ৱারী সানিংদ্রিবা করিগীনো ঐবু মহাক্কা লাঙ্গকী মীচংনি হায়না খল্লব্রা। মদু ঐনা কৱান্না সেংদোকলুগনি। মওন মওন খল্লি। ঙবাং আওরোগী থোংগান্দা মেবিনা — 'I eft me alone'। হাযনা লাওখিবদু হন্না অমুক তারকই।

ঙবাং অহিং ঐখোযনা ঙা চাফমদগী হলক্তুনা আওবোগী যুম মমাংদা লৈবিবা বাব পাকিং অদুদা গাবী হেন খাম্বগা ইলিযানো. ক্লাওদিযস অমদি মাঙবো, আওবোগী যুমদা চঙখ্রে। অহিং অদুদা আওবো. লাঙ্গ, অপিবানা, অমদি ঐতমক ঙাযহৌরে। কদোমদগী ইখং খংহৌদনা মেবি অমদি লাঙ্গ শাহৈদি যামদনা বাহৌসু যাওদনা ঙংখৎনবক্রে। ঙানফাৎতবা মৈঙান্দা লাঙ্গকী কম্বা কলেংনবা, অসাওবা বানা ফাবিবা মাযথোংদা তমথিবা মওং অমা উখি। মেবিনা লুকলপনা ওন্থোকপা মীৎযেং অমদা লাঙ্গতা যেংলি। অদুগা ওন্থোকপা খোঙ্গোক্তা ওন্থোক্লা হৈনখিদ্রবা মীনোক অমা নোকলক্রে। নোংমা মেবিনা অসিগুম্বা মীনোক অমসু নোকখি। মদু ভিয়েনাদনি। অর্থদি মান্নদে। অসিগুম্বা মীনোক মখল কয়া মাগী মসাদা লোৎলিবগে কনানা খঙগনি। মদুনা রেস্টুবেন্ত অমদনি। নুমিৎ অদু ঐখোয় বিদিং অমা লোয়রগা নুংদাংগী চাক চান্নবা তেবল অমগী অকোযবদা ফমথখি। মাইক অস্তীন, ঐখোযগী ভিযেনাগী কো-ওর্দিনেতব চংলক্কুনা ঐগী ইনাক্তা ফমলবদা অতোপ্পা নাকল অমদা ঐগা থংননা ফমলিবী মেবিনা হায়রকই—

'মাইক্কা মেমচৌবীগা কপল্নি'।

ঐ ইঙক ঙকই, কবিনো মানা হাযরিবা অসিবো। ঐনা হংই—

'কবিনো মেবি, কপল হায়বদি'?

'এ কপল এন্ড এ কপল।'

অদুগা পিক থল্লবা বিযাব গ্লাস অদু থাঙ্গৎতুনা যাউম অমা থকলগা অসিগুম্বা লোযবা খম্বা নাইদ্রবা মীনোক অমা মী উসিংৎতবগী খোম্বাংদা তাংথক নাইদনা

নোকথরকখি। ঐ ফম্বা ঙমখিদে হৌগৎলকখি। ঐখোয়দ নত্তে ফমলিবদু, সোসাইতি ফোর থ্রিতন পীপলগী মেম্বরসিংসু য়াওরি। মখোয়না ঐখোয়বু বার্ত্তন তৌরিবনি। চাকতি য়াম্না লাম্লে। লাঙ্গনা ওদর তৌবীবা ঐগী চানবা অদুসু পুক থন্নবা চাবা ঙমদ্রে। চাদ্রবনিনা ইংসিলক্লে। ভিয়েনাগী অইংবা নুংসিথতি হায়নরিবনি। ঐ চাকসংদা চংলগা স্তোপতা মৈ য়াইরুরে। মসি য়ুরোপতা চৎনদবনি। ঐসু খঙদবা নত্তে। অদুবু ঐদি হিংদবা য়াদে। সুম য়েংবদা চাক খরা লৈরিবদু উরে। ঐ জর্মন খংদে অদুবু ঐনা থোকপা তৌদুনা মখোয়দা ঐগী চাক ওদর তৌরে। ঐগী নুংঙায়ত্রবা মায়থোং অদু খঙবগুম কুক অদুনসু য়াম্না নুংসিনা হোৎনবীরে। চাকতু করিগা চাগনি হংবদা সংগোম খরগা চিনি খরগা হাপীরকউ হায়রগা ঐতোমতা অতোপ্পা তেবল অমদা ফমলুরে। ফোং ফোং সারবা চাক খবদু পুকতা তারবদা হকচাংদা মৈসা অমদি পাঙ্গল লাক্লে। চংসিন্দুনা লাঙ্গতা ঐ হান্না চৎলমলগে হায়রমলগা হোয় মায় তারমদনা রেস্টুরেন্ট অদুদগী থোরকখি। বেগতা ঐগী হোতেলগী লৈফম ইবা কর্দি অর্মদি পৈসা য়াওরি। ঐ কনাসু কিখিদে। মপান হেক য়ৌবগা অহিংগী অইংবা নুসিৎনা খু লাউনা হুমজিলকই। নুঙ চনবা লৈমায অদুদা খোংথাং খরদং চৎপদা ঙাযরি মাইক য়ৌরক্লে। তেক্সী অমা ফাবিরমলগা লৈহৌরে।

ঐনা হোতেলদা চঙখিবদা চঙফমদা লৈরিবা চাউববা মী ফমফম কাদা লিজা মথন্তা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐনা মতুংদা লেপতুনা কৌরুই -

'লিজা, নথন্ত কৈদৌরমলিবনো'?

মঙগী মতৌগুম খুমলকই--

'ঐগী নুংসিজরবা লাঙ্গপু ঙাযবিবনি'।

মায়য়োক্লনা ফমথকুবদা, মীকপ থোকলকপগুম ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হংলকই-- 'কৈদৌবে'!

রাবীদু তাববদা ইরাই লায়না নোকথোক্লগা-- 'মদু অবানবনি হাযবা ঐখোয লোয়না খংই কবিসু খল্লুনু'।

মখোয়সু থুনা য়াংনা পরপ পবপ হলক্তুনা য়ৌরক্লে। ঐনা নুংঙায়না লিজাগা নোক্তুনা ফমলম্বা উবদা, সোব হোন্দোক্লদুনা মখোয়সু য়াওবখি। অদুবু ভিযেনা থাদোকপা নুমিৎ অদুদা মেরিনা ঐঙোন্দা হায়রকখি--

'মেমচৌবী, ঐ ঙসিদগী চহি অহুমদি no drinks no sex ঐসু নন অমগুম্না লৈরগনি'।

মদু ঐঙোন্দা মাগী এপোলোজিরা, করিনো ঐ ভাপ তাদে। ঐখোয় আম্ব্রিয়াগী ব্রিকফিলদা লৈরিঙৈদা, ময়াম চাক চামীন্নরিঙৈদা মেরিনা ঐঙোন্দা হায়রকখি—

'Memchoubi, your are silly'!

ঐনা নোক্নুনা খুমখি—

'Yes yes, I am a cave woman '. মানা হায়রিবদো করিনো হায়বা ঐ খঙই।

অথেংবা অচিকপা অহিং অদুদা লাম্নকী মায়থোং মেরিগী মীনোক ঐ খাঙবা ঙমখিদে। থবাক্কী মীহুন দণ্ড দণ্ড হুনগৎলক্লে। খঙহৌদনা ঐনা লাওরুই—

'ঐখোয়গীসু খরা খল্লু কৈদৌবগে।'

মখা তারমদনা খুবাক অনিনা নাকোংদা নমসিন্দুনা ঐ চেম্থোরক্লে। আওরো ৱা অমতা ঙাংদনা তুম্মীন্না লেপহৌই। খুদক অদুদা তুমলুবগী মসম চোয়রপ তৌবী লিজা তুমলিবী জোয়িবু ফি অথাবা অমনা য়োমসিলগা মাওরোগা থোরক্লে। মাওরোগী 'হয়েং অয়ুক অমুকসু লাক্কনি হায়বা বাহৈদুগা' ঐখোয় কায়নরকখি।

ফ্রিসাংকোগী ঐনা হেক হেক চৎপা উইলো পাম্বী মখোং অদোমদা সুম লাকপদা নুপী অমা বাসকেত অমা পায়রগা চেঙগুম থি থিদুনা হেকলম্মী। মানা হান্না ঐবু তুরিস্টলা হায়দুনা হংলকই। বা য়ামনিংদদুনা ঐসু মান্নি হায়দুনা খুমলে। ৱারী ঙাইহাক সারে অদুগা ইথা থাজদনা— 'হোরেন নুংথিল নুমিদাংৱাইদা মাগী য়ুমদা কোফি থকলরো হায়দুনা বার্তন তৌরে। মাগী থোঙ্গান্দনি ঐখোয অনিনা ৱারী সান্নবিবদু। কয়া নুংসিখ্রে অদুগা কয়া নুংঙায়খ্রে। অদুবু ঐনা— 'I am sorry, ঐ নুংথিল ফ্রিসাংকো থাদোক্লগা চৎপা তারে' হায়দুনা বার্তন অদু হায়দোকলমখি।

নুমিৎয়ুংবা মতুংদা লিজা মথন্তা ভান অদুদা হলকলে। অদুগা তম্মী— 'মেরিদু হলকখো হায়বা য়াদ্রে'। ঐ তুম্মীন্না খল্লি কনানা মেরিবু এবোদ্রোমদা থিল্লিবা অদুগা কনানা অমুক মেরিবু অমুক হলকখো হায়বা চৎলুরিবা। লাম্নতা হংবদা 'মাওরোদু ঙরাং থেংনা চৎথোকলুবা অদুদা সিদা য়ৌরকপা ঙমদ্রে'। লিজানা য়ান্না থুনা সবারদা চঙলুখিগে হায়রমলগা মথন্তা চেনখৎখ্রে। পংকুই কুইদনা মসম চোৎলি চোৎলি বেক অচৌ অচৌবা অনি সোরো সোরো চিংথরদুনা কুমথরক্লে। অদুগা ড্রাইভরগী ফমফমদা অমুক চোংখৎখ্রে।

ঐখোয়না বোলজানো য়ৌবা মতমদা নুমিৎ তারে। মখোয়গী কৈথেল ময়াই হায়গদ্রা, মখোয়গী সিতিগী স্কোয়ার অমদা নহা পাখং অনিখক ঐখোয়বু ঙায়দুনা

লৈরম্মী। হোতেলদা ঐখোয় ঐখোয়গী কাদা পোৎ-চৈ পুন্নমক থম্নরুরগা চাফম অমদা অমুক চৎলে। লাঙ্গ অমদি লিজা য়াম্না নে তানা ইংনা চাবগুম তৌই। নোংলৈ নুংশিৎ লোয়খ্রবা মতুংগী অতিয়াগুম মখোয়গী মায়থোংসু তশেং তশেংলে। অদুবু ঐগী নোংলৈদি হৌজিক্তা সিৎকৎলক্লি। মেরিগী মথংদা হৌজিক কনা? ঐনা কয়া সাংনা মখোয়গা লোয়নবা ঙমদৌরিবা। মখা অমুক হৌজিক থোকলদৌরিবসি করিনো। অপিরানা থুনা চাবা লোয়সিনখ্রগা চুরুত থকপগী মিংদা হৌগৎতুনা থোকখ্রে। মহাক মথন্তা লৈবা পামবগুম তৌই। মাগী মায়থোং মকলি। খোংচৎ অসি হৌজিক্তি অচৌবা শীংনবা অমা ওইনা ঐগী মাংদা লেপলরে।

অয়ুক অদু মখাদা ব্রেকফ্রাস্ট চারুরগা কাখৎলকপদা রিসিপসন রুম অদুদা লাঙ্গকী বেগ মানবা অমা অনি উরম্মী। ঙসি অসি ইতালিদা অহানবা রিদিংনি লাইরিক অমতা পাগে হায়দুনা ফমুংদা ঙাথদুনা লাইরিক্তু ফাকতোকপদা ঙায়রি। থোঙদা কনানো অমনা থিল্লরে- হাংদোকলুবদা লিজানা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা 'পোৎ হোনথখ্রবরা' হায়রকই। ঐনা ঙকপদু উবদা– 'ও ঙরাং ঐ হায়হৌদ্রমাক্লে। ঐখোয় হৌজিক পোৎ-চৈ লোয়না পুরদুনা রিদিং হোল অদুদা চৎলগদবনি। সিদা অমুক হলকলরোই লোয়সিল্লো থেংলে'।

হোবে হোবে পোৎসিংদু কিৎ কিৎ নর্মসিল্লগা ঐগী পোৎসিংদু ইথন্তা সোরো সোরো চিংদুনা রিসিপসন রুম য়ৌনবা কুমথরে। ঐনা লাঙ্গকী বেগ মাক্লি হাযনা খনবদু চুমলমলে। মখোয়সিংদু মাগী মাগী কাগী সো পিসিন্নরগা পাসর্পোতি লৌথোক্লরে। ঐগী সোদি কাওবমলেদনা। মহৌসানা ঐদি বাথরুমগী থোঙজিন ময়াদা ফি য়ানফম লৈবদুদা সোসু য়ানগক্লি। সো লৌবা চঙবদা ঐগী জেকেত অদু তংখায় অমা হাংদোকলবা উপু মনুংদা যান্দুনা লৈবদু উরকই।

অয়ুক্কী পুং ১১ তারকপা অদুৱাইদা ঐখোয় ময়াই ওইনা চাউরবা অন্দরগ্রাঙদা সাবা হোল অমদা থুংলুরে। মিনিত তরাগী মনুংদা হোল অদু পিক থন্না, মরুওইনা চহি ১৭ তগী ২০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা নহানা মপুং ওইনা মরি মরি চঙলক্তুনা ফমলরে। চৌক্রি অঙাংবসিং, হরাও তয়ামলবা নহাসিং, চীংলেমলবা মীয়াই চল্লবা নুপা নুপীসিং– ভিয়েনাগী ভাবোক অমদি মওং মতৌদগী পুন্নমক পুমওন ওনবনি।

লাঙ্গকীনা অহানবদা ঐগীনা অনিসুবদা অমদি অপিরাননা অকোনবদা হাযদুনা সিনদোক্লরে। ঐগী সৈরেং অর্মদি ৱা মতেক অমা ঙাংবা অদু লোয়সিল্লগা ঐগী ফমফমদা চংসিন্দুনা ফমথরকপা, অপিরানানা চঙখিবগী মিনিত অমা অনিগী সরক অদুদা, অহাংবা চৌক্রি অমা কান্নবগা ফম্মীনরিবা নুপা অদু মমায লৈসিলকলগা ঐঙোন্দা হায়রকই--

'মেমচৌবী, ঐ নহাক্কী জর্মন ট্রান্সলেতরনি। ঐগী ইমিং জিওননিস জীঙ্ক কৌই'।

মীৎনা কুপ্পদা মমাই লৈথোকখ্রে। অদুগা অপিরানাদা পুক্নীং পিখ্রে। ঐখোয়না ফমলিব মমাংগী পরেংদু মী খরা লৎলি। ঐনা হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংবদা মতুংগী ঙাংলৈনবা মসম অমদি অঙৌবা মঙক অমদি মখুৎ অদুতমক উই।

ৱাহং পাউখুমগী মতাং ওইরকপদা কন্নাসু হংলকত্রে। নুপাদু ফুগ হৌগৎখ্রে অদুগা মাইক্রোফোন পায়রগা মীরক মীরক্তা চঙদুনা ৱাহং কৌরি। বোলজানো অমদি মথংগী রিদিং পাংথোকখিবা ক্রনিক, ইতালি ওইরবসু জর্মন ঙাংবা লমনি। মখোয়না জর্মনদা হংলকপা ৱাহংসিংদু মানা ইংলিসতা অমুক হন্দোক্তুনা মহাক্না ঙাংবনে শকপনে তৌদুনা সিন অদু লৌখ্রে। ৱাহংদি ঐগীসু য়াওরকই। পাউখুমদু মহাক্না জর্মনদা হন্দোক্তুনা মিকুপ অদুদা ঐখোয়গী ট্রান্সলেতরসু ওইখ্রে। ঐখোয়গী পাওখুম লোয়রদুনা ফমথরবদা নুপীমচা খরা ঐগী নাক্তা কোয়সিন্দুনা ফমলরে। খরনা ঐখোযগী এনথোলোজি অদু লৈরগা ঐগী সোই তৌ হায়দুনা পীরবে। লোয়না লোয়সিলক লবদা ঐনা মঙোন্দা ঐগী থাগৎপা পী– 'নহাক্না ঙসি ঐখোয়গী রিদিং মায় পাকহল্লে'।

লিজা অমদি লান্সসু য়াওসিলকই। মখোযদি হান্না খংনবা মরুপনি। মানা তম্মী–

'রিদিং অসি নংনবা মহাক জর্মনিগী মুনিকতগী সি তান্না লাকপনি'।

ওর্গনাইজরবদু য়াম্না নহানি। মানা চিংদুনা চাফম থিবা ফনা য়াম্না সাংনা চৎলি। মসিদি মখোয়গী হৌনবানি। অহানবা চংলুবা রেস্টুরেন্ট অদু সিলিং ইনেম নেমলদনা মী অঙকপা ফংনা চিন্নি। ঐনা কিবদি চুরুতকী মৈখু অদুনি। মসিদি ভিয়েনাগী য়ুনির্ভর্সিতিগী রেস্টুরেন্ট অদু নিংসিঙলকই। ঐনা মদুদা ৱাখিবদো। ঐখোয়গী চাফমসু ফংদ্রে। ঐদি হরাওজরে। অমদা অমুক চৎলি। অনিসুবা মফম অদুদা মিনিত তবাগুম্বা ঙায়বগা উচিন-নাচিন্না ঐখোয় পুন্না চামিন্নবা য়াবা তেবল অমা ফংলে। জিওনিসতী ঐগী নাক্তা ফমথররে। জর্মন লোন্দা ইবা মেনু অদু য়েংবদা মানা ঐগী মতেং পাংখি। মখোয়না বিয়ার অমমম অদুগা ঐনা নেচরেল ৱাতর থক্লদুনা চাক চাবা হৌনরবদা জিওনিসনা লান্সতা ওনসিন্দুনা ৱারী তৌবকই–

'ঐখোয়দি আমেবিকান ইন্দিয়ান খক্তদা ইন্টরেস্ট লৌদে। ঐখোয় হৌজিক ওস্ত্রেলিয়াগী এবওরিজিন পিপলসকী থবক লৌখৎপা হৌরে'।

মানা মদু করি খন্দুনা হায়বিবনো হায়বা ঐ খংদে। অদুবু ৱাহৈ খবা অদুনা ঐগী প্রোবেলসিং পুথোক্তুনা খন্নবা য়াবা মীওই অমনি হায়বদুগী ইনগীৎ অমা ঐনা উখি। ৱাহৈ অমা অনিদগী খংহৌদনা ঐখোয় অনিগী ৱারীদু য়াম্না য়ৌসিনখ্রে। ঐগী বেকতগী

ঐনা জরনেল অমা লৌথোকলগা ঐখোয়গী মেপ য়েংহনবদা মানা মমিৎ অনিদু হৈনিংবনা থন্না তাপ লৌদুনা য়েংলগা হংলকই-

'Where is your Ningthi, where is your Laimaton'?

ঐ ঙহাক ঙকপনা খুমফম খংদে। তপ্না ভাপ তারকই— মহাক ঐগী জর্মন ট্রান্সলেতরনি। মানা ঐগী * 'ওক্তেদা নঙদি লাইমতোন' জর্মনদা হন্দোকপনি। ঐগী বেগতগী লাইরিক অমসু লৌথোকলগা ঐনা ফাকতোকলগা পরেং খরা উৎতুনা য়েংহল্লি। ব্বাফম অদু ঐখোয় অনি খন্নে। কোন্না উরকই লাম্প অমদি লিজা ময়া কাদুনা ঐখোয় অনিদা য়েংলি।

ঐখোয়গী চানবা থুংলরে। খোঞ্জেল খরা নেমথরগা ঐখোয় অনিনা চানা চানা তপ্না তপ্না ঙাংরিবদু লাম্পনা থব্বায় য়াওবগী খংনিংবগী মওং অনোক অমুবা অদুনা লোৎপা ঙমখিদে। লিজাগা মখোয় অনিদি জোয়িবু পিজনবা, মাগী নিঙাই. মখোং মখুৎ য়াওবা অদুসু হোৎনরিবনি।

জিওনিসকা ব্বারী সান্নবা অদো মাগী মীংদু ঐ খরা খুৎলোয়দে। ঐনা হায়রম্বা সাই—

'নহাক্কী নমিংসি সাংখ্রে। জিওনদমক কৌবা য়াগদ্রা'।

কুইরবা মরুপকুম য়ান্না লায়না করিসু কোয়দনা খুমলকই—

'করিগী? নঙগী নমিং মেমচৌবীসি সিলেবল অহুমনি। মসি ঐনা কৌরগা নঙনা করিগী ঐগী ইমিং কৌরোই। ঐগী ইমিংদি সিলেবল অনিখকতনি। লায়খ্রপোৎনি'।

জিওনিসকা অপিরানাগা য়ান্না থুনা মরুপ ওইখ্রে। নুপা অহুমদু লৈহৌরগা জোয়িগা মমাগা ঐগা ঐখোয় অহুম ভান অদুদা ঐখোয়গী অনৌবা লৈফমদু তমলকলে। হোতেল মমিংদু 'Moon Light' হায়বরা মফমদু পাক তাদদুনা মমিংদু হায়র হায়রগা লিজানা ভানগী ড্রাইভর ফমভমদগী মঙক লিৎথোক্তুনা অচৎ-অওকসিংদা হংই। উচিন-নাচিন্না য়ৌবে। ঙরাং নুংদাংদগী নোং কুপলি কুপলি, অমুক চু অমুক হাং তৌরকপদু ঐখোয়গী হোতেলদু য়ৌবদা নুংসিৎকা লোয়ননা হায়ফেৎ কন্না চুথরক্লে। হোতেলদু চীংয়া অমদনি। মনিংদা সুইমিং পুল অমসু লৈ। য়েনিংথাদা ওম্বোক্লা ফজরমগনি। থোঙনাউদা নুংসিৎ মায়কৈদা ঙাওনা ফৈন্না চুরিবা নোংদু উই। চীংয়া অদুদা নুংসিৎসু য়ান্না কল্লি। ফেৎ ফেৎ হায়রিবা উপালসিংদু, অতিয়াদু ঐ ফি হোংদবমখৈ য়েংই। চীংমায়দা ঙৌরোক ঙৌবা লোক্কী ঈচেল মচা অমা সাফু কন্না চেম্বুরি।

---

* "অন্দ্রোগী মৈদা" য়াওবা সৈরেং অমা।

নোংদু পাথববদা লম্বীদা মী লন্না লন্না চৎপা উই। মখোযসিংদু চীং কাকবা ওইবমাল্লে, উচান মসা মচা অমমম পাযবি। সজিবূ চৈবাউবদা চৈবাউচীংদগী কুমলকপদু ঙাযখ্রে। মী হাযবসি মফম পুন্নমক্তা চপ মান্নে। নুমিদাংবাই মমথববদা লাম্প অমদি অপিবানা হলকপা মতমদা জিওর্ননিসসু যাওবক্লে। হংবদি কবিসু হংলুদে। মহাক বার্তন তৌদনা থুংলবা অতিথিনি।

নুপা অদু অপংবা নত্তে। অপিবানাগী কাদা চঙদুনা মাগী কম মেত ওইসিনখ্রে। নুমিদাংবাই পংথেং থেংদ্রি পুং ৭ মুক্তা মতাবি। চৎলসি হাযবক্লে। ঐদি ঙহাকসু পোখাহৌদে। ঙসাযমখৈ ফি সুনা সুনা জোযিনা হৌববদুনা কেকু লোৎপী সান্নদুনা লৈকবে। জিওনিসনা চীংকাবা অফাওবা নুপা অমগীদা সৈবেং পাকগদবনি হাযখ্রবনি।

তেক্সী অমা বাযদুনা ঐখোয মবি চৎলে। অপিবানা মসা চাউর্ননিনা মমাংদা ড্রাইভবগা ফমখ্রে। মনিংদা ঐখোয অহুম। নুমিদাংবাই অদুদা কদাযদনো খংদে তেক্সী অদু যা না যৌবি। ওয়েৎপনি, ইসানী চহি ৩৩, ' নোংগৌবী হেক খোংলুবা মতুং সাহিত্য যাওববকঙৈদগী হৌজিব ফাওর্বসি অসুন্না নুপা মবক্তা লেপ্লকলবনি। কলচবেল ফোবমগী একজুকিতিপ বোঁদতা ওজা খোইবীগা ঐগদনি। ওজা খোইবীদি অহন ওইবকপগা মসা ফত্তবগা অযাম্বা মতমদা মিতিং যাওদে। নুপী ইথম্বা মখোযগী মবক্তা মখোযগী মতুং ইলকখিবনি। ঙসিগীসু অদুমঙাই। মসি ঐগী ইবাইবক ওইবমাল্লে। খঙহোদনা অচৌ অচৌবা নুঙজাওনা নাক যেৎতা থন্না লৈবা চীংজাও অমা কাব অদুনা উক উক লে লৈদুনা কাখৎলক্লে। অঙাং ওইবিঙৈদা অহিংদা বাকনী চীংদোন তমলব পদা চীংযাং চীংযাংদা চাউব চাউববা নুঙজাও নপ নপতুনা লৈহৌবা অদু নিংসিঙলবই। মৈ মল্লী ঙাপ্লি তৌবা মফম অমদা গাবী খামলে। কাব খবসু লনতক লনতক খামদুনা লৈবম্মী। চঙফমদুসু হেক যেংবদা খঙবজাৎ নত্তে। হাযযেৎ যেংলগা ঐখোয মবি ফাগী তৌনদুনা অসুম চঙখিবদা এস্তবিক্সকী কোর্মাক্তা যেকপা বোমানণী লানবনগী তবাব মানবা ফক্লাংগী মচু অদুনা সম্বী লৈঙোই তৈবা মানবা অমা মল্লিবা অদুদা চীংথক অদুদা ইবাং বাংনা লৈবম্মী। চংফম লম্বী মচা অদুগী নাকন্দা চবৌ চবৌবা উগী যুম্বী অমদা উপাক অমদা রেস্টুরেন্ট মমিং থাবি। চংখিবদা ঙাসিন্দুনা লৈবা থোঙজিন অদুগী মথক্তা চৈ অমা ফৈবগা বাবন অমা তোংহন্দুনা থমদি। কাক হাযর্বসি মচু অনি সুই, মকোক অমসুং মসাগী মচু হাযফেৎ খেৎনে ঐখোযনা গৌহাতী হেক যৌবদা উর্বিবদুনি। ঐখোযগী কাক অসিদি পুন্মুনি যুবোপ না বাবন হাযনা খঙনবিবা অসিনি। চঙখিবদা মখাদা চাকস অমদি তোইলে ৩ লৈবম্মী অদুগা উগী সিবি মচা অমা মথক যৌনা কাখীবা মতমদা চাফম লৈবম্মী। ইথা থাজদনা নুংদাং অদুদা জগা অদুদা মী হাযফেৎ থন্না লৈবম্মী। মওংদি ভোপ্পী চবাং খোযবাংনদে,

চিপক চিপক য়াম্না নে তানা লেম্না চা-থক্লুরম্মী। হেক চঙখিবদা সিরি কাফমগী অহাংবা অদুদা তিববতকী মরুওইনা তান্ত্রীক বুধিজমগী মুর্ত্তি খরা অমদি তিববতকী ওইবা অরিবা মতমগী থাঙ, সেল ময়েক, অসিনচিংবা পোৎ খরা উরম্মী। মথক য়ৌরগা ফক্লাং থুংনা তিববতকী ওরিজিনেল পেন্টীং মরুওইনা ভগবান বুধগী মুর্ত্তি অয়েকপা কয়া য়াম্লি। সিলিং নাইদে। ইমুংগী ফক্লাং অদুসু মপানগী সম্বী লৈঙোয়গী মচু অদুনি। মহাক্কী কা অচৌবা অদু তংখায় অমনা ফুত অহুমগুম্বা ৱাংহনলগা কাফম সিরি মচা অমসু হাপতুনা কা অনিগী মওং অমা সেম্মী। তেবলসিংদু অচম্বা উপাকনি। তেবলফিদা কুপতে। তনান তনানলি। থোইদোকপা অকে-অমৌগী পোৎ থমদে অমদি মদুগী মমিসু তাহনদে। মথক্কী খরা হেন্না ৱাংহনবা কা অদুগী ময়াই ওইনা তিববতকী পুংচাউ চাউদবা মাংগং অমা তোঙান্না তোপ্পা তেবল অমদা থম্মী। মদুনা কা অদু য়েংবদা লাই-তীনগী ওইবা অশেংবা অইংবা মতৌ অমা থোকহল্লি। মৈদি তেবল মথক্তা থাল্লিবা কেন্দলসিং অদুনা মরুনি। বলব য়াম্না ঙানদবা খরা মমিংতা ওইনা মথক্তা থাল্লি। মসিনা তেবল তেবলদা ফমলিবসিং অমদি ঐখোয়সু ঐখোযত চিক্লা ঐগী ঐগী জগা অমদা ইংনা ফমজবগী মতৌ অমা পোকহল্লি। চীংকাবা অমগী চম্না ইংনা লৈজবা পাম্বা মতৌ অদুগা তিববতকী লাই-তীনদা য়াম্না থাজদুনা ইংনা-চীক্লা লৈজবা পুন্সী মরেন অমা ফোংদোকলি। জিওর্ননিসনা 'ঐদি মেমচৌবীগী মেনু য়েংবদা মতেং পাংদৌরিবনি' হাযদুনা ফাগী তৌরগা ঐগী ইনাক্তা ফমলরে। মনুংথংবা ফক্লাংগা তায়নবদুদা থারিবদু চৌক্রি নত্তে, বেঞ্চনি। য়ুরোপতসু অদুমঙাই য়াম্না খঙনা চান্নবা নৎত্ৰবদি নুপী অমগী মনাক্তা হেক্তা চঙদুনা ফম্বা লেমনদে। অহানবগী বিয়ার রাওন্দ হৌখ্রে।

ইখং খংহৌদনা জিওননিস অসি ঙাংবা শকপা য়াম্না হৈবা, চেনা পন্দনা মী শুমহৎপমখৈ ঙাংবা য়াম্না নুংঙায়বা মীশক অমা ওনখ্রে। ঐদি মদুদা থোইনা পুক্লিং লুপ্পা ঙমদে। খন বদা মম্মী— জগাসিদবু করম্না সৈরেং পাগদৌরিবা। ঐখোয়গী ফমফম অদু খ্বায়গী মমাংদনি অদুগা ঐখোয়গী তেবল অদুগী হেক নাকন্দা তেবল অমখক তোঙান্না ফিদা অঙৌবা অমা কুপতুনা লৈ। মদুদা কনাসু ফমনদে। খংহৌদনা হায়দোকখি— 'সিদবু করম্না সৈরেং পাগদৌরিবা'।

জিওননিসনা মমাই হায়ফেৎ লৈসিলক্লগা ইথৌ থৌওইদনা খুমলকই—

'করিগী য়ুবোপকী অফাওবা কবি পুম্নমক অসিগুম্বা রেস্টুরেন্টসিংদা সৈরেং ইর ইরগা পা পাদুনা ফাওখিবা ঙাক্তনি। য়েংঙু হোরেন সৈরেং পাবা হেক হৌবদা কমদৌবগে হায়বদু'।

অদুদগী মমাই লৈথোকখ্রগা লাম্ন অমদি অপিরানাদা য়েংদুনা অমুক ঙাংববোমদা চৎথখ্রে। ফিদা অঙৌবা কুপ্পা তেবল অদুদা ঐগী মীৎয়েং অমুক তারে। জিওননিসনা হায়বা চুমগনি। ঐগী মীৎতা উবকই— মফমসিদা কবি কয়া সৈরেং পাখ্রে অদুগা ম্যাজিক মখল মথেন কয়া পাংথোকখ্রে, চরাংনহন্দনা ইংনা তপ্পা। ফোং ফোং সাববা অচম্বা, য়ুমদা থোংবগা চপ মান্নবা ঐগী চাকসু য়ৌরক্লে। মখোয়না চারিবা মখল মখল— য়ুরোপকী মথেল লুকোইসিং ঐনা থোয়না কলকউদে। চাক অদু চাববদা নে তাবে। ইংবসু খরা ফরে। জিওননিসনা হায়ফেৎ ওনসিলকলগা -'ফরেনে, য়াম্না ফজনা চারে। ঙসাইদি করিসু চাদে। ঐখোযগী সৈবেং পাবসু হৌনবা তৌবসি'।

'কবি সৈবেংনোনে ঐনা পাগদৌবসিবু'

' You must read first your Tingkhang'

Tingkhang is such a poem!'

কযা ময়েক সেংনা হায়খ্রবনো * 'তিংখং' হাযবা মমিংদু। ঐনা ঙক্নুনা তায, ইসাগী নাকোংবু থাজবা ঙমখিদে। ঐনা তুম্মীন্না য়ুংদুনা লৈবা অদুদা কবি খল্লুববনো, ঐখোযগী এন্থোলোজিদু ইমাংদগী লৌবগা পাগদবা সৈবেং মথং মনাও সেমলে। মাগীদু যেংলগা ঐসু ঐগী মৈতৈলোনগী লাইবিক্তা চে মচেৎ মচেৎ হাপচিন্দুনা মথং মনাও থাজিল্লি। মানা মখা তানা হাযবকই—

'নহাক্না সৈবেং পাবা মতমদা যাম্না তপ্পা ইংনা নঙগী সৈবেংদা নঙনা সেমলিবা ছন্দ অদু নিংথিনা মযেক থোকহন্দুনা পাউ। অদুদা ভাবুক্না খঙগদবনি'।

জিওননিস তেবল অদুগী মযাইদা থাবিবা চৌক্রি অদুদা ফমদুনা কন্দক তৌবা হৌখ্রে অমদি লাম্নসু সৈবেং পাবা হৌখ্রে। মহাক্না হায়খিবদুমক্কী, ৱাবী চীবোন চীবোন শাদুনা চাবশ্বা থকলম্বা চপ লেপখ্রে, পুমচিক চিকখ্রে লোয়নমক লাম্নতা যেংদুনা মাগী সৈবেংবু তাবি। মখোযগী কবিতাগী কলচব অঙকপনি। থাগৎতবা ঙমদে।

ঐগী মতাং যৌববদা ঐদি হৌগৎতুনা তেবল অদুদা থোকউদ্রে— ঐগী ফমফমদু কাচিন ওইজবগী ৱানি, ঐনা লেপখৎপা মতমদা ভাবুক পুন্নমক্না মাযোক্লে। ঐগী সৈবেং পাবা লোযবকপগী মতম, অপিবানাগী হৌদ্রিঙৈ মবক অদুদা নুপী অমা মহাক্কী চাফম অদুদগী মচানুপা পুংকক চাউবা অনিগা খোংথাং ফাজিন্দুনা, মচা অনিদুগী মখুৎ নাম নাম সমদুনা, উগী সিবিদু কুমথরগা তপ্পা মখাদা কুমথখি। ঙহাক কান্নবগা মওং অদুদা মমা মচা অহুমদু চেক মোক লাওদনা কাখৎলকলগা হান্নগী ফমফমদা চঙদুনা ফমখি।

* "অদ্রোগী মৈ" দা য়াওবা সৈরেং অমা।

অপিরানা গীতর পায়খৎতুনা ঈসৈ শকপা হৌখ্রে। ঐদি মহৌসানা খোং থাদদুনা সাংনা ফম্বা ওমদে। নুমিৎ অদুদা ঐহাক্লা সেৎলিবদু অমুবা ঙাক্তনি। কাচিন অমদা মৈঙান অদুমকনে, কন্নানবু উরুগবনো, উরবসু অদু মঙায়রে, সুক ৱারবদবু, খোং থাঙ্গৎতুনা মায় অসি খুউদা থমদুনা ঙহাক পোথারে। হন্না য়েংথখিবদা চীংখাদা তান্না সহর অদু উই। অতিয়াসু নোং হাংখিবগী ইসেং সেংই। অতিয়াগী থৱানমিচাক অমদি সহরগী থাংমৈ পরেং লোয়না সম্নখ্রে। অপিরানাগী অহৌবা খোঞ্জেল, মহাক সৈরেং পারি। অদুবু অহিং অদু ইচিক চিকই। ও! অচিকপা অসি ঐ করম্না খাংগনি। তেবলদা লৈরি থকপীরমদনা থনমলবা জিওননিসকী বিয়ার গ্লাস অমা। কমলা মহী মাম্লবা, অমেংবা মৈঙালদা অরংবা কোঙ্গোলসিং— নিক নিক লাওরবা বিয়ার গ্লাস অদুনা ঐবু করেম্নরি। কদোমদগী মীৎতগী পিস্ নানথরক্লে।

বাহং পাউখুমগী মতাং যৌরক্লে। বাহং অমদি মযেক য়াম্না সেংখ্রে—

'হৌজিক্কি মতম অসিদি ইন্দিজিনিস পীপলসিংগী ফিভম য়াম্না ফরবনি মহৌসা নত্ত্রে . . .'।

ফাগী পাম্বা, ঈসৈ নোংমাই পাম্বা অপিরানা নে তানা ফমলদুনা ইংনা ইংনা পিরকপা পাউখুম কয়া লেমখ্রে, কয়া ফজখ্রে অদুগা কয়া সোকখ্রে। জিওর্ননিসতু তুম্মীন্না চঙলক্তুনা লাঙ্গকী ফমফম অদুদা মায়য়োক্লনা ফমলবগা মাগী বিয়ার গ্লাসতু লৌবগা অমুক্তং চিংলুরগা খোঞ্জেল নেম্না হায়রকই—

'য়েংঙু য়েংঙু মীসিং অসিগী মশকসিং অসি'!

মথংগী অয়ুক্তা ঙরাংগী মতৌগুম মখাদা কুমথদুনা ব্রেকফাস্ট লৌরগা পোৎচৈ অমুক য়োমসিন্দুনা ক্রনিক তম্না চৎলে। অপিরানাদি জিওননিসকী অঙাংবা কার মচা অদুদা মাগা চৎমীন্নখ্রে। অতম তংখায় অসিদি চীংতা নত্তে তমদসু ওম্বোক্লা ফজে। নাপু সারকপা উনানা উখোং ৱাখোং অমদি উপালদা ঐখোয়গী বসন্তদা চৌহি চরোং চরোং সাৎপদু ঙায়খ্রে। মদুদগী চুমদ্রিং লাক্লগা রিদিং হোল অমদা থুংলরে।

হোল অদু অপিকপনি। অদুবু মীনা পাথোক্তুনা ফমলি। হোল অদুগী হেক মথক অদু ইহাং হাংঙি। অহাংবদু য়োৎকী রেলিং অমনা ইকোয় কোয়সিল্লি। মথক অদুস্ মীনা পীক থন্না রেলিং অদুগী অকোয়বদু থুংনা লেপতুনা য়েংথরক্লগা ঐখোয়গী রিদিং অদু যাওই। মীদি অয়াম্বা মীয়াই অমদি মীয়াই নকসিলকলবা কাংবুনি। ঐখোয়বু বার্ত্তন তৌরিবা কাংবু অদু ইকোলোজি অমদি ইনভাইরোমেন্টকী কাংবুনি হায়। করিনো মদুদা চৎলগা তৌগদৌবসি খল্লুই, অদুবু ওম্বোক্লা থৱায় য়াওনা তাই।

ঐখোয়না লন্চ চাবা লোয়রগা হোতেল অমদা থুংলে। ঙসি নুংদাং বিদিং অমসু লৈরিবনি। দিনরদি ঙন্না হোতেল অসিমক্তদা চারগনি। কা অদু তপিক তপিক ওষ্ক্লোক্লা ফজে। অদুবু নোংপোক থংবা মায়কৈদা থোঙনাউদি সিলিং ময়াদা পিক্লা পিক্লা পরেং ওইনা লৈ। অব্বাং ওইনা লৈরিবা থোঙনাও অদুদা সহরগী দলানসিং উবা ফংই। লন্চ থেংবা অমদি দিনব ঙনমনবা অদুদা খরদং চারগা ঐগীদি লোযসিল্লে। লিজানা আওবো অমদি মাওরো লাকনি হাযখি অদুবু কবম্বা মতমদনো হাযবদি খংদে। নুমিদাং পুং ৮ মুক তাবকপদা ঐখোয় হোল অমদা থুংলবে। হোল অদু মওংদি বেস্টুবেন্টনি। তেবল অকোযবা মচা অমমমগা, তেবল তেবলগী অকোযবদা চৌক্রি অহুম অহুমনা সেমী সার্কল সানা কোয ,কাযদুনা মী ফমফম ওইবম্মী। লিজাদু বাবমাল্লে, লাকখ্রে। ঐখোযগী ইন্টর্বাপিতব অমাদ কন্দব তব ফিভম অদুদা জিওনানসতা তাবে। হৌথিব নো মা নিনি অদু বিদি প্রোগ্রাম শাশ্বা, লৈফম হোযনা হোংবা, অদুদা ঐসু যাম্না চোকথনবনি। লাপকী সিবেং পাবা হৌখ্রলদা স্টেজগী মৈ ঙানখংলবে অদুগা মীফমফমগীনা মমথহনখ্রে। ঐগী নাকন্দা লৌবিবা অহাংবা চৌবি অনি অদুদ কদোমদগীনো খংখ্রৌদনা মাওবো অমদি আওরো চঙলক্কুনা ফমলবে। মল্লি মল্লিনা শৈগোন্দা অনি অদুগী মাগখোংনা ইঙান ঙাল্লবে।

মদুগী বিদিংদু ও'ষ্ক্লাক্লা থুনা লোযসিনখবে। ঐগী শক তাকপা, লেকচন মচেং অমা জিওননিসনা লোযনা তৌবীখবে। ঐগীদি সৈবেং অহুম মনিদ' ইরোন্দা পাবদু মঙাযবে। বা তাংবগী মতাংসু থমদবে। লাঙ্গনা 'ঐ থুনা ঐগী লিজাগী মনাক্তা হনলগনি' হাযদুনা হালে হোবে ঐখোযগী ওর্গনাইজবসিংদুগা শকফাও তাক্লদনা মখোং খঙদনা বিদায তৌনবে। অদুবু মখোযগী গুদবাই হায়ব সাবা হাযদুনি, হেক লোযসিনবা যাবা নংগে। লেপ্পা লেপ্পা মখোযনা বিযাব থকলিঙৈদা নুপী খবা ঐঙোন্দা ওমর্সিল্লবে। মখোযগা বাবী সাবিঙৈদা নুপীদুগী চহিদু ঐগুস্বীনি। মচানুপী লৈসাবী ফাবকলবী অমগা পুমকন চাওবী অনিগা চঙলক্কুনা লেপলবে। তানজা যেংলগা নুপীদুনা হাযনকই -

'ইবেম্মা যেংঙু ঐগী ইচা অতোম্বী অসিনা হার্যাববা, নহাকপু মাগী মবোক যাম্না মাল্লি হাযবে। মবোক্তো ঐগী ইমাদো লৈখিদবা থা অমখক্তা ঙার্যাবি । মহাক মবোকপু যাম্না নুংসিজবনি '।

এনা নুপীমচা অদুগী মখুং সোকই— 'ও নহাক ঐগীসু ইসু নুপীনি। ঐদি মাবোক যাম্না ওইনিংলবনিনে '।

ইমং মনুংগী মাব মও' অমা উন্নবগুম মহাক্লা হ বা ঐগী ইচাসিং, ইসাগী বা মহাক মসাগী ব্রা অসুম হংনদুনা ঙাংনবিঙৈদা মখোয অমফাও লৈবমদ্রে। যাম্না থুনা বিদায পিনবগা থুনা মখোযবু তাম্নরে। ঐনা ঙসাই চঙলকখিবা লম্বী অদুস্ কাওথোকখ্রে।

মায়কৈ অমরোমদা মীরক্তা মাওরোগী তুপী অদু উরকই। ঐনা মখাদা কুমথবা মহাক্লা মথক্তা কাখৎখিবনি। ঐনা কাখৎলকপা মতমদা মা কুমথরক্নে। ঐবু য়েংবা লাকপনি। ঐনা হংবদা 'জিওননিসকা অপিরানাগদি লৈহৌরে কোন্না লাকলগনি' হায়রে। ফরে অদুদি ঙহাক্তা ঙায়বীরম্মু হায়রগা পরপ পরপ মখোয় অনি থিবা অমুক চৎলে। মখোয় অনি মী অনিগা ওনসিন্দুনা করিনো অমা থকমিন্নদুনা লেপলম্মী। ঐনা চংসিন্দুনা হোবে হোবে তৌদুনা হংলুই–

'জিওননিস, নহাক হয়েং অয়ুক পুং কয়াদা হনগদৌরিবনো'?

মহাক্লা হায়ফেৎ লৈথোরক্লগা তপ্না– 'ঐ বিদায় হায়রমদনা চৎলোয়'।

'ফরে অদুদি ঐ চৎলমলগে'।

ঐখোয়না মপান থোলকপদা নোংসু কুপলি কুপলি চুথরক্নে। মাওরোখোয়গী কার অদুদা ঐখোয় হলকলে।

অয়ুক অদু নুমিৎ থোকপা য়েংগে হায়দুনা থোঙনাও মচাদুদা য়েংবদা চীংদোনসিংদু উন্না পুমঙৌ ঙৌবে। নোংদি হাংখ্রে, অতিয়াদু ইসেং সেংলে। পোৎ য়োমসিনবা ইরুজবা লোয়দুনা মখাদা ব্রেকফাস্ট চাবা কুমথরকপদা ঐ মাওরোগা আওরোগা থেংনরে। পুংদি নিপান মখাইদমক মতারি। ঐখোয়না ফ্রিসাংকো থাদোকলমদাইগী অয়ুক অদু এরোদ্রোমদা মেরি থিনবা আওরো অমদি মাওরো য়াওরুই হায়বা মখোয়গী বারীদগী খঙবা ঙমখি। লাম্সনা অসেংবা পাউদু করিগী ঐঙোন্দা খংহন্দ্রিবনো খংদে। পুং মাপন তারকপদা জিওননিস কুমথরকলে–

'মেমচৌবী, উন উরব্রা? ঙসি উন তারে। উন অহানবা তাবনি'।

'উরে উরে, আ চীংদোন্দা'।

ঐখোয়না কুমগী অহানবা লেন উবদা হরাওবদো নিংসিঙলকই।

লিজাখোয়গী ইমুংসু মরি মরি কুমথরক্নে। লিজাসু নোকলদুনা–

'মেমচৌবী ঙসি উন তারে। উরব্রা?'

লাম্সনা জিওননিসপু থাগৎপা ফোংদোকই–

'জিওননিস নহাক্লা ঐখোয়গী ইতেং পাংবীরবগী ওফিসেল ওইনা থাগৎপা ফোংদোকচরি'।

লিজাসু মখা তারকই–

'ঙরাং ঐহাক য়াওবা ঙমহৌদ্রে। নহাক্কা অসুন্না লাকপিবমদ্রবদি ঐ খনবদা মম্মী, য়াম্না নাতে চারমলোই'।

মথংগী খোংচৎ অমগী থৌরাং লোয়রে। পোরদিনোনেদা চৎকদবনি। মদুগীদমক মখোয় অনি ঐখোয়বু ওকপা লাকলিবনি। লিজা ড্রাইভরগী সিত্তা ফমখ্রে। লাক্লতী য়ৌবক্ত্রি। জিওননিস ভান্দা কাখৎলক্রে, ঐগী তিংথোকলিবা খুৎ অদো মহাক্কা বিদায়গীদমক চেৎনা পায়সিলকলগা—

'ঐখোয় অমুক মুনিকতা থেংনবসি'।

'জিওননিস ঐগী তৌফম খংদবা, নঙগুম্বা অমগী দরকাব লৈবা তাঞ্জাদা নহাক লাকপীদুনা ঐগী মতেং পাংবিবরে। থাগৎচরি'।

'মদু করিসু নত্তেদা ঐনা ঙম্বা খবদনি'।

'গুদ বাই'।

'গুদ বাই'।

মমাই ফৎ লৈথোলকগা মাগী কার পার্ককিং তম্না চৎখিবা অদো তপ্না তপ্না সহবগী মীবক্তা মাংখ্রে।

লম্বী অদো ওম্থোক্না সাংই। নুমিৎ অদুদা অৱাং ইতালিয়া কয়ামুক ফজবগে হাযবদু উবকই। লোকনুংদা চেনবা ঈচেলগী মচু অঙম উবক ই-- লৈঙাং, সংবান্নবা (হিগোক নগুবা) অমদি হেন্না শংজিনবা। অশংবা ঈচেল পুক্সীদা মদুনা অহানবনি। তারকপদা ঙাযবিবা ঙৌস্রোক ঙৌবা উনতনা চাযথবি শংত্রিক শংবা ফাইর পাম্বীগী অসংবা মসাসিংদা, অসংবা চীংমায অমদি উখোং ৱাখোংসিংদা। অপিরানাদি মাওরোখোযগী কাবদা চৎখবে। অহানবা ওইনা ঐহাক গারীদা জোযি য়েংদুনা লমসাং চৎপগী চোকথবা ফাওবকই। ঐনা তৌশিবসি করিনো খনবদা ঙকই। পুং কযা লেপ্তুনা চীংগোল কয়া উমং কয়া লোক কয়া লাল্লবা তুংদা মচি অমদা গারী খাম্লবে। অপিরানা মাওরোখোযগী গাবীদগী কুমথবক্লগা নোক্লুনা 'মেমচৌবী, নঙসিদা অমুক ফমলবো'। হায়রগা ঐগী পাউখুম ঙায়দনা খুৎ পাযদুনা চিংদে হায়বদা খাক্তুনা মখোয়গী কারদা ফমহলমলে। ফ্রিসাংকোগী থৌদোক অদুগী তুংদা ঙসিনা অহানবনি অপিরানাগী মোমোন নোকপা মাইথোং উবা। ঐনা মাওরোখোয়গী কার অদুগী মনিংগী ফমফমদা ফমলবদা অমুক ওনসিন্দুনা লক্লরম্মী—

'মেমচৌবী, হৌজিক নঙগী বোইফ্রেন্দ অনি লৈরবনি অপাম্বা অমা খনজবো'।

মমাংদা ফমলিবা অনিদু ফাগীদুদা মোমোন নোকই। ঐস্ খুন্মী—

'ঐদি অনিমক খল্লে'।

ঐখোয় ময়াম ফাগী তৌনদুনা নোক্কুনা লাক্লে হায়ববু ব্বাখল অমনা ঐবু ওৎপা হৌরকই। অপিরানাগী হবাও তয়াম্বা মাইথোং অমুক উবা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে অদুবু করিগী ঐবু মানা ভান অদুদগী জোয়িগী মনাক্তগী চিংথোকলিবা!

মিনিত তরাবু ফারমলোই। গারীদু খামলে। উন তাখিবগী মপান্দা ওম্থোক্লা ইংই। রেস্টুরন্ট অমদা চঙলে। হেক চঙফমমক্তা উত্তুপ অচৌবা অমা ইনসিন্দুনা মৈ হৌবা লৈবং অমা লৈরম্মী। ঐদি চুমদ্রিং মদুগী মনাক্তা চঙসিন্দুনা ফমলে। মখোযনা ঐবু উংগা নোকই। চাগদবা খবা চাবগা মতম পংসাং সাংনা লৌদনা ঐখোয় অমুক থোক্লে।

ঐখোয় মেন বোদ হুন্দোকলগা সহগী। লৈবক মচা তমলকলে। য়ুমলত্ত চঙলকলে। কোনথোং অমদা আওবোগী কার অদু হায়ফেৎ খামলগা হোবোন খোংই। হুই অমা মশক্তি উ:দ যৌ যৌ খোংলকই। লোনসিলবা কোনথোং মন্নুংদা উই— চন্দ্রমুখি নাপুত্না থন্না সাৎলবা গমলা অনি অহুমদ লনতক লনতক থমলি। কনাস্ থোবক্তুবদা কার অদু মমাই লৈথোবক্লগা অমুক গৌদোবক্লে। পংসাং সাংদনা চৎলগা পংবাং ব্বাংদবা উমং বামংগী চীংদ্রম মচা অমগী মথক্তা সাবা লৈফম য়ুম অমদা থংলবে। ঐখোয়বু মদুদা থম্বীবমলগা মখোয় অনি চৎখ্রে।

ঐখোযগী লৈফমদু মথোন অনিগী দলান অমনি। নোংদু কুপলি কুপলি চুথরক্লে। মখোযগীদি ইংথমথা অমদি নোংজুথা অপুনবনি। যাম্না সেন্না ইংবা মতমদা নোং অদুনা উন ওল্লগা চুথবকপগী ব্বানি। য়ান্না ইংসিলকলে। অদুব্ কাগী হিতর মৈ থাবক্তে অমদি সাব্বাবদা ঈসিং অসাবসু ফংদ্রে। লৈমাযদস্ কাবপেৎ নৎত্রেগা উপাক থাবসু নৎতবনা ইংই। নুমিদাং পংথেং থেংদ্রিঙৈদা দিনবগীদমক আওরো অমদি মাওবো বাথরুম তাওয়েন খরা পুদুনা লাকলবদা ব্বাফমদু হৌদোকলে।

তুম্বা মতমদা কা অদুগী ফক্লাং অমদি সিলিংদা কাং খরা উখি। ওজা নিলকান্তা নিংসিঙলকই। ঐদি সিবা য়াদ্রি। ইচা মরি, অমতস্ মরোমদোম লেপচবা ঙমদ্রি। ফি মচা অমনা কোক খুমজিন্দুনা তুম্মী। ঐনা ভিয়েনাদা 'নখোয়গী য়ুরোপ অসি কাং অমতা উদে হায়রুবদা আদা উমং ব্বামংদা য়াম্না লৈবি হাযদুনা খুমলকখিবদু নিংসিঙলকই। কাং লৈবা মফমদদি ইংথমথাগী অহেনবা কমবল মযাম থম্বাবমলিবা অসুম্না কাংখনসু থম্বীফম থোকপনি। য়ুম্ব সক্তা অসিদা মদু কবন্না হায়রুগনি। ইসুদ সুগৎতুনা লৈ। আওরোনা হায়রুলগী মতুংইন্না নোংঙালমদাইদা ঙহাক কাগী হিতব থাবীরকই। অদুদগী নুমিৎ চুপ্পা অমা অদুম থারকখিদে।

মথংগী অয়ুক্তা ঐখোয়না তাউন্দা কুমথদুনা ব্রেকফ্রাস্ট চারুবদু হলকপদা অয়ুক্কী পুং ১১ মুক তারমগনি। ঐনা ঙকখি করম্বা মতমদা অমুক লম্চ চাগদৌরি। মখোয় মতৈ-মনাওদু লফোইনচিংবা চান-থরুবা পোৎ খরা লৈবসু উখি। ঐখোয়গী লৈফমদু মখাগীদা চাকশং, চাফম, মৈ হৌফম, মী ফমফম, তোইলেত ৱাংপা লৈতে। তৌবতবু মপোৎ অমতা লৈতবগী ৱানি। চাবগীদমক কিঃ মিতর খরা কুমথরুবা তাবনি।

ঐখোয়গী সান দে পারকোগী লৈফমদু হেক য়ৌবগা ফি হোংদোকলগা ফমুংদা হিপথরে। ঙসিদি ৱাই সংনা পোখাবা ফংলনি খল্লুবদা নুংঙায়বা পোকই। ঙসি নোংমা নিনিসি প্রোগ্রাম লৈতে। পুং খবা তুমলুরে। মীকপ থোক্লকপদা পুং ১ হেলমলে। ঙসাই চারকপা হেভি ব্রেকফ্রাস্ট নত্তে। খরা অদুক চারকপগী ৱানি। অরাম্বা পোকলে। চেক মোক লাওনদে। অপিবানাগী কা ঐগা থংনবনি। মাসু তুমলিমালে। মখোয় মতৈ-মনাওদু কমদৌখ্রবা। অঙাংগুম্না করম্না লামলে হায়দুনা মথক্কী মথোন্দা লৈরিবা মখোযগী কাগী থোঙ থিল্লুগনি। যাওন্দুনা অমুক হিপথবদা অমুক তুমথখ্রে। পুং ৩ তারমলে। ঐদি ঙকপা অমা য়াওসিলকলে করিনো তৌরিসিবু। ঐগী বেগতা লফোই নংত্রগা এপল অমা অনিদি হাপ্পনি। ঙসিদি অমত যাওরমদ্রে। ঐদি য়াম্না চাবসু ঙমদে। চানিংলবসু চাবা ফংদে। হিংনবা অফংবা খবনা হোৎনবনি। মসিদা চরা হেল্লবদি কমদৌগদৌবা। মফম অদু ওম্থোক্লা সাথিনা চিকই। অচিকপা অদু খাংবা ঙমদবা অমা পোকলক্লে। করিনো ঙসি তৌরিবা অসিবু। খংহৌদনা মখোয় মতৈ-মনাওদু জোয়িগা লোয়ননা হরাও হরাও কুমথরক্লে। লিজা থোঙজিন্দা লেপলরে– 'অসুৱাইফাও কোযথোকলুসিরা মেমচৌবী'।

'হুং, ঐ ঙসিদি করিসু চৎনিংদে'।

মখোয়বু উবদা খুদক্তা পোকলিবা সাওনিংবা অদু উহন্দনা মায় লৈখোকলগা খুমখি। মখোয়গী খোঞ্জেল অসুম তামখ্রবদা হৌগৎলে। সন্ধ্যাসু ওইসিলক্লে। কুমথরগা কোয়না যেংবদা অপিরানাদু মথন্তা য়ুমগী নাকন অমদা লেপ্পা উই। অতৈ কনাসু উদে। পুমচিকনি। খল্লুবদা ইথন্তা কিবা অমদি পাখৎপা পোকলকলে। ঐদি চুম্না তুম্বগী ফিনি সেৎলিবদু। অচম্বা ফনেক অমগী খুদাংচোনবী কতনগী ফুবিৎ অমতংগা। খোংমোজাসু য়াওদে। মথকতা কাদুনা ফি অথাবা হোংলুনবগী থৌনা মাংখ্রে। ইথন্তা অপিরানানা লেপহৌরিবা মায়কৈ অদুগী ওন্নতৈনবা মায়কৈ অমদা কদায়দা কদোমদা চৎলিবনো খংদনা নুমিদাংৱাইগী লিক্লানা চোৎলি চোৎলিবা লম্পাক অদু লান্দুনা চৎপা হৌবে। অহানবা থুংলুবা নুমিৎ অদুদা লমহাং অদু যাম্না ফজরমগনি খনখ্রবনি। যেংলুবদি ঙমখিদে। তশেংনা পাকখ্রবা ফজখ্রবা লমপাকনি।

য়ুম অদুদগী খরা চৎলগা য়েনগোন মচা অমা লৈরম্মী। ঐ লাকপা অদুদা য়েম্বী অদু খংদুনা খোংলকপদা ঐসু খংলুরে। খরা চৎলগা তান্না সংবন অমা উরকই। ঐ খংলে মসি সা উচেক্কী ফ্রামনি। মখাগী লোকখারোমদগী কাখৎলকলগা সংবন ময়া অদুদা সজীগুন্না য়ান্না নুংসিবা, খোংথাং সাথেক য়ান্না থোৎপা সা মচা অমা অতপ্পা খোংথাংদা চোং চোংদুনা কাখৎলক্লে। মহৌসা মাগী চাকতাবা মতম ওইরমালে। ঐনা ঙক্কুনা খোংথাং লেপতুনা য়েংই। নকসিলগা য়েংনিংই চঙবসু পাম্মুই, চঙদবদি য়াদে। লেপলম্বদগী মাংদা খোংথাং খরদং কানসিলকপদা ঙায়রি— নৌরবা মঙক মচাদু লৈদুনা য়েংলকই, মপাংদি ওইরমদে, লাক্লিবদু মখোয় মসেন অঙম অঙম্বা সেৎ সেৎতুনা চাথোক্লবা, মালেমদা খ্বাইদগী তমথিবা মী কৌবা সা অদুনি। ৱাংলপ ৱাংলপ চোং চোংদুনা কবিতা অমগুম ঐগী মাঙদগী মাংখ্রে। মদু ওম্থোক্লা সাওনিংই। ঐসু চেলকলিবনি। করিগী ঐবু কিবগে। ও! দ্রেসদেনগী মুর অমদা অঙনবা অয়ুক অমদা অসিগুম্বা সজী মখল অসি অমুক্কসু থেংনখি। মদুদি পংচাউ চাউদবা সলুপ অমনি। মখোয়সু ঐবু উবদা তথক তথক চেনখি। সংবনদুগী মনাক য়ৌবদা উরকই মনুংদা যন খরা লৈরি। মদু অমুক লানথোকলগা চৎপদা খংহৌদনা খোংলম্বী মচা অমা তারুরে। নাকন অনিমক ইসং সংই। উ কয়া লনতক লনতক হৌরি। খংহৌদনা মীখোল হায়ফেৎ তারকই। ঐ চেকসিন্না যেংই—হৌজিকপু কনানো। খংহৌদনা উমং অদুদা মখাগী লম্বী অমদগী লাক্স লিজা ফাওগৎলক্লে। লিজাগী লেংবান্দা জোয়িবু তোংহন্দুনা। ঐ মখোয়বু উবদা অমুক খংসাও সাওনিংলক্লে। মদু ফাজিল্লগা ঙক ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা মখোয়দা ‘গুদ ইভিনিং’ হায়দুনা নোক্কুনা কৌরমলগা মীকুপ অমতা পম্থদনা লেপ্পা লৈতনা লাক্লে। পুক্নীংদা খল্লি ‘মখোয়না ঐবু নুংঙায় হন্দবা মতিক নত্তে’। সুম চঙসিনখিবদা লম্বী নক্লা উপালসিংনা কুঙনা হৌদুনা লম্বীগী মথক অদু উসাতনা লনতক লনতক থুংনা কুপসিনবা ওম্থোক্লা ইংনা চিক্লা ফজখ্রবা উমংগী জগা অমা থেংনরে। চীংখৈ ওইবপ্লা পংলাপ লাপতনা সগোল সনলুপ অমা লনতক লনতক মরু লুকথ লুকথ ইংনা মোং হাদনা সজীক চীরি। মৈবম ওইরপ্লা য়ুম অমা উই। মদু য়ুম্মদুগী ওইরিদ্রা নৎত্রগা সনলোক পান্নবগীবু ওইরিদ্র— সিন অদুদি মপুং ফারে। সগোল সজিক চারিবা লম্পাক অদুগী নাকন্দা ফাওদুনা লম্বী অদু চৎখ্রে। অদুবু মদু মথং নুমিৎ অমগী খাকলগা ঙসিগী ওইনদি উমং মচা অদুনা ঐবু ফাদুনা থমলে। উখা অদুদা লেপ্পা মতম অদুদা ঐগী নুংসাথিবা অৱাবা পুম্বা নুংসা মপী অমা ওইনা থোকখ্রে। ভগবান বুধ ওইগেরা, মোজেস ওইগেরা প্রোফেতসিং অসিগী জ্ঞান পুন্নমক মহৌসাগী অচিকপা অইংবা মফমদগী ঙাক্তনি। হৌজিক্তা ঐগী পুক্নীংদা ৱাহং অমা লাক্লে—

'করিগী ঐনা অপিরানাবু কিগদৌরিবনো। মহাক অফবা থাজবা য়াবা মরুপনি'।

মদুতদা ঐ মায নৈদুনা লম্বী অদুগী মতুং ইন্না হলকলে। লম্বীগী মচি মচিদা লন্না লন্না য়েনগোন কয়া লৈরম্মী।

হান্নগী ঐগী লমপাক ফাওরগা লাকখিবা লম্বীদু নত্তে, লোয়রোইননা ৱাংখৎখিবা খোংলম্বী মচা লাক্ল অমদি লিজানা হনখিবা অদোমদনি। অসুম লাকপদা লম্বীগী নাকন্দা সংবনলৈ মহৈ ঙাংসং ঙাংবমখৈ চরোং চরোং য়াম্থদুনা পালম্মী। ঐখোয়গীদুগা খজিক্তুংদি খেৎনৈ। মহৈ চাউবা চরোং চুম্বা খজিকতং হেনবগুম তৌই। নুংঙায়রদুনা চঙসিন্দুনা চরোং অমা হেকলুরে। ঙরাংত নোং চুখিবগী লৈবাকসু খরা পেৎলি। অদুবু লৈখোম থোকপদি নত্তে। অসুম লাকপদা ঐখোযগী য়ুমদুগী মনিং ওইনা উবক্তা চঙখিবা লম্বী অদু তাদুনা য়ুম পোপ তারুরে। হৌজিক্তি পুমম মমসিলকলে। ঐনা চঙখিবদা মী ফমফম কা অদুদা মখোয় ইমুংদু লৈরম্মী। জোয়িনা ঐবু উবদা চেনসিলক্লে অদুগা চরোং অদু নিররে। ঐনা মদু পীথোকলগা ঐগী কা য়ৌনবা কাখৎলক্লে। ঐদি ৱারদুনা ফমুংদা ফৈজুপ মনুংদা অদুম চোংসিল্লে। জোয়িগী মশক উবদা পুক্নীং অসি খবা ইংবগুম তৌই।

হৌজিক্ত হরাও হরাও কায়নরকপা লিজাদু মীৎনা কুপ্পদা মায়থোং লাংলপ তৌনা কাখৎলক্তুনা ঐগী থোঙজিন্দা লেপলবে। ঐগী থোঙদি অয়াম্বদা কয়াসু লোনগন্দে। মদু জোয়িগীদমক্তনি।

'মেমচৌবী, নঙ চাক লামলব্রা'?

'মদু হংলিবা কবিগীনো। ঐ ঙহাক্তা পোথাগে'।

খুনা কুমথখ্রে। অদুগা অমুক কাখৎলক্লে-- 'মেমচৌবী নহাক্না চাক লামলর্বদি চাক লাম্মে হায়গদবনি'।

ওয়্রোরুপা হায়বদুনি। ঐদি নোকনিংবা অমবু যাওসিলক্লে। ঐনা নোক্তুনা খুম্মী— 'হা ইবেম্মা, মদু ঐখোযগী কলচর নত্তে'।

জোয়িদু কদোমদগী লিৎসিলক্তুনা ঐগী ফমুংদা চোংখৎলক্লে। ঐগী তিংথোক্লিনা খোং মথক্তা ফমলগা নোমখৎলক্লে। ঙরাং ইবানি অসিওম্বা মতমদা ফমুংদা নোম নোম, সগাইতোং সান্নমীন্নখি। মদুনি মানা হৌরিবদু। ঐনা লিজাবু হন্না য়েংলুদনা জোয়িগা সান্নবা হৌরে-

'নোম নোম সগাইতোং চানবা লৈতে তখেনথাং'।

ঐগী সাওনিংবা, লাম্বা পুন্নমক জোয়িগা পুন্না পেন্না নোকথোকমিন্নরে। লিজাদু ঙহাক তুম্মীন্না লৈকরগা মখা তারকই— ‘নহাক লামলবদি হৌজিক চৎলগা চারুরসি’।

‘হোয়নে, অদু ওইরবদি ঙসি নুংদাং আওরোনা চাক কৌরিবদু ঐদি য়াওদবা তারেদনা। নুংদাং অমদা করম্না চাক অনিরক চাগনি’।

লিজাদু তৌফম খংদনা কুমথখরে। জোয়িসু মমাগী তুং ইন্নখ্রে। পংকান কান্দনা লাক্স অমুক য়ৌরক্লে—

‘মেমচৌবী নহাক চাক য়াম্না লামলব্রা’?

‘চৎখ্রো চৎলো, ঐ পোত্থাজরগে’।

মাগী পাউখুম অমদি মখা সমথরক্কদবদু তানিংদদুনা খুৎনা নাকোং মেনসিল্লগা কন্না লাউরে। মথংদা ঐনা তৌগদবদি ঐগী থোঙদু গম লোনসিনবনি। লাক্সতু ব্রা মখা তারমদনা তুম্মীন্না হনখ্রে।

ঙসি নুংদাং আওরোগী মরুপ অমনা ঐখোয়বু চাক কৌরি। ইরু মাইথজরগা ফি সেৎসিল্লে। জোযিবু পমদুনা মখোয়বু ঙায়বা ওইনা মখাদা কুমথরে। অতিয়াদা থা থোকলি। জোয়ি ঐগী মৈতৈলোন তাবা ওল্পোক্লা পাম্মী। ঐগী জোয়িগীদমক ঈসৈ শকই—

থা থা থাবুংতোন

নচা মোরানবী পোবীগে

হৈবোং চরোং অমতা

থাদবীরকউ থাবুংতোন

অপিকপী অদুনা তুম্মীন্না তাই। মাগীদমক অমুক অর্থ হন্দোক্লুনা অমুক শকই—

O moon moon

Little moon moon

Give me some

Your sweet apples,
apples.

জোয়িদি মমিৎ কুপতনা থাদা য়েংদুনা লৈখ্রে। মাদি এপল ওল্পোক্লা পাম্মী। মসা অদু ইমুন মুত্থরক্লে। ‘মম্মী’ ‘মম্মী’ কৌবগা লোয়না কাওখ্রে। অপিরানা মথক্তা

মাগী গীতর খোংলি। মখোয় মতৈ-মনাওদু কুমথরক্তে। সোমদা জোয়ি ঐখোয় অনি থারৈবাক্তা এপল হেক্তুনা চামীন্নরি। নোং মকুপ মকুপ অমুক চুথরক্লে। ঐখোয় অনি ভেরেন্দাদা চেনসিল্লি—

Rain rain rain

Little rain rain

Go away go away

Little Zóe will wet

Little Zóe will ill.

জোয়িদু খেক খেক অমুক নোকলে। ঈসৈদু হেক লেপ্পদা 'more' 'more' (মখা সকখো, সকখো) হায়দুনা উচেক মচাগুম লাউদুনা লৈরে। হৌজিক্তা ইম্ফাল য়ৌরগা বারী অসি ইরগা নিংসিঙলকই, মদু ইতালিগী অরোইবা থুংফম কোমোদা ওইরমল্লে। হোতেল ইরবাদা লৈরিঙৈদা, অয়ুক অমা জোয়িনা ঈসৈ ঙংই—

'আ. . . আ. . . য়াহু,

আ . আ. . . য়াহু'।

কোন্না খংলকই মানা সকলিবদু । মাবু হরাউনবা ঐনা ফৌসু ঈসৈ, ৱাংঙুগী মেমচাদগী হৈহৌবা অমা হেক হেক শকই—

উরিৎ ঙাংবী খুনু চাইবোন

নপনগী থৌদা অযাংবা

য়া হো য়া য়া য়া হো।

ঈসৈদুবু সকলবা, জোয়ি চেক মোক লাউদনা তাগনি। অসুন্না লোয়নবদগী মৈতৈলোনগী বাহৈ অমা অনি মহাক খংখি। ঐগী ইচা মরিগী মথংদা জোয়িনা ঐগী খ্বায়দগী ফবা ভাবোকনি।

নিংথমথাগী ৱাওথাংনবা লৈচিন মরক ফাওদোক্তুনা মৈঙান অমনা ঐখোয় অনিদা য়ৈররে। কারগী থোঙ হাংদোক্তুনা আওরো মথংশু কুমথরকই। ঐবু কৌরমলগা মনুংদা চঙখ্রে। জোয়িনা 'মম্মী' 'মম্মী' কৌবা অমুক হৌরক্লবদা ইমুং চঙলকলে। মখোয় লোয়না লৈরমলে। আওরোগা লিজাগা লিজাগী ঙসিতা যেকপা অনৌবা পেন্টিং অমা য়েংমীন্নদুনা লৈরম্মী।

চন্দ্রমুখি নাপুগী গমলা অহুম লনতক লনতক মচু তানা থম্বা, মপাদু লানথোকপা খুদিংদা আওরোনা ঙহাক ঙহাক লেপতুনা মুনা মুনা য়েংজবা কোম্বোং অদুনি। ঙসিদি থোংগান লাওনা হাংদোক্তুনা লৈরম্মী। থোঙগান ময়াদা লৈবা সংতপ অদুদা মৈ ঙাংসং ঙাংনা হৌদুনা ঙারা সারা য়াইবগা তাওবগা কন্না হোৎনজরম্মী। আওরোগী মরুপতু মঙোন্দগী চহি ১০ মুক নৌথগনি। ঐগী লোঙ্গা মাল্লি। মাগী ইবেম্মদু মশক মতৌ চঙখোনবী তইং তইংবী খোঞ্জেল নুংসিবী নুপীনি। মচানুপা চহি১৩ গী তনোই তনোইবা অমগা মখোয় অহুমতা ইংনা নে তানা লৈজবা, হেক চঙখিবদা পুক্লীংদা অইংবা পোকপা অচম্বা য়ুম্বালনি।

ঐখোয় হেক য়ৌবগা থুনমক থোংবা থাকপা লোয়শিল্লে। মথেন লুকোই নিংথিনা হোৎনরম্মী। ঐগী চানবনি হায়দুনা হোৎনজরল্লিবদু মহানি। ঐনা হৈনবদি ইয়াওবু য়াওদে। অদুবু চাবা হৈবা খরা অদুদি হরাও হরাও মখোয়গী মবুক পেন্নবা চাজরে। নুপামচাদু মমাদা য়াম্না কেরি মথন্তা ঙায়বদুনা ওইরমাল্লে। মমা মচা কেনবদু য়েংবগী পেনবা নাইদে। ঐগী ইচাসিংদু মমাসু উদে, কবম্না লেল্লমগনি!

ঐখোয়গী তেবলগী অকোয়বদা চাবা ফমথরকপা মতম অদুদা আওরোনা লেপতুনা মাগী মরুপ অমদি ময়ামবু থাগৎ ৱাহৈ খরা পী। মদু ইংলিসতা লিজানা হন্দোকই। আওরোগী চমজবা অমদি নোল্লুকপা মতৌ নুমিৎ অদুদা উখি। চাবা লোয়সিলকপা, পুক থল্লকপগী ৱারী খরা খরা হৌনরকপা অদুৱাইদা মাওরো মাগী মোমোনত নোক্তুনা লৈবা মায়থোং অদুগা লোয়ননা থুংলরে। নহা অমগসু লোয়নরকই। ময়াম ৱারী সাবদা খোঞ্জেল অমনা ঐবু চিংসিনখি। লৈদুনা য়েংবদা উরে, মদু মাওরোগী তুং ইলকপা নহা অদুগীনি। মাসু মসম খাকই অমদি তুপী উপই। মমিৎতু লাউতক ইসং সংলদুনা ওম্থোক্লা ফজে। চহিদি ৩০ সুফাৎলমখিরোই। মীদি পংৱাং ৱাংদে অদুবু * এদোনিসনি।

আওরোগী মরুপ অদুবু ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা ঐখোয়গী সৈরেং অতেনবা অনি অহুমগুম্বা পানরে। অপিরানাগী গীতর মতেক অমসু তামীন্নবে। মরুপকী নুপী, মচানুপা অমদি মরুপ অদুনা মদুদা হরাওজবদি অঙকপনি।

মখোয়গী পুং চাতরেৎ চঙবা গুদবাই অদু উচিন-নাচিন্না লোয়সিন্দুনা হলকলে। ঐখোয়গী চীংদুম অমদি অকোয়বগী ফ্রাম মপু য়ুম্বু অদুনা নুমিদাং পুং ৬ পু তাখ্রবদি গেৎ লোল্লি। চীংখোং অদুদগী য়ুম ফাওবগী লম্বীদু য়াম্না হেক্তা নকত নকলবদি নত্তে। অদুবু মৈকা থানবীবা জাৎ নত্তে। হায়না হায়না মাগী গেৎ অদু লোলমলে।

---

* চাংদমনিংঙাই লৈতনা মশক ফজবা গ্রীক্কী লাই পাখং, লাইরেম্বী ভেনসকী চান্নথোইবা।

আওরোগী কাবদু খামলবদা মাওরোগী কারসু থুংলরে। চীংদুম পিকক্তুদু ঐঙোন্দা করিসু লৈবা নত্তে। মমলবসু সুম কাপ্পগা মসানা য়ুম তারগদবা উমংগী লম্বীনি, থোযনা চিংনরুদে। কনা করি থোয়না য়েংলুদনা ঐদি মাঙ থাদুনা কাবা হৌরে। মখোয় খরা চীংখোংদা লেপহৌই। চুরুত থকলম্বসু য়াই। কদোমদগীনো খংহৌদনা 'আওরোদু করিনো পোৎ অমসু য়াল্লি মাসু কাখৎলকলে। মৈসু য়াওবা নত্তে। ঐনা হায়— 'আওরো নহাক্কী পোৎতু ঐ পুবীগে নহাক বাগনি'। য়াবা কৌবদি মরৈখিদ্রে। নোংসু মরিক মরিক চুরি। কন্নানো অমগী খোঞ্জেল তারক্তুনা ঐখোয়না অমমবা অদুদা হন্না য়েংদুনা লেপলিঙৈদা আওরোগী মচানুপা অতোনবদু চহিদি ২৩শুম্বা শুরিদ্র সোর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা তোর্চ অমগা সাতিন অমগা চেনচৎত কাখৎলক্লে। মহাক্কা সাতিন অদু ঐঙোন্দা পীবগা তোর্চ অদুগা মাঙদা খোংথাং খরা হেনগৎখবে। সাতিন অদু ঐহাক্কা আওবোগী মনাক্তা পুসিন্দুনা মাবুসু তুপহনখি। ঐনা মচানুপা অদুদা চৎনা চৎনা হায়—'ইবুংঙো নখোয় পাবুংগী পোৎ অসি খরা পুবীয়ু, পাবুং বাগনি'। হৌজিক্তা খল্লুবদা নোকনিংলকই, মখোয়দি ময়ুমসু লিফতা কানবিবনি। লম্বীদসু কারগী কার অমত্তনি। ঐবু মখোযনা কদায়দগী অঙাওবীনো সোয়দনা খলমগনি। ওহ্লোকপনি। আওবোদুদি বাবু ইমান মান্দে, মচানুপাদুদি লোয়বে। ঐনা আওবোগী পোক্লা ঙমলপ তৌববা মসম অদুত উখি। ঐগী মওংদু মতাং চাদনা মীনুংসি উৎপা ওইনফাওবা লৌবম্বা য়াই। মদু মানা হৈনবমদবা য়াই অদুবু অমমবা অদুদা ঐ মদু উখিদে। ফরবনি। মাগী পাববা হকচাং অদো ঐনা মিকুপ খুদিং অসুন্না সেন্নজখি। মোংফমদা তারম্বা খুইরবা লৈবাং পরেং অমবু ঈসিং চায় চায়দুনা তেকখৎহল্লগা ইঙক্তা সিজদুনা লেন্নজরুই। পুন্সী তংখায় অমা অসুন্না হোৎনজবকপা অদো সেনহৌদবা মীকুপ অমখক্তা ইঙক্তগী থদৎপিদুনা উফুল্লক্তা লংথোকপিখি। উদিনেদা রিদিং অমদা চহি ৬০ হেলপ তৌরম্বা য়াই নুপা অমা ঐগী নাকন ওইরপনা ফল্লাংদা ঙাবোই করিবোই লেপলম্মী। ঐনা হৌগৎলগা ঐগী ফমফমদু পীরুবদা নুপাদুনা চীং-লেন্না— 'No, thanks' হায়দুনা খুমলকখি। ঐনা মাবু ইকায়বা পীবা ওইনফাও লৌবগী মওং অমা হাযফেৎ উখি। ঐ খরা ইকাযখি। ঐদি হৌগৎতুনা ষ্টেজদা থাবিবা ঐগী ফমফমদুদা ফমলুবে হাযববু ঐ নিংকোক নিংকোক লাওখি। পংকান কান্নদনা চহি ৭০ হেল্লগদবা থাঙ্গৈসেংনা অহল কৌবা য়ারকলগদবা নুপা অমা ঐখোযগী রিদিং হৌবকলবদা তপ্না চংলক্লগা হায়ফেৎ য়েংলগা থোঙজিন ময়াগী সিরি অদুদা ফমথখি। পারা থুনা কাওগনবা অঙাংগুম সিন লাংলিবা কাংবুদগী নুপীমচা অমা কৌসিলগা ষ্টেজদা লৈবিবা অহেনবা চৌক্রি অমা অহল অদুদা পীহনখি।

ঐখোয় অহুমনা ইহান হান্না য়ুম অদুদা থুংলুবে। মখোয়সু মথং মথং থুংলবে। ঙাহাক পোত্থানরগা চুরুত থকলুসি হায়না অমুক হৌনদুনা মখোয়সিংদু মরি মবি

মপান্দা অমুক থোক্লখ্রে। ঐসু ফি হোংলগা পোখানবা তৌরগে হায়দুনা হৌগৎলকপদা মাওরোগী তুং ইন্নরকপা নহাদুসু হৌগৎলকলে অদুগা ঐঙোন্দা ৱারী সাবা হৌরকই—

'অদোমগী সৈরেং পাজরে . . . ঐখোয়গী ওজানা হায়বদগী ঐহাক সৈরেং খরা ত্রান্সলেসন তৌবসু য়াওজখি . . .'।

ৱারীগী ৱাদি ৱারী ঙাক্তনি। লেপসা সাবা ৱারীনি। সাংথবা য়াখিদে। অকোনবদা ঐনা হংই মাগী মমিং। মানা খুমলকই—

'এদিৱারদো, অদো 'এদি' হায়না সম্না কৌরবসু য়াগনি। হয়েংদগী ঐহাক খোংচৎ অসিদা ড্রাইভর ওইবা লাকপনি'।

খংহৌদনা ঐনা হায়দোকলুই—

'O! you are the man.'

মহাক ঙকলপ নোকনিংবা ফাজিন্দুনা খুমলকই—

'Yes, I am the man.'

ঐসু নোকনিংলকলে। লাঙ্গনা মথংগী খোংচৎ নেপলসতা লিজা য়াওররোই, ড্রাইভর অমা লাকলগনি হায়খি। মদু খঙনিং নিংসিঙলক্তুনা হায়রুবনি। নোকফেৎ নোকফেৎ ঐখোয় অনি 'গুদনাইত' হায়নরগা ঐ মথক্কী ঐগী কাদা কাখৎলক্লে।

হয়েং ঙন্না চৎকনি হায়বনি। পোৎচৈ যোমসিনবা ফগনি খন্দুনা পোৎ য়োম্বা লোয়বে। মখোয়দি অমতসু কারক্ত্রি। বিয়াব বাওন্দ কয়া সুরম্লগদবনো খংদে। ঐদি ফমুং চঙগদবদা ঙায়রে। কুমথরগা মাওরোগা আওবোগদু গুদনাইত হায়কবনা চুমগনি খন্দুনা কুমথরে। ঐনা সিরি মতোন্দা খোংথাং খরদং কুমথরকপদা আওরোসু সিরি কাফমদা লেপলরে। মখোয়সু চৎকদৌবমাল্লে। ঐবু হেক উবগা চপ লেপলদুনা আওরোনা—

'Memchoubi, good night.'

'Good night; my poor rich man'.

ঐনা তাখি আওরো মরন য়াম্না নৈবা মীনি। অদুবু সেগায়গদৌরবা ৱাওথাংনবা হিগোক্কী জিন খোংগ্রাও অমগা মচু অদুমক্কী জিন জেকেত অমগদগী সুকহেন হেন্দে। ফুরিৎসু মনতক তৌরবা ঙৌকনবদা হিগোক অৱাওবা অর্মদি অঙাংবনা মমিংত ওইনা পিক্না সাংনা লাংবা অমখক্তনি। কবিগুম্বদা ব্লু বেঙ্ককী ফুরিৎ অমা।

মা লুকথগ্রে। অদুগা সিরি কাফমগী পোষ্ট অদু মখুৎ নামনা পায়সিল্লগা মরু লুকসিন্দুনা খোঞ্জেল থোক্তনা নোক্তুনা লৈখ্রে। মদু য়েংবদা য়াম্না নোকনিংখ্রে।

ঐসু ঐগী কাদা চেনখৎলকলে।

পুংখায়মুক লৈরগা মখোয় মথক্তা কাখৎলকপগী মখোল তারে। ঐনা ফমুংদগী চোংথরগা থোঙ হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা থোঙ লাওনা হাংদোকলবা অপিবানাগী কাদা এদিব্বারদোবুসু উরকই। মহাক অপিরানাগী রুম মেত ওইগদৌরমাল্লে। থোঙ হাংদোক্তুনা লৈবগী ৱাদি অপিরানাগা ঐগা অমতনি। ঐনা মখোয় অনিদা পুন্না হায়রে—

'হয়েং নখোয়না ঙল্লবদি ঐবু খরা হৌদোকপিরকউ।'

অপিরানানবু খুমলকই –

'নহাক্না ঙল্লগনা নহাক্না হৌদোকপিরকউ'।

'গুদ নাইত'

'গুদ নাইত'

মীকপতি থোক্লে। য়াওল্লগা তুম্মীন্না হিপলিভৈদ্রা অপিরানাগী থোঙ হাংদোকখিবগী মখোল তারে–

'মেমচৌবী'?

'তারে'।

ঐখোয়না গারী থৌদোরকপদু পুমমম মমলি। নোংসু নোংজাওনি চুরিবদু। অপিরানানা মনিংগী ফমফমদা ঐনা ময়াইদা এদি অমদি লান্সনা মমাংদা। লিজাদি লৈহৌরে। গেত য়ৌরকপদা লোন্দুনা লৈরমলে। এদিনা মিনিত খরা হোরোন খোংবদসু হাংদ্রে। ঙরাং আওরোনা অঙনবদা হাংদুনা থম্বীয়ু হায়খ্রবনি হায়। ঙহাক য়েংবদা হাংদ্রবা অদুদদি নোংমরক অদুদা লান্স চীং মথক্তা অমুক চেনখৎখরে। মতমদু য়ুম্বুদু ঐখোয়গা পুন্না য়ুম অদুদা লৈ। মীকুপ খরগী তুংদা গেৎতু হাংদোরক্লে। ঐখোযনা লান্সপু অমুক কৌনরে। মেছিনগী চাউখৎপা হায়গদ্রা থোঙদু বতন্না সান্নবনি। গেৎতু লানথোরক্লবদা ঐগী কবুইফি অথাবদু সুপকৎতুনা ঐগী ফমফমদুদা হিপথরে।

অসুম্না ঐখোয় অৱাংথংবা ইতালিগী আওরোগী লৈফম পোরদিনোনে থাদোকলম্লগা খা খম থেংনা, মেদিতরিনিয়ানি সি তোৱর্বন্দা লৈবা লিরবা সহর নেপলস তমলকলে।

## গ

ঐখোযনা নেপলস য়ৌবদা নুংমিদাংবাই পুং ৭.৩০ তারমলগনি। চহি ২০ মুক্কী মশক মতৌ ওম্বোক্লা ফজবী ইলভা অমদি চহি ৩৫ গুম্বা ওইরমগদবা পোম্পীগা থেংনরে। মখোয়গী কার অদুনা মাঙ থারগা ঐখোয় অমুক চঙসিল্লে। খুয়াথোং তাবকপা বজারগী সরুক মানবা অপিকপা লম্বী, মোৎতক তৌবা মমতক তৌবা জগা অমদা থুংলরে। ঐদি পেম্পী খোযদা তুমলুগদবনি. লাম্সকা অপিরানাগনা ইলভাগীদা অদুগা এদিনা কদায়দা তুমলুগদবনো খংদ্রি হায়দুনা চিবোন চিবোন ঙাংনরকই। লমসাং লাকপগী বাবনে, মমতক উবা অমনবা সহবগী নুঙচনবা অপিকপা লম্বীসিং অদুনে অদুগা ঐবু মখোয়দগী ভোঙাল্লা লৈকুগনি হায়বদুনরা ঐঙোন্দা ইহৈ হৈনদবা ইনুং নুংঙাযতবা অমা পোকপা হৌরকই।

দলান অচৌবা অমগী মমাংদা গারী থারগা লাম্স অমদি অপিরানাগী পোৎতমক চিংথবে। লিফ অমদা অচনবা ঐখোয খরা তোংদুনা কাখৎলগা মথক্কী কা অমদা খুংলুরে। কোলিংবেল নমলবদা থোঙ হাংদোবক্তুনা নুপা অমা লেপলরে। নুপা অদো মী মচানি। কুচু মুই. মমিৎ লাউই মচিনবান চাওই অদুগা ঙাংই। মসমসু খোই। বাথরুমদগী ওইরমাল্লে বাথরুমগাউন অমনা মসাদু য়োমসিল্লি। মমাই অদুসু নিংথিনা তৈথোকত্রি, ঈসিং পকলি। মহাক্তি 'চংবিরকউ' হাযবমলগা মীৎনা কুপ্পদা চঙখ্রে। ঐদি বাগ বাবনে. পুক্কীং নিংকোক নিংকোক্ক লাওবনে খংপ্রেক খংখ্রে। নহা মপুং ফারকপদা নোংমা ককচিংদা ইমুং অমদা চাক চাবা তাখি। ইমুং অদুদা দিসফিগর অহুম লৈবম্মী। ঐখোয়বু ওকলিবদু দিসফিগর ওইজরবসু মশক ফজৈ মফি তনান তনানলি। মখোঞ্জেনসু নুপা থোকই। লাইরিক ইবনি হায়। লাইরিকসু ফোংলে হায়। অনি অদুনা মাগী মনাওনি। ঐনা অঙাংগা ওইবনে, মানা ওম্বোক্লা লুনা তৌই। ঐদি কিবনা নুং-পান ওনখ্রে। নুমিৎ অদুগী ইঙ্গাংসু ঙাতেক ঙানৌগা মোরোক অতেকপগা নাকুপ্পীগা থোংবা ঐগী খ্বাযদগী পামজবা মথেন অদুনি। ঐদি চাদি চায় হায়ববু মথোং খঙখিদে। মানা ইনাক্তা ফমদুনা- 'মেম্মা নঙ কবিমতা চাদ্রেনে' হায়দুনা খাবৈ অদুনা কোৎল কোৎলদুনা ঐগী পুখমদা হাপ্পীরকখি। ঐনা মথোং-মরম খংদনা পংচাদ চাখি। ফনা কুইনা ঐহাক ইনসাং অদু চাখিদে। ইমানা করিগীনো করি তৌরে হায়দুনা বা ওইনা হংনখি। ঐ মদু খঙনিং নিংসিঙলকখি। ঐখোয়গী কাংবুদু মথং মথং চঙসিল্লগা চাকখুম কাদা ফমলুরে। ঐগী পুক্কীং লাকসিন্নবা হোৎনৈ। বাথরুমদা চঙলগা খুৎ-সা মাই-মিৎ তাথোকলগা ঐগী চাক থোংগৎলে। চেঙ খরগা য়েরুমগা লৈরম্বা অদুদা খজিক্তং নে না তাজরে। লাইবক ফবনা ঙসাইগী মী মচাদু চঙলকখিদে।

ঐনা তুম্মীন্না ফমদুনা লৈরবদি মদু থোকলমদবা য়াই। মখোয় নুপাসিং অদুদি অতৈ কাসিংদা চঙনখ্রে। ইলভাসু চৎথোক-চৎসিন তৌরি। ঐদনি লেংদনা চাকখুম অদুদা ফমদুনা লৈরিবদু। চক্ষু য়াইসিনখ্রগা সুম ফমলগা য়েংবদা ফক্লাংদা ফোতো খরা নোর্মেল সাইজদা চবাক ওইনা থেৎলিবদু য়েংই। নহা মপুং ফারকপা চহি ২০ দগী ৩০ ফাওবগী মশক মতৌ ফজবা ঙাক্তনি। মসমদি অয়াম্বনা সাংতক তৌই। পোজদি রোক সিংগরগী ঙাক্তনি। ফোতোসিংদু মথং মথং অসুম য়েংলকপদা মরক্তা ফোতো অমা অপিকপা অপাবা চেগী রুমান মচা অমবু অনি থোক্লা পিক্লা থুপলগা ফোতো অমগী মথক্তা পিন অমনা মথক্তা ফাজিন্দুনা থম্মী। ইরাই লায়না হায়দোক হাযজিন তৌদুনা য়েংবা য়াবা মওংনি। থোক হায়গৎতুনা য়েংলুরে। ফোতো অদুগী চপ চাবা মফমদি কোনারক নৎত্রগা খাজুরাহোগী নুঙগী ফক্লাংদনি। অসোকপদা অসোকপা ওইরুরে। ঐগী নর্ভস চৎপা অদো ইথন্তা ফাজিনবদা খরা ব্রাবগুম তৌবে। ঐগী বেগতা গুলি অমদি ঈসিং য়াওরি। অমা লৌথোকলগা চাসিল্লে। ঙহাক লৈরগা পোপ্পীদু পিজা খরা চেগী উপুদা হাপতুনা মীসিং সুনা লৈরুরগা পুরকলে। চাকখুম তেবল অদুদা নুপাসিংদু পুথোক্তুনা চাবা হৌনখ্রে। খ্বাইদগী কোন্না চাবদি ঐনি। অমা ওইবো অমা ওইবো ঐগী লৈফমদু যৌরগা থুনা ফমুংদা চঙবনা ফবগনি। পোপ্পীনা হায়বে মহাক মাগী নুপীগা মচানুপা যান্না পিকপা অমগা লৈমীন্নে। মদুনা খরা পোখারে। অঙৌবা এনথ্রোপোলোজিস্টসিংনা অফ্রিকাগী উনুংদা থেংনবা কলচবেল সোকসিং অদো অসুন্না তৌবিদ্রা খংদে। ঐনা ঙসি মদু অঙৌবসিংগী দলানগী উনুংদা থেংনবে। কোন্না লিজানা তমদুনা তাবকই, জিওনিসনা চৎলমদাইদা হায়বম্মী–

'যেংঙু চযোল খরগী তুংদা মেমচৌবী কলচবেল সোকনা সোয়দনা নারগনি।'

ঐখোয়না ব্রাবী অসুম সারিঙৈদা ফোতোদা য়াওবা নুপা নহাশিং অদো মথং মথং থুংলবে। পাখং অমদি ঐখোয়গী ব্রারী ব্রাতাই, অমা অমা কয়া চঙদে, মানা থোকপা গীতব খোংববু ওইবো বা হংলববু ওইরো থোকপা অমা তৌদুনা লৈ। ইলভানা তপলিবা ইংলিবা অদুগা চংলকলিবা সমসাংবা নহা অঙাংসিং অদুগা ওয়্হোক্লা চাসিন্নদে। ঐনা সুম যেংবদা রুমান্না কুপসিনবা ফোতো অদুদা য়াওবা মসম য়ান্না সাংবা নুপা অদো লাকপা ইউ উদে। ব্রারী অসুম সাবদা ঐনা হংই-

'ইলভা নহাক ময়ামসিগী মনুংদা অমদি নহাক্কী বোইফ্রেন্দ ওইনা লৈমীন্নববা'।

'হোয, খ্বাযদগী ঙাওবা অমগা'।

মানা ইচম চন্না খুমলকই। ঐনা খঙলে, মহাক অদু মহাক্কী বোইফ্রেন্দনি। মমিংনা সীরো। হরে হরে ওয়্হোক্লা থিনা ঙাওখ্রেদা।

মহাক্না তপ্পা তপ্পা মসাগী ৱারী লিরকই— মহাক ফ্লোরেন্সতগীনি। মফম অদুগী মীনা তোঙানবা দাইলেক অমা ঙাংই। মহাক্না মফম অসিদা লাইরিক তম্বগীদমক লাকখিবনি। অহানবদা লোন মুন্না ফাওনদদুনা ৱাখি। মহাক ওরেন্টেল কলচর হায়বদি চাইনাগী লোন অমদি কলচর তমলি। মহাক্কী বোইফ্রেন্দ সীরোদি মফমসিদগীনি। ইলভানা মী য়াম্না চগুংননা লৈসিনমীনবা পামদে। অদুদা হৌজিক অসিদা লৈরিবা অসি মখোয় খরদনি। মখোয়সিং অসি ওম্বোক্না ফঞ্জবা মরুপ ঙাক্তনি। ঐগী ইংলিসকী খোম্বোক্তী অঙকপনি, ইন্টরপিতর পুন্নমক ঙাওনরিবনি। ইলভাগীদুসু অমনি। ঐনা য়াম্না ৱানা ঐনা ঙাংলিবদু খংনবা হোৎনখি। মাসু য়াম্না ৱানা হোৎনৈ ঐনা খঙনবা। অৱাবদি মাগী ইংলিসতু ৱাহৈ য়ামদবা অদুনি। অয়াম্বা ইতালিয়ানসিং ইংলিস খঙদে। খংলবসু পাক্না ৱারী সাসী য়াদে। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরগা- ‘We speak bad English’ হায়রকই। মখোয়গী মরোলদি ঐখোয়না ৱাংঙু ফয়েংগুম্বদা ঙাংনরিবা ভারল য়াম্না, সিলেবল য়াম্বা ৱাহৈগী অরোইবদা ভাৱল অমা য়াওবা লোন খোয়রগা ঈসৈগী খোম্বাং চেনবা অসিনি। ইংলিস জর্মনগুম্না কম্থা কলেংনবা নত্তে। মখোয়না হায় ফ্রেঞ্চ লোনগা ইতালিয়ান লোনগা য়াম্না মান্নৈ, ফ্রেঞ্চনা খরা হেন্না ম্যুজিকেল ওই।

চাবা লোয়রগা তেবলগী অকোয়বদা ফমহৌরিবা অদু পেপ্পী, ইলভা, ঐ অমদি এদিনি। ঐখোয়গী ৱারীদু সুম সেরিয়স ওইদনা মীনৌ ঙাক্তা খঙনবগী মওংদা সান্নবা অদুদা এদিনা ঐঙোন্দা ৱাফম অমা থিন থিন্দুনা তকসিলকপগী মওং অমা ঐঙোন্দা ফাওরক্লে। ৱাফম অদুসু শেংনা ইচম চম্না অপান্ননা হংবা নৎত্রগা হায়বসু তৌদে। করিগীনো ঙসিত খংনবা মীনৌ মানা ৱা অসুক ঙাংলিবসিবো হায়না ৱাহং অমা ইথন্তা হংজদুনা ঐ য়াম্না তনথরক্লে। ঐগী তনথরকপা চোকথরবা ফিভম অদুসু ইউ উদবগুম্বা মওং অমসু উরক্লে। ‘করিনো অমা সোয়রে’ ঐ মিৎ না সিংগৎলক্লে। ঐনা হঞ্জীন হঞ্জীন খুম্নবা ৱা অদুতা হন্না হন্না হৌদোকলিবা করিগীনো! ঐনা এদিবু মুন্না য়েংই— মানা ঙাংলিবা ৱাদু মসাগী নত্তে। অদুদি কনাগী ৱানো। ফরে ওইনিংবা ওইরসনু। হায়গদবা ৱাদি হায়বা তাবনি। ঙাংনরিবা ৱাদু অসিনি। ঐগী লেকচরদা ঐগী লৈবাক্কী Political situation সেংনা হায় হায়দেগীনি। লম সম পং ঙাং ঙাংনরম্বদগী ঐনা হায়রে—

‘ইন্দিজিনস পীপলস হায়বা অসি পনবা মতমদা ৱাহৈ অদুগা মরি লৈনরিবা প্রোবেলম অদু, য়াম্না লাউনা প্রোপেগন্দা তৌরুদ্রবসু মসানা হায়জরবনি। ঐদি কবিনি, পোলিতিসিয়ান নত্তে। সৈরেং অমদি আর্তকী ইন্টরেকসন্না হেম্না পামজে। ঐগী সৈরেংদসু অদুমঙাই দোং দোং হায়বা, লাউনা হায়নবা অসি ঐগী কলা নত্তে’।

খংহৌদনা ঐগী হেক ইতুংদা লৈরিবা থোঙ অদু হাংদোরক্লুনা লাঙ্গ লেপলরে। ঐদি ইঙক ঙকই। ঐখোয়গী তুর অদুগী পান্দম অমদি প্রোগ্রাম ইবা লিফলেত অদুগী ফাকতোক্লবা লমায় অমা পুথোরক্লগা মদুদা ইরিবা খরা অদু পাদুনা উৎলরে অদুগা হায়রকই –

'ইরিবা অসিগী মতুংইয়া নহাক্লা ৱাফমসিং অদু সেংনা সেংনা হায়ফম থোকই'।

ঐনা ৱা অমতা ঙাংদনা লাঙ্গনা লুকথদুনা পারিবদু মুন্না য়েংলুরগা য়েংখৎলকপদা এদিগী নুংঙায়ত্রবা মরাল য়াজবা মীৎয়েং অদো উই।

নেপলসতা ঐখোযগী বিদিং অনিনি। অহানবদুনা কোলেজ অমদনি। হোল মচা অমদা সিলস্মী। ফক্লাংদা ইনদস ভেলি সিবিলাইজেসন, ভগবান বুধ, ভারতকী অবিবা সভ্যতা তাকপা লাই খরা নপসিন্দুনা লৈরস্মী। ছাত্রসিংদু থৱায় য়াম্না যাওই। ৱা পেৎনা পেৎনা হংই।

লন্চ লোয়বগা হলকপদা ভান অদুদা ঐগা ইলভা অমদি মাগী বোইফ্রেণ্দ সীরোগা তোংমীন্নবকই। ড্রাইভবদি এদিনি। মখোয়গী যুম অদুদা থুংলুরে। হেক চঙখম্মদা লৈবিবা মী ফমফম কা মচা অদুদা সোফা অমা লৈরস্মী। ঐদি মদুদা চঙদুনা তুস্মীন্না হিপথরে। মখোযসু মানা মানা থোকপা পোথাবা চঙনখ্রে। লাঙ্গতি মতোমতা পোৎ লৈগনি হাযদুনা লৈহৌই।

নুমিদাংৱাই পুং ৬.৩০ মুক তারকপদা ঐখোয়গী মথংগী রিদিংগীদমক থোবক্লে। চেক তংখায়মুক পাকপা নুঙগী চাং চপ মান্নবা নুঙচনবা পাক্লবা সুমাং অমদা থুংলুরে। মল্লবা অচৌবা গেত অমা লৈরস্মী। সুম চংসিনখিবদা মল্লবা নোংসা মকোক মবিনা কোয়সিন্দুনা সেম্বা খুৎসেমগী ঈসিং ইফুৎ নুঙচনবা অমা, নিংথিনা সেম্বীদ্রবা সমনন মচা অমদা ঙাথরিবা মসা ককপিদ্রবা উরে মোংসোং অমগী মনাক্তা লৈরি। মতম অমদা য়াম্না ফজবা মফম ওইরস্মী হায়বদু তাক্লি। নোংসা ময়া অদুদা হৌজিক্তি ঈসিং তারক্ত্রে। সেলৈননা চঙখিবদা মনলবা অচৌবা হোল অমদা থুংলুরে। হোল অদুসু মমাংঙৈগী খুৎসানি। থোঙ থোঙনাউ পান্দে। ঐখোয়গী মান্দপকু স্বনি। ঐখোয়গীনা উনা উখোং উখোংসিংগী মরক্তা লন্না লন্না খাবনি। মখোয়গীনা ইরন লম্বা য়ুম্বী য়ুম্বীসিংদু মথক্তা আর্ক অমমন্না সন্নহনবনি। নেপলস হায়বসিদি অরিবা অমনবা দলানসিংগী সিতিনি হায়বা য়াই।

পুং নিপান কা হায়রকপা অদুৱাইদা ইথা থাজনা মী মরি মরি চঙলক্তনা পিক থন্না ফমলরে। মনিংদদি মী খরসু লেপ্পা উই। ভাবকসিং অদো চহি ২০ গী মথক্তগীনা মীয়াই ফাওবনি। অপিরানা তেলর শৈরেং পাবা মতমদা একক্তিং য়াওনা পাই। ওম্থোক্লা

ফজে। করিগুম্বদা সরু মচেৎ নৎত্রগা ৱাগী নাতোন বাঁসী অমা শৈরেংগী অহৌবা নৎত্রগা অরোইবদা খোংদুনা তোপতোপ্পা মশক অমা থোকহল্লি। গীতর পায়খৎতুনা মানা ইবা অমদি সুর পানজবা ঈশৈ শক্কনি। মৌরিগী অকনবা পুঙলোন্দা সাবা জগোয় অমনা লোয়সিনগনি। অপিরানা মথন্তা মপুং অদুম ফাজবে। ঐগীদি ঐগী ইরোন্দা ঐনা পাজবা সৈরেংসিং অদুনি। ঐনা পেনা য়াম্না পামজবা, মহাকবিগী খম্বা থোইবী সৈরেং অমদি অরিবা সাহিত্য মরুওইনা "নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা", "হিজন হিরাউ" নচিংবা লাইবিক পার পারগা ঐগী সৈরেংগী ৱাহৈ অমদি ছন্দদা কুপ্না য়েংখিবা অদুগী মমল ইতালি য়ৌবদা খঙখি। মখোয়না তৎতনা হায়রকখি—

'নঙগী নরোল ওম্থোক্লা নুংশি'।

মরোল মাংখিদুনা ইংলিসনা ইরগা ইংলিসনা পারবা লান্স অমদি অপিরানাদগী ঐবুনা তোঙাম্না ইকায়খুম্নবা মীৎয়েংনা মখোয়না য়েংলকখি। ঐনা কয়াদা পোঙজখি। অদুবু কয়াদা কিশ্রবা! কনানা খঙবগে তুংগী ৱাবু?

য়ুরোপ সিন থুংনা মরু ওইনা আমেরিকান সরকারনা আমেরিকান ইন্দিজিনস পীপলস পুন্নমকপু মাংখিনবা চৎথরিবা থৌওং অদুগী মায়য়োক্ত লেপ্পা, মীওইবগী হক্কীদমক মাংজিন থাদুনা হোৎনরিবা য়ুরোপতা লান্স হেনসন কনানো তারুবগী মথৌ তাদে। মাগী সৈরেং ফজবা ফজদবা মাগী লেকচরদা করি হায়বা হায়দবা পুন্নমক্লা মাবু পাম্বোম তিংথোক্তুনা ওকপা থেংনৈ। মহাকতী সৈরেং লাইরিক ২০ গী মথক্তা ফোংদুনা লোন কুনমঙাদা হন্দোকশ্রবনি। হোয় মসি ওইনবা চহি কয়া মহাক্লা হোৎনরম্বা য়াই। অদুবু আমেরিকান ইন্দিজিনস পিপলস মরুওইনা রেদ ইন্দিয়ান হায়রগা খঙনরিবা মীওইসিং অসিগী হক্কীদমক সোক্রুবা সংস্থান অমদি ওর্গনাইজেসনসিং য়ুরোপ সীন থুংনা লৈরম্মী। ঐখোয়গী রিদিং অসিবু বার্ত্তন তৌরিবসু হায়রিবা কাংবুসিং অসিনি। মসি লৈদুনসু লান্সকী মসানা মসাবু মপুংফানা থাজবা ঙমজদবা, পুক্নীং লুমবা ঙমদবা অদুদি আনোক অমুবা অদুনা লোৎপা ঙমদে। মসি মহাক্লা মতম সাংনা নোমলকপগী পুক্নীংদা লেমহৌবা লায়নারা নৎত্রগা মহাক্কী হিংবগী অচুম্বরা হায়বা অদুদী মহাক্তনা খঙলিগনি। ঐগী তোপতোপ্পা ইফি, ইশক, ইরোন অমদি সৈরেং অদুতনা ঐগীদি মপুং ফাজরবনি। অতোপ্পা, মীগী মমিৎ থকহনগদবা ৱারী অমা দরকার তাদে হায়বা মহাক্লা থাজবা ঙমখিদে। মসিনি মাগা ঐগগী মরক্তা থোক্লিবা ভাপ তান্নবা ঙমদ্রবা ৱাফম।

ঐখোয়গী রিদিংগী হৌনবী ওইনা অহানবদা লান্সনা সৈরেং পারে। সৈরেং সিংগী লোয়সিলকপদা অহানবা ওইনা ঙসিদি অপিরাননা চঙদুনা করিগুম্বদা সরু নৎত্রগা নাতোন বাঁসী খোংদুনা লান্সকী মতেং পাংহনখি। আমেরিকান কলচরগা নিউ

জিলেন্দ কলচরগা কদায়দা করম্না পুনসিন্নরিবনো ঐ ভাপ তাবা ঙমখিদে। মদুনা থোয়না লাঙ্গকী সৈরেংদা অনৌবা মশক অমা হাপ্লসু উদে। অদুমকপু নুমিৎ অদো অচৌবা মায় পাকপা অমা ওইখি। থম্মোয়দা চাওথোকচখি— 'ইতালিয়াবু জয় তৌরে'। মীকুপ অমতগী নাপলনি। হিংবদা নাপল চঙই। নাপল য়াওদ্রবা জাতি অদো সিরবনি। ভাবুক্কী ইন্টরেক হৌরকপদা চহি মীয়াই চল্লবা মসা পাতক ৱাংবা নুপা অমা চংলকই। ফিসু চন্না সেৎলি, মাইথোংসু নোল্লুকই। পংসাং সাংনা ঙাংবা নত্তে। ৱাহৈ পরেং খরদি কাওবা ঙমদে—

'. . . ঐখোয়গী ইসাগী কলচরনা ইসাবু ফাজিন্দুনা থমলিবা অসিদগী নানথোরুবা অসিগুম্বা রিদিং অসি দরকার য়াম্না লৈখ্রে। মসি য়াম্না তোয়না সিনবা চুম্বনি . . '।

অপিরানাগী একতিং অমদি গীতরদা মী পুন্নমক ঙাওখ্রে। লাঙ্গকী তোপ তোপ্পা অমদি মশক ফজ্জে, ইতালিয়ানসু হায়ফেৎ মাল্লি, হেক য়েংবদা নুংসি। লিজাগা য়াওদবনে, নুপী ময়াম্না য়োমসিনখ্রে।

খ্বায়গী মাংদা ফম্বী, ইমাগী লেঙ্গা ওইগদবী অমা হৌগৎলগা মফম অদুদা অদুম লেপলগা ইচম চন্না 'ঙসিগী রিদিং অসি য়াম্না নুংঙায়খ্রে' হায়রগা ঐগী ইমিং হায়বা হৈতদুনা ঐঙোন্দা খুদোম্বী থিল্লগা 'মাগী সৈরেং শিংদু য়াম্না পামজৈ' হায়রকই। মাগীদু ইচম চম্বী নুপী অমগী মপাউনি। মীয়াম মাংদা ৱা ঙাংবা ঙমজদদুনা ৱাহৈ খজিক্তুং অদুত হায়নবা হোৎনবদা ঙাংলপ তৌরবা মায়থোং, মীনুংসিনা থল্লবা মীৎয়েং পুন্নমক অদু ঐনা চুন্নত 'থাগৎচরি' হায়বতনা পেন্দ্রদুনা ঐনা চংসিন্দুনা মখোংদা খুরুমখি। 'ঐগী পলেম নুংসিবী' সৈরেংনা থম্মোয় কয়া ঐনা ফংজখি। রিদিং অমদি ৱাহং পাউখুম লোয়বদা নুপী ময়ামনা ঐবু য়োমলরে। নুপী অমা নহানি, চহি ৪০ গুম্বা ওইরিদ্রা, ইতালিয়ান অমদি ইংলিস অনি য়ান্নদুনা ঐঙোন্দা ৱাকৎলৈ—

'খা-ইতালিদা লৈবা নুপী ঐখোয়না কয়াম্না ৱাবগে হায়বদো নঙনদি খঙসু খঙবীদনা।'

ঐনা খুম্মী— 'হোয়নে, ঐদি কদায়দগী খঙগদগে।'

ময়াম অদুদা ৱারী সারিঙৈদা ঐগী ইতালিয়াগী পলেম নুংসিবীদো চৎলগে হায়দুনা চঙসিলগা থোৎলবা ঙৌরোক ঙৌবা খুৎ অদুনা ঐগী খজায়দা সোকলম্মী। ওন্থোকপনি, কদোমদগীনো সীরোদো ইখং খংহৌদনা থোক কোনসিলক্লে। ঐনা মায় লৈথোক্লবা হোৎনৈ, মানা ঙমসিলক্তুনা চুপখ্রে। ঐনা সাওনিংনা খুদাং থাঙ্গৎতুনা সৎ তৈথোকই। মানা ঙক্কা নুংঙায়তনা হংই— 'করিগীনো'। ঐনা খুমখিদে।

চৎলসি চৎলসি হায়দুনা থোক্লরক্লে। হোল অদুগী মপান্দা গারী কাখৎফমদা কৌবুলিয়া পাম্বীগুম ৱাংখৎলক্লিবা নহা অমা ঐগী ইনাক্তা লেপলরে। ইংলিস নিংথিনা ঙাংবা ঙমদে। ৱাদি য়াম্না ঙাংনিংই ঐ ঙহাক লেপতুনা মুন্না তাই— খোঞ্জেলদু য়াম্না থোৎলি। ইতালিয়ান ইংলিস য়ান্নদুনা মতৎ মতৎ তপ্না তপ্না হায়রকই—

'নহাক্কী সৈরেং (অদু ঐগী পলেম নুংসিবী ওইগনি) দা নহাক্না থারিবা নঙগী চীং, পাৎ, তুরেল, লমবুক-লমহাংসিং অদো ঐগী মীৎতা লোয়না উই। ঐ মফমদুদা চৎলিবগুম ফাওই . . .'।

ওস্তোকপনি লাক্পনা পোরোক পোরোক সৌদে হায়বত খাকই চৎলসি হায়বগী। করিগীনো খঙদে। অদুগা মপানগী সুমাং অদুদনা পুং অমা হেন্না লেপতুনা লৈরুই। ঐনা নুংঙাইতনা হন্না অমুক্তং য়েংলুই। মখুৎ অনিনা ফুরিৎখাউদা হুমজিন্দুনা তুম্মীন্না লেপহৌই। ক্রিম হায়ফেৎকী সুত অমা সেৎলি নহাদু। ইকায়স্ন য়াম্না থী। নৎত্রবদি মাস্য ঐখোয়গা অদুম থোকমিন্নরগা সুমাং অদুদা অদুম ঐখোযগা সকখং মাথখংনেদ্‌না বারী মখা তাবা য়াবনি।

সুমাং অদুদা ইলভার্গী চাকসংগী ফোতোসংগী করেক্তর্নসিংদু লোযনা মথং মথং লাক্লে। মখোয লোয়না রিদিং অদু য়াওবা ওইরমাল্লে। মীপিক অদুফাও য়াওবে। সীরোনা ঙাওসিন্নদুনা ঐগী ইনাক্তা সুরু সুরু নৈদুনা লৈবে। ওস্তোকপনি ঐ অসি চহি ৪৫ সুরবী হনুবীনি! মানা হায়—

'মেমচৌবী ঐ স্পেননিসনি।' অদুগা স্পের্ননিস লোন বেরেং বেরেং লোনথরকই। খোয় খোয় তারবা মুরবা সাংলবা সময়াম, মুরপ তৌবা মমিৎ, সোংলবা পীসুম, কা হেন্না পান্দবা কুচু। ওইদ ওইরব্রা খল্লে। অদুগা মানা সিদা কৈদৌরিবা! ঐনা ইলভাদা চঙদুনা হংলে। নোকলদুনা খুমলকই—

'নত্তে, ঙাওসিন্নরিবনি। মা স্পেননিস লোন তম্বগী স্পেনদা থা তরুক লৈরুবনি'।

'ইংলিসতি হৈত্রা'

'হৈতবনি, ঐনা ইংলিস লোন ওইনা তমলুই অদুনা হৈবগী ৱানি'।

খুদক্তা, ঐখোয়গী ইরক্তা মোমোন নোক্কুনা য়াওরিবা, মী নেমতক তৌবা চহি মীয়াইগী নুপা অমদা ইলভানা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই—

'য়েংঙু অসি সীরোগী অপোকপা মপানি'।

সীরোদসু তোপ তোপ্না মী চিংসিনবা ময়াই অমা য়াওরি। মসা মউসু ওস্তোক্না ফৈ। মমাংঙৈগী অরিবা লাইরোন-তীনলোন্দা য়াওবা হিরো পুন্নমক কৃষ্ণদগী চিংনা

মসম সাংবা ঙাক্তনি। নুপানা মসম সাংলগা নুপা মানবা হেল্লি হায়বদো সীবোদা উই। অরুনাচল প্রদেসকী ত্রাইব অমা মসম সাংলগা নুপা মাল্লি হাযদুনা নুপী পুন্নমক মরু কোক্তুনা থম্মী হায।

দিনব চানবা রেস্টুরেন্ট যৌববদা মী পুন্নমক মাগী মাগী ফমফমদা ফমনববদা ঐনা লান্সকী মনাক্তা চঙদুনা বাকথলি—

'যেংঙু লান্স ঙসি সীবোনা ঐঙোন্দা সিবাইদা চুপখ্রে মদু ঐ যাম্না সাওনিংই'।

লান্স হাযবসি মীগী মতৌ যেংলগা, লরুবগা নোকপা যাম্না পাম্বা মীনি। ঐদি মদুকা কাওখ্রে। মানা সুকথসিন্নবদুনা

'অওইবগী? মদু যাম্না চুমদবনি। ফবে হৌজিক চে অমা নঙগী লাইবক্তা থেৎলসি। মদুদা থাবসি - I know I am beautiful, but no Kiss'

মানা লরুবিবদু ঐসু খঙলক্তুনা নোকনিংলক্নে। এদিসু ঐগী ইনাক্তা থুংলবে মানা হংলবই -

'ববিনো, কৈদৌবে'।

লান্সনা মযা কাখৎলকলবদা মাগী ফাগী মখা সমথবক্কদবদু উবদুনা ঐনা মেনবা হোৎনে

'নত্তে নত্তে হাযগনু হাযগনু'।

লান্সসু কন্না হেক্তা হাযনবা হোৎনখৎলকলে। মানা পামলিবদি মদু মখা সাংথনা এদিগা নোকমীন্নবনি। উপায লৈত্রদুনা লান্সকী মবেংবান্দা খুদুমনা অনিবব সুবমলগা মপান্দা চেপ্তোবকলে।

মিনিত তবামুক মপানগী অইংবদা ফমলুবগা মনুংদা অমুক চঙদুনা লান্সকী মনাক্তা হাংনা লৈবিবা ঐগী ফমফমদুদা ফমলুবে। চাকচামাংগী বিযাব বাওন্দ অমা লোযসিন্নবকলে। ঐগীদি এদিনা চাক ওদব তৌখ্রে হায। ঐনা 'চাকতু ফজনা মুন্না যাইবিবরুবদি ফৈ নৎত্রবদি মদুসু চাবা ঙমদে কমদৌনি' হাযবে। ঐগী নাকন অমদা ফমলিবা এদিনা 'হাযগে হাযদুনা হৌগংলগা চাকসংদা চঙখ্রে। রেস্টুরেন্ট মপুদু সীবোখোযগী মরুপনি। ঐখোযবু ঙসিদি মহাক্না চাকবৌবিবনি। চাকসু পুথোবকলে। হাযনা হাযনা যাইবা থাংলে। চেঙ চঙলে। ঐনা মুন্না যেংদুনা লৈবা অদুদা এদিনা ঐগী প্লেত অদু তাপ পাযদুনা অমুকসু চাকখুমদা চঙখ্রে। ঙহাক লৈবগা হোতেল মপু মসামকতু ঐগী চাব প্লেত পুদুনা থোকলকলে। ঐঙোন্দা পীবগা ঙাযদুনা লেপতুনা

লৈররে। ঐনা চামচ অমা হুকলগা য়েংবদা খরদি য়াবগুম তৌরে। ঐনা মঙোন্দা 'য়ারে, য়ারে, থাগৎচরি' হায়রুবদা মখুৎ নামা থাঙ্গৎতুনা ফাগী তৌদুনা মরাইবক্তগী হুমাং তৈথোকলগা লংথোকই। ইতালিয়ানসিং অসি ফাগী অমদি য়ু য়াম্না পামই।

মথংগী অয়ুক্তু নোংমাইজীংনি। পেপ্পীগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎলগনি। ঙসিদি সুতিনি। মাগী নুপীগা মচানুপীগা উন্নবা য়াই হায়দুনা আসা তৌরুই। মচানুপীদা লাইধি অমা পীরমগে হায়দুনা খন্দোক্তুনা থমই। অদুবু অয়ুক অদুসু পেপ্পীগী নুপী লৈরমদ্রে। হৌখিবা অয়ুক অনি অদুদি মচানুপীদু স্কুলদা থিল্লি অমদি ওফিস কাই হায়দুনা উন্নদবনি। পেপ্পীনা হায় মপামদা চৎখিবনি। ফরে হৌজিক্তি কৈদৌরুনি। চৎলমদাইদা ঐনা পেপ্পীদা লাইধিদু মচানুপীদা পীবীয়ু হায়দুন পীরমলে।

মমিংত ওইনা ব্রেকফ্রাস্ট খরা চারগা এদি, ঐ অমদি পেপ্পী সীরোখোয়গী লৈফমদা থুংলুরে। ঙসিগী প্রোগ্রামদি বিসুভিয়স, মখোয়না ভিসুভিও হায়না খঙনবা মৈগী চীংদনি। ইনক নকই। ঐখোয়গী ভান অদুনা কাবা য়াবা মফম ফাওবা কারগা খোংনা মতোন ফাওবা চৎতুনা য়েংলুই। অকিবগী মশকনি। পুক্কীং হকচাং থুক লাওই। খংসোন সোনথখি। চহি ৪৫ মুক্কী মমাংদা মদু পোখায়রক্তুনা অচৌবা মীসি-মীনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী লেমহৌবা মখাক ওইনা লেপহৌরি।

ঐনা য়ারিবমখৈ সীরোদা ঙাংদনবা মাগা নক্নদনবা হোৎনবা অদো অফবা ওইখিদে। সেরান্নবা অর্থ অমদা ফৈখি। হলকপদা সীরোনা ঋাৱৌনা ঋারী হৌরকই–

'মেমচৌবী নহাক্তী ঐগী ইবেনগুম্বীনি'।

'হোয়নে, ইবুংঙো ঐদি হনুবীনি'।

ঐনা ঋারী মখা সমথনবা হোৎনখি– মহাক করি তমলি, তুংগী প্লান করিনো। মদুবু ইংলিসতা হন্দোক-হঞ্জীন তৌরিবনা ইলভানি। রোমদা লৈরবসু ঐদি রোমান অমগুম চৎপা ঙমখিদে। ঐ কদায়দগী লাকপনো ঐ কমদৌবনো হায়বদু ইংলিস পরেং অমতা ঙাংবা ঙমদবা অঙাং অদুদা করন্না ব্যখা তৌরুনি। কন্নানা লাললিবনো কন্নানা চুমলিবনো কন্নানা খঙগনি। ইলভাগী পিরাং থাংবা মায়থোং অদুনা বিদায় পিদুনা ঐখোয় কায়নবকখি। অঙাওবা সীরো অমুক হন্না পাম্বোম অনি তিংথোক্তুনা ঐবু চেৎজেৎ কোল্লগা বিদায় পীবকখি। ঐগী লুখমদা চুপখি। ঐ নিঙমলকখিদে। কোম্না মতাং অমদা সীরোদা ঐগী এপোলোজি থাখি। মদুদা মানা ঐবু ঙাকপিরমগদ্রা হায়বদুদি খঙলক্তে।

মেদিতরিনিয়ান সি তোর্বান্দা চীংয়া তময়া লান্দুনা ঐখোয়গী ভান অদো য়ং য়ং থৌরি। ঙসি নুংদাং ঐখোয়গী রিদিং অমা সালোরনেদা লৈ।

অঙাওবা সীবো, শকহেনবী ইলভা, পেপ্পী. মখোয় লোয়নমক তামহৌবে। তুংহন্না নৈদুনা য়েংথোকলুই— বিসুভিয়সকী অকায়বা কাথেক্লবা চীংদোন, কনাবুসু ইকায়দনা, কিদনা চিংলেন্না লেপলম্মী, মখোংদা থোৎলবা মেদিতবনিযান্না পাম্বোম অনি তিংথোক্লুনা রাইসিন নৈসিন্দুনা সান্নজবি, অকোয়বদা চীংদুম পবেং পবেংসিংনা কোক নোল্লপ ইকাযখুম্ননা লেপলি। ও বিসুভিয়স, ঐগী সাংলবা, চোকথববা, যুরোপ যাত্রাগী পাউখুম। বিসুভিযস বিসুভিযস থম্মোযদা চেৎনা কোল্লগে নঙবু।

বিসুভিযস কুমলকপদা কবিসু পীজবক্তে। মদু কবিগীনো খঙদে। মেদিতবিনিযান সি গী ফজবা, মপান্দা সন্দোক্লুনা পবেং ওইনা লৈবিবা সহবগী দলানসিং, তান্না উবা আইলেন্দসিং মদুগী ফজবনা থোযনা লাম্বা অর্মদি চোকথবা ফাওহনখিদে। মেদিতবিনিযান সি অসি ইতালিযান পুন্নমক্কী পোঙজফমনি। ওম্থোক্লা ফজৈ। যেংবগী পেনবা চোকথবা নাইদে। মখোযনা হায মসি অচৌবা পাৎ অমনি। অদুনা অতৈ সমুদ্রগুম ঙাওদে, মেংই। ইবোইদুনা সান্নবদা খুদোং থিনিংঙাই ওইদে।

মেবিন দ্রাইবকুম সমুদ্র মপান্দা সাংনো সন্দোক্লুনা লৈবিবা ফজববা হোতেলসিং অদুগী মনক্তা লৈবা হোতেল অমদা ঐখোয মবিগী লৈফম ফংলে। ইকজবা লোযবগা ফি হোংদোক্লুনা লোযসিল্লে। লাম্বগা চোকথবগনা ঐবু পোত্থাহন্দ্রে। বিদিং মমাংদা কবিনোমা চাহৌদ্রবদি ফিবম তাগদবা মান্দ্রে। সমুদ্র মপান ওইবনা নুংসিৎসু ইংই। অদুগা চাদবগা পাদুনা ইংসু যান্না ইংলে। মখোয অহুমদু চঙখিবদি উহৌই, চপ চানা মখোযগী কাদি খংহৌদে। চঙদুনা যেংবদা মকম ওইনা কা অনি লৈবম্মী। কা অনি অদু মখোযগী সোযদনা ওইগনি। ঐনা থিবিবদি লাম্বকী কানি। থোঙ অমদা কোক কোক থিল্লুই। ওম্থোকপা হাযবদুনি, অপিবানাদো ইচোৎ চোৎপমখৈ, থোঙ খজিক্তং হাংদোকলগা মঙকতমক থিনদোবকই। ঐনা লাম্ব হংলুবদা থংনবা থোঙ অদুদা খুদোম্বী থিলম্লগা থোঙ লোনসিনখ্রে।

ঐনা হল্লকপদা ঐগী থোঙদু মনুংদগী লোনসিনখিদুনা লৈবমলে। হাযফেৎ ঙাসিলম্লগা থোবক-পনি। হোতেল মপুদু লাম্বনা কৌকদুনা হোবে হোবে চেনখৎলকই। মদু যেংবদা যান্না নোকনিংখ্রে। পুং অমগী মতুংদা ঐখোযগী ওর্গনাইজব অনি লাক্লুনা ঐখোযবু লৌববে। House of Peotry হাযনা থাদুনা লৈবম্বা হোল অমদা ঐখোয থুংলুনে। কবি অমা ওইনা ঐখোযবু চপ চানা ওর্কপিদুনা কবিতাগীদমক থরায যান্না যাওনা মখোযগী কাংবু অদু নেপলসতা মাংজৌননা থুংলখি। ঐখোযগী সৈবেংসিংদু তাববা মতুংদা সৈবেংগী কোপিসিংদু পুদুনা চৎখ্রবনি। ষ্টেজ মথক্তা স্ক্রিন অমা থাদদুনা থনম্মী অদুগা মাইক্রোফোন অমগা। ঐখোযনা মাইক্রোফোন্দা সৈবেং পাদিঙেদা ইতালিযান ট্রান্সলেসনসিং অদু স্ক্রিন অদুদা ফিলম ওইনা মযেক লানা লানা

কাপথোরকপনি। ইন্টর্পিতর অমগী দরকার তাহনখিদে। অদুক য়াম্না নুংঙায়বা য়ারবা মীফম অদো ঐদি নুংঙায়বা ঙমখিদে। চৎলমদাইদা খজিক্তং চারকপা অদুনা ওইবা য়াখিদে। নুমিৎ অদুদা ঐনা ইনথম্বদো, হায়নিংঙাই লৈতে। কবিতা পাবা মতমদা ঐ ঙসিদি চৌক্রিন্দা পাগে লেপ্লা ঙমলরোই হায়বা তাখি। উচিন-নাচিন্না মদু লোয়খ্রবসু মিকুপ খুদিংগী অসুম ইংসিলকপা অদুনি ঐনা য়াম্না ৱাখিবদি। ঐগী পাবা লোয়রগা অপিরানা ষ্টেজদা কাখ্রে। মাগী সৈরেং পানা পানা মাগী একতিং হৌরক্রে। অপিরানাগী ইচম চম্বা ইথি থিবা মশক অদো মওং অমদা হোংখ্রে। মাগী কলানা ঐবু মাগী কলাগী জগৎ অদুদা পুখ্রে।

চাক চাফমদা ঐগী নাকন্দা চহি ৬০ মুক্কী নুপী অমা, য়াম্নদি খিংলি ঐগী ইনাক্তা ফম্লরে। মহাক্লা ঐঙোন্দা মশক তাকচৈ— মহাক ফেমীনিস্তনি, এক্তিভিসনি। ৱারী মখা সাংথরকই মদু ভারতকী ত্রাইবেল অমদি মাইনোরিতিসিংনা থেংনরিবা অৱা-অনা খুদোংচাদবসিংগীনি। দাম সাবদা ত্রাইবেলগী লম সোক্কনি, সাবা য়ারোই হায়দুনা সোক্লরিবী অমগী মরমদসু য়াম্না হায়রে। মমিংদি ইহায় হায়দে। ঐনা খুম্মী— 'ঐ খংই, নুপীদু মেধা পতেকরনি। অদো ঐখোয়দি নখোয়না খঙলিবা ত্রাইবেল নৎত্রগা মাইনোরিতি অদু নত্তে। ঐখোয় ইন্দিয়াদা য়াওবা চহি৫০ মুক্তা ঙায়রি। ঐখোয়গী লমদা ফোরেন্নর চঙহন্দে। অদুনা নখোয়না খংলোয়। ঐখোয়গী ৱাফমদি ইতোপ তোপ্পনি।' ঐনা হায়রিবদু মঙোন্দা ইচং চংদবগুম তৌই। মানা হায়খিবা পৰিং অদুদা হেক্তা হঞ্জীনলক্তুনা ঙাংলকই। মদু বোলজানোদবা কদায়দনো ঐ চপ চানা নিংসিঙদবে। ঐখোয়গী রিদিং লোয়রগা নুপামচা চহি ১৪ গুম্বা অমা চঙসিলক্তুনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা, থৱায় য়াম্না য়াওনা হংলৈ—

'মেম, ঐগী ওজানা হায়রিবা ইন্দিয়াদা নহাক য়াম্না অতোনবনি। মসিবু অচম্বরা'?

মাগী হৈবোই হৈতবোই ঙাংলিবা ইংলিসতু মুন্না তারগা উচিন-নাচিন্না মানা হংলিবদু ঐ খংলে। অদুবু ঐনা খঙদবা সাসিন্নদুনা— 'কদায় নঙগী ওজাদি, নহাক্লা ঙাংলিবদু ঐ সেংনা খঙবা ঙমদ্রে হায়দুনা হায়রবদা; ওজাদু মানা মখুৎ পায়দুনা চিংদুনা পুরকলে। ওজাদু য়াম্না নুংঙায়তনা লৎ লৎ তৌদুনা খুমলে-

'ইন্দিয়াদা জাৎ অতোনবা য়াম্না লৈ হায় . . .'

ঐনা নোকথোক্তুনা ৱাফমদু লাইহল্লগা নুপামচাদু চিংসিন্দুনা ইনাক্তা অহাংবা চৌক্রি অমদা ফমহনলে—

'নঙগী ওজানা হাযবা চুম্মী। ইন্দিয়াদা চৎলিবা হিন্দু ধর্ম্ম হায়বসি কাস্ট মরি খায়। খ্বায়গী অহানবা ব্রহ্মণ হায়বা অসিনা খ্বায়দগী অসেংবনি। সুদ্র হায়রিবা মরিসুবা

অদুনা খ্বায়দগী অতোনবনি। ইন্দিয়া গোর্ভমেন্টনা আইন পাস তৌদুনা মদু থিংলে। অদুবু কুইনা চৎলকলবা চৎনবী ওইবনা মদু মুৎপা ঙমদ্রি। অদো ঐদিং ইন্দিয়াদগী ওইরবসু তোঙাল্লি। হায়রিবা চৎনবী অসি ঐখোয়গী লমদা লৈতে। ঐ ইন্দিয়াগী অতোনবসিং অদু নত্তে'।

নোয়মন্দুনা ইখু খুজিল্লবা মমিৎ অদু খুজিন্দুনা মোমোন নোকলগা--

'থেঙ্ক য়ু মেম।'

হায়রমলগা হরাও হরাও চৎখ্রে। ঐখোয় অনি ঙাংনরিঙৈদা মমিৎ য়ুংখৎতুনা ইকোয কোয়সিন্দুনা তারম্বা মাগী মরুপসিংদুসু মাগী মতুং ইন্নখি। ওজাদুসু নুংসা মপি মচা অমা হোন্দোকচখি। থাঙ্গেশেংনা খংদবদি তাকলগা ইরাই লায়না খঙনবা য়াই। অখংবসিং অসিদি উপায় লৈতে।

চাকচা তোক্লগা মখোয় ময়াম বারদা চৎখ্রে। ঐদি য়াম্না চোকথরে হায়জবদগী ইথম্না তোঙান্না ঐগী হোতেলদা থিন্বীবে। ফি হোংদোক্লুনা ফমুংদা থুনা চোংসিল্লে। মীৎ উইসিন্বগা মীৎতা মবি মরি উরকই— অকিবগী মশক ওইরবা হোগায়রবা থিরবা নিসুভিয়স, মখোংদা ঙা খেংদুনা মোং হাদনা সন্দোকতুনা লৈরিবী শকহেনবী মেদিতরিনিয়ান, চীংদুম পরেংগী মখোংদা সমুদ্র মপান্দা সালোরনে, হাউস ওফ পোইত্রিগী হোলদা ঐনা ইংবনা নিকপদু।... তামোনা অসুম্না অসুক নিংথিনা সেৎপা ঐ উখিদ্রি। য়ুরোপকী লৈবাকমচা অমনা সেৎপা ফিজোন্দা চপ চানা সেৎলগা ঐগী নাক্তা চংলক্লুনা লেপলরে। মহাক্না য়াম্না পামজবা ষ্টেল গ্রে মচুনি। মথক্তা কুপলিবা গ্রেত কোত অদু লৌথোকলগা সোফা পাম্বোমদা থাদররে। অদুগা মাৎনা কুপ্পদা মায লৈথোক্লুনা চৎখ্রে। মীকপ থোক্লুনা মীৎ খংপাং পাংই, মৈ থাঙ্গৎতুনা য়েংই কনাসু লৈরমদে। ঐ সাওনিংখি। য়াম্না সাওনিংখি।

অয়ুক্তা ইতোমতা মখাদা ব্রেকফ্রাস্ট চারুরগা কাখৎলকপদা লান্স থেংনরে। ঐনা হায় 'ব্রা অমতা হায়খিগে ঙায়বীখো'। মহাক্না লেপলবদা ব্রা মখা চৎথবে--

'লান্স ঐদি য়ুরোপকী চিঙ্গাক চাবা হৈতে নহাক্না খঙলিবদুনি। অফংবা খরা খরা চারগা হিংনবা হোৎনবনি। মসিদা নহাক্না অমুক চরা হেলহললে। ঐদি লো প্রেসরসু লৈ। ঐদি 'সোক' অদুদগী মপুংফানসু হনগৎত্রি। করিগুম্বা ঐনা ব্রানথদুনা তারবদি নহাক ঐবু পুদুনা হোসপিতালদা চৎপরা নৎত্রগা নতোমতা রিদিং চৎপরা অমা তৌবা তাবনি'।

মহাক লুকথদুনা তুম্মীন্না তাই-

'ইচন ইবেন্মা, মদু ঐনা সোয়খিবনি, সাওরনু'।

ঙবাংদি এদিনা সমুদ্র তোর্ব্বান থুংনা ঐবু পুবীগনি হাযখিবনি। অপিরানাদি মহৌসানা যাহৌ থেংই। মখোয় অনি লাম্বা তৌদুনা তুমখ্রমাক্লে। ইথন্তা থোরক্লে। ইথন্তা চৎপস্ হৈনৈ। তৌবতবু ঙসিদি সা'না চৎপদি নুংঙাযগদবা মান্দ্রে। ঐগীদি সমুদ্র ফংলগা লোযরে। ইতালিয়াবু ঐনা সুপ্নতগী মেদিতরিনিযানগীদমক কলকচৈ। মিতব ২০০মুক্তা চৎপদা ঙায়রি- সোরোক বাংমদা মশিং থীঙমদ্রবা মীংসেল মচেৎ ময়াম অমা চাযখায়বগা পম্বগুম অযুক অদুদা ঐনা সমুদ্র অদো উখি। ঐনা হোরেন হলক্লবা মফম অমা মুন্না যেংলগা, সোবোক লানথোক্তুনা খোংবান য়ৌবে। মাযদা ঈসিং মরিক যাওবা অইংবা নুংসিৎনা সোকলরে। কয়াদা থুমখ্রবা! পুক্নীং হকচাং অনিমক তেখৎহনখি। নুঙ চনসিন্দুনা সেমলিবা চৎফম অসাংবা, ঙা ফাবা হিগীদমক সেমলিবা দোক লান লান্দুনা ফনা যাম্না মনুং চঙসিক্লে। ঐগী মায়কৈ অহুমদা সমুদ্রনা কোয়সিনবা জগা অমা ফংলবদা ঐনা খোঙনুংদা থাদবিবা খুৎসেমগী নুঙজাওসিং অদু লান লান্দুনা য়াবিবমখৈ মখাদা কুমথবে। ঈথকনা ব্রা ব্রা লাউনা নুঙজাওদা যৈসিল্লবগী ঈসিং মরিকসিং অদুনা ঐবু চোৎহনিংলুই। ঐগী হে'দ বেগ নাকল অমদা লংথোকখবে। খোংউপ লৌথোকলে। জেকেত অদুসু লংথোকখরে। নে তানা খোং খুৎ সৎ তিংথোক্তুনা নুঙ মথক্তা ফমথবে। ঙৌবোক ঙৌবা ইগলসিংনা ইমায় খেৎ খেৎতুনা ঐঙোন্দা কুম্মৈ তৌরি। ইগলত নত্তে অতৈ উচেক কয়া অমসু চাকতাহৌই।

ঈথক্লা লৈরায় চাসিলকপদা থিংনবা থাদব্বিবা খুৎসেমগী নুঙজাওসিংদুদা তোংদুনা অমদি মকম মরুমসিং অদুদা ফমদুনা চহি ১৬ তগী ২০ ফাওবগী নহা পাখং লৈসাবীসিং চবুন চবুন ওইনা অয়ুক অদুদা নুংঙায়না ইংনা সমুদ্র যেংলি। মখোয় মসেন উন্নবি। কবিনো তৌরিসিবু অঙাংসিংসি অয়ুক্কী তিউসন চৎলুরগা স্কুল কোলেজ অমুক চৎলরোইদবরা। মদুসু হলকলগা অমুক তিউসন। ঐখোয়গী অঙাংসিংদো মপুঙ্গীদা অসুম্না ইংনা নুংঙায়না মমান্নবসিংগা মহৌসাগী ফজবদা মপুক্নীং পোখাবা ফংজবিগদ্রা।

ঐনা মায় লৈদুনা অতোপ্পা নাকল অমদা চৎলিঙৈদা কনানো অমা কৌবগী মখোল তায়। হন্না য়েংলুবদা পংব্রাং ব্রাংদবা চেকপল মতেক অমা লৈরিবা অদুদা লৈসাবী পাখং চবুন অমা ফমলিবদু উই। মখোয়দুগী মনুংদা মসা চাউত্তক তৌবী নুপীমচা অমা ঐঙোন্দা য়েংদুনা অমুকসু কৌরি—

'ও সিনোরিতা'

'ঐবুরা'?

'মান্নি'।

ঐনা মখোয়গী মনাক যৌববদা— ঐবু কনানো, কদাযদগী লাকপনো, সিদা কৈদৌনিবনো, অসিনচিংবা মথং মথংনি হংলিবা। ঐসু খুন্মী মথং মথং। ঐনা ঐ কবিনি, সিদা কবিতা পাবা লাকপনি হাযকব্বা অদুদা ঐঙোন্দা কৌবকখিবী অদুনা যাম্না জ্ঞান তানা খুমলকই- 'ও সিদা নহাক পৈসাসু তাল্লিবোইবে ।

'সিদা নখোয মযাম সমুদ্র যেংলিব্রা'।

'হোয'।

'হোযনে যাম্নসু ফজেনে'।

মহাক্না মনাতোন থাঙ্গৎলদুনা

'হং ঐদি সুব্রাইসি পামজদে। ঐদি স্কোতলেন্দগীনি'।

ঐ ইথস্তা নোকই। ঐনা ভেনিজিযা যেংলুবগী বাবী নিংসিঙলকই। ফজবা ফজবা হাযনবিবসি নুংসিবা মফমদু ওইবমাল্লে।

ঐনা হোতেল যৌবা মতমদা কুমভকন অনিদু তুম্বা হৌগৎতুনা ইকমাইথজবদি লোযবমলে। ব্রেকফাস্টতি চাবমদ্রি। থেংলে লন্চ ওইনা চাকব্বসি হাযদুনা পোৎ চৈ হোনদুনা কুমথবক্লে। ভান্দা লোযনা হাপচিন্দুনা থৌবাং লোযবে। হোতেলদা সো সিন্নবমলে পাস পোর্ত লৌথোবক্লে। হোতেলগী মপান্দা ঐনা মখোযবু ঙাযদুনা লেপলিঙৈদা অমুবা নুপা অনিখক লেপলম্মী। যুবোপ্তা অমুবা থেংনবা অসি অদুনা অহানবনি। ঐগী ইচা অতোন্বনা 'মামা নেগ্রো অমতা ফোতো নম্মীন্নবকউ' হাযবকপনি। মদু নিংসিঙলক্কুনা ঐনা লাঙ্গতা তমলে। মাদি ফাগী ওইববোই নিংলুবমাল্লে, নোক নোক্কুনা ভান্দা কাখৎখবে।

চাইনিজ বেস্টুবেন্ট অমদা দিনব চাবে। ভান থাউ থন্না হাপচিল্লে। লিজাদা ফোন তৌবগা লাঙ্গকীদি থবক লোযবে। নোংচুপ থংবা সমুদ্র তোবর্বান অসিদগী নোংপোকথংবা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা লৈবা লুচেবা হাযবা অপিকপা তাউন অদুদা চৎকদৌবিবনি। মফম অদুদা ঙসি নুমিদাংবাই ঐখোযগী বিদিং অমা লৈ। নহা ওইবিবা এদিনা যুবোপকী মেপ অদু যেংল যেংলদুনা লেপ্পা লৈতনা থৌগৎলক্লে। ঐদি ঙহাক উইকব্বে। ব্রাগনি হাযদুনা ঐ মনুংদা অযাম্বা মতমদা হিপতুনা লৈ। এদিনা লুচেবা যৌবক্লে হাযববদা ঐ হৌগৎতুনা ফমলে। সমুদ্র মপানগী নুংসিৎ যাম্না কনবা, যাম্না ইংবা মফম ওইবনবা মফমদু যেংবদা ইকোক কোকই। উ ব্রা ইহৌ হৌদে। যুমসু লন্না তাই। যুমসিংদু সবকাবগী বিলদিংগুম ইকং কংই থব্রায পান্দে। যুবোপকী ফজবা পাম্বা কলচবগী ইচেলদগী তোঙান্না তোপ্না নাইতোম লৈহৌববগুম লৈবম্মী লুচেবা

অদো। চহি ২৩ গুম্বগী লৈসাবী অমগা চহি ৩০ গী মথক ওইগদবা নুপা অমগা মখোয় অনি কার অমদা লাক্কুনা ওকলরে। মখোয়না পুদুনা অচৌবা বিলদিং অমগী মমাংদা থুংলুরে। মতমদু নুমিৎ লৈথখ্রে, মমবদি নত্তে। মথোন মরিসুবা অদুদা লিফতা কাখৎলে। ঐখোয়না থুংলুবদু ইমুং অমনি। মদুদা ফমুং কা অহুমগা চাকসং, চাফম অমদি ফমফম কা পুনবা অমগা। হেক চঙখিবদা চহি মীয়াইগী চীংলেমলবী ওম্বোক্লা ফজবী ইবেম্মা অমনা ওকপীরে। য়ুম অদো মাগীনি। ঐখোয় মাগী অতিথিনি। হেক চঙফমদা লৈবা দবলবেদকী কা অচৌবা অদুদনা ঐগীনি হায়দুনা তাকলে। মথংগী ফমুং অনি থাবা কা অদুদা লাম্ননা এদি পুসিন্দুনা চঙখরে। মায়য়োক্লবদা লৈবা ফমুং অমা লৈবা কা অদুদনা অপিরানাগী ওইরে। ইমুং অদো ওম্বোক্লা ফজে, অয়েকপা লাইগুম্মী। হেনমন্না লুমন-নানমন্দুনা ফমুং কাদুনা হিপলুগদবা হৈনদবা অমা পোকই হায়বা য়াই। সুম য়েংলগা তশেংনা কাসিং অদু দরকার ওইবদগী হেনমন্না কে হায়বদু তপ্পা তপ্পা উরকই। মদুদা থাল্লমলিবা মৈদুদি জগোয় রাসতু ঙায়খ্রে।

নুপী অদুনা ঐখোয়গী হয়েং ব্রেকফ্রাস্ট চান্নবা থকনবা থোংনবা থাক্লবা অদু অদা তাকলিঙৈদা অপিরানানা ইস্ত্রী লৈগদবা হংলুই। লৈগনি হাযদুনা পুথোকলগা পীরে। মহাক্লা অমুক ঈসিংদি করম্না সিজিন্নগদগে হায়দুনা ঈসিং কপ অমা পুসিলকপদা খবা হৈদোকখিদুনা লৈমায়দা তাবে। নুপীদু খুদক্তা লুকথখিদুনা চেগী রুমান খরা লৌথোকলগা লৈমায়দু তক তক্কুনা লৈখ্রে। তশেংনা মাগী লৈমায়দু চাক থিদুনা চাবা য়াগনি। কা অদুদা লৈবিবা অমদি থমলিবা পোৎ খুদিংমক অদুনা নুপী অদু কযা য়াম্না মরন লৈবগে হাযবদু তাক্লি। অদুবু মহাক্কী তইং তইংবা, ফজবা মশক মতৌ, ৱাহৈ খোনফম থোৎপা, অচম্বা ফিজেৎ অদুনা লমসাং লাকপগী চোকথবা অদো তেখৎহনখিদবদি নত্তে। চৎলমদাই য়ৌরবদা ঐহাক্লা -

'ইবেম্মা নহাক্কী ফজবা নশক অমদি থৌজাল হৈবা নতৌনা ঐখোয়বু য়াম্না নুংঙায়হল্লে। নহাক্কী তৌবীমন কাওজরোই, থাগৎচরি'।

মহাক্লা নোকফেৎ তৌদুনা-

'ইবেম্মা নহাক মীনুংসী চাওবীনি হায়বা খংজরে। ঐনা ওমজবা খজিক্কুং নখোয়গীদমক হোৎনজবনি। মসিবু নহাক্লা পেনবীরবদি য়াম্না নুংঙায়জবে'।

মহাক চৎখ্রবদা ইরুজরম্নবা চঙবদা মীংসেল মমাংদা নুপী অমগী উগী অহকপা নুদ অমা লৈবম্মী। মদু কবিনো খঙদে যেংবদা ইনুং নুংঙায়তে। ঐনা যেংবদা উরোইদবা জগা অমদা থমলুরে। ফমুংদা পোখাগে হায়দুনা হিপথবদা হেক মায়োক্লনা ফক্লাং থুমনা থুংনা লৈবিবা উপু অদুগী খ্বাইগী মথক্তা রেক অমা লৈতেংগী পোৎ-চৈ খবা

লৈরিবা অদু উরকই। ঐগা হেক মায়োক্লনা রেক অদুদা ফুত অমা ৱাংবা মুর্তি অমা লৈ। মুর্তি অদু নুপানি। কোত অমুবা অমা লিৎলগা ফুরিৎ অঙৌবা অমা লিৎলগা তাই অমুবা অমা পুল্লি। খোংগ্রাওদু ওলিব গ্রীননি। অদুগা মচিনবান্দু তপ নপসিন্দুনা লৈ। মনমগন্দা সেকপীগুম্না মসা অনি ফন্দোক্তুনা পাল্লি। অসুম য়েংখিবদা মাগী মনাক্তা কৈসাল অমসু খরা লাপতক লৈরম্মী। কবিনো ঐবু পোখাফম অমা ইখং খংদে। হৌগৎতুনা মসিং খংদনা পুমলং লংবমখে থাল্লিবা মৈদু মথং মথং মুথৎপা য়াবমখে মুথৎলে। ঙসাই নুপী অদুনা ঐগী কা তাকপা মতমদা মৈ ময়ামদু লোইনা থানগৎলম্বনি। ঐগী কা অদুদগী হেন্দোক্তুনা চাকসংগী মৈ, চঙফম কোরিদোরগী অহেনবা মৈসিংদু লোয়না মুথৎলে। গমলা ফজবা কয়া মফম ইচা চাদনা য়েংবদদি যান্না ফজবসিং অদুসু মফম চানা চৎপদা সোকলোয়দবা থেংলোয়দবা য়েংলগা থাংদোক-থাংজিন তৌকুরে। ঐগী ফি খরসু চিংথোকলগা থমলে, ঙহাক লৈবগা হোংদোক্কে খন্দুনা। অমুক হিপথবে, কবিনো নিংকোক নিংকোক মীৎ পাংথোক্তুনা অমুক য়েংবদা বেকতা লৈরিবা উগী মুর্তিদু ঐঙোন্দা সংত্রিক য়েংবগুম ফাওবকই। কবিনো' মসি হেক উবা মিকুপ অদুদা ব্রাম স্টোকরগী কাওন্ট দরকুলা নিংসিঙদবা ঙমদে। হেবা হাযদুনা চৌত্রি অমা চিংসিল্লগা মুর্তি অনিদু লৌথরে, নুপাদুগা কৈসান্দুগা। থোঙ হাংদোক্তুনা থোকলে অদুগা কৌই 'এদি' 'এদি'। লাঙ্গনা থোঙ হাংদোরকই। এদি ফমুংদা ফৈজুপ অদুগা হৌগৎতুনা ফম্মী। ওম্থোকপনি ঙহাকতং পোখাজবসিদা ঐনা থুগাযবীরে। ঐনা মুর্তি অনিদু উৎলি। লাঙ্গনা ঙক্লা—

'What a pair!'

এদি ৱাদি ঙাংদনা ফৈজুপ মচিনা হায়ফেৎ খুমদুনা পংনোক্তা নোকলে। মানা নোকলিবদু ঐবুনি খংলে। পুদুনা অমুক থোবক্লে অদুগা চাকখুমদা লৈরিবা লাইরিক্কী বেক, থোঙজিন মকম ওইনা তৌবা অদুগী মথক্তা থাঙ্গৎতুনা থম্মী। ঐনা হন্না য়েংই— মুর্তিদু ঐঙোন্দা সাওরংন্না য়েংবগুম তৌই। খনবদা মম্মী— মসিদা করি ফজবা উদুনা, অদুগা করম্না তুমফম কাদবু কবম্না থমলিবা। ফমুংদা চঙলগা হিপলুগদবা তন্দুনা বেফিজিবেতর অদু কোবো কোপো ওৎলুরে। অচাপোৎ খরগা চাকসঙগী সোফা অদুদা হিপথরে। মুর্তিদু অমুক লৌথবে। ওম্থোক্লা চেকসিন্না খুৎ চঙনা ফজনা সাবা মুর্তিনি। মসিবু করি খন্দুনা সাবিবা। অসাবা অমদি অরৈবা অনিগী খনবদা ঙক্তবা ঙমদে।

চাকখুম অদুদা লৈবিবা বেকতু অনিনি। তুমফম কাদসু লাইবিক্কী বেক ময়াই ওইনা চাউবা অমা লৈহৌই। ঐনা লৌথ লৌথ য়েংই। ইতালিযান ঙাক্তনি। অযাম্বা লাইবিক মখুম ফজবা পানবা অথাবা অহনবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বা অমগী মমিং মথা

নৎত্রগা পাখিবগী খুদম অমতা উদে। অয়াম্বনা সাহিত্যগী লাইরিক মাল্লি। মদুসু সাহিত্যগী মশক নাইবা অচৌবা অইবা অমতগী মমিং উদে। অতৈ অতোপ্পা হিরমগী লাইরিকসু উদে। লাইরিকসিং অদুনা য়ুম্বু অদুগী মীতেক-মীওং তাক্তে। করিনো তৌরিসিবু পানবা থমলিবরা ফজনবা লৈরিবরা খনবদা মম্মী। অসুন্না কান্নদবদা মথা সারিঙৈদা পোসু পোখাহৌদ্রে। মখোয় অনিদু পুং অনিগী তুংদা লাক্কে হায়রম্বদু য়ৌরক্লে।

নুমিদাংবাইগী পুং ৬.৩০ তারমলগনি ঐখোয়না য়ুমদু থাদোক্তুনা রিদিং হোল তান্না চৎপদু। খোংচৎ অদুদি অমমবা অহিংদা ইম্ফালদগী অসুম থৌথখিবগুম্বনি। লাপ্পা লাপ্পা মৈ খরা খরা উই। অয়াম্বা মতমদা পুমমনি। য়ুম-কৈগা অমতা উদে। মমল মমলবা লমদাং ফাও ফাওদুনা এদিনা গারীদু যং য়ং থৌরি। ঐনা থোঙনাওদা মীৎ কুপতনা য়েংই। অপিরানাদি চেক মোক লাওদে। মদু মাগী মহৌসানি য়ুরোপতা অদুক মমবা অহিং লৈতে। পুং অমরোম লেপ্তুনা থৌরবদা লুচেরা তাউনগী সেন্টর য়ৌরে। য়ুরোপকী অতৈ সহরগুম নুঙচনবা লৈমায়, য়ুমসা, লুবা নানবা ফজবা অমুক উবা ফংলে। অদুবু ইচিক চিকপগুমদি তৌই। খৃষ্টমাস্ট নকসিলকপগী য়ুম খুদিংগী মকে সেম্বা অদুসু থোয়না হেন্না উদে। পংচাউ চাউদবা হোল অমদা থুংলে। চিয়ারদা ফমলিবদু চহি ৫০ মুক্কী মীওইনি। মশক মতৌ য়াম্না ফজে। ইংলিস ফিলমগী হিরো গ্রীগোরী পেক মাল্লি। মহাক তাউন অদুগী ফম অচৌবা অমা পুরিবা মশক নাইবা মীওইনি। অদুবু কোত তাই নিংথিনা সেৎলগা খোংগ্রাওদি জীন অমা সেৎলি। রিদিং অদু হৌরকপদা নুপীমচা অমনা ঐঙোন্দা হেকপদা ঙায়রিবা তগৎ তগৎ তেকপা লৈতনা সেম্বা বুকে অমা পীহললি। বুকেদুসু অদুমঙাই চরোং চুমমনবগুম তৌই। য়ুরোপকী লৈ অসিদি মশকতনি, গুলাপফাও মনম য়াওদে। মীদি হোল অদু পীক থন্না লাকই। ওহ্নোক্কা থবায় য়াওই। ৱাহংদি হংদে। ঐখোয়সু ৱাবগা পংসাং সাংদনা লোয়সিল্লে। অদুবু পাক হেক লোয়সিনবা য়াদে। মসি মখোয়গী হৌনবীনি। ঙায়বা ৱারদুনা ঐদি মপান্দা থোক্লে। মরুদি মখোয়গী চুরুত মনম অদু হৈনদবদগীনি।

হোল অদুগী মমাংদা ফাইর পাম্বী অচৌবা অমা হৌই। মদুদা খৃষ্টমাস্ট নকসিলকপগী থাংমৈ বলবতনা মতোনগী মখোং থুংনা য়েৎসিন্দুনা ফজহল্লি। মদুদা চৎখিবা কারসিংদু তপথরগা মমিৎ লাওথোক লাওথোক্তুনা ঐঙোন্দা য়েং য়েংদুনা চৎখি। থোয়নবু খল্লুদে। ফনেক মপান নাইবা অরাংবা অদুগা কবুইফি অচৌবা অদুগা চৎলুবা মফম খুদিংদা অসি ঙাক্তনি। খংহৌদনা কুংনা লাকপা কার পরেং অমা চপ মান্নবা তপথরগা চাং অমদা ঐঙোন্দা য়েং য়েংদুনা তপ্পা তপ্পা থৌথরকই। ঐদি মহৌসানা সরোক্তা চৎপা মীগী মতৌ য়েংবা হৈনরক্তে। লম্বীদা মীনা কৌরগা

খুমলমদনা চৎখি হায়বগী ৱা থোকনৈ। অহানবদা মদু ঐ খংলুদে। কোন্না করিনোনে কার ময়াম অসিনা সিৱাইদা তপ্না তপ্না পরেং সানা চৎলিবা অসিবো হায়দুনা য়েংলুবদা জ্যান লাকই। ওম্থোকপা হায়দুনি অমগা অমগা পংহেন হেনদে। ঐগীদি নোকনিংবা অমসু য়াওরি।

উচিন-নাচিন্না লাক্ল অমদি সিল্লিবা কাংবু অদু থোরক্লে। চাক চারুনবা ভান অদুদা তোংখৎলগা চৎলি। খরদং চৎলগা খামলে। মদু মখোয়গী তাউনগী স্কোয়ারদনি। নুংদাংগী মৈঙাল অদুদা মদু ওম্থোক্লা নুংসি। য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা মফম অদু লিরবা কুইনা ইংনা খুন্দা লৈতোদুনা পালকপা মফমনি হায়বা তাকলি। মল্লবা নুঙ চল্লবা লৈমায়, খুসেমগী নোংসা মকোক্কী ইফুৎ, কাংসিগী য়ুম্বী, চর্চ্চগী ৱাংলবা ফক্লাং। অয়াম্বা নুঙ চন্দুনা সাবা য়ুম ঙাক্তা ওইনা তৌই। অনৌবা মতমগী কাংক্রিক্কী য়ুমসা উদে। অনৌবা মতমগী য়াংনা চেল্লিবা মেছিনগী চাউখৎপগী খোংজেলদগী নাথেদুনা সান্তী লাইরেম্বীনা হৌগ্রবগী অইংবা অতপ্পা মংলান অমদা লোৎলিবগুম ফাওবকই। নোং মকুপ মকুপ চুথরকই। অসুঙৈগী মতম অসিদি অতৈ সহরসিংদদি মীসিংনা রেস্টুরেন্টসিংদা ওমসিন্দুনা নুংথিল চুপ্পা নোমলুরগা চোকথবদু চুরুত, অমদি য়ু থকমীন্নদুনা অৱা পোপথোক্লবা ৱারী সাংথনবা মতমনি। অদুবু লুচেরাগী অপীকপা তাউন অসিদদি অহিংনা মখোং মখুৎ সাংদোক্তুনা ইংনা তুমথখ্রে। মায়কৈ মরি পুচিক চিকখ্রে। ঐখোয়গী ওর্গনাইজরদু ঙহাক খঞ্জাননা য়েংবগুম তৌই। লম্বী অদু মমলিবা অদুদা খঙদ্রবগুম। কোন্নদি নুঙ চনবা অচৌবা চর্চ্চ অদুগী মনিং ওইনা লৈবা লম্বী অমদা চংসিলে। করিগুম্বদা সিরি থাক থাক লৈবম্মী। করিগুম্বদা সাংনা অমুক চৎলি। মদু অঙকপা এক্সপরিয়েন্স অমনি। মায়কৈ অনিদা ঙক থেক্লা ৱাংলবা চর্চ্চকী নুঙগী ফক্লাং, মখাদনা মল্লবা নুঙ চনবা লৈমায়। লম্বীগী মতাইদা করিগুম্বদা বলব মচা অমতং ঙালম্বা য়াওই। কনানো তোর্চ পায়বা অমসু য়াওবরা। তাল্লবা রোমান সিবিলাইজেসনগী মতমদা, করিগুম্বা ইরান অমগী ঐবু, অথাপ্পা সনম মীনম তাদ্রবা জগা অমদা, জেল অমদা, লৈনুংকা অমদা, লান্মী ময়ামনা কোয়সিন্দুনা অমমবা অহিং অমদা ঐবু পুরিবগুম ফাওরকই। অদুদগী অমুক নোকনিংলক্লে। স্কুল তমলিঙৈদা ঐগী মরুপ অমা লৈরম্মী। ঐখোয় অনি নোকপগী লম্বানি। ক্লাসতা ঐখোয় অনিনা নোকপা হৌরকলবদি উপায় লৈতদুনা ওজা অদু পারা তাকপা লেপলগা মরমদু খঙদনা নোকপা য়াওখ্রবনি। ঐনা লাক্লতা লোন্না হংই- 'কদায়দা চৎলিবনো' মাসু নোকনিংলিবা জাৎ ওইবে। নোকপা ফাজিন্দুনা খুমলকই- 'খঙদে'। ঐনা মখা তারুই— 'ঐবু য়ুবোপকী ঙক্লা ঙক্লবা জগা পুন্নমক্তা পুদুনা চৎলে। মসিসু অমনি, নৎত্রা'।নোক্লা নোক্লা খুমলকই— 'ঐ করিমতা খঙজদে'। মহাক্তী নোকফেৎ নোকফেৎ মখা তাহনদবা

হৈ। ঐদি লোন্না হুরান্দুনা নোকপা হৈতে। মী পুন্নমক চিপক চিপক ৱা লান ঙাংদনা চৎলি। ঐনা নোকপদু ভাপ অমা খলম্বা য়াই খন্দুনা ঐ নোকপা লোয়সিল্লে। অদুবু খংহৌদনা নাকন্দা লৈবা অপিকপা লম্বী অমদা সিরি থাক অমা মথং মথং কুমথরবা তুংদা খরা চৎলগা লোনসিন্দুনা লৈখ্রবা থোঙজিন অমদা থুংলুরে। ঐখোয়গী মাঙ থাদুনা থোঙজিন অদুদা ঐখোয়বু পুদুনা চৎলিবা নুপা অদুনা লোল্লবা থোঙ অদু উবদা ওইখিবা মায়থোং অদু থোঙজিন অদুদা থাল্লিবা বলব মচা অদুদা ঐদি ময়েক সেংনা উহৌরে। মহাক্না তৌফম খংদনা হায়রকই— 'দিনর অদু ঐনা সিদা সিলম্বনি'।

তাউন অদু অসুক্কী মতিক কন্না তুমখুন তানখ্রে। ঐখোয়না হৌদোকলুনবা ইতিক লৈখিদ্রে। ঐখোয় ময়ামদু গারী তোংখৎনদুনা অমুক লাক্লে। ফন্না সাংনা থৌরবা মতুংদা পিজা য়োনফম অমা উচিন-নাচিন্না হাংদুনা লৈরম্মী। মীসু খরা চারম্মী। অথেংবা অদুদা ঐখোয় কুনমুকতু খংহৌদনা গ্রোং চঙলকপা অদুদা রেস্টুরেন্ট অদু খংহৌদনা মথৌ চিনখৎখরে। খা থংবা ইতালি অসি পিজাগী ময়ুমনি। মখোয়দি পিজা অমা ফংলবদি লোয়রে। ঐখোয়গী খেচুরীগুম্বনি। তলগা ইনসাংগা পুন্না থোংবনি। পিজা সেম্বা য়েংবা ওম্ভোক্লা নুংঙাই। নুমিৎ অদুদা ঐখোয়গা চাক চামীন্নবা কাংবু অদু নহা ঙাক্তনি। লৈসাবীসিংদু মরেপ ৱাংলপ তৌরদুনা মশক লোয়না ফজে। কায়নরমদাই য়ৌরবদা মখোয় অমমমগা খুৎ সোক্লরে। ঐখোয়না থোঙজিন হেক কানথোকপগা বেস্টুবেন্ট অদু থোঙ লোনসিনখ্রে। অহিংগী পুং অমা চপ চানা তারে।

মফম অদুদগী ঐখোয়গী লৈফমদু ইনক নক্লে। হয়েংগী অয়ুক অঙনবদগী ঐখোয় অমুক অৱাং ইতালি য়ৌনা চৎলগদবনি। ঐখোয়না অহানবা থেংনখিবা লৈসাবী অদুগা নুপা অদুগসু ঐখোয়বু থিনবীরকই। মখোয়গী হোসপিতেলিতি ওম্ভোক্লা চঙখোল্লি। লৈসাবী অদুগা ঐগা হান্না কাখৎতুনা মথক য়ৌরে। নুপাসিং অদুসু য়ৌরক্লে। লাম্সনা হায়ররে 'হৌজিক অহিংগী পুং অনি তারে। ঐখোয়না পোত্থাগদবা মতমসু লৈত্রে। অদুনা ঐখোয় হৌজিক চৎলসি'। 'ফরেনে এদিদদি ৱাজগদবা ঐদি ভান্দা হেক্তা তুমলগা লোয়রে'। এদিনা মপামবোম উৎলদুনা- 'ঐ নহানি করিসু ৱাবীরোই'। ঐনা কোয়চেন চেন্দুনা উগী নুদ অদু হান্নগী মফমদা, কাউন্ট দারকুলা অমদি মাগী কৈসাল অদুসু হান্নগী তুমফম কাদা, ঐনা লেংলুবা পোৎ খুদিংমক হান্নগী মফম মফমদা থম্বীরে। ঐগীদমক থম্বীরম্বা ফমুং ময়াগী তেবলমচাদা প্লেত অমদা হাপ্পীরম্বা মিথাইসিংদু জোয়িগীদমক লোয়না লৌখৎলে। অদুগা তেবলদা ব্রেকফ্রাস্টকীনি হায়দুনা থনম্বা অচাপোৎ খরসু লম্বীগী চেংজেন ওইনবা হাপচিনলে।

লম্বীদা ভান অদু য়াংনা থৌরি। ইচিক চিকই। কনাসু ৱা ঙাংনবা তাদে। করিগীনো গারী মনুংদা মৈ সাংনা থান্দুনা থমলিবা অসিবো। মায় লৈথোক্লুনা অমুক তুমথবা

হোৎনৈ। অমুক মিকপ থোকলে। মৈদু অদুম থান্দুনা লৈবম্মী। মীৎতি পাংবা ঙমদে। অমুক উইথৈ। ঙহাক কান্নবগা যেংলুবদা ইসং সংলবা অতিযাদা কোবৌনা মসোং চাউনা ঐঙোন্দা লক্লবা ওইবমলে। ইঙক ঙকই। গাবী খামগ্রে। এদিগা লাঙ্গকা তুম্মীন তুম্মীন থোকখি। কদাযদনো কোফি থকপবা কোক থকপবা কবিনো অমা তৌবমগনি। ঐসু তুম্মীন্না তুমসিন্নদুনা তাসিন্দুনা লৈবে। ঐগী ব্রেকফাস্টতী ঐগী বেগতা যাওবি। কবিসু চিংননিংঙাই লৈতে। হৌখিবা নোংমা নির্নি অদো নোং যান্না কন্না চুখ্রে নুংসিৎ যান্না সিংখ্রে হাযবদু যেংবদা খংলে। মদুনা অতিযা অমদি নুংসিৎ হেন্না সেংহললে। মপান্দা থোকপদা নুংসিৎতু যান্না ইংই হাযববু হকচাংদি তেখৎহল্লি।

অযুক্কী পু°১১ তানকপা অদুবাইদা পোবদিনোনেগী অপিকপা ট্রেন স্টেসন অদুদা থুংলুবে। ঙহাক ঙাযনববা মতুংদা মাওবো মাগী চোকোলেত অবাওবগী কাব অদুগা থুংলবে। মহাক্কী মশক উবদা নে তাবে। মহাক্কী মতু° ইন্নদুনা চৎলগা মাগী যুমদা থুংলুবে। এদিদি চুমদ্রিং খ্বাযগী মমাং ওইনা তোঙান্না লৈবা কা অমদা চঙদুনা পোখাখ্রে। অপিবানাসু সোফা অমদা সাংথখ্রে। লাপ্সতি যাওবক্তে। ষ্টেসন্দা লৈহৌই। ঐনা ইকঙ্গদুনা থোকলবপদা মাওবোনা ' ঐ থুনা লাক্কে অসিবাই যাওবদা চৎলুগে' হাযনগা চৎখ্রে। মা চাকখুমদগী থোক্খিবনি। কোন অচৌবা অমগা মচা অমগাদা ঈসিং থাঙ্গৎলম্মী। মচাদু ঐগী চাব থোনবনি হাযবা যেংবদা খংলে। মহিদু খবা হৈদোকলগা ঐগী চেঙ সুজিল্লে। কবি নুপানোনে মৈথঙা ঈসিং থাঙ্গৎলগা চথলিবসিগু' এসুপ্পা থল্লিঙৈদা মহাক থুনা পু লবে। চান্না থরুব খবা লৈকবা মাল্লি অদুগা চাকখুমদা অমুক চঙলক্লে। ঐগীনি হাযদুনা যেকম খবা পীবে। এনা কোবো কোবো ওৎতুনা যেংববু বতব নত্তবা অতৈ এনা চাবা ঙৈগদবা পোৎ অমতা লৈবমদে। মনা মসিংসু অমতা লৈবমদে। ফবে অদুমঙাইবে খন্দুনা যেকমদু থুগাযদুনা থুম থাওনা ওৎলিঙৈদা মাওবোনা খাং থাঙ্গৎতুনা ওালিব ওইলদু ভাবী অমা হৈজিলগা ঐঙোন্দা যাবদবা যেংঙ হাযবে। মাগী থরায যাওবা ঐবু লুনা তৌবা মতৌ অদুদা ঐ হোগ মায হাযদনা যেকমদু থাও মগাম অদুদা হৌজিন্দুনা হৌবদা তাখ্রে। মানা ঈসিং অসাবদুদা নুদল থাদদুনা ওৎপদু ঐনা যে ই। ঐনা হংবদা মিসিজ মাওবো স্কুল কাখি, লাক্লগনি হায। মাগী নুপী ওজা ওই। তাজা অদুদা ইবাং গাংলদুনা লাস্ট,লেজা অমদি ভোযি যৌবক্লে। ও জাযি অদো ঐঙোন্দা চো সিলক্লে।

অভিযানোদা লৈবা মাওবোগী অপিকপা ইংখোল অদুদা লৈবা অপিকপা যুম অদ ওস্তোক্লা চন্না ফজে। বুকিগী যুমগুম বাংলপ তৌনা ফোপ হাবগা সাবনি। মংখান নাহদে। উগী কৈবাক অদু উক উক লৈবগা চন্না কে। হেক চঙফমদা মফমফম বা। কাগী যেংঙা চাকসঙ অমদি চাফম। ফমফম কাগী হেক মমাংদা বস্পুতব অমা থর্মালবদু মাওবোগী ওফিসনি। কা অদুগী মমাংদা বাথরুম অমদি এদিনা চঙদুনা

তুমখিবা কা অদু লৈখ্রে। ফমফম কাগী হেক মনিংদা মখোয়গী তুমফম কা অদুগা ওইথংবো অদুদনা মচানুপীগী কা অমা লৈরি। মাগী ফমফম কা অমদি ওফিসকী ফক্লাংদা নপসিন্দুনা থম্বা উপুসিংদা লাইরিক্লা পীক পীক থন্না য়াওরি। কাসিং অদু তনাল তনাললি। অকে-অমৌগী পোৎ খরা মফম চানা চানা থমদুনা য়ুম অদু লাইব্রেরি অমদি ওফিস মালহনদে, য়ুম মালহল্লি। ফক্লাংদা লাই খরা মফম চানা থেৎলি।

জোয়িগী মমাই অমদি মখুৎ মচা অদো কাংনা চিকপগীনি হায়দুনা পুমঙাং ঙাংদুনা লৈরমলে। মসি থোক্কনি হায়বসি হান্না করম্না লিজানা খঙহৌদ্রিবনো খনবদা মম্মী। লিজাদি য়ুম অমদা হোংদোকখ্রে। ঐখোয়দি হান্নগী সান দে পারকোগী লৈফম অদুদা অমুক হনবা তারে।

ঐখোয়না চৎলসি হায়দুনা তৌনবকপদা মতম অদুদা ক্লাউদিয়স থুংলবে--

'নখোয় ঙসি লাকপা ওথ্লোক্লা ফখ্রে। ৬রাংদি ঈসিং চাউদুনা লম্বা খো' পুমতাওনি। চৎফমকা লৈবা নত্তে'।

ঐখোয়না চৎপা নুমিৎতু নোংজাও ওরো ওরো চুহৌবদু নিংসিঙলকই। মহাক 'ঙা থোংফম' অদুদা ঐনা উখিবা নুমিৎ অদুগী ফিদু অদুম সেৎলি. মানা হেক হেক সিবা পার্ল পরেংদুসু অদুম সিবি। হোবে হোবে চাকসংদা চোংসিনখবে। মসাগী চান্নবা করিনো অমা থৌরাং তৌই। মখোয় লোয়না মথং মথং থোকখরে। ঐনা ইকোন। কোনবনি মানা কায়না বাহৈ পীবদু। ঙসিদি খুৎ সোক্লগা খজায়দা ওনসিন্দুনা মচিন্না চুপ চুপ, মখোয়গী অহুমলক তৌনবদু তৌরে। ঐখোয়না খা ইতালি চৎখ্রিঙৈদা রেস্টুরেন্ট অমদা মাওরোনা ক্লাউদিয়স অমসুং মচানুপীসু পুরক্কুনা ঐখোয়গা চাক চামীন্নখি। মচানুপীদু মাওরো মাল্লি, ওম্ভোক্লা মতৌ লৈ। ঐনা-- 'মাওরো নহাক্কী নচানুপী অসিদি বাসি লৈখ্রেদা' হায়রুই। মহাক্লা নোক্লদুনা 'মপা মান্দুনা তৌরিবনিনে' হায়না খুমলকপদা ঐখোয় লোয়না নোকখি। নুমিৎ অদুদা উখি- ক্লাউদিয়স অমদি মচানুপী য়ু থক্তে অমদি চুরুত থক্তে। ঐখোয়বু থিল্লকপা মতমদা মচানুপীদু ড্রাইভর ওইবিবা মপাগী মনাক্তা চঙদুনা ফমখি। মাগী নুপীসু কার মনিংগী অহেনবা সিত অনি হাপলিবা অদুদা চঙদুনা মতোমতা ফমখি। মখোয়গী সমাজদা চৎনবী অমদি মীওই মবোন মরোন লৈবি। মখোয়না য়ুরোপ য়ৌনা লাক্লবী, কবি অদুগা নুপা মরক অদুদা খোংচৎ অমদা য়াওরিবা ঐবু য়ুরোপকী লিবরেতেত বুইমেন ওইনা লৌখি। মওং অদুদা, মদু ক্লাউদিয়স ওইগেরা মাইক ওইগেবা নৎত্রগা এদি ওইরবসু অমবু ওইবসু মদুনি মখোয়না ঐবু উরিবা অসি। মদু অহানবদা ঐ খঙলমদে। সুপ্নতগী মদু ক্লাউদিয়সকী মওংদগী খঙলকপনি। মদুগীদমক অহানবদা নুংঙায়কদ্রবসু পুক্নীংদা মহাকপু থাগৎচখি। মতম খজিক্তুং চংবগী বানি। ক্বাক্লা ক্বাক কোকিলনা কোকিল

খোংলগা মসানা খঙবা তাবনি। মদু ঐগী এক্সপবিয়েন্স অমনি। য়ুরোপতা লৈবা নুপী পুম্নমক চপ মান্নবমদে। অদুবু মখোযগী ফজবদি কনানা কনাবু হন্থনা য়েংনবা লৈতে। মাগী মাগী মওং অদু মখোয এসেপ্ট তৌনৈ। ক্লাউদিযসকী থম্মোযবু ঐনা জয তৌবকপদি মথংগী বিদিং অমদনি। নুমিৎ অদুদা নত্তে।

## ঘ

নুমিৎ অদুগী নুমিৎযুংবা মতুংদা ঐখোয সান দে পাবকোগী চাংদুম অদুদা অচিকপা যুম অদুদা থুংলুবে। পোৎ চৈ মযামদু ঐগী হান্নগী কা অদুদা লংসিলমলগা ইতোম তা চীংখাদা চেম্থবে। নুমিৎ চুপ্পা অমা ভান্দা লেনলুবদু ওম্ভোক্লা বাম্রে। অম্বক্তা চৎখিদ্রিবা লম্বী মচা অমা খম্লগা অসুম চৎলি। ঈসিংনা পাথোক্তুনা চেলম্মী। অকনাবা উনানা লম্বী পুমকুপ কুপখ্রে। য়ুবোপ হাযবসি উন অমদি দলানগী লমদম ওইববোই নিংলুবে। পংচাউ চাউদবা ইংখোলসিং অমদি পিকতকপা যুমসিং অদুগা বোম্থোং পনে ঐ অমুক হন্না ঐগী লাইববী ইবৈপাক্কী লৈবক অমদা চৎলিবগুম ফাওববই। হাযনা হাযনা নুপী অমা সুমজীৎ মকোক অসাংবা অমা পাযদুনা মাগী কোম্থোং মপাগী সোবোক অদু লেপসিংতা সিংলম্মী। কৌদি কৌবক্তে হাযববু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবকই। কোযবা থোবকপনিনা অসুম চৎলে। খবা চৎলগদি খোংবানগী ঈসিংনা পাসিন্দুনা লম্বীদু চৎপা যাবমদ্রে। মায লৈদুনা হলকপা তাখি।

নুমিদাংবাইদা লিজা পুদুনা আওবো যৌবক্লে। মাগী কাব অদুদা ঐখোয দিনব চাবা থোবক্লে। কাব অদু লম্বীগী মচি অমদা খামলগা কুমথবদা লম্বীগী বাংমদা ঙাযদুনা লৈবগা মাওবোনা মাগী কাবদগী কুমথবগা লাউবকই–

'অদুদা লাক্লিবদু Words from the Edge গী কাংবুবো?'

ঐদি অহানবদা ঙকলুবে। মযাম লোযনা নোকই।

বেস্টুবেন্ট অদু মী লাক্লবমদ্রি। ঐখোযনা ফম্বা হৌবকপদা নুপী অমা চঙলক্তুনা তেবল অদু বিজর্ব তৌখ্রে হাযবকপদগী অতোপ্পা তেবল খবা সাংবা, ঐখোয তবেং চনগদবা অমা যেংদুনা ফমলে।জোযিদি পুবক্রে, বেবী সিত্তব অমদা সিম্নবম্লে। নুমিৎ অদুদা লিজানা হনাওবদি লোযবে। চহি কযাগী ভুংদা লম্সপু অমুক উজবগুমখ্রে। চহি অহমমুক্তা ঙাযবিবা মতৈ মনাওনি। লাম্সনা চহি ৫০ অদুগা লিজানা চহি ৩১। ঐনা নোংমা হংলুয– 'লাম্স নহাক্কী নচা, খ্বাযগী অহলদ চহি কযা শুবে'। 'ইচানুপীদু চহি ৩০ হেলমলগনি'। লিজানা যানিংদনা খুমখি– 'নত্তে মহাক চহি ৩০ খক্তনি'।

চাকচামাংগী চাক ঙায়বা ওইনা মখোয় মযামগী বিয়ার রাওন্দ অমা, ঐগীনা নেচরেল ৱাতব অমা হৌবে। অপিরানাগী সৈরেংগী পরেং অমা লৈ- ' Drink the water of life'। ঐ মদু নিংসিঙলক্লে—

'অপিবানা নহাকপু ঈসিং সুকথক থক্তেনে'।

'ঐগী বিযাব লৈবে'।

লাম্না ৱাবী লীরকই। ফাগী চেনবা ৱাবী মতেক মতেক লিদুনা মীবু নোকহনবা মাগী হৌনবীনি।

'বেস্টুবেন্ট অমদা ৱেতব অমনা নুপী অমদা ইবেম্মা নহাক ঈসিং থকনিংব্রা হায়না হংলুবদা নুপী অদুনা খুমলকই- 'কবিগী, ঐ ঙা নত্তে'।

মখোয় মযামনা ঐঙোন্দা যেংদুনা নোকই। ঐসু নোকলে। নোকপা লোযববদা ঐনা মখা তায—

'অপিবানানা ঈসিংদি সুকথক থক্তে, অদুগা মানা তংতনা হাযবি- 'Drink the water of life।

নুংদা' অদুমা অপিবানাদা যেংদুনা নোকপগী লোযবা নাইখিদ্রে। ঐগী নাকন্দা চৌক্রি অহাংবা অমা লৈ। মদুদা আওবোগী জিন জেকেত অদু যান্দুনা লৈ। আওবোদি অসোমদা তেবল মকোক্তা লাম্ন অমদি মাওবোগী মবক্তা ফম্মী। চুকত লৌববা কবিনো চংলক্কুনা মাগী জেকেৎতু লামলৈ। বেস্টুবেন্টতু মীসু যান্না চিল্লি। আওবোদো খোংফম চাহৌদবদগী ঐঙোন্দা কোক থেংলকই 'sorry' হাযবমলগা থোকখি। ঐখোয মযাম ৱাবী সাদুনা ফাগী তৌদুনা চাবিবা অদো ঐগী ইনাক্তা থংননা ফমলিবা এদিনা কবিগুম্বা মতমদা ঐঙোন্দা বা হাযবা মতমদা ঐগী মীৎযেং চিংসিন্নবা ঐগী খুৎতা অমুক অনিবক সোকখি। মদুদা লিজাগা লাম্নকানা মমিং লাওথোক লাওথোক্কুনা যেংলকই। ঙহাক লৈবগা আওবো অমুক চংলক্কুনা মাগী জেকেতু লামলবে। থৌওইনা মানা ঐঙোন্দা কোক থেংলগা 'sorry' হায়দুনা লক্কবকই। মযাম অমুক নোকই।

ঙসিদি চাকচা তোকপগী অবোইবা রাগুন ওইনা মখোয গ্রাপা থকর্মানৈ। পীকখ্রবা লিক্লিগী গ্লাস অমদা তংখাযতমক হৈবগা থকপনি। মদু চুমব্রেদগী সেম্বনি, ময়াই যান্না কল্লি হায। নুপাসু নুপীসু অদুক যান্না থকলবদো চেক মোক লাওনদে। ওহ্লোক্লা লৈবাক মচা তাই। লাম্নকা অপিবানাগনা থকপদি অকিবগী মশকনি। অদুবু কাবন তাবা অমুক্তা উদে।

অসুম্না ঐখোযনা খা ইতালিদগী অমুক অৱাংদা হলকপগীদমক নুংঙাযবা যোংদোক্কুনা মাওবো অমদি আওরোনা পিঙবা চাকলেন অদো লোয়সিন্দুনা ঐখোযগী

লৈফমদা অপিরানা, এদি অমদি ঐবু থম্বীরমলে। লান্সতি লিজাগী মনাক্তা হনখ্রে। হয়েং নোংঙাল্লগা এদি ময়ুমদা হনখ্রগনি। অদুগা লমহাংগী য়ুম অসিদা অপিরানাগা ঐগা ঐখোয় অনিতমক লৈহৌরগনি।

অয়ুক অদো অভিয়ানোগী রিদিং অদু য়াওরমলগা এদিবারদো অৱাং ইতালিদা লৈবা ময়ুমদা হনখ্রে। ত্রেন তোংদুনা লাকখিবনি। অদুম্না হনখিগদবনি। মহাক দ্রাইভর ওইরম্বত নত্তনা ইন্টপিতরসু ওইরম্মী। ঐখোয়না থেংনরকপদা খ্বাইদগী ফবা ইন্টরপিতরনি। ওস্থোক্না সেন্সিতিপ ওই। লান্সকী সৈরেংদা পি ঐচ দি তৌরিবা ছাত্র অমা ওইনা ইন্দিজিনস পীপলসিংনা অচৌবা শক্তিগী মখাদা মসাগী মশক, মনাৎ অমদি মরমদম ঙাকচনবা চংসিল্লিবা লানজংগী ইতিহাস খঙই। অদুনা ঐখোয় য়াম্না থুনা মরুপ ওইখি। অপিরানানা মহাকপু কোনসিন্দুনা লকনৈ—

'I fall in love with Adi I love him as my wife'

আওবোগা মাওবোগনসু মহাকপু লুনা তৌবা উই। মহাক্না অমুক হন্না কোমোদা উনখিগনি। অদুবু কাযনবগী অৱা-মৈচাক্তী হঙ্ববা নত্তে। মহাক্না মমিৎ ঙাংনা চৎখিবদো ঐ তুম্মীন্না য়েংদুনা লৈহৌই। পুক্নী হায়বসি কায়নবগী অৱা-মৈচাক পুদুনা চৎপা সাংলবা খোংচৎ অমা ওইবমলে।

অভিয়ানোগী কোলেজ অমদা অয়ুক্কী পুং ১১ দা পাংথোকখিবা রিদিং অদো অচৌবা হোল অমদনি। ছাত্র অমদি ওজানা পিক থন্না ফমলি। মাওরোনা কন্দকসু তৌই অদুগা ইন্টরপিতবসু ওই। ঐগী রিদিং লোয়দুনা কুমথবকপদা লান্সনাপাইসিলক্নুনা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম লিফলেত্তু ফাকতোকলগা ঐঙোন্দা উৎতুনা হাযরকই—

'মসিদা ইরিবা অসিগী মতুংইন্না নহাক কবি অমতা ঙাংদ্রে'।

ঐ খংসাও সাওনিংলকই। নেপলসতা অদুক চোকথরবদা মানা কবিসু খঙজদবিবা এদিদা ইন্সিন্দুনা ঐঙোন্দা ঙাংহনবা অদুগী ঐনা মাবু সাওনিংদুনা লৈবিবনি। ভাপ তানা ইংনা মানা পাম্বনা কবিনো ঐনা পাম্বনা করিনো ঙাংনবা য়াদবরা, মীকুপ অসিদা নৎত্রবদি মদু হায়নবা মফম মতম লৈত্রবরা। খ্না মচেৎ অমতা খুমদনা সাওনিংবা ফাজিন্দুনা ঐ তুম্মীন্না লুকথদুনা ফমদুনা লৈরে। অপিরানাগী রিদিং লোয়রবদা মাওরো ঐগী নাক্তা চেনসিলক্নুনা খুৎ পায়সিন্দুনা ঐবু থাগৎপিবরে। ঐগী সাওনিংবা পিরাং ওইনা সিঙ্গরক্কদৌবে। ফাজিন্দুনা ঐনা খুম্মী—

'But Lance is not happy!'

লান্সনা চেনসিলক্নুনা ঐখোয় অনিগী মরক্তা লেপতুনা —

'I said nothing।'

'পাংদবা, মীচেন' হায়না ইথম্ভা সোঞ্জরগা ঐ তুম্মীন্না লৈরে। অশিংবা মাওরোসু তুম্মীন্না লৈখরে। ছাত্রসিংদু অতোপ্পা ক্লাস লৈ হায়দুনা ইরাং লাংনা মহৈ মহৈ হৌগৎনদুনা চৎখ্রে।

হল্লকপদা আওরোগী মচানুপাগী কারদা ইথম্ভা তোংদুনা হান্না লাক্লে। মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী লাইরিক তমফম স্কুল, মহাক্লা মপাংসিংগা সান্নমীন্নরকপা পার্ক, লম্বী অসিনচিংবা ময়াম তাক তাক্কুনা লম্বী কয়া ফাওদুনা লৈরক কয়া সমদুনা লাক্লে। ময়ুম য়ৌরবদা ঐবু লিফতা থোঙজিন ফাওবা থিনজিনবীরম্নগা অমুক চৎখ্রে। ঐনা ইথম্ভা আওরোগী ইমুংদা চঙখিবদা সোফা অদুদা আওবোগী মচানুপীগা মাগী বোইফ্রেন্দ, মশক ফজবা অরাংবা পাখং অদুগা কোনসিনদুনা চুপনদুনা লৈরম্মী। মসিগুম্বসিদি জেরুসলেমদগী য়াম্না উরক্কুনা করিসু খনদ্রে। ঐনা অসোম মাঙ্গোন ওইনা তোঙান্না লৈবা ফমফম অদুদা চংদুনা ইথম্ভা ফমলুই। ইথম্ভা কুইন তুম্মীন্না ফমদুনা লৈবসু ফজবা নত্তবনিনা অমুক মখোয়গী মনাক্তা চঙলকলে। করিনো ফিলম অমসু তি ভিদা কাপলি। ঐনা হংই- 'Brave Heart লা'?

'নত্তে, Last of the Mohicans নি'।

'ঐদি হাৎন-সুনবা য়েংবা ওমজদে'। হায়রগা চাক থোংফমদা চংলে। মচানুপীদু ফুগ হৌগৎতুনা ইনরক্লে। ফিল্মদুসু মুথৎখ্রমাল্লে।

'নহাক্কী চেং থৌরাং তৌদুনা লৈরে। কয়া য়াম্না থোংগদবনো করম্না থোংগদবনো ঐডোন্দা তাকপিয়ু। ঐখোয় থোংজগে'।

ঐদি অমুক নোকনিংলক্লে— 'ঐ অসে ইবেম্মা সুৱাইসিদা ফাওরবনি, অতৈগীগা নত্তবা, চাক চাবগী'।

মখোয় অনি ঐগী য়েৎ ওইদা লেপলরে মখোয় থোংগে হায়বগী। ঐনা হোয় হায়রগা চেং অদু থোক চামথোকলগা থাঙ্গৎলে। অদুগা লোয়রে য়ারে হায়রে। চেং মখল অনিনি মখোয়না থনমলিবদু। নাপু মচুগী চেং মখল অমসু লৈরম্মী। মদু ইরানদরা তর্কীদরা কদায়দনো অমা চাই হায়। ঐগীদি চেং অঙৌবনি। নুপীমচা লৈসাবী অদুদা ঐনা হংই—

'ইবেম্মা ঐহাক বাথরুম চঙগে'।

কা অদুদা মপানগী থোঙ ময়াদা তাকলে। হেক চঙবগা মদু আওরোগীনি হায়বা খঙই। বাথরুম অদু মাওরোগী বাথরুম অদুদগী সরুক অনি চাউগনি। গুলাপ

মচুগী তাইলতনা ইংগ্রী সিৎতুনা কে। অসুক্কী মতিক কেনা মৌনা লৈরমখ্রে। মদু জিন খোংগ্রাও অমনবা অমদগী হেন্দবা নুপা অদুগীনি খল্লুবদা মম্মী। লিজা, জোয়ি, লান্স, অপিরানা, অমদি মাওরো লোয়না থুংলরে। আওরোদি খজিক্তং তপথরগা মচানুপাগা লাকই।

মখোয় হেক থুংলবগা আওরোগী মচানুপী অমদি মাগী বোইফ্রেন্দনা হান্ননা থোংদুনা লোয়রবা চান-থক্লবা পুন্নমক লোয়না তেবলদা থৌরাং তৌদুনা চারে। ঐগীদি ঙহাক্তং য়াইখিগে নখোয় হান্না চারো হায়দুনা চাহনখরে। তেবলদু পংচাউ চাউবা তেবল নত্তে। অকোনবদা চাবদু আওরোগা ঐগা তাহৌরে। লিজাসু জোয়ি চাক ইন্দুনা ঐগী ইনাক্তা ফমলি। আওরো চাবা লোয়দুনা হৌগৎখ্রবদা লিজানা—

'মেমচৌবী হৌজিক ঐখোয় সান দে পারকোদা হন্দুনা ঙহাক পোখানরুগনি। সিদা আওরোখোয়গীদা নহাক পোখাহৌগে হায়রবসু য়াগনি'।

'আওরোনবু য়ারবদি ফৈনে। ঐ সিদা পোখাহৌরগে'।

ব্রা মখা তানিংদদুনা হৌগৎলে। তারুবগী কান্নবসু লৈত্রে। ঐগী নিংবা থুংলে। ঐ মখোয়গা লোয়নদুনা চৎনিংদে। খজিক্তংদি ইকায়। বার্ত্তনদু তশেংনা আওরোদগী ফংগদবনি। অদুবু অমা ওইরে অমা ওইরে, ঙসি মখোয়দগী নানথোকলগনি। ঙহাক্তং পোখাগে হায়দুনা ফমথরুবদা ঐগী মায়য়োরুবদা ফমলিবা লান্সকী আনোক অমুবা মনুংদা লোৎলিবা সাওরংনবা মমায়দু উরকই। করি, সাওবগী হায়রুরবদি ঐনা হেন্না সাওফম থোকলিবনি। ফুগ হৌগৎলগা কদায়দা চৎলিবনো খঙদনা নাকন্দা উরু উরু লৈদুনা মথক্কী মথোন তম্না কাখ্রিবা য়োৎ অমদি উগী সিরি অদুদা চুমদ্রিং কাখৎলে। আওরোগী মচানুপীনা হায়হৌই— 'ফমুং লৈবনি পোখাবীয়ু'। মমাগী মহুৎ সিন্দুনা মহাক্না পুন্নমক্কী পেন্নবা হোৎনরি। ইলিয়ানো হৌজিক য়ুমদা লৈতে। আওরোগী মমা নাদুনা মনাক্তা চৎখি। লুহোংলবা মচাগা মমা মপাগা লৈমীন্নদে। মসি মখোয়গী চৎনবীনি।

অহানবা তারুবা কাদু লময়াইদা লৈবা মাঙ্গোন ওই কোরিদোর ওইনা লৈরম্মী। পুমহাংনি। য়েৎতা থোঙ অমা উই। মদুগী কাদু ওইবা তারে ফমুং লৈ হায়রিবা অসি। বার্ত্তন তৌদবা অতিথী ঐনা করম্না মীগী ফমুংদা হিপলুনি। ওইথংবা নাকন্দা কাচিন ওইরপ্না অতোপ্পা মী ফমফম কা অমসু লৈরম্মী। অঙৌবা ফিনা মখুম ওইবা সোফা সেৎ অনিখক তরু তরু থারি। অতৈ লৈতেংগী পোৎ উদে। মাগী য়ুমসা কৈসা অমদি ফজনবা সেমলিবা মওং অসি ঐনা থেংনরকপগা খেৎনৈ মান্নদে, তোপ তোপ্পী। অদুবু নুপা অসিগী কেজ-মৌজবা পাম্বা অদুদি তাকলি। লময়াই হায়গদ্রা মাংগোন

হায়গদ্রা ঐনা থুংলুবা কা অদুগী ফক্লাং নক্লা সোফা অসাংবা অমা থারি। মমাং ওইনা ইস্ত্রি তেবল অমসু লৈ। সামতুগী ফি মচা অমসু থুপলগা লৈরম্মী। ঐগী কবুইফি অদুগা ফি মচা অদুগা লোনসিন্দুনা সোফাদুদা ঐ হিপথরে। মিনিত মঙা ফাদে। মীৎ পাংথোরকপদা লিজা ইমাংদা লেপলরে—

'লাম্না হৌজিক মিতিং তৌসি হায়রে'।

সাওনিংবদি লোয়রে। করি মিতিং! ফ্রিসাংকোদা মেরিগা তৌখিবা মিতিং অদু নিংসিঙলক্লে। মাগী মিতিং করিনো হায়বা ঐ খঙই। অসুক য়াম্বা মী ময়াম অসিগী মমাংদা, অদুসু মীগী ময়ুমদা। মা লাঞ্জদবনি হায়বা উৎনবা মিতিং! মীকুপতা ঐনা খুদাং ঘরি য়েংলগা থুনা খুম্মী-

'ফবে মিনিত তরাখক্তা ঙায়বীয়ু। ঐ থুনা কুমথবক্লগে, ঐ য়াম্না চোকথরে'।

লিজা কুমথখ্রে। লাম্ন ঐগী বোসনি। মদুগী নাপন অমসু লৈজরিবনি। অদুক য়াম্বা মী ময়াম অদুগী মমাংদা ঐবু ঙায়দুনা মানা কৈদৌঙৈদা ফমলোয়। ঙায়ববসু ঐগীদি নামৎ মাংগদবা লৈতে। ঐদি ফনদুম নুংঙায়রক্লে। কবি মানা পঙহেন হেঞ্জীনবা য়াবরা। হায়না হায়না মিনিত মঙাগী মনুংদা ইচিক চিকপা অমা ফাওবক্লে। মিনিত তরাগী তুংদা ঐনা থোক্তুনা মখাদা য়েংথরুবদা কা অদুদা মী অমতা লৈবমদ্রে।

পংকুই কুইদনা আওরোগী মচানুপাদু তুম্মীন্না কাখৎলকলগা থোঙ অদু হাংদোক্তুনা চঙখরে। ইমুং অদু পুমচিক চিকখ্রে। অদুবু ঐদি অসুম ইংখৎলকলে। মপানগী কা মচা অদুদা ঐনা অহানবা চঙলকপা মতমদা ঐগী গ্রেত কোত অদু হুন্দোকলমলে। মদু সুপসিলবদি খরা ফগনিসে। অহিং তুম্বা য়াদবা ঐদি নুংথিলদা ঙহাক পোখাহৌবা অসি য়াম্না মরুনি। ঙসি নুংদাৱাইরমসু রিদিং অমা লৈরি। হৌগৎতুনা মখাদা যেংথৈ। কনাসু উদে। মিংসেলগী থোঙ অদু লোনসিলমলে। মদু ঐহাক হাংদোকপা হৈতে। কনানো ঐনা কৌগদবা। পাখংদুগা লৈসাবীদুগা মমিংদু লোয়না কাওখরে। ওম্বোকপনি পাখংদুগী থোঙজিন্দা চঙলগা কৌবমলবদি ফগদবনি। মদুসু তৌহৌদ্রে। ইকায় ইকায় কৌবে—

'আওরো'?

'য়েস'।

ঙহাক কান্নরগা সাহম নাইদনা কা অদুদা অতপ্পা খোংথাংদা তপ্না তপ্না চংলকলে। হায়ফেৎ য়েংখিবদা অঙৌবা বাথরুম গাউন অমনা মসাদু য়োমসিলগা অহাংবা খুউ মখাগী মখোংদু উই। ইকায়বনা উংই। হায়দবা য়াদদুনা হায়রে—

'নঙগী থোঙ অসে হাংদোকপা হৈতে'।

মানা থোঙ অদু হাংদোকলবদা ঐনা কোত অদু লৌখৎলে।

'ও নহাক ইংলবোইরে, সোরি'।

ঐদি হোয় মায় হায়রমদনা মাঙ থাদুনা পরপ পরপ লাক্লগা মথক্তা থুনা কাখৎলক্লে। মানা মখাদা মচানুপী কৌদুনা হায়বা তায়—

'মেমচৌবীসে ইংলমাল্লে, ফি অমতা পীয়ু'।

ঐদি ইকায়মন্দুনা কপনিংবা য়ৌরে। লৈসাবীদু লাক্লগা ইথক্তা কম্বল অমা থোৎ নৌনা হাপ্পীবরে। ঐনা মায়দি লৈথোক্তনা—'থাগৎচরি'।

তামোনা সালোবনেদা সেৎখিবা সৃত অদুমক সেৎলগা আওরোগী লিফতা কাখৎলগা থোঙজিন অদুদা ইখং খংহৌদনা থুংলরে। অদুগা মনুংগী থোঙজিন অদুগী হেক মপান্দা, মনুংদদি চঙলক্তনা ঐবু ঙায়রদুনা চপ লেপলরে. . ।মীৎ খংপাং পাংই। কবিনো ঐবু তুমলুবব্রানে! তুমদ্রিব্রানে! উইথবা হৌরুরব্রা! পাউখুমসিংদু ফংদ্রিঙৈদা থাঙ্গেশেংনা তুমথখরে।

মিকপ থোকলে। ভাপ তারকই। ঘরি থাঙ্গৎতুনা য়েংবদা পুং অমা চপ চানা তুমলুরে। ঐ বাথরুম চংনিংই। তনবদি য়াদবনিনা তপ্পা কুমথরগা য়েংলুরে। বাথরুম চঙফমদা উগী হেঙ্গর অমা য়ুংদুনা লৈরিবা অদুদা আওরোগী জেকেত অমদি খোংগ্রাও, ফুরিৎ য়ানবা উই। মখাদা মাগী খোংউপতুসু লৈরি। তলক্তুনা অমুক হলকলে।। মথক্তা রেলিং ময়াদা অসুম লেপলগা মখাদা য়েংবদা আওরো কোত সুত অমা নিংথিনা সেৎলগা মখুৎনা তাই সেম সেমদুনা থোরকপা উই। ঐনা কুমথরগা—

'Auro, could I use your bathroom'?

মমাই লৈথোরক্তনা মহাক্না খুমলকই—

'মথক্কী কাগী মতাই অদুদা বাথরুম অমা লৈবনি'।

ওম্থোক্লা ইকায়খরে। অদুবু ব্রাহং পাউহংদনা ঙসাই মচানুপীনা চংহনখি হায়দুনা চুমদ্রিং চংলমলবা হৌন-খঙদবা তারমগনি। ঐনা তুম্বদা সেৎলুরিবদু অমতং তাংনা পুজরকপা ঐগী মপান নাইবা লোইরংনি। নুংদাংগী রিদিংদসু মদু সেৎলগা চৎপা তারবনি। ফ্রং অমুক্তং কনথোকলগা সিৎতুনা নানদুনা চৎনবা য়ানবা সেমলে। মাই মিৎ তাথোক্তুনা সম-না সেমজিনজরে। মখাদগী আওরোনা মচানুপাদা হায়রকপা তাই—

'মেমচৌবীদু সন্নার পামব্রা খরা হংবীয়ু'।

মহাক খুমলক্তে। ঐ তারমগনি হায়বা মা খঙই। মতমদু মহাক থব্বায় য়াম্না য়াওনা অতপ্পা তান্দা মাগী কাদা গীতর ঔরাইরি। মাগী খজিক্তং হাংদোক্লবা থোঙবাদগী সুর অদু মেংনা থোরকলি। মদুনা ইমুং অদুদা তাম্না য়ৌরকপা থাবল্লৈ লৈনমগুম্লে অদুবু মীগী তারেল অমুক মোৎসিনহনবা ঐ পামখিদে। কুমথরক্তুনা মখাদা অপিকপা দাইনিং তেবল অদুগী মনাক্তা ফমলুরে। মাগী কোত অরাংবা অদুগা অতপ্পা খোংথাং, মোং হাদ্রবা মতৌনা—

'চা থক্কদরা কোফি থক্কদরা'?

করি ৱাহংনো! ঐ ইখঙ খঙই। অদুবু খুমখি— 'চা'

মাগী অতপ্পা, মোং হাদ্রবা, চিংলেম্বা খোংথাংগী তাংথক নাইদ্রবা সুরগী ইপোমদা ঐনা মতম চুপ্পদা নোংগৌবী ওইখি— অদুগা ঙসি কমদৌনা মঙগুম্না মফম অসিদা খোম্থাং অমা ! ঐনা হায়ফেৎ য়েংবদা, আওরো ঐঙোন্দা মতুং ওম্পোক্তুনা ঈসিং সাহল্লি। চা সেমলি। মীসু ময়াইনি, যাম্না ৱাংবা নত্তে।

তামোনা চৎথোকলুবা হঞ্জীলকপা ওইরগনা ঐনা হংগনি--

'করি থক্কনি'?

মানা চৎথোক্লবা, অসিগুম্বা মতমদা মানা হংগনি—

'চা থক্কদরা কোফি থক্কদরা'?

আওরো চংলক্তুনা চা পীরগা ফমথরকপা খংহৌদ্রে। করিগীনো ঙসি লিৎনিংঙাই লৈত্রবদৌনা মানা কোত অরাংবা অসি লিৎলিবা। (তামোসু কোত অরাংবা অমা লিৎখি)। হন্না য়েংলুই থোঙজিন অদু ইহাঙ হাঙই। ও! হৌজিক্তা মহাক থোঙজিন অসিদা লেপতুনা ঐবু ঙায়খিবনি। ঐবু করিগী হুন্দোক্তুনা চৎখ্রিবা! ঐগী করি ইরাননো!

'মেমচৌবী চা ইংলগনি'।

ঐ খুম্বা খমদে। মায় অসি নৈথোক্তুনা কয়া কুইনা লোৎকনি। পিবু হেক্তমক লেপখ্রো যাব্রা। মহাক্না নুংঙায়তনা তপ্না হংলকই—

'নহাক য়াম্না নুংঙায়ত্রব্রা'!

(Are you sad!)

চা অদু ইংবা হৌরমলে। উচিন-নাচিন্না থকপা লোয়সিল্লে। মদু উবদা তুম্মীন্না ফমলম্বা আওরো হৌগৎলক্লে—

'থেংলে চৎলসি'।

ঐনা ফিজি ফিনা তাসিন্দুনা ফম্মী। মমসিলকপা মতম ওইরম্বা ঐগী লাইবক ফবনি। রাহৈ অনিদংদি হায়রকখি—

'বেল্ত ফাজিল্লু'।

মসিদি য়ুরোপকী আইননি। কারগী মমাংদা তোংলিবা অনিমক বেল্ত ফাজিনগদবনি। বেল্ত ফাজিল্লে, পিদি থিংবা ঙমখিদে।

বিদিং হোল যৌবা মতমদা ঐখোয়গী কাংবু অদুসু য়ৌরক্লে। জোয়িদি য়াওরক্লে। মাগী বেবি সিত্তরদু মাগা য়ান্না চান্নবগী পাও মমানা তম্মী। করিসু থোকখিদবগুম লাম্স ঐবু হরাও হরাও তৌই। ঐখোয়গী ভান্দা ঐগী কেসেত অমা য়াওখিবনি। য়ুবরাজ ত্রিকেন্দ্রজিৎ ফাবা লাকপগী মতাং অদুনি। লাম্সনা মদু লৌথোকলুরগা খোংগৎলক্লে। ইতালিদা অহানবা থুংলবদা মাওরোনা তামোদা কৎথোকপগী মীফম অমা সীনগনি হায়বদু ঙসিগী মীফম অসি ওইদুনা লৈরমলে। ঐ ইঙক ঙকই।

মীফম অদো আওরোনা চিয়ারমেন ওইরগা মাওরোনা কন্দক তৌদুনা পাংথোকলে। হৌরকপদা Words from the Edge না অরাম্বম সমরেন্দ্রদা কৎথোকপা হায়না থাবা কৎথোকপগী চেরোল পাথোকলে—

**WORDS FROM THE EDGE-**
**reading of poetry in honour of**
**Arambam Somorendro -**
Aviano (Italy),
8th November 2000

"And wherever death catches us it will be welcome, provided our war cry reaches ears ready to receive it and other hands are stretched for our weapons . . " We want to start this reading with the words of the last message sent by Ernesto Che Guevara to the Tricontinental in 1967, for three reasons: first of all because, against the current, we think that at present quoting Che is "politically correct", as injustice still reigns in our society and oppresses three quarters of mankind; then because tonight we shall listen to poems of resistance of three indigenous poets and Che Guevara has been as-

similated by all the indigenous populations as example and symbol of their struggle against imperialism; the third and most important reason is that these words would probably be liked by our brother Arambam Somorendro poet and plywriter killed by a death squad on a street of Manipur last June. His only guilt was loving and struggling for his people, . . . . We want to dedicate this event to him because we hope that the warmth of our love will be a balm on the open wound of his wife, our sister Memchoubi. She is here tonight to show that who sacrifices his life for the poeple will always find someone else going on with his struggle. Moreover, together with Arambam we want to remember the numberless unknown victims that oppression and imperialism kill all over the world every day.

মাওরোনা পাবা মতমদা ইতালিয়ান ট্রান্সলেসন অদুতমক পাই। ঐগী হৌরমদাইদা ইমা ইবেম্মা ইবেনিনা শকপা খোংজোমপর্ব মতাং অমা থাদোক্তুনা তাহক্লে। মতাংদু তিকেন্দ্রজিৎনা—

মণিপুর কৌবী পলেমও নুংসিবী

নচানা লমন সিংবা ঙমলমদ্রেদো।

হায়দুনা সকপা মতাং অদুনি। মদু মুথৎলগা ঐগী লেকচর হৌরমদাইদা সিল্লি লাংলিবা কাংবুবু থাগৎপা ফোংদোকলগা Indian literature Vol 198 ইংলিসতা হন্দোক্তুনা ফোংখিবা ' চাইখ্রে ঙসি নঙগী লবুক্তা' হায়বা ঈসৈ ময়েক অদু পারে। মদু কাবক কাবক ইতালিয়ান্দা লিজানা হন্দোকলে। ঐগী সৈরেং পাদ্রিঙৈদা ঐখোয়গী ফোক্র পোইত্রি—

কোরৌ নোংনা ৱাংবরা

পঙ্গৌ ইপানা মহেল্লি

মালেম নৈনা লুম্বরা

পলেম ইমানা মহেল্লি

পলেম পঙ্গৌ হেনবদি

ইমা পোরুফম লমদমনি।

মসি কাবক কাবক ইংলিসতা হন্দোকলগা মাওরোনা অমুক ইতালিয়ান্দা হন্দোকলে। লোয়সিলকপদা ঐগী সৈরেং খরা পারে।

ঙসিদি অপিরানাগী জগোয়, এক্তিং অমদি ঈসৈ, অহৌবদা ফনা কুইনা কনসেপ্ত্রেসন ঙমদবগুম তৌই। য়াম্না কপকনবনি, কপলুরব্রা করিনো খঙদে। ঐগী য়ুমগী বারী সান্নরগা মানা তৎতনা 'মেমচৌবী নহাক্কী নপুরোইবদু য়াম্না অফবা মী ওইরমগনি' হায়দুনা হেক হেক সোনবনি।

লিজাদি জোয়ি হোৎনবদা ঐখোয়গী সৈবেং তাবা ইফং ফংজদে। 'ঐগী পলেম নুংসিবীদু' অহানবা তাবদা মহাক কপখি। মহাক্না হায়খি— 'থবক পুম্নমক ঐখোয় নুপীতনা তৌবনি'। রিদিং লোয়রবদা কদোমদগীনো ক্লাউদিয়স থোরক্লুনা মখুৎ অনিনা ঐগী ঙকসমদা চেৎজেৎ কোনসিলরে—

'Memchoubi! You are great!'

ঐনা মাগী নুংসিবা ফংজবদা কয়াদ নুংঙায়খিবা। নুপা অমা মীয়াইদা খরা লৈসিল্লে। ঐঙোন্দা হাযরৈ—

'নঙগী সৈরেংনা ঐবু নঙগী নরৈবাক্তা পুদুনা চৎলে। নঙগী চীং, পাৎ, তুবেল. ঐ মদুদা চৎলিবগুম ফাওই। ইমিৎতা লোয়না মথং মথং উই . ।'

আওরোগী মচানুপী, পীকতক তৌবগা মতৌ য়াম্না লৈবী, মমা মানবীদু মোমোন নোক্লুনা ঐগী খুৎ সোকলরে। মাগী বোইফ্রেন্দ অৱাংবদু চংলক্লুনা তুংদগী মাবু কোমগোম কোনলৈ। ঐখোয়বু চাক কৌদুনা পিজখিবা আওরোগী মরুপ অদুসু মাগী নুপী অমদি মচানুপা অনোয়নদুসু লাক লম্মী। ইংলিস লিতরেচরগী নুপী প্রোফেসাব অমসু খংনরে। মহাক্না সিন্দুনা হয়েং নোংঙানবদা উদিনেগী য়ুনিভর্সিতিদা রিদিং অমা লৈরিবনি। প্রোফেসার এনতোনেলা মাওরো অমদি আওরোগী মরুপনি। চৎলসি লোয়রে হায়দুনা মরি মরি থোরকপদা নহানমুক ঙা থোংফমদা মৈনাক্তা ঐগা ফম্মীনখিবা নহাদু থেংনবে। নহান্দী মৈনাক অদুদা ঙাংসং ঙাংনো উখি। মসম অসাংবা অদুগা, রেদ ইন্দিযান হায়বদুবু অসুম্না ঙাংলিদ্রা হায়না খনখি। লাইত ব্লুগী সার্ত অমা লেমনা লিৎলদুনা ঙৌরোক ঙৌবদুনা লৈরমলে। ঙসিদি ঐবু য়াম্না হংগোযনা তৌই।

গুদবাইগী সাংলবা থৌবম অদু লোয়সিন্দুনা ঐখোযনা দিনব চানবা বেস্টুরেন্ট য়ৌবা মতমদা য়াম্না থেংলে। বৃতিস রেস্টুরেন্টনি। হাম্না বুক তৌবা ওইরমাল্লে। মীসিংদু ঐখোয়তবু ঙায়দুনা লৈবম্মী। রেস্টুবেন্ট মপুদু আওবোগী মরুপ ওইরমাল্লে। মফি নিংথিনা সেৎতুনা থোরক্লগা মাগা খুৎ সোক্লখি। মখোয়গী সেবাদি অঙকপনি। চঙখিবদা ঐখোয়গী গ্রেত কোর্তসিং লৌথোকপিদুনা য়ানসিনবীরুগনি। মশক মতৌ ফজবা, নহা ওইরীবী তোংগানবী মবেপ রাংবা লৈসাবী অমনা ঐখোযবু ওকই। বো তাই পুনবা নহা পাখং মশক ফজ ফজবনা ঐখোয়গী চান-থক্লবা পুথোরকই। কা অদু লৈ-

সু নিংথিনা থমদুনা য়াম্না কেরম্মী। কা অদুদা তেবল অকোয়বা অমতমক থাই। মদুদনি ঐখোয়না চারিবদু। ঐখোয় মীদি পংয়াম য়ামদ্রে। মাওরোখোয়গী মরুপ-মপাং অনি অহুমদংগা ঐখোয়গদনি। পীজবগী মওংদু ঐখোয়গী উসোপকুম মথং মনাও নাইনা নিয়ম নাইনা পুথোরক্লগা পীজরিবনি। অরোই অরোইবা প্লেত সৎ সৎ য়েংদুনা সরক সিহন্দনা পুথোকখি। ঐখোয়সু ঐখোয়গী ৱারী লেপ্পা নত্তে। ৱারী খরা খরা হৌনরকপদা ঐনা হৌদোকই—

'ঐ ৱারী অমা তমগে। নখোয়না করি হায়না খনগদবনো খঙদে। ঐগী ইপুরোইবদু মঙদা উবা খুদিংগী ঐবু থাদোক্লম্লগা চৎখি। ঙসিদি ঐনা নুংথিল ঙহাক পোথারুবদা, উইফাৎত্রিঙৈ মঙওই হাওই ঐগী ইনাক্তা লাকলগা থোঙজিন্দা লেপতুনা ঐবু ঙায়দুনা লৈখি। মা চৎখিদে। নখোয়গী মঙোন্দা কৎথোকপগী মীফমদু ঙসি লৈ হায়বদুদি ঐদি কোন্না য়ৌরগা খঙবনি'।

মখোয় লোয়না তুমীন তুমীন লৈ। ঙহাক্তী ৱারী মখা তান্নদে। কোন্না মাওরোনা তপ্পা—

'খংদেদা মেমচৌবী, ঐখোয়না ঙসি সিল্লিবা অদুবু নহাক্না করি খনবনো'।

ঐনা খুমখি— 'মাওরো, মহাক্নদি পেনবীরবনি'।

জর্মনিদা জর্নেলিস্ট নুপী অমা থেংনখি। মানা হায়খি—

'ইতালিয়ানসিংদি পুকচেল য়াম্না চাউবনি, মীৎয়েং পাকপনি'। চাক চানা চানা থৌদোক অমা খংনিং নিংসিঙলক্তুনা হায়ররুই— ঙসিনে, ঐখোয়গী রিদিং লোয়রগা, য়াম্না ইন্তেলেক ওইবা, মমিৎ মনা সিংবা নহা পাখং অমা ঐখোয়গী নাক্তা চংসিল্লক্লগা করি হায়গে হায়ববু— অপিরানাগী অরোইবগী জগোয় অদো কের্থাসিসনা পীবা ফল অদুগা মান্নে'।

মী পুন্নমক মাওরোদা থাগৎপগী মীৎয়েংনা হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংলদুনা মোমোন নোকই। ঐগা থংননা চামীন্নরিবী লিজানা তপ্পা হায়রকই—

'নহাদু মাওরোগী মচানুপানি'।

অদুবু মাওরোদি ঐগী ইনাক য়ৌরকলে। খুউ নাম লৈবাক তাদুনা মকোক নোল্লপ—

'ঐবু ঙাকপিয়ু'।

মাগী ফাগী হৌরক্লে। মচানুপাদু মহাক্না ঐঙোন্দা মশক তাকহৌদবগীনি। ঐনা সাওসিন্নদুনা হায়রুই— 'চৎলো, য়েংনিংদে'।

নোকলদুনা হৌগৎখরে। ময়াম অদুসু নোকলে।

ঐখোয়না হল্লকপদু থেংবা য়াবা থেংলে। অহিংগী পুং ২ তারে। ঐদি ইনুং নুংঙায়তে। লমহাং অদুদা অপিরানা ঐখোয় অনিত লৈরুরগনি। এদিসু ঙসি অয়ুক চৎখরে। লান্সসু লিজাগী মনাক্তা চৎখ্রগনি। মাওরোগা আওরোগনা ঐখোয়বু থিনবীরকই। লিজাসু লান্সসু য়াওরকই। লান্সনা হায়রে, মাসু সিদা লৈহৌরগনি। ঐনা খুম্মী— 'য়ারে চৎলো, ঐ অপিরানাগা লৈহৌগনি'। অদুবু লান্স লৈহৌখি। মাগী মরুপ অনি অদুবু পেন্নবা তৌরিব্রা। কনানা খঙগনি লান্সকী পুক্নীংবু।

মথংগী নোংঙানবদু ঙন্না হৌগৎপা তাখি। অয়ুক পুং ১১ দা কোলেজ অমদা রিদিং লৈরি। নুমিদাংৱাইদা উদিনেদা রিদিং অমসু। লোয়রগা ময়াইথংবা ইতালিয়াগী ফ্লোরেন্স তন্না অমুক হায়থরগনি। মদুদগী অৱাং ইতালিগী কোমোদা অমুক হল্লকনি। ঐখোয়গী তুর অসিগী পম্বুংদি ইতালিগী কোমো অসিনি।

মতম চানা মাওরো লাক্তুনা ঐখোয়বু লৌররে। অচৌবা হোল অমদা ছাত্র পিক থন্না ফমদুনা ঐখোয়বু ঙায়দুনা লৈরম্মী। মাওরোনা রিদিং অদু কন্দক তৌবগা লোয়ন্না ঐখোয়গী ইন্তরপিতরসু ওইরে। ঐখোয়গী রিদিং লোয়রবদা নহা অমদগী য়ান্না নুংঙায়বা ৱাহং অমা ঐঙোন্দা হংলকখি—

'নখোয়গী মিথোলোজি করিনো তাকপিয়ু'।

ঐনা মাওরো অমসুং লান্সতা য়েংই। ঙহাক্তং মম্মী। ৱাহৌদি ঐগী 'নোংথাং লৈমা' সৈরেং অদুনি। লান্স অমদি মাওরোগী মায়থোং য়েংবদা খঙলে-- মখোয়সুনি খঙনিংলিবা, মদু খংলগা ঐবু অমদি ঐগী সৈরেংবু খঙগদৌবগুম। মসিনা ওইরে, অচুম্বা অমদি অরানবগী ৱাফম তোঙান্না থমখ্রগা জাতি খুদিংমক্না মপা মপুনা সেমলম্বা লাইরোন-তিনলোন ৱারী-সিংবুন পুন্নমক খোমজিন্দুনা চেকসিন্না থমলিবা।

'ঐখোয়গী লাইরোন অসি সাংখ্রবা ৱারীনি। অদুবু সমজিন্দুনা মচং ওইবা ৱাফমসিং খরদুতং থমগে। মণিপুর হায়বসি খৃষ্টগী অহানবা চহিচাদগী সেম্বা হৌখিবা লিরবা নিংথৌলৈবাক অমনি। লৈবাক অসি মালেমগী লল্লোন-ইতিঙ্কী লিরবা লম্বী খা থংবা সিল্ক রুতা খা-এজিয়া অমদি খা-নোংপোক এজিয়াগী ফাওদোক ফাওজিন্দা লৈরুবা মরমনা অঙনবা মতমদগী মালেমগী মরুওইবা বাখলগী ঈচেলসু মণিপুর য়ৌরকই। মসিনা ঐখোয়গী মিথোলোজি সাগৎপদা য়ান্না মরুওইবা অমা ওইখি।

ঐখোয়গী অঙনবা মতমগী লাইরোনদা য়াম্না মরুওইবদি মালেম অসিনি। মতম অসিদা লৈরিবা য়াম্না মরুওইবা ৱাফমদি মালেম লৈমগী সিয়োম অসিনি। মসিদগী পোক্লক্তুনা মীওইবনা মালেম অসিদা খুম্থোরক্তুনা খুন্দাদুনা পালম্মী। অদুগা সিরগা অমুক সিয়োম অসিদা হঞ্জীনখি। মসিদা লাইরৈপাক নৎত্রগা নোরোক্কী ৱাখল লৈতে। খৃঃ মমাং ৩ সুবা চহিচাদা নিংথৌরেল অসোক্লা চাইনা, জপান অমদি খানোংপোক এজিয়াদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম সন্দোরকপা মতমদা মণিপুর ফাওদুনা চৎলিবা লম্বীসিং অসি সিজিন্নখি। মণিপুরদা বৌদ্ধ ধর্ম্মতা নত্তনা ইসলামসু য়ৌরকখি। মালেমগী অসিগুম্বা অকনবা অচৌবা লাইনিং লম্বীসিং অসিনা ঐখোয়বু হুমদুনা পুবা ঙমখিদে। ঐখোয়না অচৌবা লাইনিংসিং অসিদগী ঐখোয়গী দরকার ওইবা সরুক অদুত লৌরগা ঐখোয়গী লাইরোন চাউখৎহনখি। লাইনিংসিং অসিগী সাহুমদগী নোরোক অমদি লাইরৈপাক্কী লাইনিংথৌ লাৎপগী মীৎয়েং থোরকখি। মসিগা লোয়ননা ওল্দ তেস্টামেন্টগী ঈসিং ঈপাক অমদগী লাইনিংথৌ অমনা মালেম লৈসেম্বগী ৱারী অদুসু হিন্দু ধর্ম্মগী সাহুমগা লোয়ননা ঐখোয়গী লাইরোন্দা চংলকখি।

মণিপুর হায়বসি অতৈ খা-নোংপোক এজিয়াগুম ফৌ থাব কলচরগী ময়ুমনি। চাক হায়বসি ঐখোয়গী য়াম্না মরুওইবা চিঙ্গাকনি। চাক য়াওদ্রবদি ঐখোয় হিংবা ঙমদে। ফৌ থাবা হেক হৈরকপদগী ঐখোয় মৈতৈনা নোমাদ ওইনা সা তান্দুনা কোয়না চৎলম্বা অদু তোক্তুনা তুরেল মপান্দা খুন্দাদুনা ইংনা ঐখোয়গী সভ্যতা অমদি নিংথৌলৈবাক অসি সেমগৎপা ঙমলকলিবনি। ঐখোয়গী লৌউবদা য়ুমফম ওইবা কলচর অসিদা মালেম লৈমা, লাইরেম্বী অসি য়াম্না মরু ওই।

অতিয়াগী লাইনিংথৌ অমনা লৈসেম নোংসেমলকপগী ৱারী অসিদা লাইনিংথৌ অসিনা য়াম্না কন্না হোৎনরবসু লৈসেম্বা অসি লোয়সিনবা ঙমখিদে। লাইনুপা অমনা লৈসেম্বা অদু হন্না হন্না থুগায়দুনা লৈরবদা লাইনিংথৌগী মিৎলুদগী লাইনিংথৌগী খুদোম্বীনা নোংথাংলৈমা লাইরেম্বী পুথোকখি। নোংথাংলৈমানা য়েখায়বা পীরীবা লাই নুপা অদু শুমহৎতুনা থমলিঙৈদা মালেম লৈসেম্বা মপুং ফাদুনা লোয়সিনখি। লাইনিংথৌ ওইরবসু লাইরেম্বীগী মতেং য়াওদনা মালেম লৈসেম্বা ওইথোকখিদে'।

ঐগী পাউখুম লোয়সিলকপদা মীরক্তা মোমোন নোক্তুনা লেপলিবা আওরো উরকই। মাগী জিন সুত অদু অমুক সেৎলকলে। অপিরানা চংলক্তুনা চাউরবা মাগী পাম্বোম নাম্মনা ঐবু চাওকোন ওইনা চেজেৎ কোল্লরে। মসি মাগী হৌনবীনি। অদুগা নোক্লদুনা হায়রকই—

'You grow day by day. Lance and me just standing at your side.'

লাঙ্গনা থবায় য়াম্না য়াওনা-

'You are right There was a time no hell and no heaven. There was only the womb of earth.'

'Yes, we Meiteies preserve well.'

লোয়রে, নুমিৎ অদুদা ঐখোয়দা য়োমসিলকপা ছাত্র ময়াম অদুদি। ঐখোয় মরি য়েকপা পোষ্টর অমা মখোয়দা পী। মদু অমমম পুর পুরদুনা সোই তৌবীয়ু হায়দুনা য়োমসিল্লরিবনি। খুদাং অসি হেক সিথবমখৈ সোই তৌখি। ঐনা হেক খংলকপদগী মণিপুরদা স্কুল কোলেজ অমদি য়ুনিভর্সিতিদা সৈরেং তমলবসু কবি অমতা কৌদুনা সৈরেং পাহন্দুনা ৱাহং হংদুনা নক্না লোয়নবা লৈখিদ্রি। অসুম্না ৱাহং -পাউখুম তৌনবা, লাইবিক অমদি পোষ্টর সোই তৌবা মসিনা অহানবা নত্তে। অদুবু নুমিৎ অদু পনবা য়াবা অমা ওইখি।

লেকচর অদু লোয়সিন্দুনা চাক চাবা অমুক চৎলে। চাক চাবা হায়বসি সাংনা সাংনা চৎখ্রবা জাৎনি। মী খরা য়াম্না পুলপ চাগে হায়রবদি হাম্না বুক তৌদ্রবদি ফংবগী ৱা লৈতে। মাওরো অমদি আওবো থবক চিল্লি হায়দুনা লৈহৌরে। মাওরোগী তুং ইন্নদুনা লাকপী নুপী অমা ঐখোয়গা পুন্না চামীন্নহৌই। মাওরোনা নুপী অদুগী ৱারী লিরম্মী। নুপী অদু ঙরাং অয়ুক্কী মীফম লোয়বদা মাওরোগী মনাক্তা চংলক্লুনা হায়বৈ- 'ঐ ঙসিদি নখোয়দা চৎতুনা পোথারুবা তাবে। মসি নহাক্কী স্পীরিত অদুনা ঐঙোন্দা হায়বগীনি'। অসুম্না নুপী অদু মাওরোগী মতুং ইন্নরক্লুনা নুমিৎ অদুগী নোংঙানবা ফাওবা লেক্লুনা চাদুনা লৈখি। মাওরোনা খল্লিবদি হৌখিবা নোংমা নিনি অদু ঈসিং চাউবগী চৎথোক চৎসিন খুদোং চাদবা অদুগী ওইরমগনি অসিনি।

নুপী অদু চহি ৬০ শুম্বা ওইরমগনি। মশক মতৌ ফজবী অমা সোযদনা ওইরমগনি। হৌজিকসু ফজরি। নুপীদ নুপী সবাননি। ঐনা ৱাবী সান্নদুনা লোযনদুনা য়েংবদা করিসু থোয়দোকপা ফৈরেংবা মওং উদে। মাওরোনা হায়বগুম্না লম্বী খোং খুদোংচাদবা অদু উদুনা মবুকফবা মাওরোগী মতুংইনবা ওইরমগনি।

চাবা মতমদা চাক খরগা পেঙবা মপীমুক চাউবা ঙা অমখকতা থুম চায়বগা চাবা অদু ওজাসিং অদুনা মুন্না মুন্না য়েংই। মখোয়না য়েংলিবদু ঐ খঙই। কলকতাদা নোংমা চাক চামীন্নবদা চহি ৭০ হেল্লবা কবি অরধেন্দুনা চাবা লোয়বগা করিসু তৌদবগুম ঐগী ইনাক্তা সুথদুনা ঐনা চাবিবদু মুন্না যেংদুনা লৈখি। ঐনা চগংগা তিলহৌ মচেৎ অমগা মোবোক অতেকপা অমগা চাবিবদু য়েংলিবনি। মুন্না অসুম য়েংলগা হাযখি-

'মেমচৌবী, ঐ মণিপুরদা সুকলাক লাকপা ঙমলোয়'।

'করিগী?'

মা খুমলক্তে, অদুবু ঐ খংলে। ঐনা হায়খি— 'নঙনা থকলিবা য়ুদু কৎচা। মণিপুর য়ৌরগা য়ু কদায়বু কৌবগে হায়বদু খঙগদবনি। নঙনা চানিংবা পুন্নমক ইম্ফালদা ফংগনি'।

মা থাজবা খমখিদে। সুকথদুনা ঐনা চাবদু য়েংদুনা লৈখি। মদু য়েংবদা ওহ্লোক্লা নোকনিংখি। ঐগী হেন্দ বেগ মচা অদুদা তুরিজম দিপার্তমেন্তনা ফোংবা লিফলেত খরা য়াওরি। মদুদা ঐখোয়গী উসোপকী চাকলুক অমা দোনাদা ইন্সাং মথেনসিং কোয়না হাপলগা নম্বা য়াম্না ফজবা ফোতো অমা য়াওখি। ঐনা ব্রা ঙাংদনা মদু খন্দোকলগা ঐগা থংননা ফম্বা ওজা নুপী অমদা পীরে। আনোক মনুংদা মমিৎ অদু লাওথোকলদুনা য়েংই।

চাবা লোয়ফাৎত্রিঙৈদা ওজা অহুম থেংনা থুংলরে। ওজা অমগী সেগ্রাক্তা য়েপতুনা ঐখোয়গী পোষ্টর চবুন অমা কোনসিল্লগা পুরক্লে। অদুগা 'সিনা ওজাসিংগীনি, সোই তৌবীরম্মু' হায়দুনা তেবলদা থমলরে। লাক্স ইবানি অমুক্তুং য়েংনৈ। ঐখোয় চাক চাবা হেক লোয়রগা পুং অনিমুক লাপ্না থৌরগা লৈবা উদিনেদা চৎলগদবনি। মতম ইরৈ লৈত্রে। চাক চাফমদু খোংনা সাংনা লাকখি। ব্রা মখা তাদনা লাক্সনা সৎ সৎ পোষ্টর অহুম অহুম সোয় তৌরগা ঐঙোন্দা পীসিলকই। ঐনা অমুক অহুমদু লোয়সিল্লগা অপিরানাদা পীখি।

ঐগী অতোপ্পা বেগ অমা ওজা নুপী অমগী কারদা য়াওহৌরে। খোংনা অদুক সাংনা চৎকনি হায়বসু খল্লুদে। অদুগা অমুক হলক্কদৌবোই খল্লুরে। অপিরানাগী গীতর অমদি মাগী অতৈ ঈসৈগী মপোৎ য়াওবা বেগ অদুসু থিনবীরকপা কার অমদা য়াওহৌরে। ঐখোয়বু থিনবীগদবা ওজা নুপা অদু মাগী কার লৌবা পার্কিংদা চৎখবে। ঐখোয়গী কার ঙায়বা, ওজা নুপাদু অমুক থিবদা মতমদি অদুম হৌজিনখরে। ঐখোয়গী কাংবুদু সাইত সিইংদা থব্রায় য়াওবা অমত য়াওদে। অদুবু ত্রাফিক্কী রুল ঙাকপা অমদি অসুম্না ঐখোয় অমগা অমগা থিনবদা ঐখোয়না থুংলুবা অয়াম্বা সিতিসিং কাচিন য়ৌনা থুংনা কোয়রকপা ঙাক্তনি। অসুম্না নুংদাং অমা খোংনা ফোরেন্স সিতি থুংনা চৎখি। মদুদা ব্রাবদো। হলকপদদি তেক্সী ব্রাইদুনা হলকখি।

ওজা নুপা অমগা নুপী অমগনি ঐখোয়বু থিনবীগদবসি। ওজা নুপাদুগী কারদু অচৌবনি। মদুদা ঐখোয় লোয়না তোংদুনা উদিনে তম্না থৌরক্লে। য়ৌরবা মতমদা রিদিং মফমদু খঙদদুনা হং হংদুনা সিতিদু উরু উরু লৈসিন্দুনা ফনা য়াম্না থিরবা মতুংদা

থুংলে। সিতিদু হেক য়েংবদা তনাল তনাললি। সহরদু ফজনবা থমলিবা মুর্ত্তিসিং অমদি নিংথিনা ফজনা হকলবা ফজরবা অমনবা দলানসিংগী মরুমদা রোমান সিভিলাইজেসনগী মসেক মঙাল ফুদোরক্লি। ইথন্তা নুমিৎ খরা চংনা খোংনা থুংনা চৎতুনা য়েংনিংবা অমা পোকই। মাগী তোপ তোপ্পদি য়াম্না ইং-তপ্পা অমদি এদুকেসনেল এতমোসফিয়ার অদুনি। সিতিগী ময়োলমক্তদা কোলেজ কয়া অমদি য়ুনিভর্সিতি লৈহৌই। সন্ধ্যা য়াচংবা মতম অদুদা ছাত্র কয়া সাইকল অমদি মখোংনা কোলেজদা হোবে হোবে চংনখি। মতমনা থেংজিলকপনা নুপাসিংদু খোংকাপ লাউনা লাউনা থাংদুনা চৎনখ্রে। ঐগী ফনেক অদুগা খুনিংঙ্বাংবী অদুগা ঐসু মখোয়বু ইম্লে। খুরপ তৌবা লম্বী অমা লানথোক্লবা হোৎনরিঙৈদা সুত অমুবা ঙাক্তা সেৎতুনা নিংথিনা কেরবা নহা পাখং চবুন অমা ঈসৈ ৱা ৱা সক্তুনা লাকই। অদুগা চহি ২০ গুম্বা ওইরিব্রা, মরেপ ৱাংবী লৈসাবী ফজবী অমদা মখোয় ময়াম চংদুনা সাংনা সাংনা পিক্লা মরি মবি যাৎপা চে অমদি জেব্রা খুবাম খুবাম চায়সিল্লি। নুপী অদু লুকথদুনা য়াম্না ইকায়না সনা মচুগী সাংলপ তৌবা মসমদা পকলিবসিংদু লৌথোক লৌথোক্তুনা চৎখি য়ুরোপতা লৈসাবীনা ইকায়না লুকথদুনা মোমোন নোক্লা চৎখিবা উরকপা অসি মদুমক্তনি। ইকাযবনা নুপীগী লৈতেংনি হাযনা ঐখোয় মৈতৈনা হাযনবা অদুগী ফজবা উখি। মখোযগীদু করিগুম্বা কুম্মৈ অমগা মবি লৈনবা মাল্লি। হন্না য়েংথোক খিবদা কনাসু উদ্রে। সুম যেংবদা লাপ্পা লাম্সকী তুংগী সাংলপ তৌবা মসম অদু হায়ফেৎ নুমিদাংৱাইগী মমসিলকপা কুংলবা মীরক্তা উখি।

পীকতক তৌবা উদিনে য়ুনির্ভসিতিগী হোল অদু মীনা থলমগদৌরে। থোঙজিন্দা ইংলিস লিতবেচবগী প্রোফেসাব এনতোনেলা লেপ্তুনা লৈবম্মী। ঐখোযবু তবামনা ওক্লে। নুপী অদো চহি ৫০ গী অদুৱাই ওইবমগনি। মীদি চপ চানা ৱাংই। মশক মতৌ যাম্না হেন্না ফজবা নত্তে। অদুবু মফি-মরোন অমদি মমাই মমিৎ নিংথিনা কা-হেন্দোক্তনা কে। ৱা ঙাংবা, লেঙবা, চৎপা অমদি নোকপদা মহৈ-মসিং নিংথিনা হৈবা অমদি অচৌবা নুংঙায় য়াইফবা ইমুংদা চাউরকপগী মমি তারি। মাগী নুপা অদুসু প্রোফেসারনি, করি সপজেক্কীনো কাউখরে। মাদি ইংলিস পবেং অমফাও ঙাংবা হৈতে। মসাদি য়াম্না নাল্লি অদুবু মাওরোগুন্না চন্না সেৎলি। অভিয়ানোগী রিদিংদসু মহাক লাকখি। ঙসিসু লৈবম্মী। মীসু ইচম চম্মী। এনতোনেলাগী ছাত্র মযাম অদুনা লোযখ্রে ঐবু লুনা তৌবদা। নুপাসু নুপীসু মখোয় লোযনা ইংলিস ফজনা ঙাংই। মখোয মযাম চঙদুনা তম্মী— মখোযগী ওজানা ঐগী সৈবেং য়াম্না ফজৈ হায। মখোযসিংদু মাস্টর তমলিবা অমদি পি ঐচ দি তৌরিবা ঙাক্তনি।

হৌজিক ওজা অনি অদুগা কায়নবগী মতম ওইরক্নে। মখোয় অনি রিদিং য়াওদনা হনখ্রগনি হায়। ওজা নুপাদু মসা চাউরপ তৌই। চহিদি ঐগী লেঙগা ওইগনি। মানা চঙসিলক্তুনা মখোয়গী হৌনবীদা কোন্দুনা গুদ বাই হায়নবা পাম্বোম তিংথোরক্নে। ঐনা নোক্লগা ইচম চম্না হায়— মদু ঐগী কলচর নত্তে। মাসু ইচম চম্না নোকলগা হংই— নঙগী কলচরদা গুদ বাই করম্না হায়বা। ঐনা তাকই— নঙনা ঐঙোন্দা 'চৎলগে' হায়গদবনি। অদুগা ঐনা 'চৎলোকো' হায়না খুমগদবনি। মানা মুন্না তারগা মরোল ইখোয় খোইবমখৈ মৈতৈলোন্দা হায়রকই— 'চল্লগে।'

'চৎলোকো।'

মাসু ইসি সিনা নৌকলে। ওজা নুপী অদুসু চঙলকলে। ঐখোয় অনিদা য়েংদুনা হংই--

'করিনো নখোয়না তৌরিদো।'

নুপাদুনা নোক্লদুনা খুম্মী—

'ঐখোয় গুদবাই হায়নরিবনি।'

কনানো মফম অদুগী মশক নাইবা নুপা অহল অমবু চিয়ারদা ফমহন্দুনা রিদিং অদু হৌদোক্নে। ইন্টরপিতরদি এনতোনেলানা ওইরে। ঐদি চোকথবদা লোয়রে। বা ফাওবা ঙাংনিংদ্রে। মমিংত ওইনা ঐগী সৈরেং খরা ইরোন্দা পাবদু ঙায়রে ঐগী থবক হায়ববু। চাক চাফম পংলাপ লাপ্তুনা লৈরম্মী। খরা চৎলগা অচৌবা রেস্টুরেন্ট অমদা সিলম্মী। চংখিবদা মাওরোগা আওরোগা লৈরমলে। থবক চিল্লি হায়হৌবনি অদুগা অদুক লাপ্না অমুক লাকলিবদু ঙকলুরে। মখোয় অনিদু নহা নত্রে। অদুবু তৌথোরকপদদি নহানি।

ঙৌরোক ঙৌবা নিয়ম চুম্না থোংলবা চাক প্লেত অমা ঐগী মাংদা থম্লরে। চামচ অমা চাবদা খঙলে, ইন্দিয়াদা ফাওবা তাংলিবা বাসমতিনি। ঐগা থংননা ফম্মীন্নবিবা এনতোনেলানা নোক্লদুনা—

'চাক অদো মশক খঙব্রা। বাসমাতিনি। ঐনা নঙগীদমক্তা থৌওইনা থোংহল্লিবনি।'

মরুওইনা মখোয়গী দিনর, অসিগুম্বা চাকলেন অসিদি য়ুনা হৌরগা য়ুনা লোয়সিনবনি। চাবা লোয়রকপগী যুগী মতাং য়ৌরক্নে। আওরো সাংলবা তেবল অদুগী মকোক্তা ফমলি। মাগী মনাক্তা ওই য়েং ওইনা মায়য়োক্লনা মাওরো অমদি পান্স ফমলি। মাওরো হৌগৎলক্তুনা মাগী অহাঙবা য়ু গ্লাস পুদুনা ঐগী ইনাক্তা লাক্তুনা লেপ্লরে। অদুগা 'মেমচৌবী, ঐঙোন্দা য়ু খরা হৈবীয়ু' হায়দুনা গ্লাস পায়বা খুৎ অদো

তিংথোক্লরে। ঐগী ইমাংদা চাইনা ক্লেগী লৈরোং সাংপা ফজরবা অঙৌবা মখুৎ পানবা চফু মচা অমা য়ুনা নিক নিক লাউনা লৈরি। মদুগী য়ুদু অঙাংবনি, ওহ্মোক্লা ফজে। ইতালিয়ানসিংনা রসা ভিনা অদুগা ইংলিসতা রেদ ৱাইন হায়বদুনি। গুলাপ মচুদা য়াকসিনবনি। অদুবু ঐনা ঐগী নেচরেল ৱাতর বোতল অদু পায়খৎতুনা হৈগে তৌরবদা—

—'নহাক্লা ঐবু অফবা মী অমা ওইহনিংই, নৎত্রনে।' হায়রগা নোক নোক্তুনা অহাংবা গ্লাস অদু পুদুনা মাগী ফমফম তান্না চৎখরে। ঐঙোন্দগী মী অহুম মরি কান্নরগা ফমলিবা আওরোগী মনাক্তা চঙদুনা ফমখরে। ৱারীদু তারবদা মখোয় অহুম ঐঙোন্দা য়েংদুনা অমুক নোকলই। ফাগী পাম্বগী হায়রুরবুদি আওরোসু অদুমঙাই, মখোয় অহুম অসিদি ফগ্রবা পার্তিনি। মাওরোনা মসিত থোক্লবা থৌওইনা ঐগী নাওঁ৷ লাক্লমলিবনি। তেবল থুংনা য়ুগী য়ু মণ্ডনি। মানা ঐঙোন্দা লক্লবা লাকলিবনি হায়বা ঐ থোয়না খল্লুদে। য়ু থক্তবা ঐনা করম্না মঙোন্দা য়ু হৈগদগে সিদনি ঐনা খল্লুবদি। ওহ্মোকপনি, তামোনা ঐবু মানা অহানবা উখিবা চহি ২০ সুদ্রিবা নুপীমচা অদুম্না পুম্নী চুপ্পদা উখি। ঐনা সাওনিংখি, কৈদৌঙৈ চহি ৪০ সুগদগে ঙায়জখি, মদুসু ইকান কান্নখিদে। কদায়দগীনো লম্লানবা মরুপ অসিনা ঐবু অমুক অসুম্না। মদুনা ঐবু হেন্না কপনিংহল্লে। মানা মদু কদায়দগী করম্না খঙগনি!

লাম্পতি উদিনেদা লিজাগী মনাক্তা লৈহৌরে। মাওরোগী কারদা অপিরানা ইবানি আওরোগা লোয়ননা পুন্না সান দে পারকো তন্না হলক্লে। ঐখোয়না হলক্লিবদু থেংলে, নোংয়াই মতুং ওইরগনি। লম্বী য়াম্না চিনবা ওইদরে। কার অদু অহিং অদুদা মেছিন্না থৌবগুম জর জর তাংথক নাইদনা চেহ্নরি। মাওরোনা ৱারী অমা তম্মী—অভিয়ানোগী রিদিং লোয়রবদা নুপী অমা চঙলক্তুনা মাওরোদা হায়রে- If I see again Apirana, I will left my husband and follow him. নোকপা খরা লেপনরবদা ঐনা অপিরানাদা হংই—

'অপিরানা, অওইবমক্কী নুপীদু ইন্নরক্লবদি নঙ কমদৌগনি।'

মনিংদা আওরোগী মনাক্তা ফমলিবা অপিরানানা লৈয়েং ইফাই ফাইনা নোক্লদুনা খুমলকই—

'মীনা নুংসিবীবগী ৱাদি, ঐখোয় বেরা লৈতে।'

আওরোদি নোকপতনি, ৱাদি পাক ঙাংলকলোই। মখোয় অনিনা ঐখোয়বু থোঙজিন য়ৌনা থিনজিন্বীরম্লগা হনখ্রে।

নোংঙানবগা এনতোনেলাগী কারদা লিজা লাম্প জোযি থুংলরে। ঐখোয়গী পোৎ-চৈ পুম্নমক হাপচিন্দুনা খোংচৎ অদুগী অবোইবা ওইনা সান দে পারকো

থাদোকলমদুনা থৌদোরক্লে। ঙসিদি লৈচিন নোংফাই থাংদবা ফজবা, নুংসা ঙন্না থোকপা নুমিৎনি। মদু উবদা য়ুম্বদু মোন্দা খরা নুংঙায়রমাল্লে, কাগী হিতর অমদি বাথরুমগা হিতর লোয়না থাহৌরে।

অপিরানাগা ঐগা নোংঙানবদগী করিসু চাদ্রি। লন্চসু পুং ১ দনি ঙল্লি হায়। অদুবু খরা ঙন্না থোংবীয়ু য়াবা রেস্টুরেন্ট অমা ফংদুনা চঙলে। লম্বী লমসাং অমা অমুক চৎকদৌরবনি। লন্চ ঙায়দুনা ফমলিঙৈদা ইথা থাজদনা মাওরো য়ৌরক্লে। ঐখোয়দা গুদবাই হায়বা লাক্লিবনি। ঙহাক ফম্মীন্নরবদা অপিরানা অমসুং লান্স চুরুত থকপা মপান্দা থোকখ্রে। লিজাসু মচানুপীগী মখোং য়াওবা মতুং ইন্নখ্রে। এনতোনেলা, মাওরো, ঐ ঙহাক্তং ফম্মীন্নে। ব্রা অমা নিংসিলক্তুনা ঐনা মাওরোদা হায়—

'মাওরো. সীবোদো ঐনা I am sorry হায়রকই হায়দুনা খরা হায়বীখো।'

করিগীনো হংনবদা ব্রারীদু তমবদা অনিদু নোকলে। মাওরোনা নোক্রদুনা অমুকসু ফাগী তৌরে—

'Memchoubi, you have many boyfriends.'

'Oh! no.'

এনতোনেলানা মকা লান্না নোক্রদুনা—

'Why, all the goddesses are wild. You like the goddess.' ?

'Yes, I have some wild, at my heart. Thats why I attract Ciro.

But I was tamed by my culture.'

ভান অদু কাখৎলমদাইদা ঐ ঙহাক্তং খঞ্জানৈ— ঐবু জোয়িগী মনাক্তা ফমখিগদ্রা নৎত্রগা কদায়দা। মীৎনা কুপ্পদা অপিরানা কদোমদগীনো চঙলক্তুনা ভানগী মমাংগী অহাঙবা সিত অদুদা খুদোম্বী থিন্দুনা হয়রকই—

'মেমচৌবী অদুদা ফম্মু।'

ঐ করিসু খুমদনা মমাংগী অহাংবা সিত অনি লৈবিবা অদুগী মপানথংবা মতাই অদুদা ফমথরে। মিনিত খরা লৈরগা মখোয় ইমুংদু য়ৌরক্লে। লান্স জোয়িগী মনাক্তা ময়াইগী সিত অদুদা ফমখরে। লিজানা ড্রাইভরগী ফমফমদা। মিনিত তরামুক থৌরগা ভান খামদুনা থাউ হাপচিল্লে। থাউ হাপ্পা লোয়রগা মতৈ-মনাওদু অমুক হলকলে। লান্সনা ঙংলপ তৌনা, খোঞ্জেল ফাজিন্দুনা সাওরপ হায়রকই—

'I need to sit near Lisa.'

'Sure, there is enough room.'

অদুবু লান্স কাখৎলকখিদ্রে। মচানুপী চহি ২ ফাবাৎত্রিবা অদুগী মনাক্তা ফম্বা তাখ্রে। তশেংনা ইফ ফজনা 'মেমচৌবী জোয়িনা নঙবু পাম্মী মাগী মনাক্তা খরা ফম্বীগেরা' হায়না হংলমলবদি মওং অমা ওইরমগদবনি। 'করিগী. ঐবু নখোয়গী বেবী সিত্তররো হায়না' হেক খুমদুনা থোক খৎনরুবদি ফজদবনিনা তুম্মীন্না লৈরে। হৌজিক্তি পোৎ অদু ইসেং সেংলে। অপিরানাগী পুক্লীংসু খঙলে। মওন মওন খল্লি–মখোয় মতৈ মনাওনা তৌরিবসি করিনো।

নুমিৎ অদু * য়ুরোপ্পা লাইরেম্বীনা মাগী মহৌসাগী ফজবা পুম্বা ঐবু য়েংহৌরসনু মতানি। তুরেল কয়া, পাৎ কয়া মনা-মশিং অমদি অংগুরগী লবুক কয়া লাল্লবা মতুং দা নুমিদাংৱাই, নোংজাবীনা ভ্রাভান্নরকপা মতমদা ঐখোয় সমুদ্র মপান্দা লৈবা অপিকপা সহব রাভেন্নাদা থুংলুরে।

ও ! রাভেন্না, রাভেন্নানা ঐবু নিঙমহন্দ্রে। নুংসিবী সীলাগ নহাক্কা ঐগীদমক্তা সাখিবা জগোয় অদু ঐ য়াওবা ঙমখিদে। নঙগা, নখোয় ময়ামগা জগোয় সামীন্নবা ঙমখিদে। নঙনা ৱারৌখি। মরমদু হায়বা ঙমদবগী ঐ নিংঙমখিদে। ঐনা খনখি, য়ুম হেক যৌবগা নঙোন্দা চিথি ইগে। চিথিদু পাক ইবা ঙমখিদে। মদু অচৌবা সিংনবা অমা ওইরমখি। সিংনবা, সিংনবা অমগী মথংদা সিংনবা, সিংনবা অসিনা হৌজিক্তি ঐগী পুন্সী ওইরে।

ঐনা বাভেন্নাদা সীলাগবু উখিবসি মফম কদায়দনো চপ চানা নিংসিঙবা থোক্তবে। ঐনা খনবদা ঐখোয়বু ওকলম্বা অদুদা য়াওরম্বা ওইরমাল্লে। লমসাং লাকপগী অৱা পোত্থানবা করিনো অমা থকসি হায়দুনা ঐখোয় বেস্টুবেন্ট থিদুনা চৎখি। রেস্টুরেন্ট ইথেং থেংনখিদে। বার ঙাক্তা থেংনখি। লান্স অমদি অপিরানা কদোমদা চৎখ্রবনো হায়দুনা মখোয় অনিবু থিদুনা চৎপা অদুদা সীলাগকা ঐগা চৎমীন্নখি। বাইরন বাব হায়না থাবা বার অমদা চংলুই। ইংলিস কবি লোর্দ বাইরন রাভেন্নাদা চহি খরা লৈরমখি। অপিকপা বারনি। য়ু নত্তনা অতৈ করিসু লৈত্রমাল্লে। মখোয় অনিদু থোকখবে। অমুক মখোয়গী তুং ইন্নদুনা সীলাগকা ঐগা অচম্বা ৱারী সারদুনা চৎমীন্নখি। মহাক্কী মুবপ তৌবা লেংবান য়ৌনিং য়ৌমাং সাংলব অখোয়বা মসম. ইতালিযান ওইববোই নিংই। অদুবু বৃতিস ওইরম্মী। হোয কুচুদু অতৈ ইতালিয়ানসিংদগী খরা হেন্না ঙাংসিনবগুম তৌই। মমৈথংদা অচৌবা বার অমদা চঙখি। মফমদুদা য়ুত নত্তনা চানবা অতৈসু ফংই।

* গ্রীক্কী লাইনিংথৌ জিযসকী চান্নবী। লাইবেম্বী অসিগী মমিং লৌদুনা লমদম অসিগী মমিং থোনখি।

মনুং অদু লিরবা মতমগী মওং ওইনা কে। চাফম থকফম ওইনা লৈরিবা ফমফম কা অসাংবা অদুগী মথক্তা সগায় সারগা অচৌ অচৌবা উগী য়ু বেরেলসিং পরেং সানা থমলি। মখোয়দু চহি ৫০০ গী মথক্তা লিরবা য়ুসিংনি হায়। ফক্লাংদা অফাওবা লাইয়েকপসিংগী পেন্টীংসিং থেৎলি। ভান গোগী নুমিৎ লৈ অমসু লৈহৌই। মফম অদুত য়েংবদা অঙকপা অমনি। য়ু সুংবা হৈদুনা নিয়ম নাইনা ফজনা য়ু থকপা অসি অচৌবা অৱাংবা কলচরনি হায়বদু উবা ফংই। ঐখোয়গীসু লৈজরম্মী— চাকচা-য়ুথক ফজবা। মদুদা ফমদুনা য়ু থকলমলিবদু চহি য়াম্না নহাদি য়াওদে। মফি মরোল নিংথিনা সেৎপা, লৈবাক মচা তানা ফমলগা খোঞ্জেল নেম্না ৱারী সাদুনা ইংনা নে তানা থক-চারম্মী। ঐদি নুংঙায়দুনা মথং মথং হেক চংবা য়াবা জগা য়ৌনা চংলুরে। ঐবু থেংলে হায়দুনা থিনরকলবদা থোরকখি।

ঐখোয়না অহানবা হেক চংবগা মখোয়গীদি ওদর তৌনখরে। সীলাগনা ঐগী রসা ভীনা গ্লাস অমা ওদর তৌদুনা লৌরগা ঐঙোন্দা পীরে। মতৌদু কয়াদ নুংসিশ্রবা! ঐনা নোকই, 'থক্তে' হায়রুবদা মমিৎতু লাওথোক্তুনা থাজদনা, 'য়াম্না থুম্বনি, খজিক্তং থকউনে নঙবু।'

ঐনা খুমখি— 'নহাক্না নুংসিবীবা অসিনা হেন্না থুমখরে।'

কলকতাদা অরধেন্দুনা হংখি-

'করিমফাও থক্তনা নপুঙ্গীদু করম্না হিংগনি।'

'ঐ সৈরেং থকই। নঙগী য়ুদুনা নঙবু পুঙ কয়া ঙাওহনগনি। সৈরেংনা ঐবু পুঙ্গী চুপ্পা ঙাওহনগনি।'

'অদুবুদি চুম্মীদ।'

রেস্টুরেন্টকী ৱেতর অদুনা অবাৎ, অপা হংবা থোরকখি। ঐঙোন্দা হংলৈ—

'করি থকলে?'

'I drink poem'

ৱেতর অদুনা ঙকপদু উবদা অরধেন্দুনা খুমলুই-

'She drinks peom.'

ৱেতরদু জ্ঞ্যান মাংদুনা চৎখি। করম্বা অনৌবা য়ুনো!

মদু নিংসিঙলগা ঐদি নোকনিংলে। উপায় লৈতনা সীলাগতু য়াম্না নুংঙায়তনা মাগী সরুকতু থকখরে। ওঙ্খোকপা হায়বদুনি। মফম অদুদা ভেজিতরিয়ান ঐনা চাবা য়াবা পোৎসু অমত লৈরমদরে।

বার অদুদগী থোরক্লগা ঐখোয় রিতাখোয়গী ময়ুমদা থুংলখি। মফমদু য়ৌরবদা ঐগী চোকথবা লোৎপা ঙমদরে। ঐনা হায়, ঐ য়াম্না হিপনিংখরে। অদুগা লান্স লিজা অমদি অতৈ মরুপসিংনা ফমলিবা কা অদুদগী অমদা চৎলগা থেংনবা চৌক্রি অসাংবা অমদা তুথরে। রীতানা 'সিদা হিপলো' হায়দুনা কা অমদা দবল বেদ অমদা পুবীরগা মৈ মুথৎতুনা থোঙ ঙাসিন্দুনা চৎখরে। কুইদে মিনিত ১৫ মুক্তনি। ঐগা অপিরানাগদি সীলাগগীদা লৈগদবনি হায়দুনা সীলাগগী কারদা পোৎ-চৈ হোনগৎতুনা মাগী ময়ুমদা থুংলখি। খুদক্তা অমুক মাগা থোরকখি। দিনর চাফম রেস্টুরেন্ট য়ৌরবদা ঐখোয়গী কাংবু অমদি সীলাগখোয়গী কাংবু লোয়না লৈরমখি। সীলাগখোয়গী বাভেন্নাগী কাংবুদু ওঙ্খোক্লা হরাওই। মখোয়গী মাযথোং য়েংলগা ঐখোয়গী খোংচৎ অদু কয়া যাম্না মায় পাকলবগে হায়বদু খঙই। চহি ৩০ মুক্কী নুপী অমা ঐগী নাক্তা চঙলক্তুনা--

'You write fantastic peoms!'

মাগী খোঞ্জেলদু ওঙ্খোক্লা নুংসি।

নুপী অদু ঐগী নাক্তা ফমলরে। ইবানি চানা চানা পাগদবা সৈরেংগী মথংমনাও খন্দোকই। মৈতৈলোনগী ৱাহৈ খরা য়াওবা অদুগী উচ্চারন হংই। মহাক ঐগী ইন্টবপিতব ওইগদবনি। মাগী মখুৎতা হান্না ঐগী ইতালিয়ান ট্রান্সলেসনসিং অদু লৈরমলে। মানা ঐগী ইংলিসতা ইবা Lilies on the Eather'পাবোইদ্রা হংই। ঐনা মদু ই রোন্দা ইখিবা নৎতে পারবোই হায়রুবদা নুংঙাযতনা সৈরেং অদুদা হন্না হন্না য়েংই। চাবা লোয়সিলকপদা হংলকই-- ঐ নখোযগী লমদা য়াম্না লাকনিংই। লাক্লগা ঐ ইংলিসকী ওজা ওইনা থবক ফংগদ্রা?'

'য়ারোইবো। ফোবেন্নর চংবা য়াদে।'

'Why!'

'I don't know.'

ৱাহং অসি মানা অহানবা নত্তে। ঐগা মায়য়োক্লনা ফম্বা নুপা অদুদা ঐনা ঐগী চাকলুক্তগী ঙা মচেৎ অমা লৌথোক্লগা হাপ্পীরুই। মদু মানা য়াম্না হাওবা অতাংবা পোৎ অমগুম য়াম্না পোংনা কোক কোক হুকচিন্দুনা কুৎ কুৎ যোৎসিনখি। নুপা অদো ঐগী ইন্টবপিতর অদুগী মপাং ওইবমাল্লে। মখোয অনি তেবল ৱাংমা বাংমা ৱাবী

সাগৎনরকই। নুপী অদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ, তেবল ৱাংমদা চারিবা নুপা অদুদা—

'I have been doing all the works ... no sex tonight.'

'O, you are tired!'

চাক চাবা থুনা লোয়সিন্দুনা রিদিং হোল তন্না চৎলে। ময়াই ওইনা চাউবা হোলনি। চহি ৩০ মুক অদুৱাইদগী মীয়াই ফাওবগী ভাবুক্কা চোন্না তিল্লরে। কবিবু ইরাৎপা লমনি ইতালিয়া। নুমিৎ অদুসু নিংসিংবা য়াবা অমা ওইরমগদবনি। অদুবু নুমিৎ চুপ্পা অমা নুঙগী মুর্ত্তিগুম ভান মমাং অদুদা তোংদুনা লাকখি, লাম্পতা সাওনিং খিবা অদুনা চোকথরকপদি খাংজিন্নবা উপায় লৈখিদে। ঐগী পাবা লোয়রবদা মীনিত খরদং ফমলমলগা মপান্দা চেষ্টোরক্লে। তোইলেত চঙফম মনাক্তা তেবল অমা লৈরম্মী। মদুদা কাদুনা হিপথরে। সীলাগনা ঐবু হোবে হোবে ময়ুমদা থিনবীরমলগা অমুক রিদিং মখা য়াওবা চেনখি।

রাভেন্নাদা রিদিং অনিনি। নোংজানবগী অয়ুক্তা স্কুল অমদা পাংথোকপা রিদিংদু লোয়রগা খোংনা অসুম থোরকপদা রাভেন্না সহরদা য়াম্না ফাওরিবা সিতি স্কোয়াব অদুদা তারুরে। সহর অমদা ম্যুজিয়ম অমদি অরিবা ফুরা থোযনা কল্লক্তে। সিতি অদুগী স্কোয়াবদা ঙহাক্তং ফমদুনা ওই য়েৎ য়েংবা অসি ঐগী খ্বায়দগী পামজবনি। পোৎ পুন্নমক মীওইবনা সেম্বনি। লৈসেম্বা মীওইবা অসিনি ঐঙোন্দা খ্বায়দগী ঙকলিবা, য়েংবগী অমদি খঙনবা হোৎনবদা চোকথবা নাইদবা। স্কোয়ার অদুদগী পংলাপ লাপ্তনা মরৈপাক ফ্লোরেন্সতগী লোয় থাবিখ্রবা, লোয় মফম রাভেন্নাদা অদুম থন্নায় থাখ্রবা কবি দান্তেগী মোংফম লৈরম্মী। মাগী বস্ত অমা থম্বা অচৌবা হোল অমসু লৈহৌই। অসুম চৎলগা ঐখোয় অচৌবা হোল অমদা থুংলুরে। মথক্তা লৈবা কা অচৌবা অমদা সরকারগী মশক নাইবা অচৌবা ওফিসার অমগা ঐখোয়না উন্নরকই। ৱা সাংনা ঙাংদে। মহাক্না রাভেন্নাগী ওফিসেল অমা ওইনা রাভেন্না সহর অসিনা ঐখোয় কবি অহুম অসিবু তরান্না ওকপগী ৱাহৈ খরা হায়রগা 'Ravenna, arts and history' হায়না থাবা ইংলিসকী লাইরিক অমমম খুদোল তমলকই।

অয়ুক চাকচামাংগী থবকসিং অসিগী মতুংদা সহরগী মতায়দা লৈবা চাক চাফম অমদা ঐখোয় থুংলুরে। মনিং ইথং থংবদা, মী কুনমুক চনবা পীকতক-চিনতক তৌবা কা অমদা ঐখোয় ময়াম চামীন্নরে। চীনখ্রবা মফম অদুদা ফক্লাং ময়া অমদি তেবলগী মরক অদুদা চৌক্রিসিংদু খরা খরা লৈসিল্লগা অহাংবা মফম অমা সেমলে। অদুগা কনানো অমনা ভাওলিন লেনখৎলক্লে অদুগা অমনা একোদিয়ান অমা খোংগৎলক্লে। মখোয় খুবাক খুদুনা ঈসৈসু সকলে। মদুদা জগোয় সাদবসি, জোয়ি, ঐ. রিতা অমদি মাগী মপুরোইবা অদুতনি। অপিরানাগা লিজাগা জুবা অমা ওইখ্রে। জগোয় অদু লাম্পনা

ফমদুনা মোমোন নোক্তুনা য়েংই। মাসু জগোয় সাদে। মা য়ুরোপিয়ান নত্তে অদুনবা খংদে। অকনবা পুংখোলদা জগোয় সাবা ঐগুম্বা মীওই অমনা, মেংগ্রবা ভাওলিন অদুদা জগোয় সাবিবদু ঙক্কবা ঙমদে। অদুবু ঐগী থম্মোয় যাম্না সোকখিবদি মখোয় পুন্নমক্লা ঐঙোন্দা নুংঙায়তনা য়েংবা অদুনি। মখোযগা মীৎচান্নবা ঙমদদুনা ঐনা জোয়িবু পমদুনা জোয়িগী মকমদা লোৎখি। হল্লকপদা সীলাগ মরোল লোলকখি–

'অদুগুম্বা জগোয় অদো পাক হেক সাবা নত্তে। নখোয়গীদমক্তনি। নহাক্লা য়াওদ্রিবদু করিগীনো ঐ খঙবা ঙমদে।'

ঐনসু মদু মঙোন্দা খঙহনবা ঙমখিদে। ও ! সীলাগ, ঐ মদু নঙোন্দা খঙহনবা ঙমখিদে। ও ঐ অসি কযাদা তৌবীমন খঙখিদ্রবনো !

পুকফবী সীলাগনা ঐবু থুনা ঙাকপিখি। ময়ুম যৌববদা মখোযগী থায়নগী লিববা মকপ অমা মাগী মপুরোইবা পাউলোগা ফম্মীনদুনা ঐখোয়বু ঙায়দুনা লৈবম্মী। মচানুপী চহি ১৬ সুববীদু ইচম চম্মী, অঙাং ওইনা লৈজবি। লৈসাবী ফাবগী মতৌ লেতে। মমান্নবী অমগী বার্থ দে যাওকগনি হাযদনা ঐখোযদা বীদায পীদুনা সন্ধ্যা অদুদা মথন্তা থোকখি। পাউলোনা অচৌবা এতলাস অমা পুদুনা থোবক্লে অদুগা অপিবানা ইবানিদা নবানিগী লৈফম তাকউ হাযদুনা মথং মথং ফাক্তোবক্লে। ঐদি নগানমখৈ অপিবানাগী মযুম নিউজিলেন্দ কদাযদা লৈবগে হাযবদু চপ চানগ্র খঙলুদে। উববদা ঐনা হাযকই–

'New Zeland is behind Australia '

অপিবানানা লৈযেং ইফাই ফাইনা খুমলকই- 'No, at the front of Australia '

খা-নোংপোক এজিযাগী মেপতা চাউনা লৈবিবা Chindwin দা খুদোম্বী থিন্দুনা ঐনা ঐগী লৈফম তাকই–

'চিন্দুৱিন হায়বা নত্তে, খেন্দুবিন হাযবনি। বৃতিসসিংনা হাযবা হৈতদুনা চিন্দুৱিন হাযখিবনি। ঐখোয মৈতৈবু ব্রমীজসিংনা কথে কৌই। কথেদুইন হাযবদি মৈতৈ নৎব্রগা মণিপুর ভুবেল হাযবদগী থৈথদুনা খেন্দুরিন হাযবনি। মসি ঐখোযগী ঙমখৈনি। হৌজিক্তি ম্যানমাবদা লৈখ্রে।'

মখোযগী মকপ অদু ইন্দিয়া অমদি খা-নোংপোক এজিযাগী অতৈ লমসিংদা চহি কযা লৈরুবা মীনি।

মরুপ অদুবু বিদায় পীদুনা ঐখোয় মরি কৈথেন কারুসি হায়দুনা থোরক্লে। কৈথেন্দগী সীলাগনা ঐগীদমক চেঙ অমদি থবী লৈবীরে। মখোয়গীনা থরুবা য়ু মখল মখল অমদি হয়েং অয়ুক্কী চান্নবা অতৈগা।

সীলাগ, ঐখোয় হলকপদা লম্বী লম্মাংনখি। হীয়াংগৈ থামৈগী অতিয়া অপাবা লৈচিলনা কুপসিনখ্রে। সহরগী লংলবা থাউমৈ পরেং, অতিয়াগী মুক্তাসিংগী নিংথৌ তুরেল, লোয়না লোৎখ্রে। নিন্দুংগী থাজনা লম্বী লম্মাংনদুনা তরক তরক লেপখি। নোংমা কবি দান্তেনা ময়ুম নুংসিরকপগী মৈনা চাক্লুনা মায়কৈ খংদনা মতোমতা নাইতোম পংচৎতা চৎখিবা রাভেন্নাগী লম্বীসিংদা ঐখোয়গী কার মচাদু লোয়বা খম্বা নাইদনা পংথৌদা থৌখি। ও! নহাক্লা কয়াদা বাখিবা। তশেংনদি মদু পাউলোনা তাকপা লম্বী মতুংইন্না থৌরুবদগী থোকখিবনি। নহাক্কী অদুগুম্বা ইচম চমজবা মতৌ অদুনা চহি ২৫ গী মমাংদা নয়ুম ইংলন্দ থাদোক্লুনা পাওলোগী মনাক্তা, ইতালিয়াদা লাকখিবা অদো ঙরাংতগী মতৌগুম নখোয় অনি কয়াত চান্ন-চিন্ননা ইংনা লৈমীন্নরি। নুপা অমবু করম্না ইংনা লৈমীনগদগে হায়বদু নহাক্লা খঙই মরুপ।

মরুপ অমনা পাউলোবু ঙায়বা ঙমদদুনা লম্বীদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঙসি মহাক্কী বার্থ দেনি। কারগী সেংফাৎতবা মৈঙান্দা নুপা অনিখক লেপ্লা উই। খুদক্তা কার খাম্লগা হৌজিক্তা চাক য়াম্না লামলে হায়রম্বা পাউলো কুমথদুনা লৈহৌরে। মখোয় খেংনরমদ্রবদি কয়া সাংনা ঐখোয় অহিং অদুদা লম্বীদা লৈরমগদগে খঙদে।

নহাক্লা থুনা চাকখুমদা চোংসিনখ্রবদা ঐনা তুম্মীনা নহাক্কী চাফম কা অদুদা ফম্মী। নহাক্কী চহি ২০ সুরবা মশক মতৌ ফজবা নচানুপা পাখং, শকহেনবী অমগা পিজা হৌরগা চামীন্নরম্মী। চাবা লোয়রবদা ঐখোয়দা বিদায় হায়রমলগা মখোয় অনি নুংদাং অদুদা কোয়বা থোকখ্রে। নহাক্কী কাগী ফল্লাংসিংদা মোনেত, ভানগো, হেনরি খোয়গী এক্সপ্রেসনিজমগী পেন্টিংসিংনা লৈতেংলি। ইচম চম্না তনান তনান পানবা নয়ুম অদুদা ঐনা ঐগী হৌখ্রবা পুন্সীগী অইংবা অতপ্পা অমুক ফংজখি। নঙনা ঐগীদমক্তা ফুৎখিবা হঙ্গাম চমফুৎ কয়াদ হাওখ্রবা। ঐখোয়না চাকচা তোকলকপদা পাউলো থুংলরে। অথুম্বা ঙাক্তা চাসিলক্লে হায়দুনা করিসু চাখিদে। কয়াদ নুংসিখ্রবা, পাউলোনা গ্লাস মনিংদা রসা ভিনা খজিক্তুং হৈরগা ঐঙোন্দা পী–

'অমুক্তুং থক্লুনা য়েংঙু হায়বা, ওম্বোক্লা হাওখ্রবনি।'

মতমদু অহিংগী পুং ১২ তারে, নচানুপী হলকলদুনা মপাগী মনাক্তা ফমলি। পাউলোনা য়ুদু খরগা হৈজিন্দুনা মচানুপীদা পী। মচানুপীনা য়াম্না থকনিংদনা খজিক্তুং থকই। মচানুপীবু নুংসিনা কোল্লদুনা–

'মহাক ঐগী উকিলনি। ঐবু মহাক্তনা কনবীরিবনি।'

কনাবু কনাগী মখুৎতগী কনবীরিবনো হায়বা হংলুবগী দরকার লৈতে। মবুক থন্না নুংসিবা ফংজরবা নুপানা মপুঙ্গী অমদি ময়ুমবু মীঙোন্দা পীথোকই। অদুগা করিগুম্বা মতমদা অসুন্না মসাবু কঞ্জনবা কনাগুম্বা অমগী দরকার ওই। মসিদি মফম পুন্নমক্তা থোক্লিবনি। পাউলোনা ফেমিলি এলবম পুথোরকখি। অহিং অদুদা পিক্লবা অচম্বা লমায়সিংনা মীকুপ খরতগী মনুংদা নখোয়গী চগ্রিক চগ্রাক থাংদবা অচম্বা নুংসি ব্বারী লিররি। ফোতো অমদা নহাক্লা ইমায় চোলবা তুরেলগুম তী সার্ত অমা লিৎলগা পাউলোগা নক্কনা ফমলি। পাউলোনা হায়–

'য়েংঙু মসি ঐগী ইচানুপীনা মমাগী পুক্লুংদা লৈরিঙৈগীনি। মহাক পোক্কদবা নোংমা নিনিত ঙায়রবনি'।

থংনবা লমায়দা চহি মঙামুক সুরবা মচানুপানা পোকপদা ঙায়রিবা মচননুপীবু পমলি। পাউলোনা মচানুপীদা নুংসিনা য়েংলদুনা–

'তু নঙসিদা লৈরে।'

নচানুপীনা হৈনদনা নোকফেৎ তৌখি হায়বগুম তৌখি– অসুক চেৎপা ইমুং মনুংতগী ওইবা ব্বারী অসিবু মীতোপসিং অসিদা!

ব্বারী লোয়বা নাইদে। অমগী মথংদা অমা অমগী মথংদা অমা। মতম হৌখিবা খংহৌদে। অহিংগী পুং ১ তাখ্রে। নহাক্কী নচানুপা হঞ্জিলক্লে অদুগা মাসু ঐখোয়গী ইরক্তা ফমলরে। বিয়ার নৎত্রগা রসা ভীনা গ্লাস কয়া য়াম্না থকচিন্নখ্রবনো খংদে। লংদবা মৈঙালদা ময়াই কারবা নহাক্কী মায়থোং অহিং অদুদা কয়াদ ফজখিবা। রসা ভীনা তংখায় অমগী গ্লাস অমা পায়দুনা হৌগৎতুনা থোকখ্রগা খোংথাং খরা চৎথোকলগা লৈবা অরাম চৌক্রি অদুদা সাংদোক্লুনা নহাক ফমথখি। অদুগা তপ্না হায়খি–

'Your heart never grow old.'

কয়াদা ইংখ্রবা কয়াদা নে তাখ্রবা পুঙ্গীনো। নহাক্কী নচানুপী অমদি মচানুপা ঐ, অপিরানা মথং মথং গুদ নাইত হায়নরগা কাদা চংনখি। ঐসু চংখি। ফমুং অনি থাবা অপিকপা অতিথী থুংফম কা মচা অদুদা। ফক্লাংদা মোনেৎকী বসন্তগী লৈবাংনা ফুগায়না সাৎলবা লৈকোনগী পেন্তীং অমা। অপিকপা ফ্রেম অদুদগী নানথোরকপা লৈনমনা ঐগী থম্মোয যৌরকখি। পুঙ্গী লিসাং চুপ্না মঙ অমা লাম লামদুনা হৌখ্রে। অসুন্না হৌখ্রে, অমুক লাক্লবোই।

অহিং অনিগী তুংদা রাভেন্না থাদোকলম্লগা অদেম্লিন চীংসাং লানথোক্লগা লৈবা ময়াইথংবা ইতালিয়াগী ফ্লোরেন্স সিতি মায়কৈ তমলকলে। চীংসাং অসি ইতালিগী অৱাং অমদি খা থুংনা সন্দোক্লুনা লৈবা সাংলবা চীংসাং পরেংনি। ঐখোয়না চৎলিবদু মেন রোদ নত্তবা অতোপ্পা চীং লম্বী মচা অমদনি। পুক্লীংগী চোকথবদি খজিক্তুং ফবগুম তৌই। অদুবু হকচাংগীদি ইহন হনগৎতবগুম তৌই। ঐদি মনিংগী সিত অদুদা চংদুনা হিপথরে। লাক্সনা ময়াইগী সিত্তা মচানুপীগী মনাক্তা, অপিরানানা মমাংদা লিজাগী মনাক্তা। পুক্সীদা অদুক থেকপা চীং লম্বী চৎখিদ্রি। জীরী লম্বীদু ঙায়খ্রে। জোয়িগী নিঙাইসু লেপ্পা লৈখিদ্রে। কুকি চাগে, এপল পীয়ু, বেবী পীয়ু, লাইরিক পীয়ু, মখাদা থাংথবীয়ু . . .। ঐনা তপ্পা লাক্সতা হায়— 'অঙাং অপিকপা অমগা ঙহাক সান্নমীন্নবা হায়বদুনা অমনি। অদুগা মাবু সেন্নবা য়েংসিনবীবা হায়বসি থা থাগী থবক নত্তে।'

মহাক করিসু খুমলক্তে। সাংলবা সাথিবা থেক খোয়রবা চীং লম্বী অদুবু মায়য়োক্লদুনা থৌনা ফনা থৌরীবী লিজাবু ঐ থাগৎতবা ঙমদে। ঐদি মহৌসাদগী অঙৌবা জাতীগী নুপীসিং অসিবু য়াম্না ৱাংনা লৌজে। নুপীগী ইতিহাসতা অহোংবা পুরক্তুনা নুপীবু মীওইবা অমগী চপচাবা ব্যাভার নমদুনা লৌখিবা য়ুরোপকী নুপীনি। অদুবু লিজানা অসুক য়াম্না অৱাবা খুদোংথিবা ময়াম অমা মায়য়োক্লরিবা অসি করিগীনো ঐ ঙক্তবা ঙমদে। ঐগী চোকথবদি হায়নিংঙাই লৈত্রে। থম্মোয় অসি হকচাংদগী চোংথোকখিদৌবে। গারী অসি ঙহাক্তুং খামদুনা পোত্থাবনা ফগদরা হায়না কন্না খলকপা মতম অদুদা গারী অদু লম্বীদগী কুমথদুনা লম্বী মচা অমদা চংলগা চীংলক অদুদা নাইতোম য়াম্না থাজদনা লেপ্তুনা লৈরম্বা য়ুম অমগী মমাংদা থাবরে। হুই খবা গৌ গৌ খোংলকই। মসা মউ য়াম্না ফবা, নোম্লুকপা, চহি ৩০ মুৰ্কী মরেপ ৱাংবা নুপা অমা থোরক্তুনা ঐখোয়বু ওক্লরে। ওন্থোকপনি, মাগী মমিংদু কাওখরে। লিজাখোয়গী মরুপনি। লিজানা জোয়ি পোক্লবা মতুংদা থা খরা য়ুম অসিদা পোত্থাদুনা লৈরুই হায়দুনা তম্মী। মখাথংবা অদুনা সীংগৈ অমদি হুইগী ওইরগা লৈফমদি মথক্কী কা অদুদনি। চীংগী লম ওইবনা নুংসিৎ য়াম্না ইংই। ঐদি মৈ থারিবা লৈরং অদু উবদা চুমদ্রিং চংদুনা ফমলুরে। জোয়িদগী থা খরা হনবী নুপীমচা অমগা সান্নমীন্নরদুনা মাগী নুপীসু লৈরম্মী। মৌনহা অদো অমসু অমুক পোক্কদৌরে হায। ইংলিস ঙাংবদি ঙমদে। লিজাগী মরুপ অদুনা ঐখোয়দা কোফি ফোং ফোং সাবা কপ অমমম পীবে।

মরুপতুগা লোয়ননা পুংখায়মুক থৌরগা রেস্টুরেন্ট অমদা থুংলুরে। ঐ হান্না খজিক্তুং চারগা ইতোমতা ঐখোযগী থুংফম অদুদা ঐ পোত্থারুনবা থোরক্লে। মদু ত্রেনিং সেন্টর অমনি। মী তককমুক্কী লৈফম লৈ। ঐদি রিদিং অদো য়াম্না চৎনিংদ্রে।

অদুবু তঙায়ফদনা য়াওরুরগা থুনা অমুক হলকপা হায়দুনা হায়নরগা চৎলে। চীংখাদা লোয়রোই লোইরোই অসুম থৌথরগা ফজরবা তম্পাক অমদি পিকতক তৌবা তাউন অমা থেংনরে। তুরেল অমা থেক্লা খোয়না চেহ্নরক্লি। ওহ্নোক্লা নাল্লি। নম্বুল তুরেল হেক উবগা ঐনা মিৎ উইসিন্দুনা চৎপদু নিংসিঙলকই। লোৎপা ঙমদদুনা ঐনা হংলুই—

'নখোয়গী তুরেল অসিদি ফজনা থমখ্রেদা, কলকচখ্রেদা ঐদি।'

লিজাগী মরুপনা খুমলকই—

'চহি মঙারোমগী মমাংদা লাকলম্লবদি খঙগদবনি। নহারোল ময়াম চঙদুনা কন্না হোৎনবদগী সি তারকলিবনি।'

মখোয়গী তাউনগী স্কোয়ারদা লাই হরাওবা লমথোকপগুম কুম্মে তৌরম্মী। ভিক্তোরিয়ান পেরেতকী অঙম অথৌগুম কেনা সেৎলবা পাখং লৈসাবী অহল-লমন খরা কুম্মে তৌফমদা লেপলি। খরনা পুং য়ৈরি খরনা ফিরাল হায়দুনা কুম্মে তৌরি। হৌজিক্কী অনৌবা মতমগী সুত নিংথিনা সেৎলবা ময়ামনা কোয়সিন্দুনা য়েংলি। মাযকৈ অমরোমদা মৈজাও হৌদুনা খাংজাও খাংজাওদা চেসনত ঙৌরি। য়ু অনৌবা মহাও তংবগী কুম্মেনি হায়। ঐখোয়গী অয়াংলৈমা কবোক চায়বা অমদি গানঙাইগী কুম্মেগুম্বনি। অরাং ইতালিয়া লানথোরকপদগী অংগুর অমদি ওলিপ পাম্বীগী চীংমায় ঙাক্তা ঙায়হৌবদু নিংসিঙলকই। মখোয়গীদি য়ু হায়বসি যাম্না মরুওইবা চিঞ্জাকনি। কুম্মে অদু য়াওদুনা য়েংদুনা লৈরবদি হকচাং অসি খরা তেখৎকদৌবোই নিংই। অদুবু হোল অমদা চংলে। কুম্মে অদুনে, মী ইরাক লাক্লরোইদবগুম খল্লুই নোংসু মকুপ মকুপ চুরি। অদুবু ইতালিয়াদা সৈরেংগী ভাবুক রাৎপা লৈতে। ঐনা হান্না পারগা রাভেন্নাগী মতৌগুম পাবা হেক লোয়বগা ঐবু থিনবীরক্লে। ঐবু থিনবীরকপা নহা অদো অনৌবা ইতালিয়ান লিতরেচর য়াম্না খঙবা অমা ওইরম্মী। লম্বীদা মাগা রারী সানবদগী ঐসু খরা খংহৌই।

. . . কনানো অমনা অমমবা অদুদা ঐগী থোঙনাউ কাখৎলক্লুনা থোঙবা অদু থুদেকলগা চংলক্কে তৌই। মীকপ খংথোক থোকই। ঙক হায়গৎতুনা লুখুমগী থোঙনাউদা য়েংই। করিনো হুরানবা চংদ চংলবগুম কোয়য়েং য়েংই। কনাসু লৈবমদে। পুংদি অহিংগী ১২ দা মতারি। পুক্নীং নিংকোক নিংকোক লাউরকই। বাথরুম তোঙান্না লৈ। থোঙ হাংদোক্লুনা থোকখিবদা লিজা অদো মখুৎ অনিনা জেকেতকী ফুরিৎখাওদা হুমজিল্লগা মমিৎ ইয়ুং য়ুংনা য়ান্না। তেন্স ওইনা চৎতুনা লৈরম্মী। আ মতায়দা লৈবা খোঙ লোল্লিবা মখোয়গী কাদগী জোয়িগী সেংফাৎতবা মীকপ তারকই। চাউখ্রবা মাঙ্গোন ওই চাফম কা ওইনা লৈবা কোরিদোরদু মৈনা পুমঙান ঙান্না খাঙ্গৎতুনা লৈরম্মী।

ঐ থুনা থোরক্লগা ফমুংদা চঙলে। পাক তুমথবা য়াদে। অপিরানানা হায়খি--

'ঐনা কোয়চেন চেল্লিবদু মখোয় মতৈ-মনাওগী মরৈ য়েৎনবা, খৎনবা তানিংদদুনা তৌবনি। প্রোব্লেম অসি মেরিগী নত্তে, মখোয়গীনি।'

ঐদি ইসাগী অৱা অনাসিংবু লাকসিনবা ঙমনবা অমদি রিদিং অসি মায় পাক্লা য়াওনবা হোৎনবদা ওই য়েৎ য়াম্না য়েংলুবা ঙমদে। অদুবু লুরিবদি উদবা য়ারক্তে, উরকই।

নোংঙাল্লকপদা তারে, অপিরানাগী ঈসৈ মপোৎ য়াওবা সউনগী বেগ অদু মাঙহৌরে। ঙরাং অহিংগী মঙ অদুমকনে, ঙক্তবা ঙমদে। অয়ুক অদু ঐদি জোয়ি পুদুনা অসুম থোকখিবদা ঐখোয়গী লৈফম অদুগী মনিংদা অঙাং সান্নফম পার্ক অমা লৈরম্বদুদা জোয়িগা চীংগী নুংসিৎ অসেংবা অদুদা সান্নমীন্নদুনা লৈরে। মমাদু খরসু কোমজসনু খল্লি। হুরানবা অমনা ঐখোয়বু কোয়সেল সেন্নরিবগুম ফাওরকই। পংঙম ঙমদবা চীংমায় অদুদা হৌরিবা লোক্কদৌবদ ভায়রবা অমুনবা মহৈতনা লুমথরবা ওলিপ পাম্বীসিংদুগী মরক্তগী ফাওদোরক্তুনা কদোমদগীনো লিজা ঐখোয়গী ইনাক্তা লেপলরে। সনা মচুদা ৱাওথাংনবা সাংলপ তৌবা সম্লাং, চীংগী নুমিৎনা হায় হুমলি। সুইজ জাতিগী মমিৎ লাইত ব্লু অদুদা করিনো হায়ফম খংদবা ৱাখল অমনা সান্নরিবদু উরে।

'মেমচৌবী, প্রোব্লেম অমা লৈরে।'

করি অনৌবা! ঈসৈ শকপা কলাকার অমগী ঈসৈগী যন্ত্র পুন্নমক, গীতরদুতং নৎত্তনা মাংখ্রে। মখা তারকই--

'ঐগী এক্স-বোইফ্রেন্দু সিৱাইসিদা লৈরম্বগী ৱানি। ঐদি মদুগী ভাপ ওইরুদে। লাম্সকা মাগা উনহনগদ্রা উনহন্‌লোয়দ্রা ঐ ভাপ অমা তাদ্রে।'

'উন্নরগসু উন্নরে। অদুবু কৈদৌই হায়রিবনো। হৌজিক্তী মহাক চুম্নগী মরুপ অমনি। হৌখিবগী ৱাদি হৌখ্রে। মদুগী করি মথা সানিংঙাই লৈ।'

ঐনা য়াম্না ভাপ তাবা সারদুনা ৱাফমদু ইরাই লায়থোকহন্নবা হোৎনৈ। মদু তাবদা মহাকসু খজিক্তং ইংবগুম তৌই। ঙহাক্তী মচানুপীদু কদায়দা লৈবগে হায়বা কাওবগুম তৌই। মচানুপীদু নিংসিঙলক্তুনা মনাক্তা চঙসিন্দুনা পমগে তৌই। জোয়িনা মরোল অমা, উগী কাখৎ-কুমথ সান্নফম মথক অদুদগী মমানা পমদুনা লৌথগে তৌবদু যাদ্রে।

পোৎ মাংখ্রে হায়দুনা কুইনা তাউন অদুদা পম্থদুনা থিদুনা লৈনবা মতমস্য লৈতে। পোৎ-চৈ পুন্নমক হাপকৎতুনা চৎনবা থৌরাং তৌরে। ঐখোয় ব্রা মচেৎ অমতা ঙাংনদনা তুমীন তুমীন ফম্মী। ঐদি অপিরানাগা মীৎচান্নবা ঙমদ্রে য়াম্না সাংনা চৎকদৌবোই নিংলুরে অদুগা পুং অমগুম্বা তম্পাক্তা থৌরগা ইনক নক্কা ফ্লোরেন্স সিতি মনুং চঙদুনা ভান খামলে। সিতি অদুগী মওং মতৌদু নেপলগুম য়াম্না লিমনলকপা অমদি মনলকপগী মওং অমা ফাওরকই। ঐনা অরভিং ষ্টোনগী মাইকেল এঞ্জলোগী বাইওগ্রাফী "এনগোনি এন্দ এক্সতেসী" পারুবদগী কলাকার অদুগী পোক্লফম ফ্লোরেন্স যাম্না য়েংনিংখি। ফ্লোরেন্স মাইকেলগীত নত্তে, লিওনার্দো দা ভেন্সী অমদি দান্টেগীসু পোক্লফমনি। হায়না হাযনা সিতি অদু য়ৌরকপদা ইতালিয়াগী নুংগী থব্রায় অদুগা ঐগী থব্রাযগা হকথেংনববগুম থম্মোয়দা ফাওবকই।

ঐ ফ্লোরেন্স য়ৌবেকো খল্লুবদা খংহৌদনা য়াম্না নুংঙাযবা অমা পোকলকই। ঐগী চোকথবা লোয়না কাউখ্রে। থুনা ঐগী কাগী সো হোতেলগী বিসিপ্তসনিস্ট অদুদা পীবমলগা থোরকলে। পুরা নেপলসনি। অখুবা সহরগী চপ চপ মান্নবা লম্বীসিং, কদোমদা থোকলগা কদোমদা হঞ্জীল্লকদবনো য়েংদুনা ইথন্তা হনগৎ-হন্দা য়েংলিঙৈদা ঙবাংগী বিদিং মফমদা ঐখোয়বু থিনবীবকখিবী নুপী অদুগা অপিরানাগা লম্বী অমদগী পোবকলে। কদাযদা চৎলিবনো হংবদা ফ্লোবেন্সকী কোনুং যাম্না নক্লে। মদু য়েংবা চৎলির্বনি হায়বে। তৌবতবু হান্না অয়াবা লৌগদবনি হায়। ঐনা হোতেলগী মীথুংফম কাদগী চে অমদা মদুগী ব্রা থেংনবকলবনি। অদুবু ইতোমতা চৎকদবগী সরুকপুদি খন্দুনা মখোয়গী তুং ইন্নবে। সাংনা ঙাযদুনা হংলুবদা মতম হেনখ্রে হাযবে। মখোয হোতেলদা হনমীন্নখ্রে। ঐদি ইথন্তা সুম থোরকপদা ইনক নক্কা স্কোয়াব অমা থেংনবে। ও সি লৈরর্বদি ইবাই লায়রে, ঐ করিসু মাংনিংঙাই লৈতবে খন্দুনা মাংদা সাংনা নাপীদা ফৈজোম ফৌবগুম লৈবিবা ফ্লোরেন্সকী আরনো তুবেল তোবর্বান মতুংইন্না অদুম চৎলে। সন্ধ্যা মমলি মর্মলি তৌরম্বদগী হৌজিক পুমম মমসিনখ্রে। নোংসু চুথরক্লে। ঐগী জেকেতকী হুদ লৌথোকলগা কোক্তা কুপসিন্দুনা পম্থবা নাইদনা অদুম চৎলে। তুবেল মপান্দা কোয়নগী মহা ও অঙাং ওইবিঙৈ নম্বোলদা চহি খরা লৈবকপদগী খঙখ্রবনি। মসি নিসা অমনি। থোংজাও অমা লৈরমলিবদু লাম্থোকলগা অমুক মাঙলোমদা চৎপা হৌরে। অইংবা নুংসিৎনা যৈবদু খরা তেখৎপগুম তৌই। তাম্না চর্চগী অব্রাংবা মতোনসিং থিনগৎতুনা লৈরিবা সিতি অদু নুংদাংগী মৈঙাল অদুদা ওষ্ঠোক্লা নুংসি। ঙক ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা নুংসিৎ অদু নাতোন্দা সাংনা চিংসিন্দুনা খল্লি –

'নুংসিৎ অসিমক মাইকেল্, লিওনার্দো অর্মাদ দান্তেসু হোনখি।'

ৱারদুনা ঙহাক লেপলগা নোংজুথাগী ইমায় চোল্লবা ঈচেল অদু য়েংদুনা লেপ্লী—

হে লাইবক ফবী, নৌবা লৈত্রবী মনবা নাইদ্রবী আরনো, ঙসি নঙগী নথাদা মিৎকুপ মতং লেপ্তুনা পুক্লীংগী অইংবা নিজরি, মমল ওইনা মীৎতগী পি খরসে লৌহৌরোকো!

স্কোয়ার অদুদা হলক্লে। অদুবু অসোম নাকনগী চৎহৌদবা তোবর্বান নাকন অদুনা ঐবু কৌবগুম পাক হঞ্জীনবা ঙমদরে। ফরে, খজিক্তংদি চৎলুখিগে। খোংথাং খরদং চৎখিবদা ঙায়রি— ফ্লোরেন্সকী লিরবা সনাকোনুংগী ময়াইমক্ত ঐ জ্ঞ্যান তারক্লে, ঐনা চঙলুরিবসি কদায়দনো হায়বদু। ঐনা ওই য়েৎ য়েংদুনা আরপকী ৱারীগুম মথং মথং চংসিল্লি। মসিগী য়ুমসা-কৈসা অসি ঐনা য়ুরোপকী আর্তকী ইতিহাস পাবদা থেংনখ্রে। ওই য়েৎ অনি ওইনা লৈরিবা সাংলবা হোল অদু লানথোকলগা সনা কোনুংগী স্কোয়ার তাকুবে। কোনুংগী মরুওইবা মল্লবা দলান অদু হৌজিক ম্যুজিয়ম ওইদুনা থনম্মী। অদুগী দলান অদুগী হেক থোঙজিন কাফম অদুদা পাখং মপুং ফারকপগী যক লাওনা ফজবা অমদি চীংলেম্বা মতৌবু ফোংদোক্তুনা অঙৌবা মাবর্লদা হকখিবা ঙক থেক্লা ৱাংলবা মাইকেলগী নুদ দেভীদ লেপতুনা লৈরম্মী। অশেংবা অদুদি ম্যুজিয়ম মনুংদা লৈ, মসিদি দুপ্লিকেতনি হায়। অদুবু মসিনসু য়ারবজাৎনি। দেভীদতা নত্তে, অতৈ অতৈ ৱাংলবা ফজরবা মুর্ত্তি কয়া লৈরি। স্কোয়ার ময়াইমক্তদা কনাগুম্বা অথৌবা অমা সগোল সয়াং থক্তা নেৎ, য়েক্লা মায়থি পীবমলগা হলকপগী লাইফ সাইজদা অহকপা মুর্ত্তি অমা, নুপা ওইবগী মতিক উৎতুনা ঙানথোইরি। মসা পাতক, অথৌবা থাঙগী ময়াগুম থৌরবা অথৌবা লাইনুপা অমা, নহা ওইরিবী লোংনা তাদুনা লৈরবী লাইরেম্বী অমগী থোৎলবা থবাক্তা নেৎতুনা নুপা থোক্লা লেপলি, মখুৎ য়েৎতা মখুম য়াওদবা থৌববা থাঙসাং অদুগা মখুৎ ওইদা লাইরেম্বী অদুগী লুরেন। মদু গোংগোন্দী নত্তে, করম্বা মিথোলোজীনো খঙবা ঙমদরে। মসিনি য়ুরোপকী সিভিলাইজেসনগী য়ুমফম — নুপাগী মতিক মথৌনা ইরাৎপদা সাগৎখিবা। লাইরেম্বী লাৎপা, ফৌ থাবগী কলচরনা পুথোরকপা, লাই হরাওবগী লাইরোইদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী থৌরি চিংনবদা লাইরেম্বীনা ঙমহনলিবা মীওই কাংবু অমদগী লাকপা ঐগুম্বা অমদা মসি খংবা ঙমদে। লিজানসু হায়খি মদু ওম্ভোক্লা ভাইওলেন্স ওইমনখরে। মসিমক্কনি এজিয়াদা নুপীসিংনা থায়নগী অচম্বা পুক্সী অমদা চেৎনা য়ান্দুনা মসাগী মশক তাকচনবা হোৎনরিঙৈ মতমদা য়ুবোপতা নুপীসিংনা নুপাগা সিংনদুনা মসাগী মশক থিখিবা।

ঐনা হোতেলদা হল্লকপা মতমদা নুমিদাংবাইগী পুং ৭ তারে। পুং ৪ অদুবাইদগীনি ঐনা কোয়রুবদু। ঙহাক পোত্থারগা পুং ৭.৩০ দা ঐখোয় দিনর চাবা

থোরক্রে। ঐখোয়গী ওর্গনাইজরদু সাইকল অমা পুদুনা লাকই। মাগা খোংনা অসুম চৎলি। খোংনা চৎলিবা অদুনদি ইনক নকলমগদৌবোই নিংলুই। ফ্লোরেন্সকী অয়াম্বা লম্বীসিং য়াম্না পিকই। খোংনা চৎপনদি চপ চাবা জাৎনি। তৌবতবু ৱাখলনা ইনক নকলমগনি খল্লুবা অদুনা ইৱা ৱাহৌদে। ফনা সাংনা চৎলগা লৈরম্বনি। য়ুগী ৱাদি ফ্লোরেন্স হায়বা মফম অসি ইতালিদা খ্বায়দগী চাউবা মফম ওইরমগদৌবোই নিংই। য়ুগী য়ু মক্তনি। হোয় রোমদি চঙলক্তবনা খঙদরে। য়ুগী ৱাদি ইতালিদগী ফ্রান্সনা হেল্লি হায়। মদু খনবদা মম্মী। চাকচা তোকলগা রিদিং মফমদু চৎলিবনি হায়দুনা অমুক চৎলে। মদুসু নকলমগদবোই নিংদুনা ইৱা ৱাদনা পংচৎতা চৎপদা কোন্না ঐ খোং থাংৱা ঙমলক্তরে। ঐদি চৎপা পাম্বনিনা চৎপসিদি ফনা য়াম্না চৎখরে। জুকো চৎলুবা অদুসু পনবা য়াই। নুংদাং অদুদা ফ্লোরেন্স সিতি থুংনা চৎলিবদু কিঃ মিঃ কয়া ওইরিদৌনো খল্লুবদা মম্মী। চৎনা চৎনা থেংনরকপদা পনবা য়াবদি দুমো হায়না খঙনবা অচৌবা চর্চ্চ অদুনি। ফ্লোরেন্স সিতিদা মদুসু তুরিস্ট সেন্টর অমনি। লমকোয়বা কয়া মদুত য়েংবা লাক্করিবনি। অদুবু লাইসং অচৌবসি ঐ হৈনদে। চৎনা চৎনা য়েং য়েংদুনা অদুম লাকই। মীৎকুপ অমতা ঐ মদু য়েংনবা পম্থরক্তে। ঙক থেক্লা ৱাংলবা, লিরবা অচৌ অচৌবা সিনেগোক অমসুং চর্চ্চ অহানবা ঐনা থেংনখিবা অসি জেরুসলেমদনি। অঙাং ওইরিঙৈ ঐগী ইপাগী ইতিহাসকী লাইরিকসিংদা থেংনবা থায়নগী অবিবা অচৌবা লাইসং মন্দীরসিং উরগা ঐনা যাম্না ইকায়জখি। অহানবা ওইনা মদু উবদা ঙকখি, কিখি। ইসা অসি পীশক পীকসিলক্লুনা ইসোন সোম্থরকখি। জেরুসলেমগী মিসখেনোৎ সা আনিনমদা মরুপসিংনা মখোয়গী সিতি অসিদা ঐগী এক্সপবিয়েন্স হংবদা ঐনা খুমখি—

'নখোয়গী অৱাংবা অচৌবা লাইসংসিং অসি ঐদি ওম্থোক্লা কিজখরে।'

'করিগী'

'নখোয়গী ঈশ্বরবু বন্দী ওইনা অচৌবা য়ুমসিং অসিদা ফাজিন্দুনা থম্বীগদৌরিব্রা?'

'এ! নখোয়গী ঈশ্ববদি কমদৌনা করম্না লাৎলি?'

'মাগী মহৌসা ওইবা অসেংবা সক্তম অদুদা— ঈসিংদা নুংসিৎতা লমহাংদা ইহাং হাংনা মনিং তম্না।'

'ৱা!'

মখোয়না ঐঙোন্দা ঙক্লা য়েংদুনা লৈখি।

কনানো মদু মাওরো ওইরম্বা য়াই, মানা হায়খি— 'মেদিয়াবেল মতমদা অসিগুম্বা অচৌ অচৌবা লাইসংসিং অসি সারগা ঈশ্বর হায়বসি অসুক্কী মতিক অচৌবনি অকনবনি অদুগা মী হায়বসিনা অসুক্কী মতিক পীকপনি অসোনবনি হায়বা উৎনবা সারম্বনি।' ঐগী অপিকপা লাইরবা ইরৈপাক অদো অসিগুম্বা কিরবা ৱাংলবা ইতিহাসকী অমন-অতেকসিং অসিনা ৱাই চিনহন্দে, কয়াদ মরাইবক ফখ্রবনো। মীওইবা অমা ওইনা, মী ওইনা ঐখোয় অদুম হিংলকলি। মীওইবনা মীওইনা হিংবা হায়বসিনি খ্বায়দগী ৱাংবা কলচর। তশেংবসু অচৌবা লাইসংসিং অসিগী মরুমদা মী খরনা সক্তি পায়দুনা মীওইববু ওৎপগী সাংলবা ইতিহাস লৈরি। মীবু মী খরনা ওৎপা অদুনা সভ্যতা ওইরবদি অদুগুম্বা সভ্যতা অদু অরেম্বনি। মীওইবনা মীওইবা ওইনা মনিং তম্না হিংজনিংই। ঈশ্বরদা য়ুমফম ওইবা ধর্ম্ম পুন্নমক মাংখ্রগা মীদা য়ুমফম ওইবা মীওইববু নুংসিবা মীওইবগী হক ঙাকপা হায়বা অসিনা ঙসিগী অনৌবা চাউখৎপা মতম অসিগী ধর্ম্ম ওইরক্লি।

হায়না হায়না চাউথ্রবা ৱাংখ্রবা চর্চ্চ অমদা থুংলুরে। সাংনা প্রামদা ইল্লগা পুরকপা জোযি অচৌবা হোল অদুদা থাদোকপীবদা হরাওজবদা লোয়বে। ফংসনদি চঙখিবদা হৌরমলে। চর্চ্চ অদুগী পাকখ্রবা অলতরদা কার্পেত থাদুনা নুপা অমা সিতাব খোংলি, কনানো অমসু তবলা য়ৈরি অদুগা মী অমনা গীতর খোংলি। ভাবুক্কী পংয়াম যামলমদ্রি। অলতর অদুগী ময়াইমক্তদা ৱাংলবা ফক্লাংদা লাইফ সাইজদগী খরা হেন্না চাউবা খ্রাইস্টকী মুর্ত্তি অমা পাং তিংদুনা থমলি। মদুদা ফমলমলিবা লৈরমলিবা মীসিং অদুগী মায়থোংদি জগোয় রাস য়েংবা লাকপগুম্মী। হোল অদুগী হেক মপান্দা অচৌবা কা অমা মঙ্গোন ওইনা লৈ। মদুদা চান থক্লবা ময়াম অমা তেবলদা সন্দোক্লুনা অরাকপা মীসিংগীদমক থমলি। সিলমলিবা মওংদি ম্যুজিক অমসুং সৈরেং থংন থংননা য়ানসিন্দুনা অঙকপা রস অমা লৌনবনি।

লমসাং লাকপগী সোর হোন্দোক্লুনা ঙহাক্তং ফম্মী। ঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংলুবদা ফক্লাং থুংনা সেন্ট কয়াগী পেন্টিংতনা খুরক হাংদনা লৈরম্মী। ফ্লোরেন্স সিতি অসিদি ইন্দিয়াগী কতক সিতিগুম্বনি। চর্চ্চকী সিতিনি। মাইকেল এঞ্জলোগী লা কাপেল্লা সিসতিনা য়েকপা চর্চ্চ অদুদি রোম সিতিদা লৈ হায়। হৌজিক্তা সহরগী লংলবা মৈঙালদা মমাই লিসিং লোঙবা মনি অশংবগুম নিক নিক লাউনা লেপহৌরিবা অকিবা ফংনা চাউরবা ৱাংলবা দুমো। অদুদগী হেন্না চাউবা চর্চ্চ অমা রোমদা লৈরি। মদুদা য়েকপনি। অবোইবদা তারম্বদি খ্রাইস্টকী মুর্ত্তি অদুদনি। ওম্থোকপা মফম অমদা হেক সিলমইদকো! ঐ মদু য়েংবা ঙমদে। চহি ২৫ গী মমাং, সেপ্তেম্বর থাদা লোকেন্দ্র অরাম্বমগী দোকুমেন্টরি প্লে 'ইরাবত' অহানবা উৎপা নুমিৎ লিলা লোয়রদুনা খোরকপদা

ঐনা মী অমা উখি। মী অদো হোল মনুংগী চংফমগী থোঙজিন অদুদা অঙৌবা ঙাক্তা সেৎলগা চৈসু অমগা লেপলম্মী। সোল্লবা পারবা সবান, লৈবাকুন্না মুরবা চপ্লবা অইংবা মায়থোং, থৌজাল অমদি মীনুংসিনা থল্লবা অহাংবা মীৎয়েং। নোংঙাল্লগা মকুপ খরগা সঙাইব্রৌ হায়ব্রা নিংথেমকেল হায়ব্রা এল এফ স্কুল মনিংগী চর্চ্চ অদুদা চৎখি। লাইখুরুমফম হোল অদুদা পাং তিংবীরবা খ্রাইস্টকী মুর্ত্তি অদু উবদা খংপ্রেক খংখি।

তুরেল মপান, অমনবা সনা কোনুং, দুমো, সহরগী অহিংগী চিল্লবা লম্বীসিং অদুগা চর্চ্চ অসিদা থেংনরিবা ফিভমসিং অমগা অমগা য়েৎসিন্নদুনা ঐ কোক ঙাওরে। ঐনা লাঙ্গতা হায়রে– ঐদি হান্না পারগা চৎখ্রগে।

সিতার অমদি গীতবগী যুগল বন্দী অদু লোয়বগা ঐগী সৈবেং পাবে। ঐগী ইন্টবপিতর অদু লোন ৮ ঙাংবা যাম্না ফাওবা রোগ সিংগবনি হায়। অদুবু মা উবদা ঐদি ইপা পাখৎলি হাযবদু হেক য়ৌই। মহাদেবগুম জোতা তাসিনখ্রবা সাংলবা সময়াম, লৈখোম লৈনাং তৈবরা অমনবা জীন খোংগ্রাউ অমদি খোংউপ ।মখুৎ অমদি পাম্বোমদা যেক্লীবা তেতু মযাম, মনাতোন্দা যাল্লিবা রিং, সাংলবা খুজিন, পুন্নমক অসিগী মথক্তা হৈনদবা মনম অমসু নম্বা। মহাক্লা ঐগী নাক্তা চঙদুনা ফম্বা ঐগা ৱাবী সান্নবা হোৎনবা, ঐগী ইংলিস করম্না ঙাংবগে খঙনবা হোৎনবা, ঐ মাগী মতেং পাংবা ঙমখিদে। থুনা হোল অদু থাদোকলগা চেন্নীংখি। সৈরেং হেক পাবা লোয়বগা হেন্দ বেগ তাপ পাযখৎতুনা চৎপা হৌরে– 'সিনোরিতা'

হন্না য়েংথোকলুবদা নুপা মীয়াইদগী খরা লৈসিল্লবা অমা ঐঙোন্দা কৌরম্মী। মাগা খুৎ সোক্লরে। নাকন্দা অনোক অমুবা উপ্পা নুপা অমগা নুপী চহি মীয়াইগী অমগসু লেপ্তুনা লৈরম্মী। অনোক অমুবা উপ্পাদু মনাওনুপানি, মমিৎসু তাংলবনি অদুগা নুপীদু মাগী নুপীনি হাযদুনা তাকলে। মমিৎ তাংবা মনাওনুপাদু ঐনা হান্না চঙসিন্দুনা মখুৎ সোকতুনা কৌকরে। মানা কয়াদা হরাওখ্রবা! মখোয়গী পোলিতিকেল প্রোব্লেম অমদি অতৈ অতৈ ৱারী খরা ঙহাক লেপসা সারমলগা ঐ বিদায় নিদুনা নাম্থোরক্লে। ঐগী সৈবেং লোয়রগা ম্যুজিক্কী প্রোগ্রাম অমা অমুক হৌখ্রে। মীসু তপ্পা তপ্পা থনগৎলক্লে। মপানগী মাঙ্গোন কাদু হেক য়ৌবদা নে হেক তায়। লিজাদি জোয়িগী মখোং সেনবদা ঙহাক্তা সংদে। সুকপ কপ্তুবা সান্নদুনা লৈবা, মীতেক-মীবৌ খঙখ্রবা, ওম্থোক্লা নুংসিবা অঙাংনি। মখোয় মমা মচাগা ঐগা হনম্মীনগদবনি। লিজাবু য়েংদুনা ঙহাক লেপলিঙৈদা ঐগী চহি লেঙগাগুম্বী অমা চঙসিলক্তুনা ঐবু কৌববে। ৱারী সুম সান্নরগা, ঐগী ফনেক অদু য়েংলগা হায়রকই–

'নহাক অসে ইন্দোনেজিয়াগী মী য়াম্না মাল্লি। ঐগী ইপুরোইবদো ইন্দোনেজিয়াদগীনি।'

ঙহাক লক্কক লক্কক তৌরগা তপ্না হায়রকই–

'মহাকলৈখিদ্রে। নুমিৎ ১০০ গা ১০নি সুরে মহাক্লা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবা...।'

ঐ ইঙক ঙকখ্রে। তসেংনা মদুবু মাগী খোঞ্জেল্লা নৎত্রগা ঐ ইসাগী খোঞ্জেল্লা! ঐনা মাগী মখুৎ পায়সিন্দুনা হংই–

'করি ওইনা লৈখিদবনো?'

'কেন্সরনি।'

ও সিদি মাগী ব্বারী নিদনা। ঐখোয় অনি মীৎ চান্নদুনা খুৎ পায়সিন্নদুনা মিকুপ খরা লেপমিন্নখি। ঐঙোন্দা য়েংনা য়েংনা মাগী মমিৎ ঙাংসিলক্লে, পিসু সিম্থবক্লে। ঐ মাগী ঙকসমদা চেজেৎ কোন্দুনা খাংই–

'It also happened to me!'

'Really?'

'Yes, but please do not ask me more!'

মানা মাগী ব্বারী মথং মথং লিবকই। মথম্তা ঙায়হৌবগী চিনবা, ব্বাবা হেনগৎলকপা মযামগী। ঐনা হংই– 'নহাক্লা ইন্দোনেজিয়া থাদোক্লগা ইতালিযাদা লৈবিবা করিগীনো?'

'মফম অদুদা নুপীবু য়াম্না হন্থনা থম্মী। অদুগুম্বা সোসাইতি অদুদা ঐগী ইচাসিংবু চাওহন্নিংদে।'

ঙসাইমখৈ ঐখোয়গী ইনাক্তা লেপতুনা লৈরম্মী চহি ২০ বোম সুববী মচানুপী অদু তাকই। মনাক্তা লেপলিবা পাখং অব্বাংবদু মহাক্কী মচানুপারা হংলুবদা মানা খুমলকই–

'নত্তে, মাগী বোইফ্রেন্দনি।'

অদুদগীদি মখোয় অনি ঐখোয়দগী বীদায় লৌবগা কোযবা চৎখ্রে। লিজানা মচানুপী সেন্নবকা লোয়না তোক্তুনা লাপতক ঐখোযবু য়েংদুনা লৈ। মহাক্লা মখা তারকখি–

'ঐদি বুধিসনি। মফম অসিগী মীসিং অসিগী মেনতালিতি অসি নহাক্না খঙলিবদুনি, ওহ্নোক্না মেতরলিস্ট ওই। ঐগা য়াম্না চান্নদে।'

কায়নরমদাইগী মতম য়ৌরবদা মহাক্না হায়হৌই—

'ঐ অফবা কর্ম তৌবা পাম্মী। মথংগী মপোক্তা অফবা ওইরুনবা। ঐনা নহাক্কী নতেং পাংবা য়াবা লৈববদি মদুগী খুদোংচাবা ফংহনলু।'

ঐখোয় তেক্সীদা হনখ্রসি খোংনা চৎপা ঙমলরোই হায়দুনা লিজা ইবানি চর্চ অদুদগী থোরক্লে। অহিং অদু মী ইচৎ চৎতে। লম্বীগী নাক যেৎ অনিদা কাব পবেং পরেং ক্রিক ক্রিক ইন্ননা থাদুনা লৈ। খরা চৎলগা মেন রোদ তাদুনা তেক্সী ফংলে। লম্বীদু খোংনা লানথোকলিঙৈদা ঐনা লিজাদা তম্মী—

'লিজা, ঐ ঙসি মকুপ অমা ফংলে।'

'নুপীদু যাম্না অফবা লৈবাক মচা তাবা নুপীনি।'

অসুম্না খুমলগা লিজা মমাই নোনখৎলক্তুনা রাখল অমা খন্দুনা চৎপগুম তৌই।

মেমচৌবীনা কবম্না মফম খুদিংমক্তা মকুপ অসুক যাম্না ফংলিবা।

## ৬

নুমিৎযুংবা মতুং খবা থেংথবকপদা ঐখোয় ফ্লোরেন্স থাদোকলম্লে। এপেন্নীন চীংসাং ফাওদুনা চৎলিবা হাযরেদা হাযগৎলক্তুনা ঐখোযগী অবোইবা অমদি খ্বাইদগী মকুওইবা কোমো সিতি তমলকলে। চীংসাং নাপোম ফাওদুনা চৎলিবা লম্বী অদুদা অসুম কাখৎলকপদা লৈহৌববা সহব অদু হন্না হন্না য়েংলুই। পংরাং রাংদবা চীংদুমতনা ইকোয কোযসিনবা তমপাক্কী লমদম, তুরেল মপান্দা লৈহৌরিবা অদো মণিপুরগী তমপাক লমদম ওহ্নোক্না মানখ্রে। হাযরেদা লাক্লবনিনা নহানগী অদুগুম্না লম্বী যাম্না থেক-খোয়দ্রে। ইংনা নুংঙায়না লাকই হায়বা তাই। মতাং অসিদা রাবী অমা নিংসিঙলক্লে। ঐনা লাঙ্গতা তমখি— নুমিদাংরাইদা ঐনা ইতোমতা তুবেল মপান্দা কোযকব্বগী রাবী। মদু তাবগা মহাক্না চুরুতকী মৈখুদু সাংনা কামথোক্লগা খুমলকই -

'ঐসু নোংমা অদুগুম্বা নুমিদাংরাইবম অমদা ফ্লোরেন্সকী আবনো তুবেল মপান্দা ইতোমতা কোযকই। মফমদুদা ঐনা অহানবা ওইনা লিজাগা থেংনখি।'

'অওইবগী? ঐনা অদুক সাংনা চৎপবু কনামতা হেক থেংনদে।'

লাম্পনা ৱাদি ঙাংদনা মঙক হায়খি। মদুগুম্বদু ঐঙোন্দা থোকহন্নীংদবগী মওংনি। ঐনা হংই- 'করিগী?'

মা পাউখুম পীফম খংখিদে। থোং অচৌবদু লানথোকলগা তুবেল মপানগী লম্বী অদু চৎলিঙৈদা ঐনা লাম্পতা ফাগী তৌই- 'ও লাম্প, তুরেল মপানগী লম্বী য়ৌরে।'

ঐনা মনিংগী সিত্তা ইতোমতা, ময়াইদা জোয়ি অমদি লাম্প, মমাংদা লিজা অমদি অপিরানানি লৈরিবদু। লাম্পনা লিজাদা—

'লিজা, ঐখোযনি নোংমা তুরেল মপান 'সিদা থেংনখি . .।'

গারী থৌরিবী লিজা মমাই ফৎ হায়জিলক্লগা— 'What?'

লাম্পকী ৱা সায়রগা মুরুম মুরুম ঙাংবা অমা লৈ, মদু হৌরক্লে। ৱাবী হৈবা লাম্পনি। মাগী ৱারীদি অওইবসু য়াওই, মানা সেম্বসু য়াওই, কনানা অসেংবদু খঙগদৌরি! ঐদি নোকনিংলক্লে, মায় অসি লৈথোকলগা তাসিন্নদনা লৈজবে।

নোংজুথা ওইবনা করিগুম্বদা নোং কন্না চুরম্মী, করিগুম্বদনা অমুবা লৈচালনা লৃমথরদুনা লৈরম্মী অদুগা করিগুম্বদনা ভুঙান্নরবা নোংজাবীনা চীংগোলসিং অদু ইঙান ঙাল্লম্মী। পুন্নমক অদো তপ্পা তপ্পা অমমবনা কুপখ্রে। লম্বীদা অমুক্তং গাবী থাউ হানখি। মদুগী তুংদা গারী অদো সুকলেপ লেপতবীদা লিজানা থৌগৎলক্লে। বেবী সিত্তা বেল্ত ফাজিন্দুনা থম্বীরবী জোয়িগী নিঙায় তপ্পা তপ্পা হৌরকলে। মানা কৌরকই—

'মেমচৌবী মেমচৌবী।'

ঐ তাসিন্নদনা তুম্মীন্না হিপথরে। মপানা থেম্মী—

'No, she is weak.'

মমানা গারী থৌনা থৌনা থেম্বা হোৎনৈ। মদুনসু কান্নদ্রে। মমৈথংদা 'মখাদা' হায়বা ৱাহৈ অদুত লাওদুনা লৈরকলে। ঐ তাসিন্নদবা ঙমলক্ত্রে। ঐনা হায়জৈ,

'লাম্প, জোয়িদো ঐঙোন্দা পীরো।'

লাম্পনা য়াম্না নুংঙায়তনা খুমলকই-

'ইচন ইবেম্মা, মা লৌথোকপা য়াদে। মসি আইনর্নি।'

মদু চুমলম্বা য়াই। অদুবু ঐদি তাহৈবা ঙমলক্ত্রে। হোয় ৱারগবুদি মথন্তা মরাইনা তুমজখিবা তাবনি। ঐনা হেন্না ৱাখ্রে। ঐনা মনিংগী সিত্তগী হৌগৎলগা খুৎনা মাগী মসমদা নানথদুনা থেম্বা হোৎনৈ–

'মাই বিউতি, মাই দার্লিং, মাই লিতল জোয়ি, হুম, হুম,হুম, গো তু স্লিপ, হুম হুম হুম, হুম হুম হুম'।

কপ্পা তোকখ্রে। ঐঙোন্দা য়েংখৎতুনা খেক খেক লাউনা অমুকতং নোকলকই। অদুদগী অমুক নিংসিঙলক্তুনা 'ঙো' লাউরমলগা তপ্পা তপ্পা তুমথখ্রে। মা তুমখ্রবদা ঐখোয় লোয়না সোর হোন্দোকলে। অদুগা কনাসু চেক মোক লাউদনা লৈনরে। নুমিদাং অদুদা ঐখোয় মিলন সিতি লানথোক্তুনা চীংখোং তমলকলে। তাউন মচা অমা য়ৌদুনা ঐখোয়বু ঙায়রম্বা জুলিয়ানো থেংনরে। অদুবু রেস্টুরেন্ট থিবদা লোয়না থোঙ লোন্নরল্লে। তাউন মচাদদি অদুম্না তৌই। অদুদগী ঐখোয় চুম্না ঐখোয়গী লৈফম তম্না থৌগৎলক্লে। অকনবা লোক্কী ঈসিংনা ৱা ৱা লাউনা, সাফু কম্না চেহুবা, খরা ৱাংলপ তৌবা চীংগী লমদম অমা য়ৌরদুনা ভান অদু খামলে। মখা তাবা কাখৎখিবা চীং লম্বীদি ভান অদু থৌবা চল্লরোই, হাযদুনা কার মচা কেরিয়ার য়াওবা অমদা ঐখোয়গী পোৎ-চৈ হাপকৎতুনা অমুক তোংখৎলে। মদু য়ৌরবতদা জোয়ি হৌরকলে। মমানা পম্বীদুনা ফমখ্রে। গারীদি জুলিয়ানোনা থৌগদবনি। লাঙ্গনা ঐঙোন্দা হায়রকই–

'Memchoubi, thank you!'

মচানুপীগীদমকনি। ইথন্তা ঙকই ইপা ইপুনা মচা মসু থেমলম্বা নাউসুম ঈসৈগী মতিক!

ইমম মম্বা, চীংলম্বী অমদা উমং ফাওদুনা গারী অদো গ্রোং গ্রোং থৌগৎলক্লে। পুংখায়মুক অদুম্না থৌরগা রোমানগী লানবন মানবা য়ুম অমদা থুংলুরে। য়ুমসিং অদুনা ইকোয় কোয়সিল্লগা মনুংদা অচৌবা নুঙ চনবা সুমাং অমা লৈরম্মী। নোং হাংখ্রে। লৈচিলদি পায়রি। মপুং ফারকলবা থাজনা লৈচিল মরক্তগী কেকু লোৎপি সান্নরি। জুলিয়ানো থুনা চাকসঙদা চোংসিনখ্রে। সুমাং অদুদা থাবল মঙালদা উরকই- হৌদোং মপী অচৌ অচৌবা মঙা তরুকমুক কুন কুন্দুনা লৈরম্মী। জোয়িনা খীং খীং হৌদোংসিংদু কোয়তান তান্দুনা সান্নবা হৌরক্লে। চীক্লবা চীংথক্কী য়ুম অদো মানা নোকপগী খোঞ্জেন্না ইনিন নিনখ্রে। মখোয়সিংদু সুমাং অদুদা চুরুত অমমম থক্লরদুনা পোখালে অদুগা ঐসু জোযিগী মতুং কোয়ইন ইন্নদুনা নীংসা হুন্দোকলে। ঐখোয নুমিৎ হুমনি মফম অসিদা পোখারগনি।

ঐগী লৈফমদ্দু মথক্কী কা অমদনি। ঐখোয় লোয়নমক তোঙানবা য়ুম অমমম ফংলে হায়বা য়াই। অদুবু বাথরুম তোইলেততি অপুনবনি। ঐগী কাদি বাথরুমগা

হেক থংননা, বাথরুম য়াওবা য়ুম অদুদনি। ঐনা চৎলুবা থুংলুবা মফম খুদিংদা সিষ্টীরিবা কাংবুনা অসুন্না, নুপী ওইরুবনরা ঐগী খুদোংচাগদবা নুংঙায়গদবা য়েংদুনা হোৎনবীরম্বা ঙাক্তনি। য়ুরোপতা লৈবাক মচা তাবা নুপানা নুপীবু ৱাংনা ইকায়খুম্মনা লোয়নবা থেংনরকখি। ঐগী কাদু পংচাউ চাউদে অদুবু ফমুংনা পিক থন্না থাদুনা লৈরমখি। ফমুংদা থাক নাইবা মথক মখা ফমুং অনি অনি য়াওবা অদু অহুম লৈরম্মী অদুগা য়োৎকী উপু অহুমগা। অহানবা নুংদাং অদুদি মতাই ওইবা ফমুং অমদা জুলিয়ানোনা পুরকপা মোনপাকফিদক অহনবা অমদি মোনখুম অহনবা অদু কুপসিন্দুনা হেক্তা হিপচিল্লে। নোংঙাল্লগদি মদু য়ান্না হৈনদ্রে। মখাগী ফমুংদা হিপলে কোকথক্তা ফমুং অমা ইনেম নেম্না লৈরি। মথক্তা হিপলে সিলিং অদুসু ইনেম নেম্মী। চিনখ্রবা কা অসিদা ইফুন ফুন্না করম্না পোত্থাগনি। কোন্না ঐনা ফমুং অহুম অদো ফক্লাং নপ্পা অমদি উপুসিং অদু পক্লা মায়কৈ অনিদা ইনসিনখ্রে। মোনপাক অমা চিংথরগা থোঙনাও অমথক পাল্লিবদুগী মনাক্তা নপ্পা লৈমায়দা থাজিল্লে। সুমজীৎ অমা কোয়থি থিরগা কাচিন-কোয়া সেংনা সিৎতোক্লগা সেম্বদা মতা অমা ওইনা কা অদু অহাংবা মফমসু অমদি মঙাল ফংহন্দুনা য়েংবদসু য়াম্না ফজরে। ঐগী ফম্মাংদা চৌক্রি অমা থাদুনা ইংনা ফমফমসু ফংলে। চৎপদা অমদি হিপ্পদা অপনবা লৈত্রে। অসুম্না ঐনা নুমিৎ হুমনিগী ইকোন মচা অমা সেমজরে। জোয়িদি অয়ুক্তা মমানা মচিন ময়া সেংবা পুখৎলকপদা ঐগী কাদা অদুম লৈহৌরে। মোন অনি ঙাখৎলগা উপু অমদা লুখুম ওইনা সেন্নগা ঙাথরগা ফৈজুপ্পা খ্বাং ফাওবা কুপসিলগা দায়রি ইরিঙৈদা জোয়ি ঐগী তম্পাক্তা চোংখৎলক্লে। ফৈজুপ মনুংদা মসা তংখায় অমা চংলগা ঐগী ইতৌ তমদুনা ঐগী থবাক্তা ঙাথরগা দাইরি অমদি কোলোম ঐঙোন্দগী লৌখ্রগা লমায় খুদিংগী হায়গৎ হায়গৎতুনা খোরি খোৎপা হৌরক্লে। মমাসু ইন্নরক্লে। ঙক্কুনা য়েংই—

'করিনোনে মানা তৌরিসিবো।'

'তৌজসনু তৌজসনু।'

'মানা তৌ রিসি ঐঙোন্দা ফাও তৌদেনে।'

মমানা চৎলসি লাকও হায়ববু তাসিন্নদে। ফরে ফরে হায়দুনা লিজা কুমথখ্রে।। লুচেরাদগী ঐনা পুরকপা মিথাইসিংদু অমমম লৌ লৌদুনা চায়। সালোরনেগী চাইনিজ রেস্টুরেন্ট অমদগী ফংলকপা চফু মচা অমদা হাপ্তুনা থম্বনি। মদু ওম্ফোরা কান্নখ্রে। মিথাইসিংদু অমগা অমগা মশক মহাও মান্নদে।

নুংদাং অদো চাকচা তোক্লগা ঐখোয় সুম পোত্থাদুনা লৈরিঙৈদা লিজানা ঐঙোন্দা নুংঙায়তনা হায়রকই-

'মেমচৌবী, ঐ হকচাং সেংদ্রে। হয়েং মৈ থৌনিবা য়াওবা য়াররোই।'

মৈ থৌনিবা! মসি য়ুরোপতা লাকঙৈদগী তারক্লে। হোয় খরবুদি পারকই য়ুমদা, খঙবদি ঙমদে। ঐনা ভিয়েনাদা থুংলবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা লাঙ্গনা এসত্রে অমদা নাপী সীংনা খরা মৈ থারগা মৈখু অদু ঐঙোন্দা হুমদোকপিদুনা লাই খুরুম্বীখি— ঐ অমদি ঐগী ইমুং-মনুংবু অৱা-অনাদগী ঙাকথোক্লবা। খোয়জু লৈখাম হায়দোকলিবা আরতি কৎপগী বর্ত্তি হায়দোকপগী চৎনবীদা চঙ চঙ লাওনা লৈরিবা ঐঙোন্দা মদু অনৌবা নত্তে, মীৎতগী পি তাখি। মদুনি লাঙ্গনা ঐগা অহানবা খঙনবা হৌখিবা। ঐখোয়গী অনৌবা খোংচৎ অমা হৌরকপা খুদিংগী মনম নুংসিবা নাপী মখল অমা লাঙ্গনা মৈ থারগা হেক হেক হায়দোক্লুনা ঐখোয়বু ওকহল্লি। ঐখোয়না ফাগীওই অচুম্বওই মঙোন্দা হায়—

'নঙগী মেজিকসি কান্নে হায়!'

তসেংনা ঐখোয়গী চৎলুবা খুদিং মায় পাকতবা নত্তে। ঐখোয়না ফ্রিসাংকোদা লৈরিঙৈদা মাওরো অমদি আওরোগীদমক মৈ থৌনিগনি হায়খি। ঐনা ইঙাও ঙাওনা লাঙ্গতা হায়রুই—

'ঐসু য়াওগেনে।'

মহাক্লা ফাগীওই, অওইবওই হায়রকই—

'অদুদি নঙ বিকিনি সেৎপা তাবা।'

'এ। ঙমজরোই অদুদি।'

মরুদি লাইরোন নৈনবা মী অমা ওইনা মৈ থৌনিবা অদুদা য়েৎসিন্দুনা য়াওরিবা মখোয়গী লাইরোন অদু খঙনিংবগীনি। খনবদা ঙকই— হয়েংমক লাঙ্গকী মৈ থৌনিবা অদুগা বিকিনি! ইরাৎ থৌনি পুন্নমক্কী মরুওইবা ৱাফমদি চাকহোং-মীহোংনবনি। অদুনা সেঙ্গ অমদি নুদিতিদি মসানা লোয়নরকপা তাবনি। ঐখোয়গী লাই হৰাওবা খরা মীতোপ য়াওবা য়াদে হায়রিবা অসি অতৈ করিগীসু নত্তে। ফয়েং হৰাওবদা হাওয়াম লাকপগী থৌনি লৈরি। লাঙ্গনদি হায় 'মৈ থৌনিবা অসি ঐখোয়গী থৱায়বু সেংদোকপনি।'

ঙরাং অহিং লেপ্পা লৈতনা নোং চুখি। অয়ুক অদু নোং হাংলমলে। অঙকপনি, চীংথক অসিদা থোয়নবু ইংদে। নুংসিৎ সিৎতবনরা। ফি নৎত্রগা ফুরিৎ অথাবক। য়াওদনা চুমদ্রিং ঙরাং ঐনা কারুবা চীংথক অদোমদা হায়গৎলে। চীংয়াং অদুদগী অতোপ্পা, ইরোয় লোয়বা অৱাংবা চীংদোন অমা হায়গৎখিবা মরক অদুদা লৈহৌবা

ঙরাংগী অকনবা ইফুৎ অদু লম্বী থুংনো লোয়না পাখোক্লুনা চেম্বরমলে। চীংগী ঈচেলগী অপনবা পুম্বা নমখায়দুনা লাউনা খোংনা সক্লিবা ঈসৈগী খোম্থাংদা সুর অমসু হাপকৎলমলে। লোকচপকী নুঙলক্তা সাফু কন্না ফুজিনবগী ভৌরোক ভৌরবা কোঙ্গোন, মনুং ফাওনা উবা লুরবা ঈচেন, অচিকপা উমংগী অইংবা, নুংসা সোর হোন্দোকচরগা ঙরাংদি তুম্মীন্না হল্লকপনি। ঙসিদি লোক অদুগী ৰাংমদা হায়গৎখ্রিবা চীংদোন অদুনা ঐবু কৌরক্লে। অচিকপনি, ইতোমতনি, অদুবু ঐ মেমচৌবীনি, কাবা তাবনি। নিংজিং মাংজিংননা তুংদা হায়ফেৎ য়েংলুবদা ইঙক ঙকখ্রে। ঐগী ইতুংদা হৌদোং তরুকমুক্তু লেপ্তুনা লৈরম্মী। হায়ফেৎত নি য়েংলুবা, ঐগী পুক্নীং খঙলবগুম হৌদোং অমনা ঈসিংদা তাবা নুঙদুম অমদা খোংনেৎফম ওইরগা ফন ফন চোংদুনা লোক অদু লানথোকখ্রে। মাগী মতুং ইনদুনা অতৈসু চোং চোংদুনা লানথোকলগা চীংথক্তা চেনখৎনখ্রে। ফন্না সাংনা কারবা মতুংদা ঐগী থোঙনাউদা উখিবা চীংদোন অদু ঐনা কারিবা চীংয়াং অদু হেক লানথোকপগা ইনক নক্না উরে। চীংয়াং অদু ইঙাং ঙাংনা উবদু ফাইর পাম্বীসিংদুদগী কেল্লকপা উনা ওইরমলে। ঐনা লাপ্না উবা লংত্রিক লংবা অপিকপা ঈসিং ঈচেলদু ঙরাং অহিংগী নোংদুনে, ঈরোং কয়া লোংলদুনা চীংমায় থুংনা চেম্বরি। ঐনা চপ লেপ্তুনা লৈখ্রবদি হৌদোংসিংদুসু ওরে পারে তৌদুনা লৈ, ইকা কাখৎতে। মখোয় ময়ামদু য়েংবদা মতৌ অমনি। খবনা মাঙদা খরনা তুংদা ঐবু ইথা থাদোক্তে। ঐ মায় লৈদুনা হনবা হৌরে, মখোয়বুসু কৌই—

'Come on, my beauties!'

ঐখোয়গী য়ুমদু য়ৌরবদা ঐনা চাকসংদগী দবলরুতি লৌথোকলুরগা মচেৎ মচেৎ হন্দুনা পীজে। জুলিয়ানোগী মরুপ, চাক ঈসিংগী মতেং পাংবা লাকপী এঞ্জেলানা ৰাদি ঙাংদনা মমিৎ লাওথোক লাওথোক্তুনা য়েংলকই। এঞ্জেলাদনি, মখোয় কনাসু হৌগৎনদ্রি, ব্রেকফ্রাস্টসু হৌদ্রি। মসিদি কান্নপোৎতে খল্লদুনা জেকেত লিৎসিল্লগা স্নিকর অমা তোংসিল্লগা নহান ঐখোয়না কাখৎলকখিবা উমং ৰামংগী লম্বী অদোমদা কুমথরে। মীৎনা হেক উবা ফাওবা মনা কেন্দবা ফাইর পাম্বীনা কুংনা ইসং সংনা হৌরি। নোং চুখিব মতুংগী অতিয়া ইসং সংনা অঙৌবা লৈচিল খরা পায়বদু উবক্তগী খরা খরা উই। লৈচিল মরক্তগী অয়ুক্কী অনৌবা নুংসা মঙালসু লিৎসিলক্লে। হৌদোং সিংদু ইন্নবক্লে, মকোই নান নান্দুনা কুন কুন্দুনা পোখাদুনা লৈনহৌরে। জেকেত ব্লু লিৎপা নুপা অমা তপ্না তপ্না কাখৎলকই। ঐঙোন্দা কৌবম্মী—

'চাউ'

ঐসু খুম্মী— 'চাউ'। ইতালিয়ানসিংনা উন্নবদসু কাযনবদসু অসুন্না হায়নৈ, তসেংনা করি হায়রিবনোদি খঙদে।

চীংথক অসিদা ঐখোয়গী লন্চ খরা অদুম থেংই। লন্চ লোয়রগা ফৈজুপ লোনখৎতুনা হিপথরে। ঙহাক পোখারুরগা হৌগৎতুনা কুমথরগা চাকসংদা য়েংলুবদা কনাসু লৈরমদে। চাকসঙদুগী মনাক্তা হোল অসাংবা অমা লৈ। থায়না মদু সগোল সং ওইরম্বগীনি হায়। মদু ঐখোয়গী ফমফম অমদি চাফমনি। ইচিক চিকপগুম তৌই। অসুম থোক্লকলগা ঐখোয়গী থোংগান অদুদা হৌরিবা চেসনত পাম্বী অদুগী মখাদা লেপতুনা য়েংবদা অৱাং থংবা অসোমগী নাকন্দা ফাইর পাম্বীসিংগী মখাদা মৈজাও অমা হৌরিবদু উরক্লে। লান্স, লিজা অমদি মখোয় খরসু উরে। নোংসু মকুপ মকুপ চুই। ফ্লোরেন্সতগী লৈরকপা সাতিন্দু খন্দোকলগা মখোয়গী মনাক্তা চঙলে। জুলিয়ানো অমদি হান্না লৈরম্বা নহা অহুম মরিদু সীং হোন্দোক হোঙ্গীন তৌরম্মী। লান্সনা চৈ অমা পায়দুনা মৈজাওদু য়ান্না কন্না সেন্নরি। মৈ মনুংদা নেপলসতগী পুরকখিবা বীসুবিয়স পোখায়রকপদা য়াওরকপা রোক মতুম খরা য়াওরি। লান্সনা মখোয়দু ঐঙোন্দা য়েংহল্লি। অচাকপা মৈবুন ওল্লে। লান্সনা হায়— 'মানা অঙাং ওইরিঙৈদা মৈ থৌনিবদা অসুম্না মৈ থাখিবদা য়াওবা রোক অদু হিগোক মচু ওনবা মখৈ মৈ ইকপা উখি। মদু য়ান্না ফজে।' মৈগী চীং পোখায়বগী নুঙ সিজিন্নবিবা করিগীনো হায়দুনা ঐনা হংলুবদা 'মদু থৌনি অসিগী য়ান্না মরুওইবা পোৎচঙ অমনি' হাযবকখি। মরমদি হায়খিদে। মখোযনা চৈ খরা য়ুংলগা ফি ময়াম য়োমসিন্দুনা সারিবা Sweat Lodge হুমাং ঙানফম অদুসু লোয়সিলক্লে। রেদ ইন্দিয়ানসিংনা সাবা তেন্ট তিপি নত্তে মখোয়না সারিবদু। মদুদি মঙ্গোলিয়া অমদি ময়াই থংবা এজিয়াদা সিজিন্নবা ইকোয় কোয়বা তেন্ট মখল অমনি। ঐনা তুম্মীন্না লেপতুনা য়েংই। মৈগী চীং লাৎপা অসিদি খা নোংপোক এজিয়াগী খা থংবা সরুক্তা লৈবা আইলেন্দসিংদা লৈরম্বা কুইরবা মনাৎনি। অদুগা অমুক মঙ্গোলিয়ানসিংগী সাগী মউননা কোয়সিন্দুনা সাবা অরিবা মতমগী য়ুমসা। ঐনা ভিয়েনাদা লান্সকা ৱারী সাবা মতমদা নৌনা রিসার্চ তৌদুনা পুথোকলক্লিবা এজিয়াগী মী হৌখিবগী ৱারী অমদি উনগী যুগতা এজিয়াদগী মীনা আমেরিকাদা চঙদুনা খুন্দাখিবগী থিওরি পুথোক্তুনা ৱারী সান্নবদা মানা য়ানিংখিদে। হোয় মখোয়গী মসক অসি অৱাংগী মঙ্গোলোয় অমদি খাগী মঙ্গে ালোয়কী মশক্তগী খরদি তোপ্পী। মদুনা ৱাফম অমা ওইরবসু মাগী মৈ থৌনিবা অসিদা ৱাফম খরদি চেনবা য়াদনা য়াওরি।

লিজাসু ৱাখল অমদা মসাদু ইমুন মুনবমখৈ তুম্মীন্না লেপ্তুনা য়েংই। তসেংনা মা করি খল্লিবনো হায়বা মসাসু খঙদবগুম তৌই। মসি য়াওবা য়ারোইদবগী নুংঙায়তবা অমদি লৈ। মদু নত্তবা ৱা অমসু য়াওরি। ভিয়েনাদা দিনর চামীন্নবদা হারমিনাগা ইংনা রসা ভীনা গ্লাস অমমম থকমীন্নদুনা মানা হায়খি—

'ঐনা তার্কিদা চৎপদা মখোয়গী মৈজাও হৌদুনা থম্বা অদু উবদা ঐ ঙকখি। চাক্লীবা মৈ উরগা করিনো খংদবা লাই-তীনগী ওইবা ৱাখল অমা ঐঙোন্দা ফাওই।'

ঐনা হায়ফেৎ লৈদুনা য়েংলুবদা মাসু য়েংলকই। মখুৎতা করিনো পোৎ মচা অমসু পায়বি। মদু ভিয়েনাদসু উখ্রে। জোয়ি তুমহৌবদু হৌবা তানবনি। মানা ঐগী ইনাক্তা চংসিন্দুনা হায়রকই—

'মেমচৌবী জোয়ি খরা য়েংবীগেরা। মসি নহাক্না পায়রগা মা হেক হৌরকপগা চঙলগা খরা লৌথোকপিগেরা।'

ঐ মদু ইরাই লায়না য়ানিংদে। মখোয় য়ুরোপিয়ানসিংসি প্রাইভেসি য়ান্না পাম্মী। মখোয়গী তুমফম কা য়ান্না চেকসিন্না লোৎলি। ঐসু মদু খঙনা চৎলিবনি। করম্না মখোয়গী ফমুংদগী জোয়িবু লৌথোকলুগনি। অদুগা তুম্বা হৌগৎপদা ঙায়রিবা অঙাংনা মমা হান্না থিবা তাবনি। কপলবদি কমদৌনি। ঐগীসু ইসাগী ইকায় খুম্নবা লৈজরিবনি। ঐনা খুম্মী—

'তুম্বা হেক হৌগৎলকপদা ঐনা হান্না ওক্লবদু নুংঙায়রোইদ। নহাক্না ঙহাক্তং লৌবীদুনা মবুক ইংলগা ঐগী কাদা পুবিরকউ, য়ানি।'

মা লকক লকক তুম্মীন্না য়াবা তাখি। হুমাং ঙানফম সাবা লোয়সিলক্লে। নুপাসিংদু মফি হোংদোকপা হৌরক্লে। লাঙ্গনা হায়খিবা বিকিনি সেৎপগী মতাং য়ৌবমাল্লে। এঞ্জেলাদু করম্বা মতমদা লাকখিবনো খংহৌদ্রে। মাসু মফি হোংখ্রে। পাম্বোম য়াওদবা ফৈগনমুক্তা চোনবা ইচম চম্বা ফুরিৎ অমখকতনি মানা সেৎলিবদু। মনুংগী ফি য়াওবা নত্তে। অপিরানাগী পাক্লবা অহাঙবা মনমগন উরক্লে। লেপ্পগা ৱারকপনে ঐ লৈমায়দা ফমথরে অদুগা সাতিন অদুনা ইসাবু থুংনা লোৎচ রে। মফি য়াওদবা ইবুং ইপুৱাগী হকচাং করম্না য়েংগনি। মতম অসিদা হৌগৎতুনা করম্না চেনগনি। অদুগা মখোয়গী থৌনি অসি ঐ খঙনিংই। মসিগুম্বা থৌদৌ অসি মসিনা অহানবা নত্তে। লাইরোন-তীনলোন ইরাৎ-থৌনি রিছার্স তৌরিবনি হায়দুনা চীংগী লমদা ফৌ লিংবগী থৌনিদা মসিগুম্বা অসি থেংনখ্রবনি। লাকমিন্নবা ইবুং ইপুৱাসিংদুনা ইকায়দুনা ঐবু হুন্দোকলম্লগা লোন্না চৎখ্রবদা ঐনা তান্নদুনা য়াওরক্লবনি। ঐগী ইমাং মক্তদা জুলিয়ানো ফমথরক্লুনা সীং সেমলৈ। ঐ স্নাই লাউই। মাদি করিমতা হেক সেৎলমদ্রে। লাঙ্গকা অপিরানাগদি অন্দরপেন অমমমদি সেৎপা হায়ফেৎ উখি। অতৈদি অমতা য়েংজরুদ্রে। থৌনি অসিগীদমক্তদি অমত সেৎতবা অসিনা চুমলিগনি।

মৈ চাক্লবা রোক মরি মঙাদু বেলচাল অমনা কোৎলগা হুমাং ঙানফমদা পুসিনখ্রে। ঈসিং বালতিন অমসু থাংজিনখ্রে। অদুগা থৌনি য়াওরিবা মীসিং অদু লুকথদুনা মরি মরি চঙমীন্নখ্রে। লিজানা তপ্পা হায়রকই-

'মসি নুপী অমগা নুপা অমগা মখুৎ সম্নদুনা থংনে থংননা ফম্মীন্নগদবনি।'

রোকসিং অদুদা ঈসিং চায়সিনবগী জৌ জৌ লাওবা মখোল নেমখ্রবা পীকখ্রবা হুমাং ঙানফম মনুং অদুদগী তারকই। লোয়ননা মৈখু মপৈ মপৈসু। অদুদগী মখোয়সিংদু মৈখু অদুদা লোক খুনরকপগী মখোল তারকই। মসিনি মখোয়গী হুমাং ঙানবগী মৈ থৌনি। অসুন্না মখোয়সিংদু মৈখু অদুদা মিনিত তরামুক লোক খুরুরগা মরি মরি খুউ খুদক কুন কুন্দুনা থোকনরক্লে। রোকসিং অদু মৈ থাবা অমুক হৌরক্লে। মসি অহুম মরিরকুম্বা পাংথোক্কদবনি হায়। অহানবগী অসি লোয়সিলকপা অসিদা ঐ হৌগৎতুনা থোরক্লে। খরা চৎথোক্লগা মায় লৈদুনা হন্না অমুক য়েংলুই— চীক্লবা চীংগোল, ফাইরগী অশংবা উমং, লোয়রোইননা ঙমথখ্রিবা চীংমায়গী অশংবা নাপী থক্তা ঙাংনা চাক্লিবা মৈফম, অপিকপা হুমাং ঙানফম, থৱায সেংদোক্তুনা অনৌবা মরুপীদমক থৌবাংলিবা মালেম লৈমগী মচাসিং, কয়াদা ফজরবা অদুগা কয়াদ নুংসিখ্রবা!

পুং অমরোম লৈবগা লিজা কাখৎলক্লে জোয়িগা লোয়ননা। ওহ্নোকপনি, হৌগৎপদা ঙায়রিবী মচানুপীদু মমিৎ ফাকলি ফাকলি তুমলুবগী মসম ইফা ফানা মখোং মচাদুনা তবি তবি হৈনিংদনা ঐগী নাক্তা চঙলক্লে। ঐনা পাম্বোম তিংথোক্তুনা মাবু ওক্লে। ঐদি মাবু মমাগী পাম্বোমদগী ওকনিংংখিবনি। মমা ওইবা হায়বসি অচৌবা সিংনবা অমনি। মমা খুদিংমক মদুদা মায় পাকখিবা নত্তে। তমপাক অসিদা ফমজরবদা ঐনা কোম্বীরদা জোয়িগী হৈনিংদবা মীৎনা কুপ্লদা মাঙখ্রে। য়াম্না হৈরবা পণ্ডিত অমগুম ওজা গাংগুমৈগী History of Manipur, লাই অমতা য়াওদবদু ফাক ফাক্তুনা মুন্না য়েংদুনা লৈখবে। চাকসংদা থিরুপদা হৈথুম অমা ফংদুনা মদু পীজরে। সমজেৎ পাযদুনা মতোমতা অমুক হাৎলি ঐবু অমুক হাৎপী তৌরমলগা কোলোম পায়দুনা ঐগী বোইদা খোরি খোৎপরোমদা অমুক পুক্লীং চঙখরে। ঐনা হায়—

'জোয়ি ইবানি মণিপুরদা চৎলসি।'

পুমম মমসিলকপা মতমদা মৈ থৌনিবা য়াওরুবা কাংবুদু হলক্তুনা বাথরুমদা মথং মথং কাখৎলকপা তারে। লিজাদু ইরুজরগা মফি অনৌবা হোংদুনা ঐগী কাদা চঙলগা ঐগী সমজেৎ লৌদুনা মসম হাৎন হাৎন ঐখোয় অনিবু য়েংদুনা লেপলরে। মিনিত খরগী তুংদা ইথা থাজদনা লাম্স ঐগী কাদা চুমদ্রিং চঙলক্লে। অদুগা কাগী ময়াইদা থারিবা চৌক্রি অদো মাগীদমক থৌরাং তৌদুনা থম্বগুম, চীংলেম্না চঙসিন্দুনা ফমখরে। মাগী চোৎলবা সাংলপ তৌবা মসম মতুংদা হুগৎখিবদা মাগী ঙৌরোক ঙৌবা মায়থোং মপুং ফানা উরে। অনোকসু য়াওরমদ্রে। ঐ অমুক্তা লাম্সকী অদুক মপুং ফাবা , অদুক চীংলেম্বা, অদুক ইংবা নে তাবা সক্তম উখিদ্রি। মগাক হৌজিক্তা থবায় সেংদোকপগী থৌনি অদু থৌবু মাইবা ওইদুনা য়াওরুবনি। ঐনা খংহৌদনা থিংবা ঙমদনা হায়দোকখি—

'O! Lance you are handsome!'

ওহ্রোকপনি, মদু হায়রমলোয়দবনি। লান্সকী মতুংদা লেপতুনা সমজেৎ অদুনা মাগী মসম হাৎপিরিবী লিজানা খুদক্তা খুমলকই—

'Memchoubi!, you take first my girl. Then you'll take my man.'

ঐ নুপীনি, মানা হায়রিবদু খঙই। তম্পাক্তা ফমলিবী জোয়িবু কোনসিলগা লুকথদুনা ঐ তুম্মীন্না লৈরে। ৰা মখা তাজদ্রে। লিজানা মাগী মাংদা লেপতুনা মখুৎনা লান্সকী খজায় অনিদা পায়সিন্দুনা মমাই অদু থাঙ্গৎপিরগা হায়রকই—

'Let me see you.'

মুন্না য়েংই, করি উবা উদবা, ৰাদি মখা তারক্তে। ওহাক লৈরমলগা মতৈ-মনাওদু কুমথমীন্নখ্রে। মচানুপীদি ঐগী তম্পাক্তা অদুম লৈহৌরি। লান্সনা ঐগী কাদা চঙলকপা মদুনা অহানবা অমদি অরোইবনি।

ঐখোয় ময়াম নুংদাংগী চাক চামীন্নবদা ইকোয় কোয়না ফম্মীন্নবদা মৈ থৌনিবগী মৈখুতনা ঙাংসং ঙাংলবা লান্সকী মমিৎতা তারিবা ওইথোকতবা অইংবা মতৌ ঐ য়েংদবা ঙমদ্রে। মানা মমিৎতু উরু উরু লৈদুনা ঐগা মীৎচানদনবা হোৎনৈ। জুলিয়ানো, এঞ্জেলা অমদি অতৈ নহা অহুম মরিদুসুনি, ওইথোক্তবা অইংবা অপেনবা মতৌ অমা মখোয়গী মায়থোংদা তারি।

মথংগী অয়ুক অদু নোং চুদুনা লৈরম্মী। ব্রেকফ্রাস্ট চারুরগা ফমুংদা অদুম ফৈজুপ মনুংদা কুন্দুনা বোই ফাক্তোকলগা করিনোমা ইনবা হোৎনৈ।সৈরেং অমা ইনিংখি। কনানো অমা ঐঙোন্দা য়েংলকপগুম ফাওরকই। হেক য়েংথরুবদা চীংদোল ওইবনা লৈচিলনা পাতক তৌনা কুপখ্রবা অয়ুক অদুদা মখাদা চাকসং ময়াগী মঙ্গোল মচা অমা পাকখন ওইনা লৈরিবা অদুদা লান্স মথক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

ঙরাং নুংদাং চাকচা তোক্লগা মহৌসাগী মহৌসা ঐখোয় ফমদুনা ৰারী সান্নদুনা লৈখি।। ঐগা জোয়িগা অমা। লান্স অমদি অপিরানা মপান্দা চুরুত থকপা থোকখ্রবদা লিজাগী অকোয়বদা জুলিয়ানো, মার্কো অমদি অতৈসিংদু কোয়সিন্দুনা ৰারী সাহৌই। লিজাগী মায়থোং ইংনা পেঞ্জনা উই। মহাক নুপীনি, মশক মগুন ৰাৎপা নত্তে, এদমাইয়রসিংনা কোয়সিন্দুনা ফম্বদুসু মতিক চাই। নোম্বা য়াবা নোমজরবনি।

ঐখোয় লন্চ চাবা লোয়রগা ঙহাক্তং পোথারগা ঐখোয়গী পোৎ হাপকৎতুনা য়ুম অদু থাদোকলগা চীংখা কুমথরক্লে। ঐখোয় কনানো অমা ঙায়দুনা মফমদুদা ঙহাক পম্থদুনা লৈখি। মতমদুদা লান্সনা অপিরানা ইৰানিদা জুলিয়ানোনা হায়বা অমা য়ান্না পোঙজনা তমখি— 'নঙগী পুন্সীনা ফংজবা খ্বায়দগী মমল য়াম্বা পোৎ অদু লিজানি।'

নুমিদাংৱাই মমফাৎত্রিবৈঙৈদা ঐখোয় কোমোগী Cineteatro দা থুংলুরে। অচৌবা হোল অমনি। চঙখিবদা নুপা অমা লৈরম্মী। মানা ঐখোয়বু তরাম তরাম ওকই। মসমদু হৌজিক য়ুরোপতা য়াম্না কন্না চৎনরিবা নুপাগী ফেসন ইশ্চী মখায়মুক্তা সাংহনবা অদুনি। ফি ইচম চম্না সেৎলি। মসা পারগা ৱাংই। থোয়না হেন্না মীৎয়েং চীংসিন্নীংঙাই ওইবা মশক নত্তে। অদুবু মীৎ নহাদু ময়েক শেংই, নোকপদা য়া পরেংদু য়াম্না ফজে অদুগা খোঞ্জেলদু মপুং ফাই, নুপাগী খোঞ্জেলনি। হোল মনুংদা কনাসু লৈরমদে। ষ্টেজ মথক্তা কনাসু লৈরমদ্রি। নুপা অনি অহুমখক গীতর অমদি সেক্সাফোন বিহারসেল তৌহৌই। মপান্দা থোরকপদা ইথা থাজদনা এদি, এদিৱারদো লেপত্নুনা লৈরমলে। ঐনা হরাওনা কৌরুই—

'হেল্লো,এদি!'

এদিনা পাম্বোম অনি তিংথোক্লদুনা-

'Come on, Memchoubi!'

হেরা অঙাং মানা পাম্বোমকা তিংথোক্লদুনা, মদু হেক য়াবা নত্তে, অসুন্না খলদুনা ঐনা মাগী খুৎ অমা লৌবগা সোকলে।

'এদি, নঙবু অমুক উবদা কয়াদা নুংঙায়রবা।'

অপিরানাসুনি এদিবু উবদা কয়াদা হরাওখিবা। লিজাসু মচানুপীগী মনাক্তা ফমজখ্রে। এদি গারী অমুক থৌরগনি। নুংদাং অদো মরুপ অমগী য়ুমদা লাম্নকী ইমুং লৈহৌরগনি। ঐনা অমদা অদুগা এদিগা অপিরানাগনা অমদা। লিজাখোয়গী থুংফমদু য়ৌরদুনা পোৎ-চৈ থাংথরগা ফমফম কাদা ঐখোয় কোফী অমমম থক্লদুনা ঙহাক পোত্থাদুনা ফম্মীন্রে। ঐখোয় এদিবু অমুক হন্না উনবগী নুংঙায়বা ফোংদোক্লদুনা ঈ-পাউ ময়াম তমদুনা ফাগী তৌদুনা ফম্বা মতম অদুদা ঐনা এদিদা অভিয়ানোগী পাউদু তম্মী— নুপী অমা আপিরানাগী মতুং ইল্লগনি হায়বদু। লিজাদু নোকপা ইযাও য়াওদে, ৱাখল অমা খনবগুম তৌই। খংহৌদনা হায়রকই—

'মেমচৌবী নহাকসু নয়ুম হনবদা অমা পুখ্রোদনা। অপিরানা ওইনা পুখ্রোনে।' ঐনা করিসু থৌওইদনা, ইরাই লায়না খুম্মী—

'মাদি মসা য়াম্না চাওমল্লিদা।'

'লাম্সতি কমদৌবা?'

'হনুমনখ্রে।'

'ফরেনে, এদি ওইনা পুখ্রো।'

'মাদি নহা য়াম্না ওইমল্লিনে।'

'আ! নঙসে মণিপুরগী মহারানীনিনে। সিমনা মসা চাউমল্লবা সিমনা হনুমল্লবা অদুগা সিমনা নহা ওইমল্লবা। নঙ মঙায়রেনে।'

ঐদি নোকপু নেক্লিংলক্লে–

'Yes yes, I am the queen of Manipur!'

এদিদো, নোকপুদি নোকই হায়ববু, মমিৎ ইচৎ চৎলি, নিংজিং মাংজিংনৈ, করিনোদি খঙদনা।

কনানো মরুপ অমনা চাক কৌরি হায়দুনা ঐখোয় ময়াম চৎলুরে। জোয়িদি এঞ্জেলাগা লৈহৌরে। লুহোংবদা ঙায়রিবা নহা ওইরিবা মশক মতৌ চঙখোনবা মতৈ-মনাও অমখক্লী ঐখোয়বু চাক কৌরিবদু। অনিদু য়েংবগী পেনবা নাইদে। নুপাদু য়ুম্বু ওইনা তেবলগী মকোক্তা ফমলি। মাগী নুপীনা চানা চানা হৌগৎ-হৌগৎতুনা ঐখোযগী অৱাৎ অপা য়েংই। ঐগী চাক খরা তোঙান্না থোংবীরম্মী। মখোয় অনিদো ইংলিস ইঙাং ঙাংদে। ঐনা হায়রুই–

'নখোয় য়াম্না ফজবা জুবানি। তুং কোয়না পানমীন্নৌকো'।

এদিনা ঐগী ৱাদো ইতালিয়ান্দা হন্দোক্লবদা, অনি অদো যাম্না নুংসিনা হাযফেৎ য়েংনরগা মোমোন নোকমিন্নখি অদুগা ঐঙোন্দা অমুক থাগৎপা ফোংদোকপা মীৎয়েংনা য়েংলকই। লিজানা ঐঙোন্দা থোক ওনসিলক্তুনা -'লান্স ঐখোয়নিদি কমদৌবা?'

ঐ ব্রেক ফাবা নঙহৌদ্রে– 'No.'

'Why?'

মখুৎনা তেবলদগী ফোর্ক অমা পায়দুনা ফাগী ওইনা ঐঙোন্দা কদম তৌই। মৌ নহা অদুসু নোকনিংলমাগ্নে, ফাগী য়াওসিলকই, কেক ককপগী থাঙ অদু লিজাদা পিসিলকই-

'সিনা হেন্না ফগনি।'

লিজানা মাগী এক্সকী ৱারী লি। ময়ামনা মদু কমদৌনা কায়নরিবনো হংই। কায়নথংদা লান্সতা য়েংদুনা নোকই–

'ৱা কায়বা হৌবদি লান্স নঙ ওইরে।'

লাক্লসু অদুম নোকই। লিজাসু নোকই। ঐনা ঙরাং অয়ুক হৌদোং ময়ামগা চীং কারুম্বগী ৱারী তম্মী। এদিনা অমুক মদু ইতালিয়ান্দা হন্দোক্লুনা য়ুম্বু মতৈ-মনাওদুদা তম্মী। মানা তমলিবদু সমাদোন খরা হেল্লমাল্লে। লিজানা হায়রকই—

'এ!'

এদিনা মসাবু কনখৎচরদুনা খুমলকই—

'ঐখোয় ইতালিয়ানসিংদি পাউ তম্বদা অসুন্না তমনৈ।'

কেক চাবগী মতাং য়ৌরবদা, কেক মচেৎসিংদু ঐখোয় অমমম পায়নরবদা য়ুম্বু অদুনা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়রকই—

'কেক অসি দিনর অসিগীদমক ঐগী নুপীগী মখুৎমক্লা সাজবনি।'

য়াম্না সাংথবা তৌদনা ঐখোয়গী চাবা লোয়সিল্লে। তেবলদগী হৌগৎলবদা লাক্লনা মখোয়বু থাগৎপা ফোংদোকই—

'ঐনা অদোমবু ঐগী পীপল চায়েনগী মিংদা থাগৎচরি।'

ঐদি য়ুম্বুরেম্বীবু থাগৎলি—

'ইবেম্মা নহাক্কী কেক চিনি চপ চায়, ওম্বোক্লা হাওখ্রে।'

ৱা অদো এদিনা ইতালিয়ান্দা হন্দোকত্রিঙৈদা মানা হরাওজবনা মমিৎ তথক তথকই।

নুমিদাংৱাইগী পুং৮ তাবা অদুৱাইদা ঐখোয়না Cineteatro অমুক হন্না য়ৌবা মতমদা মনুঙসু মপানসু মীনা পুমথন থলমলে। নুমিৎ হুমনি চংনা ভেনেরদি, হায়বদি ইরাই ১৭ দগী নোংমাইজিং, ইতালিয়ান লোন্দা দোমেনিকা ১৯,২০০০ ফাওবা গ্লোবেল্লাইজেসনগী অচৌবা ফেস্টীবেল অমা, কোমো সিতি অসিদা লৈ হায়বসি হান্না লাক্লনা ঐঙোন্দা ইরকপা চিথিদগী খংলবনি। তৌবতবু মওং মতৌ করম্না তৌগদৌরি হায়বা অদুনি ঐনা ঙকলিবা। কোন্না খংলকই— মফম অদু সহর ময়োন্দগী পুং অমরোম থৌরগা লাপ্না লৈবা জগাদনি। ইতালিদা সাহিত্যগী, রাজনিতিগী ভাবুক তোঙানদে। মখোয়দি পুন্নমক্তা চপ মান্নবা থৱায় য়াওই।

হোলগী মমাংগী ফক্লাং অদু অথাবা মিংসেলতনা ফক্লাং ওইদুনা লৈ। ইনথোক্লুনা হাংদোক্লগা চঙখিবদা অচৌবা মাঙ্গোল অমা লৈরম্মী। মথংদা হোল অদু চঙফম ময়াইদা কা মচা অমা লৈরগা, মতাইদা চঙফম থোঙ অচৌবা অনি লৈরি। মদুগী চঙফম অনি অদুগী ফক্লাংদা ঐখোয়গুম্না অচৌবা লৈবাকশিংদা লৈরবসু সেল-থুমগী

মায়কৈদা মীমান্নবা ঙমদনা সোৎথহৌরবা, সিরুম নারুম হিংলিবা কাংলুপ মচাসিংগী ফোতো, মেপ, অমদি মরি লৈনবা লিতরেচরনা পিক থন্না থেৎতুনা থনম্মী। মাঙ্গোন্দসু মরী লৈনবা চেফোং, লাইরিক অমদি ফোতোসিং সন্দোক্তুনা য়োল্লি। মখোয়সিংদু মীনা ওমসিন্দুনা য়েংই অমদি পৈসা থাদদুনা লৈনৈ। ফক্লাংসিং অদু চঙসিন্দুনা ঐনা মুন্না মুন্না য়েংই। ঐখোয়গীদি য়াওরমদে। লাইরিক য়োনফম অদুদসু অদুমঙাই।

ঙসি হৌদোকপগী নুমিদাংৱাই অসি মেক্সিকোগী চীয়াপস কাংলুপকী বিসোপ মোনসিয়র সামুয়েল রুইজ অমদি মশক নাইবা ম্যুজিসিয়ান অহুম ক্যানতেতো দি, ফ্রানসেসকো দি অউরিআ অমদি ই মাওরেজিও অলিফি না হৌদোক্কদবনি। বিসোপ অসিগী মরমদা ঐনা খঙলকপদি চীংথক্তা লৈরিঙৈদা লাঙ্গনা হায়রবা মতমদনি। রুইজনা মখোয়গী চর্চ অদুদা চীয়াপস যিসু অমা থমদুনা লাৎখি। মদুগী ৱাহৌদগী পোপনা রুইজবু বিসোপ ফম অদুদগী লৌথোক্লগা চর্চ অদু থিংজিল্লো হায়দুনা যাথং পীরকখি। পাউ অদু তাবদা চীয়াপস পুম্নমক লাক্তুনা চর্চ অদুদা চরা হেন্দুনা হঙ্গর ষ্ট্রাইক তৌদুনা হিপ্তুনা লৈররে। মমৈথংদা পোপনা মাগী য়াথং অদু হন্দোকখি। রুইজবু নোভেল পিচ প্রাইজগীদমক নোমিনেত তৌখি। য়ুরোপতা নোভেল প্রাইজ ফংলবা অমদি নোমিনেত তৌখ্রবা মীওই অনিমক চপ মান্ননা ইকায় খুমনৈ। অদুগী অম্মক তোকঙা ওইনা থাজনরিবা ৱাফমনা– হৌজিক হৌজিক খুৎলায় পায়দুনা লালহৌনিবা চীয়াপসকী মায়খুম উপ্পা, নহা ওইরিবা লুচিংবা মার্কোগী এদভাইজব বিসোপ অসিনা ওইরি।

মায়খুম উপ্পা চীয়াপসকী লালহৌবা লুচিংবা অসিগী মরমদা লাঙ্গনা য়াম্না পোঙনা হায-

'He is a hero!'

ফেস্তীবেল অসিগী স্লোগান্দী ইতালিয়ান্দা O la Borsa O la Vita, 'সেনগাও নৎত্রগা নপুন্সী' হায়বনি। ৱাহৈ পরেং অসি হুরানবসিংনা অমম-অথেংদা মী অমবু ফারগা খুৎলায় উৎতুনা হায়বা ৱাহৈনি। পুন্সী হায়বসি পৈসানি। পৈসা লৈত্রবদি হিংবা ঙমদে। মীওই কাংলুপ অমনা হিংবদা মতিকচাবা সেল থুমগী পুন্সী চংই, মসি য়াওদ্রবা মীওই কাংলুপ অদো মালেমগী লৈমায়দগী মুৎথ্রগনি হায়বনি।

ঐখোয়গী ইসকতমক চুম্না তাক্লগা মিনিত অমা অনিদং ঐখোয় অহুম লেপলুবা অদো মখোয়না খুবাক খুদুনা পুক্লীং থৌগৎপিরকই। মদু লোয়রগা ঐদি মীরক্তা চঙদুনা ফমহৌরে অদুগা মখোয়দি ঐঙোন্দা 'নঙনা য়ুমদা হন্নীংবা মতম অদুদা হেক্তা থোকলকউ' হায়রমলগা মীরক্তা মরি মরি থোকখ্রে।

অচৌবা হোল অদুগী পাকখ্রবা ষ্টেজ অদুগী ময়াইদা পংচাউ চাউদবা ফিলম স্ক্রিন অমা থাদদুনা থম্মী। মতাই ওইনা ম্যুজিসিয়ান অহুম অদুনা ঈসৈ খোংলি। স্ক্রিন অদুদা অচৌবা লৈবাকসিংগী মনুংদা লায়রবা অমদি লাম্মীগী অওৎ-অনৈ খাংলিবা ঐখোয়গুম্বা কাংলুপ মচাসিংগী দোকুমেন্তরি ফিল্মসিং, মখোয়গী লুচিংবসিংনা মরুওইনা সান্তী ওইনা চংসিল্লিবা লাঞ্জংসিংগী অতেনবা ফিল্মসিং মথং মথং উৎলি। করিগুম্বদা মরি লৈনবা স্লাইদ উৎলি। ফিল্মসিং অসিগা মরি লৈন্ননা অকনবা, অথোৎপা অমদি অয়াকপা ম্যুজিকসিং মখোয় অহুম্না পিরি। মদু অঙকপা কুম্মৈ অমনি। য়ামখ্রবা ভাবোকসিংনা চেক মোক লাউদনা তুম্মীন্না ফমলি।

অসিগুম্বা ফিল্মসিং মথং মথং উৎলকপদা ইন্দিয়াগীসু য়াওরক্লে। ইন্দিয়াদা মখোয়না উৎলিবা অসি আদিবাসিসিংনা যাম্না লায়রনা ৱানা চাউখৎপগী মঙাল ফংদনা লেল্লিবা পুক্সী অদুনি। ইন্দিয়াগী অথোবিতী ওইনা থোকল্লিবা নুপা অসি কলকতাদা চহি তবা লৈনমদুনা কলকতাগী স্লমদা লেল্লিবা, মযুম ইংখোল মাংখ্রবা লায়রবা, চাকনি ফিনিবসিংগী মবমদা লাইরিক অনি 'The City of Joy, (ফিল্ম ওইনসু পুথোকখ্রে) অমসুং The Thousand Suns ইদুনা ফোংখ্রবা দোমীনিক লাপিযারিনি। মহাক হান্না O' Jerusalem নচিংবা লাইবিক কয়া ইদুনা ফাওখ্রবা অইবনি।

মতাং অসি যৌরকপদা ঐ ফম্বা ঙমলক্রে। তুম্মীন্না হৌগৎতুনা থোরক্লগা মখোযবু থিকবে। য়াম্না থুনা হন্নীংবগী ৱা নত্তে, নুংঙায়রক্তবগীনি। ভাবুক্তী কাযনহৌদ্রি। নুপী মীয়াইদ কোত অঙাংবা লিৎপী অমগা খরা অহল ওইবী নুপী অমগা ঐগী ইনাক্তা লেপলরে। অহল অদুনা হায়রকই-

'নহাক মহাক্কী যুমদা লৈরুগদবনি। মহাক ইংলিস ঙাংদে অদুবু নহাক্না হাযনিংবা অপাম্বা পুন্নমক মঙোন্দা হায়বা যাগনি। মা লোয়না খঙগনি।'

হন্দক্তী এদি মসাগী কার পুদুনা লাকই। নহা অদো মদুগী খজি ওং পোংজবগুম তৌই। নুপানা মসাগী মতিক মথৌনাদা পোংজবা অসি য়েংবা নুংঙাযবা অমনি। নুপী অদুগা ঐগা তোংলিবা কার অদো মাগী কারনা তুং ইন্নদুনা ঐখোয় ঐখোয়গী অনৌবা লৈফমগীদমক থোরক্লে। অপিরানাদি এদিগী কারদা য়াওখরে। নুপী অদুনা অহিং অদুদা কার অদো য়াংনা থৌরি। মানদি ঙাংলোয় ঐনা ঙাংলবদি খঙগনি হায়রিবা অসিবু করিনো, ঐ ঙক্তবা ঙমদে। সাংলবা লম্বী করম্না তুম্মীন্না চৎকনি। ৱা ঙাংদনা লৈবা অসি এজিয়া ওইগেরা য়ুরোপ ওইগেরা ফজবা নত্তে। ঐনা ৱারী সাবা হৌরবদা মাসু তপ্না তপ্না ঙাংবা হৌরকই। কোন্না ভাপ তারকই। মাগী ইংলিস অসি ইতালিয়ানসিংনা Bad Englishনি হাযদুনা ৱারী সাসি য়াদবা, ইতালিয়ানগী খোম্লোক্তা ঙাংবা ইংলিস অদুনি। ঐগী খোম্লোকসু ফাওরিবনি। অসুম ঙাংনরগা ঐখোয় অনি খংনরকই। মাগী

ইংলিসতু লোন খোইতক খোইতক ওঙ্খোক্লা নুংসি। ফজবা মশক, চমজবা মতৌ, নুংসি চাউবী অদো, মানা তৌবমখৈ ইফজ ফজখ্রে। ঐনা নোংঙাল্লগা এদিদা হায়রুই—

'এদি, ঐ নখোয়গী ইতালিয়ান লোন তমগনি। অদুগা নখোয়গী খোঙ্খোক্তা ইংলিস ঙাংগনি।'

এদিনা মকোক পায়দুনা খুমলকই- 'Oh' my God '

মথক্তা লৈবা কা মচা অমদা ঐগী তুমফম সেমলে। কৈরাক্তু উরু উরু লৈদুনা চুমদ্রিং কাবীদুনি। অহানবা থাক অদু ফজববা রুমান মচা অমসু থম্মী। মদুদা প্লাস্তিক্কী গমলা মচা অমা লৈ। কবিনোনো হাযদুনা ঙক্তুনা যেংলিঙৈদা এদিনা 'মদুগী থাক অদু তেকলবনি পোৎসিংদু ঐ পুখৎপিরকলগে' হাযবকই। নুপী অদুনা সোফা অমা তিংখোক্লগা ঐগী ফমুং সেম্বীবে। মোনপাক ফিদকতু ঐনা কুপচগে হাযববু মানা যাদে। ঐখোয অনি মুন্ন মুন্ন কা অদু সেমলিঙৈদা এদি ঐগী লগেজ অমা পুদুনা কাখৎলক্লগা থোঙজিন ময়াগী রেলিং অদুদা ঙাথদুনা চুরুত মচৈ অমগা ঐখোযবু যেংই। ঐনা 'সিদা চংলকউ লাও, ফমলো' হায়রুবদা, যাম্না ভাপ তানা—

'ঐগী গার্লফ্রেন্দগী বেদকম নত্তনা ঐ অতৈগীদা চংদে।'

ওঙ্খোকপনি, ঐ মাবু য়াম্না লরুনিংলক্লে। অদুবু তুং ওঙ্খোক্লগা ঐগী নোকনিংবদু উহনদ্রে। মহাকসু থুনা কুমথখ্রে। তরাম তরাম্না মতৌ ফোংদোক্তুনা, নুপী অদো লোন খোইতক খোইতক ঙাংবসু লেপতে। অপিরানাগা এদিগা অতোপ্পা য়ুম অমদা তুমলুগনি। ইনক নক্লা লৈবা মফমনি। হয়েং অয়ুক লাক্তুনা সিদা পুন্না অয়ুক্কী চবা ৰানমীন্নগনি। মসি নত্তবা অতোপ্পা মাগী য়ুম অমসু লৈরি, মাগী যুম অনিনি। ঐনা নঙ নতোমতা লৈব্রা হংলুবদা মাগী ফ্রেন্দ অমা লৈ হাযদুনা খুমলকই।ঐ মখাদি যাম্না তারুদ্রে, য়ুরোপতা হাসবেন্দ হংবা চৎনদে। অঙাংদি লৈব্রা হংলুবদা য়াম্না নুংঙাযতনা লৈতে হাযরকই। নোংঙাল্লগা মখাগী কা অচৌবা অদুদা নুপীমচা চহি তরুক্কুম্বা অমগী ওইল পেন্টীং অমা উবকই। মদু কনানো হায়বদি হংলুদ্রে। ঐগী কা সেম্বীরল্লগা মহাক মখাদা কুমথখিদুনা মখোযগা ফম্মীনখ্রে। অপিরানাখোয়দি ঙসাযনা বিযাব থকপা হৌখ্রবনি। ঐদি মথক অদুদগী মখোয়দা 'গুদ বাই' লাউরল্লগা থোঙ ঙাসিন্দুনা তুম্বা চঙলে।

ফমুংদা হেক চোংসিনবগা তুম্বা ঐ হৈনদে। অনৌবা কা অনৌবা ফমুংদনা খবা অমুক হেল্লি। ফক্লাংদা খ্রাইসকী কুর্সিফাই তৌবগী নুদ অমা থেৎলি। লৌথোক্লগা মচি অমদা থমলুবে। তেবল অমদা বাইবল মচা অমা ফাকতোক্লগা থম্মী। য়েংলু য়েংলুবা খুদিংদা ধর্ম্ম-কর্মগী ওইবা লাই অমদি পোৎ কয়া উই। ঐ চর্চ্চ অমদা

হিপলিবগুম ফাওরকই। ঐনা বাথরুম চঙলুবদা উরকই হায়ফেৎ হাংদোক্লবা থোঙবাদা, ঐগী য়ুম্মুগী সিঙ্গল বেদ অমখক থাবা অপিকপা তরক তরকপা ফমুং কা।

মথংগী অয়ুক থাংজ, সাবাতো নবেম্বরগী ১৮ গী অয়ুক্কী মীফম অয়ুক পুং ৯দগী নুংথিলগী পুং২ ফাওবনি। অয়ুক অদু হোবে হোবে চরা বাল্লগা ঐখোয় অনি কৈথেন কারুই। কৈথেন্দু মাগী য়ুম মমাংগী পার্ক মচাদু লানথোক্লগা লৈবা সোবোক অচৌবদু লানথোক্লগা লৈরম্মী। ফ্লোরেন্সতা কাংখোং পানবী বেগ অমগা এক্রোদিতে মার্বল কর্ভিং অমা মাইকেল এঞ্জেলোগী মিংদা লৈরকপা অদু নত্তুনা ঐ কৈথেন কারক্তে। ঙসি কোমোদা লৈরিবা অসিনা অরোইবনি। ঐগী ইপুৱা অতোনবা অমদি ইচানুপা য়াইমা ৱাংবগী মতিক মখোয়গী খোংউপ ইম্ফালদা ফংদে। মখোয় অনিতগী লৈরা য়াদবনিনা ইচানুপী অহল অমদি তিনএজগী মীঙোন্দা য়াম্না উৎচনিংবা চহি মতাংগী ইচানুপা অহুমসুবগী য়াওনা লৈরে। কৈথেন্দু বসতা পুবক্লগা লম্পাক অমদি লম্বীগী মচিদা পাকখন অমা সেম্লগা পুংয়োন্দা য়োনবা জার্ৎনি। যোঋা লোয়রগা অমুক গাবীদা হাপ্তুনা হনখিবনি। মদুদা ফংদবা পোৎ লৈতে। অদুগা মমলসু ফৈ হায। মতম য়াম্না ফংদবনা ঐখোয় অনি কোয়চেন চেন্দুনা অফংবা থরা তাপ তাপ লাক্তুনা লৈরে। যুমগী সো অমা ঐঙোন্দা পীদুনা মানা অমুক ঐবু Cineteatro তান্না থিনবীরে। লম্বীদা সহবগী অচৌ অচৌবা দলানসিংদা মীংসেন চন্দুনা অসাবা মোদেলসিং খিন্দুনা মীৎ থকপমখৈ যোল্লিবা দুকানসিং ফাওদুনা চৎপদা মহাক্না হায়রকই–

'মসিদি বুর্জ্জুযাসিংগী দুকাননি।'

ঐনা হোল অদু য়ৌবা মতমদা মীনা স্বাই পাদুনা লৈবমলে। ফমফমগী চীদাই অনিদা চৎথোক-চৎসিনগী লৈরিবা অহাংবা অদু য়ৌনা মীনা পিক থন্না লেপসিন্দুনা লৈবা অদুদগী হেন্দোক্তুনা ষ্টেজ ফাওবা ৩ংখায় অমা মীনা ফমজিন্দুনা লৈরম্মী। মদু কোলেজ অমদি য়ুনির্ভসিতিগী ছাত্রসিংসু পুলপ লাকপদগীনি হায়বা কোন্না খংলকই। ষ্টেজগী মতাই ওইনা তেবল অসাংবা অমা থাদুনা পবেং ওইনা মোনসিয়র সামুয়েল রুইজ, ইতালিগী মশক নাইবা মীওই অনি– দোনাতেল্লা দোলসিনি, অমসুং নানসি সালিও ফমলম্মী। ময়াইদা ঙরাংগী মসম তেম্বা নুপা অদু প্রোগ্রাম কন্দক তৌদুনা ফমলি। মনাক্তা নহা ওইরিবী, মশক মতৌ চঙখোম্বী ইতালিয়ান ইন্টরপিতর অমা। মতাই অমদা ঙবাংগী ম্যাজিসিয়ান অহুমদুসু মখোয়গী গীতর, সেক্সাফোন অমদি ক্লেরোনিয়েত অদুগা লৈরি। মখোয়গী মরক খজিক্তং হাংবা অদুদা লাক্স, এদি অমদি অপিরানাসু ফম্বা উরে। ঐখোয অমমমদা পীবা মতমদি সুপ্নতগী মিনিত ১৫ দনি। ঐগী মতম লৈরিব্রা নৎত্রগা হৌখ্রবরা ঐ কবিমতা খঙবা ঙমদে। মদু পুন্সীদা অনিরক থোকলোয়দবা তাংখ্রবা খুদোংচাবা অমনি। নুপী অমনা ষ্টেজ মথক্তা কাখৎতুনা ফমলুরো

হায়রকপদগী ঐ নুংঙায়ত নুংঙায়ত কাখৎলবদা এদি হৌগৎখিদুনা মাগী চৌক্রিদু ঐঙোন্দা পীরে। মাগী চৌক্রি অমা পুরক্তুনা ঐগী ইনাক্তা ফমলরে। হৌজিক লেকচর অমা চৎথদুনা লৈরি। ঙহাক সোর হোন্দোকলবদা ঐনা এদিদা হংবদা খঙলে– ঐখোয় কবি অহুমগী রিদিং হৌদ্রি। লেকচর অদু সাংখ্রবা অমনি। মশক নাইবা, মপুক্সী চুপ্পা নোমজরক্লবা অহলসিং অদুদা পীরিবদু পুং ১দগী১.৩০ ফাওবনি। ষ্টেজ অদুদা বার্তন ফংদুনা ফমলিবা ঐখোয় তরুক অদুদা খ্বাইদগী নহা ওইবা অসি ঐনি অদুগা নুপীসু ইতোমতনি। খনবদা মম্মী– ঐনা ঙসি তৌগদৌরিবা অসি করিনো! ঐগী ইশক, ইসম অমদি ফনেক অসিগা, মীয়াম অসিগা। ষ্টেজ অমদা ফম্বা, মীয়াম মাংদা ৱা ঙাংবা, মীয়াম থেংনরকপা ঐঙোন্দা অনৌবা নত্তে। ঐ করিসু নাচুংদে। ঐ তুম্মীন্না পুক্লীং ফাজিন্দুনা লেকচরদু তাই। রুইজগী স্পেননিসতা পীবা লেকচর অদু ইতালিয়ান্দা হন্দোকই। মদুদা মহাত্মা গান্ধী অমদি নেলসন মন্দেলাগী ৱা য়াম্না য়াওখি। লেকচর অদু লোয়রবদা ঐঙোন্দা হান্না ঐগী লেকচর মতেক অমা অদুগা পোইত্রি বিদিং অদু হায়রক্লে। ঐদি লাক্সতা হান্না হায়গদ্রা খল্লুই। মখোয়সিংদু চৌক্রিন্দা লেম্না ফমলগা তেবল মথক্কী মায়ক্রোফোন অদুদা ঙাংই। ঙরাংদগী হৌনা নুংঙায়রক্লবা পুক্লীংনি। ঐদি পোলিতিসিয়ানসু নত্তে। ঐগীদি হৌজিক্তা পুক্লীং লৈকোন্দা ফংবা হেকপদা ঙায়রিবা লৈরাং নৎত্রগা খুদক্তা থোংবা অচম্বা ৱাখলগী মথেন খরনা ময়ামগী সেবা তৌবা তাবনি।

ষ্টেজ ময়াইদা মায়ক্রোফোন অমা লৈরম্মী। ঐ হৌগৎলগা মদুদা লেপলুরে। ঐগী অতেনবা লেকচর হৌরে–

'I come from the land of Gandhi and Buddha, but there is no peace . . . we become poorer and poorer day by day . . .'

ঐগী লেকচরদু এদিনা করম্না ইতালিয়ান্দা হন্দোকলমগদবনো খনবদা মম্মী। মা ওহ্লোক্না ৱারমগনি। ইতালিয়ানসিং ঙাংজদবগী ৱানি, অয়াম্বা ইংলিস খংই। ঐগী সৈরেং অহুমখক ইরোন নুংসিবী মৈতৈলোন্দা পোংনা পাজরে। এদিনা মদুগী ট্রান্সলেসন পারগা লোয়সিল্লে। হুমাং হন্দোক্তুনা ফমথরবদা য়েৎ থংবগী চিল্লবা লম্বী চংফমদা শকখঙদবা মায়থোংসিংগী মীরক মদুদা মাওরোগা আওরোগা মোমোন নোক্তুনা লেপ্পা অদো লংত্রিক লংনা উরক্লে। আওরোনা মাগী জীন জেকেত অমদি খোংগ্রাও অদুগা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা খুবীগা খুদোম্বীগা পায়সিন্দুনা 'Good!' হায়বগী খুদম লাপ্পা তৌরকই। খংহৌদনা পিসু সিষ্করক্লে।

ঐগী রিদিং লোয়রবদা লেকচর অমা হৌখ্রে। লেকচর অমগা কবিগী রিদিং অমমমগা সেম্বা প্রোগ্রামনি। মীফম লোয়রবদা ঐখোয় মরি থুনা মপান্দা চেষ্থোরক্লে।

মকুপ অনি অমদি লিজাগী মনাক্তা। ঐখোযনা মপান য়ৌবদা লিজাদু মনমদা মাগী বেগ অপোবী অদুগা পাম্বোম নামদা খাও অমা অতোপ্পা পাম্বোম নামদা জোয়ি পমদুনা চপ লেপতুনা লৈবম্মী। ঐখোয়গী ইসক উবদা হোল মমাং অদুদা মীয়াম মাঙ অদুদা হিক হিক কপথোবক্নে। মাওবোনা মাবু মাগী লেংবান্দা কোনসিন্নীদুনা মকোক্তা নানবীদুনা থেমজিল্লি। ঐনা জোযিবু লৌবে। লান্সনা ইকোন কোন্না থোবকই। লান্সপু হেক উবদা লিজানা কপ্না কপ্না হাযবকই –

'লান্স, ঙসিদগীদি নঙনা থবক পুন্নমক তৌবগদবনি। ঐ কবিমতা যাওবা ঙমলবোই'।

রাদু কবিনো খঙদ্রিঙৈদা মতৈ মনাও থুনা যাংনা থোকমীন্নখ্রে। মমাগী মতৌদু উবদা জোযিদু 'মম্মী। মম্মী।' হাযদুনা মমানা চৎখিবা মাযকৈদা যেংদুনা পেবি পেবি কৌখৎলক্নে। জোযিদু ঐনা হোল মমাং অদুদা অঙ্কাল চীপ অমদি বেস্কুত চাদুনা ফম্মীনবা পাখং লৈসাবীসিং অদুদগী অচাপোং খবা নিবগা থেম্বা হোৎনবদা খবা ফবে। মযাম অদুনসু নুংসিদুনা অচাপোৎ মযাম মথং মথং পিনবক্নে। তাঞ্জা ফংদুনা এনা মাওবোদা হংই- কৈদৌবজাৎনো?'

মাওবোনা খঞ্জাননা খুমলকই 'ঐসু খঙদে, অদুবু মা যাম্না চোকথবা মাল্লি।'

ঙহাক লৈবগা অনিদু হল্লবলে। লান্সতু যাম্ন সাওবা মাল্লি। কবিনো ঐখোয ভাপ তাদে। অদুবু চাদবদি যাদবনা ঐখোয খোংনা কিঃ মিঃ মখাযমুক চৎলগা লৈবা রেস্টুরেন্টতু তম্না চাবা চৎলে। রেস্টুরেন্টু মীনা স্নাই পাদুনা লৈবমলে। ঙবাং নুংদাং ঐখোয কোফি থকসি হাযদুনা চঙলুয। ফমফম ফংদদুনা ঐখোয থোবকখি। মদু ঐদি থোযনা খল্লুদে। ঙসি হোতেল মপু অদুনা ঐঙোন্দা চংসিন্দুনা কবিনো খবা হায। মাওবোনা অর্থ হন্দোকই-

'ঙবাং ঐ নঙবু কবিসু পীজ পীথকপা ঙমখিদে। ঙসিদি নঙনা চানিংবা অপাম্বা পুন্নমক পীবগনি।'

ফম্বা হৌবম্বা মীসিংদু ঐঙোন্দা হাযফেৎ হাযফেৎ যেংলকই। থোঙজিন হেক মযাদা লৈবা তেবল অমদা মাওবো, ঐ, লিজা অমদি জোযি ফমহৌবে। খবা চৎথোক্লগা লৈবা তেবল অমদা আওবো লান্স, অমদি অতৈ মকুপ খবগা ফমখ্রে। অপিবানাদি মযাম অমনা ওমসিন্দুনা মনুং ওইনা ফমখ্রে। ঐনা নোদলগা তোমাতো সোচগা চাবা অদু মাওবোনা নোকই। ঐনা 'নখোযগী চিঞ্জাক চাবা খবা খবা হৈবে' হাযদুনা খুম্মী। চখোম খবা হুক্লগা ঐনা বা মখা তাকই-

'Mauro, nobody knows about my husband '

মাওরোনা সকফম হঞ্জীন্দুনা য়াম্না নুংঙায়তনা হায়রকই—

'We know that.'

চাবা লোয়সিন্নরক্লে। লম্চতি দিনরগুম্না সাংথনদে। মনুংগী কাদগীরা, ঐ থোয়না য়েংলুদে, ঐগী ইমাংমক্তদা রুইজ থোরক্লে, মরুপ-মপাং খরনা মতুং ইন্নরদুনা। মী পংচাউ চাউদে, চহিদি ৭০ গী নকয়া ওইরগনি। কুচ্ মুরপ তৌই, মমিৎসু, মসমসু মুই। মায়থোং তইং তইংই, মীৎ লাওতক, মৈতৈ অহলসু হায়ফেৎ মাল্লি। খোংথাং ইংনা, নাক যেৎ থোযনা য়েংলুদনা চুমদ্রিং থোরক্লগা থোঙজিন মযাদা ঐঙোন্দা মখুৎ তিংথোক্লবে। ঐ ইঙক ঙক্লা হৌগৎতুনা ইকায খুম্নগা মাগী খুৎ অদো ওক্লে। অতল ওইজরবসু পুক্নীংগী থৌনা হন্দ্রীখা,লুম্বু লুম্বু সাবা খুৎ অদুনা ঐগী খুৎতা চেৎনা পায়সিন্দুনা থৌনা হাপ্পীরম্লগা মানা থোরকখিবগী মতৌওম ব্রা মচেৎ অমতা ঙাংলমদনা মীৎনা কুপ্পদা থোঙ অদুদা থোকখ্রে। কবিনো থোকখ্রিবা অদো ভাপ তাবা ঙমদ্রিঙেদা, মরেপ ব্রাংলপ তৌবা মসা খিংবা অহল অমা চংসিলক্তুনা ঐগী খুৎ সোক্লবে। নোকফেৎ নোকফেৎ, করিনো অমসু হায়রম্লগা থোকখ্রে। মাওরোনা মোমোন নোক্তুনা—

'Do you know what he says?'

'No'

'You are a beautiful woman!'

চাবা লোয়দুনা মপান্দা ঐখোয়গী কাংবু অদু লোয়না থোরক্লবদা লাক্সনা ইঙাও ঙাওনা হায়বকই—

'Memchoubi, even Che Guevera couldn't do that! I want to give you a big hug, but you wouldn't agree!'

মথংগী নুমিৎতা অয়ুক্কী মীফম লোয়রগা ষ্টেজদগী মথং মথং কুমথদুনা মিংসেলগী থোঙ অদু হাংদোক্তুনা সুমাং অদু য়ৌরকপদা লাক্স, মাওরো, আওরো অমদি মখোয় অতৈসু লৈরম্মী। ঙসি ইতালিদা মখোয় অনিগা অরোইবা উন্নবনি। অমুক হন্না উন্নবা উন্নদবা কনানা খঙগনি! আওরো অভিয়ানোগী মীফমদা সেৎখিবা কোত অবাংবা অদুগা লৈবাক মচা তানা নিংথিনা সেৎলকই। ঐবু উবদা ব্রাদি ঙাংদনা মোমোন নোক্তুনা পাম্বোম অনি তিংথোক্তুনা লেপলরে। মদু ঐনা হৈনদে হায়বসু খঙলিবনি। খুৎ ফাওবা সোক্লদনা হায়ফেৎ নোক্লগা ঐনা য়াম্না কোয়না ইকায়খুম্ননা চৎচবা মীশকনি। ঐ শকফম হঞ্জীন্দুনা লকক তৌনা মীকুপ অমা লেপ্পী — মানা তৌরিবা অসি করিনো! ঐনা তৌগদবনা করিনো! মাদি হনবা লৈতে, অদুম লেপখি। ময়াম অসিগী মমাংদা, চোপ্পা য়াবা মীশকসু ওইদে। ঐ মপুম ওইনা মাগী পাম্বোম

মনুংদা চঙলগা মাগী লেংবান কোত মথক্তা হাযফেৎ হাযফেৎ অনিবক ঐগী লাইবক্লা সোক্লে। মখোযগী চৎনবীদি অহুমলক খজাযদা সোক্লগদবনি। মদুগী থৌনাদি ঐঙোন্দা লৈতে। অদুবু থিংবা ঙমদনা রাহৈ খবদি লমহেন্দুনা থোকখ্রে–

'Auro, I find some peace since Ravenna '

'Yes, I see that

অদুবু বাযম অমদি হৌজিকসু লেখায তাদ্রি। ঐদি ঙাযনা বাবদুনা Cineteatro মমাংদা ভান মনুংদা কাখৎলগা তুম্মীন্না ৎাসিন্দুনা লেবে। মপান্দা লাপতব এাদগা অপিবানাগা চব ং থগুনা লেপহৌর্বনি। পুং শানবোমণী তু দা এদি লাব লে অদগা মাগী কাবদা ওইনা চৎলগা। পাৎ-চৌসংদু লোকর্নসি ঐখোয পুন্ন। হোতেল অমদা লৈমান্নবর্ণনি হাযববে। ঐখোযগী লৈফম তোঙান তোঙান সিন্দোকলুবগা অমুক পুন্না লেমীন্নবা পামলক্লে। খুদক্তা হোতেল অমা ফংবা মাওবোখোয লাকলমদ্রবাদ ওইদ্রবনি। মদুনি ঙাযনবিবা। কোন্না এদিনা তমদুনা খঙবনি। মানা লম্বীদা গাবী মনুংদা মখা তাবকখি- 'মী হাযবসে পুক্নীং লুমনক্তবা মতমদা মনাক্তা মী লৈহন্নিংই। মদুনি হৌজিক লিজানা তৌবিবা অসি।

অপিবানা ঐখোয অহুম সিতি মনুং চঙলগদি যুম অদু থিবা খঙদ্রে। ওস্থোকপনি এদি যাওবা অদুদা ঐগী পুক্নীং ওস্থোক্লা লুমজখি, নুপীদুগী মমিং, লৈফম লম্বীনচিংবা অমতসু হংহৌদ্রে। পুং অমবোম উক উক সহবগী লংলবা মৈঙাল মবক্তা, নুমিদাংবাইগী বেস্টুবেন্টতা পোত্থাবা থোবকপা ওফিস কুমলকপগী লম্বী চিনখৎলকপা, বান-বে গ্রাফিক কন্না ঙাকপা তাঞ্জা অদুদা কাব অদু কোযথৌ থৌদুনা লৈবে। ঐদি জ্ব্যান মাংসিলক্লে এদিনা বাকন্নুদি হায। ঐখোযনা অহানবা থুংলখিবদা চর্চ অমা উখি। মদু থিদুনা চৎপদা উচিন নাচিন্না ফংলে। ওস্থোকপনি, পুকফবী অদুদা কাযন রাহৈ অমতসু হাযবমদনা মপুলৈতবা যুম অদুদগী হুবানবওম পোৎ পুন্নমক পুদুনা থোবকলে।

হোতেল যৌববদা মীফমফম কাদা মাওবো আওবো লান্স অমাদি লিজা জোযিগা লৈবম্মী। এদি অমসুং অপিবানাসু মখোযগী মবক্তা চঙখ্রে। ঐদি মখোযগী মবক্তা যাওনিংদদুনা চাউববা কা অদুগী আ ফক্লাং মযাদা লৈবা ফমফম অমা মকম ওইনা লৈবম্বা অমদা চৎথোক্লগা ফমলুবে। মতম ওইবক্তুনা মাওবো হৌগৎলক্তুনা এবু থিববে। ঐগী খুৎ অনিমক মখুৎ অনিনা চেজেৎ পাযসিন্দুনা মাগী থবাক্তা থম্মী। মাসু রা ঙাংদে, ঐসু ঙাংদে। মখোঞ্জেল ফাজিন্দুনা হাযবকই–

'Good bye, dear sister!'

ঐদি কবিসু খুম্বা ঙমদ্রে। মহাক চৎখ্রবদা আওবো চঙসলক্তুনা অমুকসু পাম্বোম তিংথোক্তুনা লেপলবে।

মিনিত অমা অনিদংগী মনুংদা ইসাবু ফাজিঞ্জদুনা খোংথাং খরা থাংদোক্লুনা য়েংলুবদা লাঙ্গকা কোম্নরম্বা থাদোকলগা মাওরো থোঙজিন্দগী ঐঙোন্দা মখুৎ হায়রমলগা থোকখ্রে। আওরোদি মীকুপ অমা লেপলম্মী। অদুদগী মমাই লৈথোক্লুনা চৎখ্রে।

মিনিত তরাগুম্বা ইচিক চিক্লা লৈরুরগা রসা ভিনা গ্লাস তংখায় অমা পায়দুনা এদি ইমাংদা লেপ্লরে—

'নহাক অদুদা নতোমতা লোৎলগা কপলিব্রা? কপথোকখিবনদি খরা য়াংবনি। কপ্পু কপ্পু।'

'এদি, কপ্লা নত্তনা ঐগী অতৈ তৌনিংঙায় লৈত্রে। য়ুম য়ৌরগা ঐ করি তৌগদৌবনো খঙদে।'

নুংদাং অদুদা অহানবা অমদি অরোইবা ওইনা এদিগা ঐগা ইংনা ৱাবী সান্নদুনা ফমখি। বিয়ার গ্লাস অমসু অমুক লৌরুরে। মপুকচেল সেংনো মানা হায়বকই -

'ঐগী ওজা (মাওরো) না হায়বদগী ঐ নহাক্কী সৈবেং হন্দোকপা য়াওখিবনি । নহাক্না নোকপা ওঙ্ঘোক্লা ফজে মদুনা ঐবু নঙোন্দা চিংসিনখি . । ঐগী গার্লফ্রেন্দসু নহাককুম্না য়াম্না কনবা নুপীনি। নখোয় অনি কদায়দনো মান্নবা অমা যাওরি। ঐনা মঙোন্দা নঙগী ৱারী তমলুবদা নঙবু য়াম্না উনিংই হায়। ঐগী গার্লফ্রেন্দদো, মাগী মনাক্তা লৈজবদা ঐগী পুক্নীং ইথন থল্লি, অতোপ্পা মরুপ মপাং অমগী দরকার লৈতে। মহাকসু হোৎনবা নোম্ব য়াম্না কল্লি . . ।

'এদি, ঐদি যাম্না সোনবা নুপীনি। পুঙ্গীচুপ্পা অকনবা ঐগী নুপাগী মপান তাংজদুনা হিংজনিংই। নঙগী গার্লফ্রেন্দো মাবু লুনা তৌবীবা নঙগুম্বা অমগী, অসোন্বী নুপী ওইবগী নুংঙায়বা অমদি ফজবা খংঙু হায়য়ু।'

অহানবদা এদি খজিক্তং ঙকচানবগুম তৌই অদুদগী নোকফেৎ তৌদুনা মসা অদু ফন্দোকলগা হায়রকই—

ঐ হৌজিক পৈসা থোকত্রি অদুগী ৱানিদা। অদো ঐসু থোকলকখিনি . . .। অদুদগীদি ঐনা মাবু নুংঙায়হনবা ঙমলগনি।'

মাগী অহাংবা গ্লাস অদো য়েংলগা হায়রকই- 'আদা ফমলুরসি লাওবা।'

থোঙজিন ময়াগী ফমফম অদুদা অপিরানা মথন্তা তুম্মীন্না ফমদুনা বিয়াব থকলম্মী। ফমফম অদুগী হেক মায়য়োক্লনা হোতেলগী বার লৈরি। মাগী মনাক্তা ফমলুরে। ঐনা হায়রুই—

'অপিবানা নঙগী বিযাবসি থকমনখ্রেনে।'

'সিদা ব্রামনবা অসিদা থকপনি। যুম যৌবগা কবিসু অসুম্না থকলোয। ঐ কবিসু যাম্না থকপা মী নত্তেদা।'

'উম, লিজাসু তুব অসিনা চুকততা এদিক চুবা অমা ওইহনদৌবে হাযববনি।

অপিবানা নোক্তত মনোকই। এদিনা লিজাগী পাউ তম্মী 'সুইজলেন্দদা মথং মথং তেলিফোন্দা পাউ হংনবদা ঈ পাউ অমত নিংথিনা ফংনদ্রমাল্লে।'

তযে, নোংমার্যাজিং নুমিৎকী বিদিং অসিন' অবোইবনি। মসি হেব লোযবগী নোংডানবদা ঐখোয ইতালি খাদোল্লগা চুমদ্রিং সুইজলেন্দগী কোন্ বেন যৌনবা চৎলগদবনি।

মবব অসিদা পাউ নুংঙাংগ অমা ং বে। অপিবানাগী সংটনগী বেগ অদু ফ্লোরেন্সতা লৈগী মচি অমদা তাদুনা লেবমলে। বনদা থাখ্রে। খংলে, নিংবা বাগনবা হুবাম্না অদুনা পেগা তামত্রা যাওবমদ্রবা অদুদা হংদোকলম্বা জাংনি।

নাংমাইহিং নুমিৎকী অবোইবা নুংথিলগী মীফম অসিদা লৈবি বিসোপ সাসুয়েল বইজ নিগুয়েল অলভারেজ চাযাপসবী মশব নাইবা মী অমা অদুগা ঐখোয কবি অগুম অসিগা। ঐখোযগী বিদিং লোযববদা ঙাযখে হাযদুনা ষ্টেজ মথব অদুদা ফমদুনা লেবে। মখোযগী সাংখ্র সাংখ্রবা তম্লবা অর্থ খংদবা লেকচবদু তাদুনা ঙাযবে। ভাবুক্কী ইকায বাযদে। অহানবগী অদুম্না নেপফম ফাওবা লেতনা চিনবা নত্রে। লাম্না ঐখোযদা তমখি মতেঙান্দা মখোযনা হাযববকপা।

হন্দক্কী কোমোগী ফেস্টিবেল অসিদা পোইত্রি অমদি পোলিতিক্সকী অপুনবা ফজবা মসক অমা উবা ফংই।

ঙাযবমখৈ ঙাযবগা মিনিত অহুম অহুমগী বিদিং অমগা চৎথবীযু হাযদুনা হাযখবে। অহৌবদা অপিবানাদা পীখ্রে। অপিবানাগী গীতব অমদি সৈবেংদো ভাবুক মবক্তগী কল্লক পেন্না Bravo' কযাবক লাউবকখি। অপিবানাগী কাযনবগী ঈসৈ অমা গীতবগা পীখ্রে। ঐগীসু অবোইবা ওইনা –

ঐনা ঐগী অতেনবা সেবেং অমনা নখোযদা কাযনা যাগং নিজবগে'।

হাযবগা সুপ্নতগী ঐগী নোংথাং লৈমদু' পাবে। অকোনবদা লাক্নকী অতেনবা সৈবেং। মতমদুদা লিজাসু জোযিদু মনমদা পোসিল্লগা ষ্টেজদা ঐখোযগী ইবক্তা ফমলবে।

ঐখোয়গী সৈরেং লোয়রবদা মহাকসু ঐখোয়গী তুর অসিগী দাইরেক্তর ওইনা মখুৎ হায়দুনা 'গুদ বাই' হায়রে। খংহৌদনা পোকলকপা কায়নবগী অৱাবা ৱাখলনা ঐখোয়বু ঙহাক্তং ষ্টেজদা হৌনরুবা য়াওদনা মিকুপ অমা ফমথদুনা য়ামখ্রবা ভাবোক অদুদা য়েংদুনা লৈরুই! অদুদগী খংহৌদনা অদুক য়াম্বা মীয়ামদু ইতালিয়ানগী 'গুদবাই সোঙ' দু পুলপ মান্ননা খুবাক খুদুনা সক্লকলে—

বেলা চাউ বেলা চাউ

চাউ চাউ চাউ

. . . ।

কায়নবগী অরোইবা খুদোলদি সুপ্নতগী পি খক্তনি। এদি, লিজা, লান্স, অপিরানা অমসুং ঐহাক কপখি, পিতনা ঐখোয়গী ইমায় ইচোৎ চোৎপমখৈ। পি নক্তনা মখোয়দা পিরমনিঙায় করিসু লৈখিদে। অদুক য়াম্বা নুংসিবা অমদি থম্মোয় মখোয়না পীবকখি। মপোক মপোক্তা কবি ওইনা পোকচগে!

লৈহৌরোকো, নুংসিবী ইতালিয়া, কায়নরসি, চৎলেকো।

———

অনিসুবা সরুক

# পিনোকিওগী লমদমদা

## ক

কোমো ছন্দোক্রমদুনা আলসকী লোয়বোইবা চীংলক্তা সুম কাখৎলকলগা সুইজলেন্দ চংলক্রে। অহানবদা উ, ঋা য়ুমসা কৈসা মওং মতৌ অবাং ইতালিযাগা ইমান মান্নবম্মী, থোযনা খেৎনবা উদে। অদুবু সাংল সাংলবা চীংনুংস্থৎকী লম্বী কযা লাম্থোক লাম্থোক্তুনা আলস কাখৎলকপদগী সুইজলেনগী তোপ তোপ্পা মশক পোবক্রে। মিতব লিসিং মরি সাংবা চিংনুংস্থৎকী লম্বী অমা থেংনরকই। য়াংনা থৌবিবা ভান অদুনা মদু লাম্থোকপদা ওম্থোক্লা কুইনা চঙই। মদুদগী হেন্না সাংবা তনেল লৈবমখিদ্রা খঙদে। উননা কুপ্পবা মী লন্না তাবা চীংসাং নাপোমসিং, মসিং খঙদ্রবা ঈসিং চাযবীতনা থল্লবা নুঙগী চীংমায়সিং লাম্থোক্তুনা আলস লাম্থোকলগা লৈবা বের্ন সিভি তমলকপদা, তম্পাক কুমথবকপদা পাকলবা পাৎ কয়ানা ইসং সংনা ঐখোয়বু ওকলম্মী।

ঐখোয়না অহানবা থুংলুবদু লিজাগী পাবুংগী মরুপ অমগী পাৎ মপান্দা লৈবা য়ুম অমদনি। মদু পুরা য়ুমমকসু নত্তে, মরুপ মপাং ময়ামগা চামীন-থকমিন্নফম ওইনা পোখাফম ওইনা থম্বা অপিকপা য়ুম অমনি। সুইজলেন্দা অয়াম্বা য়ুম পিকই। ঐখোয়গী মৈতৈ য়ুমজাওগী মমাংথোং অমগা মনিংথোং অমতমক পানবা য়ুমসা অসিগী ৰাহনথোক খংলকপদি সুইজলেন্দনি। মণিপুর অসি বৃতিস ওফিসারসিংনা ইবম্বা লাইরিক্তা য়াম্না ইংই হায়বসু হায়বনি, ইংসু ইংলম্বা জাৎনি, য়ুমসা অসিনা তাকলি। সুইজলেন্দা থায়না থায়নগী থোঙ অমদগী হেন্না পান্দবা য়ুম উরকই। হোয় মদু সীংগৈ গুম্বা নৎত্রগা সনগোন ওইরম্বা য়াই। মখোযদি অনৌবা মতমগী দলান অৱাংবদা ঙাওদে। থায়নগী অপিকপা য়ুমমক্তনি। মদুনা য়ুরোপকী লৈবাকসিংদগী তোপ তোপ্পা মশক অমা পী। সুইজলেন্দ হায়নরিবসি মদুনি। খুঙ্গংগী অইংবা অচিকপা মহাও অমা

পীবি। সন, যাও যাম্না লোযবা লৈবাক ওইবনা নাপী নিংথিনা থায। অদুনা চীংদুমসিংদু ইসংদ সংদুনা তনান তনান উই। মসা নানবগী হাযকুববদি মখোয সোবোক ফাওবা ৱাই সিৎলি অদুগা মবম মোকপগী জাৎতি অমগা অমগা যাম্না তিন্না-তোৎনবা চামীন-থকমীন্নবা লাংথোকপা কয়া সংদে। পুংসুদা সুদুনা লৈবা জাৎনি। অদুনা ইনাকসু যাম্না খুল্লি।

নবেম্বব তাং ২০, যুবোপতা খ্বাযদগী মতম ফত্তবা, নবেম্ববগী অবোইবা চযোল হাযনবিবা মতম অদুমক্লী। যাম্না ইংই। অদুগা ঐদি হকচাংসু ঙমদ্রে। ইংথম চনবা হৌববনি। লাযওংদু অনৌবা ওইবনা ঐনা মুন্না খঙখিদে। মৈ হৌগৎলম্বা উবদা চেঙ্গিন্দুনা মৈনাঙ্কা হৌদোংগুম কুল্লবে।

খংহৌদনা লাঙ্গ যান্না হৌন খংবা নোল্লুক-পা মবম ওকপা নুপা হ্নমা ওন্খ্রে। চাকতি যুম্বু অদুনা থোংদুনা থৌবাং লোযববনি। নুপীসু যাওদে। যুম্বদু অহলনি অদুবু মথন্তা লৈবম্মী। যুবোপ্তা অহল ওইববদি নুপীসু নুপাসু মখন মথন্তা লৈনৈ। চাব এপ্সা' থাংদোক থাংজিন অমগা অমগা লাঙ্গনা থবায যাম্না যাওনা মতেং প ই। কোয়দি ঐ খংলকই। চাকচা তোকপদা ঐনা লক্লবই–

'নিঙোল মবা হাযবসিদি নুপী মগুমদা মবম যাম্না নোকপনি'।

'মেমচৌবী, নঙনা ঐগী নম্বব খংই'।

অসি হাযবগা মা নোকনিংবা ফাজিনখি। লিজাদি ভাপ ইতা তাবা উদে। অদুদগী ঙাক লৈবগা যুম্বদুগা লাঙ্গকা লিজাগী হোৎনবা কনবা, তুব অসিগীদমক লৌবিনা থৌদাংগী ৱাবী সান্নবে। মকুপকী মচানুপীদু যাম্না থাগৎপিবে। যুম্বদু চাকসংদা অমুক চানবা লৌবা চৎখ্রিঙৈদা ঐনা লাঙ্গতা-

'মীসে কল্লি কল্লি হাযবগা তিকি পিঁজে হাযবনিকো'।

লিজাদু খজিকতং ঙকলন্নগা ৱাখল অমা খন্বগুম তৌই। লাঙ্গনা নোকনিংবা অদো উমসাই সাইজিল্লগা – 'ঐখোয ইন্দিজিনস পিপল অসে যাম্না খঙবনি'।

লম্বীদগী ঐগী হিদাক লৈখিসি হাযনবগা ঐখোয যুমদু থাদোক্লমলগা বের্ন তমলক্লে। ঐখোযগী লৈফমদু যুথ হোস্তেল অমদনি। ঐখোযনা থুংলবা মতমদা নুমিদাংগী দিনব পুং ৭ তা লৈবদু মতম হেন্দোকখিদুনা ঐখোয বেস্টুবেন্ট অমদা চৎপা তাখি। মদু বের্নদনি, অদুবু অদুক চিকপা তবক তবকপা বেস্টুবেন্ট ঐ যুবোপতা থেংনবত্রি। হকচাংসু যাম্না ঙমদ্রে। খৌনাউ অসিনি যাম্না নুংঙাইত্রিবসি। ওস্তোকপনি ইথন্তা ইচা মপুংমবৈ ফাদ্রিবা অঙাং মবি অদুগা হোবে হোবে যোমলকপা পোৎযোমনি,

হিদাক লাংথক ইন্নাৎ ন্নাৎলকই। মদুনসু অযাম্বনি। ঐ ইথন্তা ঙকখি— মসি কমদৌনা কাওবিবনো। কবিবু ঙকনিংঙাই ওইবগে হিদাক হেক হেক য়োম্বীবদি য়োইগী পাবুংনি।

ইচিক চিকপা চাফম অদুদা ঐখোয ফম্মীনবা মতমদা ঐবু ইকাও কাওবে, মদু ইচম চম্বা ন্নানি, কবিনো অমা ঐনা লাপ্তা হংলুয। মাদি চাবগোই হাযবে, অদুগা থোকখিগদৌবে। ঐনা হংবা বাহংগী পাউখুম পীদনা ফ্রং সাওগৎলগা— 'ঐগীসু ইথন্তগী ওইজবা মতম দবকাব লৈ'।

অদুগা মখা তাবমদনা অদুম থোকখবে। ঐ ইঙক ঙক্কুনা লৈহৌই। তসেংনা মদু ঐঙোন্দা হাযবিববা নৎত্রগা কনাদনো। থৌদৌ অসি অমুকসু থোকখ্রে। বাকমদি লিজানা ঐগা ফ্লোবেন্স যৌবগা সোপ্লিং খবা ভৌসি হাযনর্বনি। ইতালিগী মতমদি লোর্যাসিলক্রে। পোৎ খবা লৈনিংখি অদুগীনি। এখোযনা যৌববা মতমদা নী ঐগী কাদা পোখনবা চংলমদাইদা ঐহৈন্ন। ঐখোয পুং কয়াদা টিন্নগনি হাযদুনা হংখি মদু পোৎ লৈবগী ডাকস নত্তে, পোৎ লৈসিবু হাযববসু বাবে তোকলসিনু হাযববসু চানবা চৎপা ওইগো অমা ওইবো মতমদু ঐ থ বগী দবকাব ওইখি। মখোযগী কাদা চলগা কনম্না হংলুনি। মদুদসু লিজানা অসুন্না য়্রং সাওগৎলবখি। ঐ বা মখা তাখিদে। অদুনা কোমোদা ফবক থাখ্রবা তাঞ্জা অমদা কৈথেল কাবা তাখি। হকচাংগা ঙমদনে লমসাং লাকপগী বাননে ঐসু য়্রং সাওগৎলুবে (সাওনবু কবি কান্নবগে)। খোঞ্জেনদি চোযথোক্তনা ঐনা তপ্না হাযকই-

'লিজা নহাক সাওদি সাওগনু। না অমা তাযগে। নহাক্না জোযিগা যাওবা ঐখোযগী তুব অসে যাম্না নুঙাযবা অমা ওইববসু মসিনা কবিগুম্বদা ঐখোযদা কান্নদবদা খোযদৌদি যাম্না সাওগৎহনবা জাৎনি'।

নিজানা মমাই হাযগৎতুনা ঐঙোন্দা যেংলকই নুংঙাযতবা ফাজিন্দুনা

'কবিনো হাযবির্বাসিবো। ঐনদি মসি যাম্না ফজবা অমনি হাযনা খল্লিনা' (I think it is very beautiful)।

অপিবানা চেক মোক লাওদে, ইংনা ফম্মী। তাইবংপাল অসিদা খ্বাযদগী ন্নাবসি অসোযববু সোযববনি হাযবসি উবা ঙমদবা নৎত্রগা উনিংদবা অসিনি। মতম সাংনা হাযবা ঙমদনা থম্মোযদা পন্দুনা লৈবম্বা বা অমা হাযদোকখিবগী ঐদি ন্নাই সংলে। মদুনা মতুংদা কবি থোক্লগদবনো হাযবদুদি ঐ থোযনা থৌসাকদে। খোংথাং খুদিং ন্নাঙাং খুদিং অক্কা হোৎপা পোলিতিসিয়ান নত্তে ঐদি

ঐনা চাবকলিবদু মমিংতনি পুক ভংখাযমুক থলমগনি। খববু চাববদি ফনে হাযদুনা ফমুংদা চংলে। নিংসিঙলকই বোলজানোদা হোতেলগী কা অমদা ঐনা

চংলকপদা জিওননিসনা অপিবানাদা খোঞ্জেল নেম্না হাযখি— 'ঐদি নহান্না লিজাদা নহাক তুব অসি যাওকনু হাযবনি। রাববনিনা অঙাংনে কবিনে তেক্সন কানবা মসানা তাবনি'।

মতমদু মেবি চৎখিবগী অপিবানা যান্না নুংঙাইত্রিঙৈদনি। ঐনা মখোযগী রাদু তাসিন্নখিদে।

ওস্তোকপনি সাংলবা মতমসিং অদো ঐখোয অমুক্তা নে তানা রা অমতবু ঙাংনবা ঙমখিদে। লাঙ্গবা লিজাবা ঐবা অমদি জোযিগী মখোং সেন্নবা তাবনি। সাংলবা লমসাংদা মানা ভান অদুদা কুইনা ফম্বা ঙমদদুনা কপলবদা ঐখোযনা হেন্না বাই, তৌফম খংদে। ঐখোয অহলফাও রাবনা সিদৌই। মাগী যেংদুনা পোখ্বা পোখ্বা চৎপা যাবসু নত্তে। সুইজলেন্দ লোযবগদি লিজাগা জোযিগা লৈহৌবগনি হাযবদি তাবে।

লিজানা নুমিংচুপ্পা অমা ড্রাইভব ওইকব্বর্বাননা চাবা মতমদা লাঙ্গনা অঙাং লৌথোকপিবা পামজে। মদু চৎখোকপা চৎথোক্তবগী রা ঙাকসু নত্তে। ঐখোযনা হোতেলদা ইংনা লৈবা, পোখাবা, চাবা মতমদা লাঙ্গনা অঙাং লৌথোকপিবা অদুগা মানা ইংনা ঐখোযগবু ওইবে মথঙ্গু ওইবে লৈভবা অদু মাগী পো ভর্বনি। নুপানা অঙা লৌথোকপিবনা মতুবু লুনা ৎৌবগী খুদম ওইনববা ঐ খংলক্তে অদুবু চাব থো বগী রাদি নুপীনা থোংগনি হাযদুদি যুরোপতা কাউনহৌবে। ঐনা থেংনবকপা পুন্নমক নুপানা থোংবা ঙাক্তনি। অদুবু লাঙ্গকী অতোপ্পা মওং অমা এনা উখি। মহাক্তী নুপী অঙাংগী নুংশিবা অমদি যুম পানবগী থৌবিনা তেহল্লবা নুপা নত্তে। মচা পোক্লদুনা লৌবা নুপীদা লিজানা মবিসুবনি। চহি৫৫ সুববা নুপা অদো হৌজিকসু লৈতাদবা মতৌ অমা উবি। লিজা যাওদবা অহানবা খোংচৎ, নেপলসতা অযুক্কী বিদি, অমদি চাবা লোযবগা, কৈথেল কাকনি হাযবগা মথন্তা মাংহৌই। মদুনা অহানবনি মতোমতা মাংবা হৌবা। পোৎ লৈবগী বা অদু মঙোন্দা যান্না পকচখিদে। মতমদুদা থোযনবু খল্লুদে। জর্মানি যৌবগা লাঙ্গনা মতোমতা মাঙহৌবা অসি যান্না তোযনা থোকপা থৌদোক ওইবকখি। নোংমা ঐনা ফাগীওই কবিওই হংখি, হেক হেক লোন্না মাংবগী মবম। ফাগী যাওদনা, ইংনা খুমলকখি—

'হিংনবগী ঐ ইবা তাবনি। ইদ্রবদি ঐ কদাযদগী চাগনি'।

মদুনি মানা মাংবগী মবম। লিজানদি মদু ইখং খংদবগুম উই। অযুক অদু ঐনা হৌগৎলকপদা ঐগী খৌনাউ অসি পুংফুন ফুনজিন্দুনা লৈবমলে। মদু পুক্সীদা অমুক্তা থেংনদ্রি। লাইহৌসু হাযগৎলমলে। ঐ ইপা পাখৎনা ফুক হৌগৎলগা মখাগী চাফম

কাদা কুমথবকপদা লাল্স অমদি লিজা ব্রেকফ্রাস্ট চাদুনা লৈবা উখি। ঐনা থুনা লাম্সকী মাযযোক্লবদা লৈবিবা চৌক্রি অমদা ফমথবগা, যাম্না বানা হোৎনদুনা হাযকই—

'লাল্স, ঐ যাম্না ঙমদ্রে। অনকপদা লৈবা দাক্তর অমদা চৎসি'।

'ও। নঙগী হিদাক ঙবাং লৈববনি, ঐ কাওথোকলুবে'। হাযবগা লিজা থুনা যাংনা মখোযগী কাদা চেনখৎখবে। কবি বানো অসিবু, হিদাক মখোযগী মনাক্তা অহিংচুপ্পা তাদুনা লৈববা। ঐনা সাওনিংনা লাল্সতা ওনসিন্দুনা -

'কবিগীনো হিদাক্তু ঐঙোন্দা ঙস্তানা ঙবাং পিদ্রিবদি, কবিগীনো।'

লিজানা হিদাক পুদুনা চেংঙোবক্লগা খুমলকই- 'নহাক্লা হাযদি হাযদনা'।

ইসেং সেংনা কাউবনি হাযববদি ঐ অদুক যাম্না সাওবমলোয।

'ঐবু চাকনিববো, অহিং চুপ্পা ঐনা নিবকপা ঙাযদনা লৈবিবনিনে?'

লাল্সনা লিজাগী মখুংতগী হিদাক মযোমদু তাপ লৌবগা সাওনা চেবলদা দম লাওনা। হিদাক্তু থমলগা হাযবকই নঙগী হিদাক সিদা লৈবে'।

মমাযমগী দা লাক্তুনা নংসিনানিংখি। মঙোন্দা ঐগী লৈখিবা ব্যাভার অদুনা লম্মতী চেৎখিদবে। হিদাক্তু তাপ লাক্লগা লৈমাযদা লাওদুনা লংখাযবমলগা ঐ মথক্তা ঐগী বাদা চেনখৎলে। লোযননা সাওনিংবা পুম্বা পি ওইনা সিন্থবক্লে।

মাৎনা কুপ্পদা লিজা হিদাক মযোম অদু পুদুনা ঐগী ইনাক্তা কপলি কপলি তৌদুনা

'মেমচৌবী, সাওবনু ঐ সোযখ্রে। হিদাকসি চাবো। সিদা ঈসিং অসানা লৈবে চামচ লৈবে। ঈসিং অসি সাবিবমখৈ ফৈ। নোংমদা মবিবক থক্লদবনি। ফংত যৎরগা দাক্তবদা চৎসি। ঐগী ইমাসু হৌজিক লাক্লগনি। মাসু হিদাক্কী মবম যাম্না খঙবনি। ফার্মাসিদনি মানা থবক তৌবিবদু। ইমা লাক্লগা জোযিদি লৌবিখ্রনি '।

ঐদি তানিংদবদা লোযবে। ফুগ হৌগৎতুনা 'Get out' হাযনা লাউদুনা লিজাবু নমদুনা তানথোক্লগা থোঙদু গ্রম লাউনা লোনসিল্লে।

মীৎকুপ্পদা লিজা অমুক হলক্লে। মমাসু লাক্লমাল্লে। মমাসু যাওনা থোঙজিন বাংমদগী ঐবু কৌবি—

'ইবেম্মা নহাক অনাবনি। হৌজিক তৌগদবদি থুনা হিদাক চাদুনা পোখাবনি '।

মহাক অসি লিজাগী সক খণ্ডনদ্রিবী মমানি। ওম্ভোকপা পুংফম অমদা উন্নৌ হায়দুনা তেক তমলমইদা। মাগী অথোৎপা খোঞ্জেল অদুনা হেন্না কপনিংহল্লে। মাবু ইকাযখুম্নবা উৎপা ওইনা ঐ হৌগৎতুনা থোঙ হাংদোকলুবে। ওম্ভোকপনি জোযিসু যাওনা কৌববে- 'মেমচৌবী। মেমচৌবী।'

মখোয অহুম ঐঙোন্দা থেম্বা যাবা থেমলম্লগা থোকখ্রবদা ঐ ঙহাক খম্থে। হৌজিক তৌগদবসি কবিনো। অপিবানাসু চঙলকলে। তু ওম্ভোক্তুনা হিপলিবা ঐগী লেংবান্দা হাযফেৎতং সোক্লগা থেমজিন্দুনা হাযবকই—

'মেমচৌবী, হিদাকসি চাথোকলো। হৌজিক নাবগী মতম নত্তে'।

অদুগা খুনা থাকখ্রে। এসু হৌগৎতুনা ফিদাব চাবা হৌবে। লিজা তোযনা চেনখ্রনা ঐগী ফিভম যেংলে। মাযথোং ইংনা উই। সাওদি সাওনিংই হাযববু মাগী মমায লেগা ঐ শাম্না নিঙমদ্রে। পঙ্গাদা কনাগুম্বা অমতদসু ঐ অদুম্না তৌখিদ্রি। মহাক্না ঈসিং অসাবা ডাগ অমা পুনক্লগা হাযরে

মেমচৌবী ঈসং থাম্না থকপা ফগনি।

ঐনা নিঙমদনা খুমখি— 'থাগৎচবি'।

ঈসিংদু ঙম্বমখৈ থকচিল্লে। অদুগা মানা থংনম্বা ঐগী ব্রেকফাস্ট অদুসু চাথোক্লে। মীবম অদুদা অদুক কন্না ঙমলকতবা নুংসা খিদবা নত্তে। মফম অদুদা চাবা থকপা মতম যাম্না নাই। নেংমদা চাবা অহুম মতম চানা ফংই। হাওনা মবাং কাযনা পিজবদি নত্তে। অদুবু ব্রেকফাস্টতী চানিংবা মখৈ পেন্না চাবা যাই। ক্রোন ফ্লেগ ব্রেদ, বতব সঙ্গোম, কোফি, জাম, খোযহী মবাং কাযনা পী। যু অমদি চুকুতর্তী সিজিন্নহন্দে। কোলদ ড্রিঙ্ক মখল খবদি ফংই। মদু ঐঙোন্দদি অফবা হোসপিতাল অমগা চপ মান্নখ্রে। মতম চানা পিবিবা চানবসিংদু ঐনা নিংথিনা চবা অমতা কান্নহন্দনা চানবা হোৎনখি। অনাবনা সোম্বা হাযবা অসিদি চাদবনা ওইবমলে। নিংথিনা চানবনিনা নিনি হুমনিদুদি কবিসু চোকথবা পোকহনখিদে।

অহানবা নুমিৎতু অদুম্না হৌখ্রে। লিজানা হান্নমা জর্নেলিস্ট অমা লাক্কনি হাযবদা 'ঐ মাগা উন্ননিংদে' হাযদুনা কন্না ঐনা কম্থোকখিবনি। ফনদুম ফবে হাযনা খল্লি। নিনিসুবগী অযুক্তু ঐনা অযুক্কী চাবা বানবা কুমথবদা লান্স নৈবম্মী। তবাম্না কৌবগা হাযবকই

'মেমচৌবী, ঙসিগী বিদিং চৎপা ঙমগদ্রা'?

'হুং, ঙমলোয'।

'চৎপনদি চুম্বনি'।

'ঐ চৎলরোই'।

র্বেনদা ঐখোয়গী রিদিং অনি লৈ। খনবদা মম্মী— অনাবগী ব্লাকা ইহং হংদনা রিদিং রিদিং মসিদনিনে ঐনা সাওদবা ঙমদ্রিবসে। ঐ তুম্মীন্না সাওনিংবা উৎথোক্তনা লৈখি।

নুমিদাংব্রাইবম পুং ৬ তারকপা অদুব্রাইদা মখোয় লোযনা চৎখ্রে। মীরম অসিদা, য়ুমজাও অসিদা মীতোপসিংগী মরক্তা অনাবা ইতোমতা ঙায়হৌরে। নুংদাং অদুদা হৌবা লাইহৌদ্রসু অরোইবীনি। মদুগী লাযনা মতা অদু পোকপদগী নাজদ্রি। কোকতি কযা কন্না চিক্তে। হকচাং পুন্নমক অসি যেৎতুমনা থিনবদৌনা চক চক থিনবনি। হুমাংস্ অনপ্পা ওইনা অদম লেপতনা থোক্লুনা লৈ। ঐ ইতোমতা অপিকপা কা অদুদা ফব ফব ঙন্দুনা খাংই।

মা ফমফম কাদা নহা খবা তিভি যেংদুনা লৈ। বের্নদদি অযাম্বা জর্মন ঙাংই। মদু বাহৈ অমফাও ঐ খংদে। খুৎতা যাওবিবা পৈসাসু ইতালিযান লিবা ঙাক্তনি। ইতালিযান রেক লানসিনবদা ঐখোয পৈসা কাযথোকখি; হন্দক্তা মদুসু তৌখিদে। ঐনা ইতালিগী লোংচং তঙ্খায চল্লকপদা নোংমা ফাগীওই কবিওই হাযখি—

'ঐ সিদগী ত্রেন তোংদুনা ভিযেনা তান্না চৎলগা যুমদা হল্লগনি'।

মদ মখোয অনিনা অওইবা ওইনা লৌখি। মদগী মতুংদগী ঐগী মুদ নুংঙাযবা তাঞ্জা যেংদুনা লাম্স অমদি লিজানা অনিবক অঙমলক হাযখি

'Memchoubi, please do not go'

লাম্সকী মতৌ অদগী হাযকুববদি নহান্না চৎনিংলবনি। অদুবু চৎপা ঙমখিদে। ঐনা জেকসালেমদগী মতম চাদনা থোবকপদা মকপ মপাং খবা যাম্না নুংঙাযতনা মবম মুন্না হংখি। মখোযদু ঐনা চৎলমদাইগী মতমদদি চেক মোক লাওখিদে। হন্দকসু অমুক মতম চাদনা থোবকলবদি কবি ওইগনি। ইচাসিংনসু হাযহৌই -

'ইমা, লোযবগা নির্ংথনা হল্লকউকো'।

খ্বায়দগী মরুদি সিদগী ফেৎ সাওদুনা চৎখ্রগা কদাযদনো কনাদনো ঐগী অরাবা পেনদবা পুম্বা পোপথোকলুগদবা। মদু খংদবনা লাম্স অর্মদি লিজানা ঐবু চৎখিদনবা অদুগা ইঙক অসিবু থুদেরুবা থৌনা' তৌখ্রবনি। ঐনদা থৌওইদবগী ব্রানি। অদুবু মখোযনা খংদবা ব্রা অমা লৈবি। লিজাগী মযুমদা ঐস চৎনিংইবনি। মদুদা ঐগী আসা কযা লৈঙখি।

অহিংগী পুং১১ তাসিলক্রে। লাইহৌদি খজিক্তসু হুনবা লৈতে। নুংসা থিজিলক্রে। চে মচেৎ অমা সেৎলগা চাওনা ইরে-

'Apirana, please come in'।

চে অদু অপিরানাগী সো লোনফমদা থেৎচিল্লুরে। মহাক হুলকলগা ঐগী কাদা চংলক্লগা ঐবু হংবীরনি খনদুনা ঙায়বদা মতমদু হৌখিবা খংহৌদে। পুং অমরোম হৌথ্রগা ঐ লাইহৌ খরা হন্দোকলদুনা উইরুরে।

ঐনা মিকপ থোবকপদা অহিংগী পুং অমা মখাই তারমলে। লাইহৌসু লৈরমদ্রে। হকচাংসু খরা য়াংলে। হৌগৎতুনা অমুক য়েংলুবদা ঐগী চেদু মতোমতা হান্নগী মফম অদুদা অদুম য়ান্দুনা লৈবমলি। ফৎ চিংলগা পুরগা হলক্রে। খরসু ফরে, হৌজিকপু অহিং নোংযাই সিদা কৈদৌগদবনো।

অয়ুক অদু মখাদা চাবা রানবগী কুমথবদা অপিরানা অমদি লিজাসু চাবম্মী। বারী ঙহাক সান্নরগা ঐনা ঙরাং অহিং অপিরানা ঙাযবগী বারী লিরুবদা মহাক্লা হায়খকই -

'ঐদি নঙগা পার্তি ওইদুনা নঙগীদা তুমনিংবনিনে। অদুদা নঙনদি কাউদুনা তাল্লকনিদো'।

লিজানা খোঞ্জেল হৌনা কন্না নোকলকই। ঙসিসু বের্নদা অনিসুবা রিদিং লৈরি। অপিরানানা হান্না হায়রকই-

'মেমচৌবী, নহাক ঙসিসু পোখাহৌরো'।

অসুম্না অপিরানানা ব্রা লোয়সিনখি। লান্স ব্রা মখা তাবা ঙর্মখিদে। ঐগী পুক্লীংদা অপিরানাবু থাগৎচখি। করিসুদি হায়রুদে। ফনা য়াম্না চাসিন্দুনা থকচিন্দুনসু মরিনি সুবা নুমিৎ অদুদি তসেংনা চোকথবা ফাওরকলে।

তরুকনি সুবা নুমিৎ অদুদি সোলোথ্রামদা লৈবা রিদিং অদু য়াওরুনবা ঐ থৌরাং তৌরে। ঐগী পৈসা লিজানা সুইজ ফ্রাঙ্ক ওন্থোকপিরগা খোংউপ অরুম্বা অমগা মোজা সেৎ অনিগা লৈবীকরে। ঐ রিদিং য়াওরগনি হায়বদা মাসু হরাওরে। হৌখিবা রিদিং অনি অদো নুপা ঙাক্তা ওইবা নুপীগী খোঞ্জেল য়াওদবা অদুদা ভাবুক্লা পেনদবা ফোংদোরকই হায়দুনা তম্মী। মহাকসু ঐগা চান্নরা লৈমীন্নবা কন্না হোৎনৈ।

নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তু লিজাগী মমা লাকলম্মী। জোয়িসু নহানমখৈ পুরুবদু অমুক পুরকই। জোয়িনা ঐঙোন্দা মেমচৌবী হায়না কৌবদু তারগা মানা ঙক্তুনা ঐঙোন্দা হায়--

'জোয়িনা নগুগী নমিং খগুইনে'।

গুকপদি ঐনা হেন্নবু গুকখ্রে। 'হা ইবেম্মা হৌখিবা থা অদো নসুনুপীসি কনাগা লৈমীন্নে হায়না খল্লুবগে' হায়দুনা হংলবদি চপ চারমগনি। হংবদি হংখিদে।

সোলোথ্রামগী রিদিং অদো নহা চহি ২৬ কী মসা মউ ফখ্রবা মশক মতৌগা চগুখোনখ্রবা অমনা সিনবনি। মাগী হোল অদু মহাক মথন্তনা হোৎনজরগা সাবনি। মনুংদা চাফম কা, ওফিস অসিনচিংবসু য়াওই। হোল অদু পিকতক তৌই। মদু মরুওইনা মোর্দন ম্যুজিক উৎফমনি হায়। পোইত্রি রিদিংদি ঐখোয়দুনা অহানবনি। হোল অদু মী পীক থল্লা লাক্কুনা থৱায় য়াওনা ফম্লরবদা মহাক য়াম্না হরাওখি। মহাক্কা ঈসৈ নোংমাই তৌবা মীওই অমদি নহাগা ওইবা অদুদা মীয়ামনা অদুক য়ান্না থৱায় য়াওবীগনি হায়বসি থাজরুদবা জাৎনি। ভাবুক্তি নহাদগীনা মীয়ায় ফাওবনি।

ঐনা ফমুংদা ফৈজ্রুপনা ওমসিল্লগা হিপতুনা লৈবা অদুদা লাইহৌ লোয়খ্রমাল্লে হায়দুনা খল্লুবা জাৎনি। অমনা মখোয় লোয়না চৎখ্রগা সুম ইতোমতা হিপ্লুনা লৈহৌবা অদুসু য়াম্না নুংভায়তে। অদুবু নুমিৎ অদু ঐ পংইংদ ইংসিল্লক্লে। ঐনা খনবদি ফি নিংথিনা লুম্না সেত্রে অসিনি। স্টেজ কাখৎলকপদা খংলকলে— ঐ লাইহৌ কন্না হৌগৎলকলগনি। হাযনা হায়না লাইহৌসু কন্না হৌগৎলক্লে। ঐগী রিদিং অদো অকনবা লাইহৌ অমগা লোয়ননা লোয়সিনমীন্নখ্রে।

অদুবু নুমিৎ অদুদগী খংনবা হৌখি হেলেনাগা। মহাক ফুত ৫ গা ইন্চী৭ কুম্বা বাংলমগনি। মফি মরোন মমাই মমিৎ চোয়থোকতনা কে। মশক ওম্থোক্কা ফজৈ যুরোপতা হৌজিক হৌজিক লৌনবিবা ফজবা নুপীগী মশক — বিউতি ৱিথ ব্রেন, সোফিসতিকেতেৎ লুকিং হায়বদুনি। চহিদী যাংখৈগী নকয়া ওইবমগনি। অদুবু চহি ১৭ কী লৈসাবীগুম তোংগানৈ। মরুওইনা অমেরিকান ইন্দিজিনস পিপলগীদমক ইউ, এনদা থবক তৌবকপা চহি ২৫ গী এক্সপরিয়েন্স লৈরবীনি। সুইজলেন্দা বেজ তৌবা ইন্দিজিনস পীপলসগী মশক নাইবা সংস্তান 'ইনকোমিদোস'কী মরুওইবা মীশকনি। মহাক ঐগী ইন্টর্রাপতর ওইবা লাকপনি। সুইজলেন্দা রিদিং ৯ দা মহাক্কা লোয়ননা থবক তৌমীন্নবগী তাংলবা এক্সপরিয়েন্স ফংলকই। মহাক্কা নোংমা হায়খি—

'ঐনা অসুক সাংনা ইউ এনদা থবক তৌরকপবু নখোয় মৈতৈ অমত থেংনদেনে'।

মহাক অহানবদা দ্রোরো দ্রোরোবুদি তৌই হাযবব্ মসাগী রা পাক গুাংদে। খজিস্তুংসু থৌওইদবা মাল্লি। মসি সুইজ জাতিগী হৌনবীনি। মখোয় মী কয়া থানগন্দবা কাংবুনি। মরুপ অমা ইরাই লায়না সেমলোয়। ভিয়েনাগী এক্সপরিয়েন্সনা অমনি। অগুৌবা জাতিগী ৱাংলবা মগুক, মখোয়গী নাপল সুইজলেন্দগী থেংনবা হৌখি।

সোলোথ্রামগী রিদিং লোয়রগা পৈসা পীগদবা অদু ঙহাক ঙায়বদগী চান্ননা সাংনা ঙায়নখি। মদু করিগীনো খংদে। মী অয়াম্বা চৎনখ্রে। ঐগী ইনাক্তা নুপী অমা ফমলম্মী। মহাক হিন্দি খরা খংই। য়ু. পি. দা সংস্কৃত তমলম্মী হায়। ৱারী খরা সান্নরগা চৎলমদাইদা খুৎ লোন্নরদুনা হায়রম্মী—

'নমস্তে'।

মহাক চৎখ্রবদা নহা পাখং অমা হুইল চিয়ারদা মথন্তা ইনজ ইনজরদুনা ঐগী ইনাক্তা লাক্তুনা ফমলরে। ঐখোয় অনি কুইনা ৱারী সান্নখি। নহা অদো মরুওইনা ইন্দিয়ান ফিলোসোফী য়াম্না পাবা, য়াম্না খঙবা অমা ওইরম্মী। জ্ঞান য়াম্না খৌরাংবা, থকপগী পেনবা নাইদবা মতৌ অমা মঙোন্দা উই। মহাক্কী ফিভম অদুনা লাইরিক মখা য়াম্না হেন্না তমথবা ঙমদবগী অৱাবা ৱারী লিরকই। অদুবু মপুক্কীং ফাজিন্দুনা মানা হায়বকই—

'This is my destiny'

ঐ ঙকখি। তাবিবা অসি য়ুরোপ ভনিকো। মহাক মতোমতা মীপান তাংদনা মী খ্বাইগুম খিং খিং হিংলম্লবা, মদুম হায়না থাজবমগদ্রা খল্লুবদা মমই।

হল্লকপগী লম্বীদা লিজানা য়াম্না হরাওনা পাউ তম্মী। ঙসিগী রিদিং অদুদা মাঁযাই চল্লবা লিজাগী মরুপ, নুপা অমসু য়াওরম্মী। মহাক্না রিদিং লোয়রবদা লিজাগী মনাক্তা চংসিল্লক্তুনা হায়রে—

'হৌখিবা চহি ৩রেৎমুক অসিগী মনুংদা ঙসিগী রিদিং অসিগুম্বা অমতা সোলোথ্রামদা থোকখিদ্রি'।

ঐখোয় য়াম্না হরাওখি। ঐগী লাইহৌদি সোলোথ্রামদা লোয়সিনখ্রে। মথংগী নোংঙানবদা ঐখোয় লিজাগী ময়ুম লমদম ৱান্দদা চৎলগনি হায়দুনা লাংখি। মদু ঐনা ইতালিয়াদগী হৌনা ঙাযজরক্কবনি। লিজাখোয়গী অপিকপা তাউন অদুদা মাগা ঐনা চান-থক্কবা লৈমীন্নরুগনি, কেমেরাগী ফিল্মসিং অদু চামথোক্লগা ফোতোসিংদু ঐখোয় য়েংমীন্নগনি, ঐনা জোয়িবু পোবীগনি অসিনচিংবা। লিজানসু জোয়িবু পোকখিবা, মাগী অঙাং উনফম মফম অদু য়াম্না ফজে মদু য়েংমীন্নরুসি অমদি মাগী মাইয়োক্লবী ওইখিবা নুপী অদো মাগীসু মরুপনি, মাগসু উনসি অসিনচিংবা।

অয়ুক অদু নোংসু হাংখ্রে। অপিরানাদি ঙন্তানা পোৎ লোয়সিনবা লোয়রদুনা মথন্তা কোযবা চৎখ্রে। পোৎ লোয়সিনবা থুখ্রপোৎনি। মানা হায়খি—

'নখোয় নুপীতনা পোৎ পংচায়দা চখায়বগী ৱানি। নবুংঙো ঐখোয়দি নুপানিনা পোৎকা চায়খায়বীবা জাৎ নস্তে'।

নুমিৎ অদু অয়ুক নুংথিলগী মতমদা ঐনা অহানবা বের্নদা থোকপনি। ঐনা খল্লি— 'ওহ্যোকপনি বের্নদা চয়োল অমরোম লৈরমলগা বের্ন উদনা য়ুম হনগদৌরমাল্লে। অপিরানানা পাখং মচাগুম তহা তহা হল্লক্লগা হায়রে—

'মেমচৌবী বের্ন য়াম্না ফজবা সিতিনি নঙ য়েংলরোইদ্রা'।

চুম্মী, বের্ন য়াম্না ফজে। জুরিকতা নুপা অমনা পোংনা হায়রকখি 'বের্ন অচৌবা খুঙ্গং অমা মাল্লি'। মদুনি মাগী তোপ তোপ্লা ফজবা। অপিরানানা য়ুরোপতা মফম অমবু ফজে হায়রকপা মদুনা অহানবনি। মতমদু ঐহাক বের্ন সিতিগী ময়াই খায়না চেল্লিবা আরে তুরেলগী তোবর্বান্দা চাং মান্নানা নিংথিনা ইসং সংনা হৌরিবা নাপি মথক্তা লেপতুনা তুরেল অদু য়েংলি। লুনা নাননা থম্বা তুরেল অদো ঐ ওহ্যোক্লা কল্লকই। ঈসিং অদো ইসং সংই। মনুং ফাওনা উই। কালেনথা ওইরবদি ঐ সোয়দনা চোংথরমমগনি। নোংমা ঐখোয় ময়াম হৈরোক্তা ঈসিং থেনবীগী পাৎ অদো ওহ্যোক্লা ফজে য়েংলুসি হায়দুনা চৎখি। চীংদোন কয়া লাল্লবা তুংদা, চীংনুং অদুদা চীংনা ইকোয় কোয়সিন্দুনা লৈবম্বা পাৎ মচা অদুনা ফজবম্বদি কবি হায়কনি। ওহ্যোক্লা ফজে। ফি-বোলকা অমতা হোংদনা পুলপ চোংথখি। ইবোইদুনা সান্নরুই। লাকমিন্নবা নুপী ইপাংসিংদু তিঙক মাযঙক্লখি। নুপাসিংদুনা হন্দোক্লুনা লৈখি। কোন্না হায়বকই, মফমদু লাইবেল লৈ।

মতম লৈরি, ঙহাকসু কোযরুসি হায়দুনা ঐখোযগী কাংবুদু কৈথেনলোমদা থোবক্লে। খবা চৎলগা লিজানা মেপ অমা পুথোবক্লগা খুদোম্বী থিন থিন্দুনা তাক্লগা হাযবকই— 'ঐখোযনা হৌজিক লৈরিবসি সিদনি কোন্না সিদা অমুক উন্নবসি। হৌজিক্তী ঐখোয় কায়নবসি'।

ঐনা ঙকই করিনো মসিনা তৌরিবসি। মেপতু তাপ লৌরগা হন্না য়েংলুদনা ঐনা অপিরানাদা লাউনা হায়- 'অপিবানা, হৌজিক ঐ নঙনা চৎলিবমখৈ চৎলগদবনি। নঙনা লেপলে ঐ লেপলগদবনি'।

অদু হায়রগা ঐ চুমদ্রিং অপিরানাগী মতুং ইন্নদুনা চৎপা হৌরে। ঐখোয়না চৎলিবদু অয়ুক্কী কৈথেন্দনি। লাম্সকা লিজাগা ঐখোয় অদুম ইথেং থেংনৈ। ইউ উন্নে। কৈথেন মীয়াম মরক অদুদা মহাক্লা য়াম্না কন্না প্রাইভেসি পামখৎলক্লিদু করিগীনো ঐ ভাপ তাবা ঙমদে। মখোয়গীদি কোনবু কোম্ননিংঙে, চুপপু চুপনিংঙে মী পোং বেরা চকা লৈবা জাৎসু নত্তে। মদু অতে মফমসু নত্তে, মরৈপাক্তনি। হোয় মানা ঐবু ইথন্তা পংচৎতা চৎপা ঙম্বা, য়াম্না সমার্ত ওইবা নুপী ওইনা লৌরম্বা য়াই। অদুবু ঐ ৱারৌদবদি মঙমখিদ্রে।

ঐখোয় মখোয়গা থেংনবা মতমদা মীৎচিনকা য়েংলক্তে, করিমত্তা উদবদৌনা চৎনৈ। সুম য়েংলগা ঐদি নোকনিংলে। অঙাং ওইরিঙৈ চাক নৎতববু চাকনি, য়ুম নৎতববু য়ুমনি হায়দুনা ভাপনা পংসোদা সারগা সান্নদুনা পংনুংদ নুংঙায়বদু নিংসিঙলক্লে। মখোয়সু ঐখোয়বু উদ্রবনি, প্রাইভেসি ফংলনি হায়দুনা ভাপ অমদা পংনুং মনুংঙায়রম্বসু য়ারি। তেংবান অসিদি য়েংববু হৈববদি কুম্মৈ ঙাক্তনি। অপিরানাদি মদুককা চঙবা জাৎ নত্তে। করি করিনো মচানুপীগীনী হায়, নুপীগীনি হায় পোৎ মচা মচা ময়াম অমা পংলৈদা লৈ। মাগী নুপীনা মচানুপীনা হাপ্তা কাংদে চিথি, কেলেন্দর অমদি অতৈ পোৎ কয়াসু থারকই। মহাক্সু নিনি হুমনি খুদিংগী ময়ুমদা তেলিফোন তৌই। পৈসা হেক ফংবগা সং সং থাদোকখি।

সুম চৎলগা কৈথেন ময়াই অদুদা ফুত মঙামুক ৰাংবা, মী অমা লেপ্লা চনবা য়ুম্বী অমগী মথক্তা নুপা অমা চার্লি চেপলিন সাবগা একতিং তৌদুনা লৈরম্মী।। কৈথেন্দু কোমোগী অদুগুম্বা পাকখন মচা মচা অমগা ঐখোয়গী নুপী পোৎফমগুম্বা পংয়োন্দা য়োনবা জাৎনি। মদু ওঙ্গোক্লা নোকনিংশ্রে। মীসিংনা মমাংদা থমলিবা তেংগোৎ অদুদা পৈসা অচোয়বা থাদে। ঐসু চঙদুনা থাদরুই। সুইসকী পৈসাদি লুঃ ১.৫০ গা আমেরিকান দোলর অমগা মান্নরিবনি। অদুবু ঐ পাম্মুখিদে। ঐখোয়বু উদ্রিবনি হায়দুনা ভাপ অমদা লৈথ্রবা লিজানা কবম্বা সবক্তনো খংহৌদে, অপিরানাগা ঐখোয অনিনা নোক্রদুনা চেপলিনগী একতিং য়েংলিঙৈদা হুরান্দুনা ফোতো নমলম্মী। কোন্না ফোতো অদু উরগা খংবনি। চাবগী মতাং য়ৌরবদা লিজাগী একতিং লোয়সিনশ্রে। জ্যান তানা রেস্টুরেন্ট অমদা ঐখোয়বু পুদুনা চংলে। কৈথেল ময়াইদা লৈবা চাউথ্রবা চাফমদু মীনা কৃক কৃক ইম্নে। বফেৎনি। অসাবা লৈ, রিবোন অমদি ইলেক্ট্রিক বলব চরোংনা নিংথিনা কেরবা চাফমদু য়েংলগা লিজানা হায়বকই—

'I am bored by such beautiful places'.

বের্ন সিতিগী আরে তুরেন মপান্দা গর্ভনরগী ক্বাটর ওইনা চীংদুম মচা অমগী মথক্তা লৈরিবা তপীক তপীকপা বিলদিং অদুগী মখা, চীংখাদা তুরেন মনাক্তা লৈরিবা ঐখোয়গী হান্নগী লৈফম য়ুথ হোস্তেল অদুগী পার্কিংদা খামদুনা থমহৌবা ঐখোয়গী ভান তম্না ঐখোয় অমুক হন্নক্লে। মদুদা তোংখৎতুনা ঐখোয় বাল্দ তমলক্লে।

বের্ন সিতি লাম্ভোরকপদগীদি ঐ অদুম হিপথরে। গারী অদো খামলবদা ঐসু হৌগৎতুনা কুমথরে। চীংচেপ ওইনা তৌবা মফম অমদা য়ুম ইমন মনবা মচা অমগী থোঙজিন ময়াদনি খামলিবদু। মনাক্তা য়ুম অনি অহুমদং উই। য়েংখিবদা চীংগী চীং মক্তনি। সো হাংদুনা ইমুং চংলবদা মনুংদা তপিক তপিক লৈমায় থুংনা কারপেৎ থাবা ওঙ্গোক্লা ফজবা ইমুং অমা লৈবমলে। ঐগী কানি হাযদুনা পিবা কা মচা অদুদা ঐগী পোৎসিংদু থাংজিল্লন্নগা ঐদি হোয মায় হাযরমদনা য়ুম অদুগী মমাংলোমদা লোয়রোই

বাংখৎপ্লিবা অশংবা চীংমায়, তারমদাইহ নুমিৎকী সনা মচুনা পানা সন্দোকখ্রিবা, খোংলম্বী মচা অমা লোয়রোই লোয়রোই হায়গৎখ্রিবা অদুদা কুমথদুনা অদুম চেনখৎলে। মখোয়না করি খনবা খনদবা ঐ করিসু থৌসাখিদে।

ইমুং অদুদা খোং হেক থাংজিনবদা ঐ অদুম খংলে য়ুমদোমপোক অদুদা অমুক হন্না অপিরানা ঐখোয় অনিদমক লৈহৌরগনি। মদু খল্লুবদা অমুক সাওনিংলক্লে। মখোয় অনিগী মসক্তু য়েংনিংমন্দদুনা অয়াম্বা চীংমায় অদুদা চেল্লবনি। অদুগা চীংমায়গী লম্বীমচা অদুনসু ঐবু তরাম তরাম কৌরক্লি। লৈচিল মরক্তগী আলপকী পাম্বোম মনুংদগী তারমদাইগী কোরৌনা মসোং চাউনা লিৎথোরক্লুনা ঐবু ওকলরে। ঐনা খনখি মফমসিদা ঐ নুমিৎ তাবা য়েংদুনা লৈরগে। উন পুবা চীংগী নুংসিৎনা উরু উরু হুমজিলক্লুনা ঐবু নুংসি চান্ননা কোনবীররে। য়েংখিবদা তাম্না লম্বী মচা অমা, য়ুম মচা অমা অনি ফাইরগী উমং, লোক্কী ঈসিংগী খোঙ্খাং, নুমিৎকী স্নারুপা মসেক অসিতনি। অরাংবা সহর তাম্না লৈহৌরে। ইচিক চিকই, কনাসু করিসু উদে। অদুবু কয়াদ ফজগ্রবা মচুগী কুম্মেনো। ঈশ্বর হায়বসি ঐঙোন্দদি অচৌবা লাইয়েকপা অমনি। মহাক্না কনাবুসু কনবীদে, কনাবুসু দন্দী পীদে। মহাক্তি সুপ্নতগী ফজবা মচুদা নুংসিবা খোঙ্খাংদা, চীং, পাৎ, তুরেলগী অকুৎ-অতোং সেম সেমদুনা মথক্তবু মথক্তনা কাউজদুনা মাংজগ্রবা অঙাওবা কলাকারনি। ফজবদা, নুংসিবদা ঙাওজবা ঙমলবদি, মহাক্কী থৌজাল ফংজরবনি।

পুং অমরোমগী মতুংদা থারবা লৈচিল মপৈ অমনা নুমিৎপু খনজিনগ্রে। তাম্না লৈহৌরবা ঐগী থুংফম য়ুম মচাদু মমলি মমলিবনা পানা কুপসিনখিবদু উরে। হন্নগে হায়দুনা লম্বীদা য়েংথরুবদদি ঐ জ্ঞান মমলে। লম্বী লৈতে, সনখোংগুন মক্তনি লৈরিবদু। থারবা নাপী মথক অদুদা খোংফম সেম সেমদুনা তপ্না তপ্না কুমথবা হৌরে। ঐগী স্নিকর সু অঙৌবদু য়াম্না পাম্মুবগী ৱানি। চীংদুমদু কুমথরগদি লৈখোম ঙাক্তগী সনলম অমা লৈরি। মদুদদি ঐ উপায় সুকলৈ লৈতে, কুমথদুনা চৎপা তাবনি। খংহৌদনা কনানো অমা কৌরকই। হন্না য়েংলুবদা ঙসায় ঐনা তাম্না উখিবা, চীং লাম্বোক্লুনা চৎখিবী হনুবী অদুনি। লৈখোম তৈরবা বুত অমা উপ্পী। ঐখোয়গী খুঙ্গংদা ইথেং থেংনবা লবুক্তা থবক সুরুবী হনুবী অমগী সক্তমনি। মানা অতিয়াদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়রকই— 'Sol'!

হন্না য়েংখৎলুবদা নুমিৎনা অরোইবা ওইনা লৈচিল মরক্তগী মসেক য়াওদবা মৈবুল ওইনা লিৎথোরক্লুনা ঙসি নোংমগী ওইনা অরোইবা বিদায় ঙায়দুনা লৈরম্মী। ওঙ্খোক্লা ফজে। ঐখোয় অনিমক ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদনা ঙহাক তুমীন তুমীন য়েংমীন্নদুনা লৈরুই। মীকুপ খরগী তুংদা আলপকী চীংয়াংদা তপ্না তপ্না লুকথগ্লে।

লৈচিল ফিজংসু হায়থখ্রে। ঐনা হনুবী অদুদা হংলুই কদায়দা চৎলুবগে। মহাক্না নাকন্দা মখুৎ নামনা পুরিবা লিগী পোলাং অদু উৎলকই। করিনো খরসু হায়রকই। পোলাং অদুদা ফাইব পাম্বীগী অকেনবা মপান থনকোক তৌনা য়াওরি। মদু মখোয়না সীঙ ওইনা সিজিন্নবনি। ঐখোয়গী উচান মপানগুম্বনি। ঐনা ইংলিসতা মানা জর্মন লোন্দা ঐখোয় অনি বা রী ঙহাক সাদুনা চৎমীন্নরমলগা ঐ কুমথরক্রে।

ঐ য়ুমদু য়ৌরদুনা মনুং চঙখিবদা অপিরানানা মরম মোকপী য়ুমগী নুপীগুম ইমুং কা থুংনা কেন্দল পরেং পরেং থান্দুনা লৈরম্মী। হোয়, নুমিৎ মরিনি মঙানিমুক লৈমীন্নবদু মহাক্না নুপী ওইখি। ঐনা ঐগী খোংউপতু সুবা চাম্বা, ফৌদোকপা হোৎনরিঙৈদা 'চা লোয়রে' হায়দুনা কৌবকখি। ইক-মাইথজবা ফি হোংবা লোযববদা লিজা, লান্স অমদি মখোয়গী মরুপ এন্দ্রোযা পুদুনা লাক্লে। এন্দ্রোয়াগী মপুবোইবা অমসুং মচা অপিকপা অদুগা পুন্না লাকই। ঙহাক লৈবমলগা অঙাংদু তুম্বা মতম যৌবে হাযদুনা অঙাংদু পুদুনা মপুবোইবদু চৎখ্রে। ফমফম কাদা অচৌবা লৈবং অমা লৈবি। মদুগী নাকন অমদা মৈসা মতিক চানা ফংবা ফোং ফোং সাবা ফমফম, খোং কোনসিল্লগা হিপথবা চনবা অমা লৈ। ফমফম অদুদা হান্স এন্দ্রেসনগী জর্মন লোন্দা খোমজিনবা ওবিজিনেল ফেবি তেলদু লৈবম্মী। ইংলিসতবুদি পাখ্রে। জমন ওবিজিনেলদু উবদা ঐ ঙক্না নুংঙাযখি। কেন্দল অমা পুসিন্দুনা থাল্লগা যেংবা হোৎনৈ। মৈনাক অদুদা লাইহৌ হন্দোবকপগী চোকথবা ফাওবক্লে। মীৎ উইসিন্দুনা তুম্মীন্না হিপনিংলক্লে। ঐগী ইমাং ওইনা নক্না থাবিবা সোফা অসাংবা অদুদা লান্স হিপলি। লিজাগা এন্দ্রোযাগা চাক থোংলি। এন্দ্রোয়াগী মপুবোইবদুসু ঐখোযগা পুন্না ফম্মীনবম্বনি। মহাক হেক চৎখিবগা লিজা চাকসংদগী থোবক্লগা হযবৈ—

'মেমচৌবী, নহাক্কী চাক অসি যেংলোলাও'।

'যেংদ্রবসু যাবম্লগনিদা'।

ঙহাক লৈবগা অমুক কৌবৈ— 'যেংলো লাউদা নঙবো'।

'হোয় হোয।'

হৌগৎতুনা যেংলুবদা অদুক ফজবা চেং মচংগী অঙৌবা চাক অদো মহি ঙাক্তা সঙ্গোম খেবগুম্না লৈবমলে। মমিংদ ওইনা খবদং চাবগা মযাম অমত হৌগৎত্রিঙৈদা থোবকলে। ঐ হৌগৎখিবা উবদা লিজানা নাতোন সুগৎতুনা—

'হুং, ঐনা ঙসাযনা য়েংলো হায়বদি যাদে'।

ঐ খংলে, ঐনা বের্নদা মঙোন্দা তৌখিবা অদুগী লমন খুম্বা হৌরকলে। অদুবু কবিগী। ঐগা মখোযগা লৈনরিবা মবি অসি করিনো? অনাবা ঐঙোন্দা করি ব্যেভাবনো।

মৈনাক অদুদা তাসিন্দুনা খুউ মথক্তা, সাওনিংবা পুম্বা পি ওইনা সিঙ্করক্লে। করিগীনো খংদে, লিজা অমুকসু চংলক্কুনা য়েংলে। অদুদগী অমুক লাম্প পুদুনা চঙলক্লে। লাম্পনা হংই—

'কৈদৌরে'।

লিজাসু শকফম হোংদুনা খোঞ্জেল ওন্দুনা ইংনা হংই— 'কৈদৌরে'।

মানা মখা তারকই- 'মেমচৌবী বা হায়বসি ঙাংথোক্কবদি কনানা খঙদৌরিবনো? নহাক্কী বা ঙাংদবী তুম্মীন্না লৈসিনবীদু কনানা ভাপ তাগনি'।

' ঐখোয়দি বা অহেনবা ঙাংনদে। মতাং মতাংগী মতুংইন্না ইসানা খঙনৈ। মসি ঐগী কলচরনি। কলচর অদুদা ঐ চাউরকই, নখোয়না ঐবু খঙবা ঙমলরোই'।

লাম্পনা য়াম্না সাওনা খুল্লকই—

'নহাক্কা ঐঙোন্দগী হেন্না ইন্টলিজেন্ট ওই হায়বগীরা'?

'নত্তে, লাম্প ঐ য়াম্না পংবা অচম্বা মীনি, অদুনা নহাক্কা ঐবু খঙবা ঙমলরোই'।

লাম্প ফুক হৌগৎতুনা থোকখরে, তৌফম খংদবা মাল্লি। লিজানা মখা তারকই—

'নহাক্কা নতোমতা অপিরানাগা লৈমীন্নবা পামদে হায়বা ঐ খঙই। য়ুম অসি নুপী অনি নুপা অনি লৈনবা হায়দুনা ঐনা বাইখিবনি। হৌজিক্তি নখোয় অনিদা তাহৌবগী বানি'।

কয়াদা হৈখ্রবা! বারী অসি মানা অমরোমদা থৈদোকখিদৌরে। ঐনা খুমখি—

'নত্তে, ইতালিদসু ঐ অপিবানাগা অদুম লৈরিবদুদি। মা ঐগী ইবুংনি'।

'অদো মেমচৌবী, নঙগী ননাক্তা মাওরো, আওরো নৎত্রগা এদিনা অসুম কোয়সিন্দুনা লৈগদবা নত্তে'।

বা য়াম্না সাংথনা ঙাংনরগা চীন কাংজে য়াম্না হৈবনা অচুম্বা শকপগী আর্ত অসি ঐ কয়া পাংজদে। অসিগুম্বা বা ময়াম অসিগী দরকার কবিনো। ঐ মখোয়গী মরুপনি, মখোয়গী দয়া ময়াদা হিংগদবা নত্তে। অদু ওইরবদি তুর অসিদা সকক যাদুনা অসিগুম্বা অসি থেংনদুনা লৈফম থোক্তে। ফুগ হৌগৎতুনা ঐগী সেনগাওদগী পৈসা ময়াম অদু লৌথোকলুরে। চাকসংদা চৌক্রি অমদা লাম্প তুম্মীন্না নুংঙায়তনা ফমলম্মী। মাগী মমাংদা পৈসাদু থমলগা—

'লাম্প, নঙগী পৈসাসিংসি লৌজরো। ঐ য়ুমদা চৎচখ্রগে'।

ঐখোয়গী পোইত্রি তুর অদু লিজা অমদি লাম্লকী মফমদদি পৈসা তানবনি। অতৈ করিসু উদে। মীৎয়েং অদুনা ঐবুসু মখোয়না কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনবা ঐ খঙদবা নত্তে। ইতালিগী রিদিং কয়াগী পৈসা মখোয়না মতম চানা আপিরানা ইবানিদা পিথোক্তুনা মতম অদু ফাওবা লৈরিবনি। এন্দ্রেয়াদু তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈহৌই। মাগী মমাংদা মদু য়াম্না ফজদবনি। অদুবু করিদি তৌগনি।

লিজাগী ঙক য়াম্না কনবগী খোম্থাং অদু হোংদোক্লুনা হায়রকই-

'মেমচৌবী থোঙ হাংদোকউ। ৱা নিংথিনা ঙাংনসি। লাম্লপুসু নহাক্না খরা ইকায় খুম্ননা লোয়নবা চুম্বনি'।

ঐ ফমুংদগী হৌগৎতুনা লোনসিল্লুরবা থোঙ অদু হাংদোকলে—

'লিজা, আই এম সোরী।..  ফরে কায়নরসি, ঐ অনাবনি পোখারগে। হয়েং উম্নরসি। গুদ নাইত'।

অসুম্না ঐনা ৱা অদো সমজিল্লে। মখোয়গী ভান অদো থৌখিবগী মখোল তারবদা ঐ ফমুংদগী কুমথরে। ফমফম কাদু হেক থংনবদনি। কম্বল অমা চিংথদুনা পুরক্লগা ঐগী হান্নগী ফমফম অদুদা অমুক ফমলরে। ঙসি অহিং ঐ সিদা লেনবা হায়দুনি। মাংদা লৈরিবা সোফা অসাংবা অদুদা অমুক হিপথরে।

ইমুং অদো ঙহাক ইচিক চিকলুরগা অপিরানাগী লূমলবা খোংথাং উপাক্কী লৈমায়দা হনগৎ-হন্দা চৎপগী মখোল তারকলে। মাগী লৈফমদি মথক্তনি। ঙহাক চৎলমলগা উগী সিরি থাক অদু গ্রেক গ্রেক লাওবমখৈ তপ্না কুমথরগা হাযফেৎ ঙাসিনবা থোঙ অদু ইনথোক্লুনা চঙলক্লুনা ইমাংদা থাবা চৌক্রি অমদা ফমলরে। মায়থোংদু নুংসুকনৈ। তপ্না হায়রকই—

'Memchoubi, trust me!'

'Yes, I trust you.'

অপিরানা তেলর। ঐনা মাবু অহানবা উখিবদি ভিয়েনা সহরগী মতাই ওইরপ্না লৈবা হোতেল Michelbewrn দনি। ঐখোয় অনি চপ মান্ননা লন্দন এয়ারপোর্ততা থুংমীন্নরগা ভিয়েনাগী প্লেন্দা কাখৎমীন্নখি। ঐনদি মাবু উখিদে। মানা কোন্না তমলকপনি। ভিয়েনা এয়াবপোর্ততা মাগা থেংনদদুনা লিজা, জোয়ি, ঐ অমদি ড্রাউভর ওইনা পুরকখিবা ভাইওলিন খোংবা নহা গোল্‌দফ্রীতকা হোতেলদা লাকখি। ঐখোয়না হোতেলদা থুংলবা মতুং পুং অমরোম লৈরগা মানা তেলিফোন তৌরক্লুনা চৎলগা

অমুক লৌনরুবনি। নে তানা কোফি অমা থকমীন্নদুনা শকখণ্ড-মায়খণ্ডনবগী ৱারী সান্নরবা মতুংদা মানা জেদ অশংবগী নুঙ অমা লংখুম অমুবনা মরি ওইবা লিক অনিখক লৌথোক্লগা লিজাগা ঐগদা অমমম অহানবা খুদোল ওইনা পীখি। লিজাদি মদু করিগুম্বা মতমদা সি। কোন্নদি সুকসিবু সিখিদরে। ঐদি মদু লুজ্রেন্দা মতম খরা মাংদ্রিফাওদি অদুম থাদোক্তনা সিখি। লিক অদু য়ুরোপিয়ান ড্রেস শেৎলগা হেন্না চাসিন্নখি। য়ুম য়ৌবগা ইচানুপা য়াইমনা অদুম লাকখ্রে। মাগী অঙাংগুম ইচম চম্বা ইতিং তিংবা মায়থোংদা দাক অনিখক উখি। মদু মঙোন্দা য়াম্না চাসিন্নদে। ঐনা নোংমা মবমদু হংখি। মানা খুমলকই— মানা পাখং মচা পুংকক ফারকপদা য়ুঙাওবা নুপা অচৌবা অমনা মাগী নুপীবু য়াম্না থিনা ফুবীবা থেংনখি। মদু য়েংবা ঙমদে মতিক মপা নৎতনা মানা খামদোকলুই। নুপাদুনা ওনসিন্দুনা মাবু থিনা ফুবীখি। মদুগী দাকনি। মসিনি অপিরানা।

মথংগী অয়ুক্তা মতৈ-মনাওদু ঙন্না থুংলরে। লান্সনা হায়রকই—

'মেমচৌবী য়েংঙু!'

থোঙনাওদা উন মকুপ মকুপ চুথরি। ঐখোয অনি ৱা অমতা ঙাংদনা তুমীন তুমীন যেংমীন্নবিঙৈদা অপিরানাগা ব্রেকফ্রাস্ট থৌবাং তৌবিবী লিজা থুনা থোবক্লগা লান্সপু কৌসিনখ্রে। য়ুবোপতা সিংগল বুইমেন অসি খুদোংথিনিংঙাইগী মশকনি। অদুনা লিজাসু মপুরোইবদু হেক্তা কন্না সেন্নখ্রবা জাৎনি। চাবা লোয়রবদা ফমফম কাদা লাঙুনা মৈনাক অদুদা ঐখোয অহুম ইকোয় কোযনা ফম্মীন্নবে। অপিবানাদি যাওদে, কোন ফেংলম্বা য়াই। লান্সনা হান্না হৌদোবকই—

'মেমচৌবী ৱা নিংথিনা ঙাংনসি। কপ্পা য়াদে, লাওবা সাওবসু যাদে। নঙ চৎনিং লবসু চৎখো য়াগনি। ৱাদি সেংনা ঙাংনসি'।

'হোয়নে য়াম্না ফৈনে। ঐগী ৱা কবিসু লৈতে। নখোয়গী হোসপিতেলিতি অসি ঐ ভাপ তাবা ঙমদে অসিনি'।

লিজানা খুন্নকই— 'ঐখোয়গী হোসপিতেলিতি য়াম্না ফজবনি। মসি নঙগী কলচরেল সোক ওইবা য়াই'।

'হোসপিতেলিতিগী ৱাদি সাওথ-ইস্ট এজিয়াদি হায়নবিবনি। ঐখোয মৈতৈগীদি ইন্দিয়ানসিংগা য়াম্না তোৎনবদগী খরা হম্বরে। অদো য়ুমলোন্নবা বর্মাদা শকখণ্ডবা লমলানবা লম্বীচৎপা মীগীদমক লম্বীগী উরুম ৱারুমফাওবা লৈবাক্কী পুন্দা ঈসিং অইংবা নিংথিনা থম্মী। য়ুম অমদা হেক্তা চংলুবদা হংলুদনা নবুক থন্না পিজবক্কনি'।

'হোয় অদুবুদি . অদো ঐখোযগী য়ুরোপকী হোসপিতেলিতিসু ফজবনি'।

অভৌবা জাতিগী নাপল। মখোয়তনা মহেক্লে হায়বগী! মীগী ফজবস য়ানিংদবা। ঐনা মখা তারুই–

'নখোয়না তুর অমা সেমলে। অদুগা নথন্তা তোঙান্না য়ান্না লৈজনিংলিবদু করিগীনো। বের্নদা কৈথেন্দা ঐবু ইথন্তা হন্দোকলমলগা চৎনিংলিবদুনা করিগী'।

'তোঙান্না মথন্তা লৈজবা হায়বসী মীওইবগী মরুওইবা হকনি। নঙদি নতোমতা ভিয়েনাদা ওইরো অমদা ওইরো অদুম চৎলিবদুদি'?

'ঐনা চৎলিবদু মুন্না য়েংলগা মাংলোয়দবা লম্বী য়েংদুনা চৎপনি। অদুগা ঐনা ইতোমতা য়ান্না চৎচনিংদুনা চৎপা নত্তে। লান্দ হৌগদবসু . . .'।

'হৌরমদবনা ফৈ, হৌরমলবদি ইবানি পুন্না মাংমিন্নরমগনি'।

খংহৌদনা লান্দনা ফরক য়ান্না তানা, ঐগী মীচং চংলগা বাফমদু ফাগী তাহনখ্রে। ঐদি নোকতবা ঙমদ্রে। লিজাদি নোকপকা চঙদে। অদুবু ঐনা ইচম চন্না নোকথোকপা অদুনা বাফমদু লোয়সিনরবগুম তৌরকলে। অকোনবদা লিজানা হৌগৎতুনা খুৎ তিংথোক্লগা হায়রকই–

'We must believe in womens' solidarity.Let us shake hands.'

ঐখোয় অনি খুৎ সোক্নরবা মতুংদা লিজানা মাগী বেগতগী চিথি অনি পুথোরক্লে। অমনা মাওরোদগীনি অমনা ঐগী য়ুমদগীনি। ইস্তরনেতা থারকপা ভাক্তনি। মাওরোগীদু ইংলিসতা ইবনি। লিজানা লাউনা পারে–

To Lisa, Lance, Memchoubi and Apirana

My beloved sisters and brothers–

I have to write you these few lines because I cannot express my thoughts clearly by phone. I think that Words from the Edge has been an important experience for us all, from my point of view. But the most important thing is that what we have carried out together has strengthened the ties of brotherhood between us. I can't forget the moments when we left at the hotel in Erba; words were not necessary, your eyes and your hearts spoke for you and what I felt no word can expresses The only regret I have is that I couldn't spend more time with you and I can never forget you. If I close my eyes, I can clearly see your faces and the dear sound of your voices always echo in my heart, so I can always sing with Apirana or hear

Memchoubi's smile jigling in my room, I take Zóe from the back of my worderful and strong sister Lisa, or I sip a beer with Lance in silence (no word is necessary between brothers). We have built a bridge of love that will always join us in spite of the long distances. An every time the shadows of twilight are lengthening on the earth, my thoughts fly to you and your physical absence will bite my heart. So I want to say you goodbye with the verse of Dante who could express these feelings better than me:

It was the time when sailors
turn homesick and their hearts are touched
remembering the day they bade sweet friends farewell;
and when the new traveller is pierced
by love, if he hears a bell taking far away
seeming to mourn the dying day . . . .

A strong embrace to you all.

Mauro

25 Nov. 2000.

নুংদাংবাইরমদা ব্লাকসতা ঐখোয়গী রিদিং অমা লৈবি। লিজা মথন্তা ঐখোয়বু লৌবা লাকই। লাঙ্গতু ঐনা নাখিবা ফ্লুদুনা নাহৌরে, লাকপা ঙমলরোই হায়ররে। মতমদু মী য়াম্না মদুগী ফ্লুদুনা নাই হায। নোংসু ওরো ওরো চুথরি। নোংগা উনগা খংলাক লাকপগী খংইং ইংসিলকপা মতমনি। অপিরানাগা ঐখোয় অহুমদমক তরক তরক চৎলে।রেস্টুরেন্ট অমদা সিনবনি। মথং মথং চঙলগা চাফম কাসিংগী মনিং ওইনা মী কুষ্ট্রামুক চনবা হোল মচা অমা লৈরম্মী। বেস্টুরেন্ট অসি কলাদা অনৌ অনৌবা মওং চাং য়েংবগী য়াম্না ফাওই হায়। মখোয়গী চা অমদি কোফিসু য়াম্না হাওই। চানবসিংদুসু। হকচাংদি ইঙম ঙমদ্রিবনি। ফমুংদা ইংনা পোত্থাগদবা মতমনি। মীসু ইবাক লার্কত্রি। হকচাং সাগৎহনবা ওইনা হনগৎ-হন্দা হোল মনুং অদুদা চৎতুনা সান্নরিঙৈদা মসম ঙাংবা নহা মরেপ বাংবা অমা চংলক্তুনা লাপ্না থোঙজিন মযাদা তুমীন্না ফমথখি। কোফি কপ অমা তুম্মীন্না তপ্না তপ্না থকই। মানা থক্লিবা কোফিগী ফোং ফোং সাবা মহাও ঐঙোন্দা ফাওরকই। ঐ হন্না মঙোন্দা য়েংলুদে, অদুবু ঐ খঙই মা ঐবু য়েংলি।

মফম অদুগী চৎনবীদি হান্না পুক থন্না চাথোকপনি। ঐগী য়েৎথংবদা নুপা চহি ৫৫ গুম্বগী অমা ফম্লরে। মহাক্না মশক তাকচে অদুগা 'হেরী' হায়না হেক্তা কৌবা য়াগনি হায়রে। ৱারী তপ্পা সাম্নরকই। মহাক এজিয়াদা চহি তরেৎমুক লৈরুরে। অৱাং ভারতত্তা রাজস্তানগী মরুভুমীদসু, ইন্দোনেজিয়াদা অসিনচিংবা। মানা ঐঙোন্দা তাকই— সুইজলেন্দগুম্বা অইংবা লমদদি চা (অঙাংবো) য়াম্না থক্কদবনি। অহানবদা মহাক মথন্তা খজিক্তং হংগোয়জবগুম তৌই। লৈবাক মচা তাবা নুপানা শকখঙদবী নুপী অমগা অহানবা উনবদা ৱা য়াম্না ঙাংদুনা তোরো-খোদাম্না ৱারী সাম্নদে। অদুবু ঐগী ইচম চম্বা মতৌ অদুদা মহাকসু তপ্পা তপ্পা চমথোরকখি। চামীন্নবা মতমদসু অৱাৎ-অপা য়েংনদুনা কুইরবা মরুপকুম নুমিদাংৱাই অদো ফম্মীনখি। ঐগী মায়য়োক্নবদা হেলেনা ফমলি। মহাকসু ঐখোয়গী পার্তি ওইরে।

ঙসিগী রিদিং অদুদা লিজানা ঐঙোন্দা অখন্ননা মৈতৈ নুপীগী মরমদা লেকচর অমা পীয়ু হায়দুনা হায়রে। মাগী য়েংদুনা লৈমা লাইস্নাগী নুপীবু নুপীতনা ৱায়েনবা কুচুদগী হৌরগা মৈরা পায়বীদা লোয়সিল্লে। মতমদি লৈত্রবনিনা সৈরেংদি খরা সাংব অমখক 'ঐগী পলেম নুংসিবী' পারগা লোয়সিল্লে। ঐদি চোকথবনা তপ তারে। হকচাং পুম্বসু হুমাং অনপ্পনা পুমচোৎ চোৎলে। ঐনা ঐগী ফমফমদা চংলকপদা হেরীনা হরাওনা হৌগৎতুনা খুৎ সোক্লগা হায়রকই—

'ঐনা নঙগী দিগ্রী অমদি দিপ্লোমা হংবগী দরকার তাদে। নহাক্কী ৱা অদুনা নঙবু কনানো হায়বদু তাক্লি'।

মহাক্কী পাউতাক লৌদুনা য়ুমদা চা নিংথিনা থক্তবা ঐনা চোকথরগা চা অঙাংবা থকপা হৌখি। মদু ওম্ব্লোক্না কান্নখি। অদুগা মরুওইনা নুমিৎ অদুদা সুইজ নুপীসিংদু ঐখোয়গী মৈতৈ নুপীগী ৱারী তাবদা ঙকপদা নুংঙায়বদা ময়া উমসিনগনি খঙদ্রে হায়বদুনি। লিজাসু য়াম্না হরাওজরে।

ভাবুকসিংদু চৎনখিদুনা পাথরক্লবা মতমদা থোঙজিন ময়াদা ফমখিবা নহাদু চংলক্লে। মখুৎ তিংথোক্তুনা লেপ্পরে—

'I am Thomas. I'll meet you at Zurich. Good night.'

ঐগী ঙকচানবা মীৎয়েংদগী নানথোকচদুনা, মহাক ৱা মখা তারমদনা থোকখ্রে। জুরিকতা ঐখোয়গী রিদিং অনি লৈরি।

অয়ুক অদু চারা ৱানিংঙাই ইরৈ লৈরমদে। সঙ্গোম খরদু ঐনা লোয়না থকতোক্লে। অপিরানাদা ঐনা হায়— 'অপিরানা ঐনা সঙ্গোম লোয়না থক্তোক্লবনি'।

'হোয়, ঐনা য়ু লোয়না থক্তোক্লবনি'।

নুমিৎ অদু অপিরানা লাই অমা য়েক্কনি হায়। ফমফম কাদা জগা য়েংলম্মী। অদুদগী য়ারে হায়দুনা মাগী কাদা মথক্তা অমুক চৎখরে। আর্তিস অমনা লাই য়েকপা ঐ অমুক্তা উদ্রি। মাগী তুমফম কাদা চংলগা য়েংলুগদবদু হংগোয়দুনা য়েংলুদ্রে। ফমুংদা অসুম পোখাদুনা উইরুম উইরুম তৌরিঙৈ 'মেমচৌবী, মেমচৌবী' হায়দুনা কৌররে। মাগী মতুং ইন্নদুনা মাগী কাদা কাখৎলে। লৈমায়দা য়েকপদা ঙায়রিবা কংদ্রিবা পেন্তীং অমা লৈরি। সনামচুগী অতিয়া অমদি অসংবা হিগোক মুসিনবগী মালেম, চিদায়দা অঙৌবা খরা। কোরৌ ইপাগা মালেম ইমাগা উন্নবনি হায়। অঙৌবা অদুনা মেরিগী উনগী লমদম সুইদেনগী খুদমনি। মাগী লাই অদো ঐখোয়না ইতালিদা রাভেন্না চৎপগী সংলবা ফজরবা মালেম অদুগা তারমদায়গী সনা মচুগী সোংলবা মসোংগী নুমিৎ অদো নিংসিঙহল্লি। লাই অদু Words from the Edge গীদমক য়েকপনি, মখোয়দা পীথোকলমগনি হায়। ঐনা মখাদা থুনা কুমথরগা ঐগী বেগ মনুংদা লৈবাক্লা সাবা খম্বা থোইবীগী মুর্তি অদু লৌথোকলুরগা মঙোন্দা ঐগী খুদোল ওইনা পীরে। ঐনা মঙোন্দা মখোয়গী ৱারী য়াম্না সন্না লিরে।

মানা হঞ্জীন হঞ্জীন হংই - মখোয়গী মমিং। মহাক ঐনা হন্না হন্না হায়রবসু খম্বগী মিংদি অদুম কাওখ্রে। অদুগা হেক্তা হায়রকই—

'নঙ তোয়বাগী লুহুপ কাওগনিকো'।

ঐগী লাইথি খরা পুবদু ঐগী ইনাও ম্যাজিকসিয়ান তিকেন্না য়োম্বীবনি। মানা খম্বগী নিমখন সমজিনদু কদোমদা হাপখ্রবনো নৎত্রগা ঐনা পোৎ অতৈ লৌথোকপদা তাহৌরব্রা করিনো য়াওরমদ্রে। মদুনি মহাক্লা হংলিবদু। খম্বা অদুনি মহাক্লা 'তোয়বা' হায়রিবসি। ওম্থোকপনি হায়না হায়না ঐ হৌজিকফাওবা মদু থাদ্রি!

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা লাক্পকা অপিরানাগা য়ুনির্ভসিতি অমদা রিদিং লৈ হায়দুনা চৎখ্রে। নুংদাংদা জুরিকতসু রিদিং লৈরি। ঐদি লৈহৌরে। লিজা লাকলম্মী, মাগী অঙাং উন্নফমদু য়েংলুরসি হায়দুনা। মানদি খংদবা, ঐগী ৱারৌবদি লোয়দ্রি। ঐ য়াম্না পোখানিংলে হায়রগা লৈথহৌরে। ঙমদবগী ৱাদুদি অসেংবনি। নুমিদাংৱাইদা এন্দ্রেয়া মথন্তা মাগী কার মচা অদুদা ঐবু লৌবা লাক্লে।

জুরিক য়ুরোপতা সিংথাবা য়াবা অচৌবা সিতিনি। খৃষ্টমাস্ট মতম ওইবগী থাংমৈ পরেং থান্দুনা মখোয়না কেবদুদি অরোইবীনি। অদুবু অনৌবা ফজবসিং অমতনা ঐবু নুংঙায়হনবা ঙমদ্রে, ইথন্তা মীৎ উইসিন্দুনা সোনজে—

'ঐগী অমনবা ইয়ুমদো অবিবা ইরৈপাক্তো'।

এন্দ্রোয়া চহি ৩০ সুদ্রিবী, মশক মতৌ, মচিন মখা য়াম্না নুংশিবা মৌনহানি। মানা হংই— 'মেমচৌবী, নহাক অপিবানানা ঙাংবদু খঙব্রা'। (অপিবানাগী ইংলিসকী উচাবন অদুনি।)

'অস, অযাম্বনা খংদেদা'।

'হোয়নে। ঐসু খঙদে। মানা ঙাংলগা ঐনা yes, yes, হাযদুনা পংখুমদা খুমজিনবগী ৱানি'।

মখোযগী মেবিদ লাইফকী ৱাবী সান্নে। মানা হায—

'যুবোপতা লুহোংবা অসি চাদা ৪০ দি কাযদ্রি অদুগা অতৈদি লোযনা খাযনবা ঙাক্তনি। মসি মকুওইনা ঐখোয নুপীনা তৌবনি। ঐখোয পৈসা তাঞ্জবগা ইংনা ইথস্তা হিংবা ঙম্মী। অদুনা লুহোংদুনা লৈমীন্নবদা নুপাদুনা বেবা কাবক্লবদি 'You get out' হাযদুনা ঐখোযনা তানথোকপনি'।

পার্কিং অচৌবা অমা মৈ ঙান্না থান্দুনা নিংথিনা থনম্মী। মদু নুপীগী গাবী থমফর্মনি হাযদুনা তাকই। তাংবদি যাম্না তাংই। অমুক থম্বদা ফ্রাঙ্ক ৪০ নি। উখোং উখোংদা এস ও এস থাবা বোক্স খবা থেৎতুনা লৈ। মদুনা খুদোংথিবা নংলবা নুপী অমনা মখুৎনা অমুকতং বাক লাওনা থাবা ঙমহৌববদি খুদক্তা পুলিস লাক্লবনি। অসিগুম্বা বোক্স কযা লম্বীগী খুতিসিংদা থেৎহৌবদু নিংসিঙলকই। মসি অমবোমদা নুপীদা ঙাকপি-সেনবীবা যাম্না চাউখৎপগী খুদমনি। অদুবু অসুক চাউখৎলবা লমদম অসিদা নুপীদা লান্দানিংবা মীওই কযাগী মাযথোংসিং ঐগী মীৎলমদা ফাওবকই। মদু ওম্ঙোক্লা কি। মসিনি যুবোপ । মণিপুবদা বোজগী মমাংদা অকিবা ৱাবী ইবৈ লৈখিদে হাযবা যাই। পাৎসোযনা অমুক ইনোৎ হাপলখি। সিফাই, হিন্দি ফিলম অমদি ইংলিস ফিলমনা মদু পুসিল্লকপনি। হৌজিক্তি লিলাসিংসু যাওসিলক্লে।

জুবিক্কী অচৌবা বেস্টুবেন্ট অমদা ঙসিগী বিদিংগী ওর্গনাইজবসিংদুগা লান্স, লিজা অমদি অপিবানা, ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবম্মী। চাবা লোযবগা লম্বী মচা অমা ফাওদুনা বিদিং হোল তম্না খোংনা চৎপদা ক্রাইস্তেল বোল, থাংমৈ মচা চবো চবোং, ৱাংনা থৱানমিচাককুম নিংথিনা সেমলদুনা লম্বী মথকসিংদা সন্দোক্লুনা লৈবি। ঐনা মদু যেংখৎলুবা অদুদা ঐখোযগী ওর্গনাইজব সিবস্তানগী লোযনবীনা হাযবকই—

'ক্রাইস্তেল বোলসিং অসি ফজদ্রা যেংউ'।

ঐনা খুমখি—

'No! I like my original stars'.

সুইজলেন্দ অসিবু করিনো খংদে, রিদিং খুদিংগী ভাবোক য়াম্বগী আসা ইতৌ তৌনদে। ভাবোক থন্না লাক্লবদি য়াম্না হবাওই। অদুবু ভাবুক্তি পিক পিক থন্না লাকখিবা ঙাক্তনি। পংচাউ চাউদবা হোলনি। য়াম্না ফজৈ য়ুমসাদু তোপ তেপ্পা মশক অমা পী। রিদিং য়াম্না ফজখি। অদুবু ঐদি য়াম্না চোকথরে, থাগৎ ৰাহৈকক্কা তাজনিংদ্রে। এন্দ্রেয়াদু হেক লোয়বগা হল্লগনি হায়বনি। হেক লোযবগা মাগী ফিজি য়ানদুনা লৈরে। মানা লাম্লকা লিজাগদা গুদ নাইত হায়বদা ঐসু ইনদুনা হায়হৌরগা হেলেনাদংদি চৎলগে তাকলমলগা লোয়সিলকপগী মী যাম্না হৌগৎনরকপগী মীরক অদুদা ফাওজিন্দুনা উচিন-নাচিন্না নাম্থোরক্লে। পুক্নীংদি নিংকোক নিংকোক লাউদবা নত্তে, থোমাস লাকলমগনি, মাবু য়েংবদি ঙমখিদবে।

মথংগী নুমিৎকী নুংদাংদা জুরিক্কী অনিসুবা রিদিং অদু লৈ। নুমিৎ অদুগী নুংদাংদু লিজানা অপিরানা ঐখোয় অনিবু মখোযগী য়ুমদা চাক কৌরি। হয়েং নোংঙানবদগীদি ঐখোয় ৰালদ থাদোক্লগা লুক্রেন তন্না চৎলগদবনি। ঐনা লাইধি কোকতুম্বী অমা জোয়িগী খাকলগা থমলি। মদু লিজাগী ময়ুমক্তদা পিনিংখি। অদুনা ঐসু নিঙায চাউবা অঙাং ওইদুনা মদু ঙায়দুনা লৈবকলি। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা লাম্ল লাক্লুনা ঐখোয় অনিবু লৌররে। পুংদি ৬.৩০ দা তাবি। নুংদাংগী চাকনি চাগদৌবিদু। ফবক য়াম্না তাবা চাক চাবগী পুংফমনি। ঐনা তাখি এন্দ্রোযাগা লিজাগা য়ুম অমতদা ফক্লাং অমনা খল্লগা লৈমীন্নে। য়াম্না পিকপা য়ুম অমা ময়াইদা ফক্লাং খাযদোক্লগা অনি থোক্লগা মখোয অনি লৈমীন্নবম্মী। মখাগী কাদু চাকসং পিশক অমগা মী ফমফম অমদি চাফম পুনবা কা মচা অমগা মথক কাখিনবগী সিবি মচা অমগনি ঐনা উবকপদু। কাদুদা থোয়দোকপা লৈতেং লৈতে। লিজাগী মপানা লৈরকখিবা চহি অঙ্গম অদুম সাৎতুনা লৈববা মৈলৈ চবোং অমা। মফম চাবা য়েংলগা ঐনা লাইধিবীদু থমলে। জোয়িদি মবেনগীদা লৈখ্রি। হ্লকলমদ্রি। ফক্লাংদা লিজানা অঙাং উন্নবগী ফোতো চাউথোকহল্লগা নিংথিনা থেৎলি। লাম্লনা লিজাদগী জোয়িবু ওকলি। ফি থোংদ্রবা লিজাগী হকচাং থুংনা সনথী মানবা মচু অমনা ময়েক ময়েক ওইনা তৈসিন্দুনা ফি সেৎপা মানহল্লি। হকচাং তঙখায় অমা ইসিং মনুংদা লৈ। মসম মনাসু ইচোৎ চোৎলি। করিনো ইরুজফম তব মনুংদা ঈসিং মনুংদা অঙাং উন্নরিবা অসিবো। অঙাং উন্নবা মতুংদা ফ্লুনা য়াম্না কন্না নাবগী ৰারী লিজানা লিখি। লিজা চান্নবা চাক এম্লাং হোন্দোরকপা হৌরে। ঐনা ফোতোদু য়েংবদু উখ্রে, পোংজনা হায়রকই—

'It is the birth'!

য়ুম্বু ওইনা লাক্পনা তেবল মকোক্তা ফমখ্রে। চাক্কী থৌরাং অদু মমিংদনি, বায়োং চাবা নত্তে। চাক চাবা ফমথবদা ফিদা কুপ্তবা তেবলদু উবদা ঐ ঙক্তবা ঙমখিদ্রে! তেবলদু মণিপুরদা তেবল সিজিন্নবা হৌরকপগী থা থা লাউবা, নানদবা অচৌবা লাইরিক ইনবগী তেবল অদুনি। ঐখোয়গীদ ফাওবা থায়নগী অরিবা সরকারগী স্কুল খরদা উবদগী হেন্না লৈত্রবা তেবলনি। কদায়দগী লৌরুরিবা! মসিনা লিজাগী বারী পুন্নমক লিররে।

ঙসি জুরিক্কী মীফম অসিদা লিজাগী মপা পোকপা মবেন অমদি মনাওনুপী অতোম্বী লাক্নুনা য়াওরে। মফম অদু তিববতকী কলচর অমদি হক্কীদমক লিংখৎপা সেন্তর অমনি। ময়াই ওইনা চাউবা হোলনি।

মী খবা খরদি লাক্লরবা, মীফম হৌদ্রিঙৈ ঐনা হন্না য়েংথোকখিবদা মতুং ওইনা নহা ওইরিবা থোমাস ফমলম্মী। ঐ খংই মহাক সোয়দনা লাকলমগনি, মচি অমদা মতোমতা ফমলমগনি। মীওইবগী থম্মোয়গী মরি অসি কয়াদ ঙকখ্রবা! করিনো খঙদনা ঐসু মাবু উনিংখি। অরিবা মরুপকুম ঙসিদি মানা হান্না নোকলকই। অদুদগী মথং মথং কুমথরগা মীরক খায়দুনা লাক্লগা মমাংগী অহানবা পরেংদা ফমলিবা ঐগী ইনাক্তা ইবাং বাংনা লেপলরে।

থোমাস চহি ২৩ দা ভায়রিবা নহানি। অদুবু লাইবক্তা ময়ি থোকলে অদুগা মরেংবান অনিদুসু পোম্বরে। মহাক্কী অবাবা বারী পুম্বা ঐঙোন্দা মথং মথং লীররে। ও! ওম্থোকপনি চহি মতাং অদুদা কমদৌনা অসুক য়াম্না অবাবা বারীসিং অসি নম্বোনরিবা! মীকুপ খরা মাগী সংসারদা মাংলুরে। খংহৌদনা লাক্লকী মায়থোংদা ইংগিৎ অমা উখি। ঐ খংলে মীফম হৌগদৌরে। থোমাসসু মাগী ফমফমদা চৎখ্রে।

রিদিং লোয়রবদা থোমাস অমুক হন্না ইনাক্তা লেপলরে।

থোমাস, অনিসুবা লাঞ্জাওগী অবা চৈথেংনা নিংসিঙবগী সক্তি পুন্নমক মাংখ্রবী মবেন হনুবী অমগা লৈমীন্নরি। মমাদি পোকপীরমলগা অদুম চৎখ্রে। মশকফাওবা খঙজদে। মপাগী বাদি পল্লক্তে, ঐনসু হংলুদ্রে। মমা মপাগী নুংশিবা পোকপদগী খঙজদ্রি। মদুনা মঙোন্দা সাইকোলোজিকেল প্রোব্লেম কয়া লৈহল্লি। মীওইববু খুদোংথিবদগী কনবীনবা মীকুপ খুদিং সহরগী মফম খুদিং কোয়সেন সেন্নরিবা ফর ফরবা খুৎলায় পায়বা থানাসিং অসিনা নহা ওইরিবা থোমাসপু য়াম্না বাহললি। খুৎলায় পাযবা সিফায় অমতা উদবা মালেমগী মফম অমদা থোমাসনা ইংনা হিংজনিংই। অহিং ইচিক হুম্লকপা সহরগী লম্বীদা গারী পাথরবদা থোমাসনা ইংনা মনিংতম্না মখোংনা সাংনা সাংনা চৎচনিংই। কদোমদগীনো থানা গারী অমা বুইংস

থৌজিল্লক্রগা হংলে 'কদায়দা চৎলিবনো, করি তৌরিবনো', অদুদগী মখা তারক্কনি 'থুনা নয়ুমদা চংখ্রো হৌজিক কোয়বগী মতম নত্তে'।

থোমাসনা থৱায় সোক্লা হায়—

'মদুনা ঐবু য়াম্না নুংঙায়হন্দে। মসিবু করিগীনো'।

অদুনা থোমাস সহ্‌রদা, মীরক্তা লৈনিংদে। তৎতনা চৎলি আ চীংদোন্দা, উমংদা। মফমদুদা মৈ হৌরগা মৈনাক্তা ফমলগা গীতর খোংলুই, পুং য়ৈরুই। মাগুম্বা মপাং খরসু মফমদুদা থেংনৈ। মানা জুরিক্তা লাকপগী মরমদি- মফমসিদনা খরা নুংঙায়। মাগী ৱারীসিং অসিনা ইতালিদা মৈ হৌফম ঙা য়াইফমদা অহিং নোংসোয়বা মৈজাও হৌরগা পুং য়ৈহৌবা, কোমোগী চিংথক্তা মৈজাও হৌরগা লাম্দকী হুমাং ঙানফমদা য়াওরিবা নহাসিং মীৎতা মথং মথং উরকই। ঐনা তাখি পৃথিবীদা খ্বায়দগী নানবা সিঙ্গাপুর সিতিগী লম্বীসিংদা কেমেরা ফুম ফুমদুনা থম্মী। সিতি অদুদা মীসিংনা নুংঙায় য়াইফনা অচৌবা দলানসিংদা লৈরবসু কিথি কিরুম তৌনা হিংই।

ঐনা হংই— 'নহাক্কী গার্লফ্রেন্দ লৈজদ্রা'?

নোকফেৎ তৌরদুনা খুমলকই— 'লৈরম্মী, অদো কায়নখ্রে'।

'অমা থুনা সেম্মু'।

'হোয়, সেন্নগে'।

'থোমাস নখোয়গী চাউখৎলবা মফম অসিদা লৈরিবা মমা মপানা কোনবীদ্রবা অঙাং ময়ামগী প্রোব্লেম অসি ঐ ভাপ তাদে। ঐখোয়গীদি পৈসা লৈতবগী ৱানি, নুংসিবদি লৈ। ঐখোয়দি ইচা অমদি ইপুরোইববু য়াম্না নুংসি। মখোয়বু থাদোকপা ঙমদে। ফরবসু ফৎত্রবসু ইরাইবক্কীনি হায়দুনা ইরাই লায়না খন্দোকই'।

'নখোয়দি ঐখোয়দগী হেন্না ফবা সমাজদা হিংলিবনি। অদুনা ঐখোয়না ইন্দিজিনস পিপলবু য়াম্না নুংসিরিবনি'।

. . .

'নুংঙায়না পাল্লু, কাযনরসি'।

'নঙগী খোংচৎ মঙ্গোল ওইসনু, কায়নরসি'।

থোমাসতগী বিদায় নিরগা ভাপ অমদা ইথন্তা অদুম থোরক্লে। মখোয় অতৈদু কদোমদা চৎনখ্রবনো খংহৌদ্রে। হেলেনাদু মাগী কাংবুগা মখোয়গী পোৎ খরা য়োনবদু লোয়সিন্দুনা লৈরম্মী। ঐ মাগী মনাক্তা ফমলুরে। করি থক্কদগে হংলকই। ঐনা খুমখি—

'চা'

'করম্বা চা?'

'চমপ্রাগী চা'।

মানা হরাও হরাও তৌদুনা নাকন্দা লৈরিবা মেছিন অদুদা ফ্লাক্ষ অমা ক্রেং লাউনা থাদরগা lemon tea হায়না থাবা বতন অদুদা তক নম্মী। অদুদগী চাদু লৌথোক্লগা পীরে। চাদু অমুক অনিরক্তং চিংবদা ঙায়রি মহাক্লা খংহায় হায়রকই–

'মেমচৌবী, ঐখোয় থবক য়াম্না চিল্লি নখোয়গী থবক তৌবা ঙমলোয়। কনানো অতৈদা হায়য়্'।

করিনোনে মসিনা অমুক তৌখৎলকলিবা অসিনা! হৌজিক্তা থোমাসকী ব্বারীদগী নোর্মেল ফাও তাদ্রি। তুম্মীন্না লৈবদি ফজদবনিনা ঐনা খুম্মী– ' হোয় হোয়, হোৎনগে'।

লম্বীদা ভান মনুংদা, লিজানা গারী থৌনা থৌনা হায়বকই–

'নহা অমা ঐখোয়গী রিদিং অঙমদা তান্না তান্নদুনা য়াওবগী ব্বানি'।

লাঙ্গনা হংই- 'কনানো'।

'নহা মসম ঙাংবদো। নহান জুরিক্কী অহানবা মীফম অদুদসু লাকখি'।

ঐনা ইতোমতা খুম্মী– ' মহাক অমুক লাক্লরোই' মতুংগী সুইজলেন্দগী অরোইবা রিদিং অনি, লুজ্রেন অমসুং বাসেলদা থোমাস লাকখিদ্রে। খন্দবা ঙমখিদে– মহাক কদায়দা কবি তৌদুনা লেল্লিবা। ও তোল্লবা থোমাস!

মথংগী নুমিৎতু ঐখোয় ব্বান্দ থাদোক্লগা লুজ্রেন্দা চৎলগনি। অয়ুক অদু হৌখিবা নোংমা নিনিগুম চীং কারুই। চীংয়াং অমা ব্বাৎহৌরবনি ঐনা কাগদবা। হকচাংসু নোংমা নির্নিসি খরা নুংঙায়রে। অপিরানানা হায়খি–

'Memchoubi, you survive. You are strong!'

চীংয়াং অদু ঙসিদি মতোন লোম্না কাবা ঙমলে। অদুগা অমুক অতোপ্পা অনৌবা চীংয়াং অমা অমুক লৈরমলে। অসুপ্না অসুম চীংয়াং চীংয়াংসিং অসি অঙম তান্নদুনা কারবদি মালেম থুংলনি। মালেম অসিদি অমতনি ইসম সম্নরিবনি। চীংয়াং অদো নুংসিৎ য়াম্না কল্লি, ইংসু য়াম্না ইংই। মখাদা ফাইরগী উমং অমদি মী লন্না তাবা খুল মচা মচা উরি। সোর হোন্দোক্লুনা ঙহাক লেপ্লগা ঙসিসু কৌই–

'তামো!'

অইংবা নুংসিংনো হু হু লাওনা সিংথচিল্লকই। মহাক কদায়দনো অমদা লৈরমগনি, ইনক নক্কা। ঐনা কৌবা সোয়দনা তারমগনি। সোয়দনা।

নবেম্বর ৩০,২০০০ লুজ্রেনদা কলচরগী সেন্তর ওইনা য়ান্না ফাওরিবা রোমেরো হাউসতা ঐখোয় নুমিৎয়ুংবা মতুং খরা থেংলপ থুংলুরে। অচৌবা সেন্তরনি। লৈফম, চাফম অমদি হোল পুন্না লৈবা মফমনি। মখাগী ময়াম পুনফম চাক চাফমদা ফক্লাংদা লাক্স, অপিরানা অমদি ঐহাক্কী অপুনবা ফোতো চাউনা হাপ্পা সুইজলেন্দগী খবর লমায় অমা ককলগা ঐখোয়গী প্রোগ্রামগা লোয়ননা থেংতুনা থনম্মী। রিদিং মফমদা লিজাগী মপাসু মমা অনৌবীগা লাকই। চহি অমরোমগী মমাংদা চহি ৬০ তানখৎলরুবা অহল ওইরবী মমাবু খাযনবগা নহা অসি লৌথিবনি। পৈসা পায়বা নুপানা অসুম্না তৌবা য়ুরোপ্তা চৎনৈ।

বিদিং লোযবগা ঐদি পোখানিংলবনি। ঐখোয়গী ওর্গনাইজর নুপী অমনা চিংদুনা ঙহাক ফমলুখিসি হায়দুনা চৎপদা কা মচা অমদা চংলুবে। কা অদুদা লিজা, লিজাগী মপা, মপাগী মকপ অহল ওইববা মতৈ-মনাও অমদি হাউস অদুগী অসিন-অবাং ওইনা যুম্বু ওইনা লৈরম্বা অহল অমনে ইকোয় কোয়না ফম্মীন্নরগা অচাপোৎ খবসু চান- চান য়ু থকমীন্নরম্মী। মপা মচা কুইরবগী মতুংদা উনবগী নুংঙায়বা ফোংদোকপগুম্মী। অদুবু মখোয মপা মচা নত্রে, কুইরবা মরুপনি। লিজাগী তি সার্ত অসংবদু লিৎলি অদুগা লাম্সনা পীবা চাযেন কাংবুগী চরিক মথাং অনিদু য়াম্না পোংজনা, তোয়না সিদবগী ৱাইদি চিনতক তৌনা কেনা সিজরি। ঙসিত উবকই অখন্নবা মীফমদা লিজাগী তোঙানবা মচু তাবা ফি ইৱাৎ ৱাৎচবদু। অদুবু মাগী মপাদি কেনা, অনৌবী ফজবী অমগনি লাকলিবদু।

কদোমদগীনো হেলেনাসু মাগা লাকমিন্নবী লৈসাবী মচা অমগা ফাওজিল্লক্কুনা ফমলরে। অচাপোৎ চানা চানা মহাক্না হায়রকই-

'মেমচৌবী, নখোয়গী মৈতৈ নুপী মৈরা পায়বীদু উবু উনিংইনে'।

ঐ খুমদে, তুম্মীন্না ফম্মী।

অয়ুক অদু মহৌসাগুম য়াহৌ ঙন্না হৌরগা কোয়বগী ফি সেৎচিন্দুনা থোবক্লে। লুজ্রেন পাৎ ময়াদা লৈবা অচৌবা সহরনি, তুরিস্ট সেন্তরনি। অয়ুক ওইবনা লম্বীদি থোয়না চিন্দে। লৈচিলদি অঙকপা ফংনা থাই। সুম থোকখিবদা রোদ ব্রিজ অচৌবা অমা থেংনরে। থোং অদুনা ঐগী হল্লকফম ওইনা থমলগা লম্বী অচৌবা অদুগী মতুং

ইন্না চুমদ্রিং চৎলে। খরা চৎলগা লৈচিল মমলি মমলিবদু ফাওনা ঐনা চৎলিবা সোরোক অদুগী হেক ৱাংমদা অচৌবা পাৎ অমা উরকলে। ঐ ওয়্যোক্লা হরাওখি। মখোয়গী ফুরা দলান য়েংনিংবগী অপাম্বা ভিয়েনাদা অদুম লোয়খ্রে। তালক য়েংলগা লম্বী লাম্ব্যোকলগা পাৎপান তাদুনা মথং মথং চংসিনবদা খুৎসেম অমদি মহৌসাগী অপুনবা ফজরবা মফম অমা লৈরম্মী। পাৎপান থুংনা অপিকপা কোয়লাসকী লম্বী লৈরি। নাকন্দা লম্পাক, উ, ৱা, ফমফম অমদি অসাবা মুর্ত্তিসিং মফম চানা চানা থমলি।

পাৎ হায়বসি মফম পুন্নমক্তা অদুম ইফদ ফজে। ঙানু মখল অমখক পাৎ থুঙনা চাক্তারি, কাংঙা অঙৌবা খরসু। কাংঙ অঙৌবা নাইতোম লৈরম্বা অমা ঐগী তুং ইন্নরক্লে। ঐনা ঙহাক লেপ্তুনা য়েংই। সংবান্নবা মনুংফাওনা উবা পাৎকী ফজরবা ঈসিং, অঙৌবা মঙক, ৱাওথাংনবা লৈচিল মরক অদুদা ফিঙৌ সেৎপী লাইরেম্বীদু ঙায়খ্রে ফজবদা। কেমেরা পুথোক্তুনা ফোতো উরু উরু লৈদুনা নমই। পাৎ থুংনা কোয়রুরগা অমুক হল্লকপদা মখোয় অনি সুরমলে। ঐনা ফমথদুনা কৌই– 'Hello!'

খুদক্তা ঙানু ময়াম অমা পায়সিলক্তুনা ঐগী অকোয়বদা লৈমায়দা তোংলরে। কাংঙ অনিদুসু লৈরায় নক্লা করিনো অমা ঙায়ররে। ঐসু ভাপ তারকলে। ঐনা মখোয় ময়ামদা হায়জে–

'হয়েং অমুক লাকপদা মণিপুরগী হৱায় মঙ্গল, চানা, কবোক মুরি য়ান্না পুরগা লাক্কে। নখোয়গা উন্নগনি খঙদবনা ঐদি সৈরেং খরদমক পুরগা লাক্লেদো। সিবু নখোয় পাম্বরো?'

ঐনা হৌগৎলবদা ঙানু ময়ামদো ফ্রং লাওনা পায়থোক্লখ্রে।

নুমিৎ অদুগী লন্চ চাবা লোয়রগা ঐখোয় ইংনা নে তানা জর্মনিগী ঙমখৈদা লৈবা সুইজলেন্দগী বাসেল তন্নক্লে। মদুনা সুইজলেন্দা অরোইবা রিদিংনি। বাসেলগী রিদিং অদুগী মাংওইননা রেস্টুরেন্ট অমদা চংলে। দীনর নত্তে, খরদং চাগদবনি হায়। করম্বা মতমদা কদায়দা চাগদবনো হংবদা অদুসু মেন তাদে হায়। করিনো মোয়গী ৱাসি ঐগীদি নুংদাং লেনবা য়ানবা চানবা ওদর তৌজরে। রেস্টুরেন্ট অদুগী মমাংদা পাক্লবা স্কোয়ার অমা লৈরম্মী। ঐখোয়গী ভান্দু খামদুনা কুমথবদা ৱাংথ্রং ৱাংবা, মশক মতৌ ফজবা, মফি নিংথিনা সেৎপা নুপা অমা থোরক্তুনা ওক্লরে। লিজানা মহাকপু ঐখোয়দা মশক তাকই। মহাক আমেরিকান লিতরেচরগী প্রোফেসারনি। ঙসিগী রিদিংগী ঐখোয়বু বার্ত্তন তৌরিবা য়ুম্বুনি। অদুগা বাসেল সিতিগী খ্বায়দগী ৱাংবা নুপা।

চানবা ওদর তৌনবা ঐখোয়না লেপ্পা মতমদা রিসিপ্ত্সিনিস্ত ওইনা লৈরমলিবা নুপাদু হেক য়েংবদা খঙলে, ইন্দিয়াননি। ওদর লোয়রগা ঐনা ৱারী সান্নবা হৌরুই, ইন্দিয়াগী কদায়ৱাইগীনো। খুমলকই— কাশ্মীরদগীনি। ঐগা খঙনখিবা কাশ্মীর কবি, অহলদি ওইরবা অমা নিংসিঙলকই। মহাক কলকতাদা পোইতস ফাওন্দেসন্না মনা পীদুনা ইকায়খুম্নখিবনি। মমিংদু মপুং ফানা নিংশিঙবদি ঙমদ্রে। ঐনা হংলুই—

‘কাশ্মীর কবি মজবুর খঙব্রা, কলকতাদা মাবু মনা পীবা থৌরম অমদা থেংনখিবনি’।

মহাক্না থৌ ইসা সাদনা খুমলকই—

‘মদু ইন্দিয়ান গোর্ভমেন্টনা পীবা কৈসু ওইরমলোয়। লন্নাই সংস্তান অমনা পীবা ওইরমগনি’।

ঐ খুমফম খংদে। তসেংনা মদু লন্নাই সংস্তান অমনা পীবনি। চহি ৬০ হেল্লবা লাইরিক কয়া ইরবা অইবদু মপুন্সীদা মনা অমতা ফংদ্রি। ঐ করিসু খুমদনা মঙোন্দা য়েংদুনা লেপ্পী। কনানা খঙবা মা কাশ্মীরি মিলিতেন্ট ওইরম্বসু য়াই। ঐনা ৱা অমগা হংলুবদা মানা পাউখুমদি পীদনা খুমলকই—

‘চেকসিল্লু, ইন্দিয়ান স্পাইসিং স্নাইদা লৈরম্বা য়াই’।

ঐ তুম্মীন্না থোরক্কুনা চানবা ঙায়দুনা ফম্মী। নিংসিঙলকই, মজবুরনা লেকচর পীবা মতমদা হায়খি—

‘ঐখোয়গী কাশ্মীরদা ফ্রন্ট অনিখক লৈ। অমনা কলমগী অদুগা অমদুনা নোংমৈগী। ঐদি কলমগী ফ্রন্টতা য়াওই’।

মহাক্কী ৱাহৈসিংদু ঐঙোন্দা খংপ্রেক খংহনখি, মীকপ থোকহনখি। ইথন্তা হংজখি, মণিপুরগীদমক নঙদি করম্বা ফ্রন্টতা য়াওরিবগে। অহলদো ইতপ তপ্পদুনা য়েং বদা নুংসিবা সক্তমনি। অয়ুক্কী মীফম লোয়রদুনা মপান্দা সুমাংদা উখোংদা ঐখোয় ময়াম ইকোয় কোয়না ফম্নবদা নোতবুক পুথোক্কুনা ঐ মাগী ৱাহৈসিংদু ইবিরম্মু হায়জদুনা পীখি। তানজা অদুদা মাগা লাকমীন্নবা কাশ্মীরি কবি দাঃ সনতোসী ইরানি নুপী কবি অদুগা লোয়ননা থোকমীনরক্কুনা ঐখোয়গী ইনাক য়ৌরক্লে। মহাক্না নোক্লদুনা ঐগী খুৎ সোক্লখি—

‘Ms Mamata Benerji! If a poet angry for her people, it is great.’

মহাক্না চেনা পন্দনা মখা তারকখি-

‘My gun is there, (মাগী খোংগ্রাউগী পোকেত্তা মখুৎ থমলদুনা, অদুদগী ফুরিৎখাওদা মখুৎ থমদুনা) my pen is here. I need both.’

ঐনা ৱা অমতা ঙাংদনা মঙোন্দা য়েংই। কোন্নদি হায়রুই—

'দাঃ সনতোসী, নহাকপু ৱাকা কয়া ঙাংদবা মী মাল্লুরে'।

নোক্লদুনা খুমলকখি-

'হোয়, চুম্মী। অদো ঙাংবগী দরকার লৈরবদি ঐ ৱা য়াম্না ঙাংই'।

তাঞ্জা অমদা মানা হংখি—

'মেমচৌবী, নখোয়গী মণিপুরগী নুপীসিংদু তি, ভি, দা উরিবা অদুগুম্না য়াম্না মোদর্ন ওইরব্রা?

ঐ খুমফম খংদে, ঙকই- 'হং, ওইদে' তমক হায়রগা তুম্মীন্নালৈখি। North-east খক্তদা থাবা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম অদুবু মানা কদায়দা উকরিবা। মহাক্না হায়রিবদু চীংগী নুপীসিং ওইরমগদ্রা!

নিংসিঙবগী মংলান্দা কুইবা য়াখিদে। মখোয় করিনো অমা ঙাংনরি। মকোক্তী তাহৌদ্রে, অদুবু ৱাদু চুম্না ঙাংনবা নত্ত্রে।প্রোফেসার অদুনা হায়রি—

'সৈরেংগী ট্রান্সলেসনগী দরকার ওইদে। ভাবুক্না হংলগা, মখোয়না পামলবদি ট্রান্সলেসন পাবা য়াই। ট্রান্সলেসন পাথোক্লবা মী দরকার ওইদে'।

মহৌসানা ৱা ঙাংগন্দবা অপিরানা মাগী বিয়ার গ্লাসতুগা তুম্মীন্না লৈ। লান্সকা লিজাগনা করিগুম্বা ৱা খরা হায়নবা হোৎনৈ। প্রোফেসার অদুনা মদু ৱা ওইনা লৌদবদু উরে। অদুগা মখোয় অনিনা মাবু কনভিন্স তৌনবসু ইহোৎ হোৎনদবগুম তৌই। কান্নরবোই খনবনরা। করিনো খঙদবা, নুংঙায়রোইদবা অমা উরে।

ঐনা ফোর্ক অদুনা নুদলদু লৌখৎতুনা চানা চানা ঙাওসিন্নদুনা হায়রুই—

'অদো ঐগী সৈরেংদি ট্রান্সলেতর দরকার ওইনে'।

মাগী অয়া-য়াদ অমতা থৌওইদনা ঐনা লিজাদা ওনসিন্দুনা—

'লিজা, ঙসিদি নহাক্না ঐগী ট্রান্সলেতর ওইগদবনি। ফরে, ঙসি পাগদবা সৈরেংদি নহাক খঞ্জরো। নহাক্না খনবা সৈরেংদু ঐ হেক্তা পারগদবনি'।

অসি হায়রগা লিজাদা ঐগী সৈরেং সৎ ফাক্তোক্তুনা পিসিল্লি। লিজানা মতম য়ামদে হায়বদুনা সৈরেং অনিখক খল্লে।

'বস, য়াম্না ফরে, ঐ ঙসি সৈরেং অনিদু সোয়দনা পারনি'।

অদুগা মঙোন্দা হন্না তুনা য়েংলুদনা ঐনা চাগদবা য়েংগদবা রোমদা চৎথরে।

রেস্টুরেন্ট অদুদা পঞ্জাবী অনিখকসু উরকই। মদুনি ঐনা য়েংলিবা। অদুবু ঐ উই, প্রোফেসারদু মোমোন নোকই অদুগা লান্সসু নোকই, মাগী অনোক মনুংদা, মখোয়গী মায়থোংদা তাবা মমিদি মান্নদে।

ব্রাংখ্রবা প্রোফেসারদুনা গুলিভর, ঐখোয়না লিলিপুত ওইদুনা মানা মাং থাদুনা খোংনা খরা চৎমীন্নরগা ঐখোয়গী রিদিং মফমদু য়ৌরদুনা চংলে। মফমদু কলচরগী ম্যুজিয়মনি। অহানবা চংখিবদা চর্চকুম ব্রাংখ্রবা চাউখ্রবা কা অচৌবা অমা লৈবন্মী। কলচরগী লাইরিক অমদি লৈতেংগী পোৎ কয়া মীংসেল চন চন্দুনা লৈরি। কা অদু লাল্লগা সিরি অমা কাখৎলগা কা অমদা চংলে। থোঙজিন্দা ভগবান বুধগী পিথ্রায়গী মুর্ত্তি অচৌবা অমা থনম্মী। কা অদুদা হেক কানসিনবদা মিংসেল চল্লগা ইতিহাস মমাংগী অরিবা কলচরগী মুর্ত্তি কয়া, থাঙ, তা, লৈতেং, ফিজেৎ, ইমুংদা সিজিন্নবা থুমোক-তাইরুক, লুনচিংবা কয়া য়াওরি। ঐসু কলচরগী ছাত্র ওইবনিনা নুংঙায়দুনা মথৎ মথৎ চংসিনখিবদা কাদুগী মযাই চপ চানা য়ৌকরে। হন্না য়েংখিবদা চাউনবা কা অদুগী ময়াইদা ঐ ইতোমতা লেপ্পুনা লৈবমলে, মিংসেল মনুংদা মুর্ত্তি ময়াম অদুনা কোয়সিল্লদুনা। মখোয় মযাম অদুনা সাওবংননা ঐঙোন্দা য়েংলকই। লাইরোনগী মায়কৈদগী মখোয়সিং অদু মাগী মাগী ব্রাইব অদুদা স্পীরিচুয়েল ওইবা অসেংবা অহিংবা পোৎ ঙাক্তনি। পুজা তৌদুনা লাৎনরিবনি। মফমদু মখোয়গী চপ চাবা জগা নত্তে। মখোয় ময়াম অদুগা মীৎচান্নবা ঐগী সক্তিগী ব্রাংমদনি। করিনো খংদবা সক্তি অমনা ঐবু উরু উরু য়েৎসিন্দুনা চিংথরকপগুম, ঐ থুনা য়াংনা চেম্থোবক্লে।

কা অদু হেক লাম্থোরকপদা লিজা, লান্স, অমদি প্রোফেসারদু করিনো অমা ঙাংনরদুনা লেপমীন্নরম্মী। মখোয়না করি ঙাংনবিবা হায়বদু য়েংদনা ঐনা চুমদ্রিং চংদুনা থোক হায়রুবে–

'ঐ সিদা কবিতা পারোই'।

লান্সকী মায়থোং খংহৌদনা লাংসিনখ্রে। ঐগী মীহুন খংবা লান্সনি। প্রোফেসারদুনা খুমলকই–

'করিগী?'

'মসিদি অসিবগী মফমনি। ঐ হিংলি, ঐদি অহিংবনি, ব-র্বিনি। মফমসিদা কবন্না কবিতা পাগনি?'

ঙকচানবা মাগী মায়থোং অদু উরগা ঐগী সাওনিংবা ফাথবা ঙমদ্রে, মমাযমক্তদা ওনসিন্দুনা কন্না লাওরুই–

'ঐখোয অহিংবা জাতিনি। ঐখোযগীদমক্তা ঐখোয় ঈ সিঙ্ঘবি, লাল সোরুবি। ঐখোয অসিবা নত্তে।'

অদুদগী অঙাওবীগুম চেঙ্ঘোবক্নে। লিজাদু খোংথাং যাংনা তান্নবক্তুনা ফাববে—

'মেমচৌবী, মেমচৌবী ঙাযখো, চৎখিনু'।

'কবিগী, অহিংবা ঐনা অসিবা মবকসিদা কৈদৌসিগে'?

'হোযনে, মদু নহাক্না ঙসিগী ভাবুক্তা সন্দোক্না তাক্নদবনি'।

'মদুগী দবকাব কবিনো'।

মরৈদা লিজাদু ঐগী লাম্বা নত্তে। মহাক খুমফম খংদ্রে। মাগী নুংসাথিবা মাযথোংদু উবগা ঐ অমুক নুংঙাইবক্তে। ঙসিগী বিদিং অসিগী ফজবা ফজদবা মাগী মমায়নি। প্রোফেসাবদুগী নত্তে।

'ফবে, ঐগী কবিতা পাগদবা জগা ঐ খঞ্জবগে'।

হোল মচা অমা মথক্কী কাদা লৈহৌই। মদু তম্না পবপ পবপ কাখৎলগা ফান অসাংবা অমা লৈবম্বা অদুদা তাসিন্দুনা ফমথবে। লিজাদু কবিনো অমা হাযগে হাযদুনা মযা কাখৎলকপদা ঐনা

'লিজা, ঐঙোন্দা কান্নদবদা খোযদৌ সাওগৎহলগনু। ঐ ইংনা পোত্থাবগে, চৎলো'।

মা তৌফম খংদনা কুমথখবে। ঐদি মা হেক কুমথখিবগা হিপথবে। অদুদগী কনা কনানো নুপী খবা মথং মথং চেনখৎলক্নে। মখোয লোযনা মাযথিদুনা মখাদা কুমখ্রে। প্রোগ্রামস্ হৌখ্রে, অপিবানাগী বাঁসী মখোল তাবক্নে, খুবাক খুবগী মখোল তাবক্নে। কাযনথংদা নুপী অমা কাখৎলক্তুনা যান্না ইংনা হংলৈ -

'মেমচৌবী কবি থক্লিংই'।

মীৎ ফাওবা পাংথোক্তনা খুম্মী— 'চা'।

থুনা যাংনা চা অঙাংবা কপ অচৌবা অমা ফোং ফোং সানা পুবক্লগা ঐগী মাংদা থনম্লগা চেক মোক লাউদনা কুমথখ্রে। ঐনা চাদু থকপা লোযসিল্লকপদা নুপীদু ওপ্না কাখৎলক্লদুনা, 'ঙহাক্তং কুমথর্কসিবা অদুগা অমুক সিদা হলকলবস্ যাই'।

মাগী মোং হাদবা মতৌ অদুনা ঐবু শুমহৎখ্রে। মাগী তুং ইন্নদুনা কুমথবদা লাম্নকী অবোইবা বাহে পবেংদু তাহৌবে—

'. . . ঐখোয়দি (American native peoples) মতম খরগী মনুংদা মালেমগী লৈমায়দগী মুৎথ্রগনি নৎত্রগা মীয়ামলক্তা তিনসিন্দুনা মাংথ্রগনি'।

সিরি কাখৎফমদা অপিরানা অমদি লাস্স লেপ্তুনা লৈরম্মী। মী কুন্থা নিফুগুম্বগী ভাবুক্লা লৈবাক্তা ফম্বা য়াও লেপ্পা য়াও ওমসিন্দুনা তারম্মী। ঐদি ইসাবু কনানো কদায়দগীনো তাক্লগা য়াম্না ভাংদনা লোয়শিল্লে—

'.. নখোয়গী সুইজলেন্দ য়াম্না ফজে হাযনৈ। ঐগী ইবৈবাক মণিপুবসু ফজবদা মমিং চৎলি। ভারতকী সুইজলেন্দ হায়নরিবনি। নখোয়গী ফজরবা পাৎ মযাম লৈ, অদো থরো থম্বাল থারিকথা অমতা সাৎতে। ঐখোয়গী পাৎতি অঙাংবা অঙৌবা অমদি পেত্রক অৱাওবগী লৈ ময়াম সাৎলি ।

লিজাগী ত্রান্সলেসনগা লোযননা ঐগী সৈবেং পাবা লোযবে। ঐনা ইকোন কোন্না পাবনি। ঐগীদু হেক লোযবগা প্রোফেসার অদুনা হায়রকই-

'হৌজিক নখোযনা অৱা-অনাগী ফিভমনা করম্বা সৈরেং ইবগে হাযবদু তাবে'। ঐনা অমুক ফুগ হৌগৎতুনা য়ানিংদনা— 'ঐ ৱা অমতা সেংদোকচগে। অৱা-অনাগী ফিভমনা ঐবু সৈবেং ইহনদে'।

প্রোফেসার অদুনা সিনবগী মতুংইন্না 'মাঙখীগদৌরবা কাংবুগী কবি অনিদু মাঙখ্রবা সিথ্রবসিংগী মুর্তি মবক্তা পুবদুনা চংখ্রে। লাস্সতা ইন্টবেস লৈবা কাংবুনা লাস্সকী মনাক্তা, অপিবানাদা ৱা হংনিংবা কাংবুনা অপিরানাগী মনাক্তা। মসি সাহিত্যাগী প্রোফেসার অদুগী ইমাজিনেসন মতুংইন্না সেম্বা জাৎনি। ঐখোয়না অহানবা চংলকপদা মানা হান্না তাকখ্রবনি। ঐ ভাপ তাবা ঙমদদুনা, মতমদু যৌবগা খংজবক্কনি খদোক্তুনা ম্যুজিয়ম মনুংদা চুমদ্রিং চংলুবনি। ঐনা ঐগী খনজববা মফমদু তান্না অমুক কাখৎপদা মী খরা ইন্নবক্তুনা লাক্লে। যেংসিনখিবদা হোল অদুগী মনিংথংবা স কক্তা চৌক্রি খবা থুপচিন্দুনা থমলিবদু উরক্তুনা লৌথোকলুদুনা ইকোয় কোয়না থাদুনা ময়াম ফম্মীন্নবা সেমলে। চাউবাক্লা মী কুনমুক্লী, ঐগী ইতুংদা লার্কলিবদু। নুপাদি অনিখক্তা। নুপা অমদি অহলনি। বাসেলদা চহি কুনমুক লম্লোন্দুনা লৈরবা পঞ্জাবী ওইবম্মী। মানা হায়—

'নখোয়গী মণিপুরগী জগোয়দু তোপ তোপ্পা ফজবনিদা'।

মানা অমুক মখোয়দা ওনসিন্দুনা তম্মী—

'মদু ইন্দিয়াগী ক্লাসিকেল দান্স অমনি'।

ঐনা অমুক মখা তারুই—

'ঐখোয়গী জগোয় সাবা মতমদা, হকচাংগী অথেক অখোয় উৎতুনা, অহাংবা হকচাং থাদোক্তুনা কুম্মৈ ওইনা ইরাং পোকহন্দুনা সাদে। জগোয়গী মেদিয়মনা লাইগা ঐখোয়গা উন্নবনি। ফাওনবনি।

ঐখোয়গী লাইনিংদা লাই অসি ঐখোয়দগী হেন্না ৱাংদে অদুগা ঐখোয়দগীসু হন্থদে। ঈসৈ অমদি জগোয়না স্পীরিচুয়েল পৱাব অদুগা ফাওনদুনা, নুংঙায়রবা অমদি ফজরবা তেংবান অসি মীওইবদা পীবীবগী নোল্লুকপা ফোংদোক্তুনা সাবা জগোয়নি।

মসিনা ঐখোয়গী জগোয় অসি ময়ামদগী খেৎননা তোপ তোপ্না লৈরিবনি'।

কোন্না খংলকই, ঐগী ইনাক্তা ইনকোমিদোসকী প্রসিদেন্ট ফমলি। নুপীনি। অহল খবা ওইবে। ঐঙোন্দা চা পীখিবী অদুসু ইনকোমিদোসকী মীনি। মহাক্না নোক্লদুনা হায়বকই-

'নহাক্না ম্যুজিয়ম অসি হিংগৎহল্লে'।

(You bring life in this museum )

ঐখোযগী লেকচর লোয়রবদা প্রোফেসাবদুগা ঐখোযগা বিদায় তৌনরে। নুপা অমনা হৌদুনা মাগী ত্তং অমুক ইন্নদুনা বেস্টুবেন্ট অমদা চৎলে। নুপা অদুগী নুপীদু হোংকোংদগীনি হায়। মী য়াম্না পিকই. মসম অমদি মমিৎ মুই ফজে, কুচু নাপুনি, পাল্লি। পার্ল এস বকনা "গুদ আর্থ" তা যেকপা ৱাঙগী থম্মোয় ছখিবী শকহেনবী অদুমক্কী। চীনাগী সভ্যতা অঙকপনি। অদুবু ঐখোয় মৈতৈনা মী অপিকপবু ফজবা সীংদা চন্নদে। নুপাদু ঐখোয়বু দোবো দোবো তৌদুনা লুনা চান্না তৌই। বাগী মতাং অমদা ঐনা হায়কই—

'নখোয়সু সুইজলেন্দগী ইন্দিজিনস পীপলনি'।

খুদক্তা সকফম ওনখ্রগা, মখোঞ্জেল ফাজিন্দুনা সাওনিংনা হায়রকই— 'ৱাফমদু তোঙাল্লি, মরি লৈনদে'। পুক্নীংদা হংখি— 'অদুদি নখোয় কনানো, নোংথকতগী তারকপরা'। লৈফমদা হল্লসি হায়দুনা হল্লকপদা নুপী যাম্না নহা ওইরিবী অমা হোবে হোবে তান্নরক্লগা হাযরকই—

'নখোয়গী ফিল্ম লৈগদ্রা? ইন্দিজিনস পীপলগী মীনা তৌজবা ফিল্মগী ফেস্তীবেল অমা পাংথোক্কদৌরি। মদুদা নখোয়গীসু য়াওহন্নীংই'।

' গ্রান্দ পীক্স ফংখ্রবা ঐখোয়গী অফাওবা ফিল্ম লৈ। ইন্দিয়াদা এর্বার্দ অদু ফংবা ফিল্মদি ঐখোয়গী অদুমখকতনি। অদুগুম্বদুসু য়াবরা'।

নুপীমচাদু ইঙক ঙকই, খুমফম খংদে। ঙহাক লক্কক তৌবগা—

'হোয যাগনি।'

'অদো ফিল্মদু হংনেবা, চে ইনবা অমা চংগনি'।

আসা যাওদনা খুমলকই—

'হোয যেংসি'।

মথংগী নোংঙানবদা নুংমিদাংবাইদা ঐখোযবু ইনকোমিদোসনা চাক কৌবি। পিকতক তৌবা হোল অমনি। অকে অমৌগী হাযকববদি যুবোপনিদনা। হোল মচাদু নিংথিনা কেবর্ম্মী। ঙসিনা সুইজলেন্দা ঐখোযগী অবোইবা চাকলেননি। মী মথং মথং থুংলবে। নুপী খবা মমিৎ ইথক থক্লা হবা ওনা ঐঙোন্দা খুৎ সোকলৈ, ঙাযঙমদনা হংলৈ—

মেমচৌবী, নঙনা ম্যাজিযমদু হৈনদবনিনে।'

হেলেনাসু বাং চাউবা মশক ফজবা মপাং এল্তবগা লোযননা যৌবক্লে। চাকচা মাংগী থক্কদা চাগদবা, বাবী-বাভায থাগৎপীবা, নুংসি বাহে লোযবগা চাকলেন চাফম তেবল যৌবা মতমদা চে মচেৎ অমমম মমিং থাব থাবগা থনর্ম্মী। মদুগী মতুং ইন্না ফমলবদা ইনকোমিদোসকী চিযাবমেন অদুগী অহল ওইববা মপুবোইবনা যেৎলোমদা গ্রীক লৈসাবী যান্না ফজবী অমনা ওইবোমদা ফমলবে। চাকচা মাংদা হেলেনানা লেকচব মত্তেক অমা পীবে। চার্কৌবিবা যুম্ব ইনকোমিদোসকী প্রসিদেন্টতি চাকচা মাংদা চা থকফমদা পীগদবা লেকচব পীখ্রবনি।

মাগী লেকচবদা ঐগী মৈতৈলোন অসি ভাবল যান্না যাম্বা তাবদা যান্না নুংশিবা লোননি হাযদনা সিংথাখি। মদুদি অতৈ বিদিংসিংদা মানা হান্না ঐঙোন্দা হাযখ্রবা ৱানি।

চাক চাবা হৌববদা, থংননা চামীন্নবিবা অহল অদুনা ভাপ তানা হাযবকই—

'মেমচৌবী, নঙনা তৌখ্রিবদু চুমইনে। ম্যাজিযম হাযবা অসিদি অঙাং অমদি ছাত্রগীনি। কবি অমনা কমদৌনা ম্যাজিযমদা সৈবেং পাগদগে'।

চাকচা তংখায চল্লকপদা হেলেনাসু মাগী ফমফম থাদোক্লুনা এল্তবগী মনাক্ত ঐগী নাক্তা ফমলবে। মতমদু গ্রীক লৈসাবীদু হৌগৎতুনা মাগী মপাংগী মনাক্তা চংখ্রে। মখোযগী চাক যান্না সাংনা ইনা চাই। পাক তোকতে। অবোইবগী অথুম্বা কেক অমদি ক্রিমগী মতাং যৌবক্লে। ৱাবীদু হেলেনা, এলতব অমদি ঐখোয অহুম অমুক তাহৌবে। হেলেনানা কোন্না থৱায যাওনা হাযবকই—

'মেমচৌবী ঐ নখোয়গী মণিপুবদা লাক্কে'।

'লাকপিউনে, বার্ত্তন তৌজবক্কে। ইন্দিযা গভর্মেন্টসু হৌজিক্তি ঙাংনবা তাবেদনা'।

'নুপীদো ইউ, এন, গীনি হাযযুকো'।

'হোয, ঐ হোৎনবক্কে'।

কাযনবমদাইগী মতমদা প্রোফেসাবদুগা ৱাবী ঙহাক সান্নকই। মাগী নুপীসু লাকমিন্নে। মশক মতৌ যাম্না ফজবী, নিংথিনা কেবা হৈবীনি। নুপী অদুনা ঐঙোন্দা হাযবকই

'সৈবেংগীবু তসেংনা এান্সলেসন দবকাব ওইব্রনে?

'ওইদে, সৈবেংবু কনানা চপ চানা হন্দোকপা ঙমগনি'।

মানা হংলিবদু ঐ খঙই। মাগী মওং যেংদুনা ফন ফনবা ঐনা খুম্বা হোৎনৈ। মাসু হবাওনা খুমলকই— 'হোযনে'।

আর্থ অনিদুদি সম্নদ্রে। প্রোফেসাব অদুদা ওনসিন্দুনা ঐনা হাযকই–

'নখোয জর্মন ঙাংবা মীসিংসি ইতালিযানসিংগা মান্নদে ।

মানা খুমলকই—

'হোয, মান্নদে। নহাক্কা জর্মনিদা চৎলবসু অদু মঙাই, মখোযবু জয তৌনবা য়াম্না কন্না সাংনা হোৎনবা তাবনি'।

পুক্লীংদা নোকনিংই, 'মদুগী দবকাব কবিনো'। ঐনা খুমলুই-

'হোযনে, নখোযগীসি যুম অচৌবা ফক্লাং অথা অথাবদা লৈদুনা তৌবিব্রা'।

প্রোফেসাব অদুদি ফাগী-ফবাং কযা হৈনদবা জাৎনি। খজিক্তং সকফম হঞ্জীল্লগা খুমলকই—

'হোয, ঐখোযগী নুঙগী ফক্লাংগী যুমসিং অসি ঐ যাম্না পামজে। নিংথমথাগী মতমদা মসিনা ঐবু ইংহন্দে'।

মথংগী অযুক দিসেম্বব ৪ দা ঐখোয ঙমখৈদা লৈবা জর্মনগী ফাইবর্গ সিতি তম্না চৎলগনি। অযুক্তু ঐনা চাক ঙস্তা থোংদোক্লগা চবা ৱানবা ওইনা থন্না চাথোকলে। অপিবানাদি যাহৌ থেংমন্দুনা কবিসু চাবা নঙলক্ত্রে। বাসেলদা ঐখোয়গী লৈফম

সিন্নীবদি লিজাগী মরুপ সোনিয়ানি। জোয়িদি ঙরাং নুংদাং মবেন্না থিল্লকলে। লিজা মমা মচা লৈহৌবা তারে। লাম্বকা মতম খরা সেৎনবা তারবদা লিজাদু য়াম্না নুংঙায়ত্রে। লাম্বকী মওংনা অমনি। মহাক্তি তেবা হৈররোইদবা লমগী উচেকনি। বিদায়গী মতম য়ৌরবদা লিজাদু পাম্মোম নামনা জোয়ি পল্লগা নামনা সোনিযাগী লেংবান্দা কোন্দুনা নুংঙায়তনা মখুৎ হায় হায়দুনা লেপহৌই।

## খ

লিজা অমদি জোযি য়াওদনা ঐখোয় জর্মনি তমলকলে। ড্রাইভবদি ইংলিস ঙাংবা সুইজ নহা, চহি ২৭ সুরবা য়োর্গনি। মহাক জুরিক্কী অহানবা রিদিংদা ঐগা থেংনখি। অদুগী তুংদা ঙসি বাসেলদা ভান কাখৎলমদাইদা নোক্কুনা লেপলম্বা অদুনি। মশক্তু সুইজ অদুম মাল্লি অদুবু মহাক্তী ইবাই লায়না নোকই। মখোয়গী নোকন্দবা য়াম্না রিজার্ব ওইবদু কয়া তৌদে। ঐনা হংলুই 'জর্মনি কবম্বা মতমদা য়ৌর্গনি'। মানা খুমলকই— 'মিনিত মঙাগী মনুংদা'। হায়না হায়না মীৎনা কুপ্পদা ঐখোয জর্মনি যৌবে। মোবেগা তামুগা থাপ্পবা অদুনি।

জর্মনিগী ঙমখৈদা লৈবা পাক্লবা সিং নানবা লম্বী অদুদা গারী অদো য়াংনা চেল্লি। মঙরা হারা! ঐ জর্মনি য়ৌরবনিক্কো। য়াম্না ঙকপা, অমুক্তা উদ্রিবা পোৎ কযাগী আসা তৌরদুনা ঐনা থোঙনাউদা মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা চৎলি। ঐ তসেংনা জর্মনি চৎনিংদে, কিজে। চৎনা চৎনা চাউরবা জর্মনি লৈবাক অসি জিয়ু মিলিয়ন তরুক্কী মোংফম ওইনা ফাওবা হৌরকই— মহাক্কী লৈসাদা মীগী সরু ঙাক্তগী লৈরোন অমা লৈরমগদৌবোই। ইংলিস ফিলমসিংদা উখিবা ফত্তবা জর্মনিগী জর্মনসিংদু তসেংনা ময়ুমমক্তদা চংদুনা য়েংসু য়েংনিংখি। হোয় থাঙ্গৈসেংনা কি অদুবু যেংনিংদে হাযরবদি মীনম্বা তাগনি। মীওইবনা য়াম্না য়েংনিংবদি তসেংনা য়াম্না কিবা পোৎনি।

পংসাং সাংনা থৌদে, পুং অমগুম্বা ওইরমগদ্রা, লম্বীগী চিদায়দা ঙহাক খামদুনা মী ঙায়দুনা লেপ্পী। মিনিত তবামুক্কী তুংদা কার অমা সর থৌজিল্লক্কুনা খামখ্রে। অদুগা গুনতর, মোনিকা অমদি বোরিস বেকর য়াম্না মানবা মসম মুবা মমিৎ সংলপ তৌবা নহাদো (মমিংদু হায়বা য়াম্না নুংঙায়তবনি) মথং মথং কুমথরক্কুনা ঐখোয়গা উন্নররে। মখোয়গী কার অদুগী মতুং ইন্নদুনা লোয়রোইবা চীংদুমগী চীংয়াং অমদা খরা কারগা খামলে। ঐখোয লোয়না মথং মথং কুমথরে। তাম্না ফাইর্বাগ সিতিগী দলানসিং উবি। চীংমায়সিংদু থুংনা অঙ্গুর পাম্বীসিং হৌরি। গুনতবনা হায, মফমসি হৌজিক্তি জর্মনিগী খ্বায়দগী সাবা মফমনি। অদুবু চহি তবাগী মমাংদা মফমসি উন্না পুমঙৌ ঙৌনা অসিগুম্বা দিসেম্বর থাগী মতমদা তারম্বনি। হৌজিক্তি মদু উখিদ্রে।

অদুদগী গারী তোংখৎতুনা লোয়রোই লোয়রোই চীংয়াংসিংদু লাম্ভোক্লগা তুরেল অচৌবা অমগী মপান তম্না চৎলে। তুরেলদুগী ঈসিংদু লাপ্পা য়েংবদা ইমু মুই। নকসিন্দুনা য়েংবদা য়াম্না লুই, মনুং ফাওনা উই। ঐখোয়গী ইম্ফাল তুরেল অনিগুম্বা চাউবা তুরেলদু য়েংবদা অচৌবা কেনেল অমা মাল্লি, তুরেলবু মান্দে। ঈচেলসু য়াম্না কনলি। তুরেল অদুগী ইতিহাস তুরেল মপান্দা বোর্দ অমদা নিংথিনা য়েক্লদুনা লিরি। গুনতরনা অর্থ হন্দোকই—

'তুরেল অদু মতম অমদা থেক্লা খোয়না পাক্লা সন্না মসা মরেং কয়াগা লোয়ননা ইং তপ্পা চেনজরম্মী। জর্মনিগী অচৌবা নিংথৌ অমনা তুরেল অসিনা কান্নদবদা লম য়াম্না মাংহল্লে হায়দুনা তুরেল অসি তৌথোক্লুনা ঈচেল চুম্না চেলহনখি। কুইরবগী তুংদা হান্নগী তুরেল মপান্দা লৈরম্বা চীংদুমসিংদা হৌরম্বা উ-ব্বা পুন্নমক তপ্পা তপ্পা কংলকখি। অনৌবা তুরেল অদুনা ঈচেল কনমন্দুনা মনাক নক্লা হৌবা উ-ব্বা পুন্নমক চেম্থদুনা পুখ্রে। হৌজিক্কী মতমদা অচৌবা ফেক্তরিদগী থাদরকপা অমোৎ-অকায়না ঈসিং অসি হু চেল্লে। সিজিন্নবা য়াহদ্রে। তুরেল অদুগী অসোম ব্বাংমদা য়েংদুনা হায়রকই, তুরেল ব্বাংমা অসি ফ্রান্সনি। অহানবদা জর্মনিগী লম ওইরম্বনি। অনিসুবা লাঞ্জাওগী মতমদা জর্মনিগী লম য়াম্না ফ্রান্সতা লৈখ্রে'।

মফমদু থাদোক্লগা খরা চৎলগা তুরেল অদুগী অতোপ্পা তোবর্বান অমদা অমুক থুংলুরে। মী অমা ঙায়বগুম তৌই। তুরেল অদু য়েংলগা গুনতরনা মখা তারকই—

'অনিসুবা লাঞ্জাওগী মতমদা জর্মনিগী মীচম প্রজাসিং হায়নিংঙায় লৈতনা ব্বাখি। জর্মনি লান্দা মায়থিরে, রুসিয়ান লাক্লে তাবদা নুপাসিংনা মতু মচাবু হান্না হাৎতোক্লগা মতোমতা অমুক হাৎচদুনা সিমিন্নে। অদুগা ইমুং কয়া থৌরিনা কিসিনজরগা তুরেল অসিদা চোংথদুনা সিমীন্নখি। মদুদা সিবা ঙমদদুনা চেনখৎলকপসু য়াওদবা নত্তে . . .'।

মহাক্লা মমায় লৈথোক্লুনা য়েংলুরগা হায়রকই—

'লৌরা লাক্লে'।

সোক ১৯৭৫গী মতমদা জর্মনি সরকারনা ন্যুক্লিয়ার প্লান্ট খরা সানবা থৌরাং তৌবকপা মতমদা খুঙ্গং অসিদা লৈবা অচম্বা লৌমী অমখক্লা ইহান হান্না মসাগী য়ুমথক সিদোক্লগা সোলর ইনর্জি সিজিন্নবা হৌদুনা ন্যুক্লিয়ার প্লান্ট প্রোজেক্কী মায়য়োক্তা য়ানিংদবা ফোংদোকপা হৌখি। লৌমী অদুগী অনিসুবদা লৌরাসু ময়ুমগী য়ুমথক সিদোক্লুনা ঈহৌ অদুগী য়াম্না মরু ওইবা লুচিংবসিংগী মনুংদা অমা ওইখি। অদুদগী ঈহৌ অদু জর্মনি, য়ুরোপ অমদি মালেম সিন থুংনা সন্দোকখি। ঙসিদি মথোল অমখক্কী

অপিকপা অচম্বা লৌরাগী য়ুম অসি মালেম থুংনা হৌরক্লীবা ন্যুক্লিয়ারগী মায়য়োক্তা হৌরক্লিবা save environment ঈহৌগী সেংলবা তীর্থ ওইহৌরে। কোলেজ অমদি য়ুনিভর্সিতিগী ছাত্র, হিরম অসিদা থিজিনবা কাংবুগীসু সেন্টর অমা ওইরে।

লৌরা চহি ৭০ মুক সুরগনি। মী পীকতক তৌই। মসাদি ওম্থোক্লা খিংলি। মচু ৱাওথরবা অচম্বা খোংগ্রাও, জেকেত অমদি মল্লবা স্নিকর সু অমগা খুংঙংগী অচম্বা নুপীগী মায়থোংদা খিং খিং লাওনা ঐখোয়গী খুৎ সোক্লরে। সোর হোন্দে মানা ৱারী লিবদা। ইংলিসকী ৱাহৈদি খজিকতনি খংলিবা। গুনতরনা ইন্টরপিতর ওইখি। ন্যুক্লিয়ার সক্তিনা মালেমগী ঈসিং, নুংসিৎ ,উমং-ৱামং মাঙ তাকহল্লিবা মওংসিংদু মাগী অপিকপা খুঙ্গং অদুগী চিদায় ওইনা তুরেল মপান অদুদা লৈবা উমং মচা অদুদা পুদুনা মানা খুদোম্বী থিন থিন্দুনা ৱারী লিখি। মহাক্লা মখা তাখি—

‘ঐখোয় খুৎসেমগী হাব সিজিন্নরোইদবনি, মসিনা মালেম অসি মাংহল্লে’। উমং অদুগী চিদায় অমদা নুঙ অমা য়ুংলগা জর্মন লোন্দা ইরি-

NAI HAMMER GSAIT!

(We said no)

1971-1983

হন্না য়েংথোকখিবদা সোরোক ৱাংমদা লৈবা খোংবানওই পুখ্রিওই তৌবা জগা অমদা নুপা অহল অমা ঐখোয়না তৌরিবদু মীৎচিনফাও য়েংলক্তুনা ইংনা খোয় চোপলি। অতিয়াদি নোংথি নোংমংই। মফম অদু ইচিক চিকই। খুঙ্গং হায়বসিদি খুঙ্গংনি। ইংনা নুংঙায়বা অমা পুক্লীংদা ফাওহল্লি। লৌরানা মসাগী কার মচা অদু থৌদুনা মাং থাখ্রে। ঐখোয়সু মথং মথং মাগী তুং ইন্নদুনা মাগী ময়ুম তন্না চৎলে। মাগী সুমাং মচাদুগী নাকন্দা য়েনগোন অমা য়েন্না থনকোক তৌরদুনা লৈরি। যান্না পিকপা ইংখোলনি। য়ুমদুগা সুমাং মচাদুনা লোয়রে। উগী কৈরাক অমা কাখৎলগা মথক্কী মথোন লৈবনি। ঐখোযনা হেক চংখিবদা মসু নুপামচা চহি ৮ অমদি ১০ গী অনিদু চেম্থোবক্তুনা মবেনবু ওকই। মচানুপা চহি ৩৫ গুম্বা অমদি ৪০ গুম্বা অনিসু থোরক্তুনা ঐখোযবু ওকই। খুঙ্গংগী মীগী সক্তমনি, ওম্থোক্লা নোল্লুকই ইচম চম্মী। উগী অপিকপা ফমফম কা অমা লৈরম্মী। কাদু তসেংনা য়ান্না পিকই। নুংথিলগী পুং ৩ গুম্বা তারল্লগনি। নোংঙানবদগী অপিরানাদি করিমতা চাদ্রিবনি। ঐ ফাওবা লামলে। খ্রীস্টমাসকী অচাপোৎনি হাযদুনা অথুম অহাও খরগা কেক অচৌবা অমগা পুথোরকই। ঐখোয মযাম চামীন্নরে। মচা মসু অমদি মবেনদু উবদা মৈতৈ ইমুং ওম্থোক্লা মাল্লি। চানা চানা ঐখোয় ময়াম ৱারী সানৈ। ঐনা বেকর মানবদু বেকব মাল্লি হায়রুবদা মা য়ান্না ইকায়না হরাওবা ফোংদোকই। লান্স ইঙক ঙকই—

'মেমচৌবী, নহাক স্পোর্তসু পামবোইবে'।

ঐনা হেন্না ঙকখ্রে—

'এ, পাম্মী, বেকব অমদি স্তেপি গ্রাপ ঐগী পামজবনি। স্তেপি গ্রাপনা চহি তবাতবেৎতা ঙাযবিঙৈদা মাবতিনাবু কনথখিবদো ওহ্নোক্লা ফজখ্রবনি ।

মোনিকানা হংলকই— 'মাবতিনা হেঙ্গীসবো'?

ঐনা ঙকপদু লোৎসিন্দুনা খুম্মী- 'নত্তে '।

ঙহাক্কী মতুংদা ঐখোয লৌবাগা লোযননা খুঙ্গং অদুগী বেস্টুবেন্ট অচৌবা অমদা থুংলবে। খুঙ্গং অদু তপিক তপিক মসা যান্না নাল্লি। অহাং অহাংবা জগাদা লৈ-সু নিংথিনা থাদুনা কে। মদুদা থাবিবা মখল অমদি মচু খুৎথা লাকথা জেরুসলেম সিতিগী সরুক খবগা ওহ্নোক্লা মান্নে। কনানা খঙবা, মখোযদু সিৱাইদগী চৎখিবা জিউসিং ওই বম্বসু। জেরুসলেমদি অপিকপা য়ুরোপনি। অদুগা বেস্ট জেরুসলেম, পেলেস্তিনসিংনা মপুং ওইনা খুন্দাবা সরুক অদু অমুক পুঙতোপ তোপখ্রে। কৈথেনকাদু ইনান নানদে অরাং ভাবতকী কৈথেনসু যান্না মাল্লি। চা থকপা লোযবগা লৌবাগা লোযননা ঐখোয বেস্টুবেন্ট অমদা থুংলবে। বেস্টুবেন্টু সিলিং মথক্তা মমাংঙৈগী উগী হি মচা অমনবা অনিখক থমলগা কেবম্মী। ফক্লাংদা নুপা ইল অচৌবা খবা সন্দোক্তুনা যানথবগা থাংমৈ বলব মচা মচা থানজিন্দুনা যান্না ফজহল্লি। অচম্বা বিদিং অমা পাংথোকলে। লোযববদা উচিন-নাচিন্না চাবা ফংজবে। চাকচামাংগী কবি থক্কদগে হাযদুনা হংবগী মতাং অদুদা হান্না বিদিংগী মতমদা থমখিবা নেচবেল বাতব বতলদু উৎতুনা ঐগীদি মসিনা যাবে হাযদুনা খুমলে। গুনতবনা হাযবকই -

'নহাকপু ঙসাইদি যু যান্না থকই হাযবদাইনে'।

ঐনা বাতব বতলদু উৎতুনা—

'মসি ঐগী যুনি'।

'ঐবু অঙাওবা সেন্নী ৱা ওইবে'।

ঐখোযনা ঙসায় ফাগী তৌনখিবনি। ফাগী অদো খংলক্তুনা নোকথোকমীন্নখিবা অদুনা গুনতবগা থুনা ইবাই লাযনা মরুপ ওইহনখি।

ফাইবার্গ সিতিগী চিদাযদা লৈবা মসক নাইবা কলচবেল সেন্তব কার্ল স্কুইজ হাউসতা ঐখোযনা থুংলুবদু থেংলে। চৎলমদাইদা গুনতবনা ঐগী কবি ৱাৎখিনি হংবদা ঐগীদি অচম্বা ঈসিং খবদং পীবীযু হাযজখি। পংকান কান্নদনা ঐখোয়গী

কাগী থোঙজিন্দা নেচবেল হ্বাতর, হৈ মহি, কোমলা পেকেত অমা অমসুং লফোই লফাংগী বোক্স অমগা থম্বীবমলগা মোনিকা অমদি গুনতর ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে বেকব মানবদুদি লম্বীদা লৈহৌরে।

অযুক্তু ঙন্না হৌগৎলগা কোযবগী ফি সেৎচিন্দুনা মখাদা কুমথবে। অসুম থোকখিবদা বিল্দীং অদুগী মনিং ওইনা চীংদুম খবা লোয়বোই লোয়বোই অসুম হ্বাংখৎখিবদু উবক্লে। চীংদুমসিংদুগী মরক্তা কোলাসকী লম্বী অমা কাখৎখ্রি। নুপী অমসু লমজেল চেলম্মী। মখোক ঙাক্তা ঙায়বা অংগুব পাম্বীগী চীংমাযসিং, মনা অমতা পান্দ্রবা এপল পাম্বীসিং, মতোন্দা পোম্বোম পোমলক্লবা চেসনত পাম্বী খবা ইকোক কোকলবা চীংমাযসিংদু থুংনা মংলান অমা নাওপুবদুনা তুম্মীন-তুম্মীন্না লেপলি। অবোইবা চীংদোন্দু যৌববদা মখাদা সন্দোক্তুনা লৈবিবা ফাইবার্গ সিতি উবক্লে। কোলাসকী লম্বী লোযখ্রে, লৈখোম 'থাকলবা লম্বী অমা অসোমগী চীংজিন্দা থেকচিনখ্রে। বসন্ত লাক্লগা অমুক পুমসং সংলগনি অদুবু অসংবা অদুগা ঐগদি অমুক উন্নবরোইদো. লৈহৌবোকো হাযদুনা বিদায নিদুনা কুমথবা হৌবকপদা অঙাংসিংনা বাইম অমা সকপগী খোম্থাং অমা মাযকৈ কদোমদগীনো খ'দনা তাবক্লে। ঐনা তাখি –

'হলকখো, হলকখো'।

ঐনা লৈবিবা বিলদীং অদুগী মখাথংবা সকক্তু অঙাং অপিকপগী কিন্দব গার্দেন অমা লৈবি। অযুক অদুদা মমাসিংনা হোবে হোবে মচা অপিকপসিংদু জেকেতও তুপীও নিংথিনা থানা যোমসিল্লগা সাইকল মনিং মনিংদা হাপ হাপ্তুনা থিন্নবকই। মপাদি ইউবু উদে। মখোযগী স্কুল অমদি অঙাং অপিকপসিংদু কমদৌনা তম্বীবগে যে'নিংখি, ঙমদি ঙমলকখিদ্রে। মথক্কী ঐগী কাদা ঙহাক পোথাবগা থোঙনাউদা যেংথক্কবদা মোনিকা লাকপা উই। মখোয ঙবাং অহিং থেংনা তুন্নমগনি। লিজা যাওদ্রবদি লাক্সসু অহিং থে'না হনজিলকপদা হালেংবা জাৎ নত্তে। পংকান কান্নদনা গুনতবসু যৌবক্লে। মখোয অনি চংদুনা থৌবাং তৌদুনা ব্রেকফ্রাস্ট হাউনা পুক থন্না চারে। অযুক্কী চবা হ্বানবদি ফাইবার্গতা মখোযনা পিজববপা অদুনা মকোকনি। জর্মনসিংসু ইতালিযানগুম্না যান্না নিংথিনা ফজনা চায হাযবা যাই।

নুংথিল নুমিৎযুংবা মতুংদা ঐখোয সিতি মযোলদা লৈবা বেস্টুবেন্ত অমদা থুংলুবে। মপু অদুনা বাণ্ডন তৌবকপনি। সিতি অদুদা লৈবা থবক ফংদবা মীওইসিংনা লাক্লগা চাজনবা হাংবা বেস্টুবেন্তনি। মমলদু লৌফম থোকপা অদুতমক লৌবনি। মথেল-লুকোযদি যাওদে। নোংমদা মী অমনা হিংবদা দবকাব ওইবা অদুতনি। ভেজিতবিযানগীসু সিল্লম্মী। যুদি যাওদে। কা অমা তোঙান্না ঐখোযগীদমক সেমলম্মী।

মপুদু চহি নিফুমুক সুরম্বা য়াই। তি সার্ত অঙৌবা অমগা খোংগ্রাউ অঙৌবা অমগা ইচম চন্না সেৎলি। মরেপ ৱাংই, মায়থোং ইংই। ঐখোয়বু ওম্ভোক্লা লুনা তৌই। মানা জর্মনিদা ঙাংবা অদু গুনতরনা ইংলিসতা হন্দোকই।

চাবা লোয়রগা সাংনা পম্ববদনা ঐখোয় থোরক্লে। ফাইর্বাগকী মেয়োরনা ঐখোয়বু বার্তন তৌরি। মতম খজিক্তং ৱাৎলি হায়দুনা ইনক নক্লা লৈবা কৈথেল অমদা ঐখোয় ঙহাক কোয়দুনা ঙায়রে। খ্রীসমাস্ট মতমগী য়ুরোপকী অখন্নবা কৈথেল লৈ। ঐখোয়গী য়াওশং অমদি চৈরাওবগী কৈথেল নুংসিরকই। খুদোল পোৎ মখল মখল, অথুম অহাও মখল মখল মদুনা মরুনি। মখোয়গীদি নিউ ইয়ারসু ইনক নক্লা ঙায়দুনা লৈরবনি। পোৎলক অদুদা মীয়াম মরক্তা কোয়চৎ চৎতুনা য়েংলিঙৈদা য়োর্গনা চৎলসি হায়দুনা কৌরক্লে।

নুঙ চনবা স্কোয়ার অমা লানথোক্লগা থায়নগী অরিবা অমনবা উগী অথাবা অচৌবা থোঙজাও অমা হাংদুনা কোরিদোর অমা লানথোক্লগা অদুগুম্বা থোঙ অমা অমুক হাংদোক্লগা হোল অমদা থুংলুরে। কোন্না তারকই, হোল অদু চহি চাতরেৎ সুরবনি, অনিসুবা লাঞ্জাওদা লেমহৌবনি। মসম তেন্না ককপা, মফি ফোর্মেলদা লুনা সেৎপা, চহি মীয়াইগী নুপা অমা লেপ্তুনা ঐখোয়বু ঙায়দুনা লৈরম্মী। ঐখোয় ময়ামদু হৈ মহি পীথক্তুনা তরামনা ওক্লে। হেরীনা হায়বা চুমই, মহাক্না মিনিত মঙামুক পীবা লেকচর অদুনা মহাক্কী ৱাংলবা মহৈ-মসিংগী থাক অমদি লুরবা ৱাখলগী মরেপ খঙবা ঙমই। মহাক ফমদে লেপ্তুনা অদুম ঐখোয়বু ওকই। রাভেন্নাদা উন্নরকপা ওফিসেল অদুসু অসুম্না লেপ্না লেপ্না উন্নরকই। মসি কুইরোইদবা উন্নবগী মওং ওইরমান্নে। হোলগী ফক্লাং থুংনা ইকোয় কোয়না চৌক্রি থারি। ঐদি ৱারদুনা চিংসিন্দুনা অমদা ফমলুই। সিলিংদা ময়াইথংবা যুগকী উগী কেন্দল থানফম অমা য়াম্বরি। ফক্লাংদা অহাংবা মফম অমতা লৈতনা পরেং সানা ইকোয় কোয়না নিংথৌ অথরগী রাওন্দ তেবলগী নাইতসিংগী সিম্বোল ময়াম অমা য়েকপা চুং ময়াম অমা থেৎলি। সিম্বলসিংদুগী মরক্তা চীংলায় (ড্রেগোন) অমা য়াওই। কুইদে মেয়োরদু থুংলরে। নুপীনি। মহাকসু ফমদে। মী পীকতক তৌই, মসম তেন্না ককই, অমুবা সুত অমা য়াম্না নিংথিনা সেৎলি। তরাম্বা মতৌ ফোংদোক্লবসু ৱা ঙাংবদা মকা ফোংদে। মায় পীকতক তৌরগা তপীক তপীক মুর্ত্তি য়াম্না সুই। চহিদী মীয়ায়দগী হম্বরমলোয়। মহাক হোরেন নুংদাং লৈরিবা ঐখোযগী রিদিংগীদমক হান্না ঙন্তানা ঐখোয়গী ফী পীথোকলে। মিনিত খরগী তুংদা নোকফেৎতং তৌরগা থবক খরা চিনবনা হোবেনগী রিদিংদি য়াওবা ঙমলবোই ৱারৌবীগনু হায়বা ৱাহৈগা লোয়ননা বিদায় নিদুনা চৎখরে। থোঙজিন ময়া অদুদা লেপলম্বনি, মফম অদুমক্তদগী অদুম হনখরে। জর্মন জাতিগী

রেসিজম মালেম পুম্বা খংনরিবনি। ঐ খনবদা ঙকই মহাক্না তসেংনা ঐখোয়গী ইরক্তা ফমদুনা নুমিদাংবাইরম অমা লেনমীন্নবা পামগদ্রা!

দিল্লিদা আস্ত্রিয়াগী এম্বেসিদা ফম্না ফম্না তেবলদা লৈরম্বা চেসিংদু অসুম য়েংবদা অপিকপা মেগাজিন অমদা ৱাফম অনিখক থেংনখি। ৱাফম অমনা জর্মনিদা হৌজিক অমুক নাজিজম হায়গৎলক্লে। অতোপ্পা অমনা আস্ত্রিয়াদা জিয়ু অমা ইকায়খুম্নবা উৎতুনা মনা পীবগী পাওনি। নুপা অদুনা চহি কয়া চংনা কোর্ততা সোক্লরগা অনিসুবা লাঞ্জাওগী মতমদা জিয়ুসিংবু তমথিনা হাৎখিবা মীওইবু দণ্ডি পীহনখি। মহাক্কী মোৎ মতুংইন্না জর্মনিদা অমুক হন্না নাজিজম চাউখৎলকপগী মরমদি মখোযগী সরকারনা অরানবা তৌখিবসিংবু থিদোক্তুনা দণ্ডি পীদবগীনি। জর্মনিদা অমুক নাজিজম চাউখৎলক্লে হায়বা ৱাফম অদু করিনো হায়দুনা ঐনা গুনতরদা হংলুবদা মাগী মমায় লাংসিনখ্রে। অদুগা হায়খি—

‘ফাইর্বাগতা করিসু কিনিংঙাই লৈতে অদুবু হয়েং বর্লিন য়ৌরগদি নথন্তা খক কোযগন্‌’।

অদুবু ফাইর্বাগ। ফাইর্বাগতা ঐনা জর্মন জাতিগী অথোৎপা মীওইববু নুংসিবা মতৌ উখি। মহৌসা অমদি মালেম লৈমগী অসং-অমানবু ঙাক্তুনা থমনিংবগী। ঐনা নুংদাংগী রিদিংদা হায়খি—

‘জর্মনি হায়বসি মীওইববু নুংসিবগীসু হৌফমনি’।

মখোয় ঙকখি, হরাওখিদে। মদো মখোয় য়াবা ঙমখিদে। মখোয়গী থম্মোয়দা নিংঙমদবা, জর্মনি ওইরম্বগী হক্লা মরাল অমা পুদুনা হিংলম্মী। মদুবু ঐনা চপ চানা থেংনবকপদি মুনিকতা কনসেন্ট্রেসন কেম্প, দকাওদনি।

রিদিং অদুদা নহাদগীনা মীয়াই ফাওবগী মীওইনা নম্না লাকখি। অয়াম্বনা নহানি। অপিকপা হোল অদু পিক থন্না লাকখি। ঐদি মচি অমদা তুমীন্না ফমদুনা করিনো অমা ইনিংলক্তুনা ইদুনা লৈরুই। অপিরানাগী এক্তিং মনসিলক্লে, লাঙ্গকী ময়াই মাং সিলক্লে, ইথন্তগী ইখোঞ্জেল য়াক্লকলে। নুমিৎ খুদিংগী য়ুম য়ৌগদবা নুমিৎ অসুম তেঙ্গিলকপদু উরগা পোথারবা মতমনি। মখোয় অনিদা করি হায়না ফাওরিদগে হায়বদুদি ঐ খংদে। অদুবু মথং নোংঙানবদা সিতি অসিগী লাইরিক ইবা কাংবু অমনা হয়েংগী নুমিদাংবাইদা ঐখোয়বু বার্ত্তন তৌরি। অয়ুক্তনা দার্ক ফোবেস্ট য়েংলুগনি। অদু মঙায়রে, অতৈদি করিসু হৈনিংদ্রে।

অয়ুক অদু মোনিকানা ঐঙোন্দা ঙাংলৈনবা তগৎ তগৎ তেকপা গুলাব চবুন অমা পীররে। নিংথমথা অসিদা। মানা হায়রম্মী- ‘গুনতবনা পীরকপনি’। ঐ লৈ

যান্না পাম্মী। য়ুমদা লৈ য়ান্না থারকই। অরাম্বমদসু য়ান্না থাজরম্মী, মী য়ান্না চঙবনা কোম্থোং সেন্নবা ঙমদে, সাওদুনা তোকখি। অয়ুক্তা তগৎ তগৎ তেক্লা সাৎলম্বা লৈ, লিক্লা খরা খরা পকপদু ঐনা য়ান্না পাম্মী। অয়ুক লৈ চিনবা ঐগী হৈনবীনি। মীনা উরগা ফজনবা নত্তে, ফজবদুদা ইথস্তা ভাওজদুনা চিনবনি। খা-ম্বাংগী ইনম্মা ইপীসিংনা লক্লখি—

‘অয়ুক্তা লৈ চিনবদিনে হনুবদা’।

গুনতরগী গুলাপতু ঐ চিনখিদরে। মনম অমুক্তং নমলগা গ্লাস অমদা ঈসিং খরা হাপলগা থোঙনাউ মথক্তা থনমলে। ঙরাং য়ুমদা চিথি ইনিংই হায়রুই। অয়ুক্কী চরা ম্বানবদা মহাক্লা চেখাও অমদি ইন্দিয়া য়ৌগদবা তিকেত পুরক্তুনা পীররে। মমল হঞ্জীনজগে হায়বসু য়াবীদ্রে। মোনিকাগী নাতোন অদু পুরা গ্রীক্কী নাতোননি। মহাক্সু খুন্নকই, হোয়নে মীনসু অদুম্না হেক্তা হায়রকই। গুনতরনা হংই- ‘ঐদি কনা মানবগে’। ঐগী ম্বাখলদা, খুদক অদুদা মীৎনা কুপ্পদা ফোং লাউনা ফাওরক্লে—

‘নহাকপো, ও খংলে খংলে সান্তা ক্লাউস!’

খৃষ্টমাস্ট মতম ওইবনা কৈথেল খুদিং সান্তা ক্লাউস অসাবা ওম্থোক্লা য়ান্না য়োল্লি। য়ুবোপকী সহব খুদিংদা হৌজিক সান্তা ক্লাউসকী পোস্টব চাউনা চাউনা থেৎপা মতমনি। মহাক্কী নোইরপ তৌবা সবান, পোংলপ তৌবা খজায়, থৌজাল হৈবা ফাগী পুবা মমিৎ, ওম্থোক্লা হেক্তা মানখ্রজাৎনি। মহাকসু ইসি সিনা নোকলে, অদুগা হায়বকই—

‘ঐগী ইমিং অনি সুই। অমদু ক্লাউস কৌই’।

লিজানা লাম্বতা তেলিফোন তৌরকপদা ঐবুসু হংলকই—

‘কমদৌরিবগে’?

ঐনা পোংনা খুমখি— ‘লিজা, জর্মনি হেক চঙবগা সান্তা ক্লাউসকা উন্নরে। মহাক্লা গুলাপ, অদুদগী অতৈ দরকার লৈবা পোৎ মচা মচা ম্বাৎতবা পুবিরকই। মহাক ওম্থোক্লা ফখরে’।

‘ও! অওইবগীরো!’

খুমনিংখি— মাওবো, আওরো অমদি এদি স্বাইদা ঐগী ইনাক্তা লৈতে অদুবু গুনতর লৈরম্মী।

চারা বানবা লোয়রগা অপিরানা ইবানি গুনতরগী কারদা অন্দ্রেয়াগী ময়ুমদা মাবু হৌবা থোক্লকলে। ঙসি ঐখোয় দার্ক ফোরেস্ট য়েংবা চৎকদৌবী। মাসু য়াওগনি

হায়বগী মাবু হৌবা চৎলিবনি। লাল্পকা য়োর্গকদি লৈহৌরে। গুনতরগী কারদা দানিয়েলসু য়াওরকই। দানিয়েলবু ঐনা অহানবা উনবদি বের্নদনি। ঐনা লাইহৌ হৌবা নুমিৎ হুমনি সুবা নুমিৎতা মহাক হোস্তেল অদুদা থুংলখি। সোলোথ্রুমগী রিদিংদসু মহাক লাকখি। মহাক্কী সৈরেংসু পাখি। মাগীদু সৈরেংলা করিনো খংদে, একতিংসু হায়ফেৎ য়াওনা খোঞ্জেল ৱাংলপ ৱাংলপ মমৈ চিংখৎতুনা পাখি—

We are the people of wind

We are the people of fire

. . .

মাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মহাও অমা পীবসু ঙমখিদে। মহাক এপাচি কাংবুগী লুচিংবা ওইনা জেনেভাদা মিতিং য়াওবা লাকপনি হায। মিতিং লোয়রগা ঐখোয়গী ইনাক্তা হেক্তা হায়জিলকপনি। বের্নদা মাগী করি থোয়দোকপা, থবক লৈবনো হায়বদুদি ঐ খংদে। লেপ তোপ অমগা থবক চিনবদি উই। মথংগী অয়ুক্তা চারা ৱানবদা মহাক্না লাম্পকা লিজাগদা ৱারী সারম্মী—

‘ঐসু কবিতাগী মীনি। ঐ হৌজিক করিসু থোয়দোকপা অচিনবা লৈত্রে। নখোয়গী নরক্তা য়াওববসু য়াগনি’।

পোইত্রি তুর অসিগী কবিসিং অসি লাম্পনা য়াম্না কুইনা চঙনা ৱানা খোমখিবনি। পুক্নীংদা খনখি— ওহোক্না লায়না হায়রেদা!

লাম্পনা নোকফেৎ নোকফেৎ পাউখুম পীদে। ঐ থুনা যাংনা চাগদবা খরদু চাথোকলগা ঐগী কাদা হল্লকখি। ঐখোয়না বের্নগী কৈথেন্দা চৎপা ফাওবা মহাক যাওরম্মী। জগা অমা য়ৌরগা মহাক অন্দরগ্রাওন্দ সব-ৱে অমদা ঐখোয়দা বিদায় পীরল্লগা, মসম অমুবা বেনি লোনবা অদুগা, মুরপ তৌবা কুচু, অমুবা মমিৎ, অপিকপা সবান, উতিনগুম তপ্না তপ্না কুমথখি। অদুদগী ঙরাং নুংদাং খংহৌদনা য়াম্না চোকথনা ঐখোয়গী রিদিং চৎথরিঙৈদা চংলকখি। কনাগসু ৱারী সান্নরমদনা পোখাবা চৎখ্রবনি। মহাক ঙরাং গুনতরগীদা লৈরম্বা য়াই। গুনতর সোসিয়েল ৱাকর ইনভাইরোমেন্টেলিস্ট ওইনা চহি ২০ হেন্না থবক তৌরক্লবা, মীশক্নী। চহিদি য়াংখৈ সুফাৎত্রি।

অন্দ্রেয়াগী য়ুম য়ৌবদা মহাক লোয়রমদ্রি। ঙহাক ঙায়নবা তাখি। মহাক্কী কাফে কাফে চৎপা হৌরক্লবা মচানুপী ফাইবোক্তুগী চানবা, থক্লবা, মফি চোৎলগা হোংদোক্লবা য়োম্বা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী। মহাক্কী য়ুম য়াম্না পীকই মী ফমফম কা লৈজদে। চাক চাফম কাদু তেবল মচা অমগা চৌক্রি খরগা ওহোক্না চিল্লি। ফক্লাংদা

অমনবা ফিনা পিক থল্লা য়াম্দুনা লৈ। অদুদা ঙহাক্তং ফমলম্লগা ঐখোয় মপান্দা অমুক ঙায়রুরে। মোনিকাদি হান্না অল্ড্রেয়াগী য়ুমদা পোৎ লোয়সিনবা য়াওবীদুনা লৈরম্মী। মোনিকা ওহ্লোক্লা চম্বা অমদি মবুক মপাউ ফবী নুপীনি। নহানি, চহি কুম্থা সুরমখিরোই। মহাক মতোমতা কা মচা অমদা লৈ, হায়দুনা তম্মী। অল্ড্রেয়ানা লোয়রে, চৎপা হৌরমলো হায়বদগী ঐখোয়গী কার অদু থৌগৎলক্লে।

লম্বীদা গুনতরনা হৌজিক জর্মনিদা মায়য়োক্লরিবা থবক ফংদবগী ৱাফম থোরকলিবা অসিগী ৱারী লিরকই। হৌজিক থবক ফংদবগী থাক অসুম ৱাংখৎলক্লে। থবক ফংদবা মীওইসিংনা ইনসুরেন্স অমা য়াওরগা হিংববুদি হিংই হায়ববু য়াম্না ৱাই। ঐনা হংই, 'করিগী থবক ফংদ্রিবনো'

'মেছিনসিং অসিনা মীওইবগী মহুৎ সিনখ্রে'।

ফম্না সাংনা থৌরবা ফাওবা মখোয় লাকপা উদ্রে। ঙহাক ঙায়সি হায়দুনা লম্বীগী চিদায়দা গারী খামলে। ঐনা হংলুই—

'অল্ড্রেয়াগী মপুরোইবা থবক চৎখিবরা, উদেনা'।

'মহাক্কী মপুরোইবা লৈতেদা। মহাক অমুক্তবু লুহোংদ্রি'।

'লুহোংদবীগী মচা অসিবু হন্থনা য়েংনদ্রনে?'

'হোয় অথাপ্পা খুঙ্গংদা হন্থনা য়েংই। সিতিদদি করিসু খল্লদ্রেদা'।

ঙহাক লৈরগা মখা তারকই—

'অল্ড্রেয়াগী কাদু সোয়দনা অহুম সুরমগনি। থা অমদা মাগী খরচ য়ামদবা নত্তে'।

মখোয় লাকমল্ড্রবদুদা ঐখোয় চৎপা হৌরে। থেক খোয়রবা পীকতক তৌবা চীংয়াংগী লম্বীদু থৌগৎলকপদা গুনতবনা হায়বকই—

'লম্বীসিদা মোতোর সাইকল থৌবসিংনা হেক হেক থৌরৈ। ইনভাইরো-মেন্টেলীস্টসিংনা থিংলবনি। অদুবু য়াদে হেক্তা থৌরৈ'।

'করিগী থিংলিবা'?

'গাবী থেংজিন্দুনা মীসি-মীনা য়াম্না থোকই, অদুগীনি'।

পুং অনিরোম চীং লম্বী অদুদা থৌরগা খ্বায়গী মথক য়ৌরদুনা খামলে। চীংদোন অদুদি পার্ক অমনি। মফমদু য়েনিংথাদা ময়াম কোয়ফমনি। হৌজিক ইংথমথা

ওইববনিনা ইতাক তাক্লবনি হায। যেংখি যেংখিবদা ফাইবগী উমং মক্তনি। লাপ্না আলস উবি। উমংসিংদু লাপ্না যেংবদা মুসুক মুনা উই, অদুনা দার্ক ফোবেস কৌবনি।

গুনতবনা নাক য়েৎতা লৈবিবা উমং অদুদা খুদোম্বী থিন্দুনা ৱাবী লি—

'ন্যুক্লিযাব খুৎলায চাং যেংবগী ফলনা নোং তাবকপদা এসিদ ওইনা চুথবকপদগী উমং ৱামংসিং অসি নোংম নোংমগী মাংসিলক্লে। অহানবদা উসিং অসি তপ্না তপ্না কংথবককই, অনৌবা মযোল অমুক চোংবা ঙমদনা সিখি। অদুগা অনৌবা হৌবকপা পাম্বীনা মহৌসা ওইবা মওং অদু কাযদুনা হৌবকই'।

ৱাবীসিং অসি তাবদা ওহ্বোক্লা কিখি, চাওখৎপা হাযবদু অসি ওইবেকো। ঙহাক লৈবগা অন্দ্রেযাগী চহি নিপানমুক চাউববা মচানুপা অহলগা ফাইবোক অনিদু প্রাম অনিদা মোনিকানা অমা মমানা অমা ইল্লদুনা ঐখোযনা লেপলিবা অদোমদা কাখৎলক্লে। অন্দ্রেযাদু ৱাই সংনা নুংঙাযনা উই। মথন্ত সোনজে— 'ও চহি মবিগী মমাংদা ঐ মফমসিদা লাকখ্রবনিনে'।

কনানা খঙবা যেনিংথা অমদা অসিদা মাগী ফাইবোক অসিগী মপাগা অহানবা ওইনা উন্নবম্বসু'

বাখল অমদা ইওাও তাউবগুম উই। মহাক্লা হৌদোবকপগী মতুংইন্না অসোম নাকনগী চীংখাদা থৌথবগা লৈবা বেস্টুবেন্ট অদুদা চংলে। ঐখোয লোযনমক কোফিগা কেক অমগা ওদব তৌনবে। কেকতি মখল মখলনি। হাওবদি যান্না হাউই হাযববু তাংবদি যান্না তাংই। ঐখোয লোযনমক কেক অমমম ওদব তৌনবা মতমদা দানিযেলনা অনি তৌখ্রে। অদুগা তাংখ্রবা কেক অনি অদু পবপ পবপ চাথোক্লগা বিল পীবমদাইগী মতমদা ফুগ হৌগৎলুনা চৎখ্রে। অপিবানানা হাযবকই- 'ঙসিগী বিলদি ঐ পীবগে'।

বেস্টুবেন্ট চংবা তাবদি পৈসাগী দবকাবনি। অন্দ্রেযানা মদুগী প্রশ্ন হোৎহৌদে। মফম অসিদা মাগী বোই ফ্রেন্দ অদুগা অসুন্না কোফি অমগা কেক অমগা চামীন্নবম্বসু কনানা খঙবা। ঐনা মঙোন্দা তপ্না তপ্না বাব। সাবা হৌই। মদু ধুবোপিযান অমদা যান্না লন্নাই ওইমনবা অদুগা ঐখোযগীদনা অদুম ংংনবা বাহং ঙাক্তনি। মহাক্লা সুকনোক নোক্তনা সাওনিংগুম ঐঙোন্দা মুনা মুনা যেংদুনা মথং মথং খুমলকই

'অঙাং অহুম অসিগী মপা অনিনি। ফাইবোকসিগী মপাদো দ্রক এদিক ওইবম্বদগী ঐনা খাযনথোকখিবনি। মদু ঐ অহানবদা খঙহৌদে। মখোয অনি অসি নাববদি ঐ তেলিফোন্দা দাক্তব কৌগনি। মদুনসু ওইবা যাদ্রবদি ঐনা অনিমক অসি যোমসিন্দুনা হোসপিতালদা পুগনি। ঐগী ইন্দোমচানা চহি ৭০ সুবে, ঐগী

ইমানা চহি ৭৫ সুরে।...ঐ হৌজিক অঙাং পিকপনিনা থবক তৌবা য়াদ্রি।ঐ থবক ফংদবগী ইনসুরেন্স য়াওরি অদুনা অদুম হিংলি।(নোক্লগা)... ও মহাক দ্রক এদিক্টী হায়বসে হান্না খংহৌদবনিনে'।

অনৌবা মতমগী য়ুরোপকী নুপীগী মসক অহানবা ওইনা ঐ অন্দ্রেয়াদগী উবা ফংখি।নুপীনা অসোনবা ওইরগা ফজরিবা কলচরদগী লাকপা ঐদি মাগীদমক ৱাদবা ঙমখিদে।মপান্দা থোরক্লগা ঐনা গুনতরদা হংলুয়—

'গুনতর নহাক্কী অঙাং লৈত্রা'?

ঐনা হংলিবা ৱাহংদু মা খঙই—

'মেমচৌবী ঐবু থাজৌ, অঙাং পাম্বা নুপী অমতগা ঐ মরুপ ওইরক্তে।ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী ইমাগা ইপাগা তৎতনা ফুনবা, মখোয়গী মরক অদুদা লেপ্লগা ঐনা খামদোক্লবা হোৎনবা, মসিদগী ঐ লুহোংদে।ঐ ইথন্তা ইংনা লৈজরিবসিনি'।

অপিরানানা ইংনা ভাপ তানা খুমলকই—

'ঐগী অহানবা নুপীদু মসক য়াম্না ফজৈ অদুবু য়াম্না সাথিনা সাউগনবা মচিং ফত্তবা নুপীনি।ঐগী ইচানুপা অহলদু মদুগী ফিভম অদুদা য়োকনিংদবদগী ঐ মাবু খায়নরগা অকোনবগী নুপী অসি লৌবনি'।

ঐখোয়না হলকপদু মমলে।হৌজিক কনানো অমনা ঐখোয়বু চাককৌরি।চাক চাবা লোয়রগা অইবগী ক্লব অদুদা চৎকদবনি।গুনতরনা থুনা লোয়সিল্লমলো ঐবু লৌবা লাক্কে হায়রগা চৎখ্রে।ঐখোয়না য়ুমদু য়ৌবা মতমদা চাককৌরিবা নুপীদু ইনকোমিদোসনা চাক কৌবদা চামীন্নখিবী ঐগা হান্না খঙনখ্রবী মখোয়গী মেম্বর অমা ওইদুনা লৈরমলে।মমিংদি কাওখ্রে।লাক্সকা দানিয়েলগদি হান্না চাবা লোয়রগা তুমীন তুমীন পোখাদুনা লৈরম্মী।মোনিকা, গুনতর অমদি ঐগা ঐখোয় অহুম অমা চামীন্নরে।বতরদা মরেপ থুম্বমখৈ থাদরগা থোংবা কিহোমগী মথেন অমা য়াওরম্মী।গুনতরনা হাপ্পীরক্কে তৌবদা ঐনা— 'কিহোমবু বতরগা থোংলগা কনানা চাগদৌরিবা।চাবা ঙমজরোই'।

'এ, অদুদি নখোয়না করম হায়না চারিবা'।

'ঐখোয়দি থুম মোরোক্কা তোৎলগা চাই'।

'মেমচৌবী নঙ ভাওরে, কিহোমগা থুম মোরোক্কবু চারিবা লোয়রে লোয়রে'।

ঐখোয়গী মণিপুরী লিতরেরি সোসাইতিগী ওফিসকী কাদু অহুমমুক চাউগদবা কা অমদা অইবা ময়াম অমা ইকোয় কোয়না ফম্মীন্নদুনা উন্নরে। অহানবদা ইসক

তাক্লবগী প্রোগ্রামনি। নুপা ঙৌরোক ঙৌবা মমায় কোয়দানবা নোইরপ তৌবা অমনা হান্না হৌরকই—

ঐগী ইমিং . . .। ঐহাক নোভেল ই, থবক্তি দাক্তর ওই।

ঐনা খংহৌদনা হায়দোকলুই— 'এ, অদোমদি সার অথর কোনান দোয়েলবু মাল্লেনে'।

মহাক্না মমিং সং লংখৎলগা খুমলকই—

'করি হায়বা'।

অমনা হংলকই— 'মাগী মসক্তু উরব্রা'।

মাগী মসক্তুসু তসেংনা দাক্তর ওইরগা দিতেকতিপ নোভেলিস্ত ওইনা য়াম্না ফাওখিবা অইবদুগা য়াম্না মাল্লে। মখোয় ময়ামদু মঙোন্দা য়েং য়েংদুনা ঙহাক নোক্কুনা লৈরে। মহাকসু নোকলে। মখোয়সিংদু অয়াম্বনা নোভেলিস্ত অমদি ত্রান্সলেতরনি। কবিদি নুপী অনিদনি। মখোয় লোয়নমক ইনা ইনা হিংনবা থবক অমমম লোয়না তৌনরম্মী। কবি ইভ মরিয়ানা হায়খি— 'ঐখোয়গী জর্মনি সরকারদি অইববু লুনা তৌবা ৱাৎলি। ইতালি, ফ্রান্স অমদি স্পেননা হেল্লি'।

কোয়না য়েংখিবদা ফক্লাংদা ইতালিয়ান রাইতর মোরাভিয়াগী পোষ্টর অমা থেৎলম্মী। মখোয়গী সৈরেং তাদুনা মখোয়গা চোয়ঙাং ঙাংনদুনা ঙহাক লেনবদু ঐগী ইম্ফালদা সাহিত্যগী তামহৌরবা মরুপসিংদুগী মরক্তা অমুক হন্না লৈজবগুম ওম্বোক্না নুংঙাইরুই।

ঙহাক্কী তুংদা নুপা অমা চংসিলক্কুনা ঐগী মাংদা ফমলৈ। মতমদু গুনতর ঐগী ইনাক্তা ফমলি। মহাক্না ইচম চম্না ৱারী সাবগী মহৎতা য়াম্না অখন্ননা মিং, লৈফম, থবক অসিনচিংবগী মরমদা হংবা হৌরক্লে। মখুৎতা তেপলা করিনো অমসু য়াওরিদু মৈ অঙাংবা মচা অমা থানবদু উরক্লে। ঐনা হংখি, 'অদোমবু কনানো, হান্না অমুক্তা তাকপিখো'। গুনতরগী অসংবা মমিং অনিদো ঐঙোন্দা নুংসা থিনা য়েংলকই। নুপা অদুনা ইরাই লায়না লৌরুবা জাৎনি। তপ্না খুমলকই—

'ঐ জর্নেলিস্তনি, নহাক্না ৱারী সান্ননিংই'।

'ঐদি অদোমগা ৱারী সাবা পামজদে। সোমগী খুৎতা পায়রিবদুবু করিনো। মদু হান্না অমুক্তা মুথৎপিখো'।

'ও সোরী'।

মদু মুৎথৎব্রে। মহাক্লা ৱারী মখা চৎথবা পাল্লবসু ঐনা য়ানিংদবনা চৎথবা য়াখিদরে। নুমিদাং অদুসু গুনতরনা ঐবু মাগী কারদা থিনবীরম্মী। নিনিতগী মরুপনি খংনা খংনা থম্মোয় অসে লুমথরকনু য়াদে। ঙসিনা অরোইবনি। হয়েংদি ঐখোয় অমুক কায়নরগনি। লৈহৌরোকো!

অয়ুক্তা অরোইবা ওইনা গুনতরনা থৱায় য়াওনা ঙৌবা অলু অমদি য়েরুম, মোনিকানা থৌরাং তৌবা অতে চরা ৱানবগী মথেলসিং চামীন্নরে। চৎলমদাইগী মতমদা মোনিকাগী মমায় ঙাংসিলক্লে। মসাগী অৱা নুংঙায় থিদনা অতোপ্পগী নুংঙায়নবা নোমখিবী মোনিকানা ঐখোয়গী থম্মোয় হুখি। ঐখোয়সু য়াম্না কপনিংখি। গুনতরগী কার অদুনা মাং থারগা সিতিগী লম্বী মচা মচাসিং লাম্থোকলগা হায়ৱে ফাওবা থিনবীরে। হায়ৱে তারবদা গুনতরগী ঙৌরোক ঙৌবা খুৎ নাম ৱাংনা থাঙ্গৎলগা লম্বী অমদা অসুম থাপতোকখিবদু উরিবফাওবা য়েংহৌই। উবা ফংলক্রবদা লাঙ্গনা নুংঙায়তনা হায়বকই—

'নুপীমচাসে ফখ্রেদা!'

অপিরানানা মখা তারকই— 'গুনতরসু ওম্থোক্লা ফখ্রে'।

মখোযদি অহিং খুদিংগী য়ু থকমীন্নবগী ফখ্রবা লম্বানি। অসুম্না ঐখোয় দিসেম্বর ৬ তা ফাইবার্গ সিতি হুন্দোকলম্লগা ফ্রাঙ্কফুত তমলকখি।

লম্বীদা অচম্বা খবা চারগা লেপতনা পুং ৬ মুক থৌরকপনা নুমিদাংৱাই য়ৌসিল্লকপদা ঐখোয় সিতি মনুংদা চঙবা হৌরক্লে। ফ্রাঙ্কফুতনা অহানবা অচৌবা সিতিনি ঐখোযনা জর্মনিদা থেংনবকপদা। অচৌবা সার্ক অমগী ময়া মনুংদা তপ্না তপ্না য়োৎসিলকপগুম তপ্না তপ্না মায়কৈ কয়া লোংলবা লমলোং কয়া ফাওদুনা ৱাংলবা কুংলবা সহরগী দলানসিংগী মখাদা ঐখোয়গী ভান মচা অঙৌবদু অসুম থৌজিলক্লে। যোর্গনা হায়রকই, সিতি অসিগী দলানসিং অসি অনৌবা ঙাক্তনি। অনিসুবা লাঞ্চাওদা সিতি অসি পুমতুম তুমখি। সিতি অসিদা নুংথিলগী মতমদা মী মিলিয়ন তবেৎ লৈ অদুগা নুংদাংগী মতমদনা মিলিয়ন অঙ্কমদমক লৈহৌই। মবক মবক্তা যোর্গনা মঙক থিন্দোক থিন্দোক্নুনা কোযহং হংলবা মতুংদা ঐখোয়গী লৈফম যৌরদুনা গাবী খামলে। মদুসু য়ুথ হোস্তেল মচা অমনি। য়ুমসাসু পুমনৌ নৌবনি। থৌওইনা উপাক্লা উকক ৱাকক না কোক কাক পংসাদা সাবা মালহল্লি। কা অচৌবা অমগী মনুংদা অমুক কা মচা মচা তোঙানহন্দুনা ইচিন চিনবা ইফুন ফুনবগী মওংদি ওইহন্দনা ইচম চম্না লৈবদা চৎথোক-চৎসিন্দা ওম্থোক্লা নুংঙাই। কা অচৌবা অদুদগী সিবি মচা মচা মথং মথং মথং কাথোক-কাসিন তৌরগা খ্বাইগী মথক্তা লৈবা কা মচা অমদা থোঙনাউ অচৌবা অমগী মনাক্তা থাবা ফমুং অমদা ঐগী ওইবে।

য়ুম্বু ওইদুনা ঐখোয়বু জর্মনিদা বার্ত্তন তৌরিবা অসি Action for Indian and Human Rights নি। ঐখোয়না থুংলুবা ইকান কান্নদনা মখোয়গী মীওই জেওর্গ সকনৈদর লাক্কুনা ঐখোয়বু ওক্লুরে। মহাক চহি ৫০ মুক সুরবা য়াম্না চিংলেম্বা মীওইনি। সকখঙ মায়খঙনদুনা পোত্থারগা মহাক্না লোয়ননা অনকপা রেস্টুরেন্ট অমদা চৎলগা নুংদাংগী চরা চাথোকমীন্নরুরে। মথংগী অয়ুক্তি ঐ চৎথোক্রে।

খনবদা ঙকই, নাজিজম! কুচু মান্নদবা অমবু লম্বীদা থেংনবদা ফুদৎলগা থনম্বা। ঐ ইতোমতা মোল্দ্রং অমদা তাউদুনা অসুম চৎলিঙৈদা কনানো লম্বীদা চৎলম্বা অমনা ইমায় অসিদা সেৎ থাজিলমগদৌরিবা! কবম্বা মফমনোনে অসিবো! জর্মনি অসি জর্মন জাতীগীদমক্কি অতৈ লৈবা য়ারোই হায়বনি। অদুবু মসিবু নিন্দা তৌবা, য়ানিংদবা, ইকায়বা পোকচবা জর্মন কয়া থেংনরকই। মখোয় অদুনি ঐখোযবু বার্ত্তন তৌবিবা। জর্নৈলিস্ত নীনানা হায়খি—

'My Germany is ugly!'

মহাক্না মখা তানা হাযখি, 'ঐদি হযেং সিবমদাইদা ইন্দিয়াদা লাক্লগা সিগনি। খা ভারত্তা লৈগনি'।

ঐনা ফাগী তৌই— 'খা ভাবততি যাম্না সাবনি'।

'ঐদি সিগদৌরবনিনা সাগেবা সাও ইংগেবা ইংঙো'।

অদুবু মসি অঙৌবা জাতি পুন্নমক্কীনি। যাম্না ফাওরিবা অসি বৃতিসসু অমনি। মখোয়না ভাবত্তা অমদি অফ্রিকাদা করি তৌবগে হায়বা পুন্নমক্না খংলবনি। আমেবিকাদসু অদুমঙাই। অদুবু অঙৌবা জাতি মনুংদগী থোবকপা অচৌবা মীওইববু নুংসি হৈবা থম্মোয় ৱাংবা কযানা খুদোংথিবা কযা মাযোক্লদুনা মখোয়গী মমিৎ তাংলবা জ্ঞ্যানগী মমিৎপু অমুক পাংথোকহনখিবা ঙাক্তনি। হৌজিক্ত ইনৌ নৌনা মোংফম অসিদা লেপ্তুনা ইপাম লমদমবু হন্না যেংজবকপদা উবকই- মঙক বাংলবা বৃতিস ওফিসাবসিং ঐখোযগী অঙম-অর্থৌসিংগা সগোল কাংজৈ সান্নমীন্নবি। মখোযনা অপিকপা ঐখোযবু লান্দা নমদুনা মাযথিবা পীজখ্রবসু ঐখোযনা মখোয়বু মাংই হাযদুনা ইনথোকখি। মখোযবু ইমুংদা চংহনখিদে। মণিপুবদা বৃতিসকী অহানবা নিংথৌ অদুনা ঐখোযগী নিংথৌ মচানুপী লৌদুনা নীঙোল মবা ওইরদুনা নুংসিবা মবি থম্নবা হোৎনবা, মৱা লৌখিদে। মচা নিঙোল লমহৈনবী অদুবু মাংই হায়দুনা ইনথোকখি, সিবফাও কনাসু মংগুম্বীখিদে। অদুক ৱাংলম্মী নঙগী নাপল।

ইন্দিজিনস পীপলসগী পোলিতিক্সতি যুরোপতা য়াম্না কল্লি। মখোয়গী হক্কীদমক সোরুবদসু অঙৌবা জাতিগী মীওইসিং অসিনা মাংজিন থাবি। সুইজলেন্দা হেলেনানা

হায়খি, কনানো আমেরিকাদা মসাগী অপিকপা মজাতিগীদমক সোক্করিবা লুচিংবা অমা জেলদা চহি ২৫ লৈরি। মঙোন্দগী হেন্না সাংনা জেলদা থম্বা পোলিতিকেল প্রিজন্নর লৈতে। মহাক হৌজিক য়াম্না কন্না নারে। অদুনা য়ুরোপ্তা ইন্দিজিনস পীপলগীদমক নোমলিবা হেলেনাখোয়না মাবু থাদোক্নবা য়াম্না কন্না হোৎনরি। মহাক্কী ওইরমাল্লে, দিসেম্বর ৭ কী সন্ধ্যাদা আমেরিকান এম্বেসি মমাংদা প্রোতেস্ট মিতিং অমা তৌগদৌরি। মদুদা লাল্লপু বার্ত্তন তৌরি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুং সন্ধ্যা ওইরক্কদৌরে। মখোয় ময়াম চৎকদৌবগী লাংনরকপদা ঐসু য়াওগে হায়দুনা পুন্না থোকমীন্নরক্লে। ত্রেন্দা চৎপনা হেন্না থুনা য়ৌগনি হায়দুনা সব বে অমদা কুমথদুনা লৈখাদা লৈবা ত্রেন স্তেসন অমদা ত্রেন ঙায়রুরে। চাউখৎপা হায়বদু ওইরমাল্লে, মখোয়গী ত্রেনদি লৈনুংদা চেল্লি। ত্রেন স্তেসনদা দুকান কয়া রেস্টুরেন্ট কয়ানি। লৈনুংদগী অমুক ফাওগৎলগা আমেরিকান এম্বেসি য়ৌরে। মী খরা খরা তিনবা হৌরমলে। সাইকল অমগী কেরিয়ারদা মাইক্রোফোন অমা পানসিন্দুনা ইষ্টোক-ইনসিন ইরাই লায়না য়াবা অমা ফুতপাত্তা থমলগা ইরাই লায়না ৱা ঙাংফম সেমলে। ঙহাক্কী মনুংদা পুলিসকী গারী ময়াম লাক্লে। নোংসু মকুপ মকুপ চুথরক্লে। মখোয়গীদি হৈনিংবা, য়াওনিংবা, থৱায় য়াওবা মী ঙাক্তনি খোমলুবা হৌরুবা নত্তে। ৱা ঙাংদনা তুম্মীন তুম্মীন লনতক লনতক এম্বেসি মমাংদা লেপলরে। মী পংয়াম য়ামদে, অদুবু মদুগীদমক কনাসু নুংনাংদে। ইংথমথানি, নোংসু চুথরক্লে। চেক মোক লাউনদে। পংকান কান্নদনা পুলিসসিং অদুনা মফমদু গাবী চৎখোক-চৎসিন থিংজিনখ্রে। পুলিসকী গারী মনুংদা কনানো ফি নান্না সেৎপা অমা ফোন্দা ফিভমদু য়েংলগা পাউ পীরি। করিনো ঐনা সিদা তৌরিবা অসিবু! য়ুরোপতা তৌবা প্রোতেস্ট অমদি স্ত্রাইক্কী অমুক্তসু উজদ্রি। মিৎনা কুপ্পদা করি থোক্লগদৌরিবা! মীরক অদুদা মী ৱাং-চাউবা চহি ৫০ দগী তারোইদবা, কোই অমদি সম খাকপা * ইমলি জোলা মানবা ফি চন্না সেৎপা অমা উরক্লে। মানা হনগৎ-হন্দা অমগা অমগা অসিন-অরাং ওইনা তৌরিবদু মশক থোরক্লে। মী কুয়না ঙায়নদে। খুদাং ঘবি য়েংনরগা মহাক্না মাইক্রোফোন অদুদা লাল্লপু কৌসিল্লক্লে। লাল্ল চংদুনা মিনিত মঙাগুম্বা ৱা ঙাংলে। অদুদগী পরপ পরপ ঐখোয়গী ইনাক্তা চংসিলক্লগা—

'ঐ চৎলে' হায়রগা থুনা য়াংনা থোকখ্রে। ঐনা হংই 'কদায়দনো'। য়োর্গনা হায়রকই, 'সিনেমা য়েংবা'। মানা ঙসায় নোংঙানবদগী সেনেমা য়েংলুগনি হায়বদুদি সি ওইরে। কদোমদগীনো ঙসি লাল্লনা সিনেমা কন্না য়েংনিংলকলিবা অসিনা! ঐ খঙই মা সিনেমা য়েংবা চৎপা নত্তে, মতোমতা কদায়দনো অমা মাঙবা চৎলিবনি।

---

* ফ্রান্সকী অফাওবা নোভেলিস্ত অমা

মাগী তুংইন্দুনা চৎপা ঐখোয়না পুলিস মরক অসিদা লেপতুনা লৈহৌরে। ঙসাইগী নুপা অদু লাক্লকী মতুংদা ৱা ঙাংবা হৌখ্রে। মিনিত ২০ মুক্তনি সাংনা ঙাংনদে। মাগী অরোইবা ৱাহৈদি (মাগীদু জর্মন লোননি, অদুবু ঐ খংই)—

'. . . হৌজিকমক থাদোক্কদবনি'

মাগী ৱা ঙাংবা হেক লোয়বগা ঐখোয় থোরক্তুনা চৎপা হৌরে। অতৈদি লৈহৌরি। ঐহাকপু তবামনা কৌখিবী নুপীদুসু ঐখোয়গা লোয়ননা চৎমীন্নবে। ঙসাইদগী মানা লীদগী বাসকেত অমা ইথা থাদোক্তনা পায়রিবা অদু ঐখোয়গী চান্নবা পোৎসিং ওইরম্মী। মহাক লাক্লগা চাক ঈসিং পাংবীরবে।

ঐনা পোখারগে হায়দুনা চঙলকপদা — থোঙনাউদা সহরগী কুংলবা দলানগী উমংদগী পোইনুগী থানিল থাজনা নাইতোম মুনা মুনা য়েংদুনা ঐবু ঙায়রমলি। ঐনা মাগা উনজনিংদুনা সি তান্না চেল্লকলবনি। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ ইপা পোকপা ইবেন্না লুনা চান্না য়োকপিরকই। ঐগী ইবেন্দু হে লৈ থাবা য়াম্না পাম্বা নুপীনি। চীংখৈদা লৈবা পুখ্রি মপান্দা অগ্নী লৈহাও অমা সারেপ ফাদ্রি। ঐসু অঙাং ওইরি। সন্ধ্যা অমা ইবোক্কী তুং ইন্নদুনা ' জয় রাধে' শকপা য়াওরগা বৃন্দা খুরুম্বা লোয়রগা সিৎ নান্না নুংতিগী ৱাই তৈবিবা বৃন্দা মখোং অদুদা ফক অমা থাদুনা থাবলদা ঐখোয় অনি ফম্মীন্নখি। য়ামথ্রবা ঐগী সমদা ইবোক্কী মখুৎনা নান নান্দুনা লৈহাউ পাম্বী মচা অদু য়েংদুনা ৱারী লিখি—

'লৈহাউ পাম্বী অসিদা হয়েং লৈহাউ ময়াম অমা সাৎলক্কনি। লৈহাউ হেক সাৎপগা লাংথ্রুবীসু পাইরক্কনি। লাংথ্রুবীনা লৈহাওতবু পামজৈ . . .'।

ঐনা ৱারী তানা তানা মঙ মংজখি-- লৈহাউ পাম্বী অদুদা লৈহাউ ময়াম অমা সাৎলক্রে। অসাৎপা লৈগাউ চবুন অমা ঐগী সমদা য়াম্থরি, লাংথ্রুবী অমসু ঐগী কোকথক্তা ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংলরে .    ।

লৈহাউ পাম্বী অদো সারেপ ফাবকখি, খুৎনাউবী মতোন মুক্তা চাউবা লৈহাউতনা থন্না সাৎখি, অশংবা মনা মবক্তো মসিং খংদনা পুমঙাং ঙাংবমখৈ। পোইনুগী থানিলগী সন্ধ্যা অমা, পুখ্রি মমাংগী বাতোন মরক্তগী থানা মুনা মুনা য়েংলখি— ঐগী লাংথ্রুবী পায়রকখি।

মথংগী অযুক অদুদি লাংতক্লবনা চিংদুনা অকিববু নমহৎতুনা ঐ তপ্না তপ্না লম্বীদা কুমথদুনা মীৎনা সিংনা চৎপা হৌবে। লম্বীগী হেক মচিন্দা কেরেলাগী খ্বাযদগী মমিং চৎপা চাক খুখোং বিরয়ানিগী মিংদা 'বিরয়ানি রেস্টুরেন্ট' হায়বা অমা থেংনৈ মদুনা ঐগী হলকফম ওইনা থমলগা ফম্না সাংনা থোরক্রে। লম্বীদা মচু সেংনা মুখ্রবা

ময়াং নুপী অনি অহুমগুম্বা থেংনৈ। হলকপদা নেগ্রো নুপা অমসু অমুক থেংনরে। হৌখিবা অয়ুক অদো অসুম্না নুংঙায়না কোয়জরমগদবনিকো খন্দুনা নিঙমদনা হল্লকখি।

অয়ুক্কী চরা ৱানবা মতমদা জেওর্গসু লাক্কুনা য়াওররে। চাবা লোয়রগা নুপাসিংদু ফুগ ফুগ হৌগৎতুনা মানা মানা থোকপা তৌনখ্রে। মা মথন্তা ফমহৌরে ঐদি নুংঙায়তদুনা ৱারী খরা সান্নবসু ফৈ খন্দুনা মাগী মনাক্তা ফমদুনা লৈহৌরে। ৱারী অসুম সান্নবদা মানা হায়রকই—

'য়ুরোপতা লৈবা মীসিংনা নুংঙায়না ৱাৎপা লৈতনা পানবা ওকলদুনা পুকচেল চাউবা উৎতুনা ইন্দিজিনস পীপলসগীদমক হোৎনবা হৌরকপনি'।

ঐখোয়গী হৈঙান যোনফমদা য়োল্লিবা চুহিগী চিনি অঙাংবা অসি মকুপ মকুপ ওইনা য়ুরোপতা য়াম্না পাম্না সিজিনবম্মী। চিনি অঙাংবা লিক্লি অমা চাবা ৱানখিবগী তেবলদা লৈরিবদু উৎতুনা মহাক্না মখা সমথরকই-

'অদু ওইরবসু মালেমগী অৱাংথংবদা লৈরিবা মীসিংনা খা থংবা সকক্তা লৈবা চাউখৎপা ৱাৎহৌরবা মীওইসিংবু নমহৎপদি লোযবা নত্রি। সিদগী চিনি অঙাংবা অসি মখোযনা এজিয়াদগী য়াম্না হোংনা লৈরকপনি অদুগা য়ুবোপতা অমুক তাংনা য়োল্লিবনি'।

ৱাবী অসুম সান্নবকপদা মাগী ফেমিলি লৈত্রা হায়না হংলুবদা মানা ইক আক তৌনা খুমলকই- 'লৈ,  লৈতে'।

ঐনা ঙকপদু উবদা মানা ৱারী মখা চৎথবকখি— 'ঐনা লুহোংলুবা নুপী অমা লৈ। মহাক ইবানদগীনি। মহাক মুসলিম নুপী ওইববসু নিংতম্না হিংবা যাম্না পামজবা নুপীনি। পোলিতিকেল প্রোব্লেমনা মরম ওইদুনা মহাক ইরান থাদোক্কুনা চেল্লকখি। আমেরিকাদসু মতম খরা লৈরুবে। য়ুবোপতা অমুক লৈবরে। মফম খুদিংদা মহাক পাসপোর্ত ফংদবনা কুইনা লৈবা য়াখিদে। মহাক লাই যেকপীনি। য়ুবোপ নৎত্রগা আমেরিকাদা লৈববসু মহাক্কী হৌবকফমদু থদৎপা ঙমদবনা ইরানগী অবিবা মতমগী ফেস্ক আর্ত ভাক্তা যেকপনা মবম ওইদুনা মাগী অয়েকপা লাই অদু বন্না অমতনা লৈবীদ্রে। মহাক যাম্নসু লাযববে। অদুগা মীগী মতেংসু পামদে। ঐখোযনা মাগী মতেং পাংনবা হোৎনবা, মাগী চান্ন থরুবা থিল্লুবা যাম্না সাওই, লৌদে। মাগী পাসপোর্ত অমতং ফংনবা হায়দুনা ঐনা মাবু লুহোংবনি। অদুবু ঐ মাগা লৈমীন্নদে। ঐ ইতোমতা লৈ'।

ঐগী কেমেবা মচাদু য়ারক্তদুনা অমা লৈরুসি হায়দুনা জেওর্গনা চিংদুনা লন্চসু চারকলসি হাযদুনা অন্দরগ্রাওন্দ ত্রেন তোংদুনা চৎলে। রেস্টুরেন্ট অদুগী নাকন্ন অমদা

লাইরিক য়েনফম অমা লৈ। জেওগতি য়ু থক্তে অদুবু মখোয়না থকপা অদুদা ফম্মীন্নদুনা লৈহৌরে। ঐগী চাবা থুনা লোয়সিল্লগা ঐদি লাইরিক য়েনফম অদুদা অদুম চংলে। অসুম য়েংবদা পিনোকিওগী জর্মন ত্রান্সলেসন থেংনৈ। মতমদু য়োর্গতু থোরক্কুনা লাইরিক য়েংবা য়াওররে। ঐনা হায়রুই—

'য়োর্গ নখোয়গী য়ুরোপতা পিনোকিও য়াম্না লৈ, নৎত্রা? অদুনবু অসিগুম্বা করেক্টর অসি সেমলমলিবনি'।

য়োর্গতু ঙহাক ইক-আক তৌরুরগা তপ্না খুমলকই—

'অইবা অদুদি ইতালিয়াননি'।

'অদো, মহাকসু য়ুবোপিয়াননিদনা'।

তাঞ্জা অদুদা অপিরানা থিবা খংদ্রে, ঙহাক ঙায়রম্মু হায়রগা নুপা অনিদু চৎখ্রে। অপিরানাদি নুংসিৎনি। ৱারী-ৱাতাইসু কয়া পামদে, তুম্মীন্না সাংনা ফমদুনা লৈবা হৈনদে। অয়াম্বা সহরদা মহাক ঙহাক ঙহাক মাঙলক্কবা য়াওদে। চাক চাবমদাইদা কোমোদা ফনা সাংনা থিবা খংলুদ্রবনি। মহাক তাজমহলদা ঙাউবা মীনি। মদুতা য়েংনবা মহাক আগ্রাদা অহুমলক লাকলমলে। নোংমা লম্বী মাংখি। চাকনিবা মমিৎ নাম তাংবা অমখক্কা মাগী চান্নবা অদো যেন্নদুনা পীজরগা লম্বী চীংদুনা পুবীরগা লম্বী তার্কপিবকখি। ইন্দিযাদা লাকপগী ৱাবী নুংঙায নুংঙাযবা মবক মরক্তা লিবকই। মহাক্না হায— 'মেমচৌবী, নখোযগী ইন্দিযাদা ঐ কবিমতা চাবা হৈতে। ওবদা সিগদৌই। ঐ অচৌ অচৌবা ফাইব স্টাব হোতেলদা ঙাক্তা লৈবনি। চাদবদা সিগদৌরদুনা অসুম চৎপদা স্লমদা থুংখি, মদুদা চংদুনা যেংলুবদা নুপা অমনা মাগীদা পুসিন্দুনা পীজবকই। ওষ্টোক্না হাউবম্মী। ইন্দিযাদা খ্বাইদগী হাওবা চাক এঙ্গাংদি স্লমদা চাবকই'। তান চাদ্রবদি মদুসু লম্বী মাংদুনা যৌকবা ওইবম্বা যাই। ফনা কুইনা মখোয় হলকখিদে। পোস্ট কার্ড যোল্লীবদু সুম যেংবদা থবো অসংবা অসাৎপা অমা যাওবম্মী। ঐনা যোর্গপু কৌসিন্দুনা যেংহল্লি—

'যেংউ সির্নি, ঐনা ঐখোযগী পাত্তা সাৎলি হায়বদো। অতৈ মচুসু যাম্না লৈ'।

নুমিদাংৱাইবমদা প্লাসর্তীক প্লাসতনা গোবীন্দগী মান্দপমুক চাউনা চোঙাবোন হাপতুনা সাবগা মনুংদা কালেন থাগী নুর্ংসিৎ নুংসা পীদুনা ইসং সংহন্দুনা মচু মচুগী লৈতনা থন্না সাৎহল্লবা খুৎসেমগী চাউখৎপগী খম থেংবা মসক উৎপা মফম অমদা থুংলুবে। মথং মথং ফাওজিন্দুনা চঙলগা হোল মচা অমা লৈবম্মী। চঙফম কোবীদোবদা নীনাগা থেংনবে। মাবু ঐনা অহানবা থেংনখিবদি ফ্রাইর্বাগতনি। অসি তান্না অমুক

ঐখোয়গী ইতুং ইন্নরক্নি। হোল মচা অদু মীনা থন্না ফম্লরে। অহানবদা লাল্দকী লেকচর অমদি রিদিং। অদুদগী ঐগী প্রোগ্রাম—

'. . . মণিপুর অসি মোদর্ন পোলোগী হৌরকফমনি। হৌখিবা সোক ১৯৯৩দা ইম্ফালদা ইন্টরনেসনেল পোলো টোনার্মেন্ট পাংথোকখি। অরোইবদা জর্মনিগা মণিপুরগা সান্নে। ঐখোয়না কাখি। . . .

মখোয়সিংদু ঙকখি। থাজরিদ্রা হায়বদি খংদে। জর্মন জাতিগী নাপনদি ফাওরিবনি। অপিরানানা নাতোন বাসী অদু থাঙ্গৎলদুনা হায়রকই—

'I am the pipe piper of Hymalyn'

লেমখ্রবা জর্মনসিংদু নোকখি, নোকতবা ঙমখিদে।

রিদিং লোয়রগা ঐ মপান্দা নীনাগী মনাক্তা চৎলে। নীনা চকত অমগা ফমদুনা লৈরম্মী। মহাক্কা ঐগা ৱাবী সান্নগদৌরি। মহাক লান্দ অমদি গুনতরগী কুইরবা মরুপনি অমদি থাজবা য়াবা মীসরুী হায়বা লাল্দকী পাউতাক মতুংইন্না ঐগী অয়াবা পীখি। অদুবু ঐহাক খুউদি সেনখি। ৱারী ৱাতাইদু ইচম চন্না মরুপ মপাংগুম পংসাদা সান্নরে। ঐনা খল্লি কবিনোনে মানা ইনিংলিবসিবু, ৱারী মতা অসিগা। কোন্না মানা হায়বকই-

'You are the most difficult person as I ever meet. I can't carry you in my own way'

ঐনা নোকই— 'খংদ্রেনে, কনানা কনাবু ইন্টরভিযু তৌরিবনো'।

ঐনা মখা তাকই— 'নখোয়গী জর্মনি অসি সাবা য়ান্না হেনগৎলে হায়নে'।

'ফববনিনে। সাববদি জর্মনি জাতিগী যান্না বির্জভি ওইবা অসি তোকখ্রনি, মখোযগী থম্মোয় হাংদোক্লগনি, তিন্নবা নুংঙাযরনি পাউ ফাউনবগনি'।

মথংগী অযুক দিসেম্বর ৯ ফ্রাঙ্কফুত থাদোকলমদাইদা নীনাসু ঐখোয়দা গুদবাই হাযবা লাকখি। ঐনা মাগী ফেমিলি হংখিদে। অদুবু জেওর্গকুম মথন্তা লৈবা মাল্লি। মহাকসু কনাগুম্বা মপাং অমনা মনাক্তা লেপ্লীদুনা চৎমীন্নদুনা চামীন্নবা কোয়মীন্নবগী চহি মতাং লোয়খ্রমাল্লে। ঐনা নেপলসতা উখি—চহি মীয়াই হেন্দোকলবীসিং মথন মথন্তা চাবা লাকই। করিগুম্বদনা মমান্নবী হনুবীগা। নুপাসু অদুমঙাই। মসি মখোয়না খনজবা পুন্সী মওংনি। গেত অদুদা জেওর্গকা মখোয় অনি খুৎ হায়দুনা লেপহৌরে।

সিতি লাম্ছোক্লুনা চৎলবা মতুংদা লাল্দনা হায়রকই— 'ঐগী জেকেত তাহৌরে। মদুদা ঐগী পাসপোর্তি অমদি অনোকসু য়াওখ্রে'।

ঐখোয় মরি তুম্মীন তুম্মীন, গারী অদু অমুক মমায় লৈদুনা হল্লকলে। মখোয় অনি মতমদুফাও লেপমীন্নদুনা লৈরম্মী। ইমুংদদি লৈরমদবদগী ঐখোয় অমুক থোরক্লে। চাউখ্রবা সিতি অদু লাম্বোকলমদাই য়ৌরবদা লাম্না হায়রকই– 'ঐনা গারীগী মিংসেন অসিদা লম্বীগী চিদায় অমদা জেকেত অমা তাহৌবা হৌজিক্তা নিংসিংলক্লে'।

ফরে য়েংলুরসি হায়দুনা ঐখোয়না লাকখিবা লম্বীদুগী মতুংইন্না গারী অদু অমুক সিতি মনুংদা হায়জিলক্নুনা থৌরে। ফম্না সাংনা সহর অদুদা উরু উরু লৈদুনা থৌরবা মতুংদা হায়না হায়না লম্বীগী চিদায় অমদা জেকেত অমনবদু তাদুনা লৈরমলে। মথক্তা গারী থৌজিনখিবগী মচি মচিদা খরা তৎলবসু অনোকতু কায়রমদে। পোৎসু লোয়না সুনা য়াওরম্মী। লাম্না হায়রকই–

'ঐগী জেকেত অসি কনা অমতনা পাম্বীদ্রমাল্লে। ফম্না ইকায়নিংঙাইদ্রে'।

জর্মনি হায়বা লম অসিদি পাক্লবা স্লেত অমনি হায়বা য়াই। চীংগী সরুক লৈরবসু মদু মতায়দনি। ময়াই অসিদি পাৎতা হি হোনবগুম্বনি। লম্বীদি অনিসুবা লাঞ্জাওগী লম্বী ওইরমাল্লে, চপ চপ তিংবীনি, থুনা য়ৌনবা মতম মাংদবা। য়ুরোপতদি গারী য়াংনৈ। লম্বীদা লাইন অহুম চিংদুনা থমই। খ্বাইগী মতাইদুনা মানগারী অরুম্বগীনি। মথংগীদুনা মযাইওইনা চৎলিবা ঐখোয়গীগুম্বগী অদুগা মনুংগীদুদি অথুবা অয়াং বগীনি। লোযবা খম্বা নাইদ্রবা কারসিংনা অযাংবা অদুদা হায়গৎ হাযগৎতুনা পাই পাইদুনা থৌগৎনখি। এক্সিদেন্ত থোক্তবা নত্তে। থেংনরকই। সিৎ নানবা চপ তিংবা লম্বী অদুদা যাংনা পুং নিপান থৌরবা মতুংদা মুনিক য়ৌরে। সিতি মনুং চঙলে হাযবকপদগী ঐ ফুক হৌগৎতুনা য়েংই। ঐ খনবদা ঙকই– জিওনিসত্তুবু কদায়দা ঐখোয়বু ঙাযরমগদগে! তেলিফোন্দা য়োর্গনা ৱারী সাদুনা হং হংদুনা চৎলগা Action Group for Indian and Human Right কী ওফিস মমাংদা ঐখোয়গী ভান খামলুরে। হন্না য়েংখৎখিবদা অরিবা জর্মনিগী য়ুমসাদা ৱাংলবা দলান অমা লৈরম্মী। মখোয় মথং মথং মল্লবা অচৌবা উগী থোঙজাও অদু হাংদোক্লগা চংনখ্রে। ঐনা ইকোন কোন্না মখোয়গী তুং ইনদুনা থোঙদু হাংদুনা সিবি কাখৎতুনা অনিসুবা মথোনগী কোরিদোর লান্দুনা মথং মথং চংলগা থোঙজিন্দা লেপলুরে। জিওনিস মনুংদা লৈরম্মী, মখোয় ময়ামনা কোয়সিল্লদুনা। ঐনা নে তানা ফমথববদা জিওনিসনা হংলকই

'করি থক্কনি?'

'চা।'

'সিদা লৈরে। থৌরাং তৌদুনা থম্লবনি'।

মাংদা লৈরিবা তেবল অদুদা ঈসিং অসাবগী পোত, চিনি সঙ্গোম লৈরিবদু উরকই। লোয়নননা কপ প্লেত অদুসু। কম্পুতর কাদা চঙখিবা লাল্পনা চে অমা পীরকই হায়দুনা য়োর্গনা পুদুনা থোরকই। মদুদা ইরি—

'খ্রাইস্ট অসি ইতালিয়ান ওইরমগনি মরমদি মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা মরুপ মপাংসিংগা য়ু থকমীন্দুনতা লৈ।

খ্রাইস্ট অসি রেদ ইন্দিয়ান ওইরম্বা য়াই, মরমদি মহাক্না মী পুন্নমকপু ইয়াম্বা ইনাও হায়দুনা কৌই।

খ্রাইস্ট অসি নুপী ওইরম্বা য়াই, মরমদি মহাক্কী থবক অসি য়াম্না য়াম্মনখিদুনা সিরবা ফাওবা হৌগৎলকখি।'

ওঙ্গোক্লা থৌ লৈত্রেদকো, কনাবু ওইরিবা অসিবু থাদোরকইবা অসিবু!

ঐখোয় ময়াম নোক্লদুনা হৌগৎতুনা থোরকপদা অচৌবা অরুম্বা থোঙ অদুগী য়োৎকী পায়ফমদু পায়দুনা ঐনা চিংলুবদা যোৎ অদু ফৎ নানথোক্লুনা খুৎতা য়াওরকই। ঐনা ইঙক ঙকই, জিওনিসনা নোকনিংবা ফাজিন্দুনা হায়রকই– 'মদু য়াম্না কুইরবা থোঙনি'।

মখোয়গী প্রসিদেন্ট লুদব্বিক উন্নবা মতমদা ঐনা হায়– ' লুদব্বিক নখোয়গী থোঙগী হেন্দলদু ঐনা থুদেকলবনি'।

নোকফেৎ তৌরদুনা ইচম চম্না খুমলকই-

'হোয়, জিওনিসনা তমদুনা তারে'।

ঐখোয়গী হোতেলদা পোৎ-চৈ থমলুরগা থুনা ফি হোংদুনা ঐখোয়গী রিদিং মফমদা চৎলে। লম্বীদা জিওনিসনা তম্মী—

'মেমচৌবীগী ইন্টরপিতর মোনিকানা ওইগনি। মহাক য়াম্না ইন্টরেসতিং ওইবা নুপীনি। ঐদি ঐগী নুপীবুদি মহাক্না হেন্না ওফিসতা লোয়নদুনা লৈ . .'

ব্রাংখ্রবা দলান অমা উরু উরু লৈ লৈদুনা কাবা য়াবা কারগা খ্বাইগী মথক মতোন অদুদা হোল অদু লৈরম্মী। থোঙজিন্দা নুপী খরা লৈরম্মী। মখোয়দুগী মরক্তগী অমনা ঐখোয়দা পুলপ ওইনা, থোইদোক্লা কনা করিনো হায়দুনা সকখঙ মায়খং নবগী ব্রারী-ব্রাতায়কা ইয়াও য়াওদনা, কনাদসু অপান্ননা য়েংদনা হয়ারকই—

'Hi, I am Monica'.

অদুদগী মখুৎ নাম তিংথোক্লগা মতোমতা ফ্লাইংকিস তৌরম্লগা মমায় লৈথোক্লুনা মানা থোকপা তৌদুনা লৈখ্রে। নুপীদু মী ৱাংদে, অদুবু ইন্চি মঙাগী খুনিং ৱাংবী বুত অমা তোংই, মিনি স্কত অমুবা অমগা মসা পাত্রিক পাই, চহিদি ৩৫ দগী পংতা তারমগদবা মান্দে। মনমগন য়ৌনা সাংবা মসমদু য়াওসংগী ফিরালগী গুলাপ্পী মচুনি। মখুৎ খুৎসা মরি মরিমক লুপাগী খুদোপ তাং অমমুক সাংবা পীক পীক থন্না সিরি। খুদাংদা লুপাগী স্প্রিংনা য়েৎসিল্লি। মদু মানা খিং খিং চৎপা অমদি মখুৎনে মসানে ঙাংবদা স্রিং স্রিং লাউবা মখোল অমা থোকই। মশক মতৌ ফজবী নত্তে, অদুবু মুরপ তৌবা মমিৎ অদু ঙাংনে-সানবদা ৱা থোক্কদবা চীখোন নাওখোম্বগী মমিদি তায়। অদুবু মাগীদু করি ব্যাভারনো, ঐ ভাপ তাবা ঙমদে।

রিদিং হৌরমদাইদা লাম্নকী অরিবা অমনবা সৈরেং লাইরিক অমা তেবল মথক্তা উখি। মদু মহাক্লা নহা য়াম্না ওইরিঙৈগীনি। ঐনা সুম ফাক্লুনা য়েংলুবদা পরেং অমা থেংনখি—

খোং মচা অমা

অতিয়ানা পীক থলহন্দুনা

. . .

ইমেজরি অদো ফজমনখিদুনা হঞ্জীন হঞ্জীন পাদুনা মীরক অদুদা ইতোমতা নাইতোম ঙাওরুই। অপাবা সৈরেং লাইরিক অদো মথং মথং ফাক্তোক্লুনা লোয়নমক পাথোকলুই। লাম্লনা হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংখি। মোনিকানা ঐগী নাক্তা ফমখি, ঐগা ৱারী সানবা। মদুককা অমতা চংখিদ্রে ঐদি! এম, এ, পরিক্ষা থাবা চৎলমদাই, ইরুজরুরগা কারকপদা ঐগী 'লৈতেংদু' ঐগী ৱাখলদা মরি মরি থোরকখি। মদু সৈরেং ওইনা পরেং মচা মচা ওইনা ইথোকপা ঙমদদুনা কুইনা নাউপুখি। ইরুজরুরগা সম ফাওবা সুমদোক্তনা ফমদুনা ইখি। পুমঙাও ঙাওখি. পরিক্ষাকা চংখিদে। চিনফা পুজবা অরিবা সৈরেংগী কোত ফনা য়াম্না কাওথোকখি। পরিক্ষা হোলদগী পরপ পরপ চেম্থোরক্লুনা ওজা ওইদুনা লৈরিবী অরুনাগী কাদা চেনসিল্লুই। কনানো খরগা মোইরাং ফি তিংথোক্লদুনা লৈরমই। ৱানা ঙায়রবা মতুং, ঐখোয় অনিতা ঙায়রবদা 'লৈতেং' দু মঙোন্দা পায়। মানা ঙক্লা হংখি—

'পরিক্ষাদি কমদৌখ্রে'!

'খংদে'।

অরুনাগী মনাক্তা পারুনবা হোৎনবা মদুনা অহানবা নত্তে। নোংজু-নুংসা থিদনা কান্চিপুর তন্না কয়ারক তৎতনা চেনখি।

অদুদগী কমদৌরে। মোনিকাদু ঐগী ইংলিসকী খোষ্তোক্তু নিংথিনা খংবা ঙমদ্রে। মমৈথংদা জিওনিসনা ঐগী ইন্টরপিতর ওইবা তাখি। রিদিং লোয়রদুনা মখাদা ইনক নক্লা লৈবা চাফম অমদা ঐখোয় ময়াম তেবল অকোয়বা অমদা ফম্মীন্নরে। চানা চানা ঐনা জিওনিসতা হায়রুই—

'জিওনিস, ঐখোয়গীসু বৃতিসকী সাসন লৈখি। অদুবু মখোয়গী মখুৎতা রেসীজমগী অব্বাবা ঐখোয় থেংনখিদে। মদু হৌজিক্ত নখোয়গী জর্মনি য়ৌরবা মতমদা খঙবনি। ঐখোয়নবু মখোয়বু মাংই হায়দুনা ইষ্ণোকখি। মখোয়না ঐখোয়গী নিংথৌ মচানুপী লুহোংখি, পোলো সান্নমীন্নখি, ঐখোয়গী ইরোন তমদুনা ইরোনদু ঙাংদুনা ঐখোয়গী মরমদা লাইরিক কয়া ইখি . . .।

জিওনিসনা মমিৎ অদো থোৎনা ঐঙোন্দা য়েংলদুনা হায়রকই--

'মেমচৌবী, পোংজৌ, মদুগীদমক নহাক চাউথোকউ।'

তাঞ্জা অদুদা লাম্সকী ওই য়েৎতা ফমলিবা মোনিকা অমদি মাগী মপাংগা লাম্সকী লুখমদা মঙক মঙক সাংদোক্লদুনা চুপ্পরকই। লাম্সনা হায়ফেৎ উরগা—

'করিগীনো নখোয়না ঐগী লুখমদা চুপ্পরিবদি!'

ঐদি সিদৌরে, নোকনিংবা খাংবদা। মদু লাম্সনা খংখ্রে। মানা অমুক সমদোন হাপকৎতুনা ঐবু হেন্না নোক্লবা একতিং অমসু হাপকৎলক্রে। অদুদগী ঐসু থিংবা ঙমদ্রে। মখোয় অনিদি খংজদবনা, অতৈ ফমলিবসিং অদুগুম হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংলকই। মদুনসু অমুক্তা হেন্না নোকনিংখ্রে।

মুনিকতা থেংনরকপদা নিংসিঙদুনা ময়েক লানা লৈহৌবদি লুদবিকনি। ঐখোয়গী এনথোলোজি Words from the Edge মখোয়গী সংস্তান অদুনা ফোংলমদাইদা কনত্রেক্ত সোই তৌনবা চে ইরকখিবদু মহাকনি। জর্মন জাতিগী মচু সেংনা ঙৌরোক ঙৌবা কুচু অমদি সনা মচু অসেংবগী মসমনি। মসা পারগা ৱাংই। নোয়রপ তৌবা মচিনবান অঙাংবা, মোমোনতা নোক্তুনা লৈ। মানা ঐঙোন্দা হায়খি—

'মেমচৌবী, নখোয়গী লম অদুবু করম্বা লমনো? ঐনা ইন্দিয়ান এম্বেসিদা চৎলগা মণিপুর কদায়দা লৈবগে হংলুই। মখোয়না হায়রিবা মদু ফোরেন্নর চঙবা য়াদে হায়নে। ঐনা মখোয়দা ঐ মণিপুর খংনিংই, মণিপুরগী মরমদা অইবা পীয়ু হায়কুবদা ইনসাইক্লোপেদিয়াদা য়েংলুচো হায়রকই। মদুদসু পীসক পীক্লা খজিক্তুং য়াওরম্মী'।

নোংঙাল্লগা দকাও চৎপগী প্রোগ্রাম লৈ। ঐনা 'ঐদি কিজে চৎপা ঙমলোয়' হায়খ্রে। অদুবু নোংঙাল্লগা ঐনা হান্না ফি সেৎতুনা ঙায়দুনা লৈরে। ঐখোয়গী হোতেল অদুদগী পংসাং সাংনবু চৎত্রে। লালতি মতোমতা মাংহৌরে। লুদৱিক্কা ঐখোয় মরিনি চৎলিবদু। ভান অদুদা য়োর্গনা ড্রাইভর ওইরি। অপিরানানা হায়খি, মাগী মখুরা অমা জর্মনিদা অনিসুবা লাঞ্জাওদা সিখি। জর্মনিদা মহাকপু য়াম্না নিংসিংলকই, নুংঙাইতে। ঐসু স্নাইবেম্মা বিনোদিনীগী 'ঐগী থাহৌদ্রবা হৈতুপ লালু' নিংসিঙই, নুংঙায়তে। মদু ঐগী খ্বায়দগী পামজবা মাগী ৱারী মচানি।

নুমিৎ অদু অয়ুক্তগী হৌনা নোং থিৎলি থিৎলি চুই। ঙৌরুনবা নোংতনা অতিয়া সিন থুংনা কুপখ্রে। মৈ য়াইরগা হৱাই মঙ্গল ঙৌরগা ৱারেম ঙাংনদুনা ফম্বা ওল্পোক্লা নুংঙায়গদবা ফিভমনি। সহরগী চিদায়দা ইচিক চিকপা মফম অমদা ভান অদু থামলে। মথং মথং অসুম চংখিবদা স্কুলগুম্বা সাংলবা য়ুম অমা উরকই। তিন্না কুপই। অচৌবা মফমনি। অকোয়বদা নোংথি নোংমংবা চিক্লবা অতিয়াগী মখাদা মনা য়াওদ্রবা উপাল পবেংনা তুম্মীন তুম্মীন অৱা সকলোন পুবদুনা মংগুম্বা কারকপগুম লেপলি। মফমদু ইচিক চিকপা অমা ফাওবকই। ফনা য়াম্না চংসিল্লগা জগা অমদা দকাউ মনুংগী মেপ নিংথিনা য়েক্তুনা থেৎলি হৌনরুবা য়াওদনা তুমীন তুমীন ঐখোয় মবি চংদুনা যেংলুই। খংহৌদনা লুদৱিক্লা নিংঙমদবা, অৱাবা অমদি পেন্দবা খোল্লোক্লা হায়রকহ—

'ঐগী ইপাদু মতমদুদা সিফাই ওইখি, মহাকসু সিস্তেম অদুগী সরুক অমা ওইখি . . । ঐ সিদা অমুক্তা চৎতে, ঙসিনা অহানবনি . .'।

ঐ সাংনা তাবা ঙমখিদে। ঐদি সিংনদুনা লাক্কে হাযদুনা লাক্লিবনি। ঐখোযগী লাঞ্জাওগী লাইরিক খরা লৈ। মদুদা অনিসুবা লাঞ্জাওগী কিরবা ফোতো কয়া অমদি ৱাবী পাখ্রে। মখোয় ঙায়বমদনা ইতোমদা মাং থাদুনা চৎপা হৌবে। যোর্গসু ঐবু তান্নরক্লে। ঐখোয অনি ছাতিন তুপমীন্নদুনা মাং থাদুনা অসুম চখৎলগা সুমাং তাকুবে। সাংনা লৈরিবা যুম অদুগী মমাং চপ চানা লাপ্না করিনো মুর্ত্তি খবা উই। কিনা কিনা খোংথাং খরগা চংসিন্দুনা যেংবদা লাপ্লবসু খংলে, ঐ চঙবা ঙমদ্রে। মদু লান্দা দকাউ মনুংদা অওৎ-অনৈ হকথেংনরগা চাদ থক্তনা কংদুনা সিখিবা মীসিংনা তিংথোরকপা খুৎ ময়ামগী খোং ময়ামগী অপুনবা অচৌবা মুর্ত্তি অমনি। মীৎতা উরকই— কংদুনা সিখিবা মীগী সরুতনা দকাউ মনুংদা চীংদুম চীংদুম পৈদুনা লৈরম্বগী অকি তুজুংবা সক্তম! মালেমদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ঙমখৈ নাইদ্রবা মীওইবগী কারাম্বা অমদি অৱাবগী মুর্তি! ঐগী হেক মাংদা য়ুংদুনা থম্বা নুঙ অমগী মমায়দা ইরি—

**Never Again!**

মদু লোন মঙাদা ইরি। অহানবদা হিব্রু, মথংদা ফ্রেন্চ, ময়াইদা ইংলিস, মথংদা জর্মন অমদি অরোইবা পরেংদা রুসিয়ান। অপিরানানা ঙসাই ভান্দগী কুমথবদা চৈ অমা খুল্লগা পুদুনা লাকখি। করিগীনো ঙকলুই। চৈ অদুনা নুঙ অদুগী নাকনদা নাপী হৌরিবা লৈমায়দু খরা খোংতোকপগা করিনো অমা থাদদুনা কথলি। খাংবা ঙমখিদে ঐ খোঞ্জেল থোক্লা কপলুই—

‘হে লান নঙদা লোয়খ্রোবা’।

য়োর্গ অমদি অপিরানাগী মমিংসু পি সিম্ব্ররি। দকাউগী মমাংদা ভৌরন্নবা মচুতগী নুঙ মচা মচাতগী লমপাক মচা অমা লৈ। জিওনিসনা ঙরাং হায়খি, মদু মফম অসিদা লাকখিবা জিউসিংনা থাদরম্বনি। সুম য়েংখিবদা উরকই, নুঙ মরক অদুদা কংলবা খোং-খুৎসিংগী মুর্ত্তি মমাং অদুদা অঙাংবা মচুগী তগৎ তগৎ তেকপা লৈতনা সেম্বা রিথ অমা। অপিরানাদি ম্যুজিয়ম ওইনা লৈরিবা য়ুম মনুংদা চঙলগা য়েংগনি হায়দুনা চঙখ্রে। ঐদি তুম্মীন্না হান্নগী মফম অদুদা লেপ্তুনা লৈহৌরে। য়োর্গসু তুম্মীন্না লেপলি। লুদবিকতি উদে। ঐদি চৎনিংলে হায়রগা মায় লৈদুনা চৎপা হৌরবদা য়োর্গসু লাক্লে। ঐবু ভান্দা থনমলগা য়োর্গ চৎখ্রে। ফনা কুইনা লৈরগা অপিরানাগা মখোয় অনি হলক্কুনা হায়বৈ—

‘লুদবিকতু থিবা খংদ্রে, ফনা য়াম্না থিরবনি’।

মখোয় অনিদু মহাক হলকপ্রা হাযদুনা ভান অদুদা য়েংলম্বনি। অমুক থিবা চৎখ্রে। হন্না য়েংথোকখিবদা সবোক অচৌবা অদুগী ব্রাংমদা অসংবা নাপী মথক্তা, নিংথমগী অইংবা, নোং অমদি দকাউগী অব্রাবা অকিবা ব্রারী পুন্নমকপু সিংনদুনা পাখং মচা খরা স্পোর্ত পেন অঙৌবা মকক অমমম সেৎলদুনা ফুতবোল য়াম্না কন্না সান্নরি। মখোয়বু উবগা নিংসা খজিক্তং হোন্দোকপগুম তৌই।

দকাউ অদুদগী খরদং চৎলগা জিওনিসকী য়ুম য়ৌরে। লম্বীদা খৃষ্টমাস্টকী উ পাম্বী মচা মচা গমলাদা য়োলহৌই। চংফম থোঙজিন্দা জিওনিস অমদি মাগী নুপীগী অপুনবা মমিং থাদুনা লৈরি। ঐখোয়না চংখিবদা জিওনিসকী নুপীনা ঐখোয়বু তরাম তরাম ওকই। ঐখোয়না চংখিবদা জিয়ুগী ফোঙ্ক সোং অমা থারম্মী। মচানুপা অপিকপদু পুদুনা হল্লকই। মানা হায়রে—

‘লান্স লাক্লরোই, মহাক মাংহৌরে’।

ঐ খংই, মহাক মাংখিনি। অদুবু কবিসুদি হায়রুদে।

জিওনিসকী ফোং ফোং সাবা খুৎ অদুগা সোক্লদুনা অরোইবা বিদায় পীরম্লগা ঐখোয় মরি দিনর চাবা রেস্টুরেন্ট অমদা লাক্লে। লুদবিকী হরাও তয়াম্বা মায়থোং

অমুক উবদা খজিত্তং নুংঙায়। মাবু দকাউদা হৌবীরমদবনা ফবনি হায়বা ৱাখলনা ঐবুসু ওৎখি।

চাফমদা মোনিকা অমদি লাক্স ঐখোয়বু ঙায়দুনা লৈরমলে। চামীন্নবা মতমদা মোনিকাগা ঐগা মায়য়োক্না ফম্মীন্নে। মহাক্কী মীৎয়েং হোংখ্রে। থাজবসু ঙমদবা থাজদবসু ঙমদবা ৱাখল অনিনা থৌরি চিংনরিবদু উই। করিবুনো থাজরিবা অদুগা করিবুনো থাজদ্রিবা! ঐঙোন্দদি মদু নুংঙায়রবা কুম্মে অমনি। ভিয়েনাদা হারমিনানা অরোইবা উন্নবদা হায়খি—

'মেমচৌবী, ইন্দিজিনস পীপল য়াম্না থেংনখ্রে। অদো নঙগা মখোয়গা সুকমান মান্নদে'।

জিওনিসনা হায়খি, 'মোনিকা লাইরিক য়াম্না হৈবীনি'। ৱারী অসুম সান্নবদা সাহিত্যগী মতাং য়ৌরক্লে। অপিরানাদি মহৌসানা কয়া ঙাংদে মানা থোকপা লৈ। লাক্সকীনা বা ঙাংদনা অনোক অমুবা মনুংদা পুন্নমকপু য়েংবা অদুগা অসাংবা মসমনা কুপসিল্লিবা মনা অনি অদুনা পুন্নমকপু তাসিনবা । করিগুম্বদা মদু খাংবা ঙমলক্তবা যাওদবা নত্তে। লিজানা হায়বা চুমই মী পুন্নমক মথন্ত লৈজবগী হক লৈ। ঐগীসু ইংনা মরুপ মপাংসিংগা ৱারী সান্নবগী হক লৈ। মদুদা কনানো অমনা সুম য়েংদুনা তাসিনদুনা লৈবগী দরকার লৈতবনি হায়বদু মা কাউবগুম তৌই। মেরিবু কাউবা ঙমদবা অসি ঐসু অমনি। মোনিকাগা ৱারী অসুম সান্নবদা মোদর্ন পোইত্রিগী মতাং য়ৌবক্লে। মহাক্না হায়রি জর্মনিগী পাউল চেলাভ হায়বা কবি অমা লৈ, মানা ইবা দকাউগী সৈরেং য়াম্না ফজে। ঐনা খুমখি— 'মোদর্ন পোইত্রিগী পেসিমিজম অসি ঐ খাংবা ঙমদে'।

'অদুবু পাউলনা অনৌবা আসাগা লোয়ননা দকাউবু থাপতোক্লা য়েংলগা ইবনি। ওহ্লোক্লা ফজে'।

' ঐ সোয়দনা মাগী কবিতা পাগনি।'

সৈরেং, সাহিত্যগী ৱা অসি লুদৱিকতা থোয়না চঙবা উদে। নোকফেৎ নোকফেৎ হায়রকই—

'মেমচৌবী ঐ মণিপুরদা লাক্কনি। চংবা য়াদে হায়বনিনা, চীংদোন মরুমদগী সগোল কাংজে অমা পায়রগা 'হো মেমচৌবী' হায়দুনা কৌরক্কে'।

অয়ুক অদু লুদৱিক ঐখোযদা গুদ বাই হায়নবা লাকখি। গ্রেত কোত অমুবা অমা লিৎলকই। ওহ্লোক্লা পকচৈ। প্রোফেসার গাংমুমৈ কামৈনা ইবা History of

Manipur Vol.I সাংনা পুরকপদ, পম্বুং য়ৌরবশুম, মঙোন্দা খুদোল ওইনা পীথোকলমলে। বিদায় পীবগী মতমদা মহাক্কা হায়রকই—

'ঐখোয় জেনেভাদা অমুক হন্না উন্নবা য়াই'।

ব়াহৈ অদুমক মাওরোনসু হায়হৌই। ঐনদা ঙকচখি— ঐবু জেনেভাদা করি তৌরুগদৌরিবনো।

অসুন্না লৈহৌরে মুনিক।

দিসেম্বর ১২ দা সত্রংগী হিগী খোংচৎকুম চুমদ্রিং অব়াং পাংনা ঐখোয় বার্লিন তমলক্লে। মদু য়াম্না সাংবা খোংচৎনি। ঐখোয় পুং ১০ ভান মনুংদা চৎখি। হোয়, মরক মরক্তা থাউ হাপ্লা, চাবগীদমক রেস্টুরেন্ট অমা অনিদা চংখি। ব়ারী কয়াসু সান্নখি। কয়াসু নোকমীন্নখি।

লাঙ্গকী অহুমসুবী নুপীদু ফিল্ম এক্ট্রেসনি। মাগী ব়ারী সান্নবদা, নুপী অদুনা নম্বা ফোতো অমগী ব়ারী তমলকই। ফোতোদুদা লাঙ্গকী মকোক তংখায় অমতমক য়াওরম্মী। মতাংদুদা লাঙ্গনা নুপীদুগী মরমদা কমেন্ট অমা পী—

'মরমদি মহাক্কীসু মকোক যাওদে'।

অদুগুম্বা লৌরমদাই তেংনা মানবী খায়নরমদাই য়োং মানবীগী ব়ারীদি ঐ খাংবা ঙমদে—

'অদুন্না হায়গনুদা লাঙ্গ। নখোয় অনি অহানবা খংনরকপদা কমদৌখি'?

'হোয়নে অদুবুদি। অদুনবু হৌজিকসু মহাক ঐগী মরুপ ওইরিবনি'।

বার্লিন চৎপগী লম্বী সাংমনবনা ব়ারীদু সাংখি। চৎনা চৎনা ঐনা হংখি-

'লিজাগা নহাক্কা লুহোংলব্রা'

'হোংদ্রি'।

'করম্বা মতমদা হোংগনি'।

'মথংগী বসন্তদা ঐ আমেরিকাদা চৎকনি। অদুগা লুহোংগনি'।

'লিজাগী সুইজলন্দগী পাসপোর্ততী মাঙলগনি নত্রা'।

মহাক খঞ্জাননা খুমলকই- 'হোয়'

'নখোয় আমেরিকাদা লৈবা তারেনে।'

'নত্তে, ঐ আমেরিকাদা সুকলৈ লৈরোই। জোয়িদি য়ুরোপতা লৈদুনা মহৈ তমহনগনি'।

'অদুদী নহাক কদায়দা লৈগদৌরিবা'।

'ঐ ইতালিদা লৈনিংই'।

ঐসু হায়নিংখি- 'ঐসু মণিপুর সুকলৈ লৈনিংদ্রে'।

ফম্না সাংনা তুমীন তুমীন চৎমীন্নখি।

বার্লিন! বার্লিন! নোংমা পৃথীবীনা মাগী মখোংদা তুখি। অনিসুবা লাঞ্জাওগী বার্লিন! জর্মন জাতিগী মায়পাকপা অমদি মায়থিবগী উরোং ওইদুনা লেপলিবা সহর অদো ঐনা ওল্লোক্লা কিজখি। নুমিদাং ওইসিল্লকপগী থাংমৈতনা মীৎ থকপমখৈ লংলবা. অতিয়ানা কদায়নো সহরনা করম্বনো খঙদ্রবা মতম অদুদা ঐখোয় সহবগী মনুং চঙলক্লে। সিতি অদুতনা ঐগী মণিপুর হেন্নবু চাউরিদ্রা! লোয়বা খম্বা নাইদরবা সিতি মনুং অদুদা অসুম চৎলগা ঐখোয়গী ভান অদো বেস্ট অমদি ইস্ট জর্মনিগী মরক্তা চেকপল খারম্বা মফম অমদা লেপ্তুনা লৈবা মল্লবা ৱাংলবা দলান, ৱেস্টতা য়াওরম্বা অমদা থুংলবে। হেক কুমথবগা ঐখোয়বু ঙাযরম্বা কার্ল হেনিজগা খুৎ সোক্লরে।

ঐখোয়গী পোৎ-চৈ কা কাদা থমলুরগা ইতালিয়ান ৱেস্টুরেন্ট অমদা দিনর চাবা চংলে। ইনক নকপদনি। ৱাবনা ঐদি মীৎ ফাওবা পাংনিংদ্রে। অপিরানানা হায়, 'ঐখোয় জগোয় য়েংলুনি'। চাউরবা মসা অদো নোমদুনা মথেক মথেক জগোয় মতেক অমা ফম্না ফম্না সাই। ঐ খঙলে জগোয়দু, ইংলিস ফিল্মদা উবা মথেক মথেক, ফি মথং মথং লৌথোক্লগা লংথোরকপীদু ওইরিনি। ঐ করিসু হায়রুদে তুম্মীন্না চাই। ঐগী কলচরদদি মদুগুম্বদু লৈতে। ঐদি চাবা লোয়রগা চাউরবা দলান অদুগী চাউববা মথোন অমদা ইতোমতা লৈহৌরে।

অয়ুক্তু যাহৌ খরা থেংই। অনৌবা লমদমদা থুংলুবগী লাংতক্লবা কবিসু লৈতে। মফমদু য়ুথ হোস্তেল ওইরম্মী। ছাত্র ময়ামনা ঙস্তা হৌরগা চারগা চৎখিবগা ঐগী চারা বানবগী অচাপোৎতু খরা কৌরে। মখোয় অহুমদি ব্রেকফ্রাস্ট ফংবগী ৱা লৈতে। অয়ুক্কী পুং ১১ তারকপদা কার্ল হেনিজগা নুপী অনিগা লাক্লে। কবি ত্রাইবনো কাউথ্রে, রেদ ইন্দিয়ান নুপা, জর্মন নুপী লৌদুনা জর্মনিদা লৈরবা অমসু য়াওরৈ। ঐনা ফমথবা মতমদা ৱারী লিবা হৌরকই—

'. . . ঐখোয় রিজার্ব এরিয়াদা লৈ . . .। য়াম্না ৱাই . . .।'

ময়ুমদা নে তানা লৈবা ফংজদ্রবা মখোয়না অতোপ্পগী মীনুংসী ফংনবা হোৎনরিবা মপুঙ্গী অমদি লিরিবা ৱারী ঐ নুংঙায়তে অদুগা খাংবসু ৱাই। মী হায়বসি মীনি, মসাগী নাপল লৈজগদবনি। নাপল য়াওদ্রবা মী নাপল য়াওদ্রবা জাতি, অকিবগী মশকনি। মদু ঐনা দানিয়েলদা উখি। নোংমা ঐনা মঙোন্দা হংখি—

'নহাক্লা জেনেভাদা ঙহাক লৈতনা লাকলিবা অসি কদায়দগী পৈসানো'।

'ঐগী ত্রাইবনা পীবনি'।

'নহাক্কী পৈসা লৈত্রবা মতমদা কমদৌগনি'।

'অখন্নবা মরুপ খরা লৈ। মখোয়গী মনাক্তা চৎকনি'।

মহাক্কী ফেমিলি হংলুবদা খুমলকই—

'হোয় ঐগী ইচা লৈ। মখোয় লোয়না মপুংফারে। অদুগা ঐগী গার্লফ্রেন্দদি থা অহুম খুদিংগী হোংই। কুয়না লোয়নবা বোরিং চুই'।

ঐ মহাক্কা ৱারী সান্নদুনা মরুপ ওইনবদি হোৎনরুদে। সুম য়েংবদনি। খনবদা মমই, ঐখোয়সু নোংমা মসিগী ফিভমসি তারকখিদ্রা?

নুপী অনিদুনা সিতি য়েংবা পাল্লবদি ঐখোয়গী মতেং পাংনবা লাকপনি হায়বে। ফরে চৎলুরসি হায়নরে। অদুবু য়োর্গ ইবানিদা তারে। অহানবদা চৎলি, অনিসুবা লাঞ্জাও মতুংদা জর্মন মায়থিখিবদগী ময়াইদা সেগাক সেগায়রগা আমেরিকান সেক্তর অমদি রুসিয়ান সেক্তর হায়না খায়দোক্লগা মখোয়গী চেক পোস্ট থমখিবা মফমদা। মদুদা লৈরম্মী ম্যুজিয়ম অমা। চহি তরামুক ঐহাক "জর্মন নিউজ" হায়বা চেফোং মচা অমা পারম্মী। মদুদা ফোতো কয়াগা লোয়ননা উখি, বার্লিনগী চেকপল থুগায়বগী থৌদোক। মদু হৌজিক চহি তরা চপ চানা লিরে, ১৯৯০ দনি। ম্যুজিয়ম অদুনা লিরি ৱারী— চেকপল করম্না লৈখি অদুগা মদু করম্না থুগায়খি। মরক অদুদা মখোয়না চেকপল লানথোকলগা মনুংদা লৈখুন তৌদুনা, হুরান্দুনা কার মনুংদা অসিনচিংবা মওং কয়াদা মখোয়না চেকপল ৱাংম ৱাংমদা লৈশ্রবা মমা-মচা, মতৈ-মনাও মরুপ-মপিজা ময়ামগা অমুক উন্নবা হোৎনরকপগী অঙকপা অমদি অকিবা ৱারী। মখোয়গীদি ফোতোগ্রাফীগী কলা অসি ঙস্তানা চাউখৎশ্রবনিনা ঙকলবা তাংলবা ফোতো কয়ানা ফল্লাং থুংনা ৱারী লিরি। অয়ুক অঙনবা অমদা মতৈ-মনাও অমা য়োৎলি তারাগী সম্বল ৱাংম ৱাংমদা মচা সিন্নরি। মপা অদুনা হান্না নাম্থোকখ্রবা মাগী নুপীদা মচা চহি মঙাগুম্বগী অমা লানথোকলি, মাগী নুপীনা অঙাং অদু ওকলি। মপা অদু

ইস্ট জর্মনিদা লৈহৌরে। ফোতো অদুগী মখাদা ইরি-- ঙহাক্কী মতুংদা মপা অদু লৌথোকখ্রে (হাৎতোকপিখ্রে!)।

ঐনা খঙবদি জর্মনিদা জিউ মিলিয়ন ৬ হাৎখিবগী ৱারীদনি। ফল্লাংদা নিংথিনা ইরি, জর্মনি মিলিয়ন মসিং, পোলগী মিলিয়ন মসিং, রুসিয়াগী মিলিয়ন মসিং (১২), পুন্না মী মিলিয়ন ৫৫। রুসিয়াদগী নানথোক্লগা চেনখিবা ম্যুজিকসিয়ান অমা চেকপল থুগায়বা মতমদা চেকপল ময়াদা ফমদুনা ভাইওলিন খোংদুনা কনসর্ত পাংথোকখিবা, মীয়ামনা হরাউখিবগী ওদিও ভিজুযেল বেকোর্দ তি. ভি. মচা অমদা থাদুনা থমলি। আর্তিস কয়া, পোলিতিসিয়ান অমদি ইন্টেলেকচুয়েল কয়া রুসিযাদগী চেনখিবা, সান্তীগীদমক হোৎনখিবা, কযাগী ফোতো ৱারীসিং নিংথি নিংথিনা থমলি। কা অমা চঙখিবদা মহাত্মা গান্ধীগী লাইফ সাইজদা ফোতো অমা চাউনা থেৎলি। কা অদু মাগীনি। মাগী ভরেং, খাদি, অসিনচিংবা পোৎ কযাসুনি। মাগী লেকচর থাদোক্কুনা থমলি ফিল্মগা কোন্ননা। যোর্গতিগী ইথক্তা নানথহৌবগা কপলুই--

'লান নঙতা লোযখ্রোবা! নোংমৈ পুন্নমক সমুদ্রদা লংথোকখ্রোবা।'

ঐখোয়দা মতেং পাংলিবী নুপী অনিদু ইনোক নোকতে। ঐদি মদুককা থোযনা থৌসারুদে। যোর্গনা মরোল লোল্লকই--

'মখোয় জর্মনগী মীসিংসি কৈনোমা তৌই'।

বাসেলগী প্রোফেসাব অদুগী এক্সপবিযেন্সতগী ঐদি সাইকোলোজিকেল্লি থৌবাং তৌদুনা লৈজে। মদুনা ঐবু কলহনখি। ঐঙোন্দা ব্যাভাব পীদবা মফমদা ঐগীসু পীরোই মদু ঐগী প্রিনসিপলনি। মখোয়না নোকত্রবনিনা ঐসু অদুম নোকত্রে। মদু থোয়না কায়বা নত্তে। অমসু অমসু ইমান মান্নরে।

বার্লিন্দা ঐখোযগী রিদিং লোয়বগা ঐনা তুন্মীন্না ঙহাক্তং ফমলিঙৈদা মখোযগী অসিন-অরাং ওইনা লৈরম্বী নুপী অমা চংসিলক্কুনা ফমলৈ। মহাকসু অদু মঙাই, ইনোক নোক্কে, ৱাসু ইঙাং ঙাংদে। করি খল্লুরবনো, ঐগী নাকতা ফমলগা ৱাবী সাবা হৌরৈ--

'নখোয়গী নুপীগী ৱারীসিদি যাম্না নুংঙাযখ্রে'।

'হোয়, ঐখোয়গী সমাজদা নুপীগী মফম অদুম ৱাংই, থোয়না হস্থদে'।

'মদুদি, নখোযনা ত্রাইবেল ওইদুনা তৌরিবনিনে'।

মসি বার্লিননি!

বার্লিন সিতি থাদোক্তুনা লাকপদু অচৌবা জেল অমদগী নানথোরকপদু ঙায়খ্রে। ম্যুজিয়ম য়েংলুবা হল্লকপদা ত্রাফিক সিস্তেমনা মরম ওইদুনা বার্লিন সহরগী য়াম্না মরুওইবা, থায়নগী অরিবা য়ুনিভর্সিতি, লাইব্রেরিনচিংবো অতে অতে কয়া ফাও ফাওদুনা লাকখি। অনৌবা য়ুমসাগী অচৌবা অৱাংবা দলানসিংদু য়েংলগা য়োর্গনা হায়রকই—

'মসি কমুনিস্তকী য়ুমসানি'।

মদুগুম্বা মথোন ৩০ গী অচৌবা দলান অমা ঐগী থোঙনাউ মপাদা লৈ। অহিং নুংথিল হায়বা লৈতনা মৈ অদুম ঙান্দুনা লৈ। অহাংবা মতমদা ঐ ইতোমতা তুম্মীন্না লেপলগা বন্দী অমগুম দলান অদুগা মরুমদা উবা অতিয়াগী মচেৎ অমদি মখাদা চৎলিবা কাব পরেং, সাইকল থৌদুনা নৎত্রগা খোংনা চৎলিবা মীসিং অদু য়েংদুনা লৈখি। গুনতরবু নিংসিঙই— 'নতোমতা বার্লিন্দা চৎথোক্কনু'। অচৌবা সিতি অদুদা নিংসিঙনিঙাই মরুপ অমতগী মায়থোং থিবা খংদে। সিতি অদুদা লৈরিবা খুন্দারিবসিং অদু মীবা নৎত্রগা 'অনৌবা থুংলবা জীব'রা ঐ ভাপ তাদে।

দিসেম্বর ১৩ দা চাউখ্রবা সিতি অদুদগী থোরক্লগা মীনা খংবীদবা নোংপোক য়ুরোপলোমদা চংসিল্লগা লৈবা, ফেরি তেলসিংগী হৌরকফম ওইবা গ্লাকাউ হায়বা পিকখ্রবা তাউন অমদা নুমিদাংৱাইরম পুং ৭ তারকপদা থুংলুরে। লোয়রোই লোয়রোই অসুম ৱাংখৎখিবা, উমং ৱামং য়াম্না লৈবা ইচিক চিকপা অইংবা মফম অদুদা ঐখোয়বু বার্ত্তন তৌরিবা মীওই অসি আর্তিস অমনি। মহাক ম্যুজিক্কী চেফোং অমগী ইদিতরনি। অদুগা ফোতোগ্রাফরনি। পৈসা ফংবা ফংদবা থোয়না মনথিনরুদনা মানা ঙাওগদবা অমদা অদুম ঙাওদুনা লৈবা জাৎনি। নুপী নহা লৈমীন্নরগা ৱাই চিল্লি হায়বা জাৎতুনি। মতোমতা মাগী মসিং খংদনা য়ামখ্রবা ঈসৈগী কেসেত অমদি মানা নমলুবা মশক নাইবা মীওই অমদি ফজবী নুপীসিংগী ফোতোসিংগা ইংনা নে তানা লৈজবা মীনি। মাগা থেংনরকপা অতাংবা এক্সপরিয়েন্স অমনি। নোংঙাল্লগা মাগীদা চৎলগা মানা থোংবা লন্চ চারগা ঐখোয় ময়াম তুম্মীন তুম্মীন ফমদুনা পোখানবা মতমনি। মরুপ অনৌবা অমসু লাক্তুনা ফম্মীন্নররে। লান্স, যোর্গ, মরুপ অনৌবা অপিরানা অমদি ঐহাক্কা ইকোয় কোয়না ফম্মীনরিবা তেবল অদুদা ৱারী হৈবা, ৱারী পাম্বা লান্সনা ৱারী লিবা হৌরকই—

' . ঐনা অহানবা ওইনা লিজাবু উবদা অদুম পামজখি। ঐনা মতায় অমদা চৎথোক্তুনা লেপলগা ৱাখন তৌদুনা লৈকই 'মসিগী নুপী অসিদা করম্বা ৱাবী সাকসিগে'। অদুদগী খংহৌদনা লিজা চংসিলক্তুনা ঐগী ইনাক্তা লেপলবে অদুগা ঐঙোন্দা রিদিং অমগী বার্ত্তন পিরবে। হুমনিসুবা নুমিৎতা লিজাগী ময়ুমদা লিজানা

সিন্দুনা রিদিং অদু পাংথোকখি। অহিংদু ঐ অদুদা লেকখি। নোংঙাল্লগা মপান্দা ফমফম অমা লৈরম্বা অদুদা ঐ ফমদুনা মথা সারুই, 'হৌজিক কমদৌসিগে'। লিজাসু থোরক্তুনা ফমলরে, 'নঙদা নত্তে ঐসু হৌজিক মথা সারিবনি' (হৌজিক ঐগীসু হান্নগী বোয়ফ্রেন্দ অদো খায়নবা তারকলবনি . . .)'

ঐনা ফুগ হৌগৎতুনা হায়রুই–

'নখোয় ময়াম লাম্বনা হৌজিক হায়রিসে অমত থাজরুনু। মানা ফ্লোরেন্সকী আবনো তুরেল মপান্দা কোযবা চৎপদা অহানবা ওইনা লিজা থেংনৈ হায়বনি . . .'।

মরুপ অনৌবনা নোক্লদুনা হায়রকই–

'মদু লিজা অমা ওইরম্বা য়াই . . .'।

লান্সনা মমিৎ অদো অনোক মনুংদা লোৎসিন্দুনা, নোকনিংবা থাংদুনা ফমই। মদুসু মঙোন্দদি নুংঙায়রবা কুম্মে অমনি। লান্সনা হায়বা চুমই, ঐ মাগী নম্বর খংই।

ভিয়েনাদা চাক চামীন্নবদা লান্সনা হায়রকখি–

'Thank you '

'Why'?

'For being Memchoubı! Memchoubi is only one!'

চাউরবা, চাউখৎলবা আমেরিকাগী সক্তিগী খুয়াদা ইন্দিজিনস পীপলসসিংনা হকথেংনেরিবা অৱাবা ৱারী পুরিবা, মীওই কয়া থেংনরক্লবা, ভিয়েৎনামদা সিফাই ওইদুনা লান য়াওরুরবা, য়ুরোপতা চহি তরামুক হনগৎ-হন্দা চৎপগী এক্সপরিয়েন্স, মালেম থুংনা ইন্দিজিনস পীপলসগী মায়কৈদগী বার্ত্তন ফংদুনা য়ুনিভর্সিতি কয়াদা লেকচর অমদি রিদিং পাংথোকখ্রবা লান্স, ঐনা মাবু খঙবদগী মানা ঐবু খঙবনা হানখি।

গ্লাকাউগী রিদিং অদো প্রোগ্রাম ইবা চে অদুদা কাস্তল অমদা সিনগনি হায়দুনা ইখি। অদুগা রিদিংনা লাইরিক য়োনফম অমদা। রিদিংদু য়াম্না ইংনা নুংঙায়খি অদুবু ঐনা ৱাকৎখি 'ঐদি কাস্তল অমদা সৈরেং পারুগনি হায়দুনা য়াম্না হরাউজরুই'। অদুদগীদি রিদিং লোয়রগা ঐখোয়গী য়ুম্বু মরুপনা ঐঙোন্দা ৱাসকখি– হয়েং নোংঙানবগা ঐনা নঙবু কাস্তল অদুদা সোয়দনা পুবীগনি'।

চাবা লোয়ববনিনা হৌজিক কাস্তল চৎলসি হায়রে। অপিবানা, য়োর্গ অর্মদি ঐতমক মাগী মতুং ইন্নদুনা চৎলে। মদু চহি পংকুই কুইদ্রিবা কাস্তলনি। ঐগী ৱাখলদা

য়ুরোপকী ফেরি তেল পারুবদা ৱাখলদা লৈখিবা কাস্তল অদু নত্তে। কাস্তল অদু হৌজিক ম্যুজিয়ম অমদি তাউন অদুগী পুনফম, কুম্মৈ তৌফম ওইদুনা লৈরি। কাস্তল অমগী তমথিবা অমদি সাথিবা সক্তমদি দ্রেসদেন সহরগী চিদায়দা লৈবা অপিকপা তাউন অমদনি।

প্লাকাউদগী থোরক্লগা তাউন অদুদা থুংখি, ঐখোয়গী ওর্গনাইজর জেন গ্রাসকী য়ুমদা। ঐখোয়না য়ুমদু য়ৌবা মতমদা মানা চানবা থৌরাং তৌদুনা থনমখি। ঐগীদমক্তা চাক থোংদোক্তুনা লোয়সিন্দুনা লৈরমলে। থোংলমলিবা মওংদি চাক্কা য়েন মকক মচা মচাগা মরোই মপাং খরগনি। ঐগী চাক ঐনা তোঙান্না থোংগৎচরে। য়ুম্থুবেম্বী অদুনা মা থোংগে হায় ঐনা নমদুনা থোংলে। মখোয়গীদি ব্রোং সৌহল্লগা মহি হৈদোক্লগা লোয়রে। ঐনা মদু কিবনি। চাক অদু কুইনা য়াইবা ঙমদ্রে। মানা চাদনা সুম ইনাক্তা ফমদুনা ঙায়দুনা লৈবা অদুদা থাংদোক্লগা য়েংলে। মরু অমা লৌখৎলগা য়েংবদা খংলে, খরা ৱাৎলি। ঙহাকতংগা য়াইখিগে মুনদ্রি হায়কব্বদা মহাক্কা সাউবংননা খোঞ্জেলদি ফাজিল্লগা তপ্পা—

‘চাক করম্না থোংবগে হায়বা ঐ খংই’।

হায়রগা ফুগ হৌগৎতুনা ফেৎ থোকখে। মাগী নাপলদু ঐ খংই। অদুবু তপ্পা ময়াম চাবা হৌবীরো ঐগীসি ঙহাক য়াইখিনি হায়রে। মহাক্কী মচানুপী অপিকপা অনি, চৎমীনগদবী লাক্লিবা নহা ওইরিবী মরুপ অহুম, অমদি ঐখোয়গী নুপা অহুম অদুগা চাবা হৌগৎখ্রে। মীগী চাক মুন্নবা হাওনবা থোংজরগা মানা সাওনিংলিবদু করিগীনো খংদে। ঐ ইন্দিজিনসনি, মানা অঙৌবনি, জর্মননি চাক ’থোংবা মানা হেন্না হৈ হায়রিব্রা। মানা খঙব্রা খঙদব্রা, চাক্কী কলচরদি পৃথীবীদা খা-নোংপোক এজিয়ানা মকোকনি। ফৌ থাবগী কলচর মায়কৈ অসোমদগী হৌদোকখিবনি। মাগী মতৌ অদুগা ঐসু অদুম চাক অদু নিংথিনা ফজনা য়াইদুনা লৈথোক্লে। চেং অদু অঙৌবা, মচং ঙাক্তা, অহাউবনি। উইরপ, মরেং মরেং চৎপমখৈ ফজরবা নিংথিনা য়াইরবা চাকতু ঐনা প্লেত অঙৌবা অপাকপা অমদা ফজনা থিদোক্লগা পুথোরক্লগা তেবলদা থম্বা মতমদা য়োর্গনা মমিৎ লাউথোক্তুনা হায়রকই—

‘ৱা!’

ঐনা য়াম্না পোংনা জেনগী প্লেত্তা মহাউ য়েংউ হায়দুনা খরা হাপলে, অতৈদসু খরা খরা য়েক্লে। মহাক ৱা মচেৎ অমতা ঙাংলক্তে, চাক অদু ৱাখল মুন্না খন্দুনা অসুম সায়বা উই। করি ৱাখলনো খংদে। হাওই হাওতে করিসু হায়দে। মানা খঙজবা চাক্কী মহাউদু নত্তে, হাউতে হায়গদৌরিব্রা কনানা খঙগনি।

দ্রেসদেন সহরময়োনমক্তদা অচৌবা বিল্দীং অমগী মথক্তা অচৌবা লাইব্রেরি কা অমদা নাকন্ন অমদা ঐখোয়গী রিদিং পাংথোকখি। পাংথোক্লমদাইদা, অচিকপা কা অমদা চঙলগা লান্সনা এসত্রে অমদা মৈ হৌরগা মৈখু হায়দোক্তুনা মাগী অরোইবা থৌনি পাংথোকলে। মদুনা তুর অদুগী অরোইবা রিদিংনি। লান্সকী মায়থোং কয়া লোংলম্বা য়াই অদুবু থৌনি অদুদা উখিবা মাগী মায়থোং, থম্মোয়দা থুগ লাউখি। ঐসু লান্সতা চান্ননা সাওবা ঙমদে।

রিদিং লোয়রবদা নুপা অমা চংসিলক্তুনা ৱারী সারে। মহাক্না হায়বকখি—

'নখোযগী পোলিতিকেল প্রোব্লেম ঐখোয খংদে। অদুবু পেলেস্তিনগী লান নুমিৎ খুদিংগী পাউদা য়াওই, মী লোয়না খঙনবে। মসিনা মখোয়গী ৱাথোক লোয়সিনবদা মতেং করিস্ পাংদে'।

ঐখোয়গা চাক চামীন্নখিবী মরুপ অহুমদু রিদিং হেক লোয়বগা চৎলগনি হায়বদা ঐসু মখোয়গী মতুং ইন্দুনা চেল্লকলে। জেন্না ঙক্না হাযহৌই— 'অওইবগী নহাক হল্লগে হায়রিব্রা'। ঐ খঙই, ঐখোয়বু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা রেস্টুরেন্ট অমদা চামীন্নরুগনি অমদি অথেংবা ফাওবা থকমীন্নরুগনি। লৈসাবী অনোয়বী অদুনা কার অদু থৌরে। মনিংদা ঐনা ফম্মীন্নরিবদু য়াম্না নহানি চহি১৭ মঙায়। মা মতোমতা ইংলিস ঙাংই। মানা লোন হন্দোক-হঞ্জীন তৌদুনা ঐখোয় ৱারী সান্নদুনা হল্লকমীন্নরে।

দ্রাইভর ওইরিবী অদুনা হায়বকই -

'নহাক্না নহাক্কী নবৈবাক্কী করিগুম্বা খরা হায়নবা অসি য়ৌনা অসুক লাপ্না লাক্লিবসে ওম্হোক্না কনখ্রজাৎনি'।

লান্সনা বির্দিং চৎলমদাইদা হায়খি, 'হয়েং অয়ুক পুং নিপান্দা হৌগৎলগা মাপন্দা চৎসি। সাংখ্রবা লম্বীনি'। ঐখোয় হৌজিক চেকোস্লোভাকিয়াগী ঙমখৈদা লৈরিবনি। চেক ফাওদুনা চৎলবদি অদুক য়াম্না সাংবা লম্বী নত্তে। দ্রাইভর ওইবিবা যোর্গনা গ্লাকাউদা লৈরিঙৈদা ভেলিফোন ভৌনদুনা হংনরবনি। অদুবু ইন্দিয়ান অদুগা আমেরিকান অদুর্গাদি ফাওবা য়ারোই অতৈদি য়াগনি হায়বগী পাউখুম লাকখি। কনানা অমুক বার্লিন তান্না চৎলগা অয়াবা লৌরুগনি। ঐনা হংখি—

'ঐখোয়না বার্লিন তম্না লাকপা অদুমুক সাংববা'?

'হেন্না সাংগনি', যোর্গনা খুমলকই।

অদুবু ভিয়েনা! ভিয়েনাদা অমুক হল্লগনি অদুদগী য়ুম। অদুনা ঐ কবিসু নাচুংখিদে অয়ুক অদু ঙন্না হৌগৎখি। পোৎ-চৈ য়োমসিনবা, ইরুজবা, ফি সেৎপা পুমলোয়

লোয়দুনা কুমথরকপদা অয়ুক্কী পুং ৮ চপ চানা তারে। ঐগী য়ুম্বুদু মচা অপিকপা নুপীমচা অনিদু পিজবা অমদি স্কুল থিন্নবা কন্না হোৎনরি। মখোয় ঙরাং অহিং পুং ২ দা হল্লকই, মখোয় ঙন্না হৌগৎপা ঙমলোই হায়রমলগা হোবে হোবে চেনখ্রে। চাকখুম অদুগী মমাংদা থোঙ অমা লৈবদু ইহাং হাংদোক্তুনা থনম্মী। মদুদা উই, লোয়রোই লোয়রোই ৱাংখৎখ্রিবা অসোমদা মুরসিংগী চিদায়দা অয়ুক্কী নুমিৎনা মমিৎ কুপলি কুপলি য়েংলকপদু। থোঙ অদু ফাওদুনা নাকন্নগী লম্বী অদু তারে। মদুদা কুমথদুনা নোংপোক তন্না ঐ চৎপা হৌরে। পুং ৮ তারবসু নুমিৎ থোকপদ ঙায়রি। লম্বীদা মী অমতা চৎতে। মাঙদা য়ুমসু অমতসু তাদ্রে। উনদি তাদে অদুবু নুংসিৎতি য়াম্না ইংই। জেকেতকী হুদ অদু চিংখৎতুনা কোক খুমজিল্লগা খুৎ অনিসি ফুরিৎখাউদা হুমজিন্দুনা খোংথাং থুনা চৎনবা হোৎনৈ। থোমাস হার্দিগী নোভেলদা য়াওবা স্কোতলেন্দগী লমহাং অমদি মুর ঐনা য়াম্না চৎনিংখি। য়ুরোপকী লম্মীৎ-তুম্মীৎতি অমতনি। অচিকপা অমদি অইংবা নুংসিৎ অদুনা মখুৎ তিংথোক্তুনা হরাওনা কৌবগুম ঐনা অয়ুক অদো পুক্নীং ইয়াং য়াংবমখৈ চৎখি। অঙাংবা অনৌবা নুমিৎকী মসেক্তা চায়থরবা অসোমগী নাকন অমদা সজীগুম থাংদোরকপা খোংথাংদা অকেন্নবা উনাগুম ইয়াং য়াংনা তারকপা. চোং চোংদুনা জগোয়গুম চৎলিবা সা মরি মঙাগুম্বা অমা উবে। ঐসু ঙক্তুনা চপ লেপ্তুনা য়েংই। মখোয়সু 'কনানো অয়ুক অসিদা' হায়দুনা ঙঙুনা চপ লেপ্তুনা য়েংলকই। ঐনা মাংলোমদা চংসিনবা খুদিংগী মখোয়সু চোং চোংদুনা মঙগী মতৌগুম ঐবু সুমহৎলমলগা মীৎনা কুপ্পদা মাংখ্রে। অসংবা লমহাং, সংবান্নবা অতিয়া. নুমিং অদুগা ঐ, ঐখোয়তা ঙায়হৌরে।

ঐনা চৎলগে হায়দুনা মায় লৈথোরকপা মতমদা নোংচুপ থংবা মায়কৈদগী থকতোরকপা মঙাল অমনা ঐগী মীৎতা তাররে। চৎনা চৎনা অসুম য়েংই। য়েংনা য়েংনা পোৎ অদু ময়েক লারকলে। মনা য়াওদ্রবা মুসিন মুনা উবা উমং অমনা কোয়সিল্লগা অসোম ৱাংমদা লোয়রোইন্না ৱাংখৎখ্রিবা মুর অসিগী খ্বায়গী মতোন্দা কাস্তল অমা লোৎলি। মদুগী অৱাংবা য়ুম্বী মতোল অমদা হাপ্পা মীংসেলদা নুমিৎকী মসেক থকতোরকপনি। মনা য়াওদবা অচৌবা উপালসিংনা পরেং অনি ওইনা সাংনা কাস্তল তন্না কাখ্রিবা মমাংঙৈগী অরিবা লম্বী অদুসু উরক্লে। চৎনা চৎনা ঐগী থুংফম য়ুম অদু তুংওইনহৌরে। দোন কুইসোতকুম, ফেরি তেল য়াম্না পাবী ঐহাকসু ঐগী স্লিপিং বিউতি থিবা থোরক্লে। ঐগী খোংচৎ অদু য়ুম লৈরমলে য়ুম কাবী, পুখ্রি লৈরমলে ইরোইদুনা লানবী অপংগী চুমদ্রিং খুচৎনি। ঐনা থায়নগী উ পরেং অনিগী মরক্তা চুন্না কাখ্রিবা লম্বীদু য়াম্না চৎনিংই। অদুনা কোলাস থাদুনা নিংথিনা লৈরিবা লম্বীদু চৎত্রে। চুমদ্রিং হেক্তা মীগী য়ুম অমদি ইংখোল ফাও ফাওদুনা লম্বী অদু তন্না চৎলকলে। মসি য়ুরোপতা চৎনদে, অয়ুক ওইবগী মী হৌনদবগী ৱানি, হুইনা চিকপরা থানা য়ৌবরা অমা সোয়দনা তৌরমগনি।

উচিন-নাচিন্না লম্বীদু য়ৌরে। কয়া ফজখ্রে। চেসনত পাম্বী ঙাক্তনি পবেং অনিদু। পাম্বী মখোংদা অকেনবা মনা অমদি চেসনতনা থন্না তারি। লম্বীদু নুংকুপ খজিক খজিক লন্না চায়থোকই। অদুগা লৈখোম খরা খবসু থোকই। মী থোয়না চৎনবা মান্দে। চেসনত পাম্বীসিংদু মপাল পোমবোম পোমবোম মথংগী যেনিংথাগী থৌবাং লোযহৌবে। সুম কাখৎখ্রগা উগী অপিকপা ফমফম মচা অমা থেংনৈ। নুংসাসোব থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা পোখা পোথা চপ ঙম্বা লম্বীদুদা সুম কাখৎলক্লে। হাযনা হাযনা অবিবা মল্লবা কাস্তল অমা উবক অদুদা মযেক সেংনা চোংথোবক্লে। উবক অদুদা নুপা অমগা হুই অমগাসু উবক্লে। হুই অদুনা যৌ যৌ খোংলবই। ঐসু চপ লেপ্তুনা যেংই অদুবু হুইদু মফর্মদি ইহোং হোংদে। অসুম কাখৎলক্রগা সাইন বোর্দ অমদা জর্মন লোন্দা কাস্তল অদগী রাবী অমদি মদুদা পালখ্বা মশক নাইবা নিংথৌগী অযেকপা লৈবস্মী। কাস্তলগী গেত তাবা অচৌবা লম্বী অদু থাদোক্লগা মথক্কী চেকপল যৌবা লম্বী মচা অদু সমদুনা কাখৎলগা মনিংগী চেকপল অদু যেংলুবে। চেকপল মনাক্কী লম্বী মচা অদুগী মতুংইন্না তাসুম লাকপদা কাস্তলগী অচৌবা গেত অদু তাবে। গেত অদুগী মনুংদা চংলগা অদুদগী অমুক লোযবোই কাখৎখ্রগা মনুংগী চেকপল মচা অমা অমুক লানথোকলগা ঐহাক অৱাংবা য়ুম্বী অদুগী মতোন যৌনা কাখ্রিবা উক উক লৈবা সিবি থাকসিং অদুদা কাবা হৌবে। মনুংদা কা মচা মচা লৈবস্মী। কা অমমনা বাবী অমমর্মনি, মুদ অমমমনি। খ্বাযগী মতোন অদুদি অকিবগী মশকনি। ফল্লাং অমদা মী অমগী মবেপ যৌনা ৱাংবা অপিকপা যোৎকী সাবং, মযাইগী উখোং অদুগী অকোযবদা যোৎ অমদি পিথ্রাযগী মযাইথংবা যুগকী হেলমেত। অদুগা থৌববা থাং কযা, তা কযা। লালহৌবা নহা নৎত্রগা মাযথিববা অথৌবা কনাগী সিবগী দগ্তি পীবগদবা বিচাব তৌফম ৱাযেনফম কা ওইনা উই। ঙক হাযফেৎ থিংজিন্দুনা যেংবনি. কুইনা যেংবদা অচিকপা অদুদা অকিবা পোকই। যেংখি যেংখিবদা সা-লানগী মীহাৎ মীপুনগী খুদম মক্তনি। সক্তি পুন্নমক মীওইববু কনবীনবা ঙাকপিনবা সেম্বনি অদুগা ওনর্সিন্দুনা অমুক মীওইববু ওৎপা ঙাক্তনি। লানগী লাঞ্জাবা অমগুম কা খুদিং থুংনা সৎ সৎ যেংথোক্লগা থুনা, যাংনা অমুক চেষ্ণোবক্লে।

ঐনা মখা যৌবকপদা, অনিসুবা চেকপল লাম্বোবক্লগা কাস্তলগী মনুংগী যুম চংলমদাইগী গেত অদুদা থৌবি মচা অমা তিংদুনা লৈবমলে। অদুগা মনাক্তা লৈবা কা মচা অদুসু থোঙ হাংদুনা লৈবমলে। মনুংদা নুপা চহি যাংখৈমুক্কী, মসা থাবপ তৌবা অমা পীসুম সুক্তোক্তুনা সাওবপ তৌনা ফমলম্মী। কা অদুগী থোঙভিন্দা মমল থাবা সাইন বোর্দ লৈরে। মদুদা থাবি মী অমদা মার্ক ৩। মানা কৌবক্তুনা ঐ চংলে অদুগা পৈসা পীযু হাযদুনা তকখৎলক্লে। ঐনা ইচম চম্না খুম্মী--

'ঐ য়াম্না খংনিংদুনা, ইচম চম্না চঙদুনা য়েংলুবনি। ঐদি মীনৌনি। ঐগী পৈসা মখাদা লৈহৌই। লৌরুগে অদুগা পীগে'।

অমুক্কা হেন্না সুক্তোক্তুনা হায়রকই--

'Go away!'

'Yes Sir.'

ঐগী নোকনিংবা উদনবা, নোল্লুকপসু সাদুনা লুকথদুনা খুমলগা থুনা থোরকলে।

ঐনা হল্লকপদা ঐগী লম্বীসু মাংলে। মাংগে মাংলসনু য়ৌরগা লোয়রে খন্দুনা ঐনা থোকপা সুম চংসিলকপদা beware of dog হায়না থাবা সাইন বোর্দ অমা থেংনৈ। মদুদা য়েকলিবদু হুই মচানি, য়েংবদা ফনদুম নুংসি। খরা চৎলগা সংবল অমনা কোয়সিল্লগা য়াও মপী অঙৌবা অচৌবা অমা লৈবম্মী। ঐবু হেক উবদা ফুগ হৌগৎতুনা কন্না খোংলকই--

'বা! বা!'

অদুদগী হুই অমসু খোংগৎলক্লে--

'গৌ! গৌ!'

হুই অদু পুন্দুনা লৈবা উই। ফরে ফরে খোংজহৌরো মপুদুতা উনদ্রগা লোযরে খন্দুনা পরপ পরপ চৎপদা মখাদা লম্পাক মচা অমা অদুগা মতাযদা খোং মচাদু লৈরগা সোরোকতু উরে। ফরেদা খন্দুনা ফন চোংথরগা লম্পাক মচাদু সমলগা সোরোক য়ৌরে।

ঐনা য়ুমদু য়ৌবা মতমদা অয়ুক্কী পুং ১০ তারে। মখোয লোয়না ঐবু ঙায়দুনা লৈরমলে। য়ুম্বদু নুংসা থিদুনা ঐবু থিবা চৎখ্রে হায়দুনা লৈরমদে। মফম অদু থবক ফংদবগী ৱাফম চাউনা লৈবনা মীতোপ উরগা ফুবা-খোৎপা য়াম্না তৌই অদুনা অযাম্বা নুংসা থিদুনা চৎপনি হায়। লান্সনা ঐবু কৌসিন্দুনা ঐগী অয়ুক্কী চানবা পীরে। য়েরুম অফুৎপদু পুমইং ইংলমলে। ঐনা লান্সতা তমলুই--

'লান্স, স্লিপিং বিউতি থিবা চৎলুবনি। অদুগা নিংথৌ মচা ওইনা থেংনরে'!

ঐনা কাস্তল অদুদা চঙখিবদা য়ুম্বী অৱাংবা অদুগী কাখৎফমদা লৈবা থোঙজিন অদুদা পাখং অমা, মীদি হেন্না ৱাংদে, ফুরিৎ অঙাংবা অমা লিৎলগা লেপলম্মী। মসকসু য়াম্না ফজে। মনাক্তা অলসেসন হুইজাউ অমগা। মহাক করি তৌরম্বনো খঙদে। হুইদু পুরদুনা অসুম থোকখি। লান্সনা নোকই--

'উম, নঙদি মখোয়গী মতম অদুদা লৈরিবোইরে।'

ঐগী যুম্বদু হল্লক্তুনা রাবদুনা চৌক্রি অমদা মখোং সাংদোক্তুনা ফল্লবে। মতমদু ঐনা লাক্লতা মখোযনা পৈসা পীযু হাযবকই হাযদুনা তম্বগী মতাং অদুনি। ঐগী রাকথতি মখোযগী পৈসাদু যাম্মনখ্রে অসিনি। জেন্না খুমলকই—

'কাস্তল অদু চহি ৩০ মুক্কী মমাংদা যাম্না চাউবম্বনি। হৌজিক অযাম্বা স কব লোযনা কাযখ্রবনি। মী খবনা হৌজিক মদু সেম্বা হৌবীবনি। অদুগী পেসানি।'

'কবিগী? গোভর্মেন্টনা সেমদ্রা?'

'গোভর্মেন্টকী পৈসা লৈতে।'

ঐ ইথত্তা ঙকই, অসুক চাউববা জর্মনিগী গোভর্মেন্টকী অবিবা থাযনগী ফ্বা দলান সেমজিন্নবা পৈসা লৈতে হাযবা। ঙহাক তুম্মীন্না তাকবগা ঐনা হাযকই

'মদু থাঙ্গৈসেংবা কাস্তল অমনি'।

'হোয় মসিদি অসেংবা কাস্তলনি। কাস্তল অদুদা নুপী অমা লৈবম্মী। মহাক নুপী ওই যগা বাজনিতিদা পানা। যাম্না যাওখি। নুমিৎ চংগী বাজনিতিগী বাফম লোনদুনা অঙম অহৌসিংগী মকমদা যাম্না থংভিল্লব পদনী মাবু ফাবগা কাস্তল অদুনী মহাক্কী কা অমদা, বা। অদুগী অবোযবদা মাগী চৎথাব চৎসিন থান্নবদি সেমলগা বন্দী ওইগনিনাখ। মফম অদুদা মহাক চহি ৫০ লেবমলগা সিখি।

ডিসেম্বর ১৫, অযুক্কী পু ১০ ১৫ চংপা মতমদা জেল প্রাসকা অবোইবা বিদায় পিনদুনা ঐখোয চৎথবকলে। নোংপোব থাম্বা যুরোপ, ঙমখৈবা লোনা মফমসি অসিদি হৌজিকসু অদুম যাম্না ইংনা তপ্পা পাম্লি হাযবা যাই। বাস্তবা অমগা অবোযবদা খুঙ্গং মচা অমগা লৈবা মযাইথংবা যুগকী মওং থাদু ইহোং ওলোংদনা লৈনা উই। হোয কাস্তল অদুদা সক্তি লৈত্রে, ম্যুজিযম ওইনা লৎত্রগা নুংসিৎ নুংসাদা লংথোক্লগা থম্বা ওইবম্বা যাই। অদুবু কাস্তল অমদি অকোযবগী খুঙ্গংগী সক্তম অদুদি মাংদ্রি। যোগনা যুরোপকী থাববা মেপ লাইবিক অমা ফাক ফাকতুনা যেংলগা গাবী থৌতি। হাযবে তাবা পাক ঙমদদুনা ঙহাক লম্বী মাংদুনা উক উক লৈসিন্দুনা লৈকই। লম্বীদা মমিংগী ওইনা লন্চ খবা লৌবগা ঐখোয লেপ্তুনা থৌবকলে।

লম্বীদা লাক্লনা যোর্গতা হংই-

'যোর্গ তুব অসিদা নহাক্কী এক্সপবিযেন্স কবিনো?'

গাবী থৌনা থৌনা যোর্গনা খুমলকই—

'ঐগুম্বা নহা অমদা মসি অঙকপা এক্সপবিয়েন্স অমনি। কবিগুম্বা মতমদা যাম্না ৱাই, অকনবা নোংদা সাৎপা লৈগুমই'।

লাম্সনা নোক্লদুনা হায়বকই—

'যোর্গ, নহাকসু তুব অসিদগী কবি ওনগদৌবমাল্লেনে'।

ঐনসু লাক্নকই

'A flower in the rain!'

গ

ঐখোযনা জর্মনি চঙলকপদা জোযি ফ্লুনা নাখি। লাম্সতগী লৌহৌবৱা খংদে। জোযি, খবা ফবগা লিজাদু অমুক নাখি। ঐখোযনা ভিয়েনা মাযকৈ তমলকপগা লোযননা লিজাসু ঐখোয়বু ওকপা চৎনবা এবোদ্রোম পাংখ্রে হাযদুনা পাউ ফংই।

পাউ অমসু ফংলে, মাওবোসু ঐখোযবু উন্নবা লাক্কনি। ঐখোযনা অহানবা ভিয়েনা থাদোক্লগা ইতালি চংলকপদা মাওবোগী বাবী সান্ন-সান্নদুনা চৎখিবগুম হৌজিকসু অমুক মাওবোগী বাবী সান্ন-সান্নদুনা ঐখোয ভিযেনা তন্নকলে। ঐসু তুম্মীন্না মখোযনা ঙাংনবা তায। ঐ খঙই আওবোসু লাক্কনি, হংদি হংলুদে।

নুমিদাংগী পুং ৭ ৩০ তাবকপা অদুৱাইদা ঐখোয ভিযেনা যৌবক্লে। রেস্টুরেন্ট অমদা কবিনো খবা থক্লবগা ঐখোয অমুক থোবক্লে। থৌবগী চৎপগী লোযবা নাইদে। ভিযেনাগী লম্বী হুন্দোকলগা অতোপ্পা লম্বী অমদা হাযদুনা থৌবা হৌবকলে। কদাযদনো হংবদা হৌজিক ঐখোয কাস্তল অমদা অহিং লেল্লুগনি, তাং ১৭তা ভিযেনাদা হনগনি হায়বে। ঐদি ইঙক ঙকই। তাম্না উবা ভিযেনা সহবগী থাংমৈসিং ঙক থাঙ্গৎতুনা মুনা মুনা যেংলুই। উনা উনা তামহৌবে। সহবগী মতাযদা উমং ৱামং ফাওদুনা গাবী অদু পংথৌদা থৌই। কবিনো মংলাক্লবদু ঙাইবে। কনাসু বা ঙাংনদে। লোযনা চোকথনবে। পুং ১২ গী খ্বাদগী সাংবা খোংচৎনি। লাম্সনা অমুক্তং হাযখি

'থৌবাংখ্রেদা।'

নংদাংগী পুং১১ তাবমলগনি ঐখোযগী ভান্দু ইচিক চিকপা মফম অমদা খামলে। রেসিনখিবদা অচৌবা অৱাংবা যুম অমা, লম্বী মযাদ লবা ইমম মম্না চৎকপল অমগী মনুংদা উই। যুম অদুগী মমাং ওইনা মৈ থানবা অচৌবা যুম অমা।

য়ুম অদুদগী মমাংথোঙদু সিরি অমা কাখৎলগা মনুংদা চঙলে। অহানবা চংখিবদা কা অচৌবা অমা লৈরম্মী। কা অদুদা ফিয়ানখোক অসাং অসাংবা অনি অহুমদা মচু মচুগী ফুরিৎ ময়াম হেঙ্গরদা য়ান্দুনা লৈরি। চবৌ চবৌবা ইনান নান্দবা লৈমায়দা বং অঙাংবা অসংবা খরসু ইচায় চায়রি, ইতৈ তৈরি। করিনোনে মশিবু লিলা দ্রামা তৌফম হোল্লনে! মথংদা অমুকসু সাংলবা চাউরবা কা অমা ৱাংলবা সিলিং, মদুনা অমুক লৈমায়দু সিং নালহল্লি। চাউরবা কাদু ফাওদুনা চংলগা মনুং ওইনা লৈবা মফম অদুদা চাফম তেবল লৈরি। তেবল অদু অমুক লানথোক্লগা ফক্লাং খম থেংনা লৈরং অমদা মৈ হৌরি। মৈফমদু ইকোয় কোইসিন্দুনা সোফা খরা থারি, ময়াইদা তেবল মচা অমগা। সোফা মরক অদুদগী ইথা থাজদনা মাইক আস্তীন ইৱাং ৱাংনা হৌগৎলক্লে, অদুগা ব্রিজিতসু!

'Hi, Memchoubi!'

ঐনা মখোয় অনিবু উবদা ঐগী মায়থোংদা মানা করি উখ্রবা নৎত্রগা নুপী অমা য়াওবদুনরা, মাইক লেপলিবা মফম অদুদগী খোংথাং অমা হেঞ্জীলক্তে, ৱাহৈ অদুতনদি মতিক চাদবনি কুইরবা তুংদা ঐখোয় অমুক হন্না উন্নবনি। নোকপবুদি নোকলগা ঐসু ব্রিজিততা ওইনা ওনসিন্দুনা খুৎ সোক্লরে, কোন্নরে। তুংলোমদগী লিজা থোরক্লুনা ঐবু কৌরবে। মখোয় লোয়না হুন্দোকলম্লগা ঐদি ঐগী জোয়ি থিবা থোরকলে। থোঙজিন ময়াগী কাচিন অমদা অনেম্বা তেবল মচা অমদা জোয়ি লেপলগা পেন্সিল অমা পায়দুনা খোরী যান্না কন্না খোৎতুনা লৈরম্মী। মাগী তুংদা লান্স লেপ্পী। মচানুপীবু য়াম্না নুংসিনা য়েংবসু নত্তে। করি তৌবিবনো ঐ খংদে। ঐনা 'জোয়ি' হায়না কৌবদা মীৎচিনফাও য়েংলক্তে। ঐনা খুউ খুদক কুনথদুনা সন সাদুনা মাগী মনাক্তা, মখজায় ময়াদা চংসিন্দুনা কৌরুই—

'My darling, my beauty, my little Zoe!'

লান্সতো নোকলকই। পেন্সিলদু লংথোক্লগা জোয়ি চোংসিলক্লুনা ঐগী ঙকসমদা কোল্লরে!

য়াম্না থুনা ঐখোয় মযাম চাফম তেবলদা ইকোয কোয়না ফম্মীন্নরে। মাইক ঐগা হেক মায়োক্লনা ফমলরে। মায়থোং মকই, পুক্সীনা পীক থনবা মাইক মঙাম সামলে, মযাংসু কংসিলমলে। ও! থল্লুবদা মমই, সিরুম নারম য়াম্না ৱানা ভিয়েনাদা থুংলখি। পোকপদগী উনদ্রিবা, ঙৌরোক ঙৌবা, ফুত তক্কমুক বাংবা, অসংবা ফজবা মমিৎ, হরাউ তযাম্বা মায়থোং ঐবু হরাও হবাও ওর্কখি। মাগী থোজাল হেবা মীংয়াং খাদা উকম খাজক ফংজখি। মীবুপ হরগী মমাংদা ঐনা ব্রিজিতপু হনাওনা ওকলগা মঙোন্দা য়েংখিদবা নীংঙমদবা পোক্লকলে। তেবল ৱাংমদগী কৌরুই মনমসু লেতনা -

'মাইক।'

মহাক ইচম চন্না নোকলকই, ঐনা কৌবগী মরম খংলবগুম। ৱাদি করিসু খুমলকতে। ঐনা মখা সমথরুই-

'নয়াং য়াম্না কংলে, কৈদৌরে। নারবরা।'

লিজানা খোয়দৌ সিক্লা খুমলকই—

'অহিংদা রাস লিলা সান্নদুনা লৈথোক্লে। তুম্বদি তুমদ্রে, কৈদৌনা কংলোয়!'

মহাক্কী পীসুম হায়ফেৎ সুকখি। করিসু খুমলক্তে। মাগী মনাক্তা চারিবী ব্রিজিতনা ইক আক তৌদুনা—

'নত্তে,... আ... আ।'

হায়রগা ৱা মখা তাবা ঙমদদুনা তোকখ্রে। ঐগী ৱাহং অদুগী পাউখুম পীবা মাইক লাকখি। মদুদি মথংগী নুমিদাংদনি। ঐনা লিজাবু য়েংখি। মসিবু কৈদৌরজাৎনো! নারুবনরা, মমাই মমিৎসু ইঙাং ঙাংই। তেবল মকোক অদুদা ফমদুনা মহাক চারম্মী, নে তানা। অদুগা লাঙ্গতী! সোফা মরক অদুদা মচানুপীবু সোফা অমদা অমক থাঙ্গৎ অমুক থাংদ, সান্নমীন্নবগী ময়াই অমদি নুংঙায়বা য়াওদনা মচানুপীগা সান্নমীন্নবি। ওষ্ঠোকপনি অয়ুক পুং মাপনদগী হৌগৎলগা ভান অদুদা হৌজিক্তা নুমিদাংগী পুং ১১ দা থুংলবা মপুরোইবা অসিবু লুনা নুংসিনা তৌবীদুনা পীজ পীথক তৌদুনা, পোত্থাহনবদা নুপীগী ইজ্জৎতা কৱি সোক্লবগে! মখোয়গী কলচর অসিবু করিনো, চীংনুং-মানুংদগী থোরকপী ঐনা কৱি খংগনি। কনানো অমনা করিনো অমা হায়বদা লিজানা খুমখি—

'ঐদি হৌজিকসু নারিবনি, ফৎত্রিবনি'।

ঙসিগী লম্বীদা লাঙ্গনা হায়খি— 'করি, গ্রাজদা থেংনবা নুপীমচাদো'?

'ব্রিজিত'?

'হোয়নে, মহাক অদো হৌজিক মাইক্কা লৈমীন্নরে'।

পাউ অদু ঐঙোন্দা করিসু অঙকপা ওইখিদে। ঐনা ব্রিজিতপুসু য়েংখি।

ঐনা অহানবা ভিয়েনাদা উখিবা মমিৎনা নোকপী, ইচম চম্বী নুপীমচা, অদুগা গ্রাজদা উখিবা তৌফম খংদবা অৱাবনা লাইহৌ হৌরবী, লম্মাংনরবী নুপীমচা অমগী অৱা খোন্থাং ইরোইনবা মখোঞ্জেন অদু নৎলমদ্রে। য়াম্না থুনা য়াম্না হোংলমলে। মহাক্কী

মমিৎ অমদি মচিনবান্দা মোমোন নোকপগী মমি তাবমদ্রে। মচিনবান তপ নপসিন্দুনা মমিৎ মিৎফম হোংদনা সবাক তম্না চোংসিনগদবগী ফিভম সেমলিবা হৌদোং অমগুম যেংবা মীৎযেং অমা উখি। অদুগা মহাক্কী মাযথোংসু কনসিলমলে। মাগী ভিক্তিম ওইবগী মতম লোযখমাম্রে।

মাইব অমদি ঐগী মদক, তেনজগী অবোইশ মকোক অদুদা অহল ওইনবী মী পীকংক তৌবী, খোং নাম চাংলপ তৌদুনা চৎপী, মসম পুমঙৌ তৌনবা অমা ইচম চম্না নোল্লগা ফম্লে। মা ভসাইদগী ঐখোযগী চান্নবা সিন-লাংদুন লৈবর্ম্বনি লোযবদুনা খবনং চানবা ফমলবনি। ঐখোযগী অবোইবা থুংফম অসিগী অসিন অবাং ওইবিবা সাসানা মহাকপু ঐঙোন্দা মসক তাকই

'মহাব যুম অসিগী মমানি। যুমজাও অসি তেক্সটাইলগী স্কুলনি। নহাবোল মযাম সিদ আর্ত অসি তম্না লাকই। মহাক্না মযাম অদুবু তাকপি তম্বীদুনা লৈবনি।'

ও ও ফি মযাম লেহৌনিবসি অদুগী ওইবে' ঐদি ড্রামা হোল্লা। কবিনো হাযদুনা হল্লুবে।

সাসানা মহাবপু যুম অসিগী মপুনি, যুম্বুনি হাযখিদ্রিবদু কবিনো ঐ ভাব তাদে। লান সংনা তাকংলগা, মাগী মযামব সেবা তৌবা ইচম চম্বা মতৌ অদুনা এনসু মানু যান্না লৌখি অদুবু ফংম্মীন্নদুনা চাম্মীন্নবা মতম অদুদা ঐনা মানু যান্না নক্না নুংসিনা লৌজবদি ওমহনখি। সাসাগা লৈসাবী চহি ২০ গী মথক ওইগদবী মসক যান্না চওখোলবী অনিখকসু লোযনবকখি। 'অমদি মাগী গার্ল ফ্রেন্দনি। অপিবানা, যোগা. সাসা অমদি লৈসাবী অনিদুগা মখাদা তোঙান্না লৈবা সওতপ অমদা পোখাবা চৎখ্রে। মাইক অমসুং ব্রিজিত চৎমীন্নখ্রে। অদুগা লান্স অমদি লিজাসু কদাযদনো অমদা তুমগনি হাযদুনা চৎখ্রে। ঐগা হনুবী অদুগদা ঙাযহৌবে।

ঐনা লমসাং লাকপগী যি নৌথোক্লগা ফনেক অমা হোংদোকলে। ফনেক অদু ইমানা সাবনি। ঐনা মচুদু পাম্মী হাযবদগী ঐগী অমা পীবকপনি। বান প্লাই অঙাংবদা খেংদনা মুসিনবনি। ফনেক অদু উবদা হনুবী অদুনা 'বা ' মচুসিদি'। ফৈজুপ ওইনবা কবুইফি অচৌবদু পুখোবকপদা মা ঙাওখ্রে। ফিদোন্দা হাপলিবা সবোংদু মখুৎনা নান্দুনা যেংদুনা লৈখ্রে। ঐনা 'মসিদি ঐখোযগী ফি নত্তে, অতোপ্পা ব্রাইব অমগীনি, মখোযগী অযাবা যাওদ্রবদি নঙোন্দা পীথোকলম্বা ঐ ঙমলোয'। মানা ফিদু লৈজহৌবগে সিনি। ঐদি ঙাংনা ঙাংনা ফমুংদা কাখৎলে। মানা তপ্পা তপ্না নাপল অমদি চাউথোকপা যাওদনা হাযবকই—

'গোভর্মেন্ট কযানা মখোযগী তেক্সটাইলগী অচৌ অচৌবা মফমদা ঐবু যার্ত্তন তৌদুনা কৌবিবনি'।

মানা ব্লারী কয়া লিরকই— মরুওইনা মহাক্লা ইন্দিয়াদা খুঙ্গংগী ফিসাবিসিংগী মরক্তা চহি তরামরি হনগৎ-হন্দা চৎতুনা ফিগী ময়েক তম্বগী ব্লারী। ঐনা খল্লি- ও! অদুনা ওইরে। হেরী ওইগেরা অমা ওইরো ভারততা কুইনা লৈরম্বা অমদি লাকলম্বা য়ুরোপিয়ানসিং অসি মখোয় অতৈদগী খরা তোপ্পী, নোপ্লুকই, চম্মী। ইতালিদসু নুপা অমা থেংনখি, য়াম্না নোপ্লক্লা মানা ঐঙোন্দা 'নম্মস্তে' তৌরকই অদুগা হায়রম্মী—

'ইন্দিয়াদদি মচাসিংনা মমা মপাবু ওন্থোক্লা ব্যাভার তৌনা নুংসিনা লোয়নৈ' কদায়, য়ুরোপতদি মদুগুম্বা অমতা লৈতে'।

'ঐখোয়গী য়ুরোপতসু ফিগী ময়েক য়াম্না চাউখৎলম্বনি। ঐখোয়না শৌওইদবদগী লোযনা মাংখ্রবনি। ঐনা মাংখ্রবা ফি ময়েকসিংগী লিখুন লিনবা তোৎনবনি'।

মী ফমফম কা অদুগী হেক মথক্তা যোংকৈ কৈনাক মচা অমথক উক উক্ত লৈবগা কাখৎলগা লৈবা মাগী তুমযম কাদা মহাক কাখৎখ্রে। ঐনা চর্চমুক চাউববা হাংলবা কাজাও অদুদা ইতোমতা হিপহৌরে। তুমথবদি যাদ্রে।

ঐনা মনুংথংবা কাজাও অসি চংলকপদা নোয় পেল্লবা হৌদোং খব। উখি অয়াম্বা যুবোপকী ইমুংদা হৌদোং চংহন্দে। জেরুসলেমদা হৌদোং ভারী অমা উখোং ব্লাখোংদা লৈহৌই। নোয পেল্লবা হৌদোং খরা ইমুংদা উবদা থম্মোয়দা ফাওখি - য়ুম্বু অসি মবুক মপাউ ফবী অমদি মীনুংসি চাউবী অমা ওইগনি। হৌদোং অমদি ঐগী ফমুংদা কাখৎলক্লে। ঐনা সু সু তানবদা তাবা য়ুম্বু অদু অমুক কুমথরক্লুনা হৌদোংদু মথংগী কা অমদা থাদোকলুরে।

অদুগা ব্রিজিত! মহাকসু ঐনা অহানবা উখিবসি ভিয়েনাগী রিদিং অমদনি। অহানবা উবদা য়াম্না নহা মানখি অদুবু কোন্না খংলকই মহাক চহি ৩০ দগী খরা হেন্দোক-হেঞ্জীন ওইরম্বা য়াই। মসক মতৌ পংব্লাৎ ব্লাৎপা নত্তে, য়াম্না চিংসিনখির্বদি মাগী খোঞ্জেল অদুনি। ভিয়েনাগী রিদিং অদু লোয়রগা রেস্টুরেন্ত অমদা চাবা মতমদা মাগা ঐগা থংননা ফম্মীন্নখি। মহাক্লা ঐবু য়াম্না নক্লা হাম্না খঙনখ্রবগুম লোয়ননবা হোৎনখি। মহাক্লা মাইক্কী মনাক্তা নক্লা ফমজিন্দুনা তংখায় অমা থক্লবা য়ু অঙাংবা গ্লাস অমা মাইকতা লানখি। মাইকনসু মদু নোক্লদুনা থর্কখি। হনবা মতমদসু মহাক মাইক্কা হনমীন্নখি। মহাক গ্রাজদগীনি, ইংলিসকী ওজানি। ঐগী সৈরেং খরা ফোংলমলিবদু নত্তবা পানিংবা অতৈ খরগা লৈবদগী ট্রান্সলেসনগীদমক মাইক্লা মঙোন্দা সিন্নখি।

ঐখোয়না গ্রাজদা থুংলবদা, অয়ুক অমা মহাক ঐবু উম্নবা লাকখি। মাগী ত্রান্সলেসন অদুদা ঐগী ইতেং দরকার ওইখি। মহাক্না মপুরোইবগী ৱারী লিবমখি—

'মহাক্তী নুপীগা মুক্নদুনতা লৈরে। ঐদি চোকথরবনি অদো হৌজিকসু ঐনা মাবু অদুম নুংসিরি'।

ঐদি ঙক্কবা ঙমদে, কদোমদগীনো মপুবোইবা অমা থোরকলিবা অসিনা। হোয মাইক্কীসু গার্লফ্রেন্দ অমা হৌজিক লৈ, পুন্নদি লৈমীন্নদে। মহাক্না মহাক্কী ৱাবী যাম্না জিখি। মদুগী মমাংদা নুপী অনি লুহোংলগা খাযনখ্রে। নুপী অহলনা পোকলম্বী মচানুপী মহলদু আমেনিবাগী ওপ্লাহামদা মচা অমদি মপুবোইবগা ইংনা যুম্বান্দুনা লৈবি।

নুমিদাংবাই নিদিং মথমদা মী তিনবা হৌগৎলবপদা ব্রিজিত থুংলখি। মখুং অদু পাখকবদা নাইহৌ হৌবিবদু থে নবকই। ঙাইঙমদনা হংলুই

কৈদৌরে'ং

'ইংথম চল্লে'।

কবি হাযনা।

খুদক্তা ঐনা মাল্বু ইনাক্তা চিংসিন্দুনা ফমহল্লগা কবুই ফিজাও অদুনা কোনসিন্দুন ইনমীন্নবে। মখুৎ অদু ঐনা চেজেং পাযসিল্লি। ঐগী ফি মনুংদগী মানা হাযবকই-

'মেমচৌবী মহাক ঐগী হাসবেন্দনি'।

কবিনোনে হাযবিবা অসিবু, যেংখৎখিবদা নুপা নহা অমা খজিক্কুং চৎথোকলগা লেপলম্মী। ঐনা যেংলুবদা মমিংতা ওইনা হাযফেৎ নোকলকই। অদুগা হোয মাম হাযদনা ঐখোযগী তুং ওইবপনা ফমথখি। ব্রিজিতনা মঙোন্দা হাযফেৎ যেংলগা হাযবকই—

'লাপ্পা ফমখিনু'।

'লাপ্পা নত্তে'।

ব্রিজিত ঐগী ইন্টর্বপিতব ওইবা লাকপনি। ঙহাক লৈবগা ইংবা খবা ফবে হাযবদগী ঐসু হৌগৎত্নুনা ফমফম অমদা ফমলুই। নুমিৎ অদুসু ঐ ব্রিজিতকা বাখলদা মমখি। বিদিং লোযবে, সাংলবা গুদবাই হাযনবা লোযবদুনা থোবনপদা তেবল অকোযবা মচা অমদা ব্রিজিত মী অনি অহুমুক্তা ফম্মীন্নদুনা লৈবম্মী। মাগী হাসবেন্দ অদুদি উদে। ঐবু উবদা ব্রিজিত ফুগ হৌগৎতুনা হায়বকই--

'মেমচৌবী, ঐগী হাসবেন্দদি চৎখ্রে। ঐখোয় হৌজিক লম্বী তোংঙাম্নরে'।

মথংগী অয়ুক অদু ঐখোয়না চৎলমদাইদা মহাক গুদবাই হায়বা লাকখিদ্রে। মহাক্কী মায়কৈ লম্মুকনরবী কনাগুম্বী অমগী খোঙ্গাং চেনবা বাহৈসিংদু নিংসিঙদুনা লৈখি। থ্রাঙগী অবোইবা অয়ুক অদুদা ওঙ্গোক্লা নোকনিংখ্রবা থৌদোক অমা থোকখি। অপিবানাদো বারদগী অহিং থেংনা হল্লকলগা থোঙ লোনবা কাউদুনা লোলমদ্রনা ঙাংনি। অয়ুক ঙন্না হোৎনে হোৎনে হৌগৎলগা ফম্মাংদগী খোংমোজাদু লৌখৎলগা মখোংদা উপসিনবদা উরক্লে, মদু মাগী মোজা নত্তে। তাঙ্গো অদুদা নাখোকপা অমা তাবক্কুনা ফৈজ্ঞপ চিংখৎতুনা যেংলুবদা নুপা অমা তুমদুনা লৈবমখি। অপিবানানা হায়খি—

'নুপী ওইবমলবদি ফগদবনিনে'।

কনানো অমগী খোংথাং তারকই। ঐনা তুমলিবা য়ুমজাওদু থোঙকা পুনা পানবা ওং নত্তে। মীৎ পাংথোক্কুনা যেংবদা উবে য়োর্গনি। যোগনা মানা পায়রক্লিবা তোচ অদুনা মমাইদুদা কাপসিন্দুনা মীকুপ অমা লেপ্পী। মহাক য়োর্গনি হায়বা তার্কলিবা ওইবমাল্লে। ঐনা নোকনিংবা ফাজিন্দুনা হায়কই, 'খংলে'। অদুদগী তপ্পী তপ্পী চাকসংদগী প্লাস খবা পুরগা থোকখ্রে। মখোযগী কাংবুদু য়ু থক্কদবগী তৌবিঙাংনি। য়ুরোপকীদি অসিনি,সুবা মতমদা চপ চানা সুবগা পোত্থাবা মতমদা পেন্না পোত্থাবনি নুমীৎচুপ্পা অমা গাবী থৌববনি ব্বারমলগনি।

অমুক উইথবা হৌরকপদা য়োর্গনা থোঙ হাংদোকপদা চংহৌবা ওইবমাল্লে, হৌদোংদু অমুক কাখৎলক্লে।

ঐ ঙসিদি খরা হেন্না সাংনা তুম্বা তুমদবা হিপনিংবনি। ঐনা হিপলিবা মপা চপ চানা য়ুমথক্তা ফাৎপা মীংসেনগী থোঙনাউদগী নোং হেক ঙানবগা মঙালনা ঐগী মায় চপ চানা ফুথবরে। মদুগীসু মথক্তা হযিং খরসু মায়দা ঙ্রোং ঙ্রোং ইল্লবে। ঐগী ফমুংদু চাফম তেবলদুগী হেক মনাক্তনি। মবক্তা যাইঙংলা মানবা অসংবা মনাগী অচৌবা গমলা অনি লৈরি। অহিংগী মতমদা মখোয় গমলা অদুদা তোংদুনা লৈরুবা ওইবমাল্লে। য়াহৌ ঙনবী হনুবী অদুসু হৌগৎলক্লে। ঐসু তুমসিৎ ফাদনা পোত্থাফম খংদনা পোত্থাবা লোয়সিন্দুনা হৌগৎলে। ঙসি অয়ুক্তি মাওরো অমসুং আওরো লাক্কনি।

ঐ মহৌসানা লংফৈদগী ফি অমোৎপা পুরকন্দে। য়ুম য়ৌরগা নে তানা পোত্থাবা পামজৈ। য়ুম হনবগী অহানবা থৌরাং ওইনা ফি অমোৎপা অরৈবা মখৈ থাংদোকলগা লোয়না সুদোকলে। চাকখুম মৈ থাগৎপদি হনুবী অদুনা হৌখ্রে। মতমদি ওইরবনি। লিজাগা লাম্সকা ঙহাক ওইরে থুংলখিবা। ঐনা ফি সুরিঙৈদা লিজানা ঐবু থিররে লুজ্রেন্দা মাংহৌরবা ঐগী লিক অদু পুথোরক্কুনা খুবাক্তা হাপলরে—

'নখোয়না সুইজলেন্দ থাদোক্লুনা চৎখ্রবা মতুংদা লিক অসি লুজেন্দগী নুপী অদুনা ঐঙোন্দা থাবকপনি'।

ঐ থাজবা ঙমদনা মিকুপ খবা লিক অদুদা যোদুনা লৈব্বগা মখাদা সংতপ অমদা ভোঙাল্লা লৈবা অপিবানা অমদি যোর্গকী কা তল্লা পবপ পবপ কুমথদুনা চৎলে। থোঙজিন্দা লেপ্লুনা কল্লা কৌকই-

'অপিবানা অপিবানা।

লিক অদু মাংখিবা চযোল অনিমুক লৈবগা লো'মা অপিবান'না ঐঙোন্দা হ'খি-

'মেমচৌবী, নঙগী লিক অদু সিদ্রবদি কৈদৌবে'

ঐনা নুংঙায়তনা খুমখি

অপিবানা, মদু ঐঙোন্দা হ নন লনু ঐ যাম্না নুংঙাযত্রবা জানি

'ঐ মাংখ্রবনে''

অপিবানানা খুনা থোবল্লগা ঙকনা ইমাংদা ইচাউ চাডনা লেপলবে-

ৎ যেংঙ, লিক আস। লিজানা হৌজিক্তা ঐঙোন্দা পিববনি'।

মঙাক্লা হবা ওবনা মমায মমিৎ ইচোন চোনবমখৈ তৌফম খংদনা হাযবকই

'মেমচৌবী। মদু অমুক নঙক্তা সিজিন্নো।'

'Sure' (My dearest big brother')

ফি সুবা থুনা লোযসিন্দুনা ইক অমুক পবপ পবপ লুজবগা সমকা অমতা হাৎতনা ফি হান্না হোংদোকলে। ঙবা, অহিং সাসা অমদি যুম্বুগা কেন্তীক্কী অবিবা লাইনিংগী রাবী খবা সান্নাখি। লাইবিকসু লৈ হাযখি। তাঞ্জা অদুদা যম্মু অদুনা ঐগী লুখুমদা লৈবিবা লাইবিক্কী বেক অদুগী মথক্তা অচৌবা অথাবা লাইবিক অমা ঐগীদমক থম্মীবম্মদু উবকলে। তাপ ফাক্লুনা যেংবা হৌবতা ঙাযবি, তুং ওইনা হনুবী অদুগা কনানো অমগা গুদ মোর্নিং হাযনবা তাবকই। হন্না যেংথোকখিবদা আ ওবো রা অমতা ঙাংদনা মোমোন নোক্লুনা চংসিলক্লগা পাম্বোম তিংথোক্লুনা লেপলবে।

মাওবোসু যৌবক্লে। ঐবু হেক উবগা— 'We are so happy to meet you again''

মাগী বেগওগী মাইকেল এঞ্জলোগী 'লা সিসতিনা কাপ্পেল্লা' গী পেন্টিং যাওবা অচৌবা লাইবিক অমা ঐগীনি হাযদুনা ঐঙোন্দা পীবরে।

আওরো মশক নাইবা আর্কিতেক ইঞ্জীন্নীয়ারনি। সোফা মনাক্তা চংসিন্দুনা কা অদু সিন থুংনা য়েংলুরগা য়ুম্বু অদুদা ওনসিন্দুনা হংখি—

'মনিংগী থোকফমদি কদায়'।

করি করিনো খরা মখোয় অনি ঙাংনখি।

ইমুং অদু য়াম্না ফজনবা পোৎ-চৈ য়াম্না পৈসিন্দুনা ফজহনবা নণ্ডে, মকা ফোংদনা কেরগা মতোমতা ফজরবনি। মদু মহাক উখি।

ঐগী হিপফমদা লিজানা হৌজিক্তা পুরকখিবা ফোতো ময়াম অমা চায়দুনা লৈরি। ঐনা মদু য়েংদুনা লৈরিঙৈদা আওরো অমুক লাক্লে। ঐনা য়াম্না হংগোয়না ঐগী ফম্মাংগী চৌক্রি অদুদা ফম্বীয়ু হায়জবদগী ফমথরক্লে। মহাকসু ফোতো য়েংবা য়াওররে। অবাং ইতালিগী ক্রনিক্তা, অহানবা উন তারকপগী সংত্রিক সংবা ফাইরগী মসাদা ঙৌরোক ঙৌনা সন্দোক্তুনা তাবদু ওয়্যেক্লা ফজে। ঐনা ফোতো নমখিসি হায়বদগী গারী খামখি। ঐনা ফোতো নম্বা হোৎনরিঙৈ মাওরো অমদি অপিবানানা অঙাওবা নুপামচাগুম উনগী বোল সেমলগা থোমনবা হৌরকখি। উন মবক অদুদা ঐখোয় ফোতো খরা নম্মীনরকখি। ফোতোসিং অদুসু য়াওবি। মহাক্লা তুম্মীন্না মথং মথং য়েংই।

ঐখোয়দা হৌরমদনা মখোয় লোয়না ব্রেকফ্রাস্ট চাবা হৌনরমলে। তেবল মকোক অদু কনাসু ফমলমদে। মনাক্তা চৌক্রি অমা হাংনা থম্বীরম্মী। ঐদি চারা ব্বানবদা সঙ্গোম খরা যাম্না পামজৈ। মখোয়গী চা নৎত্রগা কোফি। ঐগীদি থকনবা চানবা ইব্বাৎ ব্বাৎলমলে। বন মথক্তা থোইদিং চায়সিনবা অমা লৌখৎতুনা চাকবদা মনম অদো, য়ুম নিংসিঙলকখি। চাবা লোয়দুনা হৌগৎখ্রগা সাসানা লৈরংদা সীং হাপচিনখিবা উই। ঐদি ইংবনা লোয়রে। ফি সুকবগা, সম চোৎপগা, বন অদু পায়রগা মৈগা খ্বায়দগী নক্কবা সোফা অমদা ফমলুরে। লাক্স অনোক অমুবা অদুগা নে তানা ফমলদুনা ব্বা ঙাংদনা নোকফেৎ নোকফেৎ কুম্মৈ য়েংলি। পুন্নমক কুম্মৈনি মঙোন্দা। মাওরো মাগী মনাক্তা ফমখ্রে। আওরোনা ঐগী ইনাক্তা। ঙসিদি মাওরো য়াম্না কেনা লাকই হায়বা য়াই। চোরফোন মপালদা অমেংবা সামতু ফুরিৎ অমা লিৎলকপা অদুনা হেন্না ঙৌথোকলে অদুগা নহাসু ওইথোকহল্লে। মহাক রিভোলুসন্নরীগী ফিজেৎ সেৎলি, অমুক্তা সুত সেৎপা উদে। ঐনা ফাগী ওইনা অসেংবদু হায়রুই—

'Mauro, You are handsome!'

মোমোন নোকলদুনা ফজরবা য়া পরেংদু উৎলদুনা—

'You are not the first woman to say that!'

ঐঙোন্দা মহাক্কা পীখিবা লাইরিক অদু হন্না লৌরগা প্লাস্তিক নপসিন্দুনা ফাজিলকইবা অদো লৌথোক্লগা আওরোগা পুন্না সোই তৌমীন্নরগা অমুক পুরক্কুনা পীররে। হাংদোক্কুনা য়েংলুবদা ইরম্মী—

When you open the book

you will feel all the wrmth

of our love

Mouro

Auro

Words from the Edge 2000

মনুংগী লমায়সিং হাংদোকলুবদা মাইকেলনা রোমগী চাউরবা চর্চকী সিলিংদা য়েকখিবা বাইবলগী লাইবোনসিং মথং মথং থোরকই। পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং নৌৱাগুম মায়কৈ ফিজেৎনবা অদাম, মাগী খুদোম্বীদা ঈশ্বরগী খুদোম্বীনা সোক্লগা থবায় হাপ্লীবা . .। আওরোনা অহল ওইরবা চীং-লেম্লবা ঈশ্বর অদুদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়রকই— 'মাইকেলনা মসি য়েকপদা চহি ৪ চংখি'। অদুদগী ইভ, চাহৈদবা হৈরাং, অমদি দগুি। অরোইবদা লাইগী লৈবাক্তা ঈশ্বরগী অরোইবা ৱায়েন।

তেবলদা লিগী থুমোক মচা অমদা হৈজুগা খরগা লৈবাক হৱাইগা থন্না য়াওদুনা লৈবি। আওরোনা লৈবাক হৱাইদু খোকল খোকলগা চাই অদুগা অখোকপদু ঐঙোন্দসু অসুম হাপলকই। মানা হাপলকই হায়বা সারদুনা ঐসু খুৎ অসুম তিংথোকলুই। অদুদগী মহাক্কা ৱাদি ঙাংদনা নোকফেৎ নোকফেৎ লৈবাক হৱায় মকু হাপচিল্লকই! Words from the Edge গী কাংবু অসিদি নোরমেন তাবা মী অমতা হেক য়াওদে, ফাগী পুবা ঙাক্তা।

মৈ মনাক অদুদা কুইনা ফম্বা য়াখিদে। মখোয় অহুম কদায়দনো করিনো চান্ন-থরুম্বা খরা লৌরুনি হায়। সাসাগা ঐগগীসু প্রোগ্রাম লৈরি। নুপা অহুমদু হৌগৎখ্রবদা লিজানা তপ্না চংসিলক্কুনা থুমোক মচা অদুদা য়েংলৈ। লৈবাকহৱায়দি অমতা য়াওরমদ্রে।

মপান্দা নুংসিৎ য়াম্না ইংই। উন মকুপ মকুপ চুথরি। মপান্দা চৎপগী ফি হোংদোকলে। য়ুম্বুদুনা মাগী জেকেত অথাবা অমা পুথোক্কুনা পীরে–

'য়াম্না ইংগনি, মসি লিংখো'।

চান্নবা য়াম্না ইংলম্মী, মাগী জেকেত অদু য়াওরমদ্রবদি ওম্মোক্লা ৱারমগনি। য়োর্গনা ভান্দু থৌরে, অপিরানাসু য়াওরকই অদুগা সাসাগা পুন্না ঐখোয় মরি থোরক্লে। কোম্মোংদা লাক্স, মাওরো অমদি আওরো হল্লকপা থেংনরম্মী। ঙরাং নুংদাং লোয়বা খম্বা নাইদনা থৌরকখিবা লম্বী অদু চীংখোংদা চেনবা তুরেল অমগী মপান্দা থেক্লা খোয়না ওম্মোক্লা ফজরম্মী। অসংবা নাপীথক্তা উন মকুপ মকুপ সীংগাবৈগুম চায়খরি। লোযরোইবা চীংমায়দা পাক্লবা লবুর্কসিংনা লোযবা খম্বা নাইদনা সন্দোকলি। চীংদোন অমদা মচি মচিদা তেকথববা অমনবা কাস্তল অমা লৈহৌই। সাসানা হায়রকই—

'ক্রুসেদ হল্লকপগা মখোয়না কাস্তলসিং থুগায়বা হৌবকখি। কাস্তলসিং অসি অতৈ অতৈ হিবমগীসু অচৌবা মফর্মনি হায়বা মখোয়না খঙই'।

মিদল ইস্টতগী হৌবকপা খৃষ্টান ধর্মনা য়ুরোপকী য়েলহৌঙেদগী লৈবকপা লাইনিং, লৌসিংগী পুবৈ, কলা অমদি পুন্সী মওংদা লান্দাবকপা অদুনা পুনকখিবা ফলগী ৱাবী ঙরাং নুংদাং অথেংবদা সাংনা বাবী সান্নখি। কেন্তকী অরিবা লাইনিংসু মক ফংনা থুগায়খ্রবনি। জর্মনিগী নিংথৌ অমনা হান্নগী লাইনিংগা মরি-লৈনবা, য়ুরোপ সিন থুংনা হৌবম্বা ওক পাম্বী অসি তক্কুনা যানগৎখি। ঐগী য়ুম্ব অদুনা সাসাগী ৱাবী ময়ামদু তাবগা ইংনা হায়রকই—

'মরুভূমিদগী হৌরকপনিনে ঐখোয়না চৎলিবা খৃষ্টান লাইনিং অসে'।

সাসানা হায়খি, মফম অসিদগী খবা চৎলগা থায়নগী অরিবা নুঙ খরা লৈরি। থায়নদগী হৌনা হৌজিক্কী নুঙসিং অসি ইরাৎ-থৌনিগী অরুবা মফম ওইদুনা লৈবকই। মসি মরুওইনা কেন্তকী অরিবা লাইনিংগসু মরি লৈনবগুম তৌই। হৌজিকসু লেমহৌরিবা, অরিবা লাইনিং ঙাকলিবা কাংবুনা মরক মরক্তা লাক্কুনা ইবাৎ থৌনি পাংথোকলি। পোপবু কিবনা থবকসি মকা ফোংনদে। নুঙসিং অসি পুলপ্পা য়েংবদা স্ক্রোপিয়োন মাল্লি। . ঙসি ফাওবা নুঙসিং অসিগা থায়নগী অরিবা লাইনিংগা লৈনবিবা মবি অসি কনা অমতনা ইদ্রি'।

হায়রিবা নুঙসিং অসিনি ঐখোয়না য়েংলুগনি হাযদুনা লাকখিবা অসি। পুঙ অমবোম থৌরগা গারী খামদুনা য়ুম অমদা চঙলুরে। সংগোয় য়ুমসাদা অচৌবা য়ুমনি! ময়াইদা লম্বী অমা লৈরগা মতাই মতাইদা অচৌবা কা অনি লৈ। মনিংলোমদসু কা খরা লৈরি। চহি নিফুগুম্বা ওইগদবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাকসু য়ুরোপকী মেতরিয়েল কলচবদা নুংগী সান্তী ফংবা ঙমদ্রবা, খৃষ্টান লাইনিংগী ৱাংমদা মীওইবগী অহানবা মালেম লৈমবু ইরাৎপা য়েলহৌ লাইনিংদা চংসিন্দুনা মহৌসা লাইরেম্বীনা, মমা লাইরেম্বীনা পীথিবা অমদি নুংসিবদা য়ুমফম ওইবা লাইনিংদা অমুক হঞ্জীন্নবা হোৎনদুনা সান্তী থিরকলিবা কাংবুগী মীহুৎ অমা ওইনা লৌবা য়াই। মহাকপু হৌরগা অমুক কিঃ মিঃ অনিরোম থৌরগা গারীদু খামলে।

মহাক্না মাঙ থাদুনা চৎলগা খরা কুৎথবা মফম অমদা মরি মরি কুমথখ্রে। নুঙদুম অচৌবা সংবাই সংবাইমুক চাউগদবা খরা লনতক লনতক মরি মরি লৈরম্মী। মদু তসেংনা স্ক্রোপিয়োন মমৈ মাল্লি। মনুং খরা চংসিল্লগা অপোম্বা চেংগুম মতোগুম্বা মী মরি মঙাগুম্বনা কোনবা থুংগদবা অমা লৈরম্মী। মাঙ থাখিবা নুপা অদুনা নুঙ অদুদা মখুৎ নাম সৌদুনা লেপলগা থবায় য়াম্না য়াওনা ৱারী মখা চৎথরম্মী,

'নুঙ অসি ভেনস কৌই। ঐনা মসিগী মথক অসিদা ফমলগা মেদিতেসন তৌদুনা অতৈ প্লানেতসিংগী সক্তিগা ফাওননবা হোৎনৈ। চাইনাগী স্কোলার অমা লাকলম্মী মহাক্না যোৎচাবী অমা নুঙ অসিগী মতোন্দা থমদুনা অতোপ্পা প্লানেতসিংগী সক্তিগা নুঙ অসিগা মরি লৈনবা অদু উৎতুনা তাকখ্রে . . .'।

ঐগী পুক্নীংদা নোকনিংখি— 'হে য়ুবোপ, হে নোংচুপ নখোয়না নমিৎনা উদবা, নখুৎনা সেকপা ঙমদবা অমতা থাজবা ঙমদে। পোৎ খুদিংমক নহাক্কী জ্ঞ্যানতগী পাম্বৈনা খংনবা হোৎনরি'।

মহাক ঐঙোন্দা হাযফেৎ হায়ফেৎ যেংলকই, ঐগী নোকনিংবা মানা উরব্রা। ঐগী খুৎনা নুঙ অদুদা সোক্লগা তপ্পা ইচম চম্না হায়রুই—

'I want to feel myself not to listen'

মহাক অমুক্তং ঐঙোন্দা যেংলম্মী, অদুদগী ঙাঙবা লেপলগা মাঙ থাদুনা থোকখ্রে। মখোয়সিংদু লোয়না থোকখ্রে।

লম্বী মচা অদুগী মনিংথংবা সরুক্তা উমং অমা লৈরি। নুঙ অদুগী নোংপোক থংবা সরুক অদুসু উ ঙাক্তনি। নুংসিৎ য়াম্না কল্লি। উপালসিংদু ফেৎ ফেৎ হাযবমখৈ নুংসিৎ উ উ সিৎলি। উসিংগী মকমদা নুমিৎনা ইঙাঙ ঙাঙনা হায়ফেৎ হায়ফেৎ যেংলি। নুঙ অদো পাম্বোম অনি তিংথোক্তুনা মথক্তা কোনসিন্দুনা ঙাথবদা মৈসা অমা ফংই। কিরিনো খংদবা ময়াই অমা হকচাংদা ফাওরকই। সাসানা হাযখি— মফম অসিদা অনৌবা সক্তি, অনৌবা পাঙ্গল ফংনবা ইবাৎ-থৌনি পাংথোকনৈ। মচা পোক্তবী নুপীনা মফম অসিদা লাক্লগা মচা নিবৈ। হোয চুম্মী। মা ভেনর্সনি, নুংসিবগী লাইবেম্বীনি। নুংসিবা খক্তনা মীওইবদা লৈসেম সক্তি পীবনি। নুংসিবা য়াওদ্রবা পুন্সী লৈকংলানি, অনৌবা ময়োল চোংলবোই।

ঐনা কাখৎলকপদা মখোয অমতসু লৈরমদ্রে। উমং অদুদা চঙখিবা হাযফেৎ উখি। যোর্গনা ঙহাক লেপতুনা ঐবু ঙায়খিবনি। মহাক্না লেপখিবা মপা অদু যেংলগা অসুম চংখিবদা মখোয় উমংদা লৈবা অতোপ্পা নুঙ খবা যেংদুনা লৈবম্মী। ঙহাক যেংলগা গাবী অদু থৌদোক্তুনা অমুক হন্না নুপা অদুগী য়ুমদা ফমলুবে। চা ঙাযদুনা ঐখোয় ৱারী সাংথদুনা লৈরে। মহাক্না তৌদ্রি অসাংবা অমা পুথোক্লগা হায—

'মসি মীওইবনা ঈসৈগী যন্ত্র সিজিন্নবা হৌরকপগী অহানবা যন্ত্রনি। মীওইবনা ইচম চম্না খোংবা নত্তে, স্পিরিচুয়েল পন্নারগা ফাওনবা খোংবনি . . '

মফম অসি ইস্টর্ন য়ুরোপতা খ্বাইদগী নুংসিৎ নুংসা সেংবা, অচীকপা মফমনি। অদুনা ঐনা মফম অসিদা লৈরিবনি। অয়ুক্তা নুমিৎ থোক্লগা কা অসিদা নুংসা সারে। ঐনা মদুদা মেদিতেসন তৌই . . .'।

মশক মতৌ চঙখোল্লবী, মীচং মীথোক ফজবী নহা ওইরিবী মাগী নুপীনা চা পুরক্লুনা ঐখোয়গী ইরক্তা ফমলরে। চা থক্লা থক্লা ঐনা মাগী পাউখুম পীরুই—

. . . ঐখোয়দি নুমিৎ, থা, ঈসিং, নুংসিৎ লৈবাক অসিদগী ফংবা সক্তিনা ঐখোয় মীওইবনা হিংবা মরমনা ঐখোয়গী সরুক অমা ওইনা লৌদুনা ঐখোয়না লাৎপনি।

মহৌসাগী তোঙানবা শকলোনসিং অসি ঐখোয়দদি অহিংবনি, তোঙানবা পোৎ নত্তে। মখোয়বু লাৎপা অসি ঐখোয় মীওইববু লাৎপনি। মহৌসাগা মীওইবগা তোঙানবা নত্তে। ঐখোয়গী অরিবা লাইনিং অসি চাউখৎতবা লাইনিং নত্তে। . ঐনা সিদা য়ুরোপ্তা পিনোকিও ময়াম অমা, ঐখোয়গী ৱারী তানিংদবা, মখোয়না মহেল্লবনি হায়বা ময়াম অমগা থেংনরক্লি'।

মহাক মমিৎ লাওথোক্লুনা তায়। ৱারীদি য়াম্না নুংঙায়রে, ঐনা ঐখোয়গী লাইরোন্দা রিছার্স তৌই হায়রুবদগীদি। মালেমগী লাইরোন্দসু নোংপোক য়ুরোপ অসি য়াম্না মরুওইবা মমা লাইনিংগী হৌরকফমনি। মৈতৈগী লাইহরাওবগী ঈসৈদা উরান চীংদোন লোম্মুনি' হায়বা ৱাহৈসু লৈরি। ৱারী সানা সানা ঐদি নুংসা থিজিল্লক্লে। আদা লৈহৌরিবা মরুপ অনি অদু অমুক ত্রেন তোংদুনা ময়ুমদা হনখিগদবনি।

ঐখোয়না হোতেল অদু য়ৌবা মতমদা দিনর চাগদবগী থৌরাং হৌরমলে। মখোয় লোয়না, ঐগী য়ুম্বুদুসু য়াওনা লৈরমলে। মাওরোনা হৌরগা অপিবানা, লাম্না তুর লোইসিলকপগী অরোইবা ৱাহৈ খরা খরা মথং মথং হায়নরে। ঐদি করিসু হায়খিদে। চাবা হৌরবদা জোযিদু ঐগী ইনাক্তা চৎকনি হায়দুনা মমাগী মনাক্তগী কুমথদুনা লাকপদা তেবল মকোক্তা আওরোনা চারিবা তেবলগী মচিন্দা মকোক থেংজিন্দুনা ৱা ৱা কপখৎলক্লে। ঐদি মনুং ওইনা ফমলি। ঐনা হৌগৎতুনা থোকপগী লম্বীদা অপিরানা অমদি আওরো লৈরি। ঐনা হৌগৎলগা চাক চাবিবা অপিরানাদা হায়রুই—

'Apirana 'I disturb you'?

'Yes, You disturbed everybody'.

হায়রগা হৌগৎখি। অপিরানাগী ৱাহৈ অদুদা লাম্ল অমুক্তং য়েংখৎলম্মী অদুদগী সৎ লুকথখ্রে। ঐ খঙই মা লুকথরগা নোক্লি। ঐ ইকায় ইকায় আওরোবুসু লানথোক্লগা

মতায়দা থোক্লগা জোয়িবু পমখৎলে। অদুদগী কপ্পা তোক্লবদা আওরোগী নাকন্দা চৌক্রি অমা থাংদোক্লগা ঐগী চানবা প্লেত অদুসু লৌরুরগা জোয়িবু তমপাক্তা থমলগা চাবা অমুক হৌরে। ঐগী নাকল অমদা ফমলিবা য়োর্গনা ঙক্না হায়—

'অদুম হায়না কমদৌনা চাগদৌরিবনো'?

হন্না য়েংখৎখিবদা ঙকনা য়েংলিবদু মাদ ওইরমদে। হোতেলগী চাক থাংদোক-থাংজিন তৌবী নুপীদুফাও য়াওরে। ঐদি নোকনিংলে, অদুবু খুমখি—

'ঐ মমানি'।

চাবা লোইসিলকপগা লোয়ননা ৱারবা কায়নবগী পুংফমসু য়ৌরক্লে। মাওরোনা ৱা অমতা ঙাংদনা ঐগী খুৎ অনিমক চেজেৎ পায়সিল্লগা মাগী থবাক্তা থমখ্রে। ইসাবু ফাথজরগা খুৎ অনিদু সৎতোক্লগা কাচিন অমদা পরপ পরপ চৎলগা মাঙদা লৈরম্বা চৌক্রি অমদা ঙেক ফমথরগা ঙকসমদা য়াল্লিবা ফি অদুনা কোক খুমজিল্লগা লোৎলে। আওরোদা বিদায় পীনবা থৌনাসু লোয়না মাঙখ্রে। কদোমদগীনো খংসাউ সাওনিংবা অমসু পোক্লকলে। কন্না লাউনিংখি— 'নখোয় লোয়না চৎপিখ্রো। নখোয়বু ঐগী কনানো!' কনাসু নৎতবা আওরো তুম্মীন্না চৎখ্রো য়াখিদে। মীৎ ময়াম অমনা য়েংলি।

হলক্লগা ইতোমতা তুম্মীন্না অয়ুক্তা ঐনা ফমখিবা মৈনাক্কী সোফা অদুদা ফমলুই।তেবল মথক্তা লৈরিবা লিগী থুমোক মচাদুদা হৈজুগা ঙাক্তা ঙায়রে . . ., লৈবাক হৱায় মকুসিংদু কনানো অমনা লৌথোকখ্রমাল্লে।

'নহাক হলকলব্রা?'

খংপ্রেক খংই, তামোগী খজিক্তুং নুংঙায়ফাৎতবা ৱারৌবা মীকৌনি! থোঙজিন্দগীনি ঐনা তারিবদু। করিনোনে মংলা হারা- ঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংই। য়ুম্বু অদুগা মাইক্কনি চঙলকলিবদু। মখোয় করিনো খরা ঙাংনদুনা চঙলকই। মখোয়গী খোঞ্জেলক্তা মহাক্কী পাম্মুরবা খোম্থাংগা তিন্নখ্রে। অতৈ কনাসু য়াওরক্তে। ঐনা হন্না হন্না য়েংলুয়, চঙলক্কদৌবোই নিংলুই!

ইথন্তা সোর সাংনা হোন্দোকচৈ, খংলে— মহাক্না ঐবু খমবঞ্জবা লোয়ররোই। নুংসা অমুক থিরকই, ঐবু করি লানখ্রবগে।

য়ুম্বু অদুনা ইনাক্তা, অদুগা মাইকনা মায়োক্লনা ফমলরে। ঐগী পি অদো করিনি হায়না লৌরমগদগে, কনানা খঙগনি। থুনা ইসাবু লোয়সিনজরগা হংলুই—

'অমুক লাক্লবদি কৈদৌরে'?

'পোৎ অমা কাউরমলে'।

অদুবু মহাক্তী নে তানা ফমথরক্রে। ব্রিজিতসু য়াওদ্রে। বাই সংনা উই।

'ব্রিজিততী'?

'মা হোতেলদা লিজাগা লৈহৌই'।

ব্রিজিতকী বারী সাবা কয়া পামদবগুম উই। বাফমদু থুনা লোয়সিল্লগা হৌজিক্তা উনবগুম ইনৌ নৌনা হংগৎলকই-

'নহাক্কী খোংচৎ কমদৌবগে? অনা- অয়েক য়াওদেদনা'?

'ফৈ। সুইজলেন্দা খরা কন্না ঙমলুদ্রে। হৌজিক্তি ফরে।'

'নঙোন্দা অসোয়-অঙাম থোক্তনবা ঐনা মফম খুদিং থুংনা কোযহং হংনবনি, কোয়সেন সেন্নবনি। মখোয়না হায়রকই, নুপীদো ওহ্নোক্লা ফৈ . . .'।

'নহাকপু ঙমলুদ্রবা'

'হোয় খরা নুংঙায়রুদ্রে। নহাক্লা খঙলিবা অদুনি ঐগী থবক্তি সোসিয়েল বাকরনি। হন্দক হৌখিবা চয়োল খরা অসি অসী- অনা য়াম্না থেংনখ্রে। এদসনা সিবনি। নহা ঙাক্তা। নহা ঙাক্তা মথং মথং সিজিল্লকপা অদো কয়া নুংঙাইখিদ্রে, খাংবদা ওহ্নোক্লা বাখরে। অদুনসু অয়াম্না সোকপনি'।

'ঙরাংদি নহাক্কী নসক য়েংবা ঙমদে। ঙসিদি খরা ফরে'।

হায়ফেৎ নোক্লগা হায়রক্কই-

'মেমচৌবীবু অমুক হন্না উবা ফংজরে অদুননি'।

'ব্রিকফিল্দদা স্কুল ওজা অমা, মমিংদো করিনো হায়বা হৈতেদা। পিতরগী লুহোংবদা বেস মেন ওই হায়নে। মহাক্লা নহাকপু য়াম্না থাগৎলকই ...।'

'ও খংলে, গোল্ফ বুফ। মহাক য়াম্না ফবা ওজানি'।

সাসাসু চঙলক্তুনা ঐখোয়গী ইরক্তা ফল্লরে। য়োর্গসু মাগা চঙমীন্নরকলে। সাসা ঙাংবা য়াম্না ফৈ, ঙাংবসু পাম্মী। মশক অদো লিলাদা নুগী সাবা য়াগদবা ফজবা সকনি। ঙাংবদা লিলা য়াওবা মীগী তম্বীরবা খোহ্নোক অমা য়াওরি। ঐনা ফাগী তৌই-

'সাসা নহাকপু সেক্সপীয়ারনা উরম্লবদি সোয়দনা মাগী লিলাদা নুপীগী রোল অমদি পীরমগনি।'

ঐনা অদু হায়রুবদগী য়োর্গনা ঐঙোন্দা সংত্রিক য়েংদুনা লৈখ্রে। ইন্দিজিনস ঐগী ইচিন্দা সেক্সপিয়ারগী মমিং পল্লকপদু থাজদবগী বারা ঐ খংদে। সাসানা মরি

মবি ঙাংথরকই— জীন অনোহিগী 'এন্টিগোনেদা' দা এন্টিগোনে সাবীদু লাক্তুনা দাইবেক্তব অদুনা খুদক্তা ফি হোংহন্দুনা মাবু এন্টিগোনে সাহনবগী রাবী। লিলা অদো তামোনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা সান্নবগী রাবী ঐনা অমুক লিরুই। ঐগী যুম্মুগা মাগা কবিনো অমা ঙাংনখি। বর্নি বুসকী মমিং য়াওখি। বর্নি বুস। ঐ খংনিং নিংসিঙলক্লে। ভিযেনাদা বর্নি বুস ঐখোযবু উন্নবা লাকখি। মহাক লাক্লনা যাম্না ব্যাভাব তৌজবা অনকপা মবিনি অমদি ঈসৈ-নোংমাযদা মশক নাইবা মীনি। চহিদি ৬০ গী মথক ওইগনি। বা ঙাংবদা মী সুমহৎলি। মহাক হেক চঙলকপদা মীৎনা কুপ্পদা মহাক্কা কা অদুদা ফমলিবা মযাম পুম্নমক্কী মীৎযেংফম ওনখি। যাম্না খঙগনবা, মমিৎ মনা যাপ্না সিংবা মীনি। মহাক চঙলক্তুনা ঐখোয অনি খুৎ সোক্নবা মীকুপ অদুদা ঐখোয ইবাই লাযনা মকুপ ওইখি। পুং অমা হেন্না ঐ মাগা রাবী সাদুনা ফমখি। মাগা নহা অমা লাকমিন্নখি। বাদি ঙাংদবা তুস্মীন্না বাবী তাদুনা ফমখি। ঐনা সাসাদা ওনসিন্দুনা

'সাসা। নহাক নংগ্রা ভিযেনাদা বর্নি বুসকা লাকমীন্নখিবদো।

'মাগিনে'।

মখোয লোযনা চৎখ্রে। যুম্মুগা ঐনদা ঙাযহৌবে। মহাক পোথানিংলমাক্লে ... মথক্তা ... তিং... লে। ঐনা মাগী ভৌবোক ভৌবা মহৈ ওইসিলব্র ব খাং অদো তপ্পা তপ্পা লোযনীবহই। নিংথম থাগী মতমদা তামো মৈ যাহিদুনা মাগী লিগী অবা... চৌঁএ অদুদা খাং তিংখোক্তুনা মৈ যাইবা ... পামজে। মাগা খো... ... দো ঐনা ওস্থোক্না বল্লকচে। ঐনা হংলুই মাগী ইমু... মনু...গী বা। মহাক্না তপ্না তপ্না মসাগী রাবী লিবকই মহাক্কী মপুবোইবা চহি খবগী মমাংদা খাযনখ্রে। মচানুপী অমখক্তনি। মহাকতি দাক্তবনি। মচানুপীদু মপুলেইবগা নুংঙায যাইফনা লৈমীন্নবি। থাহা তুবেল মপান্দা লৈবিবা চাউববা কাস্তল অমদি ইংখোল অদু মহাক মসাগীনি। মহাক মশক নাইবা অচৌবা দিজাইনব অমা ওইবস্মনি। হৌজিক মহাক তেক্সটাইল দিজাইনগী ওজা ওইবি। ওজা ওইবা হাযবসি ওহোক্না তনখ্রবা সিনফম অমনি। হঞ্জীন হঞ্জীন চপ মান্নবা বাফম অমদি হিবমদু অসুম ঙাংদুনা লৈবা তাবনি। চাউববা কাস্তল অসিদা মতোমতা লৈ। হৌজিক্তি মহাক থবক্তগী পোথাবা পাম্লে।

ঐনা হংলুই—

'নতোমতা লৈবা ইচিক চিক্তা?'

মপুন্সীদা মী যাম্না থেংনবক্লবা মীনি। ঐগী রাহংদু যৌনা উখ্রে। অদুবু তপ্না তপ্না ঐগী পাউখুম পীবকই—

'নঙনা নপুন্সীদা মী অমবু কযাম কুইনা যান্দুনা ফাদুনা থস্বা ঙমগদৌবিবনো। হৌজিক্কী মতম অসিদা লোয়না হোংখ্রবনি। নুপী ঐখোয়সু হোংবা তাবনি। ঐগী

মরুপ অমা লৈ। মাগী মপুরোইবদুনা অতোপ্পা নুপী অমগী ৱাখল খন্দুনা অদুম লৈরে। মখোয় অনি হৌজিক লৈমীন্নবগী করি কান্নরি। মানা মপুরোইবগা খাযনবদি পামদে। ঐদি অদুগুম্না লৈমীন্নবা পামজদে। অদুগা নুপাগী মরনসু পামজদে। ঐগী নুপা অদুগা খায়নবা মতমদা ঐগী মরুপসিংনা অদু অদা য়াম্না হায়। ঐনা অসুক ফবা ইচানুপী অমা মঙোন্দগী ফংহৌরে, সিমঙাই হায়দুনা ইরাই লায়না লৈথোকহৌই। ঐগী মরুপ মপাং য়াম্না লৈ। মখোয়গা ঐ অদুম হিংমীন্নবি'।

ঐনা মখা তারুই—

'হয়েং নহাক্না লৈত্রবা মতুংদা নহাক্কী নচানুপীনা অচৌবা সম্পতি অসিগী মপু ওইহৌরগনি'।

মহাক্না কয়া থৌসাদনা খুমলকই—

'মহাক্কীসু ওক্লবা অদুম লৈজরি'।

অহানবা উবদা ইচম চম্বী হনুবী অমা ওইনা উখিবী নুপী অদো অসুম নরুবগা মাগী তোঙানবা মসক অমা অসুম ময়েক থোরকপদু ঐঙোন্দা অতাংবা এক্সপরিয়েন্স অমনি। মহাক তুমলমদাইগী মচিন ময়া সেংবা মমায় মমিৎ তাবা লোয়খ্রে। অয়ুক নুংথিলচুপ্পা অমা সেৎলুবা ফিদু হোংদোক্লগা সমু মচুগী স্কৃত অমগা কতনগী হায নেক ব্লু ব্লেক অমগা হোংদোক্লগা থোরকই। মচু অনিদু ওম্থোক্না চামিন্নে। ঈসৈ অমসু ঙংলি। মাগী হৌদোংসিংদু মপানগী কাদা থমলুরগা মহাক তুম্বা চঙখ্রে। হৌদোং অমদি মসা ঙমদ্রবনি হায়দুনা হেন্না লুনা তৌই।

অয়ুক অদুসু মথংগী নুমিৎকা চপ মান্নে। ঙন্না হৌগৎলে। চীন-য়া সেংদুনা থোরকপদা উরে। ফজরবা চাউরবা ইমুং অদো পুমচাই চায়বে। মহাক্তি চাকসংদা লৈ। ঐনা ব্রস অমা পায়দুনা সোফা মখাদা থারিবা কার্পেত অদো হৈবোই হৈতবোই তক তক্তুনা ঐনা লৌথোকপা ঙম্বা অমোৎপা মখৈ লৌথোকলে। মানা হায়, 'ভেকম ক্লিন্নর অদু বেরা তৌরে, অনৌবা অমা লৈকবসু ঙমদ্রে'। লৈরংদগী লৌথোকপা য়াবা উৎ লৌথোক্লে, সীংদুসু লোয়সিল্লে। য়েংখি য়েংখিবদা উরে— পোৎ পুন্নমক উৎ মকুপ মকুপ পক্লি। লোয়সিনবীদবা অমদি য়েংসিন্বীদবগী মমিসিং। কনথোকপা য়াবা কনথোক্লগা সুমজীৎ মখোক অসাংবদু পায়দুনা কন্না সিৎলিঙৈদা লান্স হাযফেৎ উখি। ঐঙোন্দা কৌরমদনা চঙখ্রমাল্লে। হন্না অমুক য়েংলুবদা সোফাদা চেক মোক লাউদনা অনোক অমুবা অদুগা ময়া কামখৈ ঙক্না ঐবু য়েংদুনা লৈরম্মী। লিজাসু চংলক্লগা মরান য়াজবা মীৎয়েংনা মরম লৈতনা ঐঙোন্দা মোমোন নোক্লরে। কবিনো অনি অসিনা তৌবরিবা অসিনা। লিজানা ৱালদা নারুবগী হকচাং ঙমদ্রিবা ঐবু ইমুং লোযসিন-খোমজিনবদা মতেং য়াম্না পাংহন্নিংখি। মাগী মাইনী মরুপতু চাক থোংবীগনি

হায়দুনা পুরক্লগা মখোয় অনি চংদুনা তপ তাবমখৈ চায়খায়রমলগা চৎখি। মদু ঐনা সাওনিংখি। নুমিৎ নিনি ঐ লুখাকসিংদু সুকসোক সোকখিদে। অতৈ অতৈদি খরা ফৈ মখোয়না থকলম্বা য়ুগী পাত্র ঐ কৈদৌনা চামলুনি। হুমনি সুবা নুমিৎতা আপিরানানা চামথোক্লুনা লৈরম্মী। মানা ইতপ তপ্না 'ঐনা লিজাদা ঐ চামথোকপিগে য়ারনি হায়খিবনি' হায়না খুমলকখি। ইমুংগী বারী সান্নবদা। ঐনা হায়খি– 'I am spoiled by my husband' মদুরা, ঐবু করিনি হায়না খল্লুবা, নোকপু নোকনিংখি। ঐ থৌওইদনা ঐনা তৌগদবা তৌদুনা লৈরুই। ঐগী য়ুম্বু অসিনা ঐনা অহানবা থুংলুবা নুমিৎ অদো ঐগী ফম সেম্বীখি। ঐ তৌজগে য়াখিদে। মচানিঙোল মপামদা লাকপগুম নুংসিনা তৌবিরি। মা অহল ওইরে, মাগী পাংবীনবা কনাসু উদে অদুনা ঐসু ঐনা ঙম্বা খরা নোম্বীরম্বনি। মসিদি হৌনবনি। মখোং নামসু চিংলপ তৌরবা মানা নোংঙানবদগী চানবা-থরুবা লাংবীরিবদু মমল লৌবা নত্তে, লিজাসু চোংসিন্দুনা য়াওবীবা য়াবনি অদুবু মাদি মখাদা কোয়বা কুমথখ্রে। জোয়িদি ঐগী বাই সিংপা য়াওদুনা লৈহৌরে। ঐগী য়ুম্বুনা হায়রকই–

'ইন্দিয়ানসিং অসে সিংপা সেংবা কয়া পামদে। নখোয়গী লমদগী মী ঐগীসিদা লাকপিনবা লৈগদ্রা ?'

'এ! ঐ ওইনা লাকলগেনে। থবক ময়ামসি সৎ লোয়সিল্লগা ঐ ইদুনা লৈগনি। ফনদুম নুংঙায়নি'।

মা য়ানিংদনা মঙক হায়খি। চারা বানবা লোয়রগা লুখাক অমফাও খাকলমদে, ঐনা ঙম্বা লোয়না চামথোকপিরম্মী। সাসাগী লৈসাবী মরুপ অনিদু লাকত্রে। ব্রিজিত, লিজা, লান্স অমদি মাইক মৈ য়াইদুনা বারী সান্নরি। মাইক হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংলকই বাদি ঙাংলকতে। ব্রিজিততি গ্রাজদা মাগী থবক মফমদা হনগদবনি হায়দুনা খরা ঙন্না মাগী কার অদুদা চৎখ্রে। ঐনা মঙোন্দা হায়রুই–

'ব্রিজিত নহাকপু মাইক্কা নিংথিনা নে তানা পানবা হোৎনৌনে'।

ঐগী বাগী পাউখুমদি পীদনা মানা অমা খুমলকই–'ঐনা বারবা নুংঙায়তবা মতমদা নঙগী 'লমগী লৈরাংগী ফৈজুপ সুপতুনা তুমলিবা সমু মানবা চীংদুমসিং' অদো হেক্তা নিংসিঙই'।

ঐগী ইংলিসতা ইবা সৈরেং Lilies on the Ether পরেংসিংনি মানা খুমলিবদু। ঐনা ঙক্লুনা লৈহৌই। মহাক্না অমদি হায়খি, মথংগী চহিদগী মহাক্কী থবক মফম ভিয়েনাদা হোংলক্লগনি' (মাইক্কী মনাক্তা লৈরগনি)।

মখোয় লোয়না কুমথখ্রে। ঐনা ইকোন কোনহৌরে। ঐনা পোৎয়োমসিংদুগা কোম্বোং য়ৌবা মতমদা মখোয়দি অমতসু গারী মনুংদা য়াওবমদ্রে। লিজাগা য়ুম্বুগদু

কোম্ছোং ময়াগী কাস্তল অদুদগী থোরকপা উই। ঐনা খনখি ও ঐদি থেংনা থোরকলবোইরে, মখোয়দি কাস্তল য়েংবা লোয়রবোইরে। লিজানা হায়রে 'থেংলে চৎলসি'। অদুবু ঐগী য়ুম্মুনা মখুৎ খৎতুনা কৌরকই। ঐনা মাগী তুং ইন্নদুনা য়ুমদু তান্না চৎলগা মহাক্কী তুং ইন্নদুনা কাস্তল মনুংদা চঙলে। চাউরবা মল্লবা উগী সিবি অমা মাংদা লৈরি। মানা হায়রকই— মসি চহি ৩০০ হেল্লবা য়ুমনি। অহানবা মথোন অদুদা চাউরবা হোল অদুগী মচি অমদা মোন্দুন অঙৌবা ঙাক্তা থোঙনাউ অমগী মনাক্তা ইকোয় কোয়না থাদুনা লৈবা উই। ঐনা চংসিন্দুনা য়েংলুই। ওম্ছোক্লা ফজখ্রে। ঐখোয় খরা কবিতা পাদুনা অচাপোৎ খবগা ফমলবদি ওম্ছোক্লা নুংঙায়গনি। অনিসুবা মথোলগী কৈরাক কাখৎলকপদা য়োর্গ লাক্লে অদুগা 'লিজা মকোক য়াম্না কন্না চিক্লে থুনা লাক্লো হায়রকই' হায়ররে। ঐনা লকক তৌনা লেপ্পী, য়ুম্মুনা নোককফেৎ তৌখি অদুগা থৌওইদনা লাকও লাকও হায়রগা মাঙ থাবগা মথংগী মথোন্দা কাখৎখবে। উপায় লৈতদুনা য়োর্গসু ঐগা পুন্না কাখৎমীন্নবে। মদুসু অচৌবা হোল অমনি, মমলি মমলি তৌই। খ্বাইগী মথক্কী মথোন অদদি উফুল খবা থাংই। অঙকপনি অসুক চাউখ্রবা হোলসিংগী অসিবু কবি কবস্বা মরমগী সাবিবজাৎনো। কাস্তল অদুগী মমাংদা উ খবা হৌরি অদুগা তুবেল মপানগা থংনবা অদুদি উ য়াম্না হৌই, উমং মচা অমা মাল্লি। ঙনাং সাসানা হাযখি বসন্তা লাক্লগা খঙগান উসিংদুগী উনা অমদি মপানগী মচু অমতা মান্নদে। মদু ওম্ছোক্লা ফজে। য়ুম্মুনসু হায- 'ঐদি ফনা লাপ্পা চৎলবসু বসন্তা যৌবগা মফম অসি তান্না হোবে হোবে চেল্লরক্লনি। ওম্ছোক্লা ফজে'। ঐনা কল্লকখি— ঐসু য়েনিংথাদা থাহা তুবেল মপান অসিদা মচু মান্নদবা লৈসবা থেংনা। য়েনিংসিং অদো অমুক্তং উজরকদিকো।

ঐনা কাস্তলদগী কুমথরকপদা পাক্লবা সুমাং অদুদা লিঙাদু উন মকুপ মকুপ চুরিবা মবক অদুদা কবিসু তৌদনা কবিমফাও হাযখিদবগুম ইংনা তুম্মীন্না লেপলম্মী। করিনো মানা তৌবিবা অসিবো, হনুবী অসিগা তিন্নবা অসিসু যাওনা খনবল্লিব্রা।

ঐগী ইমাগুম্বী ঐগী য়ুম্মু বেসনাগা নুংসিনা বিদায় পীনরে। কায়নবগী অবাবা নত্তনা হৌজিক অতৈ করিসু লাকলরোই। ভিয়েনা হেক য়ৌরগা ঐবু হারমিনাগী য়ুমদা থিনজিম্বীরম্লগা মখোয় লোয়মক ময়ুম ময়ুমদা চৎনখ্রগনি। মাইক্লা ড্রাইভর ওইরগা অপিরানা অমদি ঐহাক ভিয়েনা পাংলক্লে। লিজাখোয়না অতোপ্পা কার অমদা। নোংপোক য়ুরোপকী অচিকপা অশংবা লবুক লমহাংসিং ফাওদুনা ঐখোয়গী ভান অদুগী অরোইবা খোংচৎ হৌরে। অপিবানানা হায়রকই—

'মেমচৌবী নহাক থোয়বগী লুহুপ কাউগনিকো'।

## ঝারোই

# ঐ অমুক হলক্লরোই

'You are also a feminist, but still faithfull to your husband!'

কবিনোনে হাবমিনানা হাযবিবা অসিবো, ঐসু ঙক্কুনা তুম্মীন্না চৎলি, কবিসু খুমলুদে। ভিযেনাদা ঐগী নুংদাংগী অবোইবা চাকলেন চাকুবগী হল্লকপা অহিং অদো .তক্লীদগী কুমথবগা ঐখোয অহুম খোমাস, হাবমিনা অমদি ঐহাক নিংথমগী ভৌকনবা লৈচিলনা কুপসিনখ্রবা অতিযাগী মখাদা, সহবগী ভানফাৎতবা মৈভালদা লৈবক অমদা হল্লকমীন্নখি।

ওক্তোবব ১৪, ২০০০, Words from the Edge গী অহানবা বিদিং, পুক্লীং তযাং তসোযনা চৎখি। অপিবানা অমদি ঐহাক ভিযেনাদা মমাংগী নুমিৎ তাং ১৩ দা ব্রিটিস এযাববেজগী প্লেন অমদা লন্দনদগী থুংলখি। ঐখোযগী অহানবা বিদিং হোল অদুদা থুংলবদা অহানবা ওইনা হাবমিনা, খোমাস অমদি সোসাইতি ফোব থ্রিতন পীপলগী অতৈ মকুওইবা মেম্বরশিংগা থেংনখি। ভিযেনাগী অযাম্বা বিদিং সোসাইতি অসিনা সিনর্বনি। নুমিৎ হুমনি লৈবগা তাং ১৭ তা হাবমিনানা ঐখোযবু মহাক্কী যুমদা চাব কৌখি। মদু যুবোপতা অহানবা যংবা চাক্কী বার্ত্তননি।

ঐখোযনা হাবমিনাগী যুমগী অহানবা কা মচা অদুদা খোংউপ লৌখোক্তুনা অমদি কোত যানসিন্দুনা লৈবিঙৈ, মখা থংবা কাদগী সিবি অমদগী নুপা মীযাই চল্লকপা মবেপ ঝাংবা, মক লুকলপ যেংবা অমা ফাওগৎলক্লগা মখোয কনাগনো অমগা কবিনো ভাংনবগা মমাংগী চংলকফম থোঙ অদু হাংদোক্তুনা থোকখি। খোমাসতগী মানা খবা হনগনি। ঐনা ওকখি কনানো, খোমাসকী মযাম্বা। অদুবু যুবোপ্তা নুপী থিবগা মচিন-মনাও লৈমীন্নবদি চৎনদে। চাক চাবগী মযাম লাংবা অদুদা মাগী বাখল অদুম মাংখি। ভিযেনাদা ঐখোযগী অবোইবা বিদিং লোযবগা বেস্টুবেন্ট অমদা হাবমিনা, খোমাস, মাইক অমদি ঐখোয মযাম পুন্না চামীন্নবা মতমদা হযেং জর্মনিগী প্রোগ্রাম লোযবগা ঐ ইথন্তা নোংমা নিনি ভিযেনাদা পঙ্কহৌবা মতমদা কদাযদা লৈগদবা হাযবা

ব্বাফমদু অমুক থোক্লরকখি। মাইক্লদি হান্নদগী হৌনা মাগী গার্ল ফ্রেন্দগীদা লৈহনগনি হায়নরবনি। মদু লাল্পনা কয়া পামদব্রা ঐ থোয়না খংদে। নোংমা ময়াম ফর্ম্মীনবা অমদা লিজানা হারমিনাদা ওনসিন্দুনা নঙগী ময়ুমসুক চাউবা (নুংঙায়-য়াইফবা) কনাগীসু য়াওদে মেমচৌবীবু মতম খরদু নঙগীদা লৈহনসি হায়দুনা হৌদোক্লরকখি। অসুন্না ব্বাদু লোয়সিন্নখি।

ঐবু হারমিনাগীদা থম্বীরল্লগা মখোয় লোয়না ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। পুক্লীং হকচাং অনিমক পুমলুম লুমথরকপদু লানথেংন্নবা ঐগী পোৎয়োমসিংদু চিংথোক্তুনা নৌনা অমুক য়োমসিনবা হৌরে। ঐনা কোমোদগী খোংউপ খরা লৈরকপগা, মরূপ মপাংশিংনা খরা খর পীরকপা খুদোলপোৎশিং অদুগা হৌজিক্তি খাউ অনৌবা অমা লৈবগী মওং লাকলবনি। মখোয় ময়াম ঐবু থিল্লকপদা জোয়িবু উবদা হারমিনাগী মচানুপী অতোম্বী চহি ৬ মুক সুরবী ইদেন ওম্থোক্না হরাউজখি। অদুবু জোয়িদু অমুক মমা মপানা পুদুনা চৎখ্রবদা নুপী মচাদো কপখৎলক্লে। ঐখোয় ময়াম পংকপ্তা কপমীন্নবা অদুদগী মহাক পেবা হৌরবনি। মহাক্না অমুক সাংথদুনা হিক হিক কপ্তুনা লৈহৌরবদা মমানা মবুং চহি ৮ মুক সুরবদু স্কুলদগী লৌবা চৎপদা মাসু য়াওনা পুদুনা চৎখ্রে। য়ুম অদুদা পুং অমরোমদি ইথন্তা ইচিক চিক্লা লৈরুরগা মখোয় অমুক হল্লকলে। ইদেন অদুফাওদা কল্পা তোকলমদ্রি। ঐগা মাগদি হান্নসু খঙনখ্রবনি। মাবু পম্বীদুনা থেম্বদা ঐখোয় অনি থুনা মরূপ ওইনরে। ঐনা পোৎ য়োম্বা পোৎ লোয়সিনবা মাসু য়াওররে। মখোয় থুংলবা মতুং ঙহাক লৈরগা নহান ঐনা উখিবা নুপাদু অমুক য়ুমদা হল্লকলে। থোমাসকা মাগা কৌনরমলগা মহাক অমুক মখাগী সিরি অদুদা কুমথখি। ইদেনগী মবুংদু ফি থুনা হোংদোক্লগা মাগী কাদা তিভিদা ভিদিও গেম সান্নরি। মনাক্ত চংলগা খংনিংমনখ্রদুনা ঐনা মহাক কনানো হায়না হংলুই। মহাক্লা খুমলকই —

'He is my father'

ঐনা ঙকখি। অদুদি থোমাসতি কনা . . .।

পংকুই কুইদনা থোমাস থোরক্তুনা ঐনা পোৎ য়োমলিবা কা মচা অদুদা য়াল্লিবা জেকেত লিৎসিন্দুনা খোংউপ তোংসিল্লরে। ঐনা হংলুই— 'কদায়দা অমুক চৎকদোয়নো'?

হারমিনাগা য়েংনদুনা হায়ফেৎ নোক্লখি অদুগা খুমলকই —

'হয়েং লাক্কে, য়ুমদা হল্লগে।'

মখাগী কাদগী 'মপা' অদু কাখৎলক্তুনা চাকখুম চংখ্রে। ইদেনসু মতোমতা সান্নবদি নুংঙায়তবনিনা ঐগা ইনাক্তা সুরু সুরু নৈররে। ঐনা মাগী সান্নবা অমুক য়াও

ঐগী পোৎ অমুক লোয়সিন্বা হোৎনরিঙৈদা 'মপা' অদুনা হরাও হরাও চাক চাররো চাক থিরে হায়দুনা হঞ্জীন-হঞ্জীন কৌররে। অকোনবদা চাবদু 'মপা' হারমিনা অমদি ঐহাকনি। মপা অদু তেবল মকোক্তা ফমলি অদুগা তেবলগী অরোইবা অদুদা মাগা ঐনা মায়য়োক্লনা ফম্মীনরুরে। মহাক্কী মমিৎতা তারিবদু ঐ করিনো খঙবা ঙমদে। মহাক অহানবদা মোমোন নোক্কুনা হরাও-তয়াম্বা মতৌ উৎতুনা চামীন্নরম্মী অদুদগী তপ্না তপ্না নোকপা লেপখ্রে উনগী মতৌগুন্না মাগী মীৎয়েং ফমজিনখ্রে। ঐ মদুগা মীৎচান্নবা ঙমলক্তে। হারমিনানা ঐখোয় অনিগী মরক অদুদা ফমদুনা ঙাং সক্কুনা হোৎনরি। অদুবু তেবল অদুদগী ইহান হান্না হৌগৎখিবদু ঐনি।

ঐগী পোৎ মরক অদুদা কাতি মচা অমা উবদা ইদেনগী মমিৎ লংখৎলক্রে। ঐঙোন্দা নোল্লুক্লা হংলগা কাতি, অদু লৌরগা চে মচেৎ অমা ককলুরগা অমুক পিরকই। ঐনা নঙ অদুম সিজিন্নৌ য়ানি হায়রুবদা মহাক হরাউবনা লোয়রে। ঙহাক লৈরগা মচু মচুগী চেনা নপসিনবা অমুল কৌতাগুম্বা অমা পায়রগা ঐঙোন্দা 'গিভ মী সম হনী' হায়দুনা য়াওসংগী নাকথেংগুম অমুক নিররে। ঐগী বেগতা চোকলেত মপাক অমা য়াওখিবদু নিংসিঙলক্কুনা লৌথোক্লগা তংখায় অমা মবুংগী খাক্লগা তংখায় অমা হাপলুবদা হরাওনা চেন্দুনা মমাদা য়েংহল্লুরে। করি করিনো ঈশৈ মখল মখল সক্লদুনা মা হরাওবদা লোয়খ্রে। খৃষ্টমাস্ট চয়োল অনিদ ঙায়রবনি। অঙাং পুন্নমক মথুম-মরাং হৌনবা মতমনি। খৃষ্টমাস্টকা মরি লৈন্নবা ঈশৈ অমদি কুম্মৈ কয়া লৈমাল্লে। মমানা লক্করম্মী- 'হরাউরেদা'। ঙহাক কান্নরগা খংহৌদনা কদোমদগীনো 'মপা' অদু মমাং থোঙ হাংদোক্কুনা চঙলকই অদুগা কৌই--

'হারমিনা, হারমিনা।'

কনাসু খুমলকখিদে, চাকখুমদা য়েংলুরগা অমুক ঐখোয়গী কাদা থোঙজিন য়ৌনা চঙসিলকপদা, হৌজিক্তা হরাউ হরাউ সান্নরম্বা ইদেনগী নৌরবা মায়থোং শকফম ওনখ্রে। অদুগা মমিৎ সুকতোক্কুনা লাউরকই --

'Go away'!

মপা অদু নোনথরক্কুনা খুউ নাম লৈবাক তারগা মমিৎ অদুনা ঐঙোন্দা সংত্রিক য়েংলগা মচানুপীদা হায়--

'Calm down, calm down'.

মমিৎ অদুদা লোৎলিবা অসাওবদু উরে। করিনো মানা তৌগদৌরিবা অসে, খুবাক্লা ঐঙোন্দা নৎত্রগা ইদেনদা থাগদৌরিব্রা! সোর থিংদুনা ঐ ঙায়খি। অদুবু মহাক

তপ্না হৌগৎলগা মখাগী মাগী কুমথফম অদুদা কুমথখ্রে। ঐনা ইদেনদা হংলুই, 'করিগীনো অদুক কন্না লাউরিবা'। মানা য়াম্না থুনা করিনো অমা খুমখি। ঐ খংহৌদরে। অমুক হন্না হংলুবদা ইদেম্না ময়া পরেং অনি অদু চিকসিল্লদুনা হিগৎতুনা উৎলগা খুমলকই— 'মানা মসি পামদে'। ইদেম্না ঙসায় জোয়ি পুখিবদা কপখিবদো ঐ কাওদে। মাবু হরাউনবা হায়দুনা ঐনা মানা হায়রিবমখৈ উরু উরু ইনদুনা ঙহাক সান্নমীন্নবনি। অদুম্না লাংবা খোৎপা অদু মখোয়গী ইমুংসিদা কয়া চৎনরমদবসু য়াই। ঐ থুনা লোয়সিন্দুনা মাবু থেমদুনা থাদোকখ্রগা ঐ ফমুংদা কাখৎলে। মৈ থুনা মুথৎলে।

ঐ তুমবদি তুমলমদে। পুং অমগুম্বা ইচিক চিক্লুরগা 'মপা'গা হারমিনাগা ঙরং ঙরং ঙংনরক্রে। তপ্না তপ্না হৌরকলগা মদু ময়েক সেংনা হেক্তা অকনবা মবৈ ওইনা চৎথরক্রে। ঐনা খুনিং কাংদুনা তপ্না তপ্না থোক্লগা থোঙ খজিক্তং হাংদুনা য়েংবদা খংলে, খোঞ্জেলদু মখাগী 'মপা'গী কা অদুদগীনি। তপ্না তপ্না থোক্লগা সিরি কাখৎফম মচিন অদুদা ফমদুনা তুম্মীন্না ফমলুরে। মখোয়না ঙাংনরিবদু জর্মন নৎত্রগা দচ ওইরম্বা য়াই। মখোয় হোলেন্দগী লাক্লগা সুইজলেন্দ কুইনা থবক তৌদুনা লৈকরগা ভিযেনাদা অমুক লৈখিবনি। অহিং অসিদা কবিগী মরৈনো, ঐ লাকপগীরা, ওইরম্বসু যাই। অদুবু ঐনা লৈজগে হায়দুনা নিজখিবা নত্তে, ঐ হারমিনাগী বার্ত্তন ফংদুনা লাকখিবনি। মসি ঐগী প্রোব্লেম নত্তে মখোয়গীনি। তুম্মীন্না ফমুংদা অমুক হিপথরে।

অয়ুক অদু মীকপ থোক্লগা তুম্মীন্না হিপচিন্দুনা লৈরে। ঙহাক লাংলমলগা মচা অনি অদুগা মপাগা পুন্না কার অমদা চৎখ্রে। মদু উবদা ঐ তুম্মীন্না হৌগৎলগা বাথরুম চংদুনা মাই মিৎ তাবা ইরুজবা লোযনা লোয়সিন্দুনা চাকসং অমদি চাফম কা অদুদা চঙখিবদা হারমিনা অনোক অমগা চে খবা পুথোক্তুনা করিনো খরা য়াম্না কন্না খোৎতুনা লৈরম্মী। মাগী থবক লোয়রগা ঐগী ব্রেকফাস্ট চানা চানা ঐনা হংলুই অঙাংশিংগা চৎমিন্নখিবা মখাদা লৈরিবা নুপা অদু কনানো। মহাক্না খুমলকই -

'মহাক ঐগী হাসবেন্দনি। থোমাসনা ঐগী লভরনি। ঐগী হাসবেন্দনা মখাগী কা অসিদা লৈ ঐনা মথক অসিদা, চয়োল অমদা নুমিৎ নিনিদি মাগীনি। অদুগা অতৈ নুমিৎসিং অদুনা থোমাসকা ঐগগীনি। চহি অমরোম ফারে ঐখোয়না অসুম্না লৈরকলিবা অসি। ঐ হৌজিক ঐগী হাসবেন্দগদি তুম্মীন্নদ্রে। মদু নাতৈ কয়া চাররোই। মহাক মাগী নুপী অমগা লৈমীন্নে। নুপীদু সিদা কয়া লাক্তে ঐগসু কয়া উন্নদে। মহাক মচাশিং অসিবুদি য়াম্না লুনা তৌই। মচাশিং অসিগা লৈমীন্নবা য়াম্না পাম্মী। অদুনা ঐখোয় মওং অসিদা লৈরবনি। But it is difficult for me'.

ঐনা মখা তানা হংলুয়— 'মসি কমদৌনা ওইখ্রিবনো'?

হারমিনানা সাওনিংবা খোঙ্গোক্তা খুমলকই —

'নুপাদি অমুক্তদা নুপী মরি পাম্বনি। অমনকা ওকপা জাৎ নত্তে। অদুনা এজিয়াদা করিদা মখোয়না নুপী য়াম্না য়াম্না লোল্লগা নুপীবু ওৎলিবদুনি। ঐনা তৌরিবা অসি সুৱাইসিদা মীনা কয়া য়ানিংবা জাৎ নত্তে। মখোয়না হায়রিবনা—হারমিনা নহাক ৱারেপ অমা লৌবা তাবনি। ঐনা হায়রিবনা নখোয় অমুক্ত তুমীন্না লৈখো, ঐ ৱারেপ লৌফম খংদে অসিনি'।

মহাক মসাগী ৱারী মথং মথং লিবকই-

মহাক হোলেন্দা নুংঙায় য়াইফবা ইমুং অমদা চাওরকখি। পিক্লিঙৈদগী হৌনা লায়রবা লৈজদবা মীদা মানা ঙমজবা মতেং পাংবা পামলকই। মাগী মপুরোইবা লায়রবা ইমুংদগীনি। মহাক ইনাকখুন্বা নুপা অমা ওইনিংবা, পৈসা তানবা কনবা অমদি নোম্বা কনবা মীওইনি। মহাক ইউ, এনদা কম্প্যুতর ইঞ্জীনিয়ার ওইনা লৈ। হারমিনানা হৌজিক লৈরিবা অচৌবা নুংঙায় য়াইফবা য়ুম, অমদি ৱাৎত পাদনা পাল্লিবা পুম্নমক মহাক্কী নুপানা নোমজবা হোৎনজবগীনি।

হারমিনানা মখা তারকই—

'থোমাস ঐঙোন্দগীদি নহানি। মহাক্কী গার্লফ্রেন্দ ঐ ইতোমতা নত্তে। অতৈসু লৈরমগনি। মাসু লায়রবা ইমুংদগীনি। অদুবু থবক্তা সুদুনা ইনাকখুন্নবা হোৎনবদা কয়া থৱায় য়াওদে। মাদি অমরোমদা করিসু নত্তে। চুম্নতগী ঐগী লভরনি'।

হারমিনানা ব্রিতিস এয়ারৱেদা ঐগী তিকেত চেক তৌরুবদা পুং ১০ থেংথরমলে। হৌজিক ঐগী হান্নগী থৌরাং পুম্নমক অমুক হোংদোক-হোংজিন তৌবা তারক্লে। মাগী তেলিফোন অদু সিজিন্নরগা দিল্লিদা কৌরে। ইনাও ইবেম্মা পাইলোত ওফিসার থৌনাওজম ওংবী বিনোনা তাপ ওক্লগা হংলকই—

'ফ্লাইত নম্বর কয়ানো'?

'729 BA'.

'য়ারে য়ারে'।

মিনিত অমদা পাউ পিবা লোয়সিল্লে। হৌজিক লাক্লিবা ৱাফমদি ঐ ঙসি অহিং লেন্দনা অথেংবদা হারমিনাগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎকদবদু, ঙসি অহিং অসি লেল্লগা হয়েংগী অয়ুক নুমিৎ য়ুংবা মতুং ফাওবা লৈথরগা পুং ২ দগী ৩ ফাওবগী মনুংদা এরোড্রোম চৎপা তারকলে। মসিগী অক্কা হান্না হারমিনাদা লৈরমদে, ঐগীসু লৈখিদে।

হৌজিক মখা চৎথরক্কদবা ৱারীদি য়ুরোপকী হোসপিতেলিতিগী মশক থোরকপা অদুনি।

হারমিনানা ভিয়েনাদা ঐগী ইতেং য়াম্না পাংবীরকখি। ময়ুমগী তেলিফোন সিজিন্নবা অদু নত্তনা বেঙ্কতা চৎতুনা ঐগী পৈসা আমেরিকান দোলর ওন্থোকপা, অথুবা মতমগী মনুংদা ঐগী ফিলম চামথোক্তুনা ফোতো ওলহনবা অসিনচিংবনি। ঐগী ইরানদি মহাক্লা আসা তৌখিবা মতমদগী হেন্না সাংথনা লৈবা তারকপা অমদি অওৎ-অপা খরা সারুবা অদুনি।

সন্ধ্যাদু ঐনা ঐগী কাদা চৎথোক্কদবগী ফি সেৎলিঙৈদা হারমিনাগী হাসবেন্দ লাকপা মখোল তাখি। হারমিনানা লাউনা হায়বা তায়—

'দেদী য়ুমদা হল্লক্লে।'

অদুদগী মচা অনিগী মখোল তারক্লে। ঙাহাক লৈরগা অঙাংশিংগী খোঞ্জেল্লক্তা নুপী অমগী মখোল মখাগী কাদগী তারকই। হারমিনা খজিক্তং হৈনদবগী মতৌ উই। ঐগী ইমাংমক্তদা মপুরোইবনা নুপী অমা পুসিল্লক্তুনা ইমুং অসিমক্তদা চংলকপদু মাগী ইজ্জৎ খজিক্তং সোকপগী ৱারা ঐ খংদে। হারমিনা থবক অমগী কম্পুতর মমাংদ ফমদুনা করিনো অমা য়েংলিঙৈদা মাগী হাসবেন্দ কাখৎলক্তুনা মাগী মনাক নক্লা চঙলগা করিনো অমা হংলগা নোনথদুনা করিনো অমসু লামদুনা লৌখি। ঐনা ইসা অসি হৈনদবনা সৌবিং সৌবিং লাওরকই, য়েংবা ঙমদে। থোমাসসু থুংলরে। ঙসিদি হাসবেন্দ অদু হরাউ হরাউ উই। থোমাসকসু ৱারী হায়ফেৎ সান্নখি। হারমিনা মাগী বাথরুমদা চঙদুনা মকা ফোংদনা মমাই মমিৎ মসম মনা সেম্লুরে। ঐখোয় ঙসিদী দিনর মপান্দা চারুগনি। ঙসি মখোয়গী সোসাইতিগী পুনবা নুমিৎনি। মফম অদুদা পিতরগী গীতর, গ্লোদফ্রীদকী ভাওলিন অমুক হন্না তাবা ফংগনি। অঙাংশিং অদুদী মখাদগী অদুম কাখৎলক্ত্রে। চৎলমদাইদা হারমিনানা খংহায় হায়রকই –

'মেমচৌবী, হয়েংগী লন্চ মাইক্কা কদায়দনো অমদা চারুরো। ৱাদু হোরেন মাইকতা হায়য়ু'

হারমিনা, থোমাস অমদি ঐ ত্রাম তোংদুনা পুংখাইমুক চৎলগা কুমথরে। অদুগা খোঙনা খব চৎলগা অচৌবা লমপাক মীতনা কৃত কৃত ইনবা মফম অমা য়ৌরদুনা চঙলে। মদু মেলা মফম ঙাক্তনি। খৃষ্টমাস্টকী খুদোলপোৎ, অচাপোৎ অমদি অঙাংশিংগী কুম্মৈ মখল মখল য়েংফমনি। সগোল তোংফমদু অঙাং খরা সগোল তোংহল্লগা মপা অমমমনা সেন্নরদুনা লৈহৌবা অদু নত্তনা অঙাংদি ইউবু উরক্তে। মসা মবেং লোংলবা উজাও খরা হৌরিবদু থাউমৈতনা উসা অমদি উনা খুদিংগী চবোং য়াম্ববি। ঐনা ঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংলুবদা হারমিনানা হায়রকই--

'ফজদ্রা য়েংউ'।

ঐ করিসু খুমলুদে। নুমিৎ থোক্তবা থা থোক্তবা থবানমিচাক উদবা হোলেন্দগুম্বা লমদমগী চনু নিঙোল অমদা মদু ওম্থোক্লা ফজরমগনি। ঐঙোন্দদি মদু অঙাং সান্নপোৎনি। খরা চংসিল্লগা উ অমগী মখোংদা চেক চনসিন্দুনা থম্বা অমা য়ৌরবদা হারমিনানা হায়রকই—

'চহি মরিগী মমাংদা অহানবা ওইনা থোমাসকা ঐগা অসিগুম্বা খৃষ্টমাস্টকী মতম অমদা ঐখোয় অনি ফম্মীন্নখি অমদি ঐখোয়গী নুংসিবা ফোংদোক্লখি।'

থোমাসনা মখুৎ অনিমক খুদুম তাসিন্দুনা ময়া ক্রক ক্রক চিক্লদুনা মতৌ তমলগা হায়রকই—

'মহাক্লা ইংবনা অসুন্না নিকখি'।

'করিগী'?

হারমিনানা নোক্লদুনা মখা তারকই—

'মতমদু অহিংগী পুং অনি তারে। ঐখোয় অনি য়াম্না সাংনা ৰারী সাখি।

খরা চৎলগা দুকান অমগী মমাংদা মখোয় অনি পুক্লীং হকচাং ইকোম কোমহন্দুনা নোকমীন্নরগা চুপ্পখি। মদু ময়েক্কীদি থোমাসনা হারমিনাগী ইমুংদা চংলকপা মীকুপ অদুদা অদুম্না ওক্লগদবনি। মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নবা খৃষ্টমাস্টকী কৈথেন অদু মরি মরি থুংনা চৎতুনা য়েংলুবগা লম্বী মচা অমদা থোক্লগা ঐখোয় সোরোক অচৌবা তারে। মতমদু নুংদাংগী পুং ৭.৩০ দা মতারি। খোংনা য়ৌনবা চৎলসি হায়নদুনা পুংখায়মুক খোঙনা চৎলগা রেস্টুরেন্ট অদু য়ৌদুনা চঙলে।

ঐনা চঙখিবদা মরূপ ময়ামনা ঐবু নুংসিনা ওকপিরে। মাইকতি খজিক্তং থেংথরগা লাকই। মদুদা লৈরমলে— পিতর, গ্লোদফ্রিদ অমদি মমিং কাওখ্রবসু মশকতি কাওনদবা ভিয়েনাগী মরূপশিং। অনৌবা মায়থোং খরসু উই। ঙসিদি ঐ ইতোমতমক মখোয়গা অমুক হন্না উন্নরে। সহর অসিদা ঐ করিমতা চাবা হৈতদুনা য়াম্না ৰাখি। য়ুরোপ থুংনা চৎলুরে, চিঞ্জাক মখল কয়া চাবা তমলকলে। অদুবু ভিয়েনাদা হান্নগী হান্না হামু হামু ঐগী চানিংঙাই ইয়াও য়াওরমদে। ঙসিদি ঐগী চাদবনা মখোয়বু নুংঙায়হন্দবা পামদদুনা হরাউ হরাউ চাবা য়াবা খরা ঐনা থোকপা পংচাদ চাসিল্লে। ঙরাং অয়ুক থাহা তুরেল মপান্দা কাস্তল অদুদা ঐগী য়ুম্বু বেসনাগী দাইনিং তেবলদা অয়ুক্কী চারা ৰাল্লিঙেদা জোয়িনা মমাগী মনাক্তা চানা চানা তেবল ৰাংমদগী ঐঙোন্দা য়েংদুনা করিনো অমা হায়খি। মমানা য়াদে হায়খি। করিনো হৎলুবদা মমানা নোক্লদুনা খজিক্তং হৈনদনা খুমলকখি—

'জোয়িনা নগুগী য়েরুমদু পাম্মী'।

জোয়িনা থাজবা অমা লৈ— মেমচৌবীগী পোৎ পুন্নমক মাগীসু অধিকার লৈ। ঐনা য়েরুম অফুৎপদু লৌখৎতুনা পীরুবদা লিজানা লকক তৌনা— 'মদু নগুগী সরুক্কী।' ঐনা নুংঙায়তনা হায়খি-

'করিনো, জোয়িনা চানিংই হায়রগা লোয়রে। ঐগী চানবা অতে য়াম্না লৈরিসিদি। ঐসু য়ুরোপকী চিঞ্জাক অয়াম্বা চাবা হৈরে।'

লিজানা য়েরুমদু খোক্লা খোক্লা হায়রকই—

'Which food you like most in Europe'

'Oh no! I like nothing in Europe'.

খুবাকমুক পাকপা কোংগ্রেং অঙৌবা মকু তম্খায অমদা সলাদ খরগা খজিং খরা মকু সেংনা লৌথোকখ্রগা ঙাংলি ঙাংলি কুপ্পা কুপ্পা সোয়বা খর হাপ্লা য়েম্লাং অমা য়াওরম্মী। চানিংঙায় লৈতবদগী মদু লৌখৎপা তারি। ঐদি খজিং য়াম্না পাম্বা মীনি। মদু চারুবদগী পুম্নীসিমগী খজিং অমুক হন্না চাদ্রবসু য়ারগনি খনখি। হোয় অদুবুদি মফম খুদিংদা 'নখোয়গী ইন্দিয়াগী এম্লাংগী মোরোক্তো, মরু মরাংদো, থাউদো, চাবা সুঙম ঙমদে' হায়রক্তবা য়াওদে।

চাবা লোয়বদা পিতরগী গীতর পায়খৎলক্লে অদুগা গ্লোদফ্রিদকী ভাইওলিন। নোংমা ভিয়েনাদা রিদিং অমা লোয়রগা রেস্টুরেন্ট অমদা চাবা লাকখি। মমাংগী কাসিং মথং মথং ফাওরগা লৈখাদা সিরি অমা মথং মথং কুমথরগা লৈনুংগী কা ওইনা শুরুংদৌনা লৈবা থা মচেৎ মাননা কোয়বা, চাউতক তৌবা কা অমা লৈরম্মী। ঐগী ফনেক মপান নাইবা লোয়রং অমদি ক্রিমদা নাপুনা মোইরাংফি হৎপদু অহানবা ইনবা নুমিৎনি। অদুবু ইংমন্দুনা অমুবা গ্রেত কোত অমা মথক্তা লিৎসিনবা অদু লৌথোক্তনা চৌক্রি অমদা তাসিন্দুনা ফমখি। মাইকতি কনানো হুইঅচৌবা অমা চেন পান্দুনা পুরকপী নুপী নহা অমগা ওনসিন্নদুনা ৱারী সাদুনা লৈখি। কোন্না লিজানা হায়রকই— 'মহাক মদু মাইক্কী মতম অমগী গার্লফ্রেন্দনি'। ঐনা হংখি 'অদুগা ব্রিজিততি'; লিজানা নোক্রদুনা— 'মহাক্লা মরক মরক্কী গার্লফ্রেন্দনি'। ঐনা ঙক্নুনা মীৎ লাউথোকপদু উরগা লাল্লনা নোক্রদুনা— 'Mike is terrible!' ব্রিজিতনা অহিং অমা মহাক্কী তুং ইন্নদুনা চৎখিবা নুমিৎ অদুগী মতুংদগীদি মাইকনা তৎতনা হায়খি।

'I am terrible, I am a bad! '

ঐনা মদু য়ানিংখিদে–

'No! you are good. I can apriciate the different.'

সুরুং মানবা চাফম অদুদা ঐনা অহানবা ওইনা পিতরগী গীতর অমদি ঈশৈ তাবা ফংখি। ঐ ঙাওখি, নুমিৎ অদুদা ঐনা নিংথিনা চাবা ঙমদবা অমদি ইংবগী ব্লাবা লোয়না কাওখি। পিতরনা মমিৎ চেজেৎ উইসিন্দুনা কলক পেন্না সকখি –

'Tribute to thc Plains'

It is the Plains Indian with their dignity and pride

For a long time they're been living in a beautiful country side.
the Arapahos, thc Cheyenne and the Sioux- and many more ...

Oh, poor plains, the old times will never come back again

Oh, poor plains, the old time will never come back again

The Indians had to go to reservations, there was no chance to fight

against the US-Army with all it might

Ther were to few Indians and to many whites ...

Peter SchwarZbauer 1977

ঈশৈ অমসু সকখি–

White man you're a thief

Stole all the oil in Arabia

Stole all the rubber in Barzil

Stole all the gold in Mexico

and ivory in the Congo

No matter where you're coming from

You're a white man and you're a thief ...

(learned this song from Cree singer Betty Scoeficld in Vancouver, 1992; Peter SchwarZbauer)

ভিয়েনা য়ুনির্ভসিতিগী প্রোফেসার পিতরগী ঈসৈদুনা ঐবু কপহনখি। অপিকপা

অসোনবা ঐখোয়গী ইশক্তি অচৌবগী খয়াৎতা অদুম মাংখিবা তারব্রা! অঙৌবশিং ঐখোয়গীদসু য়ৌরকলমখি– চীং-তম খায়দোকপিরমখি, মহৈনা ঐখোয়না চাহৌরি।

ব্রিজিতনা নোংমা হায়খি–

'অঙৌবা ওইনা পোক্লুবসে ওহ্বোক্লা ইকায়জখ্রে। ঐখোয়না মফম খুদিংমক্তা কাং-খোং চায়হনবগী থবক ঙাক্তা তৌখি'।

মরেপ ব্বাংবা, সম খোইরপ তৌবা, চহি ৩০ সুদ্রিবা মশক মতৌ চঙখোনবা গোলদফ্রিদগী ভাওলিন্না লমলক্কী লৈরাংতনা ফুগায়না সাৎলবা, অচিকপা, থেক খোয়রবা চীংগী ঈচেল মচা অমগী তোর্ব্বন্দা উরক ব্বারক থুংনা কনা খঙদা লোন্না থুপ্লা সন্দোকলিবা সুরগী ইচেলদা তাউথদুনা পুখি, অসুম পুথখি। অপিরানাসু তুম্মীন্না ফম্বা ঙমদদুনা হৌগৎতুনা গীতর খোংখি। মেবিগীনা ঈসৈ, লাঙ্গকী অতেনবা সৈরেং। নোংপোক নোংচুপ অমত ওইখি। ঐখোয়গী থম্মোয় অমত ওইখি।

পিতরবু ঐনা অহানবা উখিবা অসি ঐখোয়না ভিয়েনাদা থুংলুবা নুমিৎকী নুংদাং অদুমক্তদনি। নুমিৎ অদু মেরিদি য়ৌরকত্রি। মাইকনা লমজিংদুনা লাঙ্গ, অপিরানা অমদি ঐহাক খোংনা কিঃ মিঃ ২ গুম্বা ভিযেনা সহব মনুংদা অসুম খোংনা চৎলগা চাইনিজ রেস্টুরেন্ট অমদা থুংখি। মনুংদা মথং মথং চংলগা মতায় ওইনা তোঙান্না লৈবা কা অমদা চঙলুই। কা অদুদা তেবল অকোয়বা মী ১২ মুক চনগদবা অমা লৈরম্মী। চৌক্রিসিং অদুদা হান্ননা মী খবা ফমদুনা লৈবমখি। অদুদা ঐনা পিতরবু অহানবা ওইনা উখি। পিতর চহি ৫০ দগী পংতা তারমলরোই। অতৈশিংদুসু য়ুনির্ভর্সিতিগী প্রোফেসার অমদি রিসার্চ স্কোলার ঙাক্তা ওইনা তৌই। চহি ৩০ মুক্তা সুরমগদবা প্রোফ্রেসার নুপী অমনা য়ান্না থবায় য়াওনা হায়খি –

'I am an Indian lover'.

কাংবু অদুনা বার্ত্তন তৌরক্তুনা য়ুনির্ভসিতিদা কানাদিয়ান ত্রাইব মঙাগী খুল্লাকপা অ রথরগী লেকচর তারুই। চয়োল অমদি চংখি পুন্নমক অসি খঙবদা। আমেরিকাগী তোঙান তোঙানবা ত্রাইবসিং অসিবু নৈনবা কলচরেল এন্থোপোলোজিস্ত স্কোলাব কয়ামুক ভিয়েনাগী য়ুনির্ভসিতিসিংদা লৈরি। ঐখোয়গা অহানবা থেংনরকপদি মসিং য়ামদবা অদুগা মমিৎ থৌবা মখোয় অসিনি। য়ুনির্ভসিতিদা বার্ত্তন তৌরকপসু মখোয় অসিনি। অদুগা হারমিনা অমদি থোমাসনা সিনবা রিদিংসিংদনা পোলিতিকেল ইন্টরেস্ট লৈবা মীওইসিং থেংনরকখি।

ভিয়েনাগী অইংবা নুংসিৎ, উন পুবা মীয়েংনা ঐবু মীৎ সিংহনখি। ঐনা সিদা তৌরিবসি করিনো, ঐবু অরান্না প্লেতফোর্ম অমদা কাখৎলুরব্রা, ইথস্ত্র তৎতনা হংজখি।

অসিগুম্বা মওং অসি লাল্গতা করিসু হৈনদবা উখিদে। মবুকফবা অপিরানা তুর হৌবদগী লোয়বা ফাওবা অমসু অমসু য়ানবা হোৎনজখি। অদুবু ঐদি খুউ সেনবা তাখি। পারা অদু ভিয়েনাদগী তমলকখি। মদুনা ঐবু সাংলবা চয়োল মাপনগী খোংচৎ অদুদা তোঙান তোঙানবা ফিভমসিং, মীওইসিং থেংনবা ঙমহনখি। মাঙসিলক্লবা কাংলুপ নৎত্রগা মরোমদোম লেপচনবা লাম্ছেংনরিবা কাংবু নৎত্রগসু মালেম অসিদা হিংলিবা মীওই কাংবু ওইনসু, ঐখোয় মণিপুরি অসি য়ুরোপতা পুমনৌ নৌবনি। অদুবু ঐ করিসু নাচুংখিদে, ঐনা চৎতনা হায়রমখি—

'য়ুরোপনা ঐখোয়বু খঙবা নৎত্রগা খঙবীদবা ঐখোয় থোয়না থৌসারুদে। ঐখোয়গী অসেংবা লানফমদি য়ুরোপ্তা নত্তে, ঐখোয়গী ইরৈপাক্তনি।'

অদুবু পুক্কীংদা ৱারেপ অমা পুদুনা হলকখি করিনো খরদি তৌবা তাবনি।

ঙসিগী অরোইবা চাকলেন্দা পিতরগী গীতবনা মপুংওইখি। ঐনা হায়জবগী মতুং ইন্না ঈসৈ অনিদু অমুক হন্না ঐগীদমক সকপিখি। মদুদা মানা কয়াদা পোঙজখিবা অমদি নুংঙায়জখিবা! ঐনা হেক চংখিবদা পিতরনা ময়েক অনিদু পুথোক্তুনসু পিরবনি। ঐনা ভিয়েনাদা অমুক হলকপদা মদু পাগে হায়দুনা হায়খিবদু মহাক কাওরমদে। গোলদফ্রিদকী ভাওলিন্দা লৈসাবী মপুং ফারক্লবী নুপীমচা অনিখক হৌগৎতুনা জগোয় সাখি। লৈসাবী অনিদু মাইক্কী তেবলদা ফম্মীনরি। চাবা লোয়রদুনা ঙহাক পোখারগা ঐগী তেবলদগী মরুপ মপাং খবা হৌগৎতুনা চৎখ্রবদা ঐ হৌগৎতুনা মাইক্কী তেবলদা য়াওরুরে।

মতমদু মীসু খরা পাথরক্লে। মী পুন্নমক অমগা অমগা ওনসিন্দুনা মখোয় মখোয়না থোকপা লন্নাই ৱারী সান্নবা মতমনি। ঐনা ঙরাং অহিংগী ৱারী অদু তম্বদা মাইক্কী মাইথোং লাংসিনখ্রে। মহাক্না নুংঙায়তনা হায়রকই—

'ঐনা মদুগীদমক নঙোন্দা ঙাকপিয়ু হায়জরি। ঐগী লৈফমদু য়াম্না চিঙ্লি। নৎত্রবদি ঐনা নহাকপু ঐগীদা বার্ত্তন তৌরমগদবনি।

ঐনা পুক্কীংদা নোকখি,

ঐনা লিবরেতেত ব্লইমেন ওইরমলবদি ব্রিজিতনা লৈরম্বা জগা অদুদা ইরাই লায়না লৈরমগনি। ঐ ঙকখি করিগীনো মখোয়না হোতেল অমদা ঐগী লৈফম সিনদ্রিবা। মখোয়না মদুগী দরকার লৈতে খনবনরা। ঐ হংবদি হংখিদে।

ঙসাই হারমিনানা হায়বকপা ৱাদু ঐ মাইকতা হাযখিদ্রে। মাগী থবক চিনবা অদুদা মঙোন্দা য়াম্না য়েৎসিন্বসু পামদে। হায়বা তারবসু মদু মখোয় মসেন হায়নগদবনি।

গোলদফ্রিন্দসু চংলক্তুনা ফমলরে। নুপীমচা অনিদুসু ঐখোয়দা ওনসিলক্লে। মহাক্না হংলখি ঐখোয়গী তুর অমদি তোঙানবা লৈবাকসিংগী এক্সপরিয়েন্স। সুইজলেন্দগী বা তমলুবদা নুপীমচানা অমনা ফাগী তৌরকই—

'O, What are you doing'?

'O, I am busy'.

ঐনা ঙকপদু উবদা ৱারী লিরকই— সুইজগী মীসিং অসি থবক য়াম্না কল্লি। চীংগী চীং মক্তা ঙাযবগা অমগা অমগা উনবসু ফংদে। সুইজগী পাখং অমনা চীং কাখৎতুনা চীংদোন অমদগী লাউথবকপা অদুগা চীংখাদগী লৈসাবী অমনা অমুক খুমলকপনি। মসি অমবোমদা মখোয়না সুইজলেন্দবু সিথদুনা ফাগী তৌবনি। ইতালিগী ৱারী হৌরকপদা মানা অমুক ইতালিযানসিংগী চাবা থকপা যাম্না পাবা, পংলৈ লৈথোকপা চেকসিন্দবা মতৌবু লক্লদুনা, ঙাওসিন্দুনা ঈসৈ শক্কৎলকই—

'Let us eat'

অমগা অমগা সিথনবা, ফাগী তৌদুনা লক্লবা অসিদি য়ুরোপ সিন থুংনা চৎনৈ। সুইজগী য়াম্না চেকসিনবা, সুগৎতুনা লৈবা মতৌবু ইতালিযানসিংনা অমুক সিথদুনা ফাগী তৌই। ৱাহৈ অদুমক্তী লিজা যাওবা অদুদা এদিনা হাযখিদ্রে। ৱাবী ওইনা অসুম ঙাংনরকপদা ঐনা মখা তারুই—

'মী অতৈদদি ঐখোয় অসি ইন্দিজিনস হায়বদি ঐখোয়গী কলচব অসি খরা হহ্বা খরা চাউখৎতবা মীওই ওইনা লৌই। অদুবু ইতালিয়ানসিংনদি ঐখোয়বু মখোয়গা চপ মান্নবা মীওইবা অমা ওইনা লোয়নৈ'।

মদু তাবদা গোলদফ্রিত অমদি লৈসাবী অনিদু ৱা অমতদা ঙাংদনা তুম্মীন তুম্মীন ফমখি। ৱাফমদু মখোয় য়াবা তাখি। পাউখুম পীনিংঙায লৈতনা তুম্মীন তুম্মীন লৈখিবা মতৌদু থুগায়দুনা ঐনা ফাগী তৌরুই—

'I left my heart at Italia!'

'Then, what shall you do now?'

'I'll go home without my heart!'

হারমিনানা মাঙ থাদুনা থোরকপদা রেস্টুরেন্টকী কা অমদা মাইক চান থরুবা থন্না য়াওবা ত্রে অমগা লৈবম্মী। ঐবু উবদা—

'মেমচৌবী, নখোয় চৎলমলো। ঐদি রেস্টুরেন্ট অসিদগী অরেম-অপাসিং খোমজিনহৌখিগে। মসি ঐখোয়না লায়েংলিবা দ্রগ এদিকসিংনা চানবনি। ঐখোয়গী

চানবা থমফম অমা লৈ অদুদা থমলুগনি। মখোয়সু মদুদা চংলগা চাবা ফংই হায়বা খঙদুনা লাক্কদৌরিবনি। হয়েং পুং ২.৩০ দা ঐ নহাকপু লৌবা লাক্কে, গুদ নাইত।'

হাবমিনা, থোমাস অমদি ঐ, ঐখোয় অষ্টম হারমিনাগী মমাংথোঙ অদু সো হাংদুনা হেক চঙবগা ঐনা হান্না মাঙ থাদুনা চংলগা কোত অমদি খোঙউপ, মপানগী কা মচা অদুদা থমলগা ঐগী কা ওইবিবা ইদেনগী কাদা পবপ পবপ চংলগা খোংগ্রাউদুদং থুনা লৌথোকলগা ফনেক হোংলগা মৈ সৎ মুথৎতুনা তুম্মীন্না ফমুংদা চংলে। মখোযদা য়েৎসিনবা ঐনা হেন্না পামজদে। মখোয় অনি বাথরুমদা চংলগা মচিন ময়া ব্রস তৌরগা মমাই মমিৎ, মখোং মখুৎ হামলগা চংখ্রে। মখোয়না তুম্বা চংখিবা পুং অমবোম ভায়রগা ঐ তুম্মীন্না খুনিং কাংদুনা হৌগৎলগা বাথরুমগী থোঙ চেৎনা লোনসিন্দুনা ঐগীসু তুমলমদাইগী থৌরম লোয়সিনজরে।

পুং অমা নৎত্রগা অনিগুম্বা ঐ তুমলম্বা য়াই। ইদেনগী সুৎ সুৎ কপ্পা মখোলনা ঐবু মীকপ থোকহল্লে। হারমিনা অমদি ঐনা তুমলিবা কা অনি অদুগী মরক্তা লৈবা কা মচা অমদা ইদেন মবুং পিশক অদুগা তুম্মীন্নবি। ঐনা মায লৈথোকলগা মমা মবাইনা হৌগৎচরক্কনি খন্দুনা তুমথবা হোৎনৈ। ইদেনগী হিগ হিগ কপ্পসু তোকপা লৈত্রে অদুগা মমাসু হৌগৎলকপা লৈত্রে। ঐ তুম্বা ঙমদদুনা হৌগৎতুনা ফম্মী। করিনো ইমুং অসিদা তৌরি লিলাসিবো! মপানা আ মখাগী কাদা নুপী অমগা, মমানা নুপা অমগা থংনবা কা অসিদা! নুংঙায় য়াইফরবা অৱাৎপা লৈত্রবা ইমুং অসিদা, চাউখৎলবা য়ুরোপকী মমিং চৎখ্রবা সহর অসিদা ঐনা ঙসি অহিং থেংনরিবা অসিবু মঙলা হারা। ঐনা হৌজিক তৌগদবসি কবিনো! অপিকপা মবুং অদুনা মচন অদুবু লোন্না লোন্না গেম্বা মখোল তাবকপদা ঐগী খঙ্গনবা থৌনা মাংখ্রে। ঐ হৌগৎতুনা মখোযগী থোঙজিন্দা লেপলুই। পুক্নীংদা নিংকোক নিংকোক লাউরকই— ঐনা তৌবিবসি চু স্বা নঙে। অমুক হনজিন্দুনা ঐগী ফমুংদা অমুক ফমলুই। হন্দক্কী অঙাংগী ফমুং মচা অদুগী কৈরাক মখোং য়ৌনা চঙসিন্দুনা লেপলুরে। মবুংদু হায়ফেৎ য়েংলকই অদুগা খোঞ্জেল ফাজিন্দুনা হায়বকই—

'Memchoubı, go away (She wıll be all right )'

চহি নিপানতা ভায়রিবা মবুংদুগী পাম্বোম নাম তিংথোক্তুনা কোনসিন্দুনা মচনদু থেমজিনবা হোৎনবা মতৌদুনা ঐ চৎপা ঙমখিদে। থোক্লগদবদু থোক্লসনু অসুম্না ৱারেপ লৌরগা ঐ ফমুং কাখৎতুনা ইদেনবু চিংখৎলগা তমপাক অসিদা কোনসিন্দুনা থমলে। সোক্লকল্লদা খঙলে ইদেন লাইহৌ হৌবি। কা হেন্না খুদোংথিনিংঙায ওইনা সাল্দি নত্তে। ঙসি ঙবাং লোক য়াম্না খুবনি। ঐনা পমখৎলুবদগীদি ইদেনদু লোন্না ফুমজিন্দুনা ৱানা কপলমবদু তোক্তুনা কন্না কপখৎলক্লে। অদুদগীদি খংহৌদন থংনবা

থোঙ অদু হাংদোক্লুনা খোংথাং য়াঙনা কনানো অমা চংলক্লুনা ঐগী তমপাক্তগী ইদেনবু সৎ চিংথদুনা পমলগা পুখ্রে। মাই হায়গৎতুনা য়েংখৎলুবদা উরকই— ঐগী কাদগী চংলকপা সেংফাৎতবা মৈঙালদা, মফি অমতা য়াওদ্রবা হারমিনাগী তুংয়ানগী সক্তম। অহাংবা মনমগন্দু ফারবা মসমনা কুপলি। মীৎনা কুপ্লদা তারকপা ব্রজনা উপাল য়াপাল কয়া থুদেকলম্বদু ঐনা অহিং অদুদা উখি।

মথংগী অয়ুক্তা ঐনা করি তৌগদগে হায়বদু লেপথোকলগা সাংথদুনা হিপথরে। অয়ুক্তা মবুং অদুতমক মপানা পুরগা স্কুলদা চৎখ্রে। ঐদি য়াওন য়াওন্দুনা নমসিন নমসিন্দুনা অদুম তুমসিন্দুনা ইংনা লৈথোকলে। ঐগী থৌরাংদি পুং অমা তাবদা হৌগৎলগা ইরুজরগা ফি রোল সেৎলগা মাইকপু ঙায়বনি। খল্লুবদা মমই অনাবা ওইরফাওদা কদায়নো, নুমিৎ অদুদা ঐনা অয়ুক্কী পুং ১২ তারফাও ফমুংদা তুমসিন্দুনা হিপচিন্দুনা লৈখি। হারমিনাসু চেক মোক লাউরকখিদে। অদুবু পুং ১১.৩০ তারকপা অদুবাই য়ৌরকপদদি মহাক মচানুপীবু ঐগী কাদা চঙদনবা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইরকপদু ঐ খংলকলে। কয়াদ নুংসিখ্রবা! অসুম্না লাম্প নৎত্রগা লিজা ঐগা তেনসন ৱাংখৎনরকপা তাঞ্জা কয়া জোয়িনা ঐগী মীচংদা ঐবু কনবীখি। ঙসিনা অমুক ইদেন! হারমিনাসু অসুম ফমদুনা মচা পমদুনা লৈবা য়াবা নত্তে, ইমুংগী থবক কয়া লৈরি। কদোমদগীনো ইদেন ঐগী থোঙ ইনদুনা থোঙজিন্দা লেপলরে। অদুবু মমানা থুনা থাংদোক্লুনা পুখ্রে। অদুবু করি খল্লুরবনো পুংখায় অমগী মতুংদা মহাক্না মচানুপীদা হায়খি—

'মেমচৌবী হৌদোকলুরো থেংলে'।

থুনমক ইদেন নাইত গাউন অঙাংবা অমা লিৎলগা মাগী উচি মচা অয়োকপদু পমলদুনা থোঙ হাংদুনা থোঙজিন ময়াই চপ চানা লেপলরে। উচি মচা অদুগা য়াম্না হৈসিংবী য়ুম্বুবীগুম পীসুম সুকলপ লেপলবদু য়েংবদা য়াম্না নোকনিংখ্রে। ঐগী সিংনবা অমদি নাপল লোয়না লংথোকখ্রগা নোক্লুনা ফুগ হৌগৎতুনা মাবু পম্বীগে হায়দুনা মনাক্তা চংসিল্লুবদা ইদেন, স্কুল ওজা অমগুম সকফম হোংদনা হায়রকই--

'Is it fun all the time?'

নহানগী 'মপা' গী মীৎয়েং খঙনিং নিংসিঙলক্লুনা, ঐ হায়বা ইনবা ছাত্র মচা অমগুম ঐগী নোকপা খংতোক তোক্লুনা তুম্মীন্না লৈরে। অঙাং অদো ওষ্ণোক্লা সিংই। ঐগী সকফম ওনখিবা খংই। অদুগী নুংঙায়তনা মরাল য়াজবা মীনোক অমা নোক্লগা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্লুনা বেব্বা হৌররে। মসাসু খরা নুংঙায়রমাক্লে। ঐ থুনা ফি হোংদোক্লুনা বাথরুমদা চঙবা মানা থোঙজিন্দা লেপ্লুনা সংদুনা লৈখ্রে। বাথ তপতগী কুমথদুনা

তৈথোকলিঙৈ, ইদেননা পুনা পান্দবা থোঙদু খজিক খজিক ইম্থোক্লুনা চংলকপদুনা ঐগী ইনাক য়ৌরকপগা চপ মান্নরে। মাগী সান্নবা য়াওনা য়াওনা ঐগী থৌরাংসু লোয়সিল্লে। মমানা চংলক্লুনা ঐবু ব্রেকফ্রাস্ট চাররো হায়রক্লবতদা ঐ চাকসংদা চঙলুই। মমিংতগী ব্রেকফ্রাস্টনি লৈরমলিবদু— সঙ্গোম কপ অমা, তোস মচেৎ অনিখক। নহান নুংদাংগী কেক অদু সুপম্তগী মচেৎ অমখক হান্নগী হাপফম অদুদা হাপলগা তেবল মচি অমদা তোঙান্না লৈ। ঐ মদুদি সোকলুদ্রে। চাবা লোয়রগা ঐগী লুখাক অদু চাকসংগী চামথোকপফম বেসিন্দা হাপচিল্লুবদা উরকই— হারমিনা লন্চ থোংবা লোয়রে। ঐনা ইদেনগা সান্নদুনা লৈরিঙৈদা হারমিনা চঙলক্লুনা, নুংঙায়তবা উৎতুনা—

‘মেমচৌবী নহাক কেক মচেৎ অদো চাদ্রবদি কৈদৌরে’।

ঐ খুমখিদে। পুক্নীংদা নোকনিংখি- পীজ পিথক ফজখ্রেদা ইবেম্মা। ঙরাং অহিংগী ৱা কনাসু পন্নদে, করিসু থোকখিবদগুমই। কবিসু থোকলমদ্রবদি নুংঙায়রমগনি। তাঞ্জা অদুদা ইদেনদি বার্থদে পার্তি কন্না সান্নবা হৌরকলে। ঐগী বার্থদেনি হৌজিক। খুদোলপোৎনি হায়দুনা করি করিনো চেনা য়োমলদুনা ময়োম ময়োম পুদুনা লাক্লে। বার্থদেগী ঈসৈ ঐগীদমক সকপীবে। মমানা ফমদুনা তুম্মীন্না ঙক্লা য়েংলি। মাইক লাক্কদবা মতম ওইবক্লে। নহান মানা জোয়ি চৎখিবদা কপখিবা অদো নিংশিঙলুবদা ঐদি ৱারে। অদুবু ঐদি মীকুপ অমতা যুম অসিদা পম্থনিংদ্রবনি। ঘরি য়েংবদা পুং অনি মখায় তাগদবা মিনিত মঙাত ঙাযরবদা থুনা চেম্থোক্লুনা খোংউপ তোংশিল্লে। পোৎ চৈদি ঙসাইনা থোঙজিন ময়াদা থাংদোক্লুনা থমলবনি। খোংউপ মরী পানবা হোৎনরিঙৈ মাইক্কী মখোল তারক্লে—

‘মেমচৌবী।’

‘তারে’!

মাইক্কী মখোল তাবদা নুংঙায়মনখিদুনা খোংউপ মরি পানফম খংখিদে। অদুবু অরুব্বদি মচাগী বার্থদে তংখাযদ চলকপদা মচা অদু চৎখ্রবদি করম্বা মমানা নুংঙায়গনি। জোয়িনা মমা সাদুনা ঐঙোন্দা মাগী ফেরি তেলগী লাইরিকসিংদু হাংদোক হাংদোক্লুনা ৱারী লিখি। নুপী হায়বসিবু মহৌসানা মমা ওইনবা সেমলকপরা! ঐগী ইমা ইদেন তঙক তঙক য়েংলম্বদগী পেবা হৌবক্লে। ঐনা থেম্বা হোৎনৈ—

‘চাক য়ান্না য়ান্না চাউকো ইদেন। চাক যাম্না চারবদি নহাক থুনা চাউবগনি। নহাক্না হেক চাউবকপগা মণিপুবদা লাকউ। ঐগী মণিপুব যাম্না ফজবা মফমনি। লৈ মচু মচু, মখল মখল, থন্না সাৎলি, উচেক ময়াম পাইবকই, কুরাক ময়াম কোইপাই পাই ।’

ইদেনগী মমিৎ লাপ্না য়েংখ্রে, মোমোন নোকলক্লে, অঙাংগী নুংঙায় মংলান্দা তাউরদুনা, তাঞ্জা অদুদা মমাদা ঐবু বিদায় হায়রমব্রা হায়রমদব্রা, ঐ সরংদগী নাম্বোরকপা সাগুম চেম্বোরক্তুনা মাইক্লা পুরকপা তেক্সী মনুংদা চোংসিল্লে। হাংদোক্লবা থোঙনাউদা ইদেন মমা মচা মখুৎ হায়দুনা লেপলমগনি, অদুবু ঐ হন্না য়েংলমদ্রে। ঐ সুকনোক নোকনিংদনা নোকপদি হৈতে।

নোং অমদি উন মকুপ মরক অদুদা পুং অমরোম থৌরগা ঐখোয় ভিয়েনা এয়ারপোর্ত য়ৌরে। প্লেন পাইংগদবদি পুং অনিরোম ৱাৎলি। বুকিং পাস লৌথোক্লগা রেস্টুরেন্ট অমদা চংদুনা ফম্মীন্নরে। নে তানা ফমথবদা মাইক্লা নুংঙায়তনা হায়বকই—

‘মেমচৌবী নহাক্লা ভিয়েনাদা অহানবা থুংলবা মতম অদো নহাক য়াম্না ৱাব্রা? ঐদি নঙগী অৱাবা করিমতা খঙদবনি’।

ঐ করিসু খুমখিদে। ঐগী অসোকপা মী খুদিংগী উৎলগা পুথোক পুথোক্তুনা তেংথাবা ঐগী ইনাৎ নত্তে। ঐ ঙকই ৱাহং অসি করিগী! থৌদোক অদু ঐ লাক্ত্রিঙৈদা মহাক খংলবনি। অৱা মৈচাক পুবা অসি য়ুবোপ্তা চৎনদব্রা। ঐ কবিসু হংখিদে। অদুগা ঙরাং অহিং করি থোকখ্রবা অমদি ঙসি নুমিৎ চুপ্পা অমা ঐনা করম্বা ফিভমদা হাবমিনাগা লৈমীন্নরকপনো হায়বদুসু ঐ মঙোন্দা তমলুদ্রে। অরেম্বদা মাবু ৱাহল্লগা করি কান্নগনি।

এয়ারপোর্তকী চীল্লবা রেস্টুরেন্ট অদুদা সাংখ্রবা মতমনি ঐখোয় অনি ৱারী সাদুনা ফমখিবদু। য়ুরোপ্তা হৌজিক ওইরিবা ব্রোকন ফেমিলিগী ৱাফম ঙাংনরকপদা মাইক্লা মোৎ পিরকই—

‘মখোয়গী নুপাসিংসি য়াম্না ফত্তে, অদুননি। য়ুরোপিয়ানসিংগী ইন্দিভিদুয়েলিতি মপামদি অঙকপনি। . . . অদো মখোয়সু নুংসিবদি পাম্মী। নুংসিবা করম্না পীগদগে খঙদবগী ৱানি’।

মাইক্লা মথং মথং ঙাংথরকই, লাক্লিবা য়েনিংথাদা মহাক করি তৌগদগে হায়বদু—

‘ঐগী ইচানুপীগী মনাক্তা ওক্লাহামাদা ঐ মথংগী য়েনিংথাদা চৎকনি। মদু জুনদা ওইবা য়াই। ইচানুপীনা ঐবু আস্ত্রিয়াদা হনখ্রগনু সিদা ঐগী নাক্তা লৈররো লৈররো কন্না হায়খ্রপোৎনি।’

য়েনিংথাদা কোয়বা চৎপা অসি য়ুরোপকী চৎনবীনি। কনাসু য়ুমদা লৈনদে। মাইক্কী মমা আস্ত্রিয়ান নিঙোলনি। অহল ওইরে। মপাদি নেতিপ আমেরিকান চেরোকী ত্রাইবেল অমনি। লৈখিদ্রে। ঐনা হংলুয়—

'ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদা নহাক আস্ত্রিয়াদা অদুম লৈবা য়াগদ্রা'?

মাইক্লা সকফম হঞ্জীন্দুনা খঞ্জাননা খুমলকই—

'ঐ মদু খংদে।'

মতম ওইরক্লে হৌগৎলসি হায়দুনা হৌগৎলকপদা ঐ কোক ঙাওরক্লে। ঙরাং নুংদাংসু নিংথিনা চাদে, অয়ুক্তসু মমিংদনি চারক্লিবদু। ঈাফম অদু লোৎসিলগা চানবা খরা অমুক ওদর তৌদুনা চাসিল্লে। চরা হেল্লগা প্লেন্দা সাংনা ফম্বগী অবাবা ঐ জেরুসলেমদগী হল্লকপদা থেংনখ্রে।

বিদায়গী মতম য়ৌরবদা মাইক্লা ঐগী অয়া য়াদ য়েংদনা অরোইবা ওইনা কোমগোম কোল্লরে। মখোয়গী চৎনবীবু ব্যাভার উৎতুনা ঐসু নিঙায় চাউরুদ্রে। কনানা খঙবা মদু অরোইবা উনবা ওইবসু য়াই—

'মঙ্গোল ওইয়ু, তেকত কায়দনা নয়ুম য়ৌখ্রোকো।'

'মাইক! য়ুমদা হনগনি হাযবগী করিমতা হরাউদ্রেদো।'

অরোইবা অহিং অদুদা অরোইবা ওইনা থোমাসনা ঐঙোন্দা বিদায় পীখি-

'মেমচৌবী, করিগুম্বা অমুক্কা লাক্লবদি ঐখোয় অমুক হন্না উন্নখিসিকো'।

'হুং, য়ুরোপ্তা ঐ অমুক হলক্লরোই'।

হারমিনানা নুংঙায়তনা খুমলকই—

'করিগী! য়েংঙু ঐখোয়গী য়ুরোপসে কয়াদ ফজখ্রবা'।

পাউখুম পীখিদে, ইথত্ত তুম্মীন্না নোকখি।

- লোয়রবা -



# PHOTO PLATE 1




**অবাম্বম সমবেন্দ্র দা কৎথোকপা মীফম**

ওইবোমদগী  মেমচৌবী অমসুং মাওবো, মফম ঃ অভিযানো (ইতালি)



ওইবোমদগী ঃ **বেসনা অমসুং মেমচৌবী**

*মফম ঃ থা হা তুবেল মপান্দা (অস্ট্রিয়া)*

PHOTO PI ATE 2



ওইবোমদগী সিলাগ, মেমচৌবী অমসুং জোযি

*মফম ঃ বাভেন্না (ইতালি)*

PHOTO PLATE 4



নেপলসতা বিদিং অমা

*মফম ঃ ইতাল।*



ওইবোমদগী অফম্বা ঃ লাস, মাওবো, লিজা অমসুং জোযি।

ওইবোমদগী লেপ্পা ঃ আওবো, অপিবানা, অমসুং মেমচৌবী।

*মফম ঃ পোলসিনিগো (ইতালি)*

## PHOTO PLATE 5



ওইবোমদগী ঃ গুনতব, মেমচৌবী, লাঙ্গ অমসুং অপিবানা

*মফম ঃ ফাইবাগ (জর্মনি)*



ওইবোমদগী ঃ এনতোনেলা, মেমচৌবী, অমসুং জোযি

*মফম ঃ সানদে পাবকো (ইতালি)*

